ꯐꯥꯟꯖꯧꯕꯝ ꯇꯔꯥꯄꯣꯠ

ফানজৌবম তরাপোৎ

# ꯑꯩꯈꯣꯏꯒꯤ ꯂꯩꯔꯦꯄꯥꯛ

# ঐখোয়গী লৈরেপাক

ঐখোয়গী ঈরৈপাক

অইবা ঃ ফানজৌবম তরাপোৎ, ৱাংখৈ পেলেস কম্পাউন্দ, ইম্ফাল



অনিশুবা খুৎনম ঃ ২০০৭

অফোঙবা ঃ প্রীয়োবর্ট মঙাং
পিঃ বিঃ বুক ডিষ্ট্রিব্যুটর্স প্রাইভেট লিমিটেদ,
ৱাঙখৈ তোকপম লৈকাই, ইম্ফাল-ইষ্ট, মণিপুর।

মমল ঃ লু: ২৫০/- (লুপা চনী য়াঙখৈ)

---

নম্ফম ঃ লময়াননবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# মনুংগী লমায়শিংদা

# মেপ অমসুং ফোটোশিং

## মরু ওইবা লালহৌলুপ খরগী অশক্সা মমিংশিং

১/ ইয়ুনাইতেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট (ইয়ু এন এল এফ)

২/ রিভোলুসনরি পিপলস ফ্রন্ট (আর পি এফ)

৩/ পিপলস রিভোলুসনরি পার্টি ওফ কংলৈপাক (প্রিপাক)

৪/ কংলৈ য়াওল কন্ন লুপ (কে ৱাই কে এল)

৫/ কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি (কে সি পি)

## মনিপুর অমসুং নাগালেন্দ অনিদা থবক তৌবা লালহৌলুপ

১/ নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ (এন এস সি এন)

২/ নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ (হৌজিক্কা নাগালিম) আইসাক অমসুং মুইভা - এন এস সি এন (আই-এম)

৩/ নেসনেল সোসিয়েলিষ্ট কাউন্সিল ওফ নাগালেন্দ খপলাং - এন এস সি এন (খপলাং)



মনিপুরীশিং মশাগী হক লৈনা মালেমদা হিংগদবনী
হায়না লৈবাক অসিদগী "তমথিরবা অমুবা আইন"
(আর্মদ ফোর্সেস স্পিসিয়েল পৱারস এক্ট, ১৯৫৮) লৌথোকউ
হায়দুনা চহি তরুক হেন্না চরা হেল্লীবি (লাইরিক অসি ইবা লোইবা ফাওবদা)
লৈবাক অসিনা তাঙনা ফংজখিবা ইরোম চনু শর্মিলা।
ইচল শর্মিলা নহাক্কীদমক ঐখোয়না চাউথোকচৈ। লা: ২০৬

# ৱাহৌদোক

অহানবদা লাইরিক অসিবু পাবিরিবা ইরৈচাশিংগী মফমদা নোল্লুকচরি। "ঐখোয়গী ঈরৈপাক" হায়বা লাইরিক অসি মনিপুরনা হৌজিক থেংনরিবা সমস্যাশিং খরগী মতাংদা খন্ন-নৈনদুনা ইজবনি। মতম অমদদি লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা কাংলুপ পুন্নমক্কী মীওইশিংনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈবাক অসিনা থেংনখিবা সমস্যা নৎত্রগা য়েক্লবশিংবু পুন্না মায়োক্লখি। হৌজিক্তি?

থায়না য়ুমথংনবা লৈবাকশিংনা ঙহাক লৈতনা লৈবাক অসিদা লান্দাশিল্লকখি। য়েক্লবশিং অদু মায়পাক্লা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা তকথোকখি। মৈদিংঙু পামহৈবনা পাল্লিঙৈ খৃঃ ১৭২৩ দা মশিং য়াল্লবা অৱা লান্মীশিংনা লান্দাশিল্লক্কুনা হৌজিক্কী পলেল, ককচীং, ৱাংজিংনচিংবা মফমশিংদা চঙশিল্লকখি। চীংমী ৪০০০, মৈতৈ ৫০০০, অরাম্বাই কাপ্পা হৈবা সিফাই ৩০০ না পুনশিল্লগা শেম্বা মনিপুরগী লান্মীশিংনা য়েক্লবশিং অদুবু মায়থিবা পীদুনা লৈবাক অসিদগী তানথোকখি। লানফম অদুদা লমজিংখিবা পামহৈবগী মমিং লৈরবা সিফাই মকোকশিংদি বামোন চক্রবর্তিন সিধান্তা, কোপেং কৈরুংহনবা অমসুং গাইভিরাম হুইদ্রোম্বনি।

হৌজিক মনিপুর অসি ইতিহাসকী য়াম্না লুরবা তাঙ্কক অমদা লৈরি। লৈবাক অসিদা খুন্দামিন্নরিবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মীওইশিং অসিনা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈবাক অসিনা মায়োক্লরিবা সমস্যাশিং পুন্না থেংনমিন্নদুনা "অফবা মনিপুর" অমা পুরক্লবা হোৎনদ্রিবসি করিগীনো হায়বা ৱাহং অমা লাক্লি। লৈবাক অসিনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি লোয়শিন্নবা হোৎনবদা মশিং য়াম্বা মৈতৈশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই। অদুবু মৈতৈগী "অনিথোকপী" হায়বা ৱাফম অসিনা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা করিগুম্বা হিরম অমত্তদা খোঙজেল য়াঙনা, মাঙজিল থানা চৎপা ঙমহন্দ্রি। তুংগী "অফবা মনিপুর" অমা পুরক্লবা হোৎনবদা ঐখোয় অসিবু মমাংদা থোকখিবা ইতিহাসকী থৌদোকশিং অদুদগী করিগুম্বা অমত্তা তম্লরোইদ্রা? মনিপুরীশিং অসিবু মতম অমদা লৈরম্বা মশাগী জাতি অমা ওইবগী গুণ, লমচৎ, শাজৎ, ৱাখল অদু হৌজিক লৈত্রব্রা?

মনিপুরনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি য়ামখ্রে। হৌজিক হৌজিক থেংনরিবা "অনৌবা সমস্যা" অসি করিনো? মৈহৌরোলদগী খুন্দাদুনা লৈরক্লবা মীওইশিং অসি চহি খরা অসিগী মনুংদা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শক্তম, নাৎকী ওইবা চৎন-লোনচৎনচিংবা মাঙখিদুনা মশাগী লৈবাক অসিদা মশিং য়ামদবা কাংলুপ অমা ওইনা লৈরক্লগদ্রা হায়না মীওই কয়াগী থম্মোইদা মীপায়বা ফাওনরক্লি। চহি খরা অসিদা লেপ্পা লৈতনা মপান্দগী চঙলক্লিবা মীওইশিংনা মনিপুরগী চীংমীশিংগী মশিংদগী হেনখ্রে। লৈবাক অসিদা লৈরিবা মরু ওইবা সংস্থান খরনা পুনশিল্লগা শেম্বা ইয়ুনাইটেদ কমিতি মনিপুর (ইয়ু সি এম) গী পাওদম অমগী মতুং ইন্না মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিং অমদি মখোয়গী মচা মশুশিংগী অপুনবা মশিং অসি লাক্ষ ৭.০৪ নি (২০০১ গী মীকোক থিবগী পাওদম মতুং ইন্না)। মসি লৈবাক অসিগী অপুনবা মশিংগী চাদা ৩০.৭১ নি। মপানগী মীওইশিং অসিনা হৌজিক হৌজিক চঙলক্লিবা চাং অসিদা অসুম লেপ্তনা চঙলকপা তারবদি চহি ৩৫ মুক্কী মনুংদা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্লিবা মৈতৈ, পাঙল অমসুং চীংমীশিংগী মশিংদগী হেনখিদুনা হান্নগী মীওইশিং অসি মশাগী লমদা "মশিং য়ামদবা কাংলুপ" অমা ওইরক্লগনি হায়না পাওদম অসিনা ফোংদোক্লি। তাঞ্জা অসি য়ৌরক্লবা ফাওবদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা মীকপ থোক্লিবা করিগীনো হায়বা ৱাফমসু মীওই খরনা ফোংদোক্নরক্লি।

রাজনিতি তৌদুনা লৈবাক অসিবু লমজিংবিরিবা মীওইশিং, সমাজগী সংস্থানশিং, ছাত্রশিং, মীওই পুন্নমক্লা চুংশিন্নদুনা করি করম তৌরগা লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা শক্তম, চৎন-লোনচৎনচিংবসি তুংকোইনা ভাক্তুনা থমগদবগে হায়বগী ৱাফম অসি খন্নবা মতম ওইরে। মতাং অসিদদি মনিপুর এসেমব্লিগী মেম্বর ৬০ গী থৌদাং য়াম্না চাওই। মতম চারিঙৈদা মরি লৈনবা আইন্নচিংবা শেমদুনা মপান্দগী মীতোপ কা হেন্না চঙশিল্লক্লিবসি থিংনবা হোৎনবা মথৌ তাই। "মীতোপ ময়াংশিং হেন্না চঙলক্তনবা অনৌবা আইন শেম্বদনসু য়াররোই।" হান্না চঙলক্তুনা লৈরিবা মীওইশিং অসিগী মশিং অসি লাক্ষ তরেত্তগী হেল্লবা মরম্না মখোয়শিং অসিদগী শন্দোরকপা মচা মশুশিং অদুনা মশিং কা হেন্না য়াম্লক্তুনা লৈবাক অসিগী হান্না লৈজরম্বা মীওইশিংগী শক্তম অদু নোংমা মাঙলকপা য়াবগী থাক য়ৌরকলে। হৌজিক্কী মীওইশিংনা তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম ফজনা উহৌদবা য়াদবনি।

মনিপুর পোৎথোক চাথোক মরাং কায়না লৈজদবা লৈবাক্লি। খজিক্তং থোকচবা পোৎথোক অসিসু ঐখোয় মশেল অমসুং মশিং য়াম্লবা মীতোপশিংগগী মরক্তা

শায়েন-ঙায়েন্নরি। অমরোমদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা নোংমদা শিজিন্নরিবা পোৎলমশিং খুদিংমক মপান লমদগী লোয়না পুশিল্লক্লি হায়বা য়াই। অমুকসু হায়রিবা পোৎলমশিং অসি কারবার চাওনা তৌবা মীওইশিংনা য়োন্নিংবা মমলদা য়োল্লি। লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী হিংনবগী লম্বী অসি মখোয়গী মখুত্তা লৈবগুম তৌরি। মনিপুরনা ভারত্তা তিন্দ্রিঙৈদা লৈবাক অসিগী শেনমিৎলোন করম তৌরমই ? য়াম্না মুন্না নৈনবা চঙই। ভারত সরকারনা থাদরকপা শেঙ্গুংগী মথক্তা লৈবাক অসিবু নুংশিজবা মীওইশিংনা লমদম অসিদা ফংবা পোৎকী মতেংনা করম্বা মওংদা লৈবাক অসিগী শেলথুমগী ফিভম ফগাৎকদবগে হায়বগী ইহৌ অমা শাগৎপা মথৌ তারব্রা হায়জনিংই। অসিগা লোয়ন-লোয়ননা লৈবাক অসিগী শেনমিৎলোন ফগৎনবা হোৎনবা থবক্তা কা হেন্না দরকার লৈতবা মীতোপ ময়াংশিং মশা মশাগী লমদা হুলহুনখিনবা হোৎনগদবনি। ব্রাফম অসি কাংলুপ নাইবগী ব্রাখল অদু নৎচদে। ত্রিপুরাদা ত্রিপুরীশিংনা ওইখিবা লাইবক অদু তাদনবনি। মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিংগী মশিংনা হেনখিবদগী ত্রিপুরীশিংনা মশাগী তোখায়বা শক্তম মাঙখিদুনা মশাগী লৈবাক্তা মশিং য়ামদবা কাংলুপ অমা ওইদুনা য়াম্না তোন্না হিংলি। মতম লৈরিঙৈদা ইশাগী শক্তম কন্নবা থবক পায়খৎহৌদ্রবদি ঐখোয়সু নোংমা ইশাগী লৈবাক্তা য়াম্না তোন্না হিংলকপা য়াই।

হৌজিক লৈবাক অসিনা থেংনরিবা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা উংখৎনবা, চীংমী মীওই খরনা মনিপুর থুগায়নবা হোৎনরিবা খোঙজং, লালহৌলুপ কয়ানা মনিপুর অসি "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইনবগীদমক্লি হায়দুনা লাঙ্থেংনরিবা ব্রাফম কয়ামরুম অসিগী খন্ন-নৈনবা অদু লাইরিক অসিদা থেংনবিগনি।

লাইরিক অসি ঐহাক্না 'ঈবৈপাক" অসিগী মরমদা য়াম্না খঙ-হৈদুনা ইজবা নৎচদে। ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা য়ামখ্রবা ইতিহাসকী পুকৈশিং অদুবু তোল্লবা ঐনা মচা খায়না তেনখ্রবা পুন্সি অসিদা থিজিনবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈজদে। লাইরিক অসি শুপ্নতগী ঐহাক্না ঈ-পাওগী লমদা খোঙদারকপদগী থেংনজরকপা, উজরকপা পোৎশিং অদু ইবৈচাশিংগী মমাংদা থমজনিংবদগী ইথোকচবনি। লাইরিক অসিদা শিজিন্নরিবা মচাকশিং অয়াম্বা ঐহাক্কী হান্না ফোংখ্রবা ইংলিসকী লাইরিকশিংদা শিজিন্নখ্রে। হায়রিবা মচাকশিং অদু ইবৈচা মীয়ামগী মরক্তা খরা হেন্না খঙমিন্নবা য়ানবা ঐহাক্না ইমালোন্দা অমুক ইথোকচবনি। লাইরিক অসিগী মওং অমসুং মই-মরাক্তী ইংলিসকী লাইরিকশিং অদুগা য়াম্না খেন্নে।

খুদক্তা লোয়শিনবা য়াদবা সমস্যা খরসু লৈবাক অসিনা থেংনরি। অদুবু সরকার অমসুং প্রজাশিংনা পুন্না চৎমিন্নদুনা লোয়শিনবা য়াবা সমস্যা কয়াসু য়াওরি। খুদম ওইনা মপান্দগী মীতোপ লেপ্পা লৈতনা চঙলক্লিবা অসিদা অথিংবা থম্নবা আইন শেম্বা য়াই। য়ুমথংনবা নাগালেন্দ, মিজোরামদা আইনশিং অদু চৎনরি। অসিগুম্বা কয়া অসি খন্ন-নৈনজবা লাইরিক্লি। য়াম্না মপুং ফাবা লাইরিক অমদি নত্তে হায়না ইরৈচাশিংগী মফমদা থমজরি। করিগুম্বা উহৌদবা, থিজিনবা ৱাৎপদগী অশোয়বা, অরানবা য়াওরবসু পাবিরিবা ইরৈচাশিংনা ঙাকপিগনি।

ইম্ফাল

ফানজৌবম তরাপোৎ

# ৱামাং য়ানবা ৱারোল

য়াম্না পংচাও চাওদবা খুঙ্গংনি। ইরিল তুরেল অমসুং ফুনান চীংনা মসিগী নোংচুপ অমদি খা থংবা শরুক্তা মথংশিংনা কোয়শিল্লি। য়েংবদা শুমহৎনিঙাই ওইরবা পীক্তক চেঙতক তৌবা চীংমচা, লৌবুক লমহাংশিংনা মায়কৈ অতৈদা কোয়শিনবগা লোয়ননা মসিগী অৱাং - নোংচুপ্তা ইরিল তুরেলগী তোর্বান্দা খুন্দাবা খুঙ্গং অতৈসু লৈ।

লংদুম ইম্ফালদগী খারোমদা কিলোমিতর তরামুক চৎলগা লৈবা খুঙ্গংনি। ইম্ফাল-য়াইরিপোক লম্বীদা খা নোংপোক পাংনা চৎলগা ঙারিয়ান চীং কাদ্রিঙৈ ৱাংখেম খুলসু য়ৌদ্রিঙৈদা মখা পাংনা চঙলিবা লম্বী অদুদা কিলোমিতর অমামুক চঙশিল্লগা লৈবা খুঙ্গংনি। অকোয়বদা লৈরিবা তুরেল, ঈশিং চিথফম খোং, পাৎ, লৌবুক, চীংমচাশিং কয়া অসিনা খুঙ্গং অসিগী মতিক মগুণ লৈহনবদা নত্তুনা ফজবসু হেলহল্লি। লংদুমগী ৱা ঙাকসু নত্তে। মনিপুরগী তম্পাক অমসুং চীংগী মফম কয়াদা লৈরিবা খুঙ্গংশিং অসি মহৌশাগী পিথোরকপা চীং, পাৎ, তুরেল কয়া অসিনা ফজহনবদা নত্তুনা মশা মশাগী ওইবা পুঙ্গি মরেলসু লৈহল্লি।

অনকপা চীং মচাশিংগী মথক্তগী য়েংথরকপদা উ-ৱানা কোয়শিনবা তম্পাক্কী খুঙ্গং অয়াম্বা লৌবুক অমসুং চীংমচাশিংগী মরক্তা লৈবা উমং ৱামং ওইনা উহল্লি। তম্পাক্কী লমশিংসিবু কোয়শিল্লিবা চীংশাং পরেংশিং, মসিদা খুন্দারিবা খুলশিং অমদি চীং-তম অনিগী নিংথিজরবা অপুনবা শক্তম অসিনা লৈবাকসি য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা য়েংনবদা তোপ-তোপ্না তাহল্লি। মতম অমগী অসাম লৈবাকপু থুগায়রগা শেমখিবা নাগালেন্দ, মিজোরাম, মেঘালায়া, অরুনাচল প্রদেসনচিংবসু ফজদে হায়বা নত্তে। হায়রিবা চীংগী লৈবাকশিংসিগী ফজবগা চীং অমসুং তম্পাক অনিনা পুনশিল্লগা শেম্বা মনিপুরগী ফজবগা অস্মমনি। হৌজিক্কী অসামসিসু তম্পাক্কী লমনা হেন্না চাওবা চীংগী শরুকসু য়াওবা ফজবা লৈবাক অমনি।

মফম চানা চানা লৈরিবা চীংমচাশিং খুদম ওইনা ঙারিয়ান, ফুনান, কাইনা, নোংমাইচীং, লাঙ্গোল, কোইরেঙ্গৈ, হৈঙাং, হিয়াংথাঙ, লৈমখোং, কাংচুপ, নম্বোল মাইবা লোকপা, হৈরোক ঈশিংথিংবী চীং অসিনচিংবা কয়া অসিনা ওইহল্লিবা তম্পাক্কী

শক্তম, অদুগা হায়রিবা লমশিং অসিবু কোয়শিল্লিবা চাওরপ তৌবা চীংশাং পরেং পরেংশিং অসিনা মনিপুরগী ফজববু য়ুমথংনরিবশিংদগী হেলহনবতা নত্তনা তোখায় তাহল্লি। অহৈবা অইবশিংনা লৈবাক অসিগী নিংথিজববু শৈথারগা ইবদা অপাবশিংগী পুক্লিং শুমহৎলোয়দবগী মরম লৈতে।

ইম্ফালদগী নোংচুপলোমদা খরা চৎলগা লৈবা কৈথেলমানবীদগী য়েংথরকপদা তম্পাক্কী শ রুক অয়াম্বা উই। তম্পাক্কী মহৌশাগী পিথোরকপা শক্তম অমদি মসিবু শোকপা য়াদে হায়না ঙাকথোকপগুম লৈরিবা চীংশাং পরেং পরেংশিংসিগী ফজবা অদু উরুবা মীওইতনা খঙগনি। করিগুম্বা মতমদা ৱাখলদা ফাওগনি।

> *"আ! কয়াদা নিংথিজখ্রবা, হে ইমা;*
> *নিংশিংদবা ঙমদে হে লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং;*
> *নখোয়গী নতিক নথৌনা নরিংজেল;*
> *হনবা লৈতনা লাম্থেংনখি য়েক্লবা কয়া*
> *নখোয়গী হকচাংদা ঈ মরিক অমা চেল্লিবমখৈ;*
> *থাদোকখি থৱাই নিংঙমদবা লৈতনা*
> *ইমা মহাক্কীদমক।"*

মহৌশাগী পিথোরকপা শুমহৎনিঙাই ওইরবা শক্তম অসিগী মথক্তা মনিপুরগী চীং অমসুং তমগী মফমশিং অসি ফজনা শেমগৎপিরবদি মালেমদা মশক নাইবা লম অমা ওইবা য়াই।

শেম্বু শেম্বীরবদি লৈবাকসিগী লমশিংসিদগী ইউরোপকী মনুং হঞ্জিন্না লৈবা সহর মচা মচাশিং অদুনা কৈদৌঙৈদসু ফজবা হেনগদবা লৈতে। ইউরোপকী সহর মচা অমগী থাকমক য়ৌদ্রবসু লৈবাক অসিগী সহর অমসুং খুঙ্গংশিং অসি করম হায়না উরমগনি করিগুম্বা লম্বী থোঙ ফজনা শেম্বীরবা, মৈ-ঈশিং চাং নাইনা পীরবা, অনা লায়েংশঙ অমসুং মহৈ মশিং তম্ফম শঙশিং ফজনা শেমগৎপিরবা লোয়ননা মরু ওইবা মফমশিংগা চৎথোক-চৎশিন খুদোং চানবা লম্বীনচিংবা মওং তানা শেমজিনবিরবদি। হৌজিক ফাওবদা চীংগী মনুং চঙশিন্না লৈবা খুলশিংদদা নত্তনা তমগী অথাপ্পদা লৈবা খুঙ্গং কয়াদসু লাইরিক লাইসু নিংথিজনা তন্নবগী অদুগা মীওইশিং মশা মউ ফন্না লৈনবগী খুদোংচাবা ফংদবা মফম কয়ামরুম লৈরি। হায়রিবা খুদোংচাবশিং অসিবু ফংহন্দ্রবদি চাওখৎ থৌরাংগী মায়কৈদা কা হেন্না খুমাং চাওশিনবা ঙম্লোই। ভারতকী মফম কয়াদা লৈবা সহর, খুঙ্গং, লম্বী, থোঙ কয়া চহি খরা অসিদা অঙকপা

ফংনা নিংথিনা শেমগৎখ্রে অমসুং শেমগথলি। খুদম পিনিংঙাইগী পিনিংঙাই ঙাক্তনি। লৈফম্না শেমগৎপদা খুদোংচাবা ওইরম্বা য়াই। দিল্লি অমসুং মসিগা নক্লবা রাজ্যশিং - পঞ্জাব, হরিয়ানা, রাজস্থান, উত্তর প্রদেসনচিংবা - অনিগী মরক্তা ফাওনরিবা লম্বীশিং অসি অসুক্কী মতিক ফজনা মালেমগী থাক্তা শেমগৎখ্রে। ইনক নক্লা শিলোং অমসং গুৱাহাতিগা ফাওনরিবা লম্বী অসিসু অসুক্কী মতিক ফজনা শেমখ্রে। হান্না মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরম্বা মনিপুরনা ভারত্তা তিনশিনখিবা চহি ৫৬ লোম শুরে। মনিপুর মনুংগী ওইবা চাওখৎ থৌরাংগী থবকশিং অমদি লম্বী থোঙনচিংবগী ফিভমদি থম্বু থমখিসি। য়াম্না মরু ওইরিবা মনিপুর অমসুং য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা ফাওনরিবা ইম্ফাল-জিরিবাম-শিলচর অদুগা ইম্ফাল-দিমাপুর-গুৱাহাতিগী লম্বীশিংসি মওং তানা শেম্লবা লম্বী হায়বদু ওইদবদগী য়াম্না অৱাবা কয়া মীয়াম্না মায়োক্লরি।

মসিদসু নত্তনা লম্বীশিং অসিদা চৎপদা খুৎলায় পায়বা মীওই কয়ানা মীচম প্রজাদা খুদোংথিহনবা, লুৎ-পাৎ তৌবা, অৱাবা, অপনবা কয়া অমসু পিরি। লৈবাক অসিদদি অমগা অমগা মরাল থংজিনন্দুনা লৈরগা তৌগদবা থবক কয়ামরুম কাওথোক্লগা ৱারীদা, শৈরেংদা, ঈশৈদা য়াওবা "... লাইজনুংগী মনি নারক্কী লৈরাং পীক্তকনা মঙাল চাওবিনি..." হায়বা ৱাহৈশিং অদুদা অদুম পেনথোক্তুনা লৈরগদ্রা?

মতম অমদা "কংলৈপাক", "মৈত্রবাক", "পোইরৈপাক" অসিনচিংবা কয়া কৌরম্বা, হৌজিক্কী মনিপুর অসিগী খ্বাইদগী চাওবা শেম্ভোক লম্বীদি লৌউ-শিংউগী থবক অমসুং মসিদগী পোৎথোক য়াম্না পুথোক্লবা হোৎনবা অসিনি। মনিপুরগী খুঙ্গং অয়াম্বদা লৌউ-শিংউগী থবক অসি মায়পুননা তৌদবা য়াদ্রবা শিনফম অমনি। খুঙ্গং খরদদি মশা মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা শেন্দাল লম্বী লৈজে। পাৎ ময়াদা তাবা খুঙ্গংশিংনা ঙা ফাদুনা অহেনবা শেল তান্নবা হোৎনৈ, খরদনা ফিশা লোনশাগী হিরমদা মায় ওনশিল্লি, খরা অমদনা মফম মফম অদুদা ফংবা মহৌশাগী পোৎ কয়া শিজিন্নদুনা অনৌবা পোৎথোক পুথোক্লবা হোৎনৈ। ৱা মরাং কাইনা ফংবা মফমদা পোলাং, থুমোক, য়াংকোক্লচিঙবা শাদুনা শেল তান্নবা হোৎনৈ। লী য়াম্না হৌবা মফমদা লীনা শাবা চৌক্রি অমদি অতোপ্পা পোৎ কয়া শাদুনা হিংনবগী উপায় ওইনৈ। মফমশিং অসিদা সরকারগী মীৎয়েং চঙশিন্দুনা মীওই কয়ানা লনায় অহেনবা শেল তান্নবা হোৎনরিবা থবকশিংসিদা পুক্লিং থৌগৎপদি কয়া উদে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লৌউ-শিংউগী থবক অসিমদি খুঙ্গং অয়াম্বদা মরু ওইনা তম্পাক্কী লমশিংদা মায়পুননা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ অমনি। লংদুমদসু অদু মঙাই। নোংজু থা হৌরকপদা লৌবুক্তা

কুমদুনা লৌশুবা লৌমী অমগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা শমপোৎ খোয়বদা চঙগদবা শন, পোৎপু অমদি অতৈ দরকার লৈবা পোৎশিং পুদুনা লৌবুক তম্না চৎকনি। খরা অমনা লাঙ্গোল, তুঙ্গোল, লু, তাইচেপ, লোংথ্রাই, হপ্পা, কাওনচিংবা কয়া পুদুনা অনকপদা লৈবা ঈশিংখোং, পাৎ, তুরেলনচিংবদগী ঙা ফাগনি। হায়রিবা থবকশিং অসি লৌমী অমগী লৌউ-শিংউগী মতমদা তৌবা মথৌশিংনি। চহি অমদা লৌমীশিং অয়াম্বা মতমদা লৌবুক্তদা লৈ হায়বা য়াই। নোংজু নুংশা কাঙদনা শুরকপা, নোম্লকপা থবকশিংদুগী মহৈনা হয়েং লৌ পাম্বীশিং ফৌ চরোং চরোং পাল্লকপদা মদুবু য়েংশিন্নবা লৌমীশিংনা তোয়না লৌবুক্তা চৎকনি। লৌ য়েগদবা মতম্না নকশিল্লক্লবা, চীংয়া তময়া পুন্নমক অশং অমান্না থল্লবা, অহাংবা অতিয়ানা য়েংবদা পেনবা নাইদ্রবদা মমাংগী ব্রাখিবা থবক কয়াবু কাওথোক্তুনা লৌমী নহা ঈশৈ নোংমাই অমদি শৈরেংদা ঙাওজবা কয়া লৌদা তাবা তিল, নাপীনচিংবা লৌথোক্লগা ঙহাক পোখাবদা শৈরেং মতেক অমা থিবা, ঈশৈ ঙংদবসু নত্তে।

> *"পোকচগে ইমা নচা ওইনা মপোক মপোক খুদিংগী;*
> *শানজগে নিংতম্না নহাক্কী হাংলবা অতিয়া মখাদা;*
> *কৎথোকচগে পুন্সি পামুবা লৈতনা ইমাগীদমক;*
> *পীনবীয়ু লৌশিং, পীনবীয়ু পাঙ্গল মীমান্নবা ঙম্নবা।"*

হৌজিক্কী লৌউ-শিংউগী থবক্তা অনৌ-অনৌবা খুৎলায়শিংগী মতেং লৌদুনা পোৎথোক চাথোক হেন্না পুথোকপা ঙম্নবা হোৎনরে। অদুম ওইনমক মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিংদদি অরিবা মওংগী শমপোৎ খোয়দুনা লৌ উনবনা অয়াম্বনি। লম্বী থোঙগী ফিভমসু থোয়না ফগত্তে। লৌমীশিংনা শনলম, পাৎলম ফাওদুনা তৌদবা য়াদবা মথৌ কয়া তৌনরি। নুমিদাংব্রাইরমগী মতম লৌকারক্লবদা ঙহাক পোথানবা হোৎনবা লৌমী অয়াম্বগী পামজবনি। মানা মানা পামজবা মওংদা পোথানবা হোৎনগনি। মীয়াই ওইরপ তৌবা মীওইনা মখোয় খরা পুনশিল্লগা অরিবা খুলং ঈশৈনচিংবা শক্তুনা ঙহাক মতম লেনগনি। খরা লৈশিল্লবা মীওইনা অঙাংশিংবু হিদাক হালহন্দুনা মাঙ্গোন্দা হিদাকফুদা তোংজৈ হাপলগা হিদাক চিঙদুনা পোথাবসু য়াওই। অমরোমদা মরুওইনা নুপীশিংনা ঙসাই ফারকপা ঙা, খজিংনচিংবদু খরা কুইনা লীদুনা থম্বা য়ানবা ফুঙ্গাদা মৈ হৌদুনা য়ায়থোক্কনি। অমসুং অঙাংশিংদা ব্রারী লিদুনা চাক লোয়বা ঙাইহনগনি।

"ইমাদি খুয়া শারেদা" চফুদা মৈ থাদুনা ফুৎলিবা মীনা ওনখিবা থেঙ্গু অদুনা হায়রকই হায়না অবোক্না ফুঙ্গাৱারী "শন্দ্রেম্বী চাইশ্রা" গী ৱারী লিরমই। "ইশাইফুদা মমা অমুক ওল্লক্লবা য়োক্লম্বা থেঙ্গু অদুবু মমা অতোম্বীনা নমদুনা মৈ মথক্তা ফুৎহল্লকপদা শন্দ্রেম্বী অদু কপ্পা নত্তনা উপায় লৈখিদে" হায়না ৱারী মখা চৎথখি। অঙাং ওইরিঙৈ, ৱারী য়াম্না তানিংবা মতম্নি। খনখি থেঙ্গু অসি অমুক্তং মী ওল্লক্লবদি নুঙাইনিদা। মখা তানা মশুশিং তুমদ্রিঙৈদা চাক চাখিনবা হোৎনবা হায়বসি অহল লমনগী পামজবনি। ৱারী মখা চৎথখি। মৈগী মৈশানা মশাগী শরুকশিং চাকথেক্লকপদা থেঙ্গু অদুনা মচা শন্দ্রেম্বীদা হায়খি, "ইবেম্মা ইমাদি খ্বাং য়ৌরে, ইমাদি থবাক য়ৌরে, ইমাদি খৌরি য়ৌরে, ইমাদি...।"

করি থোক্লগবা? অয়াম্বা মীপুম খুদিংমক্কী পুক্নিংদা হংলিবা ৱাহংনি। মনিপুরনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি "শন্দ্রেম্বী ইমাদি খৌরি য়ৌরে" হায়বদুগা পাঙ্খক ওইরক্লে। অমগী মথংদা অমা হাপচিল্লক্তুনা লৈবাক অসিগী তুংগী ফিভম করি ওইরক্কদবগে হায়বগী মীপায়বা মীওই কয়াগী পুক্নিংদা ফাওহল্লক্লি। অমরোমদা লৈবাক অসিনা থেংনরিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া অসিবু করম্বা মওংদা শন্তাইনবা পুরক্কদবগে অমসুং লোয়শিনগদবগে হায়না থবক তৌগদবা মীওইশিংনা চীন্দনা অমা, তৌথোরকপা থবক্লা অমা তৌদুনা লৈরি। অসিনা মরম ওইদুনা উপায় লৈজদ্রবা প্রজা কয়া অৱাবা কয়ামরুম মায়োক্লদুনা লৈরি।

লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লিবা মপান লমগী মীওইশিংনা লমদম অসিগী মীওইশিংদা য়েৎশিল্লকপদা নত্তনা হিংনবগী লম্বী খরসু তপ্লা তপ্লা পায়শিল্লক্লি। ভারতকী মীশিংগা য়েংনরুরবদি মনিপুরগী মীশিং অসিদি করিসু নত্তে। পাক চাওরবা সমুদ্রগী ঈশিং ইমায় অদুগী ঈশিং খুজোক অমগা পাঙ্খক্লি। খুৎশুমন য়ামদবা লমদম অসিগী মীওইশিংনা শুজবা থবক কয়া মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিংনা নোংম-নোংমগী পায়শিল্লক্লি। চেকশুবা, উ-শুবা অমসুং অতৈ থবক মচা মচা কয়া লমদম অসিগী মীওইশিংগী খুত্তগী মপান্দগী লাকপা হেন্না মখুৎ মশা হৈবা মীওইশিংনা তপ্লা তপ্লা লৌশিল্লক্লি। ঈশিং ঈচাওগুম হেঙ্গৎলক্লিবা মপানগী মীওইশিংগী মশিং অসিনা হান্না লৈজরম্বা কাংলুপকী শক্তম, ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা নাৎকী ওইবা চৎনবী অসি নোংমা মাঙখিগদ্রা হায়না মীওই কয়াগী থম্মোইদা নুঙনাংবা, মীপায়বা ফাওরকলি। অমুকসু মৈহৌরোলদগী খুন্দারকপা মীওইশিং নত্তবা, শুপ্নগী চহি খরগী মমাংদা চঙলকখিবা মীওইশিংনা মখোয়গী ওইবা তোঙানবা "জিলা" অমা তান্ননবা শেম শাবগী পাও

সরকারদা লৈরে। হায়রিবা "জিলা" অসি হৌজিক্কী সেনাপতি জিলাদা লৈবা কলাপহার অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা লমশিং অসি পুনশিল্লগা শেম্বা পাম্বগী মওংনি। হায়রিবা ৱাফম অসি মীওই খরগী ৱাখলদা খনবা হৌরকপদা ঙায়রি অদুবু মতমগী মতুং ইন্না নোংমা লৈবাক মীয়ামগী মমাংদা শোয়দনা ফোংদোরক্কনি। মসিসু সমস্যা অমা ওইরকপা য়াই।

মপান্দগী চঙলকপা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপকী মীওইশিংগী মতাংদা কুপ্না খঙবা অখণ্ড-অহে মীওই খরগী মতুং ইন্না লেপ্পা লৈতনা চঙলক্লিবা মীওইশিং অসিনা লৈবাক অসিগী অচৌবা সমস্যা অমা ওইরক্রে। লৈবাক অসিদা চঙশিল্লক্লিবা মীওইশিংগী মশিং চাওরাক্লা হোৎলগা য়েংবদা মপান্দগী চঙলকপা মীওই মশিংনা মনিপুরগী চীংদা খুন্দাবা চীংমী মশিংদগী হেনখ্রে। অসিনা মরম ওইদুনা ঙসিদি "য়ুমদাংবনা কৈনারে, লৌ মপু য়োঙনা তাল্লরে" হায়বদু ওইরক্লি। মতম অমদা ত্রিপুরা লৈবাক্তা লমদমদুগী মশাগী মীওই ত্রিপুরীশিংবু মপান্দগী চঙশিল্লকখিবা মীওইশিংনা মশিং হেনখিদুনা ত্রিপুরীশিংগী তোখায়বা শক্তম মাঙখিবগুম, লৈবাক অসিদসু নোংমা থোক্লোই হায়দনিঙাই লৈতে। ইতিহাসকী তাক্কক অমদা মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিংবু পাক হেক চঙহনবা য়াহল্লমদে। অথিংবা নিয়ম কয়া লৈরমই। লাইবক থিবদগী হায়রিবা অথিংবা নিয়মশিং অসি তুংলমচৎকী লম্বী কয়াবু উবা ফংদবা "লমজিংবা " খরনা লৌথোকখিরমই। হায়রিবা অথিংবা নিয়মশিং অসি থংনবা নাগালেন্দ অমসুং মিজোরামদা চৎনরি। মসি চৎন-চৎননা মফমশিং অসিদসু মপান্দগী চঙলকপা মীওই মশিং হেঙ্গৎলক্তুনা অচৌবা সমস্যা অমা ওইরক্লি। চৎনদবা মনিপুরদদি করি থোক্রকপা য়াই হায়বদু ইরাই লায়না উরবা পোৎশক অমনি।

মীওই কয়াগী চিন্দদি ঙাংনরে মদুদি মনিপুরীশিংসু ত্রিপুরীশিংনা ওইখিবা লাইবক অদু নোংমা ওইরকপা য়াই হায়না। অদুবু ওইদনবা থবক থৌওংদি মতম অসিগী লুচিংবশিংনা অমদি মীয়াম্না মাঙওইননা পায়খৎপা উদে। য়েলহৌঙেদগী লৈমিন্নরকপা কাংলুপশিংগী মরক্তা হৌজিক খাইবুং খাইবুং তারক্লি। পুৱারীগী তাক্কক কয়াদা লাকখিবা মীওইগা হান্না খুন্দাদুনা লৈরম্বা মীওইশিংগগী মরক্তসু নুঙাইনদবা কয়া লৈরক্লি। অমরোমদা কাংলুপ মচা কয়ানা মনিপুর অসিবু মচেৎ মচেৎ থুগায়রগা কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা লৈবাক মচা মচা ওইনা শেম্নিংলি। অরানবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া শিজিন্নদুনা মখোয়না পাল্লিবা পান্দম ফংনবা, অদুগা মনিপুর থুগায়নবা তৌরিবা থবকশিং অসি চুমই হায়না উৎনবা হোৎনরি। লৈবাক মচা মচা শেম্বা য়াদ্রবদি চীংগী লমশিং অসি

থংনবা লৈবাক্তা তিনশিনগদবনি হায়না কাংলুপ খরগী মীওইশিংনা হায়রি। মসিদা চীংগী লুচিংবা খরনসু ফোংনা শৌগথলি। মশানা পায়রিবা ফমদা শোক্লকপা য়াই খনবদগী অখুবা মীৎয়েং চেনবা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা লুচিংবশিংনা করি অমত্তা মশাগী ওইবা মোৎ ফোংদোক্তবমখৈ তুমিন্না য়েংদুনা লৈরি।

নাগাগী মীওই খরনা উখ্রুল, সেনাপতি, চান্দেল অমসুং তমেংলোং অসি "খা থংবা নাগালেন্দ" (সাওথ নাগালেন্দ) হায়না কৌবা লৈবাক অমা শেম্বা পামই। মসি য়াদ্রগনা হায়রিবা জিলা মরি অসি য়ুমথংনরিবা নাগালেন্দদা তিনশিনবা পামই। কুকিগী মীওই খরনা মনিপুরদা তারিবা কুকিশিং অসিগী তোখায়বা লৈবাক অমা মনিপুর থুগায়রগা শেম্নিংলি। অমুকসু চুরাচান্দপুরদা লৈবা কাংলুপ খরনা চুরাচান্দপুর জিলা অসি মিজোরামদা তিনশিনবা পাম্লি। হায়রিবশিং অসি য়াদ্রগদি? চহি খরগী মমাংদা চীংগী ছাত্রশিংগী সংস্থান "ওল ট্রাইবেল ষ্টুদেন্টস ইউনিয়ন মনিপুর" না ভারতকী প্রসিদেন্টতা মনিপুরগী চীংগী জিলাশিং- চান্দেল, উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং অমসুং চুরাচান্দপুর - অসি মনিপুরদগী তোখায় তারগা অতোপ্পা লৈবাক অমা শেমজরগে হায়না অইবা চে অমা পিশিনখি। চীংগী ছাত্রশিং অসিনা শেমগে হায়রিবা লৈবাক অদু ভারত সংবিধানগী মখাদা লৈবা লৈবাক্লি। শন্না হায়রবদা চীং অমসুং তম অসি তোখায় তোখায়বা লৈবাক ওইবা পাম্বগী ৱানি। চীংগী ছাত্রশিংনা তাল্লিবা দাবি অসি শুকয়া য়ারোই হায়না মনিপুর সরকারনা ওক্তোবর তাং ২০, ১৯৯৯ দা "অকনবা ৱারেপ" অমা লৌখি। ৱারেপ অদু ভারতকী প্রসিদেন্টতা খঙহনখি। মতাং অসিদা থমজনিংলিবদি মীওই খরদি অমা নৎত্রগা অমদা মনিপুর অসি থুগায়দবা য়াদে হায়বগী ৱাখল চেনবা অসিনি। চীংগী মীওই খরনা চীং অমসুং তম অনি অসিগী মীওইশিং নকশিন্নবা শুকপাম পামদে। লৈঙাক সাশন ফাওবা পুনশিন্নবা পামদে।

ভারতকী সংবিধান্দা "সিক্স সেদ্যুল" হায়বা পন্দুপ অমা য়াওরি। মসিগী মরু ওইবা শরুক্তি অসাম, মেঘালায়া, ত্রিপুরা অমসুং মিজোরামগী খরা মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিংদা করম হায়না লৈঙাক সাশন তৌগদবনো হায়বদু তাকপনি। হায়রিবা মফমশিং অসি খরা চাওখত্রিবা চীংমী (নৎত্রগা ট্রাইবেল) মীওইশিংনা খুন্দাবা লমনি।

"সিক্স সেদ্যুল" গী মতাংদা মচা-খায়না পনজররোই মরমদি লৈবাক অসিদা মসিগী মতাংদা প্রজা মীয়ান্না চহি কয়া খন্ন-নৈনবিখ্রে। তেনতক্লা নিংশিংলবদা খৃঃ ১৯৪৭ কী মমাংদা বৃটিসনা পাল্লিঙৈদা অসামগী মনুং চঙশিন্না তাবা ট্রাইবেল মীওইশিংগী খুল্লাকপা ২৫ রোমদা মখোয়গী খুলশিং অদুবু সাশন তৌনবা অহেনবা

শক্তি খরা পীরমই। মফমশিং অসি মতম অদুগী লৈবাক ঙাকপা মীওইশিং অদুনা য়াম্না তোয়না চত্তুনা চাওখৎ থৌরাং অমসুং সাশনগী থবকশিং অদু য়েংশিনবা ঙম্নমদে। মরম অদুননি খুল্লাকপশিংদা শক্তি খরা পিরম্লিবসি। হায়রিবা লমশিং অদু হৌজিক্কী খাসিগী লমশিং অসিসু য়াওই। মদুদা পিখিবা সাশন তৌনবা শক্তি অদু খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা মনিং তম্লবা ভারতকী সংবিধান্দসু পন্দুপ অমা ওইনা হাপচিনখি। মনিপুরগী করম্বা মফমদা হৌজিক্কী সরকারগী মীওইশিংনা চঙবা ঙমদবা মফম লৈরি। অচৌবা লৈবাক অমগী অপিকপা খুল খরদা নৎত্রগা শরুক মচেৎ অমদা "সিক্স সেদ্যুল" চৎনবা করিসু কাইদে। অদুবু মনিপুরদদি?

মনিপুরগী পাক চাওবা অসি চাওরাক্লা স্কার কিলোমিতর ২২,৩২৭ নি। তম্পাক্কী জিলা মরি - ইস্ফাল ইষ্ট, ইস্ফাল রেষ্ট, থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুরগী অপুনবা পাক চাওবনা চাওরাক্লা স্কার কিলোমিতর ২,২৩৮ নি। চীংগী জিলা মঙাগী পাক চাওবনা স্কার কিলোমিতর ২০,০৮৯ নি। চীংগী সংস্থান অমসুং মীওই খরনা তাম্লিবা দাবিদি চীং পুন্নমক্তা "সিক্স সেদ্যুল" চৎনহল্লু হায়বা অসিনি। অমুকসু য়েংবা য়াই। তম্পাক্কী জিলা মরিগী অপুনবা স্কার কিলোমিতর ২,২৩৮ অসিদগী চীংগী খ্বাইদগী পিকপা জিলা সেনাপতিনা য়াম্না চাওবা হেল্লি। সেনাপতিগী চাওবসি চাওরাক্লা স্কার কিলোমিতর ৩২৭১ নি। করিগুম্বা চীংগী লমদা "সিক্স সেদ্যুল" চৎনরবদি লৈবাক অসিদা সাশন অনি লৈবগা অমহা ওইরোইদ্রা? মসিগীসু মথক্তা মনিপুর পুন্নমক্কী ওইবা অচৌবা চাওখৎ-থৌরাংগী থবক অমা চীংদা পায়খৎকে খনবদা "সিক্স সেদ্যুল" চৎনরবদি পাক য়ারোই। আইন ময়াম অমা শেমদোক শেমজিন চঙবদা নত্তনা অয়েৎপা ময়াম অমা লাক্কনি। "সিক্স সেদ্যুল" চৎনরবদি "দিস্ত্রিক কাউন্সিল" অমসুং "রিজনেল কাউন্সিল" হায়বনচিংবা কয়া শেম্নগা চীংগী লম অদু রাজ্য সরকারগী মথৌ কয়া রাওদনা সাশন চলাইগদৌরিবনি। হৌজিক হৌজিক মনিপুরগী চীংগী লমশিংবু লৈঙাক সাশন তৌজনবা রাজ্য সরকারগী মখাদা লৈবা আইন কয়া লৈ। খুদম ওইনা "মনিপুর ভিলেজ ওথোরিতিজ ইন হিল এরিয়াজ এক্ট ১৯৫৬ অমসুং মনিপুর (হিল এরিয়াজ) দিস্ত্রিক কাউন্সিল এক্ট ১৯৭১" নচিংবা কয়া লৈরি। মসি "সিক্স সেদ্যুল" গা অমহানি। তৌবদবু আইনশিং অসি রাজ্য সরকারগী মখাদনি। "সিক্স সেদ্যুল"না ভারত সরকারগী মখাদনি।

চীংদা "সিক্স সেদুল্য" চৎনহনগদবনি তকশিল্লিবা সংস্থান "সিক্স সেদ্যুল দিমান্দ কমিতি মনিপুর" না হায় "চীংগী প্রজাশিং অসি রাবনা খম থেংলে।" রাজ্য সরকার

(মনিপুর সরকার) না চীংগী চাওখৎ-খোঙথাংগী লম্বীদা থওইবিদ্রে হায়না কমিতি অসিনা ভারত সরকারগী শোখহৌরবা কাংলুপকী অৱাৎ অপা য়েংশিন্নবা শেমখিবা সংস্থান "নেসনেল কমিসন ফোর সেদ্যুল কাষ্ট এন্দ সেদ্যুল ত্রাইব" তা ওক্তোবর ২০০০ দা অইবা ৱাকৎ চে অমা পিশিনখি। চে অদুনা অসুম্না হায় ঃ লমগী খাজনা থিদোক থিজিন অমসুং শেমদোক শেমজিনগী আইন "মনিপুর লেন্দ রেভেন্যু এন্দ লেন্দ রিফোর্মস এক্ট ১৯৬০" অসি চীংদা নমফুদা চৎনহল্লে (খঙজিনবিগদবনা মসি য়াম্না লানবা ৱানি। মোরে অমসুং চুরাচান্দপুরগী মফম খরা নত্তনা এক্ট অসি চীংদা চৎনদ্রি), মনিপুরী লোল অসিসু ত্রাইবেল (চীংমী) শিংদা তমহল্লে, সরকারগী থবক হাপ্পদা চীংগী খাক্তুনা থমগদবা ফমশিং থমবিদ্রে, চীংগী লমদা থাদগদবা পৈশা থাদদে, সরকারগী চীংমী কর্ম্মাচারিশিং ঙহাক লৈতনা থবক তৌবা মফম হোংদোক হোংজিন তৌবিরে, "সিক্স সেদ্যুল" চৎন্নবা হোৎনবিদ্রে। হায়রিবশিংসি অচুম্বা অমত্তা য়াওদে। পাবিরিবশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি।

হান্না চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা রিশাং কৈশিংনা ভারত সরকারদা চিঠি অমা ইদুনা চীংগী লমশিং অসিদা "সিক্স সেদ্যুল" চৎনহনবীয়ু হায়খি। মহাক্কী মতুংদা পাল্লকপা মনিপুর সরকারনসু "সিক্স সেদ্যুল" অসি চীংদা চৎনহনবীয়ু হায়না ভারত সরকারদা হায়জখি। হৌজিক করিগুম্বা অয়েৎপা মচা অমা লৈবদগী "সিক্স সেদ্যুল" অসি চৎন্দনা লৈবনি। রিশাংনা ১৯৯৫ গী মে তাং ২৩ দা হান্না ভারতকী হোম মিনিষ্টর ওইরম্বা এস বি চাভান্দা ইবা চিঠি অদুনা হায় ঃ "সিক্স সেদ্যুল" গী মখাদা লৈগদবা চীংগী লমশিং অদুবু সাশন তৌগদৌরিবা "রিজনেল কাউন্সিল" অমসুং "দিস্ত্রিক কাউন্সিল" শিংদুদা কা হেন্না শক্তি পীগদবনি। মনিপুর সরকারগী মরুওইবা বিভাকশিং, খুদম ওইনা এগ্রিকলচর, রেভেন্যু, ইন্দস্ত্রি, ৱাটর সপ্লাই, ফোরেষ্ট, পী দব্লীয়ু দি, ইলেক্ত্রিসিতি অসিনচিংবসি হায়রিবা "রিজনেল কাউন্সিল" অমসুং "দিস্ত্রিক কাউন্সিল" অসিগী মখাদা থমগদবনি হায়বনচিংবসিনি। করিগুম্বা য়েৎনবা লৈতনা "সিক্স সেদ্যুল" অসি চৎনরম্লবদি (নৎত্রগা চৎনরক্লবদি) লৈবাক অসিদা সাশন অনি লৈবগা পাঙ্খক ওইরোইদ্রা?

চাওখৎ থৌরাংগী থবক্তা খুমাং চাওশিন্দ্রিবসি চীংদদা নত্তে তমদসুনি। ভারত সরকারনা মনিপুরগীনি হায়দুনা "হৈক্রু মনাদা য়োম্লগা" পীরকপা শেনফম অদু মফম চানা, মওং তানা য়ৌহন্নিংবা মফমদা পাক য়ৌহনবা ঙমদে। লৈবাক্কী ফম্নাইবা অমসুং মরি লৈনবা বিভাকশিংগী অচৌ-অশাংগী মখুত্তা নত্তনা অতোপ্পা পামদবা মফমশিংদসু শেনফমসিগী শরুক কয়া য়ৌখিদবসু নত্তে। অহানবদা য়াম্না মরু ওইরিবদি লুচিংবশিংগী

ৱাখলদা লৈবাক অসি "মীমান্নবা" ঙমদ্রে অদুনা শেমগত্তবা য়াদবনি হায়বগী ৱাখল্লোন চেনবা অদুনি। মসিগী ৱাখল অসিবু লৈত্রবদি "সিক্স সেদ্যুল" নৎত্রগা অতোপ্পা আইন অমবু ওইসনু লৈবাক অসিনা চাওখৎ খোঙথাংগী লম্বীদা খুমাং চাওশিন্না চৎপা ঙম্লোই। হৌজিক্কী লুচিংবশিংগী মরক্তা ৱাখল্লোন অসি চেনবা কয়া য়াম্না লৈরবগে হায়বসি হংবা য়াবা ৱাহংনি। মতাং অসিদা পনবা য়াই চাওখৎ থৌরাংগী থাদরক্লিবা শেনফমশিংগী শরুক খরসু লালহৌবা মীওইশিংগী মখুত্তা তাদবসু নত্তে।

ভারত সরকারনা মনিপুরগী চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তা পীরক্লিবা পৈশা অসি অতোপ্পা রাজ্যশিংগা য়েংনবদা য়াম্না য়ামদে। মসিগী মরম য়াম্না লৈ। মনিপুর সরকারনসু খজিক্তং পীরক্লিবা শেনফম অসিবু মওং তানা শিজিন্নখ্রে হায়বগী অইবা চে-চাং অদু ভারত সরকারদা চাং নাইনা পীবা ঙমদে। অসিনা মরম ওইদুনা মখা তানা থবক থৌরম অমগী পৈশা পীরক্কদবদুসু পীরক্তবা কয়া য়াওই। ভারত সরকারনা পীরক্লিবা পৈশা অসি করম হায়না শিজিন্নবগে অমসুং কদাইদা শিজিন্নখ্রবগে য়েংশিন্নবা লৈরিবা ওফিস "কম্পত্রোলর এন্দ ওদিতর জেনরেল ওফ ইন্দিয়া" না চহি খুদিংগী অইবা পাওদম অমা ফোংই। পাওদম অসিনা হায় মদুদি চহি খরগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবা অসিদা মনিপুরগীদমক্তা পীরক্লিবা পৈশা অসি মওং তানা ফজনা অমত্তা শিজিন্নদে। "সরকারগী লোয়শঙ অয়াম্বনা পৈশা মফম চানা শিজিন্নদে, হেন্না অমসুং মরম চাদনা খরচ তৌই, মরি লৈনবা অচৌ অশাংগী অয়াবা য়াওদনা পৈশা পীথোকপা য়াওই, চাওখৎ থৌরাংগী থবক মওং তানা পায়খত্তে, অকরুবা থবক অমগী থম্বা পৈশা অতোপ্পা থবক অমদা শিজিন্নথোকই, সরকারগী খাজনা ফজনা খোমগৎপা ঙমদে" হায়বনচিংবা পাওদম অসিনা পল্লি। পাওদম অসিনা হায় ফন্না য়াম্না "পৈশা শিজিন্নবদা লাল্লে" হায়বা খঙলবসু মদুগী অশোয়বা অদু মথং লাকপা চহিদা শেমদোক্লবা অমসুং চুমথোক্লবা খক হোৎনদে। অশোয়বা ময়াম অসিগী চৈথেং অমদি অৱাবনা ইচম চম্না লৈজবা করিসু খঙজদ্রবা চীং অমসুং তমগী প্রজাশিংনা ফঙই।

হৌজিক ফাওবদা মশক মমিং লৈবা ইন্দস্ত্রি, ফেক্তরিনচিংবা অমত্তা লৈবাক অসিদা লৈত্রি। লমদম অসিদা ফংবা পোৎথোক শিজিন্নদুনা লৈবাক অসিবু চাওখৎনবা ভারত অমসুং রাজ্য সরকারনা হোৎনবীদে। তৌবু তৌগে হায়রবদি ভারত সরকারনা ইন্দস্ত্রি, ফেক্তরিনচিংবা লিংখত্তুনা লৈবাক অসিনা চাওখৎ খোঙথাংগী লম্বীদা মাং থানা চৎপা ঙম্নবা থবক পায়খৎপিবা য়াই। মতম অমদা জিরিবামলোমদা ফংবা ৱা শিজিন্নদুনা চেগী ইন্দস্ত্রি অমা লিংখৎনবা খন্নরমই। অদুবু হায়রিবা ইন্দস্ত্রি অসি শিলচর

(অসাম) দা ওইনা লিংখৎখ্রে। য়াম্না লাইবক থিবা লৈবাক্নি। লৈবাক অসিদা খরা শিংথানবা য়ারিবা ইলেক্ট্রিক্কী শক্তি পুথোক্লিবা "লোক্তাক হায়দ্রো প্রোজেক্ট" অসিসু "নেসনেল হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক পবার কোরপোরেসন" গী মখাদা লৈবনি। সংস্থান খরনা ভারত সরকারদা মসিবু মনিপুর সরকারদা শিন্নবিরো অদু ওইরবদি লৈবাক অসিগী শেলথুমগী ফিভম অসি খরদা ওইরবসু ফগৎকনি হায়না তকশিনখি। অদু ৱা ওইনা তাবিদে। হায়রিবা প্রোজেক্ট অসিনা থংনবা লৈবাকশিংদা বিজলি শক্তি য়োনবদগী কোরপোরেসন অসিনা শেন্দোং য়াম্না তাল্লি।

চহি খরগী মতুংদা মনিপুরগী ফিভম অসি করি ওইরক্কদবগে হায়বদু মীওই পুন্নমক্না য়াম্না মুন্না খন্থবা মতম ওইরে। মতাং অসিদদি হৌজিক্কী রাজনিতি লুচিংবশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই। ঙহাক্কী শক্তি পায়রিঙৈদা মতম হৌখিবা ঙায়দুনা লৈরগদি তুংগী মীবোলনা মখোয়বু "য়াম্না ৱারৌবা" য়াই। প্রজা মীয়ামগী লাইবক থিবসি মতিক চাবা লুচিংবা লৈতবা অসিনি।

হৌজিক্কী মতম অসি অঙকপা ফংনা চাওখৎলবা মতম্নি। পৃথিবীগী করম্বা মফমদা করি তৌরিবগে হায়বদু খুদঙ্ঙো খঙবা ঙম্লবনি : প্রজা মীয়াম করিসু খঙলম্লোই হায়দুনা লুচিংবশিংনা অতোপ্পদা মরাল থংজিল্লগা চাওখৎ-থৌরাংগী থবকপু মীরাইনা লৌবা ফরোই। ইরাই লায়বা খুদম অমা। করম্বা মনিপুরগী মফমদা শিংথানবা য়াবা লম্বী লৈবগে। অথাপ্পা মফমশিংদি তোক্লসি। ইম্ফাল অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈরিবা লম্বীশিং অসিগী ফিভম অসি য়েংলগা লৈবাক অসি কয়া য়াম্না চাওখৎলবগে হায়বদু খঙগনি। খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনসু প্রজা মীয়ামদা কান্নগদবা চাওখৎ থৌরাংগী থবক্তদি অপনবা পীবিরোই হায়না আশা তৌজে। লুচিংবশিংনা মরি লৈনবা অখঙ অহে মীওই কয়া তান্নদুনা করি করম তৌরগা লৈবাক অসি খুমাং থানা চাওখৎলমদা চৎকদবগে হায়বদু খন্থবা মতম ওইরে। ভারতকী চাওখৎ থৌরাংগী থবক থৌওং করম হায়না পায়খৎকদবগে হায়দুনা লৈরিবা "প্লানিং কমিসন" গী মীওইশিংনসু মনিপুরগী শোৎথরিবা চাওখৎ খোঙথাং লম্বী অসি করম হায়না ফগৎকদবগে হায়বগী মরমদা পুক্নিং চঙশিনফম থোকই।

হৌজিক্কী মওং অসিদি ভারত সরকারনা চহিগী পৈশা পীরক্কনি। পীরক্লিবা শেনফম অসি মপান্দগী থাজিল্লক্লিবা নোংমদা চঙদবা য়াদ্রবা পোৎশিং অসি লৈবদা পৈশাশিং অদুগী অয়াম্বা শরুক মপান্দা অমুক চৎখিগনি। ভারত সরকারনা পৈশা পীরক্রুবদি "মীয়াম পুন্নমক" চরা হেনবগী মওংদা লাক্লে। পীরক্লগা চাগনি পীরক্লগা চরা হেনগনি

হায়বগী ৱাখলদা লৈবগুম তৌরে প্রজাশিংংসি। চাকখাও হাংলগা করম হায়না লৈবাক্কী ৱাখল খনগনি।

পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা চাওখৎ খোঙথাংগী লম্বীদা য়াম্না মাঙথানা চেল্লি। লালহৌবা লৈবা স্পেনগী কেতালোনিয়াগী সহর বারসেলোনাদসু অদু মঙাই। চাওখৎপনা খম থেংলে হায়বা য়াই। হৌজিক অমগা অমগা মরাল থংজিন্নবগী মতম নৎত্রে। চীংগী প্রজা কাংবু খরনা শাওবসু চুমই। মফমশিং অদুদা লম্বী থোঙ ফজনা লৈতে। খুল অমগা খুল অমগা ফাওদোক ফাওজিন তৌবদা অৱাবা অমা ওই। লাইরিক তম্ফম শঙশিং, অনা লায়েংশঙ, সরকারগী ওফিসনচিংবা মওং তানা লৈতে। ভারতকী ম রু ওইবা রাজ্যশিংদা খুন্দারিবা মীওইশিংনা "নিংতম্বগী মহাও" কয়া ফংখ্রে অমসুং ফংলি। লাইবক থিবদগী হৌজিক ফাওবা মনিপুরগী মনুং চঙশিন্না খুন্দারিবা মীওইশিংদি নিংতম্বগী মহাওদি লাইরদনা পুন্সিদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎলম কয়ামরুম ফংদনা লৈরি। হৌজিক্কী রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা চাওখৎ থৌরমগী থবক্তা তৌদবা য়াদে খন্দুনা কৎখোকপগী ৱাখল অমগা লোয়ননা খরমখৈ পায়খৎত্রবদি "লৈবাক অসিবু থুগায়নিংবা কাংবুনা খুদোংচাবা কয়া শোয়দনা লৌখিগনি।"

মনিপুরগী মীশিং অসি চাওরাক্লা ২৩,০০,০০০ নি। মসিগী মনুংদা চাওরাক্লা চাদা ৬০ না তমদা অদুগা ৪০ না চীংদা খুন্দাদুনা লৈ। য়াম্না চাওনা খেন্নবা অমনা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা আইনগী মতুং ইন্না তমগী মীনা চীংদা খুন্দা লৈতাবা য়াদে। চীংগী মীওইদি তমদা য়ুম কৈ শাদুনা খুন্দাবা য়াহল্লি। হৌজিক ফাওবা চীংগী লম অসি সরকারনা ফজনা ওস্থোক্কুনা (জারি তৌথোক্কুনা) মরি লৈনবা চে চাং শেমদুনা, লমগা মরি লৈনবা আইননচিংবা শেমদোক্কুনা মফমশিং অসিদা কান্নবা শেম্থোক ওইগদবা থবক থৌওং পায়খৎপগী লম্বীদা চঙশিন্নবা খোঙথাং থাঙজিন্দ্রি।

চীংগী মীওইশিং অসি মশা মশাগী মীংদা লমগী ওইবা চে চাং লৈতে। চীংগী লমসি অয়াম্বনা খুলগী খুল্লাকপা নৎত্রগা কাংলুপকী মিংদা ওইনা লৈ। মতমগী মতুং ইন্না আইন খরা শেমদোক শেমজিন তৌদুনা চীং অমসুং তমগী লমশিং অসিবু ফজনা শিজিন্নদুনা পোৎথোক চাথোক লৈহন্নবা হোৎনদ্রবদি লৈবাক অসি কৈদৌঙৈদা চাওখৎ খোঙথাংগী লম্বীদা খুমাং য়াঙ্না চঙশিনবা ঙম্লোই। ভারত সরকারনা পীরকপা শেনফম অসিতনদি লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী পুন্সিগী শেম্থোক লম্বীদা কা হেন্না অহোঙবা পুরকপা ঙম্লোই।

চীংগী লমশিং অসি অসুক্কী মতিক লৈহাও চেল্লি। মফমশিং অসিদা চা, কোফি, শীঙনচিংবা থাবদা য়াম্না চান্নে হায়। মনিপুর সরকারনা চীংগী লমশিং অসিবু ফজনা শিজিন্নদুনা লৈবাক অসিগী শেঙ্গোক হেনগৎহন্দুনা অতোপ্পা চাওখৎপা রাজ্যশিংগা মান্ননা চৎপা ঙম্নবা হোৎনদ্রিবা করিগীনো? মীওই খরনা হায়রকপা য়াই চীংদা চাওখৎ থৌরাংগী থবক পায়খৎনবা হোৎনবদা চীংগী লম অসি হান্না আইন অমগী মখাদা ওম্হোকপা (জারি তৌবা) মথৌ তাই। মসিদা চীং তম অনিগী মরক্তা ভাব তানদবা থোক্লকপা য়াই হায়বনচিংবা। মথক্তা পনজরিবা অসি "অখুবা মীৎয়েং য়েংবা মীওই" খরগী ৱানি। ঙহাক ঙহাক্কী মতম লেন্নবা হোৎনবনা তুংদা লাক্কদবা মীরোলশিংদা অৱাবগী পোৎলুম হেন্না হেন্না হাপচিনবা ওইনা থোক্কনি। হৌজিক্কী লুচিংবশিংনা "ইতিহাসিক ওইবা খোঙথাং" খরা থাঙলমদ্রবদি লৈবাক অসিগী তুংদা লাক্কদবা মীরোলগী পুন্সি করি ওইরগদগে হায়বসি হংবা য়াবা ৱাফম্নি। শোক ১৯৮৮ গী অদুৱাইদা পাল্লম্বা আর. কে. জাইচন্দ্রগী সরকারনা চীংগী লমদা চাওখৎ থৌরাংগী থবক থৌওং কয়া পায়খৎপা য়ানবা আইন খরা শেমদোক্লবা ৱাফম মনিপুর এসেমব্লীদা পুখৎখি। লাইবক থিবদগী তুংগী তুংলমচৎ উবদা খরা ৱানা থোকপা চীং অমসুং তমগী মীওই খরনা থবক অদু মায় পাকহনখিদে। হৌজিক্তি ভাব তানদবা পোৎ খুদিংমক ৱারী শাদোক্লদুনা লৈবাক অসি চাওখৎপগী লম্বীদা মাঙজিন থানা চেন্নবগী হোৎনবা মতম ওইরে। মসিগী হিংমদা কনানা হান্না অহানবা খোঙথাং থাঙগদবগে হায়বদু পাবিরিবশিংনা হেন্না খঙবিরবানি।

চীংগী লমদা, মরু ওইনা উখ্রুল অমসুং সেনাপতি জিলাগী মফম খরদা, লনাই মীওই খরনা চা, কোফি, শীঙ থাবা হৌরে। মসিগী পোৎথোক অসি মপানগী লমদা য়াম্না পাম্না লৌনৈ হায়না চীংগী মীওই খরনা হায়। হায়রিবা পোৎশিং অসি সরকারনা অখন্নবা থবক থৌরম অমগী মখাদা পাক শন্না পুথোকনবা হোৎনবা য়াদব্রা?

মথক্তা পনজখ্রে মদুদি তম্পাক্কী জিলা মরিসি পুনশিল্লগা চীংগী খ্বাইদগী পিকপা জিলানা চাওবা হেল্লি হায়না। অমুকসু মতমগী মতুং ইন্না জিলাশিং অসিগী ঙমখৈশিং য়াৎথোক য়াৎশিন তৌবা য়ানবা মরি লৈনবা আইন্নচিংবা শেমদোকপগী মথৌ তারে। হৌজিক্কী লৈরিবা মনিপুরগী ফিভম অসি কুপ্না য়েংলবা মতুংদা খঙলে মদুদি করিগুম্বা মশক থোকপা থবক খরা তৌদুনা চীং অমসুং তমদা চৎনরিবা আইনশিং শেমদোক্লুনা জিলাশিং অসিগী ঙমখৈ অসি অমুক হন্না য়াৎথোক্লবদি লৈবাক অসি তুংদা করি ওইরক্কদবগে হায়বদু ইঙান ঙান্না উবা ফংই। মনিপুরগী মীশিং পুন্নমক তম্পাক্কী স্কার

কিলোমিতর ২,২৩৮ না মতম লৈবা খিবিক্তা থাক্কদবনি হায়বসি ওইথোক্তবা ৱানি। অথাপ্পদা খুন্দাবা মীওইশিংনা জিলাশিংগী ঙমখৈ হোংদোক হোংজিন তৌবদা কান্নবা ফংগনি। তম্পাক মনাক্তা লৈবা চীংশিং তম্পাক্কী জিলাশিংদা পুনশিনবা য়াই। অথাপ্পা তম্পাক্কী চীদাইদা লৈবা লমশিং চীংগী জিলাশিংদা পুনবা য়াই। য়াম্না পিকখ্রবা খুদম অমা। লংদুমগা নক্নুনা লৈবা ফুনান মরিংগী খুল অসি সেনাপতি জিলাগী মনুংদনি। মীওইশিং অসিনা খুলগা সরকারগা মরি লৈনবা থবক অমা তৌবা তারবদি সেনাপতি জিলাদা লৈবা কাংপোকপি নৎত্রগা সেনাপতিদা চৎপা তাই। করিগুম্বা মসিনা ইম্ফাল নোংপোক জিলাগী মখাদা লৈরম্লবদি সেনাপতি নৎত্রগা কাংপোকপিদা তৌগদবা থবক অদু ইনক নকপদা লৈবা পোরোমপাক্তা তৌরম্বসু য়াই।

মনিপুরগী প্রজাশিং হৌজিক ৱাবনা লোয়রে। মসিংগীসু মথক্তা লৈবাক অসিদা নোংমতা কাওদনা থোক্লিবা মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক ৱাথোকশিংনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা মীপুম খুদিংমক্তা চৈথেং ফংহল্লি। অমরোমদা থবক ফংদবা লাইরিক লাইসু হৈরবা নহারোলগী মশিং অসি চহি খুদিংগী হেঙ্গৎলক্লি। মখোয়বু পাকশন্না থবক পিবা ঙম্বা অচৌবা ইন্দস্ট্রি, ফেক্তরিনচিংবা লৈবাক অসিদা লৈতে। লাইরিক ফজনা তমদবা নহারোলগী মশিংসু নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি।

নহারোল মরক্তা পেন্দবগী চাং অসুম ৱাংখৎলক্লি। কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা থাজনদবসু হেঙ্গৎলক্লি। করিসু লৈতবা য়াম্না পীকপা দাবি অমগীসু চীংদা খুন্দাবা মীওইনা মরু ওইরিবা ইম্ফাল-দিমাপুর অমসং ইম্ফাল-জিরিবাম লম্বীশিংবু য়াম্না তোয়না "থিংজিল্লি"। মসিনা মরম ওইদুনা প্রজা মীয়াম্বু ঙহাক লৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা অপনবা পীবদা নত্তনা খুদোংচাবা লৌবা কারবার তৌবা মীওইনা পোৎচৈগী মমলসু ৱাংনা য়োল্লি।

চহি খরগী মমাংদা লালহৌলুপ খরনা সরকারগী কর্ম্মাচারিশিং, কারবার তৌবা অমদি লনাই মীওইশিংদগী থা থাগী ওইনা পৈশা খোমগৎলমই। চীংদসু চীংগী লালহৌলুপ খরনা প্রজাশিংদগী পৈশা খোমগৎলমই। অসিদসু নত্তনা ইম্ফাল-দিমাপুর অমসুং ইম্ফাল-জিরিবাম লম্বীশিংদা চেনবা গাড়ী মপুশিংদগী হৌজিকসু চীংগী লালহৌলুপ খরনা "খাজনা" গী মওংদা লুপা লাক্ষ কয়া কয়া চহি খুদিংগী লৌরি। মসিনা মরম ওইদুনা লম্বীশিং অসিদা মাল পুথোক পুশিন তৌরিবা কারবার তৌবা মীওইনা মখোয়গী পৈশা মাঙদনবা পোৎচৈগী মমল হেন্না য়োন্দুনা প্রজাশিংদা অৱাবা চৈথেং পিরি। তমদদি লৈবাক অসিগী মরু ওইবা লালহৌলুপ খরদি সরকারগী কর্ম্মাচারি

অমদি লনাই মীওইশিংদগী শেল খোমগৎপা তোক্লে হায়না লাওথোকখ্রে। অদুবু মনিপুরগী মশিং য়াম্লবা লালহৌলুপশিং অসিনা অতোপ অতোপ্পা পাম্বৈনা "সরকার অমসুং অতৈ মফমশিংদগী" খোমগৎপা পৈশা অসি য়ামদ্রবদা চহি অমদা লুপা ক্রোর ১০০ মুক্তী ওইগনি হায়না সরকারগী মরি লৈনবা মীওইশিংনা পানরি। ভারত সরকারনদি চহি অমদা চাওরাক্লা ক্রোর লিশিং ৩/৪ গী মথক্তা পুন্না শেম্ছুং ওইনা পীরকই। য়াম্না কুপ্পা নৈনবা চঙই।

লৈবাক অসিগী ফিভম নোংমা-নোংমগী লুশিল্লক্লি। খুৎলায় পায়বা লালহৌলুপ ১৮ মুক্লা মনিপুরগী মফম কয়াদা মখোয়না পাল্লিবা পান্দমশিং অদু ফংনবা থবক থৌওং কয়া চথরি। খরা অমনা মনিপুরবু মচেৎ মচেৎ থুগায়রগা লৈবাক মচাশিং শেম্বা পামই। খরা অমনা মনিপুর কায়বা শুকয়া য়ারোই হায়রি। মনিপুর কায়বা য়ারোই হায়রিবা মরু ওইবা লালহৌলুপশিং অসিনা হায়রি মদুদি মনিপুর অসি ভারতকী শরুক অমা ওইবসু য়ারোই। "মনিং মখা তম্বা, মশাগী মরোমদোম লেপচবা লৈবাক অমা ওইগদবনি" হায়না মখোয়না হায়।

হায়রিবা লালহৌলুপশিং অসিগী চাওরাকপা ৱারী লাইরিক অসিগী লোয়রমদাইদা থেংনবিরক্কনি। খৃঃ ১৯৯২ গী হৌরকপদগী চহি খরা চথখিবা নাগা অমসুং কুকি কাংলুপ অনিগী মরক্তা হাৎতোক হাৎচিন তৌনখিবা অদু মনিপুর থুগায়বগী ৱাহৌদগীনি। নাগা কাংবু খরনা মখোয়না মনিপুর থুগায়রগা থংনবা নাগালেন্দা তিনগে হায়রিবা লম শরুক অদুদা কুকিনা খুন্দাবা খুলশিং য়াওই। অদুগা কুকি খরনা মনিপুর থুগায়রগা মখোয়গী ওইবা "কুকিলেন্দ" শেমগে হায়বা অদুদা নাগানা খুন্দাবা লম য়াওই। মনিপুরগী মফম অমত্তদা কাংলুপ অমখক্তনা খুন্দাবা লম লৈতে। মফম খুদিংমক তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিং পুন্না খুন্দাদুনা লৈমিন্নে। কুকি-নাগাগী হাৎতোক হাৎচিন তৌনবা অদুদা পুন্না মীওই ৮০০ গী মথক্তা শিখি, চা কয়া অশোক অপন নংখি, য়ুম অমদি খুল লিশিং কয়া অমাং অতা য়াওখি। অঙাং চা কয়া মপা মমা কায়নখি, নুপী কয়া "পামদবা পাম্বৈ শিজিন্নদুনা" হিংনবা লম্বী থিবা তাখি।

মনিপুরদা থাজরমদবা থৌদোক কয়া থোক্লক্লি। মতম অমদা অমত্তা ওইরম্বা খুৎলায় পায়বা লালহৌলুপ কয়া মচোই মচোই তান্নদুনা অমগা অমগা হাত্তোক্লরি। খুৎলায় পায়বা মনিপুর থুগায়বা পাম্বা কাংবুগা খুৎলায় পায়বা মনিপুর থুগায়বা য়ারোই হায়বা কাংবুগসু য়ানদবা নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। খুৎ থোক্লবসু য়াওরে। অমরোমদা সরকারগী লান্মীগা লালহৌবা মীওইশিংগা নোংমা কাঙদনা খুৎ থোক্লবদা

মীশি মীনা কয়া অমা য়াওরি। অমনা অমবু তাঞ্জা ফংবদা হাৎনবা হোৎনরি। লালহৌবা মীওই থিবা অমসুং লাকশিন্নবগী মমিংদা সিফাই কয়াগী মখুত্তা মীচম চা কয়া চহি খরা অসিদা শিখ্রে। সিফাইশিং অসিবু শক্তি হেন্না পীরিবা আইন "আর্মদ ফোর্সেস স্পীসিয়েল পৱারস এক্ট ১৯৫৮" অসি খৃঃ ১৯৮০ দগী মনিপুরদা চৎনরক্লি। মসিগী তমথিরবা শরুক্তি সিফাই (মহাক অসি ফম য়াম্না চাওবা মীওই ওইদবসু য়াই) অমনা "মী অমবু চীংনরবদি নোংমৈনা হেক্তা কাপ্পা য়াই। মদুদা মীদু শিরবসু য়াই" হায়রি। চেন্নরিবা সিফাই অদুগী মথক্তা আইনগী মতেং লৌরগা কোর্টতা দরখাষ্ট থাবা তারবসু ভারতকী হোম মিনিস্ত্রিদগী অয়াবা হান্না লৌগদবনি। মসি অরাইবা থবক্লা? পাবিরিবীশিংগী মতম য়াম্না লৌজরোই। "এক্ট" অসিগী মখাদা মীচম কয়া মথৱায় মাঙখ্রে অমসুং মীচম কয়া মীওৎ মীনৈবদা লৈবাক অসি কয়া য়াম্না ইরাং হৌখ্রবগে হায়বদু মীয়াম্না হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি। আইন অসি নোংমা লৌথোকখিবা য়াই অমসুং লৌথোকখিদবসু য়াই। অদুবু মসিনা থোকহনখিবা কি-তুজুংনিংঙাই ওইখ্রবা থৌদোক ৱাথোকশিং অদুদি মনিপুর প্রজাশিংগী পুক্নিংদগী কাওথোকপদি মতম চঙগনি। মীয়াম্না হংনরক্লি, খুৎলায় পায়বা সিফাই নখোয়না মীচম ওৎপগী মহুত্তা খুৎলায় পায়বা নহারোলগা অদুম থেংনবা য়াদ্রা? প্রজাশিং অসি নুঙ অনিগী মরক্তা হা হায়বদু ওইরে। অমরোমদা সরকারগী সিফাইনা লালহৌবা মীওই থিবা হুম্বগী মিংদা মীচম কয়া ওৎপা, নৈবা, হাৎপনচিংবা তৌবা। অমরোমদনা খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংনা করিগুম্বা মখোয়না হায়বদা য়াদ্রগনা (নৎত্রগা পামদবা পাও ফোংবদা) হাৎকনি, তুপকনি হায়দুনা কিহনবা অসিনি। মীচম প্রজাশিং অসি হা উরোক নমাংদসু লাং, নতুংদসু তেন হায়বদুগা পাঙ্খক ওইরব্রা? থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি অরাইবা অমত্তা নত্তে। লৈবাক্কী ওইবা সমস্যাশিং অসি লোয়শিন্নবা হোৎনবদা মশিং য়াম্বা মৈতৈশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই হায়না মমাংদন্ন পঞ্জখ্রে। করিগুম্বা খোঙথাং অমা শোয়খিবদা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী ঈনা য়াৎলম্বা ঙমখৈ, শেম্বীরম্বা লৈবাক, থম্বীরম্বা পোৎ খুদিংমক কায়খিবা, মাঙখিবা, তোয়খিবা য়ারি।

লুচিংবা খরনা মাঙলমচৎকী লম্বী উবা ঙমহৌদবদগী তম্পাক্কী মনিপুর এসেম্ব্লীগী মেম্বর ৪০ ওইরম্বদু নোংমা ৩৮ দা হস্থরকপা য়াবগী ফিভমদা লৈরে। ৩৮ নৎত্রবসু ৪০ দগীদি হস্থরকপা য়াই। মসিগী মরু ওইবা মরমদি ২০০১ গী মীকোক থিবদা চীংগী মীওই মশিং য়াম্না হেঙ্গৎলকপগীনি। চীংদা মী শুকলৈ লৈতবদা লৈ হায়না মীকোক থিরিবা মীওইশিং অদুদা হায়জিল্লকখিবদগীনি। মীকোক থিরিবা মীওইশিং

অদুনসু চুম্না চুমদব্রা য়েংখিদে। ইমুংগী মীওই খরনা "মীগী মশিং" অসুক্কি হায়দুনা হায়বা অদুদা অদুম য়াখি। জিলাশিংগী ওফিসারশিংনসু মদুবু অমুক হন্না চুম্নব্রা হায়বসু কুপ্না য়েংখিদে। সরকার পায়বা মীওইশিংনসু মতম লৈরিঙৈদা হিরম অসিগী মতাংদা কা-হেন্না থিজিল্লুবসু তৌখিদে। হুরান মতুং মৈরিংবা হায়দুনা হৌজিক ভারত সরকারগী মীওইশিংগা তানরগা তম্পাক্কী মেম্বর ৪০ অসি অসুম লেংদনা লৈহন্নবা হোৎনরি। অদুবু অকোনবদদি শুকয়া য়ারক্রোই। মেম্বর ৬০ লৈবা এসেমব্লীদা চীংগী মীওই ২০ ওইরম্বদগী ২২ নৎত্রগা ২০ দগীদি নোংমা শোয়দনা হেঙ্গৎলকপা য়ানা লৈরি। লুচিংবশিংনা ঙহাক্কী ওইবা অখুবা রাজনিতিগী থৌওং থৌশিন্দা পুক্নিং লুপলিঙৈদা থোক্লক্কদৌরিবা পামদবা থৌদোক্কি। লুচিংবশিংনা মতম লৈবা খিবিক্তা য়াম্না মুন্না খঙবিফম থোকই মদুদি লৈবাক অসিগী মনুংদা লৈবাক অসিগী য়েক্লবা কয়ামরুম্না য়েখায় থিনগাইবা থবক কয়া তৌরি হায়বসি।

লৈবাক অসিগী ফিভম শোক্লবসু মীওই অয়াম্বগী ৱাখলদি ইহোং হোংদ্রি। ফনা য়াম্না অৱা অনা তাসনু, মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক থোকসনু, লাইরবনা পৎ তৎশনু, লৈবাক্কী অরুবা সমস্যা ফনা লৈশনু, মীচম ফনা য়াম্না শিজসনু, নোংমৈ ফনা য়াম্না কাপ্নসনু, কৈথেল অমসুং থবক তৌফম লোইশঙশিং ফনা তোয়না থিংজিন্দুনা শেম্লোক লম্বীদা অপনবা পিসনু, য়ুমথংনবা লৈবাকশিংগা ফাওনবা লম্বীশিং তোয়না থিংদুনা পোৎচৈগী মমল তাঞ্জৎসনু, কাংলুপ মশেল ফনা য়াম্না হাৎনসনু, ঈ মশেল লেপ্পা লৈতনা হাৎনদুনা লৈবাক অসিগী তুংগী শক্তম পুম্নমক মাঙখিবা য়াবা থৌদোক ফনা য়াম্না থোকসনু, মহৈ লোইশঙশিং থিংজিন্দুনা মহৈরোয় লিশিং কয়াগী পুন্সিদা অপনবা পীসনু, সরকার পায়বা ফম্নাইবা কয়ানা মশাগীতা য়েংদুনা খুদোং চাবা ফংনবা হোৎনবদা সরকার কয়া তোয়না কায়থোক কায়শিন তৌদুনা লৈবাক কাংখোং চাইসনু, থোকহন্নিংদবা থৌদোক কয়া থোকসনু, মনিপুরদদি ধর্ম্ম নৎত্রগা অতোপ্পা অমগী মমিংদা "হরাও কুম্মৈ" গী থবক অমত্তা চিংখবা য়াদে।

ভারত সরকারগা নাগা লালহৌলুপ এন এস সি এন (আই-এম) গা নোংমৈ কাপ্পা লেপনবগী "য়ানচে" অদু মনিপুরদসু চৎনরগনি হায়রকপদা মীয়াম হুপ্না জুন ২০০১ দা "অচৌবা ইহৌ" অমা হৌখি। লৈবাক অসিগী মীওই অমদি কাংলুপ অয়াম্বনা "য়ানচে" অদু মনিপুরদা চৎনবা শুকয়া য়ারোই হায়না ইহৌ অদু চঙশিনখি। নহা, অহল, লাইরবা, ইনাকখুনবা, লৌমী, শিন্মী, অচৌবা, অপিকপা খায়দনা মীওই লাক্ষ কয়ানা ইহৌ অদুবু শৌগৎখি। মখোয়গী পুক্নিংদা লাংতক্লবা অমসুং মীপায়বা

ফাওখি - চহি লিশিং কয়া চঙনা শেমগৎলকখিবা লৈবাক অসিবু মচেৎ মচেৎ তানা কাইরগদ্রনে? মীওই অয়াম্বনা খনখি হায়রিবা "য়ানচে" অসি মনিপুরদা চৎনরগনি হায়বসি ভারত সরকারনা এন এস সি এন (আই-এম) বু পেলহন্নবা মনিপুর থুগায়নবা অহানবা খোঙথাংনি হায়না। ইহৌ মনুংদা মরিংজেল মথৌনা লৈবা মীওই ১৮ গী মথৱায় থাখি অমসুং চা কয়ানা অশোক অপন নংখি। শিখ্রিবা মীওই ১৮ অসি সরকারগী সিফাইনা নোংমৈনা কাপ্পদা শিখিবনা অয়াম্বনি। হায়রিবা জুন ২০০১ গী ইহৌ অসি চহি চা খরা অসিগী মনুংদা মনিপুরগী ইতিহাসতা পংনা থোকখিদ্রিবা মীয়ামগী ইহৌনি। অসুক্কী মতিক ইরাং কল্লিঙে, মীওই লাক্ষ কয়াগী পুক্লিংদা মমা লৈবাক অসিবু কাইরগদ্রানে হায়দুনা মীপায়নরিঙে, লৈবাক কাংখোং চাইরিঙে অসিদা মীওই খরদি "জগবোনধু লাৎপগা" মরি লৈনবা কুম্মৈ কাং চিংদুনা ঈশৈ শক্কুনা লৈথোকখি। মসি কোনুংগী অমসুং অতৈ মফম খরদনি। লাই খুরম্বা তারবসু মতাং অদুদদি লাইশঙদা অদুম খুরম্বনা ফরমগনি খল্লি। মনিপুর ইরাং হৌরে, "মীওই পুন্নমক অমত্তা ওইনা ইহৌ হৌরে" হায়দুনা য়েংবা/থিজিনবা লাকখিবা মপান্দগী পাওমী অয়াম্বনা কাংগা মরি লৈনবা কুম্মৈ অদু উখিবদা ইহৌ অসি কল্লবসু "অদুক হাক্লা কনবা হায়বদু ওইদব্রা হায়না খনখি।" ধর্ম্মগা মরি লৈনবা হরাও কুম্মৈ অসি লৈবাক অসিদা খরদি হেনমল্লে। মতম অমগী বৃটিস ওফিসার তি সি হোদসন না "দ মৈতৈজ" হায়বা লাইরিক্তা ইরমই মদুদি "মনিপুরীশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌরিবসি ধর্ম্ম অসিগী মপানগী ওইবা হরাও কুম্মৈ, লাইনিং লাইশোন, অমাং অশেং, শোক্ল পন্নবা য়াদে হায়বদুদনা মরু ওইনা খল্লি। ধর্ম্ম অসিগী মনুংগী ওইবা ফজবা পোৎশক কয়া লৈরিবা অদুদি পুক্লিং চঙদে।"

মনিপুরগী শাংলবা ইতিহাসকী থেঙ্খাং কয়াদা পামদবা থৌদোক অমসুং কাংলুপ মশেল ভাব তানদবা কয়া থোকখ্রে। হায়রিবা থৌদোকশিং অসিনা অৱাবা, অশি-অনা, অমাং অতা নত্তনা লৈবাক অসিদা অফবা অমত্তা পুরকখিদে। অদু ওইরবদি থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসিদগী পুক্লিং লৌশিং ওইরগা কাংলুপ পুন্নমক পুনশিল্লগা লৈবাক অসিগী তুংগী ওইবা চাওখৎ থৌরাংগী থবক পায়খত্রিবা অমসুং হেন্না মতিক মগুণ লৈবা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনদ্রিবা করিগীনো? ইঙান ঙান্না উবা ফংলে। থেংনরিবা সমস্যা কয়া মফম মতম চানা লোয়শিলহৌদবদগী হৌজিক্তি পামদবা পোৎ কয়া মশা মরেং ফন্না শাৎতোরক্লে। লালহৌবগী ৱাফমদি ইতিহাসকা মরি লৈনবা হিরমনিনা য়ান্না তরাইনা লৌফম থোক্তে। মরি লৈনবা মীওইশিংনা সমস্যা অসিদা

কুপ্পা থিজিনফম থোকই। নহারোলশিং থবক ফংদবদগী লান হৌবা নত্তে। লৈবাক অসিদা তুং কোয়না শান্তি পুরক্লবা ৱারী শান্নবা তারবসু নাকল পুন্নমক মানা মানা লৌরিবা ফিরেপশিং খরা হোংদোক হোংজিন তৌনবগী মথৌ তাই। অমরোমদা লালহৌবগী ৱাফম নত্তবা অতে সমস্যা কয়া লৈরিবসি খরমখৈদি লোয়শিনবা য়াই। তৌবতবু হিরমশিং অসি থম্মোই শেংনা লোয়শিল্লগে হায়না থবক তৌবা অমা চঙই। কাংলুপ পুন্নমক্কী লুচিংবশিং উনদুনা, ফমিন্নদুনা, ভাব তানদবা কয়া ৱারী শাদোক্লবা তাই। সমস্যাশিং অসিদা ওহাক্কী ওইবা রাজনিতিগী মীৎয়েংনা য়েংদুনা মতম হৌহনখিবা হায়বসি তুংদা পামদবা থৌদোক থোক্লবা বার্তন তৌবনি।

মনিপুরদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীওই কাংলুপ অয়াম্বা হৌরকফম অমত্তনি। কাংলুপ মশেলগী মরক্তা য়াম্না নক্লবা মরি লৈ। হিন্দু ধর্ম্ম লাক্ত্রিঙৈদা চীং অমসুং তম্পাক্কী মীওইশিং য়াম্না নক্লরমই। মতম অদুদা লৈরম্বা চৎনলোনচৎ, নাৎকী ওইবা হরাও কুম্মৈনচিংবা অয়াম্বা মান্নে। লোলদসু মান্নবা ৱাহৈ ৱাতা য়াম্না য়াওই। লাইবক থিবদি লৈবাক অসিবু পাক শন্না উবা ঙম্বা, মীওই পুম্নমক্না য়াবা, কাংলুপ পুন্নমক্কী থাজববুসু পুদুনা চৎপা ঙম্বা, লৈবাক অসিগী অপুনবগী শক্তম্বুসু ঙাকপা ঙম্বা, অরৈবা শেল অমদি পাম্বৈ শিজিন্নদুনা লৈবাক অসিবু চাওখৎ খোঙথাং লম্বীদা খুমাং চাওশিন্দবা য়াদে খনবা, মপুকচেল শেংবা "লুচিংবা" লৈতবা অসিনি। মতম কয়াগী মমাংদা নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা চীং অমসুং তম লৈঙাক সাশন অমগী মখাদা লৈরমই। চুমই মনুং খরা চঙশিন্না লৈবা খুলশিংদসু খুল খুলগী মশাগী ওইবা ৱায়েল বিচার তৌনবা নিতি নিয়ম লৈজে। চহি কয়া মনিং মখা তন্না পাল্লম্বা মনিপুর ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা বৃটিসকী মখাদা লৈবা তাখি।

বৃটিসনা লৌশিল্লবা মতুংদা চীং অমসুং তমগী লৈঙাক সাশন তোখায় তোখায় থমদুনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং লাপথোকননবা শিংচেপ থাখি। বৃটিসনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং তোখায় তানবা হোৎনবদা য়াম্না লায়না থোকখি মরমদি খৃঃ ১৭০৯ পামহৈবগী মতমদগী "হিন্দু ধর্ম্ম নমফুদা লৌহনখিবদগী মীওইশিং অসি থাপতোক্লরকপা হৌখ্রবনি।" লোয়ননা চীংদা খৃষ্টয়ান ধর্ম্ম লৌবা হৌনরকখি। হৌজিক্কী লাইরিক লাইশু ফজনা হৈরবা চীং অমসুং তমগী মীওইশিংনা মুন্না খন্থফম থোকই মদুদি মনিপুরগী ইতিহাসতা বৃটিসনা লাকখিবা হায়বসি চহি ২০০ ফাদ্রি। য়াম্না তেনখ্রবা মতম্নি শাংলবা মনিপুরগী ইতিহাসতদি। হৌজিক চীং অমদি তমদা খুন্দারিবা কাংলুপ খুদিংমক "অমত্তা ওইবগী ৱাখল" চেন্দুনা তুংদা হৌরক্কদবা মীওইশিংগী য়েংদুনা

পুন্না থবক তৌবগী মতম ওইদ্রিব্রা? মৈতৈশিংনা চীংগী মফম কয়াদা চত্তুনা মফমশিং অদুগী মীওইনা থেংনরিবা অৱাবা কয়া তোয়না য়েংশিলদ্রিবা করিগীনো?

মনিপুরগী শাংলবা পুৱারীদা "নাগা" নৎত্রগা "কুকি" হায়বা ৱাহৈ য়াওদে। লৈবাক অসিদদি চীং অমসুং তমগী মীওইশিংসি মশা মশাগী কাংলুপ অদুগী মমিং কৌনরমই। বৃটিসনা মখোয়গী লৈঙাক সাশন তৌবদা নুঙাইনবা চীংগী মীওই কাংলুপ কয়াবু "নাগা" অমসুং "কুকি" হায়বা ৱাহৈ অনি অসিগী মখাদা খঙনরমই। "নাগা" অমসুং "কুকি" হায়বা ৱাহৈশিংসি বৃটিসনা মনিপুরদা লাকপা অদুৱাইদগী হৌনা শিজিন্নরকখি হায়না ইতিহাসকী মরমদা খঙ - হৈরবা মীওইশিংনা হায়। মমাংদদি চীংমীশিংবু ইপা ইপুশিংনদি কাংলুপকী মীং ওইনা কৌনরমই। খুদম ওইনা তাংখুল, কবুই, মাও, মরাম, খোংজাই, চিরু, মরিং, অনাল, হায়না কাংলুপ কাংলুপকী মীং কৌনরমই।

"নাগা" হায়বা ৱাহৈ অসি অসামীশিংনা লখিপুর অমসুং শিবসাগর জিলাগী মনুং চঙশিন্না লৈবা চীংগী মীওইশিং কৌবদা শিজিন্নবা ৱাহৈ "নোগা" হায়বা অদুদগী হৌরকপা ওইরম্বা য়াই।[১] "নোগা" হায়বদগী বৃটিসশিংনা মসিগী ৱাহৈ অসি চপ চানা পাবা ঙমদবদগী "নাগা" হায়না কৌরকপা ওইরম্বা য়াই।[২] হৌজিক্কী য়ুমথংনরিবা রাজ্য নাগালেন্দ হায়বসি মতম অমদা অসামগী মনুং চঙশিন্না লৈবা জিলাশিংগী শরুক অমা ওইরমই। অসামগী কশারি মীওইশিংনা "নাগা" শিংবু "নাহঙগ্রা" (হায়বদি লান্দা থৌবা মীওই) হায়না কৌনরমই। "নাহঙগ্রা" দগী "নাহংগা" অদুদগী বৃটিসশিংনা কৌবদা "নাগা" হায়বা ওইরম্বা য়াই।[৩] অৱাং থংবা ম্যানমারগী লমদা খুন্দাবা মনা লাওনা হুৎপা মীওই কাংবু অমবু বর্মীজশিংনা "না কা"[৪] হায়না খঙনরমই। "না কা" হায়বদি মনা লাওনা হুৎপা হায়বনি। কাংলুপকী মিংসু নত্তে। "না কা" দগী বৃটিসশিংনা কৌবদা "নাগা" হায়না ওইখিরম্বা য়াই।[৫] য়াম্না মুন্না য়েংবিগদবদি হৌজিক্কী নাগা কৌরিবা তোখায় তোখায়বা কাংলুপশিং অয়াম্বা চহি চা খরগী মমাংদা মনা লাওনা হুৎপা য়াওখিদে। তাংখুলগুম্বা কাংলুপ খরদি মনা লাওনা হুৎলমই। পনবা য়াবদি "নাগা" হায়বা ৱাহৈসি বৃটিসনা অসামদা লৈবা চীংমী মরু ওইনা হৌজিক্কী নাগালেন্দদা তাবা চীংমীশিংবু খঙনবদা শিজিন্নখিবা ৱাহৈনি।

"কুকি" হায়বা ৱাহৈসি অসাম অমসুং বেঙ্গলগী মীওইশিংনা চহি চা খরগী মমাংদা শিজিন্নবা ৱাহৈ ওইরমগনি।[৬] "কুকি" হায়রিবা মীওইশিং অসি লুসাই (হৌজিক্কী মিজোরাম), থাদৌ (খোংজাই) অসিনচিংবসিনি।[৭] "মৈতৈ" (নৎত্রগা মীতৈ) হায়বা

ৱাহৈসি কদাইদগী হৌরকখিবনো হায়বসি হৌজিক ফাওবা ফজনা খঙবা ঙমদ্রি। তৌইগুম্বসুং মীওই কয়ানা মশা মশাগী মোৎ পীদুনা মসিগী হৌরকফম তাক্লবা হোৎনরি। "মৈতৈ" হায়বা ৱাহৈশিং অসিগী হৌরকফম মচা খায়না নৈনবা লাইরিক অসিগী পান্দম নৎচদে। লাইরিক অসি ইতিহাসকী মওংদা ইজবা নৎচদে। হৌজিক হৌজিক থেংনরিবা সমস্যা খরা খন্ন-নৈনদুনা ইজবনি। পামদবা থোক্লকপা য়াবা থৌদোক কয়া থোক্লক্তনবগী থবক পায়খৎপা মতম ওইরে খঙনবা ইজবা লাইরিক্কি। লৈবাক অসিগী মীওইশিংসি চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা খা থংবা চাইনা, অৱাংথংবা বর্মা নৎত্রগা অতোপ্পা মফমশিং অসিগা নক্লনা লৈবা লমশিংদগী লৈবাক অসিদা লাক্লগা খুন্দারম্বা য়াই হায়রি। খরা অমনা হায় লৈবাকসিগী মীওইশিংসি মীওইবা জাতিনা মালেম অসিদা লৈরকপদগী খুন্দাদুনা মফম অসিদা লৈরক্লবা মীওইশিং ওইরম্বা য়াই। থিজিনবদা লোয়বা নাইররোইদবা পোৎনি।

হৌজিক মনিপুরদা নাগানি খঙনরিবা মরোল অমত্তা তিন্নদবা কাংলুপশিংসি মরু ওইনা তাংখুল, জেমৈ, লিয়াংমৈ, রোংমৈ, পুইমৈ, মাও, মরাম, মরিং, অনাল, মোয়োন, লমকাং, চোথে, থাঙ্গাল, কোইরেং অসিনচিংবসিনি। নাগানি হায়রগসু অনাল, মোয়োন, মোনশাং, লমকাং, তরাও, চোথে, কোইরেং, খারম হায়রিবা কাংলুপশিং অসিগী লোনশিংসি কুকি কাংবুগা নক্লে। মখোয়সি চহি খরগী মমাংদা "নোংমৈ চিন্দোলদা" নাগানি হায়য়ু হায়না মীওই খরনা কিহনখিব্রা ? অমুকসু মতম অমদা অনাল, মোয়োন, মোনশাং, লমকাং, তরাও, আইমোল, চিরু, চোথে অসি "অরিবা কুকি" হায়না খঙনরমই। মরমদি মখোয় অসি মফম কয়াদগী হান্না মনিপুরদা চঙলকখিবনি। কোন্না চঙলকপা লোনসু হায়ফেৎ মান্নবা হৌজিক্লা কুকিনি খঙনরিবা মরু ওইবা কাংলুপশিংদি খোংজাই (থাদৌ), গাংতে, শিমতে, পাইতে, মার, ৱাইফৈ, জৌ অসিনচিংবসিনি। অদুবু পাইতে, জৌ, মারনচিংবসি কুকি হায়না কৌবা পামদে। মশাগী কাংলুপকী মমিং অদু কৌবা পামই। চহি লিশিং খরগী মমাংদা লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা মীওইশিং অসি অমগা অমগা অমত্তা য়ানরমদে। মসিদি লৈবাক অসিগী ৱা ঙাক নত্তে হায়না মমাংদা পঞ্জখ্রে। মালেমগী মফম অতৈদসুনি। শন্না হায়রবদা মতম অদুদা অউ অউবা থাঙ শৎনরম্মই। তমগী মীওইশিংসু কোন্না পুনশিল্লগা "মৈতৈ" (মীতৈ) হায়বা মিংগৌগী মখাদা লৈখি অমসুং তুংদা "শলাই" তরেৎ থোক্লা খায়দোকখি। মালেমদা মমিং লৈরবা হৌজিক চাওখৎলে হায়না লৌনরিবা লৈবাক অয়াম্বা মখোয়গী ইতিহাস হৌরকপদা পামদবা কি তুজুংনিঙাই ওইরবা থৌদোক ৱাথোক কয়ানা মখোয়গী

ইতিহাসকী লমায় থল্লিবনি। মতম অমদা য়ানরমদবা কাংলুপ মশেলদু পুনশিন্নদুনা হৌজিক্তি অকনবা, শক্তি লৈবা লৈবাক কয়া ওইরি। লৈবাক অসিদসু অদুমঙাই। য়ানরমদবা কাংলুপ কয়া অমত্তা ওইনা পুনশিল্লক্তুনা অকোনবদা মনিং মখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইরকখ্রিবদুনি। অদুবু করম্বা খোঙথাং অমা শোয়খিবদগী "ইতিহাস হৌরকপগী মতম" নৎত্রগা "হৌদ্রিঙৈগী ফিভম" অদুদা মনিপুর অসি অমুক হনজিল্লকখ্রিবনো ?

মনিপুরদা লৈরিবা মীওই পুন্নমক্লা হৌজিক ওইরিবা লৈবাক অসিগী ফিভম অসি মুন্না নৈনফম থোকই। লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা কাংলুপ খুদিংগী "নহারোল খুৎলায় পায়বা" কাংবু লৈরে। চহি কুইদ্রিবগী মমাংদগী মৈতৈ পাঙল মরক্তসু নহারোল খুৎলায় পায়বা থোরক্লে। করিগুম্বা কাংলুপ মশেল য়ানরক্তবা য়াওরগদি (- মরু ওইনা চীংগী লমদা অমসুং মশিং য়ামদবা মীওইশিংগী মরক্তা -) খুৎলায় পায়বা কাংবুশিং অসি তুমিন্না লৈগদ্রা ? মমাংদা থোকখিবা কাংলুপকী ইরাংদা চীংগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিং তুমিন্না লৈখিদে। ওইরক্লিবা লৈবাক অসিগী ফিভমদা মীওই অমত্তনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা মতম নৎত্রে। মীওই খুদিংমক মানা মানা ঙম্বা থবক তৌদুনা লৈবাক অসিবু চাওখৎপা অমসুং অকনবা লৈবাক অমা ওইনবগী থবক পায়খৎপা মতম ওইদ্রিব্রা ?

# মনিপুর থুগায়নবা হোৎনরকপা

য়েংবদা পুক্লিং শুমহৎনিঙাই ওইরবা চীংগী লমনি। মী কয়া তাদবা মরম্না ইচিক চিকই। খুল অমগা খুল অমগা থাপ্না তাই। উ-ৱা য়াম্না হৌবা মরম্না অৱাংদগী খারোমদা নেমথরপ তৌবা চীংশাং পরেংশিং অসি ইসুক শুক্না উই। চীংজাওশিং অদু য়াম্না ঙম্মী লোয়ননা মসিগী উমং ৱামং ফাওরগা চৎলিবা খোঙ লম্বীশিং অসি চপ চপ তিংই। নক্না উরবসু চীংদোল অমদগীনা চীংদোল অমা চৎপদা অয়ুক্তগী নুমিদাংৱাইরমদা য়ৌই, নৎত্রগা করিগুম্বা মতমদা নুমিৎ তাবসু য়াওই।

য়ুমথংনরিবা ম্যানমারগী অৱাং নোংচুপকী শরুক অমা ওইরিবা চীংজাওশিং অসি লম্বী থোঙ ফজনা লৈতবা, চৎথোক চৎশিন খুদোংচাদবা অমসুং তোখায়না লৈবা মরম্না অতোপ্পা লমগী মীওইশিংনা মফমশিং অসিদা পাক চঙবা ঙম্নদে। ম্যানমার অসি চহি খরগী মমাংদা বর্মা হায়না খঙনরমই। মপান লমগী মীওইশিংগা শন্নবা, তোৎন-তিন্নবা ৱাৎপনা মফমশিং অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী ৱাখলদদি মালেম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরিবসি মখোয়তনি হায়না খনবা জাৎনি। য়াম্না চাওখৎত্রিবা মফম্নি। খুল অমগা খুল অমগা লোল ফাওনদে। চহি খরগী মমাংদদি অতোপ্পা মীওই অমা হেক চঙলকপদা খুল অদুগী মীওইশিংনা ৱাহং পাওহংদনা হেক্তা হাৎকনি। ৱা ঙাংনবগী মতম পিদে। খুঞ্জাশিং মফি মরোল ফজনা শেৎলমদে। অফং-অফংবা উহৈ-ৱাহৈ, লমহাংদা হৌবা হা, চুজাক, মাইরেল, মঙ্গ্রা, পান অসিনচিংবা চারগা অদুম হিংবা ঙাক্তনি। লৌউ-শিংউগী থবক খঙলমদে। হায়মনবা নত্তে, মফম অদুদা লৈবা উচি ফাওবা ফারগা চাই।

হায়রিবা চীংজাওশিং অসি মনিপুরগী য়ুমথংনরিবা নাগালেন্দগী নোংপোক থংবা ঙমখৈগা তাইননা লৈ। চীংজাওশিং অসিগী অৱাং থংবা শ রুক অদু অরুনাচল প্রদেসকী নোংপোক থংবা শরুক অদুগা তায়নৈ। মফমশিং অসিদা লৈরিবা মরু ওইবা খুলশিংদি চলাম, হাংশেন, লাশা, নুকপা, লায়শি অসিনচিংবনি। খুলশিংসি মচোই মচোই য়াম্না থাপ্না থাপ্না লৈ। ম্যানমার লৈবাক্কী শরুক অমা ওইজরবসু লমশিং অসিদা নত্তনা মসিগী অনকপদা লৈবা মফমশিংদসু লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশনগী করিগুম্বা মমি অমত্তা তাবা উদে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মথক্তা পনজখ্রিবদুনি। মফম অদু

তান্না চঙশিন্দুনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক থৌরম পায়খৎপদা লম্বী থোঙ লৈতবনা অৱাবা অমা ওই। করিগী লম্বী, থোঙনচিংবা শেমদ্রিবা শাদ্রিবনো হায়বদুদি ম্যানমার সরকারনা খঙলমগনি। নাগালেন্দগী মোন জিলাগী মনুং চঙশিন্না লৈবা ঙমখৈগী খুঙ্গং খরদগী হায়রিবা মফমশিং অসি য়ৌনবা চৎপদা নুমিৎ মরি নৎত্রগা মঙানিগুম্বা চঙই। অরুনাচল প্রদেস অমসুং মনিপুরগী উখ্রুল জিলাগী ঙমখৈগা তায়নবা খুঙ্গং খরদগী মফমশিং অসি য়ৌনা চৎপা য়াবা লম্বীশিং লৈ। হায়রিবা লম্বীশিং অসি অসুক্কী মতিক ফৎখিদ্রে মদুদি মীওই অমত্তনা চহি খরা অসিদা লম্বীশিং অসিদা চৎনদ্রে। অরুনাচল প্রদেসকী ঙমখৈদা লৈবা লোংৱা হায়বা খুল অদুদগী মফমশিং অসি য়ৌবা লম্বী অমা লৈ। মসিদি অতৈগা য়েংনবদা খরা ফবা লম্বীনি। হান্না য়াম্না তোয়না শিজিন্নরমই। চহি খরগী মমাংদগী ভারতকী সিফাই ময়াম্না মফম অদুৱাইদা লৈশিনখিবদগী লম্বী অদু শিজিন্নবা খরা হল্লরে।

ম্যানমারগী অৱাং নোংচুপ্তা লৈরিবা শুক্রুবা চীংজাওশিং অসিগী মথক্তনি নাগা লালহৌলুপ এন এস সি এন না মখোয়গী মরু ওইবা ওফিস "সেন্ট্রেল হেদ ক্বাটরস" (সি আইচ ক্যু) অমসুং "জেনরেল হেদ ক্বাটরস" (জি আইচ ক্যু) লিংদুনা "মনিং মখা তম্বা নাগালেন্দ" অমা পুরক্কনি হায়দুনা ভারত সরকারগী মায়োক্তা লান হৌরম্লিবসি। এন এস সি এন গী মীওইশিংনা মখোয়গী লৈফম অমসুং থবক তৌনবা মফমশিং শেমগৎলকপদা খুদোংচাদবা কয়া থেংনখি। খুলশিং অদুদা লৈরম্বা মীওইশিং অদুবু ৱারকপদসু অৱাবা থবক অমা ওইখি। খুলগী মীওইশিং অদুবু নম্ফুদা মখোয়গী মতেং পাংহনখি। লম হেনবা মীওইশিং নোংমৈনা কাপ্তুনা হেক্তা হাৎতোকই। মালেম অসিদা লৈরিবা মীওইসি মখোয় থক্তা নত্তে হায়না খঙহনবতা নত্তনা মফি মরোল ফজনা শেৎপা তম্বীরমই। হায়রিবা খুলশিং অসিগা নক্লবা মফমশিংদা এন এস সি এন গী মীওইশিংনা মখোয়গী লৈনবা য়ুম অমদি থবক শুফম শঙশিং শারমই। উ অমসুং ৱানা চীংমায়দগী ফুট অহুম/মরি ৱাংনা য়ুংখৎলগা মদুগী মথক্তা ৱা নৎত্রগা উনা লৈতেম মান্নবা লৈমায় অমা শেমগনি। হায়রিবা লৈমায় অসিগী মথক্তা ৱা নৎত্রগা উনা মখোঙ য়ুংদুনা শেম্লগা ইনা কুপ্পা শঙশিং অদু শাগনি। ফজনা থবক শুবা য়ানবা, ওফিস অমগী দরকার লৈবা পোৎ পুন্নমক এন এস সি এন গী মীওইশিংনা মফম অদু তান্না পুশিনখি। অসিদসু নত্তনা চীংগী লৈমায়নচিংবা লৈতেম মান্ননা তেমথোক্তুনা খুৎলায় (নোংমৈ, বোমনচিংবা) শিজিন্নবা তন্নবা মফমশিং শেমগৎখি। লালহৌবা মৈতৈ নহারোলশিং মরু ওইনা য়াওল্লুপ ইয়ুনাইতেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট (ইয়ু এন এল এফ) অমসুং রিভোলুসনরি পিপলস ফ্রন্ট (আর পি এফ) কী

মীওইশিংসু য়ানবা অমগী মখাদা মফমশিং অসিদা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বগী থবক চৎথদুনা লৈরমই। মসি চহি খরা মমাংগী ৱানি।

মৈতৈ নহারোলশিং লাকখিবদগী মফম অসিদা য়াম্না চাওনা অহোঙবা অমা লাকখি। মনিপুরবু "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইনবগীদমক্কী হায়দুনা লান হৌরিবা য়াওন্নোইশিং অসিনা মফম অদুদা লৈরম্বা চীংগী খুঞ্জাশিং অদুদা চীংগী লৈমায় তেমথোক্লগা লৌউ-শিংউগী থবক্তা নত্তনা মহৈ-মশিং ইবা পাবসু তম্বীরমই। মসিনা মরম ওইদুনা খুঞ্জাশিংগী পুন্সিদা অহোঙবা অমা লাকখি। মৈতৈশিং অদুনা মফম অদুগী মীওইশিংদা ফিশা-লোনশাগী থবকসু তম্বীরমই। শক চু মানরবসু "অৱাং নোংপোক ভারত্তা" মৈতৈশিং অসি ময়ামদগী খেন্নবা গুণ খরা লৈ হায়বসি চুম্রা?

মফমশিং অসিদগী কাচিন লৈবাকপু ম্যানমারদগী "মনিং তম্বা লৈবাক" অমা ওইগদবনি হায়দুনা লান হৌরিবা মীওইশিংগসু পাও ফাওদোক ফাওজিন তৌনদুনা লালহৌবা মশেলগী মরক্তা হেন্না নকশিন্নবা মরি লৈনখি। এন এস সি এন গী মরু ওইবা লুচিংবা অহুম - চেয়ারমেন আইসাক চিসি সবু, ভাইস চেয়ারমেন শাংনু শাংৱাং খপলাং অমসুং জেনরেল সেক্রেটরি থুইঙালেং মুইভা- সু মতম অমদা পুন্না মফম অসিদা লৈরমই। সবু সেমানি। মহাক নাগালেন্দ মচানি। খপলাং পাংমীনি মহাক ম্যানমারগী অৱাং-নোংচু পকী লম মথক্তা পঞ্জখ্রিবা অসিদগীনি। মুইভা তাংখুলনি। মহাক মনিপুরগী উখ্রুল জিলাদগীনি। এন এস সি এন গী সেন্ট্রেল অমসুং জেনরেল হেদ ক্বাটরস লৈরিবা মফমশিং অসিদা ম্যানমারগী লৈঙাক সাশনগী মমি তাদে হায়দুনসু মতম লৈবা খিবিক্তো খুদোংথিবা লৈতে হায়না লৌবা য়াদে। ম্যানমার লৈবাক্তো লালহৌবা কাংবু কয়ামরুম লৈ। মখোয়শিং অসি মীনা পাক চঙবা ঙমদবা চীং মান কয়াদা লৈবনা, সরকারগী সিফাইশিংনা নোংচিংগী ফিভম অমদি অচেঙবা তাঞ্জা য়েংদুনা লালহৌবা মীওইশিং অসিবু লাকশিন্নবা হোৎনৈ। মফমশিং অদুদা লৈবা এন এস সি এন অমসুং মৈতৈ লালহৌবশিংসু ম্যানমারগী সিফাইশিংগা মরক মরক্তা নোংমৈ কাপ্পবগী থৌদোক কয়া থোকখ্রে। থংনবা মীৎকুপ্তা করি থোক্লগদবগে হায়বা খঙদবনা লালহৌবশিং অসি মতম পুন্নমক্তা মীৎকুপ নাম্নমশিংনা লৈরমই।

এন এস সি এন না লান থেংনরিবসি "মনিং মখা তম্বা নাগালেন্দ" অমগীদমক্কি হায়রি। মখোয়না হায়রিবা "নাগালেন্দ" অসি হৌজিক্কী ভারতকী রাজ্য অমা ওইরিবা নাগালেন্দ অসি নত্তে। মখোয়না হায়রিবা "নাগালেন্দ" অসিদি হৌজিক্কী নাগালেন্দ অসিগা তায়ননা লৈবা অসাম, মনিপুর অমসুং অরুনাচল প্রদেসকী লম য়াম্না য়াওরি।

মখোয়গী মতুং ইন্না নাগাশিংগী তোপ তোপ্পা "ইতিহাস অমসুং শক্তম" লৈজে। এন এস সি এন গী "নাগালেন্দ" হায়বসিদা খ্বাইদগী চাওনা শোক্লিবা লমদি মনিপুরনি। মনিপুরগী জিলা মরি হায়বদি উখ্রুল, তমেংলোং, সেনাপতি অমসুং চান্দেল অসি এন এস সি এন গী "নাগালেন্দ" হায়বা অসিদা তিনগদবনি হায়না নাগা লালহৌলুপ অসিনা হায়রি। এন এস সি এন না হায়, বৃটিসনা পাল্লিঙৈদা নাগাশিং অসি তোঙান-তোঙানবা লৈবাকশিংগী মখাদা থম্বীরম্লে। "শান্তিগী মতেংনা নাগালেন্দবু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা পুরকপা ঙম্লোই। খুৎলায়গী মতেংনা নাগালেন্দবু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা পুরকপা ঙমগনি অমসুং নাগাশিংবু মনিং তমহনগনি।" ম্যানমারগী অৱাং নোংচুপকী লমদা মখোয়গী ম রু ওইবা ওফিসশিং লৈজরবসু এন এস সি এন গী লুচিংবশিংনা অতোপ-অতোপ্পা মফমদা চত্তুনা মী কয়া উনদুনা মখোয়গী পান্দম ফংনবা হোৎনবদা মতেং লৌখি। অসিগা লোয়ননা মখোয়গী সংস্থান অসিবু মপাঙ্গল কন্ননবা হোৎনরমই। পনবা য়াবা ৱাফম অমনা এন এস সি এন গী "সেন্ট্রেল" অমসুং "জেনরেল" হেদক্কাটরসতা লৈরিবা নাগাশিং অসি অয়াম্বনা নাগালেন্দগী নৎত্রগা মফম অদুৱাইগী মীওইনি। খুদম ওইনা কোনয়াক, আও, সেমা, অঙ্গামী, পাংমীনচিংবনি। মনিপুরদগী তাংখুল, মাও, মরামলোমদগী মীওইশিংসু মফম অদুদা লৈ। মশিংদি য়ামদে। এন এস সি এন গী "নাগালেন্দ" দা মনিপুরগী জিলা মরি, অসাম অমসুং অরুনাচল প্রদেসকী লমশিং "য়াওরবসু" মতম অমদা মসিগী ৱাফম অসি মফমশিং অদুদা লৈবা মীওইশিংনা ৱা ওইনঃ পন্নরমদে। মসিগী মতাংদা ৱারী শানরমদে। মীওইশিং অদুগী ৱাখলদা হৌজিক্কী রাজ্য নাগালেন্দ অসি "মনিং মখা তম্বা" লৈবাক অমা ওইনবগীদমক লান থেংনরিবনি হায়না লৌরমই। মমাংদা হান্নগী নাগা লালহৌবা মীওই খরনা লান হৌবা তোক্লগে হায়দুনা ভারত সরকারগা শিলোংদা ইংশোক ১৯৭৫ গী নভেম্বর তাং ১১ দা য়ানচে অমা সহি তৌনখি। অদুবু নাগা লালহৌবা মীওই খবনা য়ানচে অদুবু কন্না য়ানিংখিদে। য়ানচে অদুবু য়াখিদবা নাগা লালহৌবা মীওইশিং অদুননি এন এস সি এন অসি খৃঃ ১৯৮০ দা শেমখ্রিবসি।

এন এস সি এন শেম্লবা মতুং চহি তরুক/তরেত্তি মসিগী মীওইশিং অসি য়াম্না ভাব তানা লৈমিনন্দুনা মখোয়গী পান্দম ফংনবা থবক থৌরম কয়া চখরমই। পনবা য়াবা ৱা অমনা অবাং নোংচুপ ম্যানমারগী মফমশিংদা লৈরিবা এন এস সি এন গী মীওইশিং অসি খপলাংবু হেন্না থাজবা, নুংশিবা মীওইনা মশিং হেল্লি। সবু অমসুং মুইভাবু নুংশিজবা মীওইশিংসু মফম অসিদা লৈতবা নত্তে। মরক-মরক্তা পার্টিনা শিন্নবা থবক কয়া পাংথোক্লবা হোৎনবদা লুচিংবশিং অসি অতোপ-অতোপ্পা মফমদা

চৎনখিবদগী কুইনা উনদবসু য়াওই। অসুম অসুম লৈরকপদগী ইথা থাজদনা এন এস সি এন লুচিংবশিংগী মরক্তা অমনা অমবু থাজনরক্তবা ফাওরকখি। সব্বু অমসুং মুইভানা নাকল অমদা অদুগা খপলাংনা নাকল অমদা লৈনখি। খপলাংবু য়াবা লান্মী অয়াম্বা মফমশিং অদুগী লমিৎ তুমিৎ খঙবদা নত্তনা নাগালেন্দ অমদি মনিপুরদগী লাকপা নাগা মীওইশিংবু উশিন্তে। অহানবদদি মখোয় অমত্তা ওইনা মনিং মখা তম্বা নাগালেন্দ অমগী লাম্থেংনবদা কায়নবা য়াদে হায়না ব্বাশরুদুনা মফম অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নরমই। নাকপাক নাকপাক তানরক্লবা মতমদদি মাগী মাগী মী থোক্লরক্তুনা নাকল অনি মোৎ খেন্নবগী থাক অদু নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলকখি। নাকল অনি থোক্লকপগী মরু ওইবা ব্বাহৌদি সব্বু অমসুং মুইভানা এন এস সি এন গী পান্দম কাওথোক্লগা ভারত সরকারগা ব্বারী শান্নগদৌরে হায়বা অসিদগীনি। মসিদা নত্তনা ভারত সরকারদা চঙজগদৌরে হায়বা অসি সুনি। মসি সব্বু অমসুং মুইভাগী নাকলদগী অরানবা ব্বাফম্নি হায়খি। খপলাংগী কাংবুনদি সব্বু অমসুং মুইভাগী কাংবুসি ভারত সরকারগা ব্বারী শান্নরগা য়ানবা অমা পুরক্লবা হোৎনরে হায়বসি হঞ্জিন হঞ্জিন হায়খি। লুচিংবশিং মোৎ খেন্নরকপদা "নাগা লান্মী" থম্মোই শেংনা নাগালেন্দগী য়াইফনবা খনবা খরদি মথব্বাই য়াম্না নুঙাইরমদে। এন এস সি এন গী লুচিংবশিং মোৎ খেনরক্তুনা মচোই মচোই তানরকপসিদা মফম অদুদা লৈবা মৈতৈ অমসুং অসামগী লালহৌবা নহারোলশিং নিংবা কাইখি। মতম অদুদা ইয়ু এন এল এফ অমসুং অসামগী লালহৌলুপ ইয়ুনাইতেদ লিবরেসন ফ্রন্ট ওফ অসোম (উলফা হায়নসু খঙনৈ) গী মীওইশিং ফনা য়াম্না এন এস সি এন গী কেম্পশিং অদুগী মনাক্তা মখোয়গী কেম্পশিং শাদুনা লৈরমই। মফমশিং অদুদা লৈবা লালহৌবা মীওইশিংগী ব্বাখলদদি ভারতকী অব্বাং নোংপোক অমদি ম্যানমারগী অব্বাং নোংচুপকী লমশিং অসি "মনিং মখা তম্বা লৈবাকশিং" ওইহন্নবগীদমক্তা পুন্না লাম্থেংমিন্নবা অসিনি। মখোয়না খনখি মদুদি এন এস সি এন গী লুচিংবশিংগী মরক্তা মোৎ খেন্নরকপা অসিনা অপুনবগী থবক থৌরমদা অকায়বা পীরগনি হায়না। এন এস সি এন গী মনুংগী ব্বাথোক অসিনা "অপুনবা নিংতম লালহৌবদা শোন্থহল্লকপা য়াবা মরম্না মতম অদুদা তোঙানবা মফম অমদা লৈরিবা খপলাংগা পাউ ফাওনদুনা ইংনা লৈখায় তাননবা হোৎনবদা তৌবা য়াবা তৌগে হায়দুনা ইয়ু এন এল এফ কী জেনরেল সেক্রেটরি (মতমদুগী) সনায়াইমানা মুইভা অমসুং মাগী কাংবুদা হায়খি। অদুবু ব্বাফম অদু মুইভানা য়াখিদে হায়না ইয়ু এন এল এফ কী খৃঃ ১৯৯৫ গী ফেব্রুৱারি তাং ৭ তা থোকপা চেরোল অমনা হায়। (ইয়ু এন এল এফ কী মনুংগী ওইবা ফমদা হোংদোক হোংজিন তৌবদগী হৌজিক্তি সনায়াইমনা

লালহৌলুপ অসিগী চেয়ারমেন ওইরে হায়না সরকারগী ওইবা পাওগী লিখুন অমনা হায়। সনায়াইমাগী অতোপ্পা মমিং অমনা আর কে মেঘেন কৌই)। মুইভানা ইয়ু এন এল এফ কী ৱাফমদু য়াখিদে। মহাক্না খনখি এন এস সি এন অসিনা অৱাং নোংপোক ভারত্তা খ্বাইদগী চাওবা লালহৌলুপনি। অপিকপা লালহৌলুপকী মতেং এন এস সি এন না লৌবা পামখিদে। মহাক্কী ইজ্জৎ শোকপনি হায়না লৌখি। তালক অসিদা খপলাংগী মীওই অমা ম্যানমারগী লান্মীশিংনা ফাখি। মীওই অদুদগী ম্যানমারগী লান্মীনা খঙখি মদুদি এন এস সি এন মনুংদা লুচিংবশিংগী মোৎ চাওনা খেন্নবে হায়বসি। মখোয়না তুমিন্না, তপ্না তপ্না এন এস সি এন গী মীওইশিংনা লৈরিবা মফমশিং তন্না চঙশিল্লকখি। মতম অদুদা এন এস সি এন গী কেম্পশিং অদু হাংশেনগী অনকপদা লৈবা মফম অহুম/মরিদা লৈরমই। ম্যানমারগী সিফাইশিংনা মফমশিং অদু তন্না চঙশিল্লক্লি হায়বসি মখোয় কনা অমত্তনা খঙলমদে। ইয়ু এন এল এফ, উলফা অমসুং পিপলস লিবরেসন আর্মি (পি এল এ) গী মীওইশিং করি তৌগদবগে খঙখিদে। খুমাং চাওশিনবা থবক অমত্তা তৌবা ঙমখিদে। অরোয়বা ওইনা লালহৌবা মীওইশিং অসিনা মখোয়গী ওইবা "অপুনবা মীহুৎ কাংবু অমা" খপলাংগা উনবা থাগে হায়দুনা মুইভাদা অমুকসু হায়খি। ওইরক্লিবা ফিভম অসিনা অফবা অমত্তা পুরক্লোই হায়বসি খঙলবদা মুইভাসু অকোনবদা তন্না য়ারকখি। মহাক্না য়ারকপা মতম অদুদদি য়াম্না থেংখ্রে।

নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮৮ গী এপ্রিলগী তাং ২৯ নি। নুমিদাংৱাইরমনি। অচিকপা চীংগী লম ওইবনিনা কৌজেং হারৌ খোংবগী খোঞ্জেল তাবা ফংই। নুংশিৎ শিৎপদা উনা ৱানা লেংবগী মখোল নাকল পুন্নমক্তা তাই। অথাপ্পদা লৈবা লোক্তা ঈশিং চেনবগী মখোলসু তাদবা নত্তে। মরক মরক্তা উচেক ৱায়াগী খোঞ্জেলসু তাই। মথক্তগী য়েংথরকপদা মফমশিং অসি য়াম্না অশুকপা মীনা চঙবা ঙম্লোয়দবা উমং ৱামং ওইনা উগনি। শুক্রবা জঙ্গলনি। খুদোংথিনিঙাই থিনিঙাই ঙাক্তনি। কাং, তিম্ফা, কাকফৈ অমদি তমথিরবা শা কয়া লৈবা মফন্নি। নুমিৎ অসিমক্তদনি। হাংশেন হায়রিবা খুল অসিদনি।

খপলাং অমসুং মহাক্কী "য়েৎকী পাম্বোম" ওইরিবা খোলেগী লান্মীশিংনা অতোপ্পা মফমশিংদগী মুইভাগী মীওইশিংনা লৈরিবা অখন্নবা কেম্প অদু তন্না চঙশিল্লকখি। ইয়ু এন এল এফ, উলফা অমসুং পি এল এ গী "অপুনবা মীহুৎ কাংবু" অদুনা খপলাং উনবা লাকপদা লান্মীশিং অদুগা লম্বীদা থেংনখি। খপলাংগী লান্মীশিং অদুবু লুচিংদুনা লাকখিবা "লেফটিনেন্ট কর্নেল" তি সু সাংতসুনা "অপুনবা মীহুৎ কাংবু" অদুদা

তায়শিন্নবা মতম হেল্লে, হনখ্রো হায়না খঙহল্লকখি। অপুনবা মীহুৎকী মীওইশিং অদু মখোয় মখোয়গী কেম্পশিংদা খপ্লাংগী মীওইশিংনা হনহল্লকখি। খপলাংগী লান্মীশিং অসি য়ৌশিল্লক্লে হায়বা পাও ফংবা মতমদা মুইভাদি নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে। মসি মহাক্না খজিক্তং তোখায়বা মফম অমদা লৈহৌবদগী পাও হান্না ফংখিবনি হায়। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মীওই কয়াদি কোয়শিন্দুনা থল্লবা মতুংদা লান্দারকখি। সবু মতম অদুদা অতোপ্পা মফম অমদা লৈখি। "লেফটিনেন্ট কর্নেল" সাংতসু না এপ্রিলগী তাং ৩০ গী অয়ুক্কী পুং ৫.৩০ মুক্কী অদুৱাইদা মহাক্কী লান্মীশিংদা লেপ্পা লৈতনা হান্নগী মখোয়গী মরুপশিং অদুদা নোংমৈ কাপ্পবা হুকুম তাওথখি। মতম খরগী মমাংদা পুমচিক চিকলম্বা লম অদু নোংমৈ মখোলনা পুমনিল নিলখি। শোক্লবা নুপী অঙাং কয়াগী কপ লাওবা, লেপ্পা লৈতনা কাপশিল্লক্লিবা নোংমৈগী মখোল, লংশিল্লক্লিবা বোম অসিনচিংবা কয়াসিগী মরক্তা ইয়ু এন এল এফ, উলফা, পি এল এ গী মীওইশিং মখোয়গী কেম্পশিংদগী থৈদোক্তুনা লৈবা তাখি। এন এস সি এন গী মনুংগী ৱাথোক্লিনা অতোপ্পা মীওই অমত্তনা খুৎ থিংজিনবা ঙম্লমদে। খপলাংগী মীওইনা লান্দারকপদা শিখিবা অহানবা মরু ওইবা মীদি "কর্নেল" অশিহো শেপৌমাই হায়বা এন এস সি এন গী "নাগা লান্মী" গী অনিশুবা লান্মী মকোক অসিনি। মহাক মহাক্কী মচা চহি অনিশুবা অদুগা পুন্না কাপ্তুনা হাৎখি। অশিহো মনিপুরগী সেনাপতি জিলাগী মাও খুলদগীনি। মদুদগীদি লেপ্পা লৈত্রে। নোংমৈ পায়বা মশেল মোৎ খেন্নবা হায়বসি কয়া য়াম্না শাথিনিঙাইনো হায়বসি পাবিরিবশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি।

অহানবগী লান্দাশিল্লকপদা নুপী অঙাং য়াওনা মীওই ৩০০ মুক শিখি। মতম কুইনা লুমদুনা, অচেঙবা তাঞ্জা ঙায়দুনা লৈরকপা ম্যানমারগী সিফাইশিংগী খুদোংচাবা অদুসু লাকখি। খপলাংগী লান্মীনা চৎখ্রবা মতুংদা ম্যানমারগী সিফাইশিংনা সবু অমসুং মুইভাগী মীচেন লান্মীশিং অদুদা অমুক লান্দাশিনখি। পনবা য়াবা অমনা ইয়ু এন এল এফ কী সেন্ট্রেল কমিতিগী মেম্বর ওইরম্বা কোইবিসু মফম অদুদা শিখি। অতৈনা মফমশিং অদু থাদোক্তুনা চৎখ্রগা মহাক্না এন এস সি এন গী ৱাথোক অদু তায়শিন্নবা মখা তানা লৈহৌবদা ম্যানমার লান্মীশিংনা নারোন্দগী নোংমৈ কাপশিল্লকপদা শিখিবনি। মহাক য়াম্না মমল য়াম্বা, মরৈবাক্কীদমক্তা মপুন্সি কৎথোকপা ঙম্বা মীওইনি হায়না ইয়ু এন এল এফ কী চেয়োল অমনা হায়। য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমা। মুইভাদা খপলাংগী লান্মী য়ৌশিল্লক্লে হায়বগী পাওসি মৈতৈ নহারোলশিংনা মঙোন্দা পিখি। হান্না মফম অদুদা লৈরম্বা মৈতৈ অমনা অইবদা হায় : "মুইভাসি মহাকপু নুংশিবা

খপলাংগী সিফাই অমনা লান্মীশিং অদু য়ৌশিল্লক্লিঁদা মহাকপু শোকলোয়দবা মফম অমা ফাওবা থিন্দোরকখি। খপলাংগী লান্মীনা হায়রিবা সিফাই অসি মুইভাবু থাদোকখি হায়বগীদমক হিংনা হিংনা লৈবাক্তা ফুল্লগা হাৎখি।" মসিগী ৱাফম অসি কয়ামুক চুল্লবগে হায়বদু অতোপ্পা মরি লৈনবা মীওইশিংদগীদি খঙবা ঙমদ্রে।

খপলাংগী লান্মীনা লান্দাশিল্লকপদা হিংহৌবা মীওই ২৫০ মুক মখোয়গী হান্নগী লৈফম অদু থাদোক্নুনা চেল্লকখি। খৃঃ ১৯৮৮ গী মে তাং ৬ তা চেল্লক্লিবা মীওইশিং অসি লাশা হায়রিবা খুল অসিদা মখোয়গী অচা অথক পুরকপা ঙাইরিঁদা ম্যানমারগী লান্মীশিংনা অমুক লান্দাশিল্লকখি। লু কোকপদা লেন তাই হায়বদুনি। লান্মীশিং অদুনা অঙকপা মওংদা নোংমৈ কাপশিল্লকপদগী মখোয় অয়াম্বা মচোই মচোই তানদুনা কায়দুনা চেন্নখিবদগী অমগা অমগা উনবা ফংনখিদে। পংলাপ লাপ্তনা লৈবা কাকো হায়বা খুল অসিদা এন এস সি এন গী "মিনিষ্টর" ওইরম্বা হানোং অমসুং কেপ্তেন তাওথিং ম্যানমার লান্মীশিংনা কাপ্তুনা হাৎখি। মে তাং ৭ তা খপলাংগী মীওইশিংনা কাকো খুল মনাক্তা মুইভা অমসুং মহাক্কা লোয়নবা মীওই কাংবুদা লান্দাশিল্লকখি। মসিদা মুইভাগী মীওইশিং পুমকায় কায়দুনা চেন্নখি। অকোনবদা হিংহৌবা মীওই ৪০ মুক হৌজিক্কী নাগালেন্দ রাজ্য অসি তম্না খৃঃ ১৯৮৮ গী ওক্তোবর থাদা খোঙশাল্লকখি। অদুবু অমুকসু ম্যানমার লান্মীশিংনা লম্বী অমগী মচিদা লুমদনা লৈরগা কাপশিল্লকপদগী মীওই ১১ হেন্না শিখি। থা অহুম্মুক্কী মতুংদা হিংহৌবা মীওইশিং অদু নাগালেন্দগী কোনয়াক কাংলুপ্পা তাবা মফমদা য়ৌরকখি। এন এস সি এন মনুংগী ৱাথোক্তা লৈখিদবা অয়াম্বা মনিপুরদগীনি। মখোয়শিং অদুদি "মিনিষ্টর" অঙম, বেয়াও, কর্নেল প্রুনিং, লুইতা তাংখুল, কেপ্তেন লুঙমি। মখোয় অসি উখ্রুল জিলাদগীনি। য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমনা থুইঙালেং মুইভা অসি মফম অদুমক্তদা শিরম্বা য়াই। মৈতৈ নহারোলশিং অদুনা মঙোন্দা খপলাংগী লান্মী লাক্লে হায়বদু মাঙজৌননা খঙহল্লমদ্রবদি মহাক্কী হিংনবগী উপায় লৈখিদে হায়বা য়াই।

এন এস সি এন মনুংদা নাকল অনি তারকপগী মরমসি সবু অমসুং মুইভানা ভারত সরকারগা ৱারী শাননরগা নাগালেন্দবু মনিং মখা তম্নবা হৌরিবা লালহৌ অদু লোয়শিনখিগদৌরে হায়বা ৱাফম অসি খক্তা নত্তে। অতোপ্পা মরালশিং অদুদি মুইভানা কোনয়াক অমদি পাংমী নাগা লান্মীশিংসি হাৎকদবগী হোৎনবদা নত্তনা খুৎলায় মুন্নবা হোৎনৈ, মুইভানা ভারত সরকারদগী পৈশা য়াম্না লৌই, মুইভানা "মিনিষ্টর" হানোংগা তানরগা খপলাং অমসুং সব্বু মখোয়গী ফমশিংদগী লৌথোক্নবা হোৎনৈ হায়বনচিংবা

অসিনি। অতোপ্পা মরাল অমনা মুইভা মশামক্না এন এস সি এন গী চেয়ারমেন ওইনবসু হোৎনৈ হায়বসিনি। অসিদসু নত্তনা মুইভানা মাগী থাজবা "মিনিষ্টর" অঙম্বু মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা জেনরেল সেক্রেটরি ওইহন্নবা থবক তৌই। মুইভা অমসুং সবুনা খপলাংগী নাকলদগী শিরক্লিবা মরালশিং অসি অমত্তা য়াখিদে। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে থৌদোকশিং অসিদগীদি নাকল অনি অসি তায়শিন্নবা য়াদবা মওংদা কায়খি। খঙজিনবিগদবা অমনা খপলাংগী য়েৎকী পাম্বোম ওইরিবা খোলে হায়বা মীওইসি কোনয়াকনি। অসিনা ওইবসু য়াই মদুদি পাংমী অমসুং কোনয়াক্কী খপলাংবু থাজবা মীওইশিংনা মুইভা অমসুং সবুগী মীওইশিং অয়াম্বা হাৎখ্রিবসি।

মনিপুরদা লৈবা মীওইশিংনা এন এস সি এন গী মরমদা খরা মুন্না খঙফম থোকই। এন এস সি এন মনুংগী ব্রাথোক অসিগী মতুংদগীদি মীওই খরনা "মনিপুরগী অপুনবা শক্তম" অসিবু থুগায়নবা ফোংনা থবক থৌরম কয়া চত্থরকখি। চুমই চহি খরা শাংলবগী মমাংদগী চীংগী লালহৌবা অমসুং লুচিংবা মীওই খরনা মনিপুরবু থুগায়নবা লেপ্তুনা থবক চত্থরক্লি। অদুবু এন এস সি এন অসি কায়রক্লবা মতুংদগীদি চীংগী মীওই অমদি সংস্থান খরনা মনিপুর থুগায়নবগী থবক অসি ফোংনা চত্থবা হৌরকখি। করিগীনো?

সবু অমসুং মুইভাগী মীওইশিংনা খঙলে মদুদি মখোয় অমুক হন্না খপলাংগী মফমশিং অসিদা লৈবা য়াররোই হায়বসি। মরম অদুনা মখোয় তন্না মনিপুর অমসুং নাগালেন্দ লোমদা লাকপা তাখি। তুংকোইনা খোঙদাবা য়ানবা মখোয়না মনিপুর অমদি নাগালেন্দগী মনুং চঙশিন্না লৈবা লমশিং খরদা মখোয়গী লৈফম অমদি কেম্পনচিংবা শাখি। মফমশিং অসিদগী মখোয়না মখোয়গী অনৌবা লানগী পোরম য়াৎপা হৌখি। চহি ফনা কুইনা হৌজিক্কী নাগালেন্দ ষ্টেট অমসুং মসিগা তায়নবা নাগানা খুন্দাবা লম খরা "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইনবনি হায়দুনা খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরুরবনিনা প্রজাশিংগী মমাংদা মখোয় তুমিন্না লৈবা য়াখিদে। খপলাংনা "ইস্থোরকপদগী" মখোয়না হান্না থম্লম্বা "পান্দম" অদু হোংদোকপা তাখি। নাগা লালহৌলুপ অসি অনি থোক্না কায়রবা মতুংদা সবু অমসুং মুইভাগী তুংইনবা কাংবুনা ( মরু ওইনা মুইভাগী তুংইনবা কাংবু অমসুং মনিপুর থুগায়বা পাম্বা চীংমী খরনা) হৌজিক লৈরিবা নাগালেন্দ ষ্টেট অসিদা উখ্রুল, চান্দেল, সেনাপতি, তমেংলোং অদুগা অসাম অমসুং অরুনাচল প্রদেসকী লম খরসু তিনশিন্দুনা "অচৌবা নাগালেন্দ" অমা শেন্নবা ফোংনা থবক চৎথরকখি। অসাম অমসুং অরুনাচল প্রদেসকী লম খরা

হায়বসিদি মমিংগী ৱানি নাগালেন্দদা তিনদ্রবসু য়াই। মখোয়না পাল্লিবদি মনিপুরগী চীংগী জিলা মরি অসিনি। মুইভা অমসুং মহাক্কী কাংবুনা নাগালেন্দগীনি হায়দুনা খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরুবগা য়ারক্রুবা মতম অসিদদি মহাক মনিপুরদা অমুক হল্লকপা হায়বদু পাল্লমদে। এন এস সি এন গী হান্নগী খপলাংনা লৈরিবা মফমশিং অদুসু য়াওবা "নাগালেন্দ" অমা শেম্নবগী পান্দমসু কায়রবনিনা মুইভানা মহাক্কী অনৌবা পোরম অমা য়াৎপা হৌরকপনি। হৌজিক্কী নাগালেন্দ ষ্টেটতা হান্নদগী খুন্দাদুনা লৈরক্লবা নাগাশিং অয়াম্বনা মনিপুরগা মরি ফজনা লৈনবা পামই। হৌজিক্কী নাগালেন্দ ষ্টেট লোমদগী মনিপুরগী মায়োক্তা ফোংলকপা পাওশিং অসিদি মনিপুর থুগায়বা পাম্বা মীওইনা অশোমদা চৎলগা পীরুবা পাওশিংনা অয়াম্বনি।

সবু অমসুং মুইভানা "অচৌবা নাগালেন্দ" শেম্নবা হোৎনরকপা অসিদা খ্বাইদগী শোক্লিবসি মনিপুরনি । চহি লিশিং কয়া চঙনা শেমগৎলকখিবা লৈবাক অসি থুগায়রগা মসিগী অয়াম্বা শরুক অদু ঙরাংদা খুল খরনা পুনশিল্লগা (কোন্না থংনবা লম খরা অমুক হাপচিনখি) ওইরকখিবা নাগালেন্দদা তিনশিনগদবনি হায়বসিনা মুইভা কাংবুগী মরু ওইবা পান্দম ওইরকখি। করিগুম্বা "অচৌবা নাগালেন্দ" শেম্বসি য়াদ্রবদি মনিপুরগী জিলা মরি - উখ্রুল, চান্দেল, তমেংলোং অমসুং সেনাপতি - অসিনা "খা-থংবা নাগালেন্দ" হায়বা ভারত সংবিধানগী মখাদা লৈবা লৈবাক অমা শেম্বা পাম্বগী মোৎসু চীংমী খরনা ফোংদোকখি। মনিপুর থুগায়নবা হোৎনবসি ইয়ামক য়াদ্রবা থবক অমরা? য়াম্না ঙক্লিবদি ভারত সরকারনসু "অচৌবা নাগালেন্দ" অমা শেম্নবা তৌরকপা দাবিদা থংনবা ষ্টেটশিংনা য়ারগদি করিসু কায়দেনা হায়বগী ৱাখল চেনবা অসিনি।

হৌজিক্কী নাগালেন্দ অসি মতম অমদা অসামগী নাগা হিলস কৌবা জিলা অমা ওইনা লৈরমই। ভারত্তা লৈরিবা বৃটিস সরকারনা শোথবা, চাওখৎত্রিবা লমগী অৱাৎ অপা য়েংশিন্নবা 'ইন্দিয়ান ষ্টেটুতরি কমিসন" হায়বা অমা শেমদুনা মীওই খরদা শক্তি পীদুনা থিজিন হুমজিন তৌনবা থবক শিন্নখি। মসি "সাইমন কমিসন" হায়রগসু খঙনৈ। খৃঃ ১৯২৯ গী জানুৱারী তাং ১০ দা "নাগা ক্লব" কৌবা সংস্থান অমনা "সাইমন কমিসন" দা ৱাকৎ চে অমা পিশিনখি। চেরোল অসি "কমিসন" গী মীওইশিংনা কোহিমাদা লাকপদা পিখিবনি। চেরোল অসিনা হায়ঃ (শম্না) বৃটিসকী লৈঙাক সাশনগী মখাদা লৈরিবা নাগাগী কাংলুপ অসি নিপালদগী হেল্লি। (মতম অদুদা কাংলুপ নিপালমুক শক খঙলমই। হৌজিক্কী নাগালেন্দগী মীওই ঙাক্তনি। মনিপুরগা মরি লৈনদে)। নাগা কাংলুপ অমগা অতোপ্পা নাগা কাংলুপ অমগা য়াম্না

খেন্নে অমসুং লোল তিন্নদে। লৈঙাক সাশন অসিগী মখাদা লৈতবা লমশিংদসু অতোপ্পা নাগা কাংলুপ য়াম্না লৈ। ঐখোয় লিংজেল মান্নদে। বৃটিস সরকার থক্তুননি ঐখোয়বু পুনশিন্দুনা থম্লিবসি। বৃটিস সরকারগী মখাদা ঐখোয়বু অদুম থমদুনা ঙাক শেনবীয়ু। করিগুম্বা বৃটিসনা ঙাকপী শেনবীরোয়দবা ওইরগদি ঐখোয়বু ইশানা ইশাগী লাইবক লেপচনবগীদমক্তা তোখায়না থাদোকপীয়ু।" মসিগী চেরোল অসি "নাগাগী ইতিহাস" তা য়াম্না মরু ওইবা পোৎশক অমনি হায়না লৌনৈ। মতাং অসিৱাইদগী নাগাগী মীওই মরু ওইনা হৌজিক্কী নাগালেন্দগী নাগা কাংলুপ খরনা লৈবাক অমা শেম্নবগী ৱাখল ফাওরকখি। অমুকসু পঞ্জরি চহি অদু খৃঃ ১৯২৯ দনি।

অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদা নাগাগী মীওই খরা বৃটিসনা ফ্রান্সতা কুলি ওইনা থবক শুনবা পুখি। হায়রিবা মীওইশিং অসিনা লান লোয়রগা হল্লকপদা মখোয়গী ৱাখলদা অহোঙবা অমা লাকখি। লোয়ননা লাইরিক লাইশুগী মঙাল খজিক খজিক ফংলকপদগী নাগা ঙাক্তগী ওইবা লৈবাক অমা শেম্নিংলকখি। অনিশুবা পৃথিবীগী লান লোয়রবা মতুংদা "নাগা হিলস ত্রাইবেল কাউন্সিল" কৌবা সমাজগী সংস্থানগুম্বা অমা খৃঃ ১৯৪৫ গী এপ্রিল তাং ১ দা শেমখি। হায়রিবা কাউন্সিল অসি খৃঃ ১৯৪৬ কী অদুৱাইদা মমিং হোংদোক্লগা "নাগা নেসনেল কাউন্সিল" কৌখি। "নাগা নেসনেল কাউন্সিল (এন এন সি) অসি নাগালেন্দগী অহানবা রাজনিতি দল ওইখি। এন এন সি গী অহানবা প্রসিদেন্ট ময়াং নোকচা আওনা ওইখি। ইমতি অলিবা আও অমসুং টি শাখ্রি (অঙ্গামি নাগানি) না মথংশিৎনা সেক্রেটরি অমদি জোইন্ট সেক্রেটরি ওইখি। আও নাগা কাংলুপ অসি নাগালেন্দদা অকন্নবা কাংবু অমনি। এন এন সি গী মরু ওইবা পান্দমদি নাগাশিংনা মখোয়সি "তোখায়বা জাতি অমনি হায়না শক তাক্লবা হোৎনবনি।"

নাগা নেসনেল কাউন্সিলনা মশক খঙলবা নাগা কাংলুপ নিপাল মরু ওইনা আও, অঙ্গামি, সেমা, লোথানচিংবসি নত্তবা অতোপ্পা খরা মনুং চঙশিন্না খুন্দাবা কোনয়াক, য়িমচুঙ্গের, সংতম, চাখেসাং, ফোমনচিংবসু "নাগা" হায়বা মিংগী মখাদা পুনশিন্নবা হোৎনখি। অসিগা লোয়ন-লোয়ননা অসামগী নাগা হিলস জিলা অসিগী লৈঙাক সাশনগী মতাংদা হেন্না শক্তি পীগদবনি হায়না এন এন সি না দাবি তৌখি। ভারতনা নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরমদাইদা এন এন সি না অনৌবা দাবি অমা তৌখি। "নাগাশিংবু মনিং মখা তমহনগদবনি।" খৃঃ ১৯৪৭ কী ফেব্রুৱারী তাং ১৯ দা এন এন সি না ৱারেপ অমা লৌখি। ভারতপু ঙাক শেলহল্লগা, লংদাই সরকার অমা শেম্লগা নাগা

হিলসকী লৈঙাক সাশন অসি চলাইহনগদবনি। হৌজিক্কী হায়রিবা সরকার অসিগী মতম লোয়বদা নাগাশিংবু মখোয়গী রাজনিতিগী ফিরেপ অদু মশা মথন্তা লেপচহনগদবনি হায়না এন এন সি না হায়খি। এন এন সি না মখোয়না তাল্লিবা দাবি অদু ফংনবা থবক কয়া তৌখি। মতম খরা লৈরগা ভারত সরকার অমসুং নাগা নেসনেল কাউন্সিল অনিগী মরক্তা য়ানচে অমা সহি তৌনখি। মসিবু "হায়দারি এগ্রিমেন্ট" কৌই। মরমদি মতম অদুগী অসামগী গোভর্নর আকবর হায়দারি না ভারত সরকারগী মহুৎ শিন্দুনা সহি তৌখি। য়ানচে অসি খৃঃ ১৯৪৭ কী জুন থাদা সহি তৌনখিবনি। মসিগী মরু ওইবা শরুক্তি নাগা হিলসতা করম হায়না লৈঙাক সাশন চলাইগদবগে হায়বা ৱাফন্নি। ঙমখৈগী মতাংদা অসুম্না পল্লি: হৌজিক্কী লৈঙাক সাশন নুঙাইনবা খায়দোক্লিবা মফমশিং অসি অমুক শেমদোক্তুনা ১) শিবসাগর অমসুং নাওগাও জিলাগী উমংগী লমশিং অসি নাগা হিলসতা তিনশিনগদবনি, অদুগা ২) নাগাশিংসি য়ারিবমখৈ লৈঙাক সাশন অমগী মখাদা পুরক্কদবনি হায়বনচিংবনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবদি মনিপুরগা নাগা হিলসকা মরু ওইবা মরি অমত্তা লৈনরমদে। হায়রিবা য়ানচে অসিদসু মনিপুরগী চীংগী লমগী মতাংদা ৱাহৈ অমত্তা পনবসু লৈতে। মরু ওইনা শিবসাগর অমসুং নাওগাওগী উমংগী মফমশিং অদু নাগা হিলসতা তিনশিনবগী ৱাফন্নি। নাগাশিংনা লৈঙাক সাশন অমগী মখাদা লৈবা পামই হায়না য়ানচেদা য়াওরিবসি মফম অদুৱাইদা তোখায় তোখায় লৈরিবা কোনয়াক, ফোম, য়িমচুঙ্গের, রেংমা, লোথা, সেমা, আও, অঙ্গামী, চাখেসাংনচিংবসি ওইরোইদ্রা?

মনিপুরগদি মসিগী মতাংদা মরি শুক্লে লৈনদে। য়ানচে অসিগী মতুং ইকুই কুইদনা এন এন সি গী লুচিংবশিংগী মরক্তা মোৎ খেন্নরকখি। মসি অঙ্গামি জাপো ফিজোনা কাউন্সিল অসিগী প্রসিদেন্ট ওইরবা মতুংদনি। ফিজোনা এন এন সি গী প্রসিদেন্ট সি খৃঃ ১৯৫০ গী দিসেম্বর তাং ১১ দগী ওইখি।[৮] এন এন সি অমসুং ভারত সরকারনা "হায়দারি এগ্রিমেন্ট" অসিগী আর্থ তোঙান-তোঙান লৌনরমই। এন এন সি গী মতুং ইন্না য়ানচেসি ইনরবা চহি ১০ গী মতুংদা নাগাশিংসি মখোয়না অপাম্বা থবক অদু তৌহনগদবনি। শম্না হায়রবদা মশানা মশাগী লাইবক লেপচগদবনি। এন এন সি না অসুম্না লৌরবসু অইবা ওইনদি য়ানচে অসিদা য়াওদে। ভারত সরকারগী মতুং ইন্না নাগানা করম্বা মওংদা ভারত সরকারগী মখাদা নাগা হিলসকী লৈঙাক সাশন ফহনগদবগে হায়বদু মখোয়গী (নাগাশিংগী) ওইবা মোৎ ফোংদোকপা য়াগনি সিনি। হান্নগী এন এন সি গী লুচিংবা ইমতি অলিবা আওনা এন এন সি না পাম্বা "নাগাশিংবু মশানা মশাগী লাইবক লেপচবা য়াহনগদবনি হায়বসি" "হায়দারি এগ্রিমেন্ট"

তা অইবা ওইনা য়াওহনবা পামখি। ফিজোনা মসি পামল্লমদে। ফিজোনা নাগা হিলসকী মফম কয়াদা চত্তুনা মীয়ামগী মোৎ অমা লৌবা পাল্লমই। মদুদি "নাগা হিলস অসি মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইসিরা নৎত্রগা নাগাশিংনা ভারতনা কৌরিবা মীখল (১৯৫২) অসি য়াসিরা" হায়বসিনি। ফিজোনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জৱাহরলাল নেহরুগা অহুল্লক (১৯৫১ দিসেম্বরদা অসামগী তেজপুর, ১৯৫২ মার্চতা দিল্লি অদুগা ১৯৫২ জুলাইদা অসামগী দিব্রুগর দা) উন্নখি। নাগাশিং তোখায়বা লৈবাক (নাগা হিলস) অমা ওইনা লৈজগে হায়বগী ৱাফম খন্নবদা শক্তইনবা অমত্তা পুরকপা ঙমখিদে। মতাং অসিদা পনজনিংই মদুদি এন এন সি না নাগাশিংসি "মনিং তল্লে" হায়দুনা খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৪ দা হান্না লাওথোকখ্রবনি। মসিনা মরম ওইদুনা ভারত সরকারনা লেপ্পা লৈতনা সিফাই মশিং য়াম্না থাজিনবা হৌখ্রবনি। অমরোমদা খৃঃ ১৯৫১ গী মে থাদা তৌখিবা "মীয়ামগী মোৎ" লৌবা অদুদা চামদা ৯৯ না নাগাশিংসি "ভারত্তগী তোখায়না লৈজগে হায়না মোৎ পীখি।" ভারত সরকারনা নাগা হিলসতা মীখল তৌনবা থবক থুজিল্লকখি। লোয়ননা সিফাইশিংনা ভারত সরকারগী থৌশিলবু য়াদবা মীওইশিংদা মীওৎ-মীনৈগী থবক কয়া চখ্রকখি। অতোপ্পা আইন কয়া শেমদুনা মীওইবগী হক কয়া খোঙ্গাওনখি। এন এন সি গী মীওই অমসুং মীচম কয়া ওৎ-নৈখি। নাগাগী ইহৌ অদু হান্নগীদৌনা কলহনবা ঙমহনখিদে। এন এন সি গী লুচিংবশিং নাকপাক নাকপাক তান্নরকখি। এন এন সি গী মতম অমগী লুচিংবা শাখ্রিগী ময়ুমদা খৃঃ ১৯৫৩ গী এপ্রিল থাদা মীওই খরনা নম্ফুদা থিবা হুম্বগী থবক চথখি। মতম খরা লৈরগা মশক খঙদবা মীওই খরনা শাখ্রিবু ফাদুনা পুখ্রগা ওৎ-নৈরবা মতুংদা হাৎতোকখি। অমরোমদা এন এন সি গী খুৎলায় পায়বা লালহৌবা মশিং য়ামখৎলকখি অমসুং "নাগাশিং মনিং মখা তমগদবনি হায়দুনা লালহৌবগী থবক কনশিল্লকখি।"

এন এন সি না মখোয়গী "মনুংগী সরকার" "ফেদরেল গোভর্নমেন্ট ওফ নাগালেন্দ (এফ জি এন) অসি খৃঃ ১৯৫৩ গী মার্চ তাং ২২ দা লিংখৎখি। ইরাং অমসুং লালহৌবা নমথনবা সিফাইশিংনা নাগা হিলস জিলাগী মফম অয়াম্বদা তমথিনা মীওৎ-মীনৈগী থবক চখ্রবা হৌরকখি। সিফাই হিক্কু থুবমখৈ মফম অয়াম্বদা লালহৌবা থেংনবগী মমিংদা থাদোকখি। খৃঃ ১৯৫৭ কী আগষ্ট তাং ২২-২৬ ফাওবদা তোঙান-তোঙানবা নাগা কাংলুপশিং পুনশিন্নদুনা মীয়ামগী ওইবা মীফম অমা কোহিমাদা পাংথোকখি। মীফম অদুনা "নাগাগী ৱাথোক" অদু য়ানবা অমা পুরক্লবা ৱারেপ লৌখি। লোয়ননা খৃঃ ১৯৫৭ কী দিসেম্বর তাং ১ দা নাগা হিলস অমসুং তুয়েনশাং জিলা অনি অসি নিয়ম অমগী মখাদা পুনশিন্দুনা নাগা হিলস তুয়েনশাং হায়বা লম অমা শেমদুনা

লৈঙাক সাশনগী মরিদা খরা হেন্না শক্তি পীদুনা মফম অদু চলাইখি। অদুবু মসি নাগাশিংনা য়ানিংলমদে। নাগা হিলস অমসুং তুয়েনশাং অনি অসি "নাগা হিলস তুয়েনশাং এরিয়া রিগুলেসন, ১৯৫৭" হায়রিবা নিয়ম অমগী মখাদা পুনশিন্নখিবনি। ভারত সরকারনা খৃঃ ১৯৫৭ কী আগষ্ট ২২-২৬ ফাওবদা ফমখিবা মীফমদা ("নাগা পিপলস কনভেনসন" হায়না খঙনৈ) য়াওখিবা নাগা লুচিংবা খরগা লেপ্পা লৈতনা নাগাশিংগী ব্রাথোক অদু তায়শিন্নবা ব্রারী শান্নখি। অকোনবদা খৃঃ ১৯৬০ গী জুলাই থাদা হিরম ১৬ য়াওবা য়ানচে অমা সহি তৌনখি। য়ানচে অসিগী মতুং ইন্না "নাগা হিলস তুয়েনশাং" গী লম অসিবু "নাগালেন্দ" কৌবা ভারতকী রাজ্য (ষ্টেট) অমা শেম্বা হায়না য়ানখি। মরকসিদা ভারতকী প্রসিদেন্টনা "নাগালেন্দ সেক্যুরিতি রিগুলেসন, ১৯৬২" হায়বা হুকুম অমা এপ্রিলগী তাং ১১ দা থোক্তুনা "নাগা হিলস তুয়েনশাং" দা ভারত সরকারগী মায়োক্তা থবক তৌবশিং থিংজিনখি। খৃঃ ১৯৬২ গী আগষ্ট থাদা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টতা বিল অমা পুথোক্তুনা ভারতকী সংবিধান শেমদোক্লগা নাগালেন্দ কৌবা ষ্টেট অমা শেমখি। ভারতকী মতম অদুগী প্রসিদেন্ট এস. রাধাকৃষণন্না খৃঃ ১৯৬৩ গী দিসেম্বর তাং ১ দা কোহিমাদা ফম্বা মীফম অমদা নাগালেন্দ কৌবা ষ্টেট (রাজ্য) অমা শেম্লে হায়না লাওথোকখি। অসিগুম্বা খৃঃ ১৯৬৩ দা শেমখিবা নাগালেন্দ অসিদনি চহি ২০০০ গী অইবা ইতিহাস লৈজবা, মনিং মখা তম্না পাল্লম্বা মনিপুর অসি থুগায়রগা মসিগী চীংগী শরুক অসি হায়রিবা নাগালেন্দ অসিদা তিনশিনগদবনি হায়দুনা চীংমী খরনা চহি খরগী মমাংদগী হোৎনরক্লিবসি। অমুকসু য়াম্না ঙকনিংঙাই ওইবা ব্রাফম অমনা হায়রিবা নাগালেন্দ অসিগী এসেমব্লিনা খৃঃ ১৯৯৪ গী সেপ্তেম্বর থাদা মণিপুরগী চীংশিং য়াওনা অসাম অমসুং অরুনাচল প্রদেসকী লম খরা নাগালেন্দদা তিনশিনদুনা 'অচৌবা নাগেলেন্দ' অমা শেমগদবনি হায়দুনা ব্রারেপ অমা লৌখি। কনাগী থৌইনশিন্নো? নাকল পুম্নমক্তগী মণিপুর থুগায়নবা লৌতুনবা হৌরক্লবসি ফাওবদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা 'অমত্তা ওইনা পুনশিন্নদুনা' থবক তৌমিন্নবা ঙমদ্রিবসি করিগীনো? লৈবাক অসি তুংদা করি ওইরক্কদবগে হায়বা ঙমদে। অদুবু চীংগী মীওই খরনা মনিপুর থুগায়নবা হোৎনৈ হায়বসিদি লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌরগনি।

# ঙল্লিঁঙৈ মতমগী মনিপুর

য়েলহৌঙৈদগী হৌনা "হৌজিক্কী মনিপুর" অসি মশাগী ওইবা তোখায়বা মগুণ লৈজরকই। মহৌশাগী পীথোরকপা পাৎ, তুরেল, চীংদগী চেন্থরকপা খোং, লোক, লৈহাও চেনবা লম, উমং ৱামংদা ফংবা তাংলবা পোৎশিং কয়ানা থায়নদগী খুন্দারকপা মীওইশিংনা মীপাল তাংদনা হিংবা ঙম্লমই।

চহি চা কয়াগী মমাংদা লৈবাক অসি উ ৱানা শোংলবা, শা কৈনা থল্লবা, লম্বী থোঙ লৈতবা লমনি। য়েংখি য়েংখিবদা শুক্লবা জঙ্গল ঙাক্তনি। য়ুম কৈ নিংথি নুঙাইনা শারমদে। মহৌশাগী ওইবা ঈশিং ইচাও, নোংলৈ নুংশিৎ, খুদোংথিবা অমা লাকপদা অৱাবগী মশক্নি। অসিগুম্বা মতমদা উখা ৱাখাদা চেনশিন্দুনা থৱাই হিংনবা হোৎনরমই। খুল অমগা খুল অমগা পাও ফাওনরমদে। খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগগী মীওইশিংসু উনবদা হেক্তা চায়নবা মতম্নি। শম্না হায়রবদা য়াম্না চাওখৎত্রিঙৈ, ইতিহাসনা খঙবা মতমগী মমাংদা ওইরম্বা লৈবাক অসিগী ফিভম্নি।

অসিগুম্বা শুক্লবা উমং ৱামং কয়া তেমথোক্তুনা, য়েক্লবা কয়া মায়োক্নদুনা, মচোই মচোই তারম্বা খুল অমদি মীওইশিং কয়া তাশিন খোমজিন্দুনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা শেম্বীরম্বা "লৈবাক" অমনি "হৌজিক্কী মনিপুর" অসি। নোংমা নিনিদা শেমখিবা নত্তে। চহি চা কয়া চঙনা, অৱাবা কয়া মায়োক্নদুনা, মখোয়গী পুন্সিশিং অদু কৎথোকপা ৱাখল্লোন অমগা লোয়ননা শেমখিবা লৈবাক্নি। ইপা-ইপুশিং অদুগী ৱাখলদদি মালেম অসিদা "মশক মচু থোকপা, মতিক মথৌনা লৈবা, মীপাল তাংদনা মথন্তা লেপচবা ঙম্বা, অতোপ-অতোপ্পা লৈবাকশিংনা ইকাই খুম্নবা অদুগুম্বা লৈবাক্নি" মখোয়না শেম্নিংলম্লিবসি। থবক্তা ওইনসু উৎলমই। চহি চা কয়া চঙনা পান্দম অদু ফংনবগীদমক্তা, নিংহন্নবা লৈতনা মখোয়গী ঈখেঙনা ময়েক মচা খায়না য়াৎলমই লৈবাক অসিগী ঙমখৈ। চুমই মতম অমদা "হৌজিক্কী মনিপুর" অসি খা-নোংপোক এসিয়াদা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈরমই।

লাইরিক অসি পুৱারী নৈনবা নৎচদে। ইতিহাসসু নত্তে। লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অদুনা থম্বীরম্বা মমল য়াম্লবা পুৱারীগী মচাক মরল অদু তোল্লবা ঐহাক্না নৈনজবা

মতিক নত্তে। অদুবু মতাং অসিদা পঞ্জনিংই। দোক্তরনা অনাবা মীওই অমা লায়েংবা মতমদা অহানবদা মীওই অদুদা করম হায়না অনাবা অদু হৌরকখিবনো হায়বগী মরি মখোঙ য়াম্না কুপ্না থিজিল্লি। য়াম্না কুপ্না থিজিল্লবা মতুংদা অনাবা অদু ফনবা মীওই অদুদা হিদাক থাগনি। লাইরিক অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি চহি চা কয়াগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক অমসুং ওইখিবা ফিভমশিং অদু য়াম্না শম্লপ্না য়েংলগা লৈবাক অসিনা ওইরিবা হৌজিক্কী ফিভম অসি নৈন্নবা হোৎনজবনি। হৌজিক ওইরিবা তংদু লৈতাদবা ফিভম অসি চহি লিশাংশিংনা অসুম চথরবদি মনিপুর অসি তুংদা করি ওইরক্কদবগে হায়বসি লৈবাকসিগী মীওই খুদিংনা হংলিবা ৱাহংনি।

মতমগী মতুং ইন্না ফুরুপ খুদিংগী লাইরিক হৈবা মীওইগী মশিং নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। অমরোমদা হৌজিক্কী মনিপুর অসি মালেমগী মফমদা অফবা মশক মচু থোকপা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইহনবা হায়বসি লমদম অসিদা খুন্দারিবা ফুরুপশিংগী মখুত্তা লৈরে। ভারতকী মশক মচু থোকপা ষ্টেট কয়া লৈরিবসি মফমশিং অদুগী মীওইশিংনা হোৎনজবা ঙাক্তনি। অতোপ্পা মফমদগী লাকপা মীওইনা মনিপুরবু চাওখৎ লম্বীদা খুমাং থানা চৎন্নবগী থবক থৌরমদা পুক্নিং চঙগনি হায়বসি থাজবা ৱাৎলি। হায়রিবা থবক থৌরমশিং অসি ফজনা পায়খৎপা হায়বসি লমদম অসিদা খুন্দারিবা মীওইশিংগী মথৌনি। ফুরুপ খুদিংমক্না চুংশিন্নদুনা হৌজিক লৈবাক অসিনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি করম হায়না লোয়শিনগদবনো হায়বদু কুপ্না খন্ন-নৈনবগী মতম ওইরে। অকক্লবা ফুরুপ অমনা "অখুবা মীৎয়েং" য়েংলগা মখোয়না অপাম্বা পান্দম অমা ফংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা ফুরুপ অমবু শোক্কদবা ওইরবদি মদুগী পান্দম অদু অফবা ওইরোই। হৌজিক্তি কাংলুপ খুদিংমক্না লনায়গী ওইবা ৱাখল্লোন থাদোক্তুনা লৈবাক অসি "মশক নাইবা লম" অমা ওইনবা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা মায় ওনশিনবা মতম ওইরে। খ্বাইদগী মরু ওইবা ৱাফমদি ফুরুপ খুদিংমক্কী ৱাখল্লোন্দা লৈবাক অসিবু "অফবা মওংদা শেমগদবনি" হায়বসি চেনবা তাবনি। অসুক্কী মতিক লিরবা লৈবাক অসিবু থুগায়দবা য়াদে হায়বগী ৱাখল চেনবা তারবদি মদু ফুরুপ খুদিংমক্তা শোক্লক্কনি। লৈবাক অসিবু থুগায়দবা য়াদে হায়বা পান্দম অদু ফংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা ফুরুপশিংবু হুন্দুনা অরানবা ৱাহৈ ৱাতা হায়জিনবা তারবদি মদুনা করি ফল পুরক্কদবগে হায়বদু ইরাই লায়না উবা ফংই। অমুকসু খন্থফম থোকই। মদুদি থায়নদগী চান্না-চীন্নন খুন্দারক্লিবা ফুরুপশিং অসিগী নুংশি চান্ননা লৈরিবা মরি অসি থুগায়বা পাম্বা মীওই কয়ামরুম লৈরম্বা য়াই হায়বসি।





ইংশোক, তারিক, থানচিংবা ফজনা পল্লমদ্রবসু অরিবা পুয়া কয়াদগী খঙবা ঙম্মই মদুদি নিংশিংবা থোক্রুবা মতমদা লৈবাক অসিদা নিংথৌরেল কয়া পাল্লমই। পুয়াশিং অদুনা হায়রিবা নিংথৌরেলশিং অদুগী মরমদা কয়া শাংনা, শন্দোক্লা ইরমদে। "মঙাং শলাইদা পোকপা কাংবা নিংথৌগী মতাংদা অহানবা ওইনা অরিবা পুয়া খরদা মচা খায়না ইরমই।"[৯] কাংবা হায়বসি তাংজা লিলা পাখঙবা কৌবা মী অমগী মচানি। তাংজা লিলা পাখঙবগী মরমদা "পাখঙবা ফম্বাল" অমসুং অরিবা পুয়া খরদা ইদুনা থন্নমই।[১০] শন্দোক্লা তাক্লমদে।

কাংবা নিংথৌগী কোনুং অসি "কাংঙামুং" (নৎত্রগা কাংঙা-পুং) হায়বা মফম অসিদা ওইরমই, অদুবু মসি হৌজিক্কী করম্বা মফমদা ওইগদবগে হায়বদু চপ চানা খঙবা ঙমদে। কৌব্রু চীংদা পোকখিবা কাংবা নিংথৌনা চেংলৈ শলাইদা পোকখিবি লৈমা তরেৎনুগা পান্নদুনা মচা মাপল পোক্লমই।[১১] নিংথৌরেল কাংবনা পানবা মতম অসি য়াম্না মরু ওইবা তাঙ্কক্নি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী পুন্সিদা অহোঙবা কয়া লাকখি। চান থক্লবা পোৎশিং, ঙা চাক মরাং কায়না ফংলমই। কাংবা নিংথৌনা প্রজাশিংগী চাওখৎনবা অমসুং নুঙাইনা লৈনবা হোৎনরমই। কাংবা নিংথৌনা লাইনিংথৌ সনামহিগী মুর্ত্তি লাৎপা হৌদোক্লমই।[১২] পুয়া পুয়াগী মতুং ইন্না নিংথৌ কাংবদগী নোংদা লাইরেন পাখঙবা ফাওবদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মশিং খৈন্নে। "কাংবালোন" পুয়াগী মতুং ইন্না নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মমাংদা নিংথৌরেল কয়া অমনা লৈবাক অসিদা পাল্লমই। মখোয় খরগী মমিংদি কাংবা, মোরিয়া ফম্বালচা, কাকসুবা, তোনকোনবা, পিতিংকোই, লমবিচা, শোপাইবা, পুথিবা, লময়াই ঙম্বা।[১৩] অদুবু পুয়া খরদদি কাংবা অমসুং মোরিয়া ফম্বালচাগী মরক্তা নিংথৌ খরা পাল্লমই হায়। অশেংবা মশিং অমত্তা হায়বা ঙম্লরোই মরমদি পুয়া পুয়াগী মতুং ইন্না মশিং খৈন্নে। লাইরিক অসি পুৱারীগী মতাংদা নৈনজবা নত্তে। শুপ্নতগী চহি চা কয়াগী মমাংদা লৈবাক অসি করি ওইরম্বগে হায়বদু শন্না য়েংজবনি।

মোরিয়া ফম্বালচাগী মতম অসি য়াম্না মরু ওইনা লৌনৈ। মহাক অসি চাওরাক্লা জেসস খৃষ্টকী মমাং চহি ১৩৯৭ (1397 B.C) অদুৱাইদা পাল্লম্বা যাই হায়না পানরি।[১৪] অদুবু হায়রিবা চহি অসি পুয়া অমসুং অরিবা লাইরিক নৈনবা মীওই খরনা য়ানিংদে। কাকসুবগী মতুংদা নিংথৌ ওইখিবশিংদি তোনকোনবা, পিতিংকোই, লমবিচা, শোইপাইবা অসিনি হায়। শোইপাইবগী মথংদা পানখিবা নিংথৌশিংসি পুয়া পুয়াগী মতুং ইন্না খৈন্নে।[১৫] নিংথৌশিং অদুগী মরক্তা অমা ওইখিবা তাংজা লাংৱোন পাখঙবা হায়বা

অসিসু অমনি। তাংজা লাংবোন পাখঙবা অসি কংলাদা পানখিবা নিংথৌ অমনি।[১৬] লাইগী শক্তি চেল্লি হায়রিবা তাংজা লাংবোন পাখঙবা হায়বসি তশেংনা লৈরম্লা নৎত্রগা শেমজিন শাজিনব্রা হায়বদু চপ চানা খঙলরোই। তাংজা লাংবোন পাখঙবগা নোংদা লাইরেন পাখঙবগা করি মরি লৈনবগে হায়বসি পুয়া অমত্তনা শেংনা হায়বা ঙমদে। মীওই খরগী মোৎ মতুং ইন্নদি নোংদা লাইরেন পাখঙবা অসি তাংজা লাংবোন পাখঙবগী "শায়োন" ওইরম্বা য়াই হায়। অদুসু চপ চানা প্রমান পীবা ঙমদে। তাংজা লাংবোন পাখঙবা অসি কদাইদগী লাকপনো, মপা মমা কনানো হায়বসু চপ চানা হায়বদা লুনা থোক্লগনি।

নোংদা লাইরেন পাখঙবনা নিংথৌ ওইবগী মতাংদা ইবা " পাখঙবা ফম্বাল"[১৭] হায়বা পুয়াগী মতুং ইন্না পাখঙবা অসি মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। লোইমনাই পাখঙবা, লৈনুং লোনজা পাখঙবা (অরিবা), লোলাং পাখঙবা অমসুং নোংদা লাইরেন পাখঙবা। লোইমনাই, লৈনুং লোনজা অমসুং লোলাং পাখঙবশিং অসি লাইগী শক্তি চেল্লি। মখোয় কংলাদা নিংথৌ ওইখি হায়। মসি শেমজিন-শাজিনবা ওইরম্বা য়াই হায়না অখঙ অহে মীওই খরনা হায়। অদুবু নোংদা লাইরেন পাখঙবদি ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মীনি। মসিমদি চুম্লে মদুদি নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মমাংদা লৈবাক অসিদা নিংথৌ কয়া পাল্লমই হায়বসি। ইতিহাস হৌরকপদা মৈতৈ অসি শলাই তরেৎ থোক্লা খায়দোকখি হায়বসি মমাংদা পঞ্জখ্রে। শলাইশিং অদুদি নিংথৌজা (মঙাং), লুৱাং, অঙোম, খুমন, মোইরাং, খা-ঙানবা (খাবা অমসুং ঙানবা) অমসুং শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ)। ইতিহাসকী লমায় ফাকত্তুনা য়েংবদা মালেম অসিগী মফম পুন্নমক্তা তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা খৎন-চৈনদবা য়াওখিদে। কাংলুপ মশেলগী মরক্তা হাৎন-শুনবা, য়েংথিনবা, জাতি অমগা জাতি অমগা লান তৌনবা অমনা অমগী লম লৌশিনবা, অচৌবনা অপিকপবু তুহৎপিবা, ওৎপিবা নৈবিবনচিংবা কয়া ইতিহাসকী লমায়শিংদা থেংনগনি। চাওখৎত্রিবা লমশিংদি থম্মু থমখিসি। হৌজিক্কী চাওখৎলে হায়রিবা ইউরোপ, অমেরিকানচিংবা মফমদা ইতিহাস হৌরকপদা কাংলুপ নৎত্রগা জাতি মশেলগী মরক্তা ইমু নাইমু তানদবা, লান তৌনদবা, অমগা অমগা হাত্তোক্লদবা য়াওখিদে।

হৌজিক্কী ইউরোপ অসিদা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা অপিক-অপিকপা লৈবাক কয়ামরুম লৈরমই। লৈবাকশিং অসিবু ঙাকপা মীওইশিং হায়বদি কাউন্ট, দিয়ুক, বিশোপ কয়ামরুম লৈরমই। লৈবাক মচাশিং অসি ঙহাক লৈতনা অমগা অমগা লান

শোরুবা, হাত্তোক হাৎচিন তৌনবা, মখোয় মশেলগী মরক্তা ইমু নাইমু তানবগী ৱারী ইতিহাসকী লমায় কয়াদা য়াওরি। ইতিহাসনা খঙবা মতমগী মমাং নৎত্রগা ইতিহাস হৌরকপদা লান পাম্বা জর্মনিগী মীওইশিং, ফ্রেঞ্চ, সেকসোন, সেল্ট, রোমান, ফোইনিসিয়ান, গ্রীক, হেলভেসিয়ান, লোমবার্দ, লেতিন, পিক্ট অসিনচিংবা মীওইশিংসি ইউরোপকী মফম কয়াদা অমগা অমগা ঙহাক লৈতনা খৎন-চৈনরমই, লান তৌনদুনা হাৎতোক্করমই, অমনা অমগী লম লৌশিন্নরমই অমসুং য়েংথিংনরমই।[18] অদুবু অকোনবদা হায়রিবা লৈবাক মচা মচাশিং, মীওইশিং অসি অমগা অমগা পুনশিন্নরক্তুনা "মপাঙ্গল কনবা মনিং মখা তম্বা" লৈবাক কয়ামরুম শেম্লকখি। হৌজিক্কী ফ্রেঞ্চ, জর্মন, ইতালিয়ান, বৃটিস অমসুং ইউরোপকী অতোপ্পা মীওইশিং অসি মথক্তা পঙ্খ্রিবা মীওইশিং অসিগী মচা মশু ঙাক্তানি।[19] হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগা মনিপুরগা চাংদম্নবা ওইথোক্তে। অদুবু ইতিহাসকী অহৌবা শরুক্তা শলাই তরেৎকী মীওইশিং অসি অমগা অমগা ঙহাক লৈতনা হাৎন-শুনরমই। ইউরোপকী ইতিহাস হৌরকপদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগা থোয়না খেন্নরল্লোই। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা ইতিহাস হৌরকপদা হাৎন-শুনবা, লান তৌনবা থৌদোক ৱাথোক থোকখিবগী ৱারীশিং অঙকপা ফংনা লৈখ্রে। হৌজিক্কী মপাঙ্গল কল্লে হায়রিবা চাইনাদসু মতম অমদা তমথিরবা, কিনিঙাই ওইরবা ইতিহাস হৌরকপগী থৌদোক ৱাথোক্কী ৱারী কয়া ইতিহাসকী লমায়দা থেংনগনি।

তম্পাক্কী মফম কয়াদা খুন্দারম্বা শলাই তরেৎকী মীওইশিংদা নত্তনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিংসু ঙহাক লৈতনা ইতিহাসনা হৌরকপদা খৎন-চৈনবা, লান তৌনবা কয়া য়াওখি। থোকখ্রবা থৌদোক ৱাথোকশিংনি। অকোনবদা মীওইশিং অদুনা মখোয়সি "অমত্তনি" হায়বা খঙলক্লবা মতুংদা মখোয় লোয়না পুনশিন্দুনা লৈবাক অসিগী য়েক্লবা কয়া পুন্না লাম্থেংমিন্নখি। অসুম তৌদুনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা পীক্লবসু পীক্কা মশক মচু থোকপা, মনিং তম্বা লৈবাক অমা শেম্বীরমই। অদুবু চহি খরগী মমাংদগী থেংনরক্লিবা হাৎন-শুনবা, কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা থাজনরক্তবা অসিনচিংবসিনা লৈবাক অসি তুংদা করি ওইরক্কদৌরি।

মঙাংশিং অসি কংলা, মসিগী অকোয়বা মফমশিং অমসুং তম্পাক্কী লম খরদা খুন্দারমই হায়না ইতিহাস নৈনবা মীওই খরনা হায়। লুৱাংশিংনা নমনা লৈরম্বা লমশিংনা লমদেং, কামেং, ময়াং লাংজিং, লুৱাংশংবম, খোংহামপাৎ, সেকমাই, লম্ফেলনচিংবসিনি। মঙাংশিং অসি মতম অমদা কংলাদা পাল্লমই অদুগা লুৱাংশিংগী

কোনুং অসি অহানবদা কৌব্রু চীংখোংদা ওইরম্বদগী অকোনবদা ফুন্নান চীং, লোইজিং, লমাংদোংদা ওইখি।[২০]

খুমন, লুৰাং অনিসি মতম অমদা পুন্না লৈমিন্নরমই। লুৰাংনা নমনা তাবা লমদগী খাযদোক্লকুবা মতুংদা খুমনশিং অসি মরু ওইনা ইম্ফালগী খা-নোংপোক অমদি খা থংবা লমশিংদা খুন্দাখি। লমশিং অদুদি হিয়াংথাঙ, লাংথবাল, কৈরক, ৱাবগাই, মৈজরাও, ময়াং ইম্ফাল, ৱাঙ্গোই, পুমলেন, য়াইরিপোক, শিখোং, থৌবাল, ৱাংজিং, তেনথা, লমাংদোং, ফোইজিং, নিঙোম্বমনচিংবসিনি।[২১] অহানবদা খুমনশিংগী কোনুং অসি থৌবালদা ওইরম্বদগী অকোনবদা ময়াং ইম্ফাল মনাক্তা লৈবা "মৈকৌইপুং" দা হোংখি।[২২] খুমনগী লমসি শন্না হায়রবদা নোংচুপ্তা লোক্তাক পাৎ, অমদি মোইরাংনা খুন্দাবা লমশিং, অৱাং থংবদা কংলা, মঙাং (নিংথৌজা) অমসুং অঙোম্না খুন্দাবা লমশিংনি। অঙোম্না খুন্দাবা লমশিং অসি মঙাংগী নোংপোক অমসুং অৱাং নোংপোক্তা লৈবা লমশিং অসিনি। অঙোম অসি নোংমাইচীংগী চীংয়াদসু খুন্দারমই। মদুদা "অঙোম য়ুম্ফান" হায়না কৌবা মফম অমসু লৈ।[২৩] হৌজিক্কী তেলৌ, চানা, লমলাই, ফকনুং, পুখাওনচিংবা অসি অঙোম্না নম্না খুন্দারমই। অকোনবদা পুলৈরোম্বগী অনকপা মফমশিংদসু খুন্দাখি। খাবাশিং অসি মতম অমদা কংলাদা পাল্লমই। মখোয়না ঙানবশিংগা পুন্দুনা "খা-ঙানবা" ওইখি।[২৪] খা-ঙানবা অমসুং চেংলৈনা খুন্দারম্বা লমশিং অসি ১পা চানা করম্বা মফম্নো হায়বদু লুনা থোক্রে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মখোয়না কংলাদা পানখিবা মীওইশিংগা ঙম্লাক লৈতনা লান শোক্ল খিবদগীনি। অদুনা খা-ঙানবশিং অসি মচোই-মচোই খুন্দাখি। অদুবু নোংচুপ্তা লাঙ্গোল, অৱাংদা খোংহামপাৎ, নোংপোক্তা নোংমাইচীং অমসুং খাদা লমদাইবুং অসি মতম অমদা খাবাশিংনা খুন্দারমই।[২৫] হৈরেন খুঞ্জাগী মীওইশিং অসি মচোই মচোই খুন্দারম্মী অদুনা মখোয়না নম্না খুন্দাখি হায়বা লমশিং পনবদা ৱানা থোকই। মখোয়শিংসি ককচিংগী খাদা অদুগা মোইরাংগী নোংপোক থংবা শরুক খরদা লৈরমই হায়। মথক্কী ৱাফমশিং অসিদগী খঙলে মদুদি তম্পাক্কী তোখায়-তোখায়বা শলাইগী মীওইশিং অসি অমগা অমগা তোৎশিন্ননা খুন্দাদুনা লৈরক্লি হায়বসি। শলাই অমগী অকরুবা লম হায়বদু লৈরমদে হায়বা য়াই। চীংগী মীওইশিংসু তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা খুন্দাদুনা লৈরমই। হায়রিবা ৱাফমশিং অসি চহি চা কয়াগী মমাংদা ওইরম্বা ফিভমশিংনি। হৌজিক্কী ওইরিবা মওং অমসুং ফিভমশিংগা চাংদমন্নবা নৈনজবা নত্তে। মতাং অসিদা অমুক্কা পঞ্জনিংলিবদি অসুক্কী মতিক মচোই মচোই তারম্বা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং অসিনা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা "য়াম্না লিরবা লৈবাক" অমা শেম্বীরম্বা অসিনি।

মৈহৌরোলদগী খুন্দাদুনা লৈরক্লবা মীওইশিং অসিগী মতাংদা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা বৃটিস ওফিসারশিংনসু মখোয়গী ওইবা মোৎ ফোংদোক্লমই। "থায়নদগী থাজনরকপা মীরোল মথং মথং হায়নদুনা খঙনরক্লবা ৱারী কয়াগী মতুং ইন্না তম্পাক্কী লম অসিদা পুকোক কয়াদগী হৌরকপা চাওখৎত্রিবা মীওই কাংলুপ কয়ানা (ত্রাইবেল) খুন্দারম্বা মাল্লি" হায়না বৃটিস ওফিসার দল্লীয়ু মেক্কুলোকনা ইরমই।[২৬] "কাংলুপশিং অসিগী মরুওইবশিংদি খুমন, লুৱাং, মোইরাং অমসুং মৈতৈ অসিনি। (মেক্কুলোকনা মৈতৈ হায়বসি মঙাং অদুগা অতৈ শলাই খরা ওইরম্বা য়াই)। "মখোয় তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদগী লাকপনি। মতম অমদা খুমনশিং অসি য়াম্না মপাঙ্গল লৈরম্বা মাল্লি। মখোয়না খরা শোন্থররক্লবা মতমদা মোইরাং কাংবু অসি অমুক কনখৎলকখি। অদুবু মৈতৈশিংনা কাংলুপ পুন্নমক খোমজিনবা, তাশিল্লবা মতুংদা কাংলুপ পুন্নমক অসি "মৈতৈ" হায়না খঙনখি।"[২৭] কাংলুপ অসিনা পুনশিনখ্রিবসি মখোয়শিং অসি হৌরকফম অমত্তনি হায়বা খঙলক্লবা মতুংদনি। অমরোমদা তম্পাক্কী মীওইশিং অসিগা অনকপা চীংদা খুন্দারিবা মীওইশিং অসিগা লোল অমসুং মীরোল মথং মথং চীন্থাং হায়দুনা খঙনরক্লবা ৱারীশিংগগী মরক্তসু মান্নবা কয়া মরুম য়াওরি। মসিনা তাকপদি তম অমসুং চীংগী মীওইশিং অসি হৌরকফম অমত্তনি হায়বসিনি। "থাজনরকপা ৱাবু মীরোল মথং মথং ৱা হায়নরকপগী মতুং ইন্না মোইরাং কাংলুপ্না খারোমদগী লাকই- হায়রিবা মায়কৈ অসি কুকিশিংগীসু লাকফম্নি; খুমন কাংলুপ্না নোংপোক লোমদগী, হায়রিবা মায়কৈ অসি মরিংশিংগীসু লাকফম্নি; মৈতৈ অদুগা লুৱাংশিংনা অৱাং-নোংচুপলোমদগীনি, হায়রিবা মায়কৈ অসিনা কবুইশিংগী লাকফম্নি," হায়না বৃটিস ওফিসার তি সি হোদসন্না ইরমই।[২৮] "মরিং, কুকি অমসুং কবুইশিংগী লোলশিং অসি মান্নবা য়াম্না য়াওই, অদুগা তমদা খুন্দারিবা কাংলুপশিংগী লোলগসু হায়রিবা লোলশিং অসিগা মান্নবা য়াওবা মরম্না চীং অমসুং তমগী মীওইশিং অসিগী হৌরকফম অসি অমত্তা ওইবা য়াই" হায়নসু হোদসন্না ফোংদোকই।

ইতিহাস হৌরকপদা মীওইশিং অসি অমগা অমগা মীচং খোন্নরমই অদুগা মখোয়গা য়ানদবা মীওইশিংদা লান্দাশিনগনি। অমনা অমগী লম মুনগনি। কাংলুপ অমনা মখোয়না পাম্বা পোৎ অমা ফংনবা হোৎনবদা য়ানদবা কাংলুপকী মীওইশিংবু হাৎপ-তুপ্পা তৌগনি। অদুগা শোক্লিবা কাংলুপ অদুনসু অমুক লমন খুন্নবা হোৎনগনি। তম্পাক্তদা নত্তে চীংগী লমদসুনি। অপিকপা খুলগী মীওইশিংবু অচৌবা খুলগী মীওইশিংনা হাৎতোকপীগনি, মখোয়গী মহৈ মরোং, লন থুম, লমনচিংবা লৌশিনগনি।

অঙোমগী মখুত্তা মায়থিরবা মতুংদা শরাং লৈশাংথেমগী ফিভম খরা শোকখি। মতম অমদদি মখোয়গী নিংথৌ খারি খরাংবা অসি মপান ফরমই। অদুবু অঙোমগা লান তৌনবদগী মরাই চায়থখি।[২৯] অঙোমশিং অসি মপাঙ্গল কনখৎলকখি। মতাং অসিৱাইদনি খাবাশিংনা কংলা অমদি মসিগী অনকপা লমশিংদা খুন্দারল্লিবসি। খাবাশিং অসি মতম অমদা কংলাদা পানখিবা শক্তি লৈবা কাংলুপনি। মঙাং, লুৱাং অমসুং অঙোমগী মতেংনা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা খাবাশিংবু মায়থিবা পীদুনা কংলাদা পানখি। লান অসিদা মায় পাকখিবসি অঙোম নিংথৌ পুলৈরোম্বনা ফজনা মতেং পাংখিবদগীনি হায়। অমুকসু খাবাগী নিংথৌ নোংচেংবনা মীচং খোমদুনা নোংদা লাইরেন পাখঙববু মায়থিবা পীখিবদগী পাখঙবা মোইরাংদা চেনখি।[৩০] মতম খরা মফম অদুদা চঙজফম লৌদুনা লৈরুরগা মোইরাং নিংথৌমচা চাওবা শাউবোল ঙম্বাগী মতেং লৌরগা পাখঙবনা খাবাশিংবু অমুক মায়থিবা পীখি। খাবা নিংথৌ নোংজেংবা অমদি মহাক্কী ইমুং মনুংগী মীওইশিং তুমনা হাৎলগা লৈপাক্তা ফুমজিনখি।[৩১] মসিগী মতুংদা খাবাশিং মচোই মচোই কায়খি। খরা অমনা চীংদা চেনখি অদুগা চীংমী ওনখি। নোংদা লাইরেন পাখঙবা হায়বসি কনানো?

## নোংদা লাইরেন পাখঙবা অমসুং লৈবাক শেম্বা হৌরকপা

খৃঃ ৩৩ (নৎত্রগা খৃঃ ৩৪) দা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা মহাক্কী নুপী লাইস্নাগা লোয়ননা কংলাদা নিংথৌ ফম্বাল কাদুনা নিংথৌজা শাগৈগী নিংথৌ খুভম লিংদুনা অহানবা নিংথৌরেল ওইখি।[৩২] লাইস্না অসি পোইবৈতোন্না খুম্হোরকপদা য়াওরকপনি।[৩৩] পাখঙবগী হৌরকফম অসি য়াম্না শেংনা খঙবা ঙমদে। নোংদা লাইরেন পাখঙবদি কংলাদা পানখিবা নিংথৌনি হায়বসি লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী মতাংদা ইবা "নিংথৌরোল লম্বুবা" অমসুং "চৈথারোল কুম্বাবা" না ফজনা প্রমান পিরে। নোংদা লাইরেন পাখঙবা হায়বা মীওই অসি লৈবাক অসিবু শেম্লকপা "অহানবা নিংথৌনি।"[৩৪] লৈবাক অসিগী তম্পাক্কী লমদা লৈবা মীওইশিংবু শলাই তরেৎথোক্না খায়দোক্নুনা থমখিবসু নোংদা লাইরেন পাখঙবগী হোৎনজমন্ননি হায়না ইতিহাস নৈনবা মীওই খরনা মোৎ পী। লৈবাক অসিবু "অহানবা শেম্লকপা নিংথৌ" অসি অচম্বা মীওই নত্তে হায়বসি ইরাই লায়না খঙবা ঙমই। "অহানবা শেম্লকপা" হায়বা ৱাহৈ অসিদা চম্মনবিরোই লৌজে। মরমদি নোংদা লাইরেন পাখঙবনা নিংথৌ ফম্বাল কারবা মতুংদা মচোই মচোই লৈরম্বা কাংলুপ কয়াবু অহানবগী ওইনা পুনশিনবা, তাশিনবা, খোমজিনবা হৌরকখি। অচম্বা মীওই নত্তে। লাইগী শক্তি চেল্লমগনি। "নিংথৌরোল

লম্বুবা” দা অসুম্না ইরিঃ “মতিক মগুণ লৈরবা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা অৱাংবা কোরৌ নোংথক্তগী কোরৌ নুমিৎনা মঙাল মৈশা শানবগুম ইরিল তুরেলগী মরিলদা মহাক্কী লান্মী তেঙ্গোলগা লোয়ননা হৌজিক্কী হৈঙাং চীং অসিগী চীংমৈ হুইথরকপা মতুং ইন্না লাকখি।” হৈঙাং চীং অসি মতম অমদদি “হনচীং” হায়না খঙনরমই। পুৱারীশিংগী মতুং ইন্না ইবুধৌ পাখঙবা অসি “লাইগী শায়োন্নি” হায়না লৌনরমই। থায়নদগী লাইশিংগী নিংথৌনি হায়দুনা লাইনিংথৌ সনামহি অসি য়ুমথোঙ খুদিংদা লাৎপা হৌখি। লাইনিংথৌ সনামহিগা ইবুধৌ পাখঙবগা মচিল মনাওনি হায়বসু য়াওই।

অহানবদা মহাক্কী হৌরকফম কয়া ফজনা খঙদ্রবসু নিংথৌ ওইরবা মতমদা মহাক্কী মমিং অসি তুবি য়োই নোংদা লাইরেন পাখঙবা হায়না মিংথোনখি।[৩৫] হান্না মচোই মচোই লৈরম্বা মীওই কয়া পুনশিনবা হৌরকখি। কংলাদা নিংথৌ ওইনবা নোংদা লাইরেন পাখঙবদা বার্তন তৌখিবসি অঙোম নিংথৌ পুলৈরোম্বা, মঙাং নিংথৌ অপানবা, লুৱাংগী লুচিংবা লংমাইবা অমসুং চকপা কাংবুগী মীওইশিংনি।[৩৬] পুলৈরোম্বা, লুৱাংগী খুনথিবা, মোইরাংগী পোংলাহেন, খুমনগী অরোংনা নুংজেং পুখ্রিদগী ঈশিং লৌরগা নিংথৌ অমসুং মহাক্কী লোয়নবীদা হৌনবী মতুং ইন্না ঈশিং হৈথখি।[৩৭] লৈবাক্কী মফম কয়াদগী মীওই কয়া তিনখি, লোয়ননা ঈশৈ নোংমাই তৌদুনা থৌরম অদুবু পাংথোকখি। অসুম তৌদুনা লম মচা মচা থোক্লা, মীওইশিং মচোই মচোই তানা লৈরম্বদু খোমজিন্দুনা, পুনশিন্দুনা লৈবাক অসিবু মালেম অসিদা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা শেম্নবগী মরু হুনখি। নোংদা লাইরেন পাখঙবনা লমদম অসিগী চৎনবী, কলা অমসুং অতৈ থৌরম থৌওং কয়াবু শেমদোক্তুনা হেন্না চাওখৎপা মওংদা পুরকখি। শলাইশিংগী লুচিংবশিংনা পাখঙবনা নিংথৌ ওইবগী থৌরমদা য়াওখিবদু য়াম্না মরু ওইবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসকী তাঙ্কক্তি। মসি মখোয়না পাখঙববু কংলাদা নিংথৌ ওইববু য়ারে হায়বনি। মৈহৌরোলদগী কংলাদা নিংথৌ ওইনা পানবা মীশক অদুনা অতৈ লমশিংদগী হেন্না শক্তি লৈ হায়না লৌনরমই।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখঙবা অসি মতিক মগুণ লৈবদা নত্তনা প্রজাশিংগী য়াইফনবা খনবা থবক থৌরম খুদিংমক্তা য়াম্না পুক্লিং চঙবা “লাইগী মগুণ চেনবা” নিংথৌরেলনি হায়বা য়াই। মৈদিংঙু হায়বদি মৈতৈ নিংথৌ হায়বনি। লৈবাক্কী ওইবা থবক থৌওংদা থৱাই য়াওমনখিবদগী লৈমরেন লাইস্নাগী পুক্লিংদা চীংনবা ফাওখি।

- “ইশাবী নোংদা লাইরেন পাখঙবা ও! নহাক্কী লমচৎ অসিদি ওম্ফোকপনি। অহিং মী ওইবদি ঐখোয় অনি ওইমিন্নে; নুংথিল নঙনা লাই ওইবদি ঐখোয় অনি

ওইমিন্নসি হায়দে। নহাক্তি নপুক চুমদরে। মনুং মপান নাইনা চৎলে অতোপ্পা মরুম্বী (লোয়নবী) অমা থম্লমাল্লে," [৩৮] হায়না লাইস্নানা হায়রমই।

- "ইশাবী লাইস্নাও! ঐদি করিগী মরুম্বী থম্লুগদবনো! মনুং মপান নাইনা চত্তুনা মরুম্বী করিগী থমগদগে। ঐদি য়োইমায়াই লাইরেন তাউদনবনা মঙাল য়েনববু অতোং অকুৎ নাইদবগুম ময়াই শুমখোংপালগী নিংথৌ ওইবনিনা অহিং মী ওইবা নুংথিলনা লাইগী মতৌগুম্না অচুম্বা মীৎয়েং, অফবা থবক তৌবনি," [৩৯] হায়না নোংদা লাইরেন পাখঙবনা খুমখি। শন্না হায়রবদা নুংথিলগী মতমদা নিংথৌ অমনা তৌগদবা মথৌ চপ চানা পাংথোক্তুনা য়াম্না হৈশিংনা লাইগুম্না, অচান মীরাই খায়দনা লৈবাক ঙাকই অদুগা নুমিদাংদনা ইমুং মনুং, মরুপ মপাং, মরি মতাশিংগা তোৎন-তিন্নদুনা অচম্বা পুন্সি মরেল লেল্লি হায়বনি, হায়না ইতিহাস নৈনবা মীওই খরনা মোৎ ফোংদোকই।

নোংদা লাইরেন পাখঙবা অসি মতম পুন্নমক্তা মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈবা তাখি। নিংথৌ ওইজরবসু মহাক্না মায়থিবা পীরম্বা খাবাশিং অসিনা মহাকপু হাৎকদবগী লেপ্তুনা হোৎনরমই। কোন্নথংদা খাবা তৌশুবা কৌবা মীওই অমনা পাখঙববু তানা থিন্দুনা হাৎখি অদুগা অশিবা হকচাং অদু নুংজেং পুখ্রিদা লংথখি। [৪০] অদুবু মচোই মচোই তাগ্রবা খাবাশিংনা কংলাদা অমুক হন্না পানবা ঙমখিদে।

হান্না য়ানদবা খরা লৈরম্লবসু লৈমরেন লাইস্নাগী মবুং পোইরৈতোনগা নোংদা লাইরেন পাখঙবগা অকোনবদা য়ানখি। পোইরৈতোন অসি লৈবাক অসিবু অহানবা শেমখিবা নিংথৌরেল অসিগা চহি লেঙ্গা ওইরম্বা য়াই হায়রি। য়াম্লবা লান্মী, নুপী অঙাং, পোৎ-চৈ কয়া মরুমগা লোয়ননা পোইরৈতোন অসি "খমনুং শৱা" হায়রিবা মফম অদুদগী চহি লিশিং খরগী মমাংদা লাকখি। মহাক্না মফম অসিদা করম হায়না, করম্বা মতমদা, করিগীদমক লাকখিবনো হায়বগী অকুপ্পা মরোল নৈনবা লাইরিক লৈ। [৪১] "খমনুং শৱা" হায়রিবা অসি বর্মাগা, নোংপোক তিবেৎকা তায়নবা মফমশিং অদু ওইরম্বা য়াই। [৪২] মহাক্কী নুপী অসি লৈমা লৈনাওতাবিনি। মখোয়না থোরকপদা ফৌ চার (চহাও য়াওনা), লৌউনবা খুৎশু খুৎলায়, য়ুমদা য়োকপা শানচিংবা কয়া পুরকখি।

নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতুংদা পানবা নিংথৌরেল খরনা সমাজগী ওইবা হিরম কয়াদা চাওখৎনবা হোৎনরম্লবসু লৈবাক অসিবু হেন্না তাশিন্নবা হোৎনবদা কয়া খুমাং চাওশিনবা ঙমখিদে। পাখঙগী মতুংদা মচা নিপা খুয়োই তোমপোক্না নিংথৌ ওইনা পানখি। খুয়োই তোমপোক্কী মতমদা শজি অমসুং কৈ মউলনা পুঙ মমায়

শেম্বদা পুঙলোন থোক্তে হায়দুনা শন মউন্না তিংবদা পুঙমখোল থোকখি হায়।[৪৩] খুয়োই তোমপোক্কী মথংদা মহাক্কী মচানিপা তাউথিংমাং, তাউথিংমাংগী মথংদা মচানিপা খুই নিংঙোনবা, খুই নিংঙোনবগী মথংদা মচানিপা পেংশিবা, পেংশিংবগী মথংদা মচানিপা কাউখঙবা, কাউখঙবগী মথংদা মচানিপা নাউখম্বা, নাউখম্বগী মথংদা মচানিপা নাওফংবনা মথংশিংনা নিংথৌ ওইখি। নাউফংবগী মতমদা কংলা অসি হান্নদগী খরা ফজনা শেমগৎ-শাগৎপগা লোয়ননা লৈবা নুঙাইনবা শেন্নমই।[৪৪] খৃঃ ৫১৮ দা নাউফংবগী মচানিপা শমৈরাংনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্না লৈবাক অসিগী মচোই্ মচোই তারিবা মীওই অমসুং লমশিং অসি তাশিন্দুনা অকনবা লৈবাক অমা শেন্নবা হোৎনবা হৌখি। পনবা য়াই, কংলাদা নিংথৌজা খুভমগী লৈঙাক সাশন লৈরগসু শলাই অতৈসু মখোয় মখোয়না খুৎলিংবা মফমদা মশা-মশাগী নিংথৌ লৈজরমই। অমুকসু মখোয়শিং অসি অমগা অমগা সমাজগী, রাজনিতিগী মরিদা নত্তনা মখোয় মশেলগী মরক্তা লুহোং খোংদোংন্দুনা অনকপা, অচেৎপা মরিসু লৈরমই। শমৈরাংগী মতমদা থংনবা লম লৌশিন্দুনা লৈবাক চাওথোরকপগা লোয়ননা অচৌবা লৈবাক অমা শেমন্নবগী পোরম য়াৎপা হৌরকখি। অরাইবা থবক্তি নত্তে। কংলাদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংনা লৈবাক অসিবু মথং মথং তাশিনবা হৌরকখি। অমুক খোমজিনগনি, অমুক তোখায়না লৈগনি। অদুবু অকোনবদা অকনবা, মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরকখি।

কাউখঙবগী (খৃঃ ৩৯৩) মতমদা চেংলৈ, অদুগা শমৈরাংগী মতমদা অঙোমশিংগা খরা মুরুরবা মতুংদা মখোয় লোয়না কোন্না অমত্তা ওইরকখি। মতম অদুগী অঙোম নিংথৌগী মমিং শোইফম্বা [৪৫] (চৈথারোল কুম্বাবদদি ক্নাকপা থৱাম্বাবা) কৌই। শমৈরাং শা-লান্দা য়াম্না হৈবা মীওইনি। লানফম কয়াদা মহাক্কী "হুয়েন লানওং মতৌবু" [৪৬] মীয়াম্না শোন্নখি। "*শমৈরাংগী মতমদা লৈবাক অসি অমুক্না হেন্না পাক শন্দোকপদুনা* নোংপোক্তা লৈবা মরিং চীং য়ৌখি।" লৈবাক্কী অতৈ থবক থৌরমশিংদা পুক্লিং চঙবদা নত্তনা কংলাদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী মরু ওইবা মথৌদি মচোই-মচোই তারম্বা লৈবাক অসিবু তাশিন খোমজিন্দুনা মালেমদা হায়বদি পৃথিবীদা মশক নাইবা লৈবাক অমা শেন্নবা হোৎনখিবা অসিনি। শমৈরাংগী মতুংদা মহাক্কী মচা উরা কোঙ্থৌবনা নিংথৌ ওইখি। মৈতৈ নিংথৌ মচা অমনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদা নিংথৌ খুভমগী অরুবা পোৎ পুন্নমক তম্বদা নত্তনা শা তানবা, লান তৌবদা হৈ শিংবা মীওই অমা ওইগদবনি।

খৃঃ ৬৬২ দা উরা কোঙ্থৌবগী মচানিপা নাওথিংখোংনা [৪৭] কংলাদা পানবা হৌরকপা মতমদা খুমন, লুৱাং অমসুং মোইরাংসু তোখায়বা লমশিং ওইরমই। অদুবু মথৌনা

লৈরবা নিংথৌরেল অসিগী হাক্তক্তা লৈবাক অসিগী ঙমখৈ অসি নোংচুপ থংবা শরুক্তা হৌজিক্কী জিরিবাম ফাওবা শন্দোকখি।[৪৮] মহাক্কী মচানিপা খোংতেকচাগী মতমদা মরু ওইবা শিংথাবা য়াবা থবক কয়া থোকখিদে। খোংতেকচানা শিন্নবা মতুংদা চহি ১১ নিংথৌ খুভম হাংদুনা লৈখি। মরম পিদে। মসিগী মতুংদা মচানিপা কৈরেনচানা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী মতুংদা মচানিপা য়ারাবানা নিংথৌ ওইখি। য়ারাবা শিরবা মতুংদা মচানিপা অয়াংবনা অমুক নিংথৌ ওইখি। অয়াংবনা নিংথৌ ওইখিবা চহিসি "চৈথারোল কুম্বাবনা" খৃঃ ৮২১ নি হায়না পল্লি। "নিংথৌরেল লম্বুবা" নদি খৃঃ ৮২০ নি হায়। অয়াংবা কৌদ্রিঙৈদা নিংথৌ অসিগী মমিং শরি-চোংবা কৌরমই। হৌজিক্কী খুরাইদগী কোংবা ফাওবা চৎলিবা "অয়াংপলি" লম্বী অসি নিংথৌ অসিগী মতমদা শেম্লম্বনি হায়। য়েংবীয়ু মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চহি লিশিংগী মমাংদা লৈবাক অমা শেম্বদা নত্তবদা প্রজাশিংগী য়াইফনবা থবক তৌরম্লিবসি। অয়াংবগী মতুংদা মচানিপা নিংথৌচেং, নিংথৌচেংগী মচানিপা চেংলৈ ইপানথাবা, ইপানথাবগী মচানিপা য়াংলৌ কৈফাবনা মথংশিংনা নিংথৌ ওইখি। অচৌবা থৌদোক ৱাথোক কয়া থোকখিদে। কৈফাবগী মচানিপা ইরেংবনা খৃঃ ৯৮৩ দগী খৃঃ ১০৭৩ ফাওবা নিংথৌ ওইখি। ইরেংবনা শিরবা মতুংদা মহাক্কী লোয়নবী লৈমরেম্বীনা নিংথৌ অসিগী শক্তম অমা উদা হক্লগা শাবা পাল্লমই। চীংদগী উদা হক্তোক হকচিন হৈবা কবুই হাওচোং নোংমুচা কৌবা মীওই অমা নেক্লমই।[৪৯] অদুবু নোংমুচানা শাবা উগী শক্তম অদু নিংথৌরেল ইরেংবগী শক্তম কয়া মাল্লমদে। মরম অদুনা অদোন খুরিশুবা কৌবা মীওই অমা অমুক নেক্তুনা কোরিনা শাহল্লমই। মসিমদি নিংথৌ অসিগী শক্তমগা য়াম্না মান্নরমই।[৫০] য়াম্না মরু ওইরিবা ৱাফমদি চীংগী মীওইশিং নেক্তুনা থবক তৌহনবা হায়বসি চীং অমসুং তমগী মীওইশিং অসি নুংশি চান্নবা, ফজনা মরি লৈনৈ হায়বনি। করিগীনো হৌজিক্কী চীংমী খরনা মসি খঙদ্রিবসি। ইরেংবগী মতমদা চীং অমসুং তমগী লমশিং অসি অমত্তা ওইনা অয়াম্বা পুনশিল্লে। চীংগী খুলশিংনা চাং নায়না তমদা পানবা নিংথৌশিংদা লোয়পোৎ কারমই। লোয়পোৎশিং অসি মফমশিং অদুদা ফংবা য়ু, ফিরোল, অচাপোৎ অসিনচিংবসিনি। তমগী নিংথৌ, ফম্নাইবশিংনসু চীংগী খুল্লাকপা অমসুং মীওইশিংবু চাক্কৌদুনা, খুদোলপোৎনচিংবা কয়া পীদুনা চীং অমসুং তমগী মরক্তা অফবা মরি লৈনরমই।

থায়নগী নিংথৌশিং অসিনা পাল্লম্বগী মতাংদা হায়রিবা চহি, থা, তারিকনচিংবা অসি থাজবা য়াদবা খরা য়াওই। খুদম ওইনা নোংদা লাইরেন পাখঙবনা চহি ১২০

পাল্লমই হায়। মসি ইপা ইপুশিংনা চহি পাবগী নিয়মসি হৌজিক্কীগা খেন্নবা ওইরমগনি। পাখঙবনা পাল্লম্বসি চহি ১২ মুক্তরা? মসিগী মতাংদা অখঙ অহৈ মীওই কয়ানা মশা মশাগী ওইবা মোৎ কয়া ফোংদোকই। য়াম্না মরু ওইরিবদি চহি নত্তে। থোকখ্রিবা অশেংবা থৌদোকশিংদুনি। অমুকসু য়াম্না মরু ওইরিবদি লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা থম্বীরম্বা ইতিহাসকী ওইবা মচাক মরল কয়া অদুদগী লৈবাক অসিগী ওইবা ইতিহাস অমা শেমগৎপা ঙম্বা অসিনি। অদুবু চাওরাক্লা ১৫শুবা শতাব্দী হৌরকপদগীদি নিংথৌরেলশিংনা পাল্লম্বা চহিশিং অসি ফজনা চুন্না ইবা হৌরক্লে হায়না মীওই খরনা মোৎ ফোংদোকই।

ইরেংবগী মতুংদা মচানিপা লোয়ুম্বনা খৃঃ ১০৭৪ দা নিংথৌ ওইখি।[৫১] মহাক য়াম্না শিংবা, থবক য়াম্না তৌবা ঙম্বা মীওইনি। লৈবাক সাশন ফজনা চলাইবা ঙম্নবা থবক থৌরম কয়া পায়খৎপদা নত্তনা য়ুম্নাক্কী মতুং ইন্না মহাক্না মীওই কয়াদা তোঙান-তোঙানবা থবক কয়ামরুম তৌহল্লমই। হৌজিক্কী চীংগী শরুক অয়াম্বা লোয়ুম্বগী মতমদা খোমজিনবা, তাশিনবা লোয়দুনা লৈবাক অসিগী শরুক ওইরে।[৫২] চীং তম অনিগী মীওইশিং য়াম্না নকশিন্নরে। নিংথৌগী মীওইশিংনা চীংদগী লোয়পোৎ খোমদুনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং নকশিন্না লোয়নরমই।[৫৩] লোয়পোৎ পীয়ু য়াদবা খুল্লাকপা অমসুং মীওইশিংবু দন্দী পীরমই। লোয়ুম্বগী মতুংদা মহাক্কী মচানিপা লোইতোংবনা খৃঃ ১১২২ দা নিংথৌ ওইখি।[৫৪] লোইতোংবগী মতমদা মরু ওইবা থৌদোক কয়া থোকখিদে। মহাক্কী মচা অহুম লৈরমই। মখোয় অদুদি অতোম য়োইরেম্বা, হেমতৌ ইরাম্বাবা অমসুং সরাবনি। লোইতোংবগী মতুংদা অতোম য়োইরেম্বা অমসুং হেমতৌ ইরাম্বাবনা মথংশিংনা নিংথৌ ওইখি। "নিংথৌরেল লম্বুবা" গী মতুং ইন্না য়োইরেম্বনা চহি ১৩ লৈবাক ঙাকখি অদুবু নিংথৌ ফম্বালদি তোংখিদে। ইরাম্বাবা শিরবা মতুংদা মচানিপা থরাম্বাবনা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী মতমদা মরু ওইবা থৌদোক কয়া লৈখিদে। থরাম্বাবগী মতুংদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী হাক্তক্তসু মরু ওইবা থৌদোক রাথোক কয়া লৈখিদে। মহাক শিরবা মতুংদা মচানিপা চীংথা লাম্বাবনা খৃঃ ১২৩১ দা নিংথৌ ওইখি।[৫৫] মহাক্কী মতমদা কবোদগী লাকপা মীওই কাংবু অমবু লৈবাক অসিগী নোংপোকথংবা চীংগী শরুক্তা লৈবা মাপিথেন হায়রিবা লম অসিদা মায়থিবা পীদুনা লোয়পোৎ ওইনা থুমনচিংবা লৌখৎখি। চীংথা লাম্বাবা শিরবা মতুংদা মহাক্না খয়োইরোন (খুমন চনু) পান্নদুনা পোকখিবা থিংবাই শেলহোংবনা নিংথৌ ওইখি হায়না "চৈথারোল কুম্বাবনা" পল্লি। "নিংথৌরেল লম্বুবা"না চীংথা লাম্বাবগী মতুংদা মহাক্না নিংথৌপোকপী

পানন্দুনা পোকপা পুরাম্বাবনা নিংথৌ ওইখি হায়না পল্লি। মসিগী মরমদি থিংবাই শেলহোংবা অসি চহি ৫ মুক্তমক লৈবাক ঙাক্লমই অদুগা নিংথৌ ফম্বাল কারমদবা য়াই। পুরাম্বাবগী মতুংদা মহাক্কা পোকমিন্নবা মনাও নুপা খুমোম্বনা খৃঃ ১২৬৩ দা নিংথৌ ওইখি।[৫৬] মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমনা থৱাম্বাবগী মতমদগী থায়নগী চৎনলোনচৎ অদু হোংদোক্লগা অহোঙবা কয়া পুরক্লুনা লৈবাক অসিগী অনৌবা ইতিহাসকী তাক্কক অমা চঙলক্লে হায়বা য়াই। লোয়ননা তুংদা পাল্লকপা নিংথৌরেলশিংনা লৈবাক অসিগী অকোয়বদা লৈরিবা চীংগী ৱাংমদা লৈরিবা লমশিংবু লৌশিন্দুনা লৈবাক অসিবু হেন্না মপাঙ্গল কনবা, অচৌবা মশক নাইবা লৈবাক অমা মালেমদা শেন্নবগী পোরম য়াৎপা হৌরকখি। অমরোমদা লৈবাক অসিগী মনুংদা লৈবা খুল নৎত্রগা অতৈ লমশিং পুনশিনবা পামদবশিং অদুবু চৈ থাদুনা ৱারক্লমই। হায়রিবা খুলশিং অসি মৈ থাবা ফাওবা য়াওখি। খুমোম্বগী মতমদা থোকখিবা শিংথাবা য়াবা থৌদোক্তি কবোনা লান্দারকপা অদুনি। কবোশিং অসি নিংথি তুরেল তোর্বান্দা তাবা মীওইশিংনি। শান হায়রগসু খঙনৈ। হৌজিক্কী কবো তম্পাক্তা তাবা মীওইশিংনি। কবোশিং অসিনা খুমনগী লমশিং হাওখা অমসুং চাইরেনশিংদসু কিহল্লমই। লান অসিগী মতাংদা “নিংথৌরোল লম্বুবা” দা অসুম্না ইরি। “ . . . খুমন য়ুম্লক অদোন য়ুময়া ফংগে হায়দুনা খুৎচাবা তেঙ্গোল ৭ মক্না লাংবন থাদা পাইবা খোইরেন্না পাইবগুম্না শেনবি কবো মখৈনা মরাঙ হৌদুনা লান্দারবদা লাইরেন মৈদিংঙুনা (খুমোম্বনা) মনাইশিং মৈতৈ অকনবা অথৌবশিংগা, হুয়েন লাম্বোং অমা লেপ্লে। মোইরাং লান্দা থৌবনা হুয়েন লাম্বোং অমা লেপ্লে। খুমন লান্দা থৌবনা হুয়েন লাম্বোং অমা লেপ্লবদা শেনবি নোংয়াই লাল্লোইশিংদি কোরৌথক্তা খোঙবা নোংগী অখাক অরাউ খোনজেলগুম্না শলাউ লালাউ লাউদুনা লাকলে। লিরুং মনম পোনবদগী কাপ্লকপা তেন্না লাংবন থাদা পাইবা খোইরেন্না পাইবগুম কাপ্লক্লে।” লান অসি মতম অমগী খুমনগী লম ইকোপ পাৎ ময়াদা শোক্লখিবনি। অঙকপা অকনবা লান্নী। কবোশিংগী লেপ্পা নৈতনা কাপশিল্লকপা তেন্না অহানবদা শকনাইরবা লান্মী হাউরুকোক হাৎখিরমই। অনকপা পোইরৈদসু লান্দা শিল্লকখি। মতাং অসিদা খুমোম্বনা “কম্থি কঞ্জাও হৌনা থাঙশাং পায়দুনা লাঙ্গোই শগোল থৌদুনা থোয়না ৱাংনা হুয়েন লান তানশিল্লকখিবদা শেনবি মচা খুৎচাবা তেঙ্গোল ৭ পু কায়খি।” শম্না কবোশিংবু তকখায়দুনা মায়থিবা পীখি। থায়নগী ইপা ইপুশিং অসি কয়ামুক য়াম্না মতিক মথৌনা লৈরম্বগে হায়বদু থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসিদগী ইরাই লায়না খঙবা ঙমই। মৈতৈশিংনা কবোশিংবু চায়খায়দুনা ফাখি। কবোশিং ইকোপ পাৎকী মপান্দা মায়থিবা পীখি।[৫৭] খুমোম্বগী মতুংদা মচানিপা

মোইরাম্বনা নিংথৌ ওইখি (খৃঃ ১২৭৮) অদুবু অচৌবা থৌদোক কয়া থোকখিদে। মোইরাম্বনা শিরবা মতুংদা মচানিপা থংবী লাম্বাবানা খৃঃ ১৩০২ দা নিংথৌ ওইখি। মহাক্কী মথংদা পুরাম্বাবনা য়াওশেম্বী পান্নদুনা পোকলম্বা কোংয়াম্বানা খৃঃ ১৩২৪ দা নিংথৌ ওইখি।[৫৮] কোংয়াম্বগী মতুংদা মচানিপা তেলহৈবা (খৃঃ১৩৩৫) অমসুং তেলহৈবগী মতুংদা মহাক্কী মনাও নুপা তোনাবা (খৃঃ ১৩৫৫) না মথংশিংনা নিংথৌ ওইখি।[৫৯] চহি ৫ মুক নিংথৌ ওইখিবা তোনাবাগী মতাংদা "নিংথৌরোল লম্বুবা" না পন্দে। ফম্বাল কারমদবা য়াই। খৃঃ ১৩৫৯ দা তেলহৈবগী মচানিপা তবুংবানা নিংথৌ ওইখি। নুঙাইতবা, পামদবা থৌদোক কয়া থোকখ্রবসু চীং তম অনিগী মীওইশিং অসি অসুক্কী মতিক নকশিন্না, নুংশিননা লৈরমই। তবুংবাগী মতমদা অৱাংলোমদা লৈবা চীংশোং (হৌজিক্কী মরাম অমসুং মসিগী অনকপা লমশিং) দা লোয়পোৎ খোম্বা চৎলমই। অরানবা পাও অমদগী চীংশোং খুল্লাকপা খল্লাংবনা মহাক্কী খুল্লাকপীগী মশুংলাংগী খম্বননা পুক্রৌ পাউরৌদুনা মৈতৈশিংগী মায়োক্তা লান তৌগে খল্লমই। মতম অদুগী মফমশিং অদুগী লোয়পোৎশিং লশিং, য়াইঙং, ফিবোংনচিংবা অদু পিররোই হায়দুনা তবুংবা অমসুং মহাক্কী মীওইশিংদা খল্লাংবনা হায়রমই। খল্লাংবগী পুক্রৌ পাউরৌবা অসিনা " লোইবি চীংশাংগা মৈদিংঙুগী তম্পাক্কা পুন্না লৈরম্বদু মচেৎ তাহল্লে। তোঙান তাদববু তাহল্লে" হায়না "নিংথৌবোল লম্বুবা" দা ইরি। মসিনা তাকপদি চীং অমসুং তমগী মীওইশিংসি মমাংদা অসুক্কী মতিক পুন্না নুংশিননা লৈমিন্নবে হায়বনি। চুমই ভাব তানদবা থৌদোক অমদগী নিঙাই শংদাবা খরা থোকখ্রবসু। খল্লাংবনা মৈতৈশিং অসি চীংদা কাখৎলক্লবা অসুন্না হায়রমই। চীংদা লাক্লগা মহাক্না মহাক্কী নুপীগী খম্বনদগী মৈতৈশিংদা লমন খুন্নবনি।

- "মৈদিংঙু ইবুংঙো (তবুংবাদা) তাবিয়ু। লোইবি চীংদা পানবা ননাই ঐখোয়দি পুক্লিং তিন্নদরে। খুঙ্গং মচেৎ তা-নরে। লোয়পোৎ পিররোই হায়নহৌরে। লোইবী চীংশাং অসিবু খোমজিনবিহৌররো"।[৬০] থায়নদগী মৈতৈশিংনা লৈবাক অসিগী মচোই মচোই তাবা লমশিংবু খোমজিল্লকপা, তাশিল্লকপননি খল্লাংবনা হায়রিবসি।

মসি তারবা মতুংদা তবুংবানা লান্মী অকন অথৌ কয়া পুদুনা চীংশোং খুঙ্গংদা লান্দাবা চৎখি। ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা খল্লাংবগী খুল্লাকপী হাওনু লাশংনু শাফবিনা মপুরোইবনা তুমিন্না শিল্লিবা থবক থৌওং অদুবু লেপ্পিনবা হায়জরমই। অমসুং মৈতৈশিংবু মায়োক্লরগে তৌরববু খামজখি। পামদবা থৌদোক থোক্তনবা শাফবিনা মৈতৈ নিংথৌ লাকপদা অসুন্না হায়খি।

— "লাইরেন মৈদিংঙু ইবুঙো তাবিয়ু। ননাই ঐখোয়দি ওক অচৌবা হাত্তুনা খরুং য়ু থিত্তুনা ঙাইজরি। শারেন শানৈখিসি ঙসি ইনুং অসিদদি ঙাইবিখো হায়না খামখি।"[৬১] অদুবু অকাংজম তোনখৈবা কৌবা মৈতৈ নিংথৌগী অচানবা মনাই অমনা মতিক মঙম য়েংদনা চীংমীনা য়াম্বা মরক্তা চঙদুনা লান্দাশিনখি। চীংমীনা মশিং য়াম্বনিনা অকাংজম তোনখৈবগী মঙক ককখি। মহাক্কী মঙক অদু নিংথৌগী মনাক্তা লমজেল য়াংবা মৈতৈ অনিনা পুরকপদা তবুংবানা মৈতৈ অনিদুদা অসুন্না হায়খি।

— "ইনাই অচানবাশা! মৈদিংঙু ঐগী নহা মতম ওইরিঙৈদগী লোয়নরকপী মৈতৈ লৈমা লম্ফেল ঙম্বী কৌবিদা হায়বিরু। লাইরেন ঐগী ইচা ইবুঙো হাউতক লমফম্ব চৈথেকপা শমানৌশিংনা য়াকানরিবদো পাউমেল্লু। লাইরেন ঐদি চীংশোং খুঙ্গং অসিদা কাউরেন অনি চীয়েননা যনজাউ অনি থেংনবগুম্না থেংনরকখিগনি। হুয়েন লানঙমদবা থোক্লবসু মফম অসিদা থরাই মাঙলক্লগনি হায়না লৈহৌরে। লাইরেন ঐগী ইচা ইসু খুদিংনা মৈদিংঙু ঐবু অকাউবা লৈতনা লম্মন খুল্লক্তুনা হয়েং তুংদা লোইবী চীংশোং খুঙ্গং অসি তাক্লবা হুয়েন লাম্থেংরকউ হায়না পাউদম্লুও হায়না থারক্লে।"[৬২] পনবা য়াবদি চীংগা তমগা ঙসিদগী চহি লিশিংগী মমাংদা লৈনরম্বা মরিদু মখোয়না ঙাংনা শক্করল্লিবা ৱাহৈ ৱাতা অসিদগী লায়না খঙবা ঙমই। ভাব তানদবা থৌদোক নৎত্রগা অরানবা পাউদগী ঙহাক শাওনরগসু মখোয়না শিজিন্নরম্বা ৱাহৈ ৱাতাদগী চীং অমসুং তম অমত্তা ওই হায়বা তাকই। অপিকপা খুঙ্গং অচৌবশিংনা তুহৎপিবদগীসু মৈতৈশিংনা কনবিরমই। অমুকসু লৈবাক অসিবু খোমজিন্নবা, তাশিন্নবা হোৎনবদা লাই ওইথ্রবা ইপা ইপুশিং অদুনা মথৱাই কখোকপা করিসু পাম্মুদে। তবুংবা শিথ্রবা মতুংদা মচানিপা লাইরেনবনা নিংথৌ ওইখি।[৬৩] অদুবু "নিংথৌরোল লম্বুবা" নদি মচানিপা অতোনবা পুনশিবনা নিংথৌ ওইখি হায়না পল্লি। পুনশিবগী মতুংদা মচানিপা নিংথৌখোম্বনা খৃঃ ১৪৩২ দা নিংথৌ ওইখি। নিংথৌ ওইবা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা নিংথৌখোম্বানা অকনবা লাম্মী তেঙ্গোল পুদুনা কবো তম্পাক্কী মনুংদা লৈবা অকলা হায়রিবা মফম অসি লৌশিনখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা থায়নদগী মৈতৈ নুপীশিংগী মথৌনা মরিংজেল অঙকপনি। নিংথৌখোম্বনা অকলাদা লান তৌবা চৎথ্রিঙৈদা তুইশেম খুলদগী লাকপা তাংখুলশিংনা কোনুং তন্না লান তাশিল্লকখি। মসিদা লৌশিং চাওবী লৈমরেম্বী লিম্থোইঙম্বীনা নিংথৌগী ফিজেৎ শেত্তুনা, মহাক্কা লোয়নবী ময়াম লাম্মীগী ফিজেৎ শেৎহন্দুনা তাংখুলশিং অদুবু মায়থিবা পীনবা হোৎনখি। মহাক্কা হায়খি।-" ইনাইশিং অচানবা! তুইশেম লান্দা থৌবশিং। নখোয়দি

মৈদিংঙু ঐনা অকলা খুঙ্গং লান্দারুববু তেংবাংলদে।[৬৪] বাহে অসিনা তাকপদি চীং অমসুং তমগী মীওইশিংনা লৈবাক অসিগী য়েক্কবগা মায়োক্কবদা পুল্লপ পুনশিল্লগা থেংনখি হায়বনি। অকোনবদদি লিহোইঙম্বীনা তাংখুল লান হৌরকপশিং অদুবু লাকশিনখি। হৌজিক্কী মনিপুর থুগায়বা পাম্বা মীওইশিংদা ইতিহাস তম্বীবগী মথৌ তাব্রা?

নিংথৌখোম্বা শিব্রবা মতুংদা মহাক্কী মচানিপা কিয়াম্বনা খৃঃ ১৪৬৭ তা নিংথৌ ওইখি। কিয়াম্বা কৌদ্রিঙৈদা থাঙবাই নিংথৌবা হায়না কৌরমই। য়াম্না মতিক মথৌনা লৈবা নিংথৌনি। মহাক্কী খ্বাইদগী মরু ওইবা বাখলদি অহেনবা লম খোমজিন্দুনা মালেম অসিদা মনিং মখা তম্বা অচৌবা লৈবাক অমা শেমগৎপনি। মহাক্কী মীৎয়েং হৌজিক্কী কবো তম্পাক্তা থমখি।

বর্মা (হৌজিক্লা ম্যানমার) লৈবাক্কী অবাং থংবদা লৈবা শানগী মীওইশিং অসি মৈতৈশিংনা পোং হায়রগসু খঙনরমই। হৌজিক্কী কবো তম্পাক্কী অনকপদা অবাং থংবদা লৈবা মফম্নি। অদুগা নিংথি (চিনদ্বীন) তুরেল মনাক্তা তাবা শান কাংবুবুনা কবো হায়না খঙনরমই। কবো হায়বা শান কাংবু অসিনা খুন্দারিবা লম অদুবুসু কবো হায়না খঙনরমই। থাঙবাই নিংথৌবনা মহাক্লা নিংলিবা থবক অদু পাংথোক্কবা অবাং থংবা বর্মাগী লমদা লৈবা পোং নিংথৌ চৌফা খেক্কোম্বগা মরুপ শানখি। মৈতৈ অমসুং পোংগী অপুনবা লান্মী কাংবু অমনা খৃঃ ১৪৭০ দা কবো লৈবাক্কী ক্যাং হায়রিবা লম অসিবু লান্দাদুনা লৌশিনখি।[৬৫] ক্যাং ঙমই হায়দুনা থাঙবাই নিংথৌবগী মমিং অসি কিয়াম্বা হায়না কৌখি। লানফমদা মহাক্কী মথৌনা মতিক মগুণ ফোংদোকপদা ময়াম ঙক্লখি। লান ঙম্লবা মতুংদা ক্যাং নিংথৌ চাওসেংবা অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংগী নুপী ময়াম অমসু ফাদুনা পুরকখি।[৬৬] কিয়াম্বা অমসুং চাউফা খেক্কোম্বা য়াম্না নুংশিনা তিনখি। মখোয় মখোয়গী মনাই ফাওবা ওম্থোক্লখি। পোং নিংথৌগী মনাই লাকবান পেবে খোংবনা কিয়াম্বগী মনাই ওইখি অদুগা মৈতৈ নিংথৌগী মনাই শেক্তা পুংয়েবনা পোং নিংথৌগী মনাই ওইখি। ইহান হানবা ওইনা লৈবাক অসিনা অতোপ্পা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমগা পুল্লগা লাম্থেংমিন্নরবা মতুংদা লৈবাক অসিগী ঙমখৈ য়াৎখি। মৈতৈগী মহৌবাংবী সুম্বাগা পোংগী চাপাক তে তে হায়রিবা মীওই অনিসিনা নৌনা লৌশিল্লবা লমগী ঙমখৈ য়াৎখি।[৬৭] মফম অসিবাইগী "অবাং নোংপোক থংবা শরুক্তা মুংখোং মুবাই হায়রিবা অসি ফাওবা মৈতৈগীনি। অদুগা পোংগীনা মফম অসিদা হৌবা হৈনৌ খোঙনেম্বী মখৈনে। নোংপোক্তা লোইজিরি

হায়রিবা চীংশাং পরেং ফাওবনি (লোইজিরি হায়রিবা চীংশাং পরেং অসি মু অমসুং নিংথি তুরেল অনিগী কারক্তা লৈবা চীংশাং পরেংনি)। অসিনা হায়বদি নোংপোক্কী ঙমখৈ অসি নিংথি তুরেলগী ৱাংমগী লম ফাওবনি। খা থংবা শরুক্কী ঙমখৈদি মিয়াতোং কৌবা চীং অসি ফাওবনি।[৮] হায়রিবা পোংগা মৈতৈগা য়ানবা অমসুং ঙমখৈ য়াৎথোক্লবা অসিগী মতুং ইন্না হৌজিক্কী কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী শরুক অমা ওইখি। ক্যাং হায়রিবা মফম অসি তম্পাক অসিগী ময়ায়ৱাইদা লৈবা মফম্নি। হৌজিক্কী তমু অসিসু মতম অমগী মনিপুরগী শরুক অমনি। ইতিহাসনা শাক্কিনি। ইপা ইপুশিংগী ঈখেঙনা য়াৎলম্বা ঙমখৈ হৌজিক্কী মীরোলনা ঙাকপা ঙম্লিব্রা?

## কবো তম্পাক

হৌজিক্কী মনিপুরগী নোংপোক থংবা ঙমখৈ চীংশাং পরেং (অৱাংদগী খারোমদা লৈরিবা) অসি মতম অমদা বৃটিসশিংনা য়ুমাদোত্তং চীংশাং পরেংশিং হায়না খঙনরমই। মৈতৈশিংনা মরিং চীং হায়নসু খঙনরমই। হায়রিবা চীংশাংশিং অসিদগী নোংপোক্তা অসুম চৎলগা নিংথি তুরেল য়ৌদ্রিঙৈদা তোর্বান ময়াদা অৱাংথংবদগী খারোমদা লৈরিবা চীংশাং পরেংশিং অসি অঙ্গো চীং হায়রগা খঙনৈ। য়ুমাদোত্তং অমসুং অঙ্গো চীং অনিগী কারক্তা লৈরিবা শাংলবা তম্পাক্কী লম অসিবুনি কবো তম্পাক হায়রিবসি। অসুক্কী মতিক ফজখ্রবা, য়েংবদা পুক্নিং শুমহৎনিঙাই ওইরবা, লৈহাও য়াম্না চেনবা লমনি। তম্পাক অসিগী শরুক অয়াম্বা উমং ঙাক্তনি। মফম অসিদা মমল য়াম্লবা উ খুদম ওইনা চীংশুনচিংবা ফংই। তম্পাক্কী মফম কয়াসু তেমথোক্নুনা লৌউ-শিংউগী থবক কয়া চথে। তম্পাক অসিগী ময়ায়ৱাইদা চেল্লিবা মরু ওইবা তুরেল অসি মাগলাং তুরেলনি। মাগলং হায়বসিগা ইম্ফালদগী নোংচুপ্তা খরা চৎলগা লৈবা মাকলংগা চম্মনবিরোই হায়না লৌজে। তম্পাক অসিগী মরু ওইবা মফমশিংদি ক্যাং, শমজোক (থোঙদুৎ), তমু, মাংশা, খামপাৎনচিংবনি। নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা নোংপোক্তা খরা চৎলগা মু হায়বা তুরেল মচা অমা লৈ। মদু লাম্থোক্লগা নোংপোক্তা খরা চৎলগা ইরাৱাদি লৈ। লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা হায়রিবা ইরাৱাদি তুরেল অসি লাম্থোক্লগা অৱাশিংবু (বর্মাগী লাম্নীশিং) মখোয়গী কোনুং অভা তম্না মায়পাক্লা কয়ারক লান্দাখি। অৱাশিংবু মায়থিবা পীরবা মতুংদা ইরাৱাদি তুরেলদা থাঙ চামখি হায়বগী ৱারী লৈ। ইপা ইপুশিংনা থাজরমই মদুদি ইরাৱাদি (অমসুং নিংথি) তুরেলগী ঈশিং থক্লবদি অমসুং তুরেল অসিদা ইরুজরবদি পাপ লোয়না কোকই হায়না। লাইরিকসিগী মখা চথরকপদা মফম অসিৱাইগী ৱারী অমুক হন্না থেংনবিরক্কনি। ইতিহাসনা শাক্কিনি

অসুক্কী মতিক ফজখ্রবা কবো তম্পাক অমদি অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিং অসি মতম অমদা "হৌজিক্কী মনিপুর" গী শরুক অমা ওইরমই। হৌজিক্কী মীরোলনা থাজবদা য়াম্না রানা থোক্লগনি। শোংলবা চরু, ই, উমং, রামং, লম্বী-থোঙ ফজনা লৈতবা চীং অমসুং তমগী মফম কয়ামরুম ফাওরগা থাপখ্রবা নিংথি তুরেল মপান্দা লান তৌনদুনা লৈবাক অসিগী নোংপোক্কী ঙমখৈ মফম অদু ফাওবা য়াৎখিবা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। ইমা লৈবাক অসি মপাঙ্গল লৈবা, মশক মচু থোকপা, নিংখা তম্বা অমা ওইগদবনি হায়বগী রাখল্লোন অদু লাইওইখ্রবা ইপা-ইপুশিং অদুদা য়াওদনা হায়রিবা থবকশিং অসি পাংথোকপা ওইথোক্তে। মতম অদু ঙসিদগী চহি ৫৩৫ মুক্কী মমাংদনি। খৃঃ ১৪৭০ দনি। লাইবক য়াম্না থিবদি হৌজিক লৈবাক অসিবু থুগায়গে হোৎনরিবা মীওই খরনা অরানবা পাও শন্দোকপা অসিনি। মখোয়না হায়রি হৌজিক্কী চীংগী লমশিং অসি কৈদৌঙৈদসু লৈবাক অসিগী শরুক ওইখিদে হায়রি। অদু ওইরবদি ইপা ইপুশিং অদুনা মতম অমদা য়াৎলম্বা ঙমখৈ নোংপোক্তা নিংথি তুরেল, নোংচুপ্তা কছার, অরাংদা দিমাপুর মনাক্কী ধনসিরি তুরেল অমসুং খাদা তুইভাই তুরেল হায়রিবা মফমশিং অসিদা চৎপদা পাইরগা চৎকদ্রা? ঙমখৈগী মতাং অসি লাইরিক অসিগী লোইরমদাই শরুক্তা হেন্না মচা খায়না থেংনবিরক্কনি।

কিয়াম্বা তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম উবা ঙম্বা নিংথৌরেলনি। খৃঃ ১৫০৪ গী অদুরাইদা অরাং নোংচুপ থংবদা লৈবা অমচিদা কছারদগী লাকপা ময়াং শগোলতোংবা লান্মীশিংগা লান শোক্লখি। কিয়াম্বনা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা অঙোম নিংথৌ লোইচা ঙম্বগী লিচিং মখাদা থাদুনা লাম্থেংনখি। অহানবা লানফমদা মায়থিখি। মথংদা মচানিপা অহন নোংথোনবগা লান্মী ময়াম অমুক থাজিন্দুনা লাম্থেংনবদা ময়াং লান্মীশিং মায়থিবা পীখি। ময়াংশিং অসি কছারগীনি হায়।[৬৯] অহানবা লানফমদা মায়থিহল্লি হায়দুনা নোংথোনবনা অঙোম নিংথৌবু খরা চৈ থাঙখি। লান ঙম্লবা মতুংদা বন্দী কয়ামরুম ফাদুনা পুরকখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা ময়াং লান্মীগী লুচিংবা নুংমা তেংবা, তৈমা চোংবা, কানলৈ অয়াংবা য়াওখি। নোংথোনবা খৃঃ ১৫০৫ দা শিখি।

লৈবাক ঙাকপগী থবক্তসু য়াম্না হৈথোই শিংথোইবা কিয়াম্বনি। খাজনা ফজনা খোমগৎনবা থবক কয়া মরুম পায়খৎলমই। কিয়াম্বগী মতম অসিরাইদগী মপান লম মরু ওইনা কবো তম্পাকলোমদগী লাকপা মীওইশিংবু লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাহনখি। মতিক মথৌনা লৈবদা নত্তনা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগদবা নিংথৌরেল কিয়াম্বনি। মহাক থক্তা লৈবাক অসিগী ঙমখৈ হৌজিক্কী নোংচুপ থংবা শরুক অসিদগী নোংপোক্তা নিংথি তুবেল ফাওবা ওইখি।

কিয়াম্বগী মতুংদা মচানিপা কোইরেম্বনা নিংথৌ ওইখি। "নিংথৌরোল লম্বুবা" দা মহাক্কী মতাংদা পল্লমদে। মহাক ফম্বাল কারমদবা য়াই। মহাক্কী মতুংদা মমা তিন্নদবা মনাও লমক্যাম্বনা নিংথৌ ওইখি (খৃঃ ১৫১২-১৫২৩)। লমক্যাম্বগী মতুংদা মচানিপা নোংইন ফাবনা চহি অমা লৈবাক ঙাকপগী থবক পুখি। ফম্বালদি তোংখিদে। মহাক্কী মতুংদা মমা তিন্নদবা মচিন মনাও কবোম্বনা নিংথৌ ওইখি। কবোম্বগী মতুংদা তাংজাম্বা নিংথৌ ওইখি অদুবু ফম্বাল কারমদবা য়াই। "নিংথৌরোল লম্বুবা" না মাগী মতাংদা করিগুমত্তা পল্লমদে। তাংজাম্বা খৃঃ ১৫৪৫ দা নোঙ্গাখি। মহাক্কী মতুংদা কিয়াম্বগী মনাওনুপা শানোংবা ৱাংখৈরাকপগী মচা চলাম্বনা খৃঃ ১৫৪৫ দা নিংথৌ ওইখি। কিয়াম্বগী মতুংদগী চলাম্বা ফাওবগী মতমদা কা হেন্না শিংথানিঙাই ওইবা থৌদোক কয়া থোকখিদে। অদুবু চলাম্বগী মচা মুংয়াম্বনা খৃঃ ১৫৬২ দগী নিংথৌ ওইবা হৌরকপদগীদি লম হেন্না খোমজিন্দুনা অকনবা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনরকখি। মুংয়াম্বা কৌদ্রিঙৈদা থাঙবাই নিংথৌ কিয়াম্বা হায়না কৌরমই। মুংয়াম্বানা নিংথৌ ফম্বাল কারকপদগীদি মফম কয়াদা চত্তুনা লৈবাক অসিবু মতিক মথৌনা লৈবা অকনবা অমা ওইনবা থবক থৌরম কয়া পায়খৎপা হৌরকখি। নিংথৌ ওইরকপা চহি অহুম্মুক্কী মতুংদা কবো তম্পাক্কী নোংপোক চিদাইদা লৈবা মুংখোং মুংয়াইদা লান্দাখি। মফম অদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা লান হৌরকপদগীনি। মফম অসি ফাওবা লৈবাক অসিগী ঙমখৈ কিয়াম্বা নিংথৌরেলনা য়াৎলল্লবনি। মফম অদুদগী সনানা শাবা য়েনবা মানবা পোৎ অমা পুরকখি। অসুক্কী মতিক তমথিনা লান্দাখ্রে মদুদি মফম অদুগী মীওইশিং অদু লৈফম চাফম খঙদনা মনিং মমাং খঙদনা চেন্নখি। নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা অকলা য়াওনা মফম কয়াদা লান্দাদুনা বন্দি কয়ামরুম ফারকপগা লোয়নননা শগোল অমসুং মাল চাং কয়া খোমজিন্দুনা পুরকখি। মাংশা হায়রিবা লম অসিসু মায়থিবা পীখি।

খৃঃ ১৫৬৩ দা খামরন লৌশিনখি।[10] অদুগা খৃঃ ১৫৭৮ দা খামরন অসিনা লৈবাক অসিগা শান লৈবাকশিংগগী ঙমখৈ ওইনা লেপনৈয়ে।[11] থোঙদুৎ হায়রগসু খঙনবা শমজোক হায়বা লমসি খৃঃ ১৫৭১ দা খোমজিন্দুনা লৈবাক অসিগী লম ওইখি। শমজোক হায়রিবসি হৌজিক্কী তমু হায়বা লম অসিদগী অৱাংলোমদা নিংথি তুরেল তোর্বান্দা তাবা খুলনি। খৃঃ ১৫৭২ দা কবোগী শান লৈবাক অয়াম্বা মায়থিবা পীখি।[12]

খৃঃ ১৫৮২ দা অনিরকশুবা ওইনা শমজোক্তা লান্দাশিনখি। মুংয়াম্বনা লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা চত্তুনা খোমজিন তাশিনবদা অয়েৎপা পীবা মীওই অমসুং লমশিং

অদু ৱারক ৱাতেম্বগী থবক চত্থরমই। লৈবাক অসিবু হেন্না কনশিন্নবা হোৎনবদা নত্তনা মুংয়াম্বনা লম্বী থোঙনচিংবা শেমগৎ-শাগৎলমই। মুংয়াম্বগী লৈমরেম্বী কায়নৌ চাংপোম্বী য়াম্না থৌনা লৈবী, লান্দা হৈথোই শিংথোইবী নুপীনি। লৈমরেম্বী অসিনা লৈবাক অসিগী খা নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা চীংগী লম শমু, অনালানচিংবা মফম কয়াদা লান্দাখি। ঙমদুনা মাল চাং কয়া খোমখি।

মুংয়াম্বগী মতুংদা মথৌনা মরিংজেল লৈবা মচানুপা খাগেম্বনা খৃঃ ১৫৯৭ তা নিংথৌ ওইখি। খাগেম্বা কৌদ্রিঙৈদো সনা হিহোনহন পোইরৈ নিংথৌহন হায়না কৌরমই। চহি ২৪ দা নিংথৌ ফম্বাল কাখিবা নিংথৌরেল অসিগী হাক্তক্তা শিংথানিঙাই ওইরবা থবক কয়া তৌরম্বদা নত্তনা লৈবাক অসিগী ঙমখৈসু অসুক্কী মতিক পাক চাওনা থম্বীরমই। অসিদসু নত্তনা চীং অমসুং তমগী মফম পুন্নমক্তা লৈঙাকলোনগী থবক থৌওং চাওখৎনবা থবক কয়া মরুম পায়খৎলমই। মহাক্কী মতমদা লৈবাক অসিগী রাজনিতিগী ওইবা ঙমখৈসি নোংচুপ্তা বরাক তুরেলদগীনা নোংপোক্তা নিংথি তুরেল অদুগা অৱাংদা মরাম চীংদগীনা খাদা তুইভাই তুরেল ফাওবনি।[৭৩] তম্পাক্কী লমদা লৈবা মোইরাংসু লৈবাক অসিদা তিনশিনখ্রবনি। লম খরদি অমুক পুনসিল্লি অমুক তোখায় তাই। নিংথৌরেল অসিগী হাক্তক্তা মফম কয়াদা চত্তুনা লান তৌনখি। লৈবাক অসি নোংমা-নোংমগী মতিক মথৌনা লৈবা, মশক মচু থোকপা, মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইরকখি।

খাগেম্বা শা-লান্দা থৌবা, লৈবাক ঙাকপা হৈবা, লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাংদা থৱাই য়াওবা অদুগা অতৈ মরু ওইবা থবক কয়া য়োকখৎপদা পুক্নিং চঙবা নিংথৌরেলশিংগী মনুংদা শিংথানবা য়াবা নিংথৌ অমনি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৬০২ গী অদুৱাইদা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা, মনুং চঙশিন্না তোর্বান্দা খুন্দাবা লমশিংদা লান্দাখি। খাগী কৌবা নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা লৈবা "নোংপোক মায়কৈ পাংবা লমগী কৌরৌহনবা নুমিৎনা হেক থোক্লকপদা মঙাল য়ৈবা" লম অসিদা লান্দাদুনা লৌশিনখি।[৭৪] অশেংবা চহি, তারিক পন্দে। খাগী লমগী লান্দা থৌবা নিংথৌ চৌফা হোংদৈ কৌববু লান ঙমখি। খাগীগী মীওইশিং অসি শাহিং ঙাহিং চাবা য়াম্না তমথিবা মীওইশিংনি। খাগী হায়বা লম অসি হৌজিক্কী চাইনা লৈবাক্কী খা থংবা শরুক্তা লৈবা য়ুনান হায়রিবা লম অসিগা তায়নবা অদুৱাইগী মফম ওইরমগনি হায়না ইতিহাস নৈনবা মীওই খরনা হায়। খাগী ঙমই হায়দুনা খাগেম্বা কৌখি। খাগীগী লমদা খুন্দারিবা মীওইশিং অসি চাইনাগী অরিবা মীওই কাংলুপ

অমা ওইরম্বা য়াই। হৌজিক্কী মীরোলনা ইপা ইপুশিংগী থৌনা লিংজেল "কাওরে" হায়না লৌরগদ্রা ?

নিংথৌ কিয়াম্বগী হাক্তক্তা তোখায় তোখায় তাবা শান জাতিশিংনা খুন্দাবা কবো তম্পাক্কী লম অয়াম্বা লৌশিন্দুনা লৈবাক অসিগী ফিবান্নুংদা থমখ্রবনি। মফমশিং অদুদা লৈবা তমু অমসুং অঙ্গো চীংনচিংবদা সিফাই থমদুনা মফমশিং অদুবু ঙাক শেনখি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৬০২ দা খাগী গী লম লৌশিনবা মতম অদুৱাইদা কবোগী খ্বাইদগী চাওবা লম ক্যাং অসি লম হেল্লকপদগী অমুক "খোমজিনখি।" মীওই ১৭৭ মুক ফাদুনা পুরকখি। অদুগা খৃঃ ১৬০৭ কী অদুৱাইদা নিংথি তোর্বান্দা লৈবা শমজোক্তা অমুক লান্দাশিনখি। চকপা কৌবা অঙ্গো চীংদা লৈবা লম অমসু লৌশিনখি।

খাগেম্বনা পানবা মতম লোয়শিল্লমদাইদা অৱাশিংনা কবো তম্পাক্তা লান্দাশিল্লকখি। অহানবদা খৃঃ ১৬৪৮ দা লান তৌরকপদা নিংথৌমচা মুংয়াম্বা কৌবা অমনা লান ঙমদুনা অৱাশিংবু তাম্থোকখি। নিংথৌমচা মুংয়াম্বা অসি খাগেম্বগী মনাও নুপা খ্বাইরাকপা চীংশোম্বগী মচা নুপানি। লান অদুদা অৱাগী শাংখুসুং অমসুং হিদিঙ্গাসুং কৌবা মীওই অনি ফাখি। অনিশুবা ওইনা খৃঃ ১৬৫১ দা অৱাশিংনা অমুকসু লৈবাক অসিদা লান্দাশিল্লকখি। অৱাশিংবু অমুকসু তাম্থোকখি অদুবু লান অদু অসুক্কী মতিক তমথিনা শোক্লখ্রে মদুদি মৈতৈগী লান্দা থৌবা মরু ওইবা মী খরা শিখি। খাগেম্বগী মতমদা চাওরাক্লা খৃঃ ১৬০৬ তা কছারগী মীওই অমসুং পাঙলশিংনা লৈবাক অসিদা লান্দাশিনলকখি। খাগেম্বগী মনাও অনি লৈরমই -চীংশোম্বা অমসুং শানোংবা। নোংমা হিগী লমজেল তান্নবদা চীংশোম্বনা শানোংবগী হি ৱায়রমই। অদুবু হি অদু লমজেল তানবদা থেংজিন্নবদগী কায়খি। শানোংবনা মহাক্কী হান্নগী তেক্তা কায়দবা হি অদু পিয়ু, অহনবসু পামদে হায়খি। ওইথোক্তবা ৱা ওইবনা খাগেম্বনা চীংশোম্বনা হায়রিবা অহনবা হি অমা লৌরো হায়বা অদু য়ানদবদগী, ভাব তানদবা খরা লৈবদগী শানোংবা কছারদা চেনখি। কছারদা চেল্লগা মফম অদুগী নিংথৌদা মহাকপু মৈতৈ নিংথৌ ওইনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিয়ু হায়খি। মরম অসিননি কছারগী লান্মী অমসুং মফম অদুগী পাঙলশিংনা পুন্না লৈবাক অসিদা লান্দারকখিবসি। কছারগী লান্মীশিং অদু নোংচুপকী ঙমখৈ লানশিল্লক্তুনা হৌজিক্কী লমশাং অসিৱাইফাওৱা য়ৌশিল্লকখি। অহানবদা লৈবাক অসিগী লান্মীশিংনা লান শোক্লবদা কছারগী লান্মীশিংনা মায়থিবা পীখি। অদুবু অনিরক শুবা ওইনা ফজনা শেম শারবা মতুং লমাংদোংদা (হৌজিক্কী বিষ্ণুপুর) শোক্লবদা য়েক্লবশিং অদুবু মায়থিবা পীখি। শানোংবসু য়াওরকখি। চীংশোম্বসু লান অদুদা য়াওখি। শানোংবদা নত্তনা অতৈ মীওই কয়া ফাখি। মখোয়শিং অদুগী

মনুংদা "কছার লান্মী" লুচিংবা ফানলে তাও, মাইকা তাও, তেক্কা রাজনচিংবা য়াওখি। বন্দি ১০০০, শমু ৩০, নোংমৈ ১০০০ অদুগা থাঙশাবা, কোনশাবা, ফিশুবা, শগোল শেনবানচিংবা মীওই ১০০০ মুকসু লানদুদগী খোমগৎখি।" [৭৫] মখোয়গী মনুংদা মুসলিম (পাঙল) কয়া য়াওখি। লান্দা ফারকপা মুসলিমশিং অদু লৈবাক অসিগী মফম অয়াম্বদা খুন্দা লৈতাহনখি। অকোনবদা লৈবাক অসিগী মরু ওইবা মীওই কাংলুপ অমা ওইখি। অসুম তৌদুনা লৈবাক অসিদা মৈতৈ পাঙলশিং খুন্দাবা হৌরকখি। মমা লৈবাক্কীদমক খনবা নিংথৌরেল অসিনা মায়কৈ খুদিং লান্মী থাদুনা লম হেনবা, ইরাং হৌবা, লৈবাক অসিবু থুগায়নিংবা কাংবুশিং নমথখি। মমাংদা পানখিবা থৌনা লৈবা, মরৈবাক্কীদমক্তা মথক্সাই ফাওবা থাদোকপা ঙম্বা লুচিংবা কয়াগী মনুংদা খাগেম্বসু অমনি। লৈবাক অসিবু অকনবা, শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইনবা শেমগৎপদা নত্তনা খাগেম্বনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন, শেলথুমগী ফিভম, ধর্ম্মগী লাইনিং-লাইশোন্নচিংবা হিরমদসু খুমাং চাওশিন্নবা থবক থৌরম কয়া তৌরমই। খৃঃ ১৬১৪ দা শেল থুমগী ফিভম ফগৎনবা লৈবাক্কী মফম অয়াম্বদা কৈথেল কয়ামরুম লিংখৎলমই।[৭৬] হৌজিক্কী সনা কৈথেল (খ্বাইরম্বন্দ) অসিসু অমনি। মহাক্কী মতমদা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংসু লৈবাক অসিদা খুন্দা লৈতাহন্দুনা মফম অসিগী মীওইশিংগী সমাজদা তিলহনখি। অতোপ্পা লমশিংদগী লাকপা বামোনশিংসু লৈবাক অসিদা খুন্দাবা হৌরকখি। বামোনশিং অসি মমাংদগী চঙলকপা হৌখ্রবনি। অমসুং লৈবাক অসিগী সমাজদা তিনশিনখ্রবনি।

মৈহৌরোলদগী চৎনরক্লবা মৈতৈগী "সনামহি" লাইনিং লাইশোন অসি খাগেম্বগী মতমদা খম থেংনা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা চৎনরমই। নিংথৌরেল মশামক লাইনিং লাইশোন অসিদা অয়োৌবী য়ৌনা থাজবা মীশক অমা ওইখি। "মপুগী মিংথৈ" শোনবনা লৈবাক্কী, নিংথৌগী, মীয়ামগী য়াইফবা ওই হায়না থাজনরমই। করম হায়না লাইনিং লাইশোনগদবগে তাকপা লাইরিক কয়াদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা করম্না পুন্সি লেনগদবগে হায়বদুসু তাক্লমই। ফজনা চাবা থকপা মতম নাইবা, মশা মউ নান্না লৈবা, অশেংবা মোত্তবা ফিরোল শেৎপা, অহল লমন ইকাই খুম্নবা, অফবা লমচৎ চৎপা, অফবা রাখল খনবা, নুপা নুপী করম্না লোয়নবা হায়রনচিংবা কয়া অসি মতমদুগী লাইনিং লাইশোন অসিদা থাজবা মীওইশিংনা চৎনরমই।

মতম অদুগী লাইনিং লাইশোনগী অমসুং অতৈ হিরম কয়াদা খণ্ড হৈরবা নিংথৌগী মীওইশিংদি অপোইমচা, কোনোক থেঙ্গ্রা, সলাম সনা, য়ুম্নাম তোম্বা, লাঙ্গোল লুখোইনচিংবশিংনি।[৭৭]

নিংথৌরেল অসিগী হাক্তক্তা চীং অমসুং তমগী লমশিং অয়াম্বা খোমজিন তাশিন্দুনা হেন্না "অকনবা লৈবাক" অমা ওইরকখি।

খাগেম্বনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচানিপা খুনজাওবনা খৃঃ ১৬৫২ দা নিংথৌ ওইখি। মপানা অসুক্কী মতিক মওং তানা শেমগৎলম্বা লৈবাক্লিনা মহাকথক্তা অহেনবা থবক কয়া তৌখিদে। অদুবু হেন্না মরা চেৎপা, অকনবা লৈবাক অমা ওইনবগী খোমজিন তাশিনবগী থবক্তি লেপখিদে। মহাক্কী মতুংদা মনাওনুপা তোনাবা নোংপোক খোংফেন থৌবনা পোকপা পাইখোম্বনা খৃঃ ১৬৬৬ তা নিংথৌ ওইখি। লৈবাক ইংনা তপ্না পানখি। চাওখৎ থৌরাংগী থবক কয়া পায়খৎখি। ঈশিং ইচাও থিংনবা থবক কয়া পায়খৎখি। লোয়ননা অশোংবা মফম কয়া তেমথোক্তুনা লৌউ-শিংউগী পোৎথোক হেনগৎনবা হোৎনখি। অতোপ্পা লৈবাকশিংগসু লল্লোন ইতিক্কী থবক তৌরমই। লাইরিক অসিগী লমায় খরদা লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অদুগী মরমদা মচা খায়না, মখোয়গী মতিক মথৌনা, মরিংজেল, মমা লৈবাক্কীদমক্তা মথৱাই থাদোকপা ঙম্বগী ৱারীশিং অদু ইবা ওইথোক্তে। মখোয়গী মগুণ, মথৌনা লৈবগী ৱারীশিং অদুদি মতম চুপ্পগী ওইনা মালেম অসিদা লাকপা তুংগী মীরোলনা ৱারীনদুনা লৈহৌরগদবনি। নোংপোকলোমগী কবো তম্পাক্তা নত্তে ঙমখৈ অসি পাকথোক্লক্লিবা। নোংচুপ থংবা শরুক মরু ওইনা হৌজিক্কী কছার অসিসু লৈবাক অসিগী মতম অমগী লমনি। লোয়নমক নৎত্রবসু শরুক খরদি লৈবাক অসিগী মনুংদা লৈরমই।

"পাইখোম্বনা কছারগী লমদা লান্দাদুনা মফম অদুগী লুচিংবা থোঙনাং সুপেৎ নারন কৌববু মায়থিবা পীখি।"[৭৮] লৈবাক অসিদা পানখি পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী মরু ওইবা মথৌদি লৈবাক অসিগী কাচিন, কোয়াদা চত্তুনা অশোনবা, অপিকপা, মপাঙ্গল লৈজদবা খুল মচা-মচাশিংবু তমথিবা, অচৌবা খুঙ্গংশিংগী মখুত্তগী কনবিবা অসিনি। করিগুম্বা অচৌবা খুঙ্গংশিং চীংদবু ওইরো, তমদবু ওইরো লৈবাক অসিদা পুনশি য়াদবশিংদু মৈ ফাওবা থাদোকপা য়াওই হায়না মমাংদসু পঞ্জখ্রে।

পাইখোম্বনা শিরবা মতুংদা মনাও নুপা তোনশেনঙম্বনা ঙাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বী পান্নদুনা পোকপা চরাইরোংবনা খৃঃ ১৬৯৭ তা নিংথৌ ফম্বাল কাখি। মহাক্না পানবা মতমদা লৈবাক অসিদা চাওনা অহোঙবা অমা লাকখি। লৈবাক অসিগী হান্নগী লৈজরম্বা নাৎকী ওইবা লাইনিং লাইশোন, চৎনবী, হৌন লোনচৎ, সমাজ অসিগী মওং মতৌ পুন্নমক হিন্দু লাইনিং লাইশোন অমসুং চৎনবীলোমদা ওন্থোক্লবা হৌরকখি। মমাংঙৈদগী লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লকপা ব্রহ্মনশিংনা লৈঙাক সাশন্দা য়াওবা

ফম্নাইবশিংদা সংস্কৃটপু খুৎলোয়নবা, হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন লৌন্নবা অমদি হিন্দুগী পুন্সি মরেল লেন্নবা নাকোইননা তকশিনবা হৌরকখি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৭০৪ দা চরাইরোংবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইনিং-লাইশোন্দা থৱাই য়াওশিনবা হৌখি।[৭৯] মহাক্লা বৈষ্ণব ধর্ম্ম পামদুনা, কৃষ্ণ - রাধা লাৎলবসু লৈবাক অসিগী মৈহৌরোলদগী চৎনরকপা সনামহি লাইনিং লাইশোনগী থবক্তা তাথি তাওইবা তৌরমদে। মহাক্লা মৈতৈগী উমংলাইশিংগী লাইশঙ কয়া শারমই। লোয়ননা হিন্দুগী লাই লাৎনবা লাইশঙ খরসু শারমই। চীং তম য়াম্না নুংশি চান্নরা লৈমিন্নখি। খৃঃ ১৭০০ তা চরাইরোংবনা নোংপোক চীংগী খুল কয়াগী খুল্লাকপা কয়ামরুম কৌদুনা চাকলেন চামিন্নখি অমসুং লৈবাক অসিবু হেন্না মপাঙ্গল কন্ননবা থবক কয়া চখখি। নোংপোক্কী চীংগী লম হায়বসি তাংখুল, মরিং অমদি অতৈ চীংমীশিংনা খুন্দাবা লমশিংনি।

লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌরেল পুন্নমক অফবা ঙাক্তনি হায়বা য়াদে। য়াম্না তমথিবা, প্রজাশিংবু হায়বা ইনদে হায়দুনা মীওৎ-মীনৈগী থবকসু চখখিদবা নত্তে। অমুকসু কনাগুম্বা মীওইনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা হোৎনরকপদা য়াম্না তমথিবা মওংদা নমথনবা হোৎনৈ। চাওরাক্লা খৃঃ ১৭০১ গী অদুৱাইদা মনাওশিং থোকপা লোয়ম্বা অমসুং মহাক্কী কাংবুনা চরাইরোংবগী মায়োক্তা নিংথৌ খুভম মুন্নবা লান হৌরকখি। লান অদুবু নমথদুনা লোয়ম্বাগা থানা পুন্না মীওই ৩১ বু অঙাং ওলহনখি।[৮০] চরাইরোংবা মথৌনা লৈবা নিংথৌরেলনি। খৃঃ ১৭০৯ দা লৈবাক অসিগী নোংচুপকী চীংদা লৈবা খরাম কাংবুনা খুন্দাবা তুসুক খুল অসিনা লান হৌরে হায়না পাও লাকখি। চরাইরোংবনা মহাক্কী লান্মী কয়া মরুমগা লোয়ননা খুল অদুবু লাকশিনখি। লান লোইরদুনা হল্লকপদা নম্বুল তুরেল মপান্দা হৌবা উ পাম্বী অমগী মখাদা ঙহাক পোখাদুনা লৈরিঙৈদা ব্রজ তারক্তুনা ৱাষ্থখি। "তালক অসিদা মহাক্কী মচানিপা পামহৈবগী মকুবোক্লা নিংথৌরেল অসিবু তানা থিন্দুনা হাৎখি। পামহৈবগা লৌতুনরগা হাৎপা ওইরম্বা য়াই। [৮১] মতাং অসিদা ৱাফম অমা থমজনিংই। লাইরিক খরদা পামহৈবগী মকুবোক হায়না ইরমই অদুবু কনানো হায়বদি মমিং পল্লমদে। মতম অদুদা পামহৈবসি নুপী থিরব্রা হায়বসু খঙদে। লাইরিক খরদা নিংথৌরেল চরাইরোংবা ব্রজ তারকপদগী পান্দুনা শিখি হায়। মতম অদুদা চরাইরোংবগী চহি ৩৭ রোম শুখ্রে।

চরাইরোংবা শিখ্রবা মতুংদা মচানিপা পামহৈবনা খৃঃ১৭০৯ গী থৱানগী ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা নিংথৌ ফম্বাল কাখি।[৮২] মহাক অসি থোঙনাং ময়াম্বা অমসুং গরিবনৱাজ হায়রগসু খঙনৈ। নিংথৌরেল চরাইরোংবনা শাৎপম চনু নোংথিল চাইবী

(নুংথিল চাইবী) লৌদুনা খৃঃ১৬৯০ গী পোইনুগী ২২ পানবা থাঙজ নুমিত্তা পামহৈবা পোকখি।[৮৩] ৱারী অমা লৈ। নুংথিল চাইবীদা অখঙ অহৈ মীওই খরনা খঙহনখি মদুদি মহাক্না পোক্কদৌরিবা অঙাং অসি মহাক্কী মপুরোইব্বু হাৎকনি হায়না। অদুনা "পামহৈবা পোকপা মতমদা নিংথৌদা খঙহনখিদে। নুংথিল চাইবীনা মহাক্কী মপাগা তান্নরগা অঙাং অদুবু চীংদা লোংহনখি। চহি ১১ নৎত্রগা ১৩ রোম শুরকপদা পামহৈববু মপানা কোনুংদা পুরকখি। মসি নুংথিল চাইবী শিখ্রবা মতুংদনি।"[৮৪] পামহৈবগী হৌরকফমগী মতাংদা অখঙ অহৈ মীওই কয়ানা অতোপ্পা মোৎ কয়া পিদবসু নত্তে। মসি মহাক্না লৈবাক অসিদা রমান্দী ধর্ম্মবু নমফুদা চৎনহনখিবদগী ওইরম্বা য়াই হায়না মীওই খরনা পল্লি। "চৈথারোল কুম্বাবা" না হায় মদুদি মহাক অসি নিংথৌরেল চরাইরোংবনা শাৎপম চনু নুংথিল চাইবী পান্নরগা পোকপনি।

**খা-নোংপোক এসিয়াদা মনিং মখা তম্বা অকনবা লৈবাক অমা ওইরকপা**

লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী মরক্তা পামহৈবা অসি খ্বাইদগী শিংথানবা য়াবা নিংথৌরেলনি। চাওরাক্না মানা পানবা চহি ৪০ রোম অসিদা লৈবাক অসিগী মপাঙ্গল অসি অসুক্কী মতিক কনখি। য়ুমথংনরিবা লৈবাকশিংনা ফাওবা অকিবা ফাওরমই। লৈবাক অসিগী মিংচৎ অঙকপা ফংনা য়ৌখি, লোয়ননা চাওখৎ খোঙথাংগী হিরমদসু য়ান্না অহোঙবা লাকখি। লান্মী মপাঙ্গল কন্নবা অরেপ্পা লৈতনা থবক কয়া পায়খৎখি। খা নোংপোক এসিয়াদা মশক মচু থোকপা, মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইবদা নত্তনা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংনসু লৈবাক অসি মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা অমনি হায়বসি য়ারমই।

পামহৈবগী মতমদা লৈবাক অসিগী মনুংগী ওইবা হিরম কয়ামরুমদা পেন্দবা, চয়েৎনবা, য়েখাইবা, থিনগাইবা কয়া লাকখি। মসি মহাক্না রমান্দি ধর্ম্মবু প্রজাশিংদা নমদুনা লৌহনখিবদগীনি। ধর্ম্ম অসিবু লৌ হায়বা য়াদবা মীওই কয়া অঙাং ওলহনখি। নৎত্রগা অথাপ্পা লমদা লোই থাখি। অমুক হন্না ফংলবোইদবা লাইওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা থম্মীরম্বা পুয়া কয়া নিংথৌরেল অসিগী হাক্তক্তা মৈ থাদুনা মাঙহনখি। নিংথৌ পামহৈবনা অনৌবা রমান্দি ধর্ম্মবু[৮৫] পান্না লৌরুবনা চহি লিশিং নৎত্রগা চা কয়াগী মমাংদগী ইশাগী ওইবা চৎন-লোনচৎ, পুৱারীগী ওইবা মচাক মরল কয়ামরুম রমান্দি ধর্ম্মগী চৈফুনা ফুথরকপদা মশিং থিঙমদনা মাঙহনখি। মহারাজ গরিবনৱাজগী গুরু শান্তিদাসকী থৌইনশিন্দগী অফোংবা মৈতৈ লাইরিক শামু তোংদুনা পাউজেল্লগা কংলা উত্রা মমাঙদা পৈরগা মৈ থাখি।[৮৬] লাইরিক মৈ থাখিবা অসি "চৈথারোল কুম্বাবাগী"

মতুং ইন্না খৃঃ ১৭৩২ গী মেরা থাগী ১৭ নি পানবা নুমিৎনি। মৈতৈগী লাইনিং লাইশোন অসি পুংমুৎ মুথৎপা য়ানবা "খৃঃ ১৭২৬ তা উমংলাই ময়াম খোমগৎলগা মহাবলি উমংদা ফুমজিনখি" হায়না "চৈথারোল কুম্বাবনা" পল্লি। অদুবু "লোইনমক তুমহনবদি" ঙমখিদে।

"শান্তিদাস গোশাইগী চেলা অনিনা মৈতৈগী হান্নগী ধর্ম্মবু পুস্মাঙ মাঙননবা সনামহিগী মুর্ত্তি কোলু য়েখায়দুনা থুগায়খি। মসিমক মৈতৈগী সংস্কৃটি, সভ্যতদা লান্দাবনি হায়নিঙাই ওই।"[৮৭] অসুক্কী মতিক কনখ্রবা অনৌবা ধর্ম্মগী ইনোৎনি। লৈবাক অসিগী মমিং ফাওবা "মনিপুর"[৮৮] হায়না থোনখি। ওইরক্লিবা ফিভম অসি মীয়াম্না য়াম্না পেন্নখিদে। অনৌবা ধর্ম্ম অসিবু লৌহন্নবা থবক কয়ামরুম পায়খৎপা হৌরকখি। ধর্ম্ম অসিবু লৌ য়াদবা মীওই কয়া মীয়াম মাংদা চৈরাক পীখি। তুংগী তুংলমচৎ উবা ঙম্বা, ৱাখল লৈবা, মতম অদুগী মায়চৌশিংনা ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা মথৱায় শোক্লা কপখি। হোংলক্লিবা ধর্ম্মগী লিচং অসি তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা ঙমখিদে। মরম অসিনা মতম অদুগী অমসুং তুংদা লাক্কদবা মীওইশিংগী পুক্লিং লৌশিং ওইনবা মায়চৌ চীংউ খোংনাংথাবগী লিচিং মখাদা পুযা কয়া ইদুনা থম্বীরমই।

অনৌবা ধর্ম্মগী শাফুদা মৈতৈশিংগী উমংলাই কয়া থুগায়বা হৌরকখি, মৈতৈগী ওইবা থাগী, চহিগী কুমওনগী পুজা লাংজাগা মরি লৈনবা থৌরম কয়া মমিং ওহোকপা হৌরকখি। রমান্দি ধর্ম্ম লৈঞ্রিভেদ লৈরম্বা মৈতৈশিংগী লাইনিংফম কয়া হিন্দুগী মমিং থোঞ্জিন্দুনা অনৌবা ধর্ম্ম অসিবু চৎনবা খোঙথাং কয়া থাঙজিল্লকখি। মতম অমগী মৈতৈগী শেংলবা উমংলাই মোংবাহলবগী মফমদা হৌজিক্কী হনুমান থাকুর লাৎপা হৌখি অদুগা হিয়াংথাঙ লাইরেম্বীগী মফমসিনা কমাখ্যাগী খুভম্নি হায়না ওহোকখি।[৮৯] মৈতৈগী ওইবা থাগী চহিগী কুমওন পুজা-লাংজা মমিং ওহোকখি। "লোইদাম ইঙেল থাগী অহোং খোংজিং মহুৎ শিনবদি রথযাত্রা কাং চিংয়ে।[৯০] হায়বদি মৈতৈগী ইঙেল থাদা পাংথোকপা কুম্মৈ থৌরম অদুবু "রথযাত্রা" হায়না মীংথোনখি হায়বনি। "লোইদাম লাংবন থাদা খম্লাং পাপনলোন অকোনবা ইরেং পুপানলোন অমনবশিংগী লুকলেনপুম্না শেন্না তরা চাকলুক কৎপগী, মহুৎ লয়না শিনবদি পিতৃলুক (তর্পন কৎপা) ইরাৎ থৌনা শিন্নেয়ে।"[৯১] শন্না হায়রবদা মৈতৈশিংগী মৈহৌরোলদগী চৎনরক্লবা মপা মপুশিং নিংশিংদুনা লাংবন থাদা লুকলেন কৎপা হায়বদু "তর্পন কৎপা" হায়না ওহোকখি। নোংদা লাইরেন পাখঙবদগীনা চরাইরোংবা ফাওবদা পানখিবা নিংথৌরেলশিংগী মমিংশিংগী মমাংদা "মৈদিংঙু" হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নখি। মৈদিংঙু

পামহৈবনা অনৌবা ধর্ম্ম অসি লৌরবা মতুংদা "মহারাজ" হায়বা হিন্দিগী ৱাহৈদা "নিংথৌ" হায়বসি শিজিন্নবা হৌদুনা মহাকপু "মহারাজ গরিবনৱাজ" হায়না খঙনখি। নিংথৌরেলশিংগী লোয়নবীবুনা "মহারানি" হায়না খঙনবা হৌখি। অসুন্না গরিবনৱাজগী লোয়নবীসু "মহারানি গোমতি"[২২] হায়না খঙনবা হৌখি। "মহারাজ" অমসুং "মহারানি" হায়না লৈবাক অসিগী নিংথৌ, মহাক্কী লোয়নবীবু খঙনবা হৌরগসু "চৈথারোল কুম্বাবা" অমসুং "নিংথৌরোল লম্বুবা" দদি তুংদা লাকপা নিংথৌগী মিংগী মমাংদা মৈদিংঙু হায়বা ৱাহৈ অসি অদুম্মক শিজিন্নৈ। "চৈথারোল কুম্বাবাদদি" মৈদিংঙু অমসুং মহারাজ হায়বা ৱাহৈ অনিমক পামহৈবদগী হৌরগা তুংদা পাল্লকপা নিংথৌরেলশিংবু খঙনবা হোৎনবদা অদুম শিজিন্নৈ। তরানিপালশুবা শতাব্দী হৌরকপদা অনৌবা ধর্ম্ম লাকপদগী লৈবাক অসিগী মৈহোরোলদগী লৈরক্লবা ইতিহাস, চৎনবী, শক্তম, হৌরকফম পুম্নমক হিন্দুগী ৱাহঙ্গোক্তা তারুবা হোৎনখি। হায়রিবা থৌদোকশিং অসি ইতিহাসকী তাঙ্কক অমদা থোকখ্রবনি। থোক্তে হায়বা য়াররোই।

চহি লিশিং নৎত্রগা চা কয়াগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোকশিং অসিনা পুক্লিং লৌশিং ওইহল্লগা হৌজিক্কী মীরোলনা তুংগী "অফবা মনিপুব" অমা শেম্নবগী পোরম য়াৎপা মথৌ তারে। হৌজিক্কী মীরোলশিংগী মমাংদা তারিবা মরু ওইবা মথৌদি ধর্ম্মগী হিরমদা খুমাং চাওশিন্নবা পুক্লিং লুপ্পদু নত্তে। ধর্ম্মগী মতাংদদি মীওই অমনা শোন্নিংবা লাইনিং লাইশোনগী মীংথৈ পামজববু শোনশনু - সনামহি, হিন্দু, ইসলাম, খৃষ্টয়ান অসিনচিংবা। অহানবদা তৌগদবা মথৌদি তোঙান- তোঙানবা কাংলুপশিং অসি লোয়না পুনশিন্নরগা, করি করম তৌরগা মনিপুর অসিবু মালেমদা মশক মচু থোকপা লৈবাক অমা ওইনবা থবক থৌওং পায়খৎকদবগে হায়বগী ৱাফম খন্নবা অদুনি। মরমদি মনিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংমক মমা লৈবাক্কীদমক্তা তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা থবক খরদা থরাই য়াওশিনবা তাবনি। তোঙান-তোঙানবা কাংলুপশিং অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্নদ্রবদি অফবা, অকনবা, মনিপুর অমা শেম্বা ওইথোক্তে। করিগুম্বা ১৮ শুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা মপান্দগী চঙলকপা অনৌবা ধর্ম্মনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিংবু থাপতোক্লহনখি হায়বসু মতম অদুদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোক অমদি ওইখিবা ফিভম অদুননি। হৌজিক্তি লাইরিক হৈবগী মীওইশিংগী মশিং নোংমা-নোংমগী য়ামখৎলকপনিনা মমাংদা (চহি চা খরগী মমাংদা) থোকখিবা থৌদোক অদু মতম অদুগী ওইখিবা ফিভম অদুননি হায়না খন্থফম থোকই। মমাংদা থোকখিবা থৌদাক্না তুংগী অফবা মনিপুর অমা শেম্নবা পোরম য়াৎপদা অপনবা

ওইহল্লোইদবনি। ৱাখল, পুক্লিং, হোংদোকপা তাই "তুংগী অফবা মনিপুর অমগীদমক।" চহি চা কয়া চঙনা শেমগৎপীরম্বা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা মওং মওংগী থৌদোক ৱাথোক, পামদবা, অপাম্বা কয়া থোকখিবা অদুম থেংনগনি। য়াম্না লুরিবা ৱাফমদি অসিগুম্বা খা নোংপোক এসিয়াদা মপাঙ্গল কনবা, মনিং মখা তন্না লৈরম্বা লৈবাক অসি হৌজিক্তি মফম অসিদা লৈরিবা কাংলুপ খরনা অরানবা পাও কয়া শন্দোক্তুনা মচেৎ-মচেৎ থুগায়নবা হোৎনবা অসিনি। মীওই পুন্নমক্কা মতম হেঞ্জিনদ্রিঙৈদা খঙ্থমফম থোক্লে মদুদি মনিপুর অসি হৌজিক "মৈগী চীংগুল্লে।" মতাং অমসুং মতম লৈরিঙৈদা থবক খরা তৌহৌবা তাই। চহি চা খরগী মমাংদা মনিপুর অসি চীং অমসুং তম অনিনা পুল্লগা শেম্বা "মথৌনা লৈবা লৈবাক" অমা ওইরমই। মদুগী "মথৌনা" অদু কদাইদা চৎখ্রে। মহারাজ গরিবনৱাজনা অকনবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা নিংথি অমসুং ইরাৱাদি তুরেলশিং লাম্থোক্লগা মফমশিং অদুদা লান্দাদুনা লম কয়ামরুম লৌশিল্লমই। চাওরাক্না খৃঃ ১৭১৪ গী অদুৱাইদা নিংথি, মু অমসুং ইরাৱাদি তুরেলশিংগী তোর্বান্দা তাবা লৈহাও চেনবা লম অমসুং বর্মাগী (অৱাশিংগী) সহর কয়ামরুম লৌশিনবদা নত্তনা মৈতৈগী লানঙম ফিরালসু অৱাশিংগী কোনুংদা য়ুংশিনখি।[১৩] মৈতৈশিংনা অৱাগী মফম কয়ামরুমদা লান্দাদুনা মখোয়গী লমশিং লৌশিনখিবদা নত্তনা লানঙম ফিরাল য়ুংখি হায়বসি বর্মাগী মতম অদুগী কোনুং অভাদা ফংবা ইতিহাস অদুগা থৌদোক কয়াদু থোকখি হায়বগী লৈহৌরিবা চেন্নিংঙাই লৈত্রবা প্রমান কয়াদগীসু খঙবা ঙমই। বর্মাগী ইতিহাস অদুদা চহি অমা/অনি খেন্ননা ইরম্বা য়াই অদুবু থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অদুদি অচুম্বনি।[১৪]

নিংথৌরেল চরাইরোংবনা পানবা লোয়রমদাইদা নিংথি তুরেল মপান্দা তাবা মনিপুরগী কবো তম্পাক্কী লমশিং অসি য়েংশিনবা খরা কোমথোক্লুরে। মসিনা মরম ওইদুনা য়ুমথংনবা অৱাশিংনা (বর্মীজশিংনা) হায়রিবা লমশিং অসি লৌশিন্নবা হোৎনরমই। মফমশিং অসি য়াম্না লৈহাও চেনবা লমনি। বর্মানা খল্লমই মদুদি লমশিংসি মরু ওইনা শমজোকসি লৌশিল্লবদি মসিগী পোৎথোকশিং (হাওখ্রবা চেং য়াওনা) অদু মখোয়না লোয়পোৎ ওইনা ফংগনি। খৃঃ ১৭১৮ দা অৱাশিংনা নিংথি তুরেল লানশিল্লক্লগা মনিপুরদা লান্দাশিল্লকখি। পামহৈবা মশামক্না লুচিংদুনা য়েরুবগী লান্মীশিং অদুবু হৌজিক্কী থৌবাল জিলাগী মনুং চন্না লৈবা ৱাংজিংদা মায়থিবা পীরবা মতুংদা তাম্থোকখি।[১৫] বর্মানা ঙহাক লৈতনা লান্দানবা হোৎনরকপা মওং অসি মনিপুরনা তরাইনা লৌরমদে। পামহৈবনা লান্মী তেঙ্গোল অচৌবা অমা পুদুনা নিংথি অমসুং ইরাৱাদি

তুরেল মপানদা তাবা লমশিং (শমজোক য়াওনা) "খৃঃ ১৭১৮, ১৭২০, ১৭২২ দা"[৯৬] মায়পাক্লা লান্দাদুনা লৈবাক অসিগী কবো তম্পাক্তা অৱাশিংনা ওহাক লৈতনা মীৎয়েং চংলম্বা অদুদগী ঙাকথোকখি। মনিপুরগী মপাঙ্গল, মথৌনা অসি অৱাশিংনা অসুক্কী মতিক কল্লকখি। মৈতৈ লান্মীশিংগী লানফমদা থৌবা মতিক মথৌনা অঙকপনি। মৈতৈ লান্মীশিংগী মমাংদা "অৱাশিংদি মমিৎ কুপ্পা ঙমদরে"[৯৭] হায়না হায়নরমই। রাইহেসি মৈতৈ লান্মীশিং অসি লান্দা অসুক্কী মতিক থৌই হায়বনি মদুদি অৱা লান্মীশিং মমিৎ কুপ্লিঙৈদা মখোয়বু মঙক ককপা ঙমই হায়না মখোয়গী (মৈতৈশিংগী) থুবদু প্রমান তৌবগী ৱানি। মৈতৈশিংসি য়াম্না থৌনা লৈ অমসুং থুনা য়েক্লববু হাৎলি হায়বগী প্রমান্নি। মমাংঙৈদগী মনিপুরনা থেঙ্খাং কয়াদা লাকচরকপা অসিদা বর্মাগী খোইদৌ শাওগৎপি হায়বদু ওইখি।

খৃঃ ১৭২৩ দা অৱা অমসুং তখেল (হৌজিক্কী ত্রিপুরা) না মানরগা মনিপুরদা য়েৎলোম ওইরোমদগী লান্দাশিল্লকখি।[৯৮] মনিপুরগী ফিভম য়াম্না লুখি। অৱা লান্মীশিংনা কবো তম্পাক, তেংনৌপলনচিংবা লমশিং লানশিল্লকখি। অমরোমদা তখেলগী লান্মীশিংনসু লৈবাক অসিগী খা-নোংচুপ থংবা শরুক্তা থুংলখি। মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা মওংদা নোংপোক অমসুং নোংচুপ মায়কৈরোমদা য়েক্লবশিংনা কোয়শিল্লকখি। অসিগুম্বা ফিভম অসি মায়োক্লবদা লাই-ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং খক লৈদুনা চেনখিদে। অৱাশিংগী লান্মী অদু নহা ওইবা নিংথৌমচা মন্দা কেংতু ঙম্বা কৌবা অমনা লুচিংলকখি অদুগা হৌজিক্কী পলেলদা লানবন শাখি।[৯৯] গরিবনৱাজনা লৈবাক অসিবু ঙাকথোল্লম্বা অকন্নবা লান্মী তেঙ্গোল অমা থাজিনখি। হায়রিবা মনিপুরগী লান্মীশিং অদু চীংমী ৪০০০, মৈতৈ ৫০০০ অমসুং অরাম্বাই কাপ্পা হৈবা সিফাই ৩০০ না শাখি। খায়নঙৈদা চীংমী অমসুং তম্মী পুন্না য়েক্লববু লাম্থেংমিন্নখি হায়বা খুদনি। লান্মীশিং অদু লুচিংখিবা মীওইশিংদি কোপেং কৈরুংহনবা, গাইভিরাম হুইদ্রোম্বা অমসুং বামোন চক্রবর্তিন সিধান্তনি।[১০০] অহানবা খুৎ থোক্লবসি পলেল মনাক্কী ককচিংদা ওইখি। ককচিংদা শোক্লখিবা লান অদু মনিপুরগী লান্মী খরগনি। লান্মী কাংবু অদুগী লুচিংবনা কবিচন্দ্র অমসুং পুনি সিংহনি। মসিগী লান অসিদা মশিং য়াম্লবা অৱাগী লান্মীশিংনা মখোযবু মায়থিবা পীখিবা মরম্না মখোয় (মনিপুরগী লান্মী কাংবু) অদু ৱাংজিং ফাওবা হন্দোরকখি। অহানবা লানফমদা মায়থিরে তাবদা পামহৈবনা মশিং য়াম্লবা লান্মী ময়াম অমা অমুক থাজিনখি। নিংথৌ মশামক্লা লান্মী ময়াম অদুগী লুচিংপুরেলনি। মতম অদু খৃঃ ১৭২৩ গী দিসেম্বর থানি। মনিপুরগী লান্মীশিং অদু

অহুম থোক্লা খায়দোকখি। অৰাং থংবদনা কোপেং কৈরুংহনবগী মখাদা, খা থংবদনা গাইভিরাম হুইদ্রোম্বগী মখাদা অদুগা মমাং থংবদনা বামোন চক্রবর্তিন সিধান্তগী মখাদনি।[১০১] পামহৈবনা লান্মীশিং অদুবু মথৌ ফজনা তৌনবা শিন্দোক শিনজিন তৌখি। কুইথদনা অৰাশিংবু লায়না তাম্থোকখি। অৰা লান্মী ফনা য়াম্না ফাহৌই। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা মখোয়গী লুচিংবা চৌথাপ কৌবা অমসু য়াওখি। মসিগী মতুংদা নিংথৌ মশামক্লা লুচিংদুনা তখেলশিংবু লাম্থেংনদুনা লৈবাক অসিদগী তাম্থোকখি। মখোয়গী লান্মী লুচিংবা পনচম রাইগা লোয়ননা বন্দী খরা ফাহৌই।

খৃঃ ১৭২৫ দা গরিবনৰাজনা বর্মাগী অকনবা লান্মী কাংবু অমা মাগলং তুরেল (কবো তম্পাক্কী) গী হৌরকফম অদুৰাইদা মায়থিবা পীখি। চাওরাক্লা চহি অসিদা অৰা লান্মী ৩০,০০০ রোম্না মনিপুরগী কবো তম্পাক্তা চঙলক্তুনা লৈবাক অসিদা লান তৌনবা হোৎনরকখি অদুবু মখোয় অদু অমুক হন্না লৈবাক অসিদগী তাম্থোকখি। হায়রিবা বর্মাগী লান্মীশিং অসি তকথোকপগী থবক্তু খৃঃ ১৭২৬ কী অদুৰাইদা লোয়খি।

চাওরাক্লা চহি তরামুক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা গরিবনৰাজনা চাওরবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা বর্মাদা লান্দানবা শেম শাখি। খৃঃ ১৭৩৫ দা মহাক্লা নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা লৈবা ম্যেদু হায়রিবা সহর অসি তুম্না থুগায়খি। ম্যেদু হায়রিবা সহর অসি মু তুরেল তোর্বান্দা লৈবা মফম্নি। বন্দী অমসুং পোৎচৈ মাল চাং কয়া পুরকখি। মথংদা মহাক্লা মফম অসিৰাইদা লৈবা নমখাম, তাপ্রাং অমসুং বর্মাগী লানবন মাপল থুগায়খি। মখা তানা (শ্বেবো) হায়রিবা মফম অদুগী কোনুং তম্না লাকখি অদুগা শমু তরুক, শগোল ১০০, নোংমৈ ১০০০ ফাগৎখি।[১০২] মফম অদুগী বৌধ ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা লৈবা শোইপ্রেৎ হায়বা মফম অদুদা লৈবা লাইশঙদা মতম খরা লৈরমই। পাক শন্না মফমশিং অদুবু মাঙহন তাকহনখি। থৌদোকশিং অসি খৃঃ ১৭৩৫ দা থোকখিবনি।[১০৩] চহি অমা/ অনিমুক মনিপুরগী লান্মীশিংনা মফম অদুদা লৈদুনা পুমচাই চায়খায়খি। অৰা লান্মী ৭০০০, শগোল ৩০০, শমু ২০ মুকসু মায়থিবা পীখি অদুগা মফম অদুগী তুরেল খোদোং চোং হায়বা অদুদগীনা দাবায়েন হায়বা মফম অসি ফাওবদা লৈবা লমশিং মায়থিবা পীদুনা পুমচাই চায়খি। "হনবা লৈতনা" পামহৈবনা বর্মাদা মায়পাক্লা লান্দাখি। খৃঃ ১৭৩৮ দা মহাক্লা লুচিংদুনা মশিং য়াম্লবা মনিপুরগী লান্মীশিংনা নিংথি তুরেল লাম্থোক্তুনা বর্মাদা চঙখি। মফম অদুদা বর্মাগী লান্মী ১৫,০০০, শগোল ৩০০০, শমু ৩০ দা লান্দাশিন্দুনা ময়াম অদু পুমচাই চায়খায়খি। চহি অদুমক্তদা নোংজু থা লোয়রবা মতুংদা মনিপুরগী লান্মী ২০,০০০

পুদুনা বর্মাগী মাৎসেন, দাবায়েন অমসুং ম্যেদুদা লৈবা লান্মীশিংবু মায়থিবা পীখি।[১০৪] মহাক্না সহরশিং অসি লৌশিন্দুনা মতম খরা মহাক্কী মখাদা থনমই।" বর্মাগী ইতিহাস ইবা মীওইশিংগী ৱারীদা মৈতৈ নিংথৌ অসিনা মফমশিং অদুদা "লেপ্লা লৈতনা"[১০৫] মায়পাক্লা লান্দাখি হায়।

মনিপুরগী লান্মীশিং অদু সাগাইং হায়রিবা বর্মাগী কোনুং অভা মনাক্তা লৈবা সহর অদুগী নোংচুপ্তা লৈবা থালুনব্যু হায়বা মফম অদুদা লৈখি। গরিবনৱাজনা বর্মাদা লান্দাখিবগী মতাংদা বৃটিস মচা জি. ই. হারভে কৌবা অমনা বর্মাগী নিংথৌরেলশিংগী[১০৬] মতাংদা ইবা লাইরিকপু পল্লদুনা অসুন্না ইরিঃ খৃঃ ১৭৩৮ দা গরিবনৱাজনা ম্যেদু, তাবায়িন (মসি মথক্তা পঞ্জখ্রিবা দাবায়েন হায়বসি ওইরমগনি। বর্মাগী লম মমিংশিং অসি মখোয়না পাবগা অতোপ্পা মীওইনা পাবগা য়াম্না খেন্নৈ।) হায়বা অনিসিদা লান্মী থোমজিন্দুনা কোয়শিনখি। মথক থংবা চিনদ্বিন (নিংথি) জিলাগী লম মিংঙিন হায়বা অসিসু য়াওই। মদুদগী মনিপুরী লান্মীশিং অসি সাগাইংগী নোংচুপ্তা লৈবা থালুনব্যুদা লৈরগা মফম অদুৱাইগী য়ুম অমসুং লাইনিংফম শঙশিং মৈ থাখি।

হায়রিবা মফমশিং অসি অভা মনাক্তনি। মফম অদুগী বৌধ ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংগী কাওংহমুদাৱ দা লৈবা লাইশঙবু ঙাক্লবা থম্বা অৱা লান্মীশিংবু তুমনা হাৎখি... অমসুং লাইশঙ অদুগী নোংপোক থংবা থোঙ অদুদা গরিবনৱাজনা চঙনবা হোৎনবদা থাঙনা য়ানবদগী য়াম্না চাওবা দাকফম অমা লৈ।" (ইরল্লিবা ৱাশিংসি বর্মাগী নিংথৌরোলশিংগী মতাংদা ইবা লাইরিকশিং অদুদগী লৌথোক্লগা বৃটিস মচা অসিনা ইরম্বনি।) হায়রিবা থাঙনা য়ানখিবগী দাকফম অসি চহি খরগী মমাং ফাওবা লৈরমই। হৌজিক্তী বর্মাগী সরকারনা মদু শেমদোক শেমজিন তৌদুনা ইকুই কুইদবগী মমাংদা মুথৎখ্রে হায়। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবা ৱাফম অমনা মনিপুর অমসুং বর্মা অসি ঙহাক লৈতনা লান শোক্লরবসু মরক মরক্তা অমুক চাননদবা নত্তে। মমাংদসু থেংনবিখ্রে বর্মাগী মীওই কয়া লৈবাক অসিদা লাকখিবশিংদু মফম চাবা মফমদা মৈতৈশিংনা খুন্দাহনখি। মনিপুরগী নিংথৌ মচানুপী খরসু বর্মাগী নিংথৌ/নিংথৌমচাশিংনা হায়জরকপদগী মফম অদুদা থাজখিবসু য়াওই। অদুবু অপিকপা মনিপুরনা "মপাঙ্গল লৈবা লৈবাক" অমা ওইবা অসিদি বর্মানা শুকপাম পাল্লমদে। অমুক্তং তুরা তুনা নমথনিংলমই, ঙমদবগী ৱানি। অমরোমদা মনিপুর মচাশিং অসিসু মখোয়গী মরৈবাক্তবু শিংনরক্লবা, মপা মপুগী ঈখেঙনা শেম্বীরম্বা মরৈবাক নমফুদা লৌনবা হোৎনরক্লবা অদু ওইরবদি মরৈবাক কন্নবা হোৎনবদা নোক্লা থৱাই থাদোকপা ঙমখি। শিনি মনিপুরগা বর্মাগা ঙহাক লৈতনা

তৌনরম্লিবসি। অদুগুম্বা ইপা ইপুশিং অদুগী মচা মশু অমসুং শুথাঙশিংনি হৌজিক্কী মীরোলশিংসি। চুমই ইতিহাসনা শাক্কিনি। ইপা ইপুশিং অদু "নোংশাগুম থৌনা লৈবা মীওই ঙাক্তনি হায়বা য়াই।" হৌজিক্তি? " মৈতৈ নোংশা মমিংতা ঙাইরে, খোঙবা ঙমদ্রে চরি তৎলে...?" খৃঃ ১৭৩৯ দা গরিবনৱাজনা খোংমী লান্মী ২০,০০০ গা লোয়ননা অভাদা অমুক লান্দাখি। অদুবু বর্মাগী চাওখ্রবা লান্মী কাংবু অমবু লাকশিনবা ঙমদবদগী ম্যেদুদা লানবন শারগা লৈখি।[১০৭] পামহৈবা করম হায়না শিখি?

খৃঃ ১৭৪০ গী লোয়শিল্লমদাইদা গরিবনৱাজনা খোংমী লান্মী ২০,০০০ অদুগা শগোল ৩০০০ মুক পুরগা নিংথি অমসুং ইরাৱাদি তুরেল অনিগী শম্নফম অদুৱাইদা লানবন শাদুনা বর্মাগী কোনুং অভাদা লান তৌনবা শেম শাখি। হান্না মনিপুরগী লান্মীশিংনা য়াম্না শাথিনা ওৎ নৈবিখিবনিনা বর্মাগী মশিং য়াম্লবা লান্মীশিংনা মনিপুরদা অমুক্তং লমন খুম্বা পাল্লমই। অদুবু লান তৌদ্রিবৈঙে নুমিদাং অমদা অকনবা নুংশিৎ শিৎলক্তুনা মনিপুরগী ফিরাল অদু পায়থোকখি।[১০৮] মতাং অসিৱাইদা নিংথৌ অসিগী ৱাখল পুমহোং হোংলকখি, ফিরাল পায়থোকখিবা অদু ফত্তবা, লান ঙম্লোইদবগী খুদম্নি হায়না খনখি। লান তৌনবগী মহুত্তা মহাক্না বর্মাগী নিংথৌগা শন্তাইনবা অমা পুরকখি। বর্মাগী নিংথৌনা হায়জরকপদগী মচা নুপী অমা থাজখি। মসিগী মতুংদা মশাগী লৈবাক্তা ম্যেদু ফাওরগা হল্লকখি।[১০৯] হল্লকপদা মু তুরেল মনাক্তা কোই কৌবা কাংবু অমনা মনিপুরগী লান্মীশিংদা লান্দারকখি। মখোয় অদু খুদক্তা লাকশিনখি। নিংথৌ অসিনা মনিপুর তম্না লাকপদা "মনিপুর" হায়রিবা ৱাহৈ অসি "হৌজিক্কী মনিপুর" অসিগী ঙমখৈ অসি নত্তে। অদুনা নিংথি তুরেল লানশিল্লক্লগা কবো তম্পাক চঙলক্লবদি মদু মশাগী লমনি। মনিপুরনি। বর্মাগা অকোনবা লান অসি তৌনরমদবদগী মহাক্কী থাজবা মীওই অমদি লান্মী কয়া মহাকপু থাদোক্তুনা হান্না চৎখ্রবনি। মৈতৈ লান্মীশিং মরৈবাকপু য়াইফনবনি হায়রবদি লান তৌনবদা নিংহন্নবা লৈতবা মীওই ঙাক্তনি। শিনি-নানি খঙদে মরৈবাক, মজাতিবু য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা। মথায় থায়নদগী হৌনা মৈতৈ (মনিপুরগী লান্মীশিং) লান্মীশিং অসি নুমিৎ খুদিংগী নৎত্রগা য়াম্না তোইনা লান ওৱাইবগী থবক অসি তৌরমই। মসিনা মখোয়গী খ্বাইদগী মরু ওইবা মথৌনি। লান্মীশিংদা নত্তে। মৈতৈ নহা অয়াম্বা লান্মী নৎত্রবসু লান শোক্লবগী থবক ফজনা হৈনবা হোৎনরমই মতম অমদদি। করিগুম্বা দরকার লাক্লবদি মখোয় পুম্নমক য়েক্লবশিংবু লাম্থেংননবা মীৎকুপ খুদিং শেম শাদুনা লৈরমই। অদুবু অকোনবদা রমান্দি ধর্ম্মগী (নৎত্রগা হিন্দু ধর্ম্মগী) চৈফুন্দা খুত্তা থাঙ, তা, তেন, লিরুং, অরাম্বাইনচিংবা

পায়রম্বা অদু "কোর্তাল" পায়দুনা পুং থিন্দুনা চহি চুপ্পা লম্বীদা, শোরোক্তা অনৌবা ধর্ম্মগী লাইগী মীংখৈ শোনবা তারকখি। মসিনসু মরম অমরা অৱাশিংনা খৃঃ ১৮১৯ দা মনিপুরবু লায়না খুদম চনখিবদু?

ময়ুম মায়কৈ পাংলকপদা মাগলং তুরেল (কবো তম্পাক) য়ৌরকপদা গরিবনৱাজ অমদি মহাক্কা লোয়নরকপা মীওইশিংবু লান লোয়শিন্দনা লাকই হায়দুনা মচানিপা চিৎসাইনা চৈ থাঙখি। মনিপুর তম্পাক্তা চঙলক্লবা হোৎনবদা গরিবনৱাজ অমসুং মরু ওইবা মীওই কয়া চিৎসাইনা থারকপা মীওইশিংনা মাগলং তুরেল তোর্বান্দা হাৎখি। মহাক্কী খ্বাইদগী হায়বা ইনবা মচানিপা শ্যাম শাইসু হাৎপদুদা য়াওখি।[১১০]

অতোপ্পা ৱারী অমনা গরিবনৱাজনা মহাক্কী মথংদা নিংথৌ খুভম অসি মচানিপা শ্যাম শাইদা শিন্ননিংলমই। শ্যাম শাই অসি মপাগা লানফম কয়াদা য়াওমিনরকরক্লবা, লান য়াম্না হৈবা, লৈবাক ঙাকপসু হৈবা মীওইনি। অদুবু মমাংদা মহাক্কী নুপী অহুমশুবী গোমতিগী থৌইনশিন্দগী মচা নুপা চিৎসাইদা নিংথৌ খুভম শিন্নখি। চিৎসাইনা মপানা শ্যাম শাইবু নিংথৌ ওইনবা শিল্লকপা য়াই হায়না চিংনরমই। অদুনা মপাবু য়াম্না থিনা তৌরমই। মপাবু থাঙ্গাদা (হৌজিক্কী বিষনুপুর জিলাদা লৈবা লম) লোই থাখি। মফম অদুদা পামহৈবা মতম খরা ক্না মনা থাদুনা লৈরমই হায়। ৱারী অমদনা চিৎসাইনা থিনা তৌবদগী পামহৈবো অকোনবদা বর্মাদা চৎখি। মতম অদুদা বর্মাগী কোনুং অভাসু মফম অদুৱাইদা লৈবা মোন কাংবুগা লান তৌনবদগী পুমচাই চাইরমই। অভাগী মতেং ফংবা ঙমখিদে। মশাগী লৈবাক তম্না হল্লকপদা চিৎসাইনা থারকপা মীহাৎ কাংবু অমনা গরিবনৱাজ অমসুং মহাক্কা লোয়নবা মরু ওইবা মীওই কয়া হাৎখি। মসি য়েংবা ঙমদবদগী মচানিপা শ্যাম শাই নিংথি তুরেলদা চোংথদুনা মথৱাই থাখি হায়। অসুম তৌদুনা মতম অমগী মথৌনা লৈরবা নিংথৌরেল অসিগী পুন্সি লোয়শিনখি। মনিপুরগী ইতিহাসতা লৌতুনরগা মপা হাৎলগা নিংথৌ ওইনবা হোৎনখিবসি চিৎসাইনা অহানবনি।[১১১] মতাং অসিদা পঞ্জনিংবদি মমাংদা নিংথৌরেল চৱাইবোংবা পামহৈবগী মকুবোক্লা হাৎখি হায়। মদু পামহৈবগা লৌতুনরম্বা য়াই হায় হায়নসু মথক্তা পঞ্জম্রে। চিৎসাইনা তৌরিবসিগদি খরা খেন্নে হায়না লৌবা য়াই।

## লৈবাকসি থুগায়নবা হোৎনরকপা থবকশিং ফজনা মায়োক্লবা ঙমদবা

পামখিদবা, তুকৎচবা, মপা হাৎখিবগী থৌদোক থোকখ্রবসু মনিপুরগী ঙমখৈ নোংপোক্তা নিংথি তুরেল, নোংচুপ্তা কছার, অৱাংদা মরাম চীং অমসুং খাদা তুইভাই তুরেলনি। মসি লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিং অদুগী ঈখেঙনা চহি চা কয়া চঙনা য়াৎপিরম্বনি।

মতম অমগী অদুগুম্বা লৈবাক অদু ঙসিদগী চহি ৫৬ লোমগী মমাংদা ভারত্তা তিনশিনখিবদগী নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মচেৎ মচেৎ কায়রক্কদ্রা হায়না হৌজিক্কী মীওইশিংনা মীপায়বা পোক্লরক্লি। করিগীনো?

কবো তম্পাক অমদি কছারলোমদা লৈরম্বা লম কয়া মাঙশিল্লক্লবা মতুংদা হৌজিক্কী মনিপুর অসিগী চাওবা অসি খৃঃ ১৯০১ দা স্কয়ার কিলোমিতর ২২,৪৩৭ ওইরমই। ভারত্তা তিল্লবা মতুংদা মনিপুর পুন্নমক্কী অপুনবা লম অসি খৃঃ ১৯৬৯ দা স্কয়ার কিলোমিতর ২২,৩৪৪ দা অমুক হস্থরকখি। খৃঃ ১৯৭১ দা লৈবাক অসিগী চাওবা অসি স্কয়ার কিলোমিতর ২২,৩৫৬ তা অমুক ওইখি, অদুগা অকোনবদা খৃঃ ১৯৮১ দগী স্কয়ার কিলোমিতর ২২,৩২৭ তা ওইখি। য়ুমথংনবা লৈবাকশিংনা লম খোপচিল্লকপবু ফজনা ঙাকথোকপীদবা অমসুং ঙমখৈদা য়ুংবা উচুক কয়া মাঙখিবদগীনি লৈবাক অসিগী ঙমখৈ অসি নোংমা-নোংমগী পিকশিল্লকখ্রিবসি।

অমুকসু লৈবাক অসিবু থুগায়বা পাম্বা কাংবু খরনা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লিবা থবক থৌওংশিং কয়া অসি য়েংলুরগদি তুংদা করি থোক্লগদবগে হায়বা ঙমদ্রি। লৈবাক অসিবু থুগায়বা পাম্বা মীওই খুজোক খরা অসিদা কনানা করি তৌবগীদমক মতেং পাংশিল্লিবনো হায়বদু হৌজিক্কী রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা নৎত্রগা মীওইশিংনা খঙদোক্লগা মদুবু চপ চানা মায়োক্নদুনা থেংনবা ঙমদ্রবদি তুংগী মীরোলনা হৌজিক্কী মীওইশিং অসিবু ঙাকপীগদ্রা? চীংদগী ভোট কারকপা এসেমব্লী অমসুং পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর নাগা মীওই খরনা মনিপুর "থুগায়বীয়ু" হায়দুনা খৃঃ ২০০৫ দা মখোয়না শোই তৌবা অইবা চে অমা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টরদা পীশিনখি। চহি অদুদা পানখিবা মনিপুর সরকারগী লুচিংবশিংনা হায়রিবা মনিপুর থুগায়বা পাম্বা মীওইশিং অসিগী মায়োক্তা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌবা ঙমখিদে। সরকার পায়বা মীওইদা নত্তে। সরকার পায়দবা বিরোধিগী লুচিংবশিংসু অদুম তুমিন্না লৈখি। ফোংনা মনিপুর "থুগায়বীয়ু" হায়দুনা নাগাগী "লুচিংবা" মীওই খরনা প্রাইম মিনিষ্টরদা অইবা চে পীশিল্লবফাওবদা লৈবাক অসিগী লুচিংবশিংনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈখ্রিবসি করিগীনো? করিগীনো হৌজিক্কী "লুচিংবশিংনা" অসুক্কী মতিক লিরবা লৈবাক অসিগী মশাগী ওইবা শক্তমদা শীংনরক্লবা ফাওবদা ঙাকথোকপা ঙমদ্রিবা? করিগীনো শেমজিন শাজিনবা পাও শন্দোক্লগা চীংগী ইচিল ইনাও খরনা লৈবাক অসিবু লেপ্পা লৈতনা থুগায়নবা হোৎনরিবা? ব্রাহংশিং অসিগী পাওখুম কনানা পীগনি।

ৰারী, লাইরিক ইবগী নিয়ম অমা লৈ। "পোৎ" অমগী মরমদা অইবনসু ফজনা খঙলবা, অদুগা পাগদৌরিবা মীওইশিং অদুনসু ফজনা খঙলবা, অদু ওইরবদি "পোৎ" অদুগী মরমদা ইথোক্তবনা হেন্না ফৈ। ইথোক্তনা "পোৎ" অদুনা পীবা পাও অদুগা ইথোক্লগা "পোৎ" অদুনা পিবা পাও অদুগা ইথোক্তনা পীবা পাও অদুনা য়াম্না শক্তি হেল্লি।

# মনিপুর অমসুং বর্মা

মনিপুরনা হৌজিক থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি চহি চা খরগী মমাংদা ইতিহাসকী তাঙ্কক খরদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অদুদগী শমথরকপনি। হায়রিবা সমস্যাশিং অসিবু তুং কোয়না তায়শিন্নবা হোৎনবদা মনিপুরনা ভারত্তা তিল্লকপা মতম অদুদগীনা ঙসি ফাওবা ওইরিবা ইতিহাস অদুখক নৈনবনা য়ারোই। হৌজিক্কী সমস্যাশিং অসি লোয়শিন্নবা হোৎনবদা চহি চা খরগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অদুসু নৈনবা তাই। লোয়নননা য়ুমথংনরিবা বর্মাগী মতাংদসু খরা খঙদবা য়াদবনি। অৱাশিংনা লান্দাশিল্লক্লগা প্রজাশিংদা মীওৎ-মীনৈ চত্থরকখিবা অমসুং মখোয়বু লৈবাক অসিদগী খুদক্তা তাহ্লোকপা ঙমখিদবা অদুনসু মরম অমনি মনিপুরনা ঙসিগী ফিভম অসিদা ওইরকখিবসি।

মনিপুরগী ইতিহাসকী লমায় ফাকৎলগা য়েংবদা বর্মা অসি য়াওদবা শুকয়া য়াদ্রবনি। করিগীনো মনিপুর অমসুং বর্মা অসি ঙহাক লৈতনা লান তৌনরম্লিবসি? অপিকপা লৈবাক অসিনা অচৌবা লৈবাক অসিগী কোনুং য়ৌনা মায়পাক্লা লান্দাশিল্লক্লগা খা নোংপোক এসিয়াদা "মথৌনা লৈনা পানবা" হায়বসি বর্মানা পামখিদে। মতম অদুদা মখোয়না করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমখিদে মরমদি মৈতৈ লান্মীশিংনা মখোয়দগী য়াম্না হেন্না থৌনা ফবা হেল্লমই। লোয়নননা মখোয়গী ওইবা মনুংগী ৱাথোক্লা মখোয় য়াম্না শোল্লমই। বর্মানা খ্বাইদগী কল্লকখিবসি মনিপুরগী কবো তম্পাকসিসু অমনি।

বর্মা অসি চাওরাক্লা শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকই। খ্বাইদগী অৱাং থংবা চীংগী শরুক, ময়ায় থংবা তম্পাক্কী শরুক অমসুং খা থংবা তম্পাক্কী শরুক। খ্বাইদগী অৱাং থংবা চীংগী শ রুক অসি বর্মাগী অৱাং ইথং থংবা, অৱাং নোংপোক অমসুং অৱাং নোংচুপকী লমশিংনা পুনশিল্লগা শেমই। হায়রিবা মফমশিং অসি চীংগী লম ঙাক্তনি অদুগা ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী ষ্টেটশিং হায়বদি হৌজিক্কী অরুনাচল প্রদেস, নাগালেন্দ, মিজোরাম অমদি মনিপুরগা তায়নননা লৈ। বর্মাগী ময়ায় থংবা তম্পাক্কী শরুক হায়রিবসিনা ইরাৱাদি, সিত্তাং অমসুং সালৱিন তুরেলশিং অসিগী

তোর্বান্দা লৈরিবা তম্পাক্কী শরুকশিংসিনি। সমুদ্র মপানগা নক্নবা তম্পাকশিং (ইরাবাদি অমদি সিত্তাং তুরেল অনিনা সমুদ্রগা শন্নবা মফমশিংদা লৈবা লমশিং) অসি পুনশিল্লগা বর্মাগী খা খণ্ডবা শরুক হায়না খণ্ডনৈ। খা নোংচুপ্তা লৈবা তেনাসসেরিম অমদি অরাকান চীংগী সমুদ্রগা নক্নবা লমশিংসিসু খা থংবা তম্পাক্কী শরুক্কী মনুং চল্লি।

খ্বাইদগী অৱাং থংবা চীংগী শরুক অসি রাখিন, চিন, কাচিন, কারেন, কায়াহ, মোন, শান হায়বনচিংবা লম কয়া থোক্না খায়দোকই। ময়ায় অমসুং খা-থংবা তম্পাক্কী শরুকশিং অসি য়াঙ্গোন (রেঙ্গুন), ইরাবাদি, তেনাসসেরিম, পেগু, মাগৱে, মন্দালে, সাগাইং হায়বনচিংবা লম কয়া থোক্না খায়দোকই। লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা কাংলুপশিংগী মতাংদা য়াম্না চম্মনিঙাই ওই মরমদি তোখায় তোখায়বা কাংলুপ চনিগী মথক্তা লৈবাক অসিদা খুন্দাদুনা লৈ। তোখায়বা লোল চাম্মগী মথক্তা ঙাংই। মখোয় মশেল পাও ফাওনবা লোলনা মশিং য়াম্বা কাংলুপ্না ঙাংবা "বর্মীজ" নি।

লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী অৱাং থংবা চীংগী শরুক অসিদা লালহৌবা কাংবু কয়ামরুম্না মখোয়না খুন্দারিবা লমশিং অসি বর্মাদগী তোখায় তারগে হায়দুনা লাপ্থেংনরি। মনিপুরদা থোকখিবা থৌদোক অদুগুম্না ইতিহাস হৌরকপদা লৈবাক অসিদসু কাংলুপ অমগা কাংলুপ অমগা তিন্নবা যাদবা, মফম অমগী মীওইগা অতোপ্পা মফম অমগী মীওইগা লান ঙহাক লৈতনা তৌনবা, হাংনবা, শুনবা কয়া থোকখি। মতম অমদা অসুক্কী মতিক মচোই মচোই তাবা লৈবাক মচা মচা য়াম্না লৈবা লম অমা ওইরমই। মশিং য়াম্বা কাংলুপ বর্মীজ (নৎত্রেগা বরমন নৎত্রেগা মরাম্মা) হায়রিবা মীওইশিং অসিনা লৈবাক অসিগী ময়ায় থংবা শরুক্তা নম্না খুন্দারমই। মখোয়গী লম অসি অতোপ্পা কাংলুপ মচা মচাশিংনা খুন্দাবা লমশিংনা কোয়শিল্লমই। বর্মীজ অমসুং অতৈ কাংলুপ মচা মচাশিং অসি চহি লিশিং কয়াগী মমাংদা অতোপ-অতোপ্পা মফম কয়াদগী লাকপা ওইরমগনি হায়না থাজনৈ। হায়রিবা অতোপ-অতোপ্পা মফম হায়বসিদা চাইনা অমসুং তিবেৎসু য়াওই।

লম মচা মচা অয়াম্বা পুনশিল্লগা "বর্মা" হায়বা লৈবাক অমা অহানবা ওইনা শেম্বা হৌরকখিবসি অনাৱরাহতা হায়রিবা মীওই অসিননি। মহাক্না মোন লৈবাক্কী কোনুং থাতোন অসি খৃঃ ১০৫৭ তা লৌশিল্লগা পাগান শাগৈগী নিংথৌ খুভম লিংখৎখি।[১১২] পাগান শাগৈনা পানখিবসি ১১শুবা শবাব্দীদগীনা মেঙ্গোলশিংনা লান্দারকপা মতম ১৩শুবা শতাব্দী ফাওবা ওইখি।[১১৩]

অনাৱরাহ্‌তা হায়রিবা মীওই অসি বর্মাগী ময়ায় অমসুং খা থংবা তম্পাক্কী শরুক অসিবু পুনশিন্দুনা লৈবাক অমা শেম্লগা নিংথৌ ওইনা পানখিবা মীওইনি। বর্মা অসি অকনবা লৈবাক অমা ওইনবা তুংদা পাল্লকপা নিংথৌরেল কয়ানা হোৎনখি। খৃঃ ১০৮৪ দগী খৃঃ ১১১৩ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ ক্যানজিৎথানা মচানুপী অমা মোনগী নিংথৌ মচা অমদা থাজখি। মচানা পোকপা মশুনিপা অলাওংশিনবু মহাক্কী মথংদা নিংথৌ ওইহনখি। অদুবু ক্যানজিৎথাগী হোৎনজমন কয়া মায় পাকখিদে। মতম অদুদা তোখায় তোখায়বা লৈবাক মচা মচা কয়ামরুম লৈরমই। মোন, চিন, কাচিন, শান অসিনচিংবা। চাওরাক্লা ১৩শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপদা বর্মাগী পাগান শাগৈগী সাশন কায়বা হৌরকখি। মতম অসিৱাইদা শান কাংবুনা ময়ায়থংবা তম্পাক্কী লমদা অৱাংলোমদগী লান্দাশিল্লকখি। বর্মাগী কোনুং অসি হৌজিক্কী সহর মন্দলে অসিগী মনাক্তা লৈবা অভাদা ওইরমই। মতাং অসিৱাইদা মোঙ্গোল লাম্নীশিংগী লুচিংবা কুব্লাই খান হায়রিবনসু লম মথং মথং মায়থিবা পীরক্তুনা হৌজিক্কী খা থংবা চাইনাগী য়ুনান হায়রিবা লমসি লানশিল্লক্তুনা বর্মা য়ৌরকখি।[১১৪] মতম অদুগী নিংথৌ নারানথিহাপাতেনা মোঙ্গোলশিংনা মখোয়দা লোয়পোৎ কাগদবনি হায়বদু মহাক্না য়ারমদে। কুইথদনা নাকল অনিগী মরক্তা অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোকখি। ভোচান হায়রিবা লানফম অসিদা বর্মাগী লাম্নীশিংবু য়াম্না তমথিনা মায়থিবা পীখি লোয়ননা পাগান শাগৈগী লৈঙাক সাশন অসি চাওরাক্লা খৃঃ ১২৮৭ তা থুপচিনহনখি। অসিগী মতুংদা বর্মা অসি পুমচাই চায়খি।

ইকুই কুইথদনা মোনশিংসু বর্মাদগী খায়দোকখি। মোনশিংনা বর্মাদগী খায়দোক্লবা হোৎনবদা শানগী লুচিংবা ৱারেরুনা মতেং পাংখি। চহি ৩০০ মুক্তী বর্মাসি লৈবাক মচা মচা কয়া থোক্লা লৈখি। পাগানগী নিংথৌ খুভম কায়রবা মতুংদা অরাকানশিংসু তোখায় তাখি। খা থংবা শরুক্তা মোনশিংনা পেগুদা কোনুং ওইদুনা লৈবাক অমা শেমখি। শানশিংসু ৱারেরুগী মখাদা খা থংবা শরুক্কী মারতাবান হায়রিবা লম অসিদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা শেমখি। হান্না বর্মাগী শক্তি, লৈবাক সাশন অভাদা ওইরম্বদু খা থংবা শরুক্তা অমুক ওইরকখি। মতম খরা লৈরগা মোন অমসুং শানশিং অসি লেপ্পা লৈতনা চহি কয়ামরুম লান শোক্লবদগী লৈবাক অসি অমুক্কা হেন্না পুমচাই চাইখি। মতম অদু চাওরাক্লা খৃঃ ১৩৮৫ দগীনা খৃঃ ১৪২৫ ফাওবনি।

চাওরাক্লা খৃঃ ১৫২৭ তা শানশিংনা অভা অমসুং মসিগী অনকপা লমশিংদা লান্দাশিন্দুনা থুগায়বদগী বর্মীজ অয়াম্বা খা থংবা তম্পাক্কী শরুকশিংদা চেনখি। মরু

ওইনা মখোয় অয়াম্বা তৌঙু হায়রিবা লম অদোমদা চৎখি। মতম খরা লৈরগা বর্মীজ লুচিংবা তাবিনশেৱতিনা বর্মাদা পাগানগী মতুংদা অনিশুবা তৌঙু শাগৈগী নিংথৌ খুভম অমুক লিংখৎখি। খৃঃ ১৫৪৬ তা মহাক্না নিংথৌ ওইখি। ইকুই কুইথদনা মহাক্না মোনশিং মায়থিবা পীদুনা পেগুদা কোনুং হোংখি। লৈবাক অদুগী ময়ায় অমসুং খা থংবা তম্পাক্কী লম অয়াম্বা মহাক্কী মখাদা থম্মখি। মারতাবান লৌশিল্লবা মতুংদা তাবিনশেৱতিনা মহাক্কী লৈবাক্কী ঙমখৈ অদু তেনাসসেরিম অমসুং অভোয় ফাওবা পাকথোকখি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক অসিগী নোংচুপকী ঙমখৈ প্রোম হায়বা লম অসি ফাওবা য়ৌখি। খৃঃ ১৫৫১ দগী খৃঃ১৫৮১ ফাওবদা পানখিবা নিংথৌ বায়িন্নাউংনা শানশিংবু মায়থিবা পীদুনা লৈবাক অসিগী অৱাং, ময়ায় অমসুং খা থংবা শরুক ফনা য়াম্না অমুক পুনশিনখি। মতুংদা পাল্লকপা নিংথৌশিংনা খৃঃ ১৬৩৫ দা অভাদা অমুক কোনুং হোংখি। মরক মরক্তা লেপ্পা লৈতনা মখোয় মশেন লান অদুম শোক্লখি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৭৫২ দা মোনশিংনা অভা খুদুম চনখি। লোয়ননা তৌঙু শাগৈগী লৈঙাক সাশন থুপচিনখি। অমুক হন্না বর্মা পুমচাই চাইখি। অদুবু কুইথদনা অতোপ্পা শাগৈ অমগী লৈঙাক সাশন অমা লিংখৎখি।

মাওং ওং জেয়া হায়রিবা মীওই অসি বর্মাগী হায়রপ নোংচুপ্তা লৈবা শেৱবো হায়রিবা সহর অসিদগীনি। য়াম্না মথৌনা মরিংজেল লৈবা লুচিংবা অমনি। মাওং ওং জেয়ানা মহাক্কী মমিং অসি অলাওংপায়া হায়না ওম্থোকখি। তৌঙু শাগৈগী মতুংদা অলাওংপায়ানা খৃঃ ১৭৫৫ দা কোনবাওং শাগৈগী লৈঙাক সাশন অমা লিংখৎখি। মোনশিংবু অভাদগী তাম্থোকখি। অভাদা অমুক হন্না কোনুং ওইখি। খা থংবা শরুক্তা লৈবা মোনশিংবু অমুক লাকশিনখি। মোনশিং খরনা সিআম হায়রিবা থংনবা লৈবাক্তা চেনখি। অয়াম্বনা বর্মীজ সমাজদা তিনশিনখি। অসুন্না কোনবাওং শাগৈগী লৈঙাক সাশন লিংখৎখি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৭৮২ দা কোনবাওং শাগৈগী নিংথৌ ওইনা পানখিবা বোদাওপায়ানা অরাকান অমদি থংনবা লমশিং লৌশিন্দুনা বর্মাগী ঙমখৈ অসি নোংচুপলোমদা ভারতকী বেঙ্গোলগা তায়নখি। মতম অদুদা ভারত অসি বৃটিসকী লৈঙাক সাশন মখাদা লৈরি। বোদাওপায়ানা মহাক্কী কোনুং অসি অভাদগী পংলাপ লাপ্তবা অমরাপুরাদা হোংখি। হৌজিক বর্মাগা বৃটিসকা ঙমখৈ অসি তায়নরবনিনা ইরাং য়াম্না তোয়না থোকখি। মখোয়গী মায়োক্তা লৈবা মীওইশিংবু ফানবা হোৎনবদা বর্মাগী লান্মীশিংনা ঙহাক লৈতনা বৃটিস-বেঙ্গোলগী লমদা চঙখি। মসি বৃটিসকী লৈঙাক সাশন পায়রিবা মীওইশিংনা থিংলমই। বর্মাগী অহুমশুবা অমসুং অরোয়বা

শাগৈলিংদুনা পানবা কোনবাওং শাগৈগী লৈঙাক সাশন অসি বৃটিস অমসুং বর্মাগী চাওরাক্লা খৃঃ ১৮২৪ দা থোকখিবা অহানবা লান ফাওবা চৎখি।

ওইরক্লিবা ফিভম নৈনবদা খুদোং চানবা মমাংদা পঞ্জখিবা ৱাফম অমুক হন্না থমজরি। মহারানি গোমতিগী থৌইনশিন্দগী গরিবনৱাজনা মচানুপা চিৎসাইবু খৃঃ ১৭৪৮ গী কালেনগী ১০ নি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিত্তা নিংথৌ ওইহনখি।[১১৫] চিৎসাইনা হান্নগী মৈতৈশিংগী ধর্ম্ম অদু হিঙ্গৎহন্নবা হোৎনখি। গৌড়িয়া ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংবু পোৎ-চৈ কোংহল্লমই। মসি মহাক্লা থায়নগী ধর্ম্ম চৎপা মীওইশিংনা মহাকপু শৌগৎনবা তৌরম্বা খোঙথাং ওইরম্বা য়াই। অদুবু মহাক্কী থবকশিং অদু মায় পাকখিদে। অতোপ্পা থবক থৌওং কয়া তৌদুনা নিংথৌ খুভমদা মতম খরা শাংথনা লৈনবা হোৎনখি। মহাক্কী হোৎনজমন খুদিংমক অমত্তা মায় পাকখিদে।

চিৎসাইনা মপা হাৎলগা মাগী নিংথৌ খুভম চেৎশিন্নবা হোৎনখি হায়বা ৱাফমসি খঙলকপদা প্রজা মীয়ামগী মরক্তা শাওনবা হৌরকখি। মতাং অসিদা মখা তানা ইমু নাইমু থোক্তনবা পোকমিন্নবা মনাও নিপা ভরৎশাইনা মহাকপু তাম্থোকখি। চিৎসাই কছারদা চৎখি। মচানিপা দেবশাইসু মহাক্কা লোয়নখি। মহাক য়াম্না ৱানা মফম অদুদা শিখি। খৃঃ ১৭৫২ দা নিংথৌ ওইখিবা ভরৎ শাই অসিসু প্রজা মীয়াম্না বর্মাদা তাম্থোকখি। মহাক্কী মতুংদা শ্যাম শাইগী মচানিপা অহল মরাম্বনা খৃঃ ১৭৫৩ দা নিংথৌ ফম্বাল কাখি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিংনা গৌরশ্যাম কৌই। মনাও নুপা চীংথঙখোম্ববু মহাক্কী মতুংদা নিংথৌ ওইনবা শিনখি। মচিন মনাও শিন্দোক শিনজিন নিংথৌ ওইনবা খন্নখি। মসি গৌরশ্যামনা খরা শোইনাইবদগীনি হায়।[১১৬] মখোয়না পানবা মতম অসিদা বর্মাদা আলওংপায়াগী মখাদা কোনবাওং শাগৈগী নিংথৌ খুভম লিংখৎখ্রবনি। বর্মানা মনিপুর অসি তাঞ্জা চাবদা অসুক্কী মতিক থিনা অমুক্তা ওৎ নৈনিংখি। মতম অমদা মনিপুরনা "মায়পাক্লা অমসুং মপাঙ্গল মথৌনা লৈনা পাল্লমই" হায়বসি মায়থিরবা বর্মাগী ইতিহাসতগী খঙবা ঙমই।[১১৭] অমুক্তং লমনশিংগে হায়দুনা শিঙদুনা লৈরকপা বর্মানা খৃঃ ১৭৫৮ দা লৈবাক অসিদা লান্দারকখি। আলওংপায়া মশামক্লা লুচিংলকখি। য়াম্না য়াম্লবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা পুরদুনা মহাক্লা নিংথি তুরেল লাম্থোক্লগা মনিপুরদা লোয়পোৎ কাবা কবো তম্পাক্কী মফম অয়াম্বা মাংহন তাকহল্লমই। কবো তম্পাক্কী তমুদা অৱাশিংবু থিংনবা মণিপুরনা হোৎনখি অদুবু অৱাশিংনা মৈতৈ লাম্মীশিংবু তকথোরকখি। অঙ্গোচীং লাম্থোক্লগা অকোনবদা মনিপুর তম্পাক তন্না আইমোল ফাওদোক্লগা হৌজিক্কী পলেলদা থুংখি। "অকোনবদা ককচিংদা অমুক লান শোক্লখি।

গৌরশ্যাম মশামক লান অদুদা য়াওখি। চীংথঙখোম্বনা লৈশাংখোংদা অৱাশিংগা লান শোক্লখি।"[১১৮] ককচিং অমসুং লৈশাংখোং হৌজিক্কী থৌবাল জিলাগী মনুংদা লৈবা লমশিংনি। লান ঙমদদুনা লৈবাক অসি খুত্তাক লানশিখি। নিংথৌ, প্রজাশিং চীংশিংদা লাঞ্জেন্নখি। "অৱাংশিংনা নুমিৎ মাপলনি মনিপুরদা লৈরমই অমসুং মখোয়না চৎথ্রবা মতুংদা লৈবাক খুন লিংদুনা অমুক পানখি। মতম অদু খৃঃ ১৭৫৮ গী পোয়নু থা অদুৱাইদনি।"[১১৯] অৱাশিং মনিপুরদা থেংথনা লৈবা য়াখিদে। বর্মাগী খা থংবা শরুক্তা লৈবা পেগু হায়রিবা মফম অদুগী মীওইশিংনা লান হৌরক্লে হায়বগী পাও অমা লাকখি। অদুনা আলওংপায়া অমসুং মহাক্কী লান্মীশিং মরৈবাক্তা হনবা তাখি। মখোয়না মনিপুরী বন্দী কয়ামরু ফাদুনা পুখি। উপায় লৈখিদে। য়েক্লবশিং অদুগী মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা, মমা লৈবাক্কী মায়োক্তা লৈবা মীওইশিংবু মায়থিবা পিগে খন্দুনা বন্দী কয়ামরুম নাম্থোক্লবা হোৎনখি। মায় পাকখিদে। য়েক্লবশিংনা মথৌনা লৈবা মীওইশিং মখোয়গী মখুত্তা চল্লবা মতুংদা মীয়াম মাংদা মঙক ককলগা হাৎপা, তানা থিল্লগা হাৎপা কয়া অসিনা বন্দী অতৈদু চাক্লা চাক্লা য়েক্লবশিংনা শা ঙা হোইরগা পুবদৌনা লৈবাক অসিদগী পুখি। মরৈবাক নিংবা কয়া করিমত্তা তৌবা ঙমদ্রবনিনা কপ্পা কপ্পা, থম্মোই শোক্লা য়েক্লবগী য়াথং ইনবা তাখি।

অৱাশিংনা লান ঙমখিবগী মরমসি মখোয়না অফবা নোংমৈ খরা শিজিন্নখিবদগীনি। হান্না নাকল অনিমক্লা থাঙ, তা, তেন, অরাম্বাইনচিংবা শিজিন্নরিঙৈদদি অৱাশিংনা মৈতৈশিংবু লাম্বা পাবা ঙম্লমদে। অৱাশিংনা নোংমৈ শিজিন্নবগী খুদোংচাবা ফংথ্রিবসি ইউরোপকী মীওইশিং খরা শম্নরুবদগীনি। মতম অদুদা ফ্রান্স অমসুং দৎচকী লল্লোন ইতিক তৌবা মীওইশিংনা বর্মাদা ওফিসনচিংবা খরা লিংখত্তুনা কারবারগী থবক চথখি।

য়ানখিবা মতুং ইন্না গৌরশ্যামনা মনাও নুপা চীংথঙখোম্বদা খৃঃ ১৭৫৯ দা নিংথৌ খুভম অমুক শিন্নখি। মনিপুরগী য়াম্না লুরবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিদা ভৈগ্যচন্দ্র হায়রগসু মীঙৈৗবা চীংথঙখোম্বনা নিংথৌ ওইখি। অৱাশিংনা মায়থিবা পীখিবা অসিনা লৈবাক অসিগী ফিভম অসি অসুক্কী মতিক শোকখ্রে মদুদি মনিপুরনা মপাল্লমগী মতেং থিবা হৌরকখি। চীংথঙখোম্বগী অতোপ্পা মমিং অমনা জাই সিংহ হায়না কৌই। য়ুমথংনবা লৈবাকশিংনদি মহাকপু জাই সিংহ হায়বা মীং অসিনা হেন্না খঙনরমই। জাই সিংহনা খঙলমই মদুদি অৱাশিংবু মায়থিবা পীগে হায়রবদি মখোয়না শিজিন্নরিবা খুৎলায়শিং অসিদগী হেন্না অফবা খুৎলায়শিং মনিপুরগী লান্মীশিংনা পায়বা তাই।

খৃঃ ১৭৬১ দা জাই সিংহনা হরিদাস গোষাইন কৌবা মীওই অমা থাদুনা বৃটিসকী মীওইশিংদগী খুৎলায় অফবা ফংবা য়াবগী উপায় লৈব্রা হায়না থিজিলহনখি। তালক অসিদা মনিপুরদগী তাম্থোকখিবা চিৎসাইনসু ত্রিপুরাগী নিংথৌগী মতেং লৌরগা বৃটিস সরকারনা মহাকপু মনিপুরগী নিংথৌ অমুক হন্না ওইনবা হোৎনবদা মতেং পীবীয়ু হায়জখি। চিৎসাইনা বৃটিসকী মতেং ফংনবা হোৎনরি হায়বা পাও অসি জাই সিংহনা খঙখি। মহাক্না চিৎসাই অসি করি মরমগীদমক মনিপুরদগী তাম্থোকখিবনো হায়বগী মরমদা ৱারোল অমা ইরগা হরিদাস গোষাইনবু মতম অদুগী বৃটিসকী চিতাগোংদা লৈবা কারখানাগী মকোক ওইরিবা হেনরি ভেরেলষ্টপু উনবা থাখি। ৱারোল অসি ফজনা পারবা মতুংদা বৃটিসনা চিৎসাইগা পাও ফাওনবা তোকখিবদা নত্তনা জাই সিংহনা মহাক্কী লৈবাকপু বর্মাদগী ঙাকথোরুবা হোৎনবদা ফাওবা মতেং পাংগে খনখি। ত্রিপুরাগী নিংথৌসু চিৎসাইবু মতেং পাংবা তোকখি। মতম অমগী বেঙ্গল লৈবাক্কী মনুং চল্লম্বা চিতাগোং হায়বা লম অসি হৌজিক্কী বঙ্গলাদেস লৈবাক্কী শরুক অমনি।

বৃটিশনা মনিপুরদা মতেং পাংগে খনখ্রিবসি তান চানারুবননি। মতম অদুদা মখোয়না চাইনা অমসুং বর্মাগা লল্লোন ইতিক্কী থবক চথবা পাল্লমই। মখোয়না খনখি মনিপুর অসিদগী হায়রিবা লৈবাকশিং অসিগা লল্লোন ইতিক্কী থবক চথবা য়াগনি। হান্না বৃটিসকী লল্লোন ইতিক তৌবা মীওইশিং বর্মাগী সহরশিং মরু ওইনা নেগ্রাইস, পেগুনচিংবদগী আলওংপায়ানা তাম্থোক্লকখ্রবনি। মফম অদুদা মখোয়গী মীওই কয়া শিখি। মনিপুর অমসুং বৃটিস সরকার ৱারী শান্নরবা মতুংদা সন্ধি পত্র (ৱাতাই লংদাই) অমা খৃঃ ১৭৬২ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৪ দা সহি তৌনখি। মনিপুরগী আনন্ট শাই, পোদুলো সিংহ অমসুং চিৎতোন সিংহসু বৃটিসকী মতেং লৌন্নবগী খন্ন নৈনবা অদুদা য়াওখি। হরিদাস গোষাইননা জাই সিংহগী মহুত্তা সহি তৌখি। অমরোমদনা ভেরেলষ্টনা বৃটিসকী মহুৎ ওইনা। সন্ধি পত্র অসি মতম অদুগী বেঙ্গলদা লৈবা বৃটিস সরকারনা খৃঃ ১৭৬২ গী ওক্তোবর তাং ৪ দা অয়াবা পীখি। ইহান হান্না মনিপুরগী ইতিহাসতা বৃটিস সরকারগা সহি তৌনবা য়ানচে অসিগী মতুং ইন্না বৃটিসনা মনিপুরগী লম বর্মানা লৌশিনখিবা অদুবু অমুক হন্না ফংনবা হোৎনবদা মতেং পাংবা অদুগা বৃটিসনা লল্লোন ইতিক্কী থবক চথনবা মনিপুরদা লম লেম্না পিবা অসিনচিংবনি। লাইরিক অসিগী অরোয়বা শরুক্তা ইংলিসতা ইবা সন্ধি পত্র অসি য়েংবীয়ু। বৃটিসকা সন্ধি পত্র অসি সহি তৌনবা মতমদা গৌরশ্যামনা অমুক নিংথৌ ওইবা মতম্নি।

য়ানখিবা অসিগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৭৬৩ গী জানুৱারীগী হৌরকপদা বৃটিস সরকারনা লান্মী কাংবু অমা মনিপুরগীদমক চিতাগোংদগী থারকখি। ভেরেলষ্ট মশামক্লা লুচিংখি। মতম অদুগী কছারগী কোনুং খাসপুরদা এপ্রিল থাদা য়ৌখি। অদুবু নোং কন্না চুমনখিবনা মনিপুরদা চঙশিল্লকপা ঙমখিদে। লোয়ননা তালক অসিদা বেঙ্গলগী নৱাব মির কাসিমনা লান হৌরকপদগী লান্মীশিং অদু অমুক কৌরকখি। খৃঃ ১৭৬৩ দা গৌরশ্যামনা সন্ধি পত্র অদুগী মখা তাবা ওইনা মীহুৎ কাংবু অমা বৃটিসকী মীওইশিংগা উন্নবা থাখি। মহাক্না সন্ধি পত্র অদুগী মতুং ইন্না বৃটিসকী লান্মীশিংনা মনিপুরগীদমক লাকলম্বা অদুগী খরচ লোয়না পীবা ঙমদ্রে হায়না খঙহনখি। মসি বর্মানা লৈবাক অসিগী লন থুম কয়া লৌখিবদা নত্তনা পোৎ-চৈ, মাল চাং কয়া থুগায়রম্বদগীনি। মৈতৈগী সনা তাঙ্গা ৫০০ (তাঙ্গা অমদা চাওরাক্লা লু:১২) বু মখোয়না লাক্রম্বগী মমল ওইনা পীখি। সন্ধি পত্র অদুনা মনিপুরদা কান্নবা করিসু পুরকখিদে। মতম খরা লৈরগা মদু থবক ওইনা পাংথোকখিদ্রে। গৌরশ্যাম খৃঃ ১৭৬৩ গী থৱান থাদা নোঙ্গাখি। জাই সিংহনা অমুক নিংথৌ ফম্বাল কাখি। খৃঃ ১৭৬৪ দা অৱাশিংনা মখোয়গী নিংথৌ সিনবায়ুসিনগী মখাদা মনিপুরদা লান্দাশিল্লকখি। মনিপুরগী সেনাপতি হরিচরন্না লুচিংবা লান্মীশিংগা অকনবা মওংদা তমুদা লান শোক্লখি। মথৌনা লৈরবা মনিপুরগী লান্দা লুচিংবা নহারুপ হজারি অমসুং খেত্রি চৈতান্য লানফমদা থৱাই থাখি। মনিপুরী লান্মীশিং মায়থিদুনা চেল্লকখি। অদুগা অমুক ককচিংদা লাম্থেংনখি। জাই সিংহ মশামক লানফম অদুদা য়াওই। "য়াম্না কন্না শোক্লখিবা লান্নী।" অৱাশিংগী লান্মীনা মশিং য়াম্বা অমদি খুৎশু খুৎলায় ফবা হেনখিবদগী মনিপুরগী লান্মীশিং মায়থিখি। অৱাশিংনা লৈবাক অসি অঙকপা ফংনা মাং তাকহনখি। জাই সিংহ অমসুং মহাক্কী মরিমত্তা কছারদা, অদুগা অকোনবদা অহোমগী লমদা (হৌজিক্কী অসাম) চেনখি। প্রজা "অয়াম্বসু মোইরাংদা চেনখি। অৱাশিংনা লৈবাক অসিগী প্রজা মশিং খঙদনা হাৎখি।[১২০]

অসিগুম্বা চীরবা তাঞ্জা অসিদা মোইরাং নিংথৌ খেলেম্বা (খৈলৈ নুংনাং তেলহৈবা) সু লান হৌরকখি। খেলেম্বা অসি জাই সিংহগী মামনি। মহাক অসি মহারজ গরিবনৱাজনা মোইরাংগী নিংথৌ ওইহনখিবনি।[১২১] মহাক্কী কোনুং ক্বাকতাদা ওইখি। খৃঃ ১৭৬৫ দা খেলেম্বনা দুর্লভ শাই অমসুং মহাক্কী মনাই অহুম হাৎলগা মহাক মশামক মনিপুরগী মহারাজ ওইরে হায়না লাওথোকখি।[১২২] দুর্লভ শাই অসি মহারাজ গরিবনৱাজনা চিংখাম চনু পান্নদুনা পোকপা মচানি। অৱাশিংনা খেলেম্বগা লৌতুনরগা লান্দারকখিবনি। খেলেম্বনা অৱাশিংগা য়ানরবা মতুংদা মহাক অৱাদা লোয়পোৎ

কাবা মনিপুরগী নিংথৌ অমা ওইখি। অমরোমদা মোইরাংদসু জাই সিংহগী মী লৈত্তবসু নত্তে। জাই সিংহদা তুমিন্না মতেং পীরম্বা য়াই চীংনবদগী খেলেম্বনা মনাও নুপা চন্দ্রমনিবু হাৎখি।

মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্রনা তেখাওদগী লান্মী ৮০,০০০ রোমগা মনিপুরদা লাক্কদৌরে তাবদা খেলেম্বা খৃঃ ১৭৬৭ তা বর্মাগী কোনুং অভা তন্না চৎখি। জাই সিংহনা লৈবাক অসিদা লাকপদা মখুরা সেনাপতি হরিচরন, মনাও নুপা ভবানন্দ অমসুং খেলেম্বনা মোইরাংদা লৈহনখিবা মৈতৈ কয়ামরুন্না মহাকপু সঙাইথেন্দা ওকখি। জাই সিংহনা য়েক্নবা পুন্নমক খুদুম চন্দুনা লৈবাক অসিদা নিংথৌ ওইনা অমুক পানখি। খেলেম্বগী মোইরাংসু চায়খায়খি। খৃঃ ১৭৬৮ দা খেলেম্বসু মনিপুরদা হল্লকপদা মৈতৈ লান্মীনা কবো তম্পাক্তা লৈবা খারি লৌবুক্তা হাৎখি। খৃঃ ১৭৬৪ দা অৱাশিংগী মখুত্তা মনিপুরনা মায়থিবা ফংখ্রিবসি মনিপুর-বৃটিস সন্ধি পত্র অদুগী মখাদা বৃটিসকী মতেং ফংখিদবা অসিনসু মরম অমনি। লান অসিগী মতুংদা জাই সিংহনা বৃটিসতগী মখা তানা মতেং লৌনবা হোৎনরমদে। মহাক্না অহোম নিংথৌ শৱার্গাদিও রাজেশ্বার সিংহদগী মতেং লৌনবা হোৎনখি। অহানবদা জাই সিংহনা কিরিৎচন্দ্র বারবরুৱা হায়বা অহোমগী মরু ওইবা মীওই অমগা খঙনখি। মীওই অসিনা জাই সিংহবু অহোম নিংথৌদা শক্তাকখি। অহোমগা মৈতৈশিংগা মরি হেন্না চেৎশিন্নবা জাই সিংহনা ময়াম্বা গৌরশ্যামনা পোক্নম্বা মচানুপী কুরঙ্গনয়িনিবু অহোম নিংথৌদা থাজখি। অহোম নিংথৌনসু অৱাশিংবু মনিপুরদগী তাম্থোক্নবা হোৎনবদা মতেং পাংবা য়াখি। অহোমগা মৈতৈগগী অফবা মরি লৈনবা হৌখি।

খৃঃ ১৭৬৯ দা শিনাইবা ঘনশ্যাম অমসুং মোইরেংজম খগিন্দ্র হায়রিবা মীওই অনিসিনা অৱাশিং পুরক্লগা মনিপুরদা লান্দারকখি। ঙাকথোকপা ঙমদদুনা ভৈগচন্দ্র অমুক কছারদা চেনখি। য়েক্নবশিংনা লৈবাক অসিদা নুমিৎ ২০ নি লৈরমই।[১২৩] মসিগী মতুংদা কৈবিরাম হায়বা মীওই অমনা লৈবাক অসি মতম খরা য়েংশিনখি। অৱানা মমাংদা ফারগা পুখিবা ভবানন্দনা অৱাশিং খরগা য়ানরবা অমসুং মরুপ শান্নরবা মতুংদা মনিপুরদা লাক্লগা কৈবিরামবু হাৎখি অদুগা কুকিলা হায়বা মরি মতা অমবু খৃঃ ১৭৭০ দা লৈবাক অসিবু য়েংশিনহলখি। ভবানন্দ অৱাদা অমুক চৎখি। চহি অসিমক্তদা অৱাশিংনা মনিপুরদা অমুক লান্দাগে তৌরকপদা মৈতৈ লান্মীশিংনা অৱা ৭০০ মুক নিংথি তুরেল মপান্দা হাৎখি। জাই সিংহনা অৱাশিং পুন্নমক তাম্থোকখ্রবা মতুংদা নিংথৌ খুভম অমুক পায়শিনখি। খৃঃ ১৭৭২ দা জাই সিংহনা অৱাশিংবু

লান্দানবা অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অমা পুদুনা বর্মা তন্না চঙখি। অদুবু অৱাশিংনা মপাঙ্গল হেনখিবনা মনিপুরগী লান্মীশিংনা করি অমত্তা তৌবা ঙমখিদে। অৱাশিংনা তকথোক্লকপদগী লৈবাক অসিগী লান্মীশিং হন্দোক্লকখি। ভৈগ্যচন্দ্র অমুক হন্না কছারদা চেনখি। অৱাশিংনা লৈবাক অসিগী কোনুং লৌশিনখি অদুগা থা মঙামুক মীওৎ-মাঁনৈ চথরবা মতুংদা বর্মাদা অমুক হনখি। অৱাশিংনা চৎখ্রবা মতুংদা ভগবন্ত সিংহ কৌবা মীওই অমনা লৈবাক অসি মতম খরা ঙাকখি। মহারাজ ভৈগ্যচন্দ্রনা অমুক খৃঃ ১৭৭৩ দা লৈবাক অসিদা হল্লকখি। অদুবু মতম খরা লৈরগা কছারদা অমুক খোংশানখি লোয়ননা মফম অদুদগী ত্রিপুরাদা চৎখি। মফমশিং অদুদা চত্তুনা মনিপুরগা মরি ফগৎনবা, লৈবাক অসিনা খুদোংথিবা তারকপদা করম হায়না ঙাকথোক্কদগে হায়বনচিংবা ৱাফম কয়া মহাক্কা নকুবা মীওইশিংগা তাথোক তাশিন তৌখি। জাই সিংহ্ খৃঃ ১৭৭৫ গী ফাইরেন থাদা মনিপুরদা অমুক থুংলখি। মহাক্কা পাল্লিঙৈ মনুংদা জাই সিংহনা অঙম্বা থাক্তা মনিপুর অসিবু বর্মানা লান্দাশিল্লকপদগী ঙাকথোক্তুনা লৈবাক অসিগী নিংতম্ববু কন্ননবা হোৎনরমই। মহাক্কী মরৈবাক নিংবা, মমা লৈবাকপু য়েক্লবশিংদগী মতম লৈবা খিবিক্তা ঙাকথোক্লবা হোৎনখিবা অসি মনিপুরগী ইতিহাসতা য়াম্না ময়েক লানা লৈহৌরগদবা শরুক অমনি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৭৭৫ দগী খৃঃ ১৭৮২ ফাওবগী মনুংদা মহাক্লা মায় পাক্লা মনিপুর অসিবু মরিরক্তগী তাদনা য়েক্লবা বর্মানা লান্দাশিল্লকপদগী ঙাকথোকখি।[১৬৩] খৃঃ ১৭৯৮ দা মচানুপা লাবন্যচন্দ্রদা নিংথৌ খুভম শিন্নরম্লগা মহারাজ চীংথঙখোম্বা নবদ্বীপ্তা (হৌজক্কী ৱেষ্ট বেঙ্গলদা লৈবা লমনি) লাইনিংবা চৎখি। মফম অদুমক্তদা নোঙ্গাখি।

মহারাজ চীংথঙখোম্বগী মতুংদা মনিপুর অসি পুমচাই চাইবা হৌরকখি। মহাক্কী মশিং য়াম্লবা অমসুং মমা তিন্নদবা মচাশিংগী মরক্তা নিংথৌ খুভম মুন্নরকপা, নিংথৌ ওইনবা হোৎনরকপা, অমগা অমগা খুৎনেক শিজিন্নরগা হাৎনরকপা অসিনা প্রজা মীয়াম অঙকপদা ৱাবদা নত্তনা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা মীওইবা জাতিনা লৈরিবমখৈ কাওররোইদবা তমথিরবা থৌদোক কয়া থোকখি। মনিপুরগী কবো তম্পাক্তা লৈবা তমুবু অৱাশিংনা মৈ থাদোক্লম্বদগী লাবন্যচন্দ্রনা খৃঃ ১৭৯৯ দা লান তৌবা চৎখি। মৈ থারম্বগী থৌদোক অসি অৱাশিংনা চহি ২০ মুক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা থোকখিবনি। মফমশিং অদুদগী অৱাশিংবু মায় পাক্লা তাষ্টোকখি। অদুবু মনিপুর মনুংগী মুকশিন্নবা, য়েংথিনবদি লেপখিদে। খৃঃ ১৮০০ গী পোয়নু থাদা নিংথৌ অসি মচিন মনাও খরনা নেকপা খুৎনেক অমনা হাৎখি। মথংদা মনাওনিপা মধুচন্দ্রনা নিংথৌ

ওইখি। মহাক্না মমা তিন্নদবা মনাও নুপা চৌরজিৎ অমদি মারজিৎপু মথংশিংনা যুবরাজ অদুগা সেনাপতি হাপখি। মনাওশিংনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা হোৎনরক্তনবনি। লোয়ননা মচা নুপী ইন্দু প্রভাবু কছারগী নিংথৌ কৃষ্ণনচন্দ্রদা থাজখি।[১২৫] মনিপুরগা কছারগা লৈনরকপা মরি অসি কুইরবদগীনি। ইকুই কুইথদনা চৌরজিৎনা লান হৌরক্তুনা মধুচন্দ্রবু মায়থিবা পীখি। চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইখি। মধুচন্দ্র কছারদা চেনখি। চৌরজিৎনা মহাকপু মতেং পাংখিবা মারজিৎপু যুবরাজ হাপখি। খৃঃ ১৮০৪ (লাইরিক খরদদি খৃঃ ১৮০৬) দা মধুচন্দ্রনা কছারদগী লান্মী পুরগা লান্দারকখি। লৈবাক অসিগী খা থংবদা লৈবা শামুপানদা চৌরজিৎ মশামক য়াওবা লানফমদা মধুচন্দ্র অমসুং মহাক্কী লান্মী অয়াম্বা হাৎখি। লৈবাক ইংনা পানবদি ঙমখিদে। অমুকসু ইকুই কুইথদনা মারজিৎনা চৌরজিৎকী মায়োক্তা লান হৌরকখি। ঙমদদুনা বর্মাদা চেনখি। ঈহিং নাইহিং তানবা লেপনবা চৌরজিৎনা মারজিৎপু মী থাদুনা কৌহনখি। তায়শিন্ননবা হোৎনখি। লৈবাক অসি খায়দোক্লগা মারজিৎপু মোইরাংগী লমবু ঙাক্লবা হায়খি। মারজিৎনা য়াখিদে। মহাক্না তমুরোমদগী মনিপুরদা লান্দাশিল্লকখি। অকনবা লান শোক্লখি। মারজিৎ মায়থিদুনা কছারদা চেনখি। মফম অদুদগী অরাকান চীংশাং ফাওনা চৎলগা বর্মাগী কোনুং অভাদা থুংখি। মহাক্না অৱাশিংগী মতেং নিখি। চহি তরুক/তরেৎমুক বর্মাদা লৈখি। অকোনবদা অৱাশিংবু থাজহল্লবা মতুংদা মখোয়গী মতেং ফংখি।

"করিগুম্বা অৱাশিংনা মঙোন্দা মনিপুরগী নিংথৌ ওইহনবদা মতেং পাংলগদি মারজিৎনা কবো তম্পাক অসিদা মনিপুরগী হক অমত্তা লৈতবা হায়বসি য়ারমই।"[১২৬] বর্মাগী মখাদা লৈবা লৈবাক অমা ওইবদসু মহাক্না য়ারমই। শম্না হায়রবদা অৱাশিংনা মঙোন্দা মতেং পাংলবদি কবো তম্পাক অসি বর্মাদা পীথোকপদা মারজিৎনা য়ারমই। খৃঃ ১৮১৩ গী ফাইরেন থা অদুৱাইদা বর্মাদগী লান্মী তেঙ্গোল অনি মনিপুরদা থোমজিল্লকখি। অমনা মচি খুল ফাওরগা হৌজিক্কী হৈরোকতা থুংখি। অমনা আইমোল ফাওরগা হৌজিক্কী ককচিংদা থুংখি। মারজিৎ য়াওরকখি। হৈরোক্কী লানফমদা মারজিৎকী মচাশিং থোকপা পিতাম্বর সিংহনা অৱাশিংবু মায়থিবা পীখি। তৌইগুম্বসুং মনিপুরগী লান্মীশিংবু ককচিংগী লানফমদা মায়থিবা পীদুনা মারজিৎপু নিংথৌ ওইহল্লম্লগা অৱাশিং মরৈবাক বর্মাদা হনখি। চৌরজিৎ অমসুং মনাও নুপা গম্ভীর সিংহ কছারদা চেনখি।

অমরোমদা মারজিৎনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবদা কবো তম্পাক বর্মাদা শিন্নখ্রে তাবদা প্রজা মীয়াম অসুক্কী মতিক নুঙাইরমদে। মরম অদুনা মারজিৎ অসি কৈদৌঙেদা

প্রজানা পাম্বা নিংথৌ হায়বদু ওইখিদে। মহাকসু কোন্না য়াম্না নিঙমমক্তবা ফাওরকখি। খৃঃ ১৮১৮ দা মারজিৎনা কছারদা লান্দাখি। মতম অদুগী কছারগী নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্র কৌই। মারজিৎকী মশিং য়াম্বা লান্মীগী ফিভম খঙলবা গোবিন্দ চন্দ্রনা মতম অদুদা জয়নতিয়া চীংদা লৈরিবা চৌরজিৎ অমসুং অৱাং কছারদা লৈরিবা গম্ভীর সিংহবু লান পাংবীয়ু হায়খি। মারজিৎনা কছারবু লৌশিনবা লায়না ঙম্লমই। অদুবু লান্মীশিংনা চৌরজিৎ অমসুং গম্ভীর সিংহ অনিগী মায়োক্তা লান তৌনিংদবদু মারজিৎনা খঙখি। মরম অদুনা মহাক মনিপুরদা অমুক হল্লকখি। পনবা য়াবা ৱাফম অমনা চৌরজিৎনা গম্ভীর সিংহগী মতেংদগী কছারগী শরুক অয়াম্বা লৌশিন্দুনা মহাক্কী মতুং ইনবা মীওইশিংগা লৈবাক অমা লিংদুনা লৈখি।

বর্মানা ঙম্লপ লৈবা হায়বসি মারজিৎনা পাল্লমদে। লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা মৈতৈ নিংথৌ অমত্তা বর্মাগী মখাদা লৈখিদে। অহোইনদুম মৈতৈশিংনা অৱাশিংবু অয়াম্বা মতমদা মমাংঙৈদা ওৎ নৈখিবা ঙাক্তনি। চুমই খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা অৱাশিংনা হাপ্লম্বা নিংথৌনি। মারজিৎ অমসুং খেলৈ নুংনাং তেলহৈবদনি বর্মাদা লোয়পোৎ কাবগী মওংদা লৈখিবা মনিপুরগী নিংথৌসি। বর্মানা ঙম্লপ লৈবা নুঙাইতবদগী মনিং তম্বা লৈবাক অমনি হায়না উৎপা য়ানবনি মহাক্না কছারদা লান্দাখিবদু। অসিদসু নত্তনা মহাক্না মহাক্কী প্রজাশিংবু কবো তম্পাক্তগী উ য়ানবনচিংবা কয়া তৌহল্লমই। কবো তম্পাক্তা ফংবা সনা শিজিন্নরগা মনিপুরগী কোনুংদা লৈতেংনচিংবা শেম্বদা বর্মানা য়াম্না নুঙাইরমদে।

খৃঃ ১৮১৯ দা বর্মাগী নিংথৌ বাদাৱপায়াবু মন্থৎ শিনখিবা বাগয়ীদাৱাবু নিংথৌ ওইবগী থৌরম অমদা মারজিৎপু বার্তন তৌরকখি। মসি হৌনশানি। বর্মানা মখোয়গী মখাদা লৈবা লৈবাক্কী নিংথৌশিং লাক্লগা থৌরম অসিবু য়াওবা পামখি। মারজিৎনা মহাক্কী প্রজাশিংনা নমফুদা কবো তম্পাক্তগী উ য়ালহল্লুবা, সনানা মাগী কোনুংগী কা খরা লৈতেং ওইনা শেম্লুবদগী অৱাশিংনা মহাকপু করিগুম্বা পামদবা থবক খরা তৌরকপা য়াই খনবদগী বর্মাদা চৎখিদে। মতম অসিদা বর্মাগী শক্তি অমসুং মপাঙ্গল অসুক্কী মতিক লৈখি। মারজিৎনা অৱাশিং শাওহনবসু পামখিদে। মরম অদুনা মহাক্না বর্মাগী অনৌবা নিংথৌদা খঙহনখি মদুদি মহাক্কী মচিন মনাওশিংনা মহাকপু নিংথৌ খুভমদগী লৌথোক্লবা হোৎনরি অদুনা মনিপুর থাদোক্তুনা চৎপসি মতম চাদে। মহাক্কী ৱা বর্মানা লৌখিদে। খুদক্তা বর্মানা য়াম্লবা অৱা লান্মীশিং থাজিল্লকখি। অচৌবা লান্মী তেঙ্গোল অদুবু লুচিংখিবা মীওই অদুগী মমিং জেনরেল মীংঙী মহা বান্দুলা কৌই। য়াম্না তমথীবা লান্মী মকোক্নি। মখোয়না মনিপুরগী লান্মীশিংগা ঙহাক লৈতনা লান

শোক্লখিবা মফম ককচিংদা লান শোক্লখি। লান শোক্লবা হৌখিবা নুমিৎ অদু খৃঃ ১৮১৯ গী ৱাকচিংগী মঙানি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তনি।[১২৭] লান অদু হওগ্রামুক চঙনা শোক্লরবা মতুংদা লৈবাকসি পুমকাই কায়খি। য়েক্লবনা ঙমখি। মারজিৎ অমসুং মশিং য়াম্লবা প্রজা কয়া কছারদা চেনখি। বর্মানা হন্দক্তি মখোয়না মনিপুরগী লৈঙাক সাশনসি হকথেংননা তৌবা পাম্লমই। অসুম তৌদুনা বর্মানা মনিপুরবু মায়থিবা পীরবা মতুংদা চহি তরেৎ (১৮১৯ দগী ১৮২৬) মখোয়গী মখাদা মনিপুরবু থমখি। মসিগী মতম অসিবু লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা "চহি তরেৎ খুন্তাকপা" হায়না খঙনরিবসিনি। লৈবাকসিগী মীওই কয়া লানজেন্নখি। হৌজিক্কী শিলেৎ, কছার অমসুং অসামগী মফমদা খুন্দারিবা মৈতৈশিং অসি ইতিহাসকী তাক্কক কয়াদা মনিপুরদগী চৎলগা খুন্দাখিবনি। ঐখোয় ঈ অমত্তনি।

মারজিৎনা কছারদা চঙখিবা মতমদা চৌরজিৎনা জয়নতিয়া অদুগা গম্ভীরসিংহনা অৱাং থংবা কছারদা লৈবাক লিংদুনা লৈরমই। মারজিৎনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি অদু মনিপুরদগী পুথ্রগা ময়াম্বা চৌরজিত্তা চঙজবা মতমদা খুশিন্নখি। মখোয় অহুম্না পুনশিন্নগা গোবিন্দ চন্দ্রবু মায়থিবা পীখি। কছার পুন্নমক লৌশিনখি। গোবিন্দ চন্দ্র শিলেত্তা চেনখি। মখোয় অহুম্না কছার লৈবাক য়েহ্তোক্লরগা লৈঙাক সাশন তৌখি। চৌরজিৎনা কছারগী নোংপোক থংবা মনিপুরগা তায়নবা শরুক থুংখি অদুগা সোনাইদগী লৈঙাক সাশন তৌখি, গম্ভীর সিংহনা তিলাইন হায়রিবসিগী নোংচুপ থংবা শরুক থুংখি অদুগা মারজিৎকীনা হৈলাকান্দীনি।[১২৮] অকোনবদা মখোয় অহুম অমুক য়ানরক্তদুনা গম্ভীর সিংহনা কছার পুন্নমক মাগী মখাদা খৃঃ ১৮২৩ দা থমখি। মারজিৎপু মাগী মখাদা মহাক্কী শরুক হৈলাকান্দীবু ঙাক শেলহনখি। চৌরজিৎ শিলেত্তা চঙখি।

## চহি তরেৎ খুন্তাকপা

লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী লাইবক থিবসি থায়নদগী লৈরক্লবা মীওইশিংগী মরক্তা লিংজেল মান্নবা ঙমদবা অসিনি। লিংজেল মান্নদবা, পান্দম মান্নরবসু তোখায় তোখায়বা সংস্থান কয়া পুন্না থবক তৌমিন্নবা ঙমদবা, শক্তি পায়নিংবদগী লুচিংবশিং পুনশিন্নবা ঙমদবা কয়া অসিনা লৈবাক অসিবু চাওখৎহনবা, ফহনবা পামদবা মীওইশিংনা অদুম খুদোংচাবা লৌখিবা তাবনি। মহারাজ চীংথঙখোম্বগী মমা তিন্নদবা মচাশিংনা শক্তি পায়নবা, নিংথৌ খুভম মুন্নরকপদা অৱাশিংনা খুদোংচাবা লৌখি। মসিনা মরম ওইদুনা চন্নবা, মশিং য়াম্লবা প্রজা কয়া অৱা লান্মীনা য়াম্না থিনা মীওৎ-মীনৈখি।

মারজিৎপু মায়থিবা পীরবা মতুংদা বর্মানা মখোয়গী লান্মী মকোক অনি - পাখান ব্লুন অমসুং কানে ব্লুন - বু মনিপুর য়েংশিন্নবা থনমই। অদুবু মতম অদুদা তম্পাক্তা মী কয়া লৈরমদে মরমদি লৈবাক অসিগী য়াম্লবা প্রজাশিংদি অৱাশিংগী মীওৎ-মীনৈদগী নাম্থোক্লবা কছার, নৎত্রগা চীংদা চেন্নখি। অসুক্কী মতিক তমথিনা প্রজাশিংবু ওৎ নৈখি মদুদি মীরোল কয়ানা মথং মথং চীঙ্খাং য়ৈনা ঙাংনরকপদা মৈতৈশিং অসি কা মনুংদা পুলপ পুনশিল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা হাৎখি। খুবাক্তা য়াইরিনা লেংলগা বর্মাদা বন্দী ওইনা পুখি। মশা ফবা মীওইদা নত্তনা নুপী অঙাংশিংসু অৱা লান্মীশিংনা লেম্না থাদোকখিদে। ঙাকথোকপীনবা কনা লৈজদ্রবা প্রজাশিং, নুপী অঙাংশিং কপ্পা, লাউবা, অৱা চৈনাখোল ফোংদোকপা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদে।

লৈবাক অসি খুস্তাক লানশিরবা মতমদা পাখান ব্লুন, কানে ব্লুন অনিনা লৌনম তৌদুনা নিংথৌ মচা জয় সিংহ কৌবা অমবু নিংথৌ ওইহনগে হায়দুনা চীংদগী কৌথখি।[১২৯] চীংদগী কুমথরক্লবা মতুংদা জয় সিংহ অমদি মৈতৈ লিশিং কয়ামরুম ফাদুনা বর্মাদা বন্দী ওইনা পুখি। কানে ব্লুননা অৱা লান্মী ২০০০ মুক্কা মনিপুর ঙাক্লব্বা লৈহৌই। হৌজিক্কী মপান কাংজৈবুংদা কানে ব্লুন্না লান্মী তেঙ্গোল অদুগী লৈফম শাদুনা লৈখি। "মতম অদুগী ইম্ফাল তম্পাক্কী মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ১০,০০০ নৎত্রগা য়ুমকোক ২০০০ গুম্বদমক ওইখি।"[১৩০]

য়েক্লবনা ফনা থিনা মীওৎ মীনৈগী থবক চত্থরবসু অৱা লান্মীশিংবু শীংনবা, মায়োক্লনবা মীওই লৈবাক অসিদা থোরকখিদবা নত্তে। য়েক্লবনা খুৎলায় অমসুং লান্মী মশিং হেল্লবসু নিংথৌমচা হেরাচন্দ্রনা অৱা লান্মীগী মায়োক্তা লান্দানবা লান্মী খোম্বা হৌখি। মহাক অসি লাবন্যচন্দ্রগী মচানি। য়াম্না মথৌনা লৈবা, মরৈবাক নীংবা মীওইনি। খুৎলায় মতিক চানা লৈতবা, লান্মী মশিং য়ামদবনা মরম ওইরদুনা হেরাচন্দ্রনা অৱাশিংবু মফম, মতম চাবদা লুমদুনা লৈরগা লাম্থেংনবগী লাল্লোং শিনবা হৌখি। মহাক্না লাম্থেংন্নবা শেম শারে হায়বসি অৱাশিংনা খঙলক্তুনা মখোয় মখোয়গী লানবনশিংদগী পাক চৎথোক্লমদে। অদুবু লানবন মনুংদা লৈরিবা চানবা পোৎশিং লোয়শিল্লকখি। চাদবদি য়াদবনিনা করম্বা মফমদগী চানবা লৌশিংগে হায়না ৱা খন্নবা হৌরকখি।

খৃঃ ১৮২০ গী কালেন থাদা অৱা লান্মী ৫০০ মুক হৌজিক্কী বিষ্ণুপুর জিলাগী মনুংদা লৈবা মোইরাংদা চানবা থিবা চৎখি।[১৩১] লম্বীদা হেরচান্দ্র অমদি মহাক্কী লান্মীশিংনা লুমদুনা লৈরগা খুদক্কী ওইবা মওংদা অৱা লান্মীশিংদা লান্দাখি। অৱা

লান্মী ২০০ মুক হাৎখি, অতৈনা চায়খায়খি। থৌদোক অদুদা শরুক য়াখিবা হেরাচান্দ্রবু তেংবাংখিবা মৈতৈ লান্মীগী মরু ওইবা মীশক্তী অঙোম সুবুনাথ, অকোইজম খম্বা, এলাংবা অমু, ময়েংবা শ্যাম, মোইরাংথেম্বা লবঙ্গানি। হেরচান্দ্র অসি লাল্লোং য়াম্না ফজনা শিনবা হৈবা মীওইনি। "হেরাচন্দ্রগী লাল্লোং" হায়না হৌজিক ফাওবা মীওই কয়ানা শোন্নদুনা শিংথানরি। মশিং য়ামদবা মরম্না মফম চাবদা লুমদুনা লৈরগা য়েক্লব্বু লাম্থেংনবা হৌরকখি। খুৎলায়শিংসু তোখায়বা মওংনি। খুদম ওইনা তাগুম্বা অমগী মচিলনা য়েক্লবা অমবু থিনগনি অদুগা অমুক শৎতোরকপদা খুৎলায় অদুগী মনিংনা য়েক্লবা অমবুসু অমুক থিন্দুনা হাৎকনি। অরাইবা থবক নত্তে। মথৌনা লৈবা, লান্দা হৈশিংবা, মমা লৈবাক নিংবা মীওই খক্তনা হৈগনি অসিগুম্বা লাল্লোং অসিদি। অৱা লান্মী ২০০ মুক হাৎখিবা থা অদুমক্তদা নিংথৌমচা য়ুমজাও তাবা চীংদগী কুমথরকখি। মহাক মহারাজ মধুচন্দ্রগী মচানি। হেরাচন্দ্রনা মহাকপু ওকপা ইম্ফালদগী অৱাং-নোংচুপ্তা কিলোমিতর ১৪ মুক চৎলগা লৈবা মাকলংদা চৎলুই। মখোয় অনিনা মৰেবাক্কী মরমদা নুংশিনা শানখিবা ৱারী অদু "চৈথারোল কুম্বাবা" না মখাগী অসুন্না ইরি। য়ুমজাও তাববু উবদা হেরাচন্দ্রনা কপ্না, মথৱাই চাক্লা হায়খি।

- "য়াম্বুং লৈবাক অসিবু করম হায়না মাঙহনখিবনোনে।"

- "খুৎশু খুৎলায় কয়া য়াম্না লৈ, লমন খুন্নিংবনা ঙাওরবা য়ুমজাও তাবনা হংখি।"

- "শগোল ৫০, নোংমৈ ১২, মী ৮০০ মুক লৈ।"

- "ফরে, অৱা লান্মীগা লাম্থেংনসি।"

য়ুমজাও তাবনা মহাক্না পুরকপা শগোল অনি, কবাক থাঙ ৫ অমসুং নোংমৈ ৩ সু হেরাচন্দ্রদা খুৎশিন্নখি। লোয়ননা মহাক্না লাল্লোং অমা শিনখি। মহাক্না য়েক্লবদা চঙজবা শারগা মনুংদগী য়েক্লব্বু লৌ তৌরগা হাৎনবা হোৎনগে খনখি। অদুনা অসুন্না হেরাচন্দ্রদা হায়খি।

- "ঐহাক্তী কানে ৱুনদা চঙগে।"

- "য়াম্বুং অৱা অসি থাজনিঙাই ওইদে। অরেপ্পা লৈতে। চঙবীখিগনু।'

অদুবু মনাওনা খাম্বদু য়ারমদে। কানে ৱুনগা কুইথদনা উনখি। কানে ৱুননা হংখি।

- "নহাক কদাইদগী লাকপ্রা?"

- "ঐদি মধুচন্দ্র মহারাজগী মচানি। নহানৱাই ইপা ইপুশিংসু অৱা নিংথৌনা শেম্বীরকএ।"

- "নমিং করি কৌই ?"

- "য়ুমজাও তাবা।"

- "মী কয়া লাকই। খুৎশু খুৎলায় কয়া পুরকই।"

- "মী ৪ লাকই। খুৎশু খুৎলায়দি চীংমীশিংনা লোয়না লৌহৌরে।"

অৱা লান্মীগী লুচিংবা অদুনা ঙহাক ৱাখল তৌখি। মৈতৈশিং অদুদা মুন্না য়েংখি। মখোয় অসিবু থাজবা য়াব্রা, য়াদব্রা ? অদুবু হৌজিক্কী সিফাইশিংনা লমদম অসিদা পোকপা, চাওবা মীওইশিংগী মতেং য়াওদনা লালহৌবা নহারোল থেংনবা ঙমদবগুম মতম অদুগী অৱা লান্মীশিংসু মৈতৈ মচা খরগী মতেং দরকার লৈখি। ঙহাক খন্থরবা মতুংদা হায়রকখি।

- "ঐখোয়গী মরক্তা লৈবা য়াগনি।"

অসুম তৌদুনা য়ুমজাও তাবা অমদি মহাক্কা লোয়নবা মীওই খরা অৱাগী লান্মী মরক্তা লৈখি। নুমিৎ খরা লৈরবা মতুংদা কানে ব্রুননা হায়খি।

- "ঐখোয়দি চানিংঙাই পোৎ লৈতদুনা য়াম্না ৱারে। ফৌ লৌবা চৎপদসু হেরোচন্দ্রনা হাৎলে।"

- "চানবা লৌবদু ঐ চৎকে, য়ুমজাও তাবনা খুমখি।"

নোংমা শেকমাইদা অৱা লান্মী ১০০ মুক পুদুনা য়ুমজাও তাবনা ফৌ লৌরুরগা হল্লকখি। মসিদা কানে ব্রুননা হরাওনা হায়খি।

- "নহাক্তী ঐগী মীচং ওইরে। নিংথৌ শেম্বীগে।"

মৈতৈ নিংথৌমচানসু অৱাশিংগী পুকচেল থাজনবা থবক তৌখি। থাজহল্লবা মতুংদা কানে ব্রুননা মহাক্না খনবা ৱা খরা ফোঙদোকখি। মহাক্না য়ুমজাও তাবদা হায়খি।

- "ঐহাক্কী য়েক্লবদি হেরাচন্দ্রনে। মহাকপু মায়থিবা পীবা ঙম্লবদি নহাকপু নিংথৌ শোয়দনা ওইহনগনি।"

- "ঐ হেরাচন্দ্রবু মায়থিবা পীগে।"

খৃঃ ১৮২০ গী ময়াই ওইবা মতমদা হেরাচান্দ্রবু "মায়থিবা পীরুনবা" কানে ব্রুননা অৱা লান্মী ২০০, শগোল ৪০, নোংমৈ ২০ অমসুং থাঙ অনি য়ুমজাও তাবদা শিন্নখি। য়ুমজাও তাবনা মখোয় অদু হৈয়েন হায়বা খরা থাপ্পা খুল অমগী মনাক্তা পুদুনা চৎখি। মফম অদুদা মনাও নুপা হেরাচন্দ্রগা লোয়ননা অৱা লান্মী ২০০ অদু হাৎলগা খুৎলায়শিং লৌখি। মতুংদা য়ুমজাও তাবনা খোমবিতোক অমসুং হেরাচন্দ্রনা

মোইরাংখোমদা লানবন শাদুনা অৱাশিংবু মখোয়গী লানবনশিংদগী থোরকপা থিংনবা হোৎনখি। ইঙেন থা অদুৱাইদা হেরাচন্দ্রনা ককচিং লানবন্দগী অৱাশিং থোরকপা থিংনবা হোৎনখি। চেনখিবা খরসু চাওবোক হায়বা চীং অমগী মনাক্তা লোয়না হাৎখি। মসিগী মতুংদা মহাক্কী লানবন শিংজমৈদা হোৎখি। কুইথদনা অৱা লান্মী কাংবু অমগী লুচিংবা অমুপালাপ কৌবা অমা হাৎখি। নোংমৈ ৩০ মুক খোমগৎপদা নত্তনা অৱা লান্মী ১০ ফাখি। মতম অসিমক্তদা লৈবাক্কী অৱাংথংবদা লানবন শারিবা য়ুমজাও তাবনা অৱা লান্মী মঙা ফাখি, অফবা নোংমৈ অমা ফংখি। হেরাচন্দ্র, য়ুমজাও তাবনা করম তৌরগা মশিং য়াম্লবা অৱা লান্মীশিং অসিবু মায়থিবা পীরগা তাহোকখিগদগে হায়না ৱাতানরমই। থৌদোক খরদা মৈতৈগী মশিং য়ামখিদ্রবা লান্মীশিংনা অৱা লান্মীশিংবু মফম কয়াদা মায়থিবা পীরে হায়বসি বর্মানা পাও ফংখি। খৃঃ ১৮২০ গী চাওরাক্লা হিয়াঙ্গৈ থা অদুৱাইদা পাখান ৱুননা অৱা লান্মী ১০,০০০ গা লোয়ননা বর্মাদগী মনিপুর তম্না লাক্তুনা ককচিংদা থুংখি।[১৩২] অৱাশিংনা করম তৌরগা মনিপুর অসি অমুক হৌগৎপা য়াদনবা নৈখায়শিগে খনখি। মতম অসিমক্তদা নৌনা চঙলকপা অৱা লান্মীশিংনা থৌবাল চীংঙা মনাক্তা হেরাচন্দ্রগী মীওইশিংগা লাম্থেংনখি। ঙমদদুনা হেরাচন্দ্রা অমসুং য়ুমজাও তাবা কছারদা চেনখি। হেরাচন্দ্র, য়ুমজাও তাবা অনিনা থা নিপালমুক অৱা লান্মীগী মায়োক্তা মখোয় মশাগী ওইবা লাক্লোং শিন্দুনা লান থেংনরমই। অৱা লান্মীশিংনা তমথিরবা মীওৎ-মীনৈগী থবক হেন্না কনশিনখি। চহি অদুগী লোয়রমদাইদা পাখান ৱুন, কানে ৱুন অনিনা লৈবাক অসিগী মীওই লিশিং কয়া পুদুনা বর্মাদা চৎখি। মখোয়না শুইদ্রোম্বা সুবল কৌবা অমবু লৈবাকসিবু য়েংশিনহলখি। অৱাশিংনা চৎখ্রবা মতুংদা হেরাচন্দ্র মনিপুরদা থোক্লকখি। সুবলগী মীওইশিংগা খরা মুক্নরবা মতুংদা মখোয় অমুক পুনশিন্নখি। য়ুমজাও তাবা কছারদগী থোক্লকপদা মাকলংদা মহাকপু তরাম্না ওকখি। কুইথদনা য়ুমজাও তাবানা কোনুংদা চঙদুনা নিংথৌ ওইখি অমসুং লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন য়েংশিনখি।

খৃঃ ১৮২১ গী শজিবু থা অদুৱাইদা গম্ভীর সিংহ কছারদগী থোরকখি। মহাকপু নিংথৌ ওইনবগীদমক য়ুমজাও তাবা ফম থাদোকখি। গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইখি। লৈবাক অসিবু খোমজিন তাশিন্দুনা অকনবা লৈবাক অমা ওইনবা থবক পায়খৎলকপা হৌখি। চহি অদুদা অসুক্কী মতিক চেং তাংখি। মী য়াম্না শিখি। পোৎলোয়বা ঙমখিদে। মফম অয়াম্বসু খুন্তাক লানশিখি। খুদম ওইনা ৱাংখৈ (ইম্ফালগী) দগী লংদুম ফাওবা চৎপদা লম্বীদা মী অমত্তা থেংনখিদে অমসুং লম্বীদা অসিবা হকচাং খরা থেংনখি

হায়না অহল লমনশিংনা ৱারী লিরমই। লাই থাজবগী মতমসু য়কনি। হায়জরিবা ফিভম অসি মনিপুরগী মফম অয়াম্বদা ওইখিবা ফিভম্নি। লৌউ-শিংউগী থবক ফজনা পায়খৎপা ঙমখিদবা, মীহাৎ-মীপুনগী থবক অঙকপা ফংনা চথখিবা কয়া অসিনা লৈবাক অসি খম থেংনা ৱাখি। থা খরগী মতুংদা অৱানা হাপলকপা নিংথৌ জয় সিংহ থুংলবগা গম্ভীর সিংহ ফম থাদোক্লুনা কছারদা অমুক চঙখি। মহাক্না অৱাশিংনা হাপ্লকপা অমসুং মতেং পাংবা জয় সিংহগী কাংবু থেংন্নবগী শক্তি লৈরমদে। জয় সিংহনা হৌজিক্কী থৌবাল মোইচীংদা কোনুং শেমদুনা নিংথৌ ওইখি। অকোনবদা মহাক্না কংলাদা অমুক কোনুং হোংখি। অসিগী মতম অসিদা বর্মানা খনখি মদুদি মনিপুর অসি তপ্না তপ্না মখোয়গী মখুত্তগী নাহ্লোকপা হৌরক্লে হায়না। অদুনা মখোয়না মখোয়গী খুৎচাবী নিংথৌ অমা মনিপুরদা থম্বা পামখি। খৃঃ ১৮২২ গী থৱান থা অদুৱাইদা জয় সিংহবু বর্মাদা কৌশিনখি। জয় সিংহ অসি বর্মানা মখোয়গী অৱা লান্মীশিংগী মতেং পীরগা বর্মাগী মখাদা নিংথৌ ওইহনখিবা মৈতৈ নিংথৌ মচানি। মৈতৈনা নিংথৌ ওইরবসু অৱা লান্মীশিংনা লৈবাক অসিদা লৈবদা নত্তনা লৈঙাক সাশনসু লমজিং লমতাকখি। খৃঃ ১৮২২ গী লোয়রমদাইদা নিংথৌমচা যদু সিংহ কৌবা অমবু অমুক নিংথৌ ওইহনখি। যদু সিংহ শিরবা মতুংদা মচা রাঘব সিংহনা খৃঃ ১৮২৩ দা নিংথৌ অমুক ওইখি। ইকুই কুইথদনা রাঘব সিংহগী মধৌ (যদু সিংহগী মপা) ভদ্র সিংহ কছারদগী থুংলখি। রাঘব সিংহ বর্মাদা কৌশিনখি। অদুবু অৱা লান্মী ৫০০ মুক্তী লৈবাক অসিদা লৈহৌখি। খৃঃ ১৮২৪ গী শজিবু থা অদুৱাইদা চহি ৭১শুরবা ভদ্র সিংহনা নিংথৌ ওইখি। অদুবু খৃঃ ১৮২৫ গী শজিবু থাদা গম্ভীর সিংহনা বৃটিস ওফিসার লেফটনেন্ট পেম্বরতনগা লান্মী তেঙ্গোল পুদুনা মনিপুর তম্পাক্কী মাকলংদা থুংলখি। কুইথদনা মনিপুরদা লৈরম্বা অৱা লান্মীশিংবু তকথোকপা হৌরকখি। ভদ্র সিংহ চহি অমমুক নিংথৌ ওইখি। খৃঃ ১৮২৫ গী ইঙা থাদা গম্ভীর সিংহনা অনিরক শুবা ওইনা নিংথৌ ওইখি।[১৩৩]

বর্মাগী অৱা লান্মীশিংনা "চহি তরেৎ খুন্তাক্লিবৈঙেদা" মনিপুরদদা নত্তনা থংনরিবা কছারদসু ঙহাক লৈতনা মনিপুরগী নিংথৌমচাশিং অমসুং লান্মীশিংদা লান্দাশিনখি। অদুবু মফম অদুদগী ঙহাক লৈতনা মখোয়বু তকথোরকখি। অমরোমদা কছারগী নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রনা বৃটিসতগী মনিপুর নিংথৌমচাশিংবু মহাক্কী লমদগী তাহ্লোক্লবা মতেং ফংদ্রবদা মহাক্না মতম খরগী ওইনা বর্মাগা মরুপ শান্নখি। মমাংদা খৃঃ ১৮২৩ অমসুং খৃঃ ১৮২৪ গী হৌরকপা ফাওবদা গম্ভীর সিংহনা বৃটিস সরকারদা অৱাশিংবু

মনিপুর অমসুং কছারদগী তাম্থোকপদা মতেং পাংবীয়ু তরুখি। অহানবদা বৃটিসশিংনা য়াখিদে। লোয়ন-লোয়ননা বর্মাসু নোংমা-নোংমগী তমথিবা হেঞ্জিল্লকখি। বর্মানা বৃটিস-ইন্দিয়াগা তায়নরিবা অরাকান অসি হান্না লৌশিনখ্রবনি। অরাকানগী মীওইশিংবু তান্নবদা অৱা লান্মীশিংনা ঙহাক লৈতনা বৃটিসকী লমদা চঙলকপদা বৃটিস সরকারনা পাল্লমদে। অসিনা মরম ওইদুনা বর্মা অমসুং বৃটিসকী মরি নোংমা-নোংমগী ফত্তবা হেঞ্জিল্লকখি। য়াম্না শিংলবা, মথৌনা লৈরবা মরৈবাক নিংবা গম্ভীর সিংহনা বর্মা অমসুং বৃটিস অনিগী মরক্তা ওইরক্লিবা ফৎচিল্লক্তবা মরি অসিগী খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনখি। বৃটিসতা বর্মাগী অৱা লান্মীশিংবু মনিপুরদগী তকথোক্লবা হোৎনবদা মতেং পাংনবা লেপ্পা লৈতনা তরুখি। ওইরক্লিবা ফিভম অসিনা বৃটিসনা গম্ভীর সিংহদা মতেং পাংনবা লেপখি। গম্ভীর সিংহগী মখাদা মনিপুরগী লান্মী ৫০০ বৃটিসনা তলব পীদুনা, অফবা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা হৈনবা তম্বীখি। মসিগী লান্মীগী কাংবু অসিবু "মনিপুর লেভি" (মিং চল্লবা লান্মীগী মশিং) হায়না কৌখি। "মনিপুর লেভি" অমসুং বৃটিস লান্মীশিংনা অৱাশিংবু কছারদগী তাম্থোকপদা মতেং পীনবসু য়ানখি। গোবিন্দ চন্দ্রগা বৃটিসকসু মতাং অসিৱাইদা পাও ফাওনখি। খৃঃ১৮২৫ দা "মনিপুর লেভি" গী লান্মী মশিং ২,০০০ দা হেঙ্গৎখি। বৃটিস ওফিসার কেপতেন গ্রান্টনা মসিবু লুচিংবা ওইখি।[১৩৪] লান্মীশিং অসিগী তলব, খুৎলায়শিং, ফিরোলনচিংবা বৃটিস সরকরারনা পীরমই।

খৃঃ ১৮২৫ গী ইঙা থাদা নিংথৌ ফম্বাল কাদুনা অনিরক শুবা ওইনা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা গম্ভীর সিংহ ইকুই কুইথদনা মনিপুর থাদোক্লগা কছারদা অমুক চঙখি। মহাক্না মনিপুরগী লৈঙাক সাশনবু য়েংশিন্নবা মনাও নুপা নর সিংহদা শিন্নমরই। পনবা য়াবা ৱাফম অমনা, মমাংদা খৃঃ ১৮২৪ গী হৌরকপদা বৃটিসনা বর্মাগী অৱা লান্মীশিংবু কছার অমসুং অসামগী মফমশিংদগী তাম্থোক্লবা লান লাওথোকখ্রবনি। লান অসিদা মনিপুরগী লান্মীশিংনসু মতেং পাংখি। লান অসি অসাম অমসুং অরাকান, অদুগা সমুদ্রদগী রেঙ্গুন (হৌজিক্লা য়াঙ্গোন) লোমদা শোক্লখি। নাকল অয়াম্বদা লান্দা শিল্লকপদা বর্মা শোম্থরকখি। জেনরেল মীংঙ্গী মহা বন্দুলা, মহাক্কী লান্মীশিং চানবা লৈরক্তবদগী অৱাবা ওইরকখি। বর্মা অমসুং বৃটিস কন্না লান শোক্লবা মতম খৃঃ ১৮২৫ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা গম্ভীর সিংহ লান্মী ময়াম অমা পুদুনা মনিপুরদা অমুক থুংখি। লৈবাক অসিদা লৈবা অৱা লান্মীশিং তকথোকপা হৌরকখি। অৱা লান্মীশিং গম্ভীর সিংহ লাক্লে তাবদা মনিপুর তম্পাক থাদোক্তুনা চেনবা হৌরকখি। সেনাপতি নর সিংহনসু অকনবা লান তৌদুনা অৱাশিংবু তকথোকখি। পোয়নু থাদা মৈতৈ লান্মীশিংনা তমুদা অৱা লান্মীশিং কোয়শিনবা হৌরকপদা য়েক্লবশিং মফম অদু

থাদোক্তুনা চেনখি। অসুম্না লান শোক্লরকপনা য়েক্লবগী লান্মীশিং লোয়না কবো তম্পাক থাদোক্তুনা চেন্নখি। মনিপুরগী লম কবো তম্পাক্তা নত্তুনা নিংথি তুরেলগী নোংপোক্তা লৈবা বর্মাগী লমশিংদগীসু অৱা লান্মীশিং লোয়না মফমশিং অদু থাদোক্তুনা অভা তন্না চেন্নখি। গম্ভীর সিংহনা মনিপুর অমসুং কবো তম্পাক্তগী অৱা লান্মীশিং তাম্থোক্তুনা লোয়না তকথোকখি। অৱা লান্মীশিংনা মমাংদা ফাদুনা পুখিবা মৈতৈ মচা কয়াবু বর্মাদগী মনিপুরদা অমুক পুরকখি। বর্মাগা বৃটিসকগী লান্দা দোনাবিয়ু হায়বা মফমদা মীংঙী মহা বন্দুলা মায়থিখি। কোন্নথংদা বৃটিস অমসুং বর্মা অভা মনাক্তা লৈবা য়ান্দাবু হায়বা মফমদা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারী ২৪ দা সন্ধি পত্র অমা শোই তৌনদুনা লান লোয়শিনখি। হায়রিবা সন্ধি পত্র অসিগী মতুং ইন্না করিগুম্বা গম্ভীর সিংহনা মনিপুরদা হনগে (লৈরগে) হায়রবদি মহাকপু মফম অদুগী নিংথৌনি হায়না বর্মা অমসুং বৃটিসনা মশক খঙগনি। মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মনিপুরবু মনিং মখা তম্বা, মীখা পোন্দবা লৈবাক হায়বদু অৱা লান্মীশিং তানথোকখ্রবা মতুংদা অমুক ওইহল্লমই। "বর্মা অমসুং বৃটিস অনিগী লান লোয়রবা মতুংদা য়ান্দাবুদা সহি (শোই) তৌনবা সন্ধি পত্র অসিগী মতুং ইন্না মনিপুর অসি মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরে।[১৩৫] গম্ভীর সিংহনা লৈবাক অসিগী শান্তি হঞ্জিলহন্দুনা অমুক শেমগৎ-শাগৎপা হৌরকখি।

## মনিপুর বৃটিস সন্ধি পত্র

গম্ভীর সিংহনা পাল্লিঙৈ মতমদা বৃটিস সরকারগা সন্ধি পত্র অমা খৃঃ ১৮৩৩ দা ইন্নরমই।[১৩৬] মসিগী মতুং ইন্না মনিপুরগী নোংচুপ থংবা শরুক্কী ঙমখৈ অসি হৌজিক্কী জিরিবামগী জিরি তুরেল অসিদা ওইখি। লোয়ননা কছারদা লৈরম্বা মনিপুরগী থানা অদু জিরিবাম লোমদা পুরকখি।

মহারাজ গম্ভীর সিংহনা খৃঃ ১৮৩৪ গী জানুৱারী তাং ৯ দা খঙহৌদনা শিখ্রবা মতুংদা চহি অনিরোমদা ঙায়রিবা মচানিপা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা নিংথৌ ওইখি। গম্ভীর সিংহ অসি মরৈবাক য়াম্না নুংশিবা মীওইনি। মহাক অসি মনিপুরগী কবো তম্পাক বর্মাদা পীথোকখ্রে হায়বগী পাও তাবদা অসুক্কী মতিক মথৱাই নুঙাইতবদগী খুদক্তা শিখি। থম্মোই অদু কায়বদগী ওইরম্বা য়াই। অতৈ ইতিহাসকী লাইরিকশিংদা পন্দে।

সেনাপতি নরসিংহনা চন্দ্রকীর্ত্তিবু ঙাক শেনবদা নত্তনা লৈবাক সাশনগী থবকসু য়েংশিনখি। হান্না বৃটিসকী ওফিসারনা লুচিংবা "মনিপুর লেভি" (লান্মী মশিং চাওরাক্লা ৩০০০ গুম্বা ওইরে) অদুসু খৃঃ ১৮৩৫ দা মনিপুর সরকারদা শিন্নরকখি।

বৃটিস ওফিসার অনি — কেপতেন এফ গ্রান্ট অমসুং লেফটনেন্ট আর বি পেম্বরতন্না "মনিপুর লেভি" দা য়াওরিবা সিফাইশিংবু করম হায়না লান শোক্লগনি, লান্মী অমনা তৌগদবা মথৌনা করিনো হায়বনচিংবা খঙনবা তম্বীখি। "মনিপুর লেভি" অসিনা মনিপুর সরকারদা শিন্নরক্লবা মতুংদদি হান্না মসিবু লুচিংলম্বা কেপতেন অকোনবদা মেজর ফম পায়খিবা এফ গ্রান্ট মনিপুর থাদোক্তুনা চৎখি। অদুগা খৃঃ ১৮২৭ তগী "এদজুতেন্ট" ওইনা থবক পুরকখিবা বৃটিস ওফিসার জোর্জ গোরদোনবু অহানবা ওইনা বৃটিসকী মনিপুরদা লৈবা "পোলিটিকেল এজেন্ট" ওইনা থবক তৌহনখি। "পোলিতিকেল এজেন্ট" হায়বসি করিনো? "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী মরু ওইবা মথৌদি মনিপুরদা মহাক ভারত্তা লৈবা বৃটিস সরকারগী রাজদুৎ কুম্বনি। "মনিপুর অমসুং বৃটিসকী মখাদা লৈবা ভারত সরকার অনিগী মরক্তা মরুপ মপাং ওইবগী মরি ফগৎনবা হোৎনবনি। দরকার লৈরবদি বর্মাগী সরকারগসু পাও ফাওদোক্লদুনা ঙমখৈদা খৎন-চৈনদনবা, লান তৌদনবা থবকসু পায়খৎকনি।"[১৩৭]

জোর্জ গোরদোন্না "পোলিতিকেল এজেন্ট" ওইনা খৃঃ ১৮৪৪ ফাওবা থবক পুরমই। মহাক্কী মতুংদা কর্নেল মেকুল্লোক্না "পোলিতিকেল এজেন্ট" ওইখি। মহারাজ নর সিংহগী মতম ফাওবদা ওইখিবা "পোলিটিকেল এজেন্ট" শিং অসি মীচং মীখায় নায়দবা, মনিপুরগী মনুংগী ওইবা রাজনিতিদা খুৎ থিংজিন্দবা মীওইশিংনা ওইখি। জোর্জ গোরদোন মনিপুরদা লৈখিদে অমসুং মহাক্কী হকচাং অদু হৌজিক্কী ইম্ফাল নোংচুপকী জিলাদা লৈবা লাংথবালগী মফম অমদা লৈরোল চনখি।

নর সিংহনা লৈবাক সাশন য়েংশিল্লিঙৈ মতমদা চন্দ্রকীর্ত্তিদগী নিংথৌ খুভম মুন্নবা নিংথৌ মচা কয়ানা হোৎনখি। অদুবু মায় পাকপা ঙমখিদে। খৃঃ ১৮৩৬ তা নিংথৌমচা তরংখোম্বানা নিংথৌ খুভম মুন্নবা কছারদগী লান্মী ৩০০ মুক পুরক্লগা লান হৌরকখি।[১৩৮] নর সিংহনা লান্মী ৫০০ পুরগা মাকলংদা লান শোক্লখি। তরংখোম্বা, মনাওনিপা কেত্রবা অমসুং মখোয়গী লান্মী কয়া শিখি। তরংখোম্বা অসি মহারাজ লাবন্যচন্দ্রগী মচানি। নর সিংহনা য়েক্লবগী লান্মী ১০০ গী মথক্তা ফারগা বন্দী ওইনা পুরকখি। অতৈ খরনা চেনখি। বন্দীশিং অদু চহি অমা লৈরগা থাদোকখি। ইকুই কুইদনা মারজিৎ মহারাজগী মচা যুগিন্দ্রনা লুচিংদুনা লান অমুক হৌরকখি। যুগিন্দ্র অমদি মহাকপু শৌগৎপা কয়া চীংদগী তমদা লাক্লবা হোৎনরিঙৈদা হাৎখি। মহারাজ চৌরজিৎকী মচা অনি -ত্রিভুবনজিৎ অমসুং রাম সিংহ - নসু কোনুংদা নুমিদাং চঙশিন্দুনা লান হৌখি। মখোয় অনিমক হাৎখি। গরিবনৱাজ মহারাজগী মতুংদা মহাক্কী মচাশিংনা অমগা অমগা হাৎনদুনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনবা, মশুশিং অমসুং মশু শুথাঙশিংগী

মরক্তা পংহাত্তা হাৎনদুনা নিংথৌ ওইনবা হোৎনখিবা অসিনা অসুক্কী মতিক মথৌনা লৈরম্বা লৈবাক অসি মরাই চায়থবা হৌরকখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মমা ইবেম্মা মহারানি কুমুদিনিনা মচাদগী সেনাপতি নর সিংহনা নোংমা নিংথৌ খুভম মুনখিগদ্রা হায়না পাখৎলমই। অসিনা মরম ওইদুনা মহারানি কুমুদিনিনা নবিন কৌবা নুপা অমবু নেক্তুনা নর সিংহবু খৃঃ ১৮৪৪ গী জানুৱারী তাং ২৭ তা লাই খুরুম্লিঙৈদা থাঙনা য়ালহনখি। ফনা থিনা শোক্লবসু নর সিংহ হিংখি। নবিনবুনা খুদক্তা অঙাং ওলহনখি অদুগা মাবু মতেং পাংখিবা কয়া লোই থাখি। ওইরক্লিবা ফিভম অসিদা লমন খুল্লকপা য়াই খনবদগী কুমুদিনিনা মচা পুরগা কছারদা চেনখি। মখোয়না চেনখিবা অসিনা নিংথৌ খুভম অসি মশানা থাদোকচরে হায়না লৌখি। লোয়ননা সেনাপতি নর সিংহনা খৃঃ ১৮৪৪ গী ফাইরেনগী ১৯ নি পানবা নুমিত্তা নিংথৌ ফম্বাল কাখি। মহাকপু মনিপুরগী নিংথৌনি হায়বসি বৃটিস সরকারনা শক খঙলে হায়না খৃঃ ১৮৪৪ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৮ দা লাওথোকখি।[১৩৯]

মহারজ নর সিংহনা নিংথৌ ওইবা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা মনিপুরগী চীংগী লমশিংদা লৈবাক অসিগী খা অমসুং নোংপোক থংবদা লৈবা বর্মাদগী "অনৌবা কুকি ময়াম অমা চঙলকখি। মখোয়গী মশিং অসি অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে মদুদি হান্না মনিপুরগী চীংগী মফম খরদা খুন্দারম্বা মীওইশিং ফাওবা অতোপ্পা মফমদা হোংদোক্নখিবা য়াওই। মনিপুরদা "কুকি" হায়বা ৱাহৈ অসি ইহান হান্না লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা তানবা হৌরকখিবসি খৃঃ১৮৩০ দগীনা খৃঃ ১৮৪০ গী মনুংদনি।[১৪০] অনৌবা লাক্লিবা মীওইশিং অসিবু করম হায়না খুন্দা লৈতাহনগদবগে হায়বদু মহারাজ নর সিংহনা "পোলিটিকেল এজেন্ট" মেক্কুল্লোকতা শিন্নখি। য়াম্না হৈথোই শিংথোয়রবা বৃটিস ওফিসার অসিনা তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা কুকিশিং অসিবু খুন্দা লৈতাহনখি। মেক্কুল্লোকনা মশাগী ফুরিৎ খাওদগী পৈশা ফাওবা পুথোক্লগা কুকিশিংবু খুন্দাবদা মতেং পাংখি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মীওই খরনা হৌজিক্তি মনিপুর অসিবু থুগায়রগা মখোয়গী ওইবা তোঙানবা "কুকিগী লম" কৌবা লৈবাক অমা শেমগদবনি হায়দুনা খুৎলায় পায়রগা লান হৌবসু য়াওরি। মসিগী মচা খায়বা ৱারী লাইরিক অসিগী লোয়রমদাই শরুক্তা থেংনবিরক্কনি। মহারাজ নর সিংহগী মতমদসু নিংথৌ খুভম মুন্নবা নিংথৌমচা অহুম্না খৃঃ ১৮৫০ গী হৌরকপদা হোৎনখি। মখোয় অহুম্মক হাৎখি। মতিক মথৌনা মরিংজেল লৈরবা নিংথৌ নর সিংহ খৃঃ ১৮৫০ গী এপ্রিলগী তাং ১০ দা নোঙ্গাখি।[১৪১] মনাও নুপা দেবেন্দ্র সিংহনা নিংথৌ ওইখি। অদুবু ইকুই কুইথদনা প্রজা মীয়াম্না হান্নগী নিংথৌ মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি কছারদগী লৈবাক অসিদা থুংলরে হায়না পাও তানরকখি।

প্রজা মীয়াম্না মাবু হেন্না পাম্নরকখি। শামুপান চীংথক্তা, অমসুং অতৈ মফম খরদা মহারজ দেবেন্দ্র সিংহবু শৌগৎপা কাংবুগা লান শোক্লখি। নুমিৎ হুমনিমুক শোক্লরবা মতুংদা ঙমদুনা খৃঃ ১৮৫০ গী জুলাই থাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা চহি ১৯ শুরকপদা নিংথৌ ফম্বাল অনিরকশুনা কাখি।[১৪২]

মনিপুরগী নিংথৌ মচাশিংনা ঙহাক লৈতনা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী লান শোক্লবা অসিনা লৈবাক অসিদা লৈরিবা বৃটিস ওফিসারশিংনা করিগুম্বা থবক খরা বৃটিস সরকারনা তৌদ্রবদি মখোয়গী (বৃটিসকী) "মরু ওইবা" অদু মনিপুরনা তরাইনা লৌরগনি হায়না খল্লমই। মতম অদুদা বৃটিস সরকারগী অতোপ্পা লম অমগী মনুংগী ওইবা থরক্তা খুৎ থিংজিন্দবা হায়বা লৈঙাক ঙাক্লোনগী নিয়ম লৈজে। বর্মাগা বৃটিসকগী মরক্তা মনিং তম্বা মনিপুর অমা লৈবসি বৃটিসনা পাম্লমই। মতম অদুগী "পোলিতিকেল এজেন্ট" মেক্কুল্লোক্লা বৃটিস সরকারদা থাঙগৎখিবা প্রস্তাব অমগী মতুং ইন্না মহাকপু ৱাহৈ খরা মনিপুর প্রজাদা লাওথোকপা য়াহল্লমই। মনিপুর অসি বৃটিসকী মতেং য়াওদ্রবদি নোংমা বর্মানা অমুক লৌশিনখিবা য়াই হায়বসি লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা খল্লমই। অদুনা বৃটিস সরকারনা শাওনবা থবক তৌবসু পামখিদে। ঙহাক লৈতনা নিংথৌ মচা মশেল ফম মুন্নবা লেপ্পবা মেক্কুল্লোক্লা অসুম্না লাওথোকখি ঃ "...বৃটিস সরকারনা হৌজিক্কী নিংথৌ (চন্দ্রকীর্ত্তি) অসিগীদমক্তা লেপকনি। করিগীম্বা মহাকপু লৌথোক্লবা কনাগুম্বনা হোৎনরব্লবদি মীওই অদুবু মায়োক্লগনি অমসুং দন্দী পীগনি...।" বৃটিস সরকার কলকাত্তাদা লৈবনসু মেক্কুল্লোকতা খঙহনখি মদুদি মহাক্লা নিংথৌ অসিবু লমজিং লমতাকপিগদবনি। অমরোমদা নিংথৌ অসিনা মহাক্কী প্রজাশিংবু ওৎপি নৈবিবগী থবক অমত্তা চথহল্লোইদবনি। বৃটিস সরকারনা মুন্না খঙলে মদুদি মখোয়গী মতেং য়াওদনদি মনিপুর অসি মনিং মখা তম্না হিংবদা ৱাগনি হায়বসি। বৃটিসনা মতেং পাংদ্রবদি বর্মানা অমুক লান্দাশিল্লকপা য়াই, নৎত্রগা নিংথৌ মচা মশেল ফম মুন্নবদা লৈবাক অসি পুরা কাংখোং চাইখিবসু য়াই। বৃটিস সরকারনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী নাকন্দা লেপকনি হায়না লাওথোকখ্রবসু দেবেন্দ্র সিংহ অমদি মহাক্কী মচিন মনাও খরনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা লান হৌখি। মায় পাকখিদে।

চন্দ্রকীর্ত্তিনা চীক্লা লৈবাক্কী সাশন চলাইব্রা হৌরকখি। বৃটিসকী মনিপুরদা লৈরিবা "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী ফম অসি মেক্কুল্লোক্লা পোথাখ্রবা মতুংদা মতম খরা মুথৎলুরে। অদুবু মনিপুরগী নিংথৌনা বৃটিস সরকারদা খঙহনখি মদুদি "পোলিটিকেল এজেন্ট" অসি লৈত্রবদি লৈবাক অসি শান্তি লৈতবা য়াই লোয়নন বর্মানা লান্দারকপসু

য়াই। অদুনা মেক্কুল্লোকপু অমুক হন্না "পোলিতিকেল এজেন্টি" ওইনা হাপ্লমই।[১৪৩] অকোনবদা মেক্কুল্লোক্না থবক্তগী পোথাখ্রবা মতুংদা লাকপা "পোলিতিকেল এজেন্ট" শিং অদু থবক থৌশিল কয়াদা হৈথোই শিংথোইখিদে। মনিপুর সরকারগা অফবা মরি থম্বসু ঙমখিদে। অসুম্না সুম চত্থরকপনা জেমস জোনষ্টোন্না "পোলিতিকেল এজেন্ট" ওইবা মতমদদি মনিপুর সরকারগা বৃটিসকা মরি থরা অমুক ফগৎখি। হায়রিবা মতমসি চাওরাক্না খৃঃ ১৮৭৭ কী অদুৱাইদনি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহদগী নিংথৌ খুভম মুন্নবা ইরেংবা থুন্দাংবা কৌবা মীওই অমনা লান হৌনবা মীচং খোম্লগা শেম শাখি। পাও অসি মনিপুরগী য়াম্না মরু ওইবা লান্মী লুচিংবা থাঙ্গাল মেজোর (কোন্না থাঙ্গাল জেনরেল) দা য়ৌখি। মেজোর থাঙ্গালনা মহারাজদা অমুক পাও পিখি। লান অসিগী মরমদা মনিপুরদা লৈবা বৃটিসকী "পোলিতিকেল এজেন্ট" সার জেমস জোনষ্টোন্না মতম অদুগী অসামগী চিফ কমিস্নারগী সেক্রেটরিদা মখাগী অসুম্না ইরমই : (য়াম্না তেনশিন্না) "...চাওরাক্না খৃঃ ১৮৮১ গী জুন থা লোয়রমদাইদা (মনিপুর) তম্পাক্কী খা নোংপোক্তা লৈবা নিঙেল হায়বা মফম অসিদা থুম শাবগী থবক তৌবা ইরেংবা কৌবা মীওই অমনা লান হৌনবা শেম শাখি। মহাক অসি শাগে নাতে অফবা অমসুং নিংথৌমচাগী ধারনি হায়না মহাক্না (ইরাংবনা) হায়। শেল থুমগী ফিভম চাদবদগী ইচম চম্বা থবক অমা তৌবগী ৱানি। মহাক্না মী ২০০ রোম্না ওইবা লান্মী কাংবু অমা শেমখি। মখোয় খুৎলায় মতিক চানা পায়রমদে। হায়রিবা মীওইশিং অসি নিঙেল, চন্দ্রখোং অমসুং অনকপা অদুৱাইগী মীওই ঙাক্তনি। মহারাজনা (চন্দ্রকীর্ত্তি) বলারাম সিংহ অমসুং মেজর শামুনা লুচিংবা লান্মী কাংবু অমা থাদুনা লান অদুবু নমথখি। লুচিংবা কয়া হাৎখি। ইরেংবা থুন্দাংবসু হাৎখি অদুগা বন্দী কয়া ফাদুনা পুরকখি। ফাদুনা পুরকপা বন্দী খরদি থাঙ্গাল মেজোরনা বিচার তৌদনা হাৎখি হায়। লান অদু নমথবদা থোয়না লুনা থোকখিদে। ইরেংবা থুন্দাংবা অমসুং মহাকপু তেংবাংখিবা মরু ওইবা মীওই খরদি হাৎলবা মতুংদা অশিবা হকচাংশিংদু লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা নুমিৎ খরা নুংশাদা ফৌদুনা থমখি।"[১৪৪]

শাংলবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা পামদবা থৌদোক কয়া থোকখ্রে। অসিদসু নত্তনা চমজখ্রবা লৈবাক অসিগী প্রজা কয়াসু লৈবাক অসিদা পানখিবা নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌ কয়াগী মখুত্তা "অরানবা মরাল" শিজিন্নগা অঙাং ওলহনখিবা কয়া য়াওখ্রবনি। অসিসু থোক্তবা নত্তে। লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংনা মখোয়গা লনায় ওইনা

য়ানদবা মীওইশিংসু মরাল অমা পীশিল্লগা বন্দী ওইনা থমখিবা নৎত্রগা অঙাং ওলহনখিবসু য়াওই। অরোয়বদা লিশাং শিৎনা চহি চা কয়াদগী ৱারক্লিবসি মীচম প্রজাশিংনি। হৌজিকসু অদুম অৱাবা খাংলি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মনিপুর অসি অমুক মরাই চায়থবা হৌরকখি। লৈবাক অসিনা সমস্যা কয়ামরুম থেংনবা হৌরকখি। মহাক্কী মমা তিন্নদবা মচা নিপালগী মরক্তা অমগা অমগা য়াম্না চাওনা মোৎ খেন্নরমই। মহাক লৈত্রবা মতুংদা মচানিপা অহল সুরচন্দ্র সিংহনা নিংথৌ ওইরগা মনাও নিপা কুলচন্দ্র সিংহনা যুবজার অমসুং অতোপ্পা মনাও নিপা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা সেনাপতি ওইখি। সুরচন্দ্র সিংহ অসি য়াম্না মথৌনা, মপাঙ্গল কন্নবা নিংথৌ হায়বদু ওইখিদে। সেনাপতি ওইরিবা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহগা অতোপ্পা নিংথৌমচা পাকা সনাগা য়াম্না চাওনা থবক খুদিংমক্তা মোৎ খেন্নরমই। নিংথৌ মচা মচিল মনাও মরক্তা মোৎ খেন্নরকপা, অমসুং মহারজগী মায়োক্তা থবক কয়া তৌরকপদগী, সুরচন্দ্র সিংহ নে তানা লৈবাক সাশন তৌবা ঙমখিদে। করিগুম্বা ভাব তান্নদবা, পাও ফাওনবা ৱাৎপদগী মনাও নিপা জিলা সিংহ অমদি অঙৌসনা সিংহনা মখোয়বু মতেং পাংবা মীওই খরগা মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহনা লৈরিবা কোনুংগী য়ুমদা খৃঃ ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ গী নুমিদাংদা শম্বল খারিবদু কাখৎলগা নোংমৈ কাপশিনখি। সুরচন্দ্র সিংহ "নিংথৌ খুভম থাদোক্লগা" মতম অদুগী "পোলিতিকেল এজেন্ট" ওইরিবা গ্রিমৱুদকী ময়ুমদা মতেং ফংগদ্রা হায়না চঙখি। মতম অদুগী "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী ময়ুম অদু কংলাগী অনকপদা লৈবা হৌজিক্কী রাজ ভবন অসিদা ওইরমই। নোংমৈ কাপ্পগী "অয়ৌবী খোঙথাং" অসি মহারাজগী মনাও জিলা সিংহ অমদি অঙৌসনা সিংহনা থাওজিনখ্রবসু সেনাপতি তিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মতেং য়াওদনদি তৌবা ঙম্লোই হায়না খল্লখি।[১৪৫] মচিল মনাওশিং অসি কাংবু অনি থোক্লা খায়দোকখি - কাংবু অমনা সুরচন্দ্রসিংহনা লুচিংবা অদুগা মখা তানা নিংথৌ ওইনবা হোৎনখিবা, অদুগা অতোপ্পা কাংবু অমনা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা লুচিংবা, নিংথৌ খুভম পায়নবা হোৎনখিবা মীওইনি। নাকল অনিদগী খরা থাপলপ লৈখিবা যুবরাজ কুলচন্দ্র সিংহনা সুরচন্দ্র সিংহনা "নিংথৌ খুভম থাদোক্লগা" চেনখ্রবগী মতুংদা নিংথৌ ওইরে হায়না লাওথোকখি। তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু যুবরাজ অমসুং অঙৌসনাবু সেনাপতি হাপখি। মতাং অসিদা বৃটিসনা মনিপুরগী মনুংগী ওইবা রাজনিতিদা খুৎথিংজিনবা হৌরকখি। বৃটিসশিংনসু য়াম্না মুন্না খঙখি মদুদি মশা মউ ফবা, লাম্মী ওইবা য়াবা মনিপুর মচা লিশিং কয়া "চহি তরেৎ খুন্তাকপদা" বর্মাগী অৱা লাম্মীশিংনা হাৎখ্রে নৎত্রগা বন্দী ওইনা পুখ্রে হায়বসি।

বৃটিস সরকারনা খঙলমই মদুদি তিকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং পকা সনা অনি অসি মনিপুরদা লৈত্রবদি নিংথৌ পানবা লৈবাক অসিদা মখোয়না তৌনিংবদা তৌবা য়াগনি হায়বসি। মরম অদুনা বৃটিস সরকারদা কুলচন্দ্র সিংহবু মনিপুরগী "মহারাজ" ওইনা শক খঙবীয়ু হায়বদু য়াখিদে। মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহসি তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা হায়বদা ইয়া য়াবা নিংথৌনি হায়না বৃটিসশিংনা খনখি। কুলচন্দ্রবু "মতম খরগী লৈবাক ঙাকপা মীওইনি" হায়বদি বৃটিসশিংনা য়াখি। মহারাজ ওইনা মশক খঙউ হায়বা য়াখিদে। বৃটিস সরকারনা ওইরক্লিবা ফিভম অসি য়াম্না কুপ্না য়েংশিনখি। কুলচন্দ্র সিংহবু মহারাজ ওইনা বৃটিস সরকারনা মশক খঙবা তারবদি মনিপুরগী নিংথৌ অসিনা ৱাফম খরা য়াবা তাখি। ১) "পোলিতিকেল এজেন্ট" পু মহাক্কী ময়ুমদা সিফাই ৩০০ থম্বা কুলচন্দ্র সিংহনা য়াগদবনি। ২) কুলচন্দ্র সিংহনা লৈঙাক সাশন চত্থবদা "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী পাওতাক লৌগদবনি। ৩) কুলচন্দ্র সিংহনা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু মনিপুরগী মপান্দা থাদোকখিবদা অয়াবা পীগদবনি অমসুং ৱাফমশিং অসি থবক ওইনা ওহ্লোরব্বা হোংনবদা বৃটিস সরকারদা নিংথৌ অসিনা মতেং পাংগদবনি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসি কুলচন্দ্র সিংহ মশাদা হান্না খঙহন্দনা থবক ওইনা পাংথোক্লব্বা বৃটিস সরকারগী অসাম লৈবাকপু য়েংশিল্লিবা অসামগী "চীফ কমিস্নার" জে. দব্লীয়ু কুইনতন্না লাম্মী ৪০০ পুরক্লগা মনিপুরদা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তাং ২২ দা থুংলখি। লাম্মীশিং অদু ৪২ অমসুং ৪৪ শুবা "গোরখা রেজিমেন্টশিং" দগী ঙাক্তনি। কুইনতন্না লাক্লিঙৈদা মহাক্কী মখাদা লৈবা "অসামগী এসিষ্টেন্ট কমিস্নার" লেফটনেন্ট পি. আর গোরদোনবু ৪৩ শুবা "গোরখা রেজিমেন্ট" কী সিফাই ১০০ মুক্তা মনিপুরদা হান্না থাজিল্লকখ্রবনি। গোরদোনবু মনিপুরগী ফিভম কুপ্না য়েংশিন্নবা খঙহল্লকখ্রবনি। য়াম্না লৌনম লৈনা শিল্লকখিবা থৌওংনি। "পোলিতিকেল এজেন্ট" গ্রিমবুদনদি গোরদোন্দা হান্না খঙহনখ্রবনি মদুদি তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফারগা মনিপুরগী মপান্দা থমখিবা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। অদুসু যুবরাজ অসিগী কোনুংদা লৈবা ময়ুমদগী ফাগদৌরিবনি। বৃটিসনা চত্থরিক্লিবা থবক থৌওংশিং অসি নিংথৌ মচাশিংসি মখোয় মশেলগী মরক্তা য়াম্না চাওনা মোৎ খেনরক্লে হায়না খঙলবা মতুংদনি। করিগুম্বা মখোয়না "অমত্তা" ওইরমলবদি লৈবাক অসিগী ইতিহাস অসি অতোপ্পা অমা ওইরম্বা য়াই।

মনিপুরদা থুংলরবা মতুংদা কুইনতন্না গ্রিমবুদতা মনিপুরগী লৈঙাক সাশনবু য়েংশিল্লিবা "দরবার" গী মেম্বরশিংগী মিতিন অমা ফম্নবা শিল্লু হায়খি। অহানবদা গ্রিমবুদনা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফাবা হায়বসি য়ানিংখিদে। অদুবু মথক থোঙবা

ওফিসারগী মায়োক্তা ৱা কন্না ঙাংবা ঙমখিদে। "দরবার" গী মেম্বরশিং অদু নিংথৌমচশিং অমসুং মতম অদুগী মরু ওইবা মীওইশিংনি। মতম অদুগী "দরবারগী" মেম্বর অদু হৌজিক্কী "কেবিনেট" মিনিষ্টর অমগা হায়ফেৎ মান্নে হায়না লৌবা য়াই। অদুগুম্বা দরবারগী মিতিন অদুদা কুইনতন্না ঙসাই মথক্তা পঞ্জখ্রিবা বৃটিস সরকারনা থমখিবা ৱাফমশিং অদু লাওথোক্কদৌরিবনি। গ্রিমৱুদনা কোনুংদা চৎলগা বৃটিস সরকারনা শিল্লিবা থৌওং অদুবু কুলচন্দ্র সিংহদা খঙহনখি। বৃটিসকী থৌওং অদু মনিপুরনা য়ারমদে। কুইনতন্না অইবা চে অমদা খঙহনখি মদুদি করিগুম্বা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহ অসি চঙজরক্তরুবদি মহাকপু ফাগনি হায়না। কুলচন্দ্র সিংহবু "মহারাজ" ওইনা মশক খঙবা হায়বসে তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা বৃটিসতা চঙজরক্লবা মতুংদা ওইগনি। ওইরক্লিবা ফিভম অসি তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা সমিন ফংখি। মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহনা "দরবার" গী মিতিন লাকপদা মহাকপু থোঙ্গান্দা ঙহাক ঙায়হনখি। মহাক্কী মনাও নিপা যুবরাজ অমসুং সেনাপতি "দরবার" মিতিন য়াওবা লাকখিদে। "দরবার" মিতিন য়েথোকখি। অসিগুম্বা বৃটিস ওফিসারশিংগী মরু ওইনা কুইনতনগী অচাওরম কাবা মওং মতৌ অসিদা মরৈবাক নিংবা মনিপুরী মচা কয়াগী থম্মোইদা নুঙাইতবা ফাওখি। য়াম্না শাওহনখি। বৃটিসকী ৱাফমশিং অদু খন্ননবা খৃঃ ১৮৯১ গী মার্চ তাং ২২ গী নুংথিলদা অমুক উনখি। ৱা অমত্তা খন্নখিদে। কুইনতন্না তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু কোনুংদগী ফাগনি হায়দুনা কুলচন্দ্র সিংহদা খঙহনখি। তিকেন্দ্রজিৎ সিংহবু বৃটিস ওফিসারশিংনা ফাগনি হায়বা পাও অসি মী অয়াম্বনা খঙনরকখি। মহাকপু শৌগৎপা মীওইশিংনা খুৎলায় কয়ামরুম খোমগত্তুনা মহাক্কী ময়ুমদা য়ারেক্তুনা লৈখি।

ওইরক্লিবা নে-না তাদবা ফিভম অসিদা প্রজা কয়া মীপায়বা ফাওনরকখি। বৃটিস ওফিসারশিংনা মনিপুর মচাবু উশিত্তবা অদুগা মশামক্কী লৈবাক্তা নিংথৌ মচা অমবু ফাদবা য়াদে হায়দুনা শিখাং খাংদুনা লৈবসিদা মীওই কয়ানা ওফিসারশিং অসিদা খুৎ থানিংবনা প্রোক প্রোক চাকখি। চুমই, মনিপুর মচাশিংনা খঙই বৃটিসকী লান্মীশিংনা মখোয়দগী হেন্না অফবা খুৎলায় পায় হায়বসি। অদুবু মখোয়গী থম্মোইনুংদা লৈজরিবা মরৈবাক নিংবগী ঈ অমসুং মমা লৈবাকপু কন্নবা হোৎনবদা থৱাই থাদোকপা ঙম্বগী শক্তি অদুনা বৃটিস মচাশিং অদু য়াম্না লুনা লৌরমদে। করি থোক্লগদবগে হায়দুনা মীওই অয়াম্বগী পুক্লিংদা লাংতক্লরবসু মার্চকী তাং ২২ গী নুমিদাং অদু ইচিক চিকখি। বৃটিস ওফিসারশিংনা নুমিৎ অদুগী "দরবার" গী মিতিন্দা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহ য়াওগদবনি হায়রবসু মহাক লাকখিদে। "দরবার" মিতিন ফমখিদে। মার্চ তাং ২৩ গী অয়ুক

পুং ৮ দা "দরবার" গী মিতিন অমুক কৌখি। য়েথোক্তুনা নুমিৎ অদুগী পুং ১ তাবদা অমুক কৌখি। কনা অমত্তা লাকখিদে। মখোয়না খঙখি মদুদি মনিপুরগী লান্মীশিং অসি মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহগী কোনুং তম্না চঙশিনখ্রে হায়বসি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা ৪৪ শুবা "গোরখা রেজিমেন্ট" কী কেপতেন বোইলিওনা মখোয়দা লান্দারকপা য়াই হায়না খল্লমই। মহাক্না মথক থোঙবা ওফিসার কর্নেল সি. এমসি. দি স্কেনেদা পাও পীরমই। স্কেনেনা লেফটনেন্ট ব্রেকেনবুরি অমসুং কেপতেন বুটচরবু লান্মী পুরগা তিকেন্দ্রজিৎকী কোনুং মনুংগী য়ুমবু নোঙাল্লমদাইদা কোয়শিল্লগা মহাকপু (তিকেন্দ্রজিৎপু) ফান্নবা খঙহনখি। কর্নেল স্কেনেনসু লেফটনেন্ট লুগার্দপু লান্মী খরগা লোয়ননা ব্রেকেনবুরি অমসুং বুটচরবু মতেং পাংনবা খঙহনখি। মখোয়না তিকেন্দ্রজিৎ ফাগদৌরিবা মতম অসি মার্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক্কী পুং ৫ তাবদনি।

বৃটিস ওফিসারশিংগী ঙকচাও থেকপা লমচৎ শাজৎ অমদি অচাওরম কাবা মওং মতৌ অসিনা মনিপুরগী লান্মীশিংদি মখোয়গী লুচিংববু কনগে অমসুং য়েক্লববু মায়োক্লগে লেপখ্রে। বৃটিসনা থমখিবা ৱাফমশিং অদু মনিপুরনা য়াখিদ্রবা মতুংদদি অসামগী চীফ কমিস্নার, লান্মী কাংবু অদুগী লুচিংবা কর্নেল স্কেনেনা মার্চ তাং ২৪ গী অয়ুক্তা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহগী ময়ুম কোয়শিনখি। নাকল অনিগী নোংমৈ কাপ্পবা অদু চাওরাক্লা অয়ুক্কী পুং ৬ তগী হৌখি। লেফটনেন্ট ব্রেকেনবুরি, মহাক্কী মীওই ২০ মুক অমসুং মশিং য়াম্লবা মনিপুরগী লান্মীশিং নোংমৈ কাপ্পবা অদুদা য়াম্না শাথিনা শোকখি। নোংমৈ কাপ্পবা অদু নুংথিলগী পুং ৪ অদুৱাইফাওবা চত্থখি। নুমিদাংদা অশোকপনা মরম ওইদুনা লেফটনেন্ট ব্রেকেনবুরি শিখি। অদুম ওইনমক য়েক্লবশিং অদুনা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহ ফাবদি ঙমখিদে। থৌদোক অসিদগী মনিপুরগী লান্মীশিংনা শিরবসু শিনা বৃটিসকী লান্মীশিংগা লাম্থেংনগে হায়না চপ য়ুংনা লেপখি।

ওইরক্লিবা লুশিল্লক্লিবা ফিভম অসিদা নাকল অনিমক খজিক্তুং খোঙফম হন্দোক্লখি। নাকল অনি পাও ফাওদোক ফাওজিন তৌনরবা মতুংদা নোংমৈ কাপ্পদবা হায়দুনা য়ানখি। নুমিদাংগী পুং ৮ অদুৱাইদা কুইনতন, স্কেনে, গ্রিমবুদ, লেফটনেন্ট সিম্পসন, অসাম চীফ কমিস্নারগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি দব্লীয়ু. আইচ. কোসিনস মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ উনবা চৎখি। মনিপুরগী লান্মী লুচিংবশিংনা বৃটিসগী লান্মীশিংবু "করিগুম্বা ৱাফম অমত্তা থমদনা" খুৎলায় থাদোক্লবা খঙহনখি। বৃটিসকী ওফিসারশিংনা কুলচন্দ্র সিংহ অমসুং তিকেন্দ্রজিৎ সিংহগা হকথেংননা ৱারী শান্নবা পাম্লমই। কোনুংদা মখোয়বু "দরবার" গী মিতিন তৌফম কাজাও লোমদা পুশিনখি।

“দরবার” গী মিতিন চখখি। মিতিনদা তিকেন্দ্রজিৎ সিংহনা বৃটিস ওফিসারশিংদা খুৎলায় থাদোক্লগা চঙজনবা খঙহনখি। বৃটিস ওফিসারশিংনা বৃটিসকী ভারত্তা লৈরিবা সরকারগী অপাম্বা ৱাফমশিং অদু থবক ওইনা ওন্থোকপা পাম্বগী ৱা হায়খি। করিগুম্বা ৱারেপ অমত্তা লৌবা ঙমদবদগী কুইনতন্না মখা তানা খন্ন-নৈনবা পামখি। মতাং অসিদা “দরবার” গী কাজাও মপান্দা লৈরিবা বৃটিসকী লান্মীশিংগা নোংমৈ কাপ্লবদা মরি মতা, মরুপ মপাং শিখ্রবা প্রজা কয়ানা বৃটিসকী ওফিসারশিং অদুবু দন্দী পীবা পান্নমই। অসুক্কী মতিক চরাং খোইরাংনরমই নুমিত্তু। বৃটিস ওফিসারশিংনা “দরবার” গী কাজাও অদুদগী থোক্লকপদা মীয়াম্না মখোয়বু তান্নরমই। গ্রিমবুদনা অঙৌসনাদা মখোয়বু ঙাক শেন্নবা সিফাই খরা পীয়ু হায়রমই। সিফাই য়াওনা য়াওনা মখোয়বু অমুক মীয়াম্না তান্নরমই। লেফটনেন্ট সিম্পসন্দু মীয়াম মরক্তগী মীওই অমনা তা লংলকপদা মকোক্তা পানখি। অদুবু মনিপুরগী সিফাই অমনা মহাকপু মফম অমদা পুথোকখি। গ্রিমবুদসু তা লংশিল্লকপদা মকোক্তা পানখি অদুগা খুদক্তা শিখি। লেমহৌরিবা বৃটিস ওফিসারশিং অদু “দরবার” গী কাজাওদা পুশিনখি। প্রজাশিংনা শাওবা হেঙ্গৎলকপা অদুদা তিকেন্দ্রজিৎনা মনিপুরগী সিফাইশিংদা মপানগী মীওইশিং অদুবু ফজনা ঙাক শেন্নবা খঙহনখি। অকোনবা ফমখিবা “দরবার” গী মিতিন অদুদা মনিপুরগী মরু ওইবা ফম্নাইবা জেনরেল থাঙ্গালসু য়াওখি। মহাক অসুক্কী মতিক মরৈবাকপু নুংশিজবা মীওইনি। বৃটিস ওফিসারশিং অদুগী ঙকচাও থেকপা ৱাঙাং শাঙাং অদুদা মহাক অসুক্কী মতিক মথৱাই নুঙাইরমদে। মনিপুরগী মীয়ামশিং অদুনা মরি মতা শিখিবগী লমন খুমনিংবনা মমিৎতা ঈ কারমই। ফিভম অদু অসুক্কী মতিক লুশিল্লকখি। খোঙফম অমা শোয়খিবদা কিনিংঙাই ওইবা থৌদোক থোকপগী তাঙ্কক অদু য়ৌরমই। করিগুম্বা ভাব তান্নবা অমসুং পাও ফাওনবা ৱাৎখিবদগী বৃটিসকী ওফিসারশিং অদু মফম অদুমক্তদা অঙাং ওলহনখি। “পোলিতিকেল এজেন্ট” কী ময়ুমদা লৈহৌরিবা বৃটিসকী ওফিসারশিংদি কেপতেন বোইলিও, কেপতেন বুদস, লুগার্দ, কালভব অমসুং গ্রিমবুদকী লোয়নবী ইথেল সেন্ট ক্লাইর গ্রিমবুদনি। মখোয়না খনখি মদুদি ৱারী শান্নরগা নাকল অনিমক্তা শান্তি পুরকপগী খুদোং চাবা অদু লৈত্রে হায়না। অদুনা তুমিন্না “গোরখা” লান্মী ২০০ রোম পুরগা “পোলিতিকেল এজেন্ট” কী য়ুম অদু থাদোক্তুনা চৎখি। কোন্না লখিমপুর, কছারদা তেক্তা কায়দনা থুংখি। মখোয়না খনখি মদুদি চীফ কমিস্নার অমসুং মহাক্কা লোয়নখিবা মীওইশিংদু মনিপুরগী লান্মীশিংনা ফাজিনখ্রে।




**BATTLE FIELDS 1891**

British Government of India declared war against Manipur on 31st March, 1891 and planted Union Jack on 27th April 1891, 7 a.m. at Kangla (Imphal)

British Camp : ■

Meitei (Manipuri) Camp : ▲

*Source : Manipur Archives*

## বৃটিসকী মখাদা মনিপুর

মনিপুরদা থোকখিবা থৌদোক অদু তারবা মতুংদা ইকুই কুইথদনা বৃটিসনা লৈবাক অসিদা মায়কৈ অহুমদগী লান্দাশিল্লকখি। পুন্না লান্মী ৮০০০ লোম কোহিমা, শিলচর (কছার) অমসুং তমুরোমদগী মনিপুর তন্না চঙশিল্লকখি। শিলচর রোমদগী লাকপা লান্মীগী লুচিংবা মেজর জেনরেল আইচ কোলেটপু মায়কৈ অতৈদগী চঙলকপা লান্মী পুন্নমক্কী লুচিংবা ওইনা হাপখি। কোহিমা অমসুং তমু (বর্মা) রোমদগী লাকপা লান্মীশিং অদু কর্নেল আর আইচ এফ রেননিক অমসুং ব্রিগেদিয়ার জেনরেল টি: গ্রাহামনা মথংশিংনা লুচিংলকখি। বৃটিস অমসুং মনিপুর নাকল অনিমক অকনবা লান অমগী শেম শাখি। মতাং অসিদা মনিপুর অমদি লৈবাক অসিগী মপান্দা লৈবা মনিপুরীশিং খোয়রাং খোয়শাওনরমই। করি থোক্লগবা হায়না লাংতক্লখি। মনিপুরী লিশিং ৩৫,০০০ রোম কছারদা লৈরমই। মনিপুরী লিশিং কয়াসু শিলেৎ, ধাকা, শিলোং, গোলাঘাট, নবদ্বিপ অমদি অতৈ মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরমই। বৃটিসনা তৌরিবা মওং অদুদা মখোয় পেন্দবা, শাওনিংবা কয়া ফাওখি মরমদি মনিপুর অসি মখোয়গী মমা লৈবাক্কি হায়না লৌজে। মনিপুরদসু মশা মউ ফবা নহা পুন্নমক মমা লৈবাকপু কন্নবা শেম শাখি। জেনবেল থাঙ্গালনা অকনবা লান অমগীদমক শেম শারমই। মরৈবাক নিংলবা মনিপুরীশিং মশাদা ঈ মরিক অমা লৈরি ফাওবদি য়েক্লবগা মায়োক্নবা শেম শারমই। মহারাজ কুলচন্দ্রনা প্রজাশিংদা লানগী শেম শানবা হায়বদা মনিপুরী চা কয়া লান য়াওবা খোরকখি। অকক্লবা লুচিংবা খরা অখন্নবা লানফমশিংদা লুচিংহনখি। কোনুংদা পাও ফংখি মদুদি বৃটিস লান্মী অৱাং থংবা মায়কৈদা চঙলকলে হায়বসি। মতিক চাদবা খুৎলায় পায়দুনসু মনিপুরগী লান্মীশিংনা অকনবা লান থেংনখি। হন্দুনা চেনখিদে। খ্বাইদগী মরু ওইবা লান হৌজিক্কী থৌবাল জিলাগী খোংজোমদা শোক্লখি। খোংজোম অসি ইম্ফালদগী খা-নোংপোক্তা কিলোমিতর ৩৫ মুক চৎলগা লৈবা মফম্নি।

মনিপুর অমসুং বৃটিস অনিগী লান অসি তৌরমদবসু য়াই করিগুম্বা অসামগী চীফ কমিস্নার কুইনতন্না মনিপুরগী নিংথৌ অমদি ফম্নাইবশিংবু খজিক্তং ইকাই খুম্নরম্লবদি। নৎত্রগা বৃটিস সরকারনা মনিপুর অসিবু নমফুদা লৌশিল্লগে হায়বগী "থৌওং শিনবা" লৈখিব্রা? বৃটিসনা মনিপুরবু মখোয়গী মথক্তা "লান হৌই, নমথাক তৌই" হায়না মরাল শিরবা মতুংদা লান্দাশিল্লকখবনি। করম হায়না মখোয়না মনিপুরবু মরাল শিরিবনো হায়বসি হংবা য়াবা ৱাহংনি। মতম অদুদা মনিপুর বৃটিসকী মখাদা লৈতবা, মনিং তম্বা লৈবাক অমনি। কুইনতন্না মনিপুরদা লাকখিবদা মহাকপু অসুক্কী

মতিক হরাও তরাম্না ওকখি। মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাক্না মনিপুরগী মায়োক্তা থবক কয়া চত্থরকখি।[১৪৬] মনিপুরগী লান্মীগী মরু ওইবা মীওই কাঙবা মেজোরনা লান্মী ৭০০ পুদুনা হৌজিক্কী সেনাপতি জিলাদা লৈবা মাওদা কুইনতন অমদি মহাক্কী কাংবুবু ওকপা চৎখি। সেনাপতি অঙৌসনা অমসুং মরু ওইবা মীওই কয়ানসু অসামগী চীফ কসিস্নার অসিবু শেকমাইদা হরাও তরাম্না ওকখি। অসিদসু নত্তনা মীচম প্রজাশিংনা লম্বীগী মফম কয়াদা লফু, চু যুংদুনা লোয়ননা থাঙমৈ থান্দুনা য়াম্না ইকাই খুম্ননা কুইনতনবু হরাও তরাম্না ওকখি। মহাক্না ইম্ফালদা থুংলবা মতমদা অমুক্কসু নোংমৈ ১৩ রক কাপ্তুনা ইকাই খুম্নখি। কুইনতন্না থুংলবগা মহারাজ কুলচন্দ্রদা "দরবার" মিতিন তৌসে হায়রল্লগা মহাক "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী য়ুমদা চঙখি। কুলচন্দ্রনা মনাও অহুমগা লোয়ননা "দরবার" মিতিন তৌবা "পোলিতিকেন এজেন্ট" কী য়ুমদা চৎপদা কুইনতন্দু চাক চাদরি হায়দুনা থোক্লক্তে। পুং খরা ঙায়হনখি। অকোনবদা "দরবার" মিতিন তৌসি হায়বা য়াদবদগী মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং অঙম অথৌ খরা কোনুংদা হল্লকখি। "দরবার" মিতিন তৌসি য়াদবগী মরু ওইবা মরমদি তিকেন্দ্রজিৎ লাকখিদবদগীনি। অতোপ্পা লৈবাক্তা লাক্লগা মফম অদুগী নিংথৌবু পুং খরা হেন্না ঙায়হনখিবা হায়বসি লৈবাক মচা তাদবা, রাজনিতিগী চৎনবী খঙদবা মীওইনি হায়না অখঙ অহৈ মীওই খরনা কুইনতনগী মরমদা ইরমই। অমুকসু মনিপুরগী মহারাজ অমসুং অঙম অথৌশিংবুসু নমথাক তৌখি। নুমিৎ অসিদা (মার্চকী তাং ২৩, ১৮৯১) অসামগী চীফ কমিস্নারনা মহারাজ কুলচন্দ্রদা খঙহনখি মদুদি মহাক হয়েং (তাং ২৪ মার্চতা) চৎখ্রগনি অদুনা বেকারি (পোৎ পুনবা মী) পিয়ো, অদুগা "রাস লীলা" সু য়েংখিগে। নুমিদাং অদু বৃটিস ওফিসারশিংগী মমাংদা "রাস লীলা শান্নখি।"[১৪৭] মদুগী অহিং অদুগী নোংঙাল্লমদাইদনি বৃটিস ওফিসারশিং অমসুং মখোয়গী লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লকখ্রিবসি। নোংমৈ কাপ্পা হৌবসি বৃটিসনা থমলম্বা চে-চাংদদি পুং ৬ অদুৰাইদগী হৌই হায়।

নোংমৈ মখোল তারবদা নুপী, অঙাং, নহা কয়া কায়দুনা চেন্নখি। নুমিৎ অদু নোংমৈ য়াম্না কাপ্নখি। কংলাগী অকোয়বদা লৈবা লৈকাই অয়াম্বদা বৃটিস লান্মীশিংনা চঙ চঙদুনা য়ুম কয়া মৈ থাখি, নোংমৈ কয়া কাপখি, নুপী, অঙাং মশিং খঙদনা চেন্নখি। য়েরুবগী লান্মীশিংগা মনিপুরগী লান্মীশিংগা কোনুং অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈবা লমশিংদা নোংমৈ কাপ্নখি। পুখ্রম্বা তংকো কৌবা অমনা য়েরুবগী লান্মী অমগা থাঙনা য়ান্নদুনা অনিমক নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপদা শিমিন্নখি। তাংখুল অনি অদুগা বামোন অমসু নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। বৃটিস লান্মীনা মিনুথোঙদা লৈবা পাঙল সরদার

(দসু সরদারসু কৌই) হায়বা অমগী য়ুমদা চংলগা নুপী অহুম অমসুং সরদার মশামকসু হাৎখি। মখোয়না খুলক্তা চঙদুনা উশম লৈকাই, য়াম্বেম লৈকাই, শাইখোম লৈকাই মৈনা থাদোকখি। য়াম্বেম তোলেনখোম্বা কৌবা মীওই অমবু ময়ুম মৈদগী কন্নবা হোৎনরিঙৈদা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। মনিপুরগী মরু ওইবা লান্মী খুম্বোং সুবেদার, লৈশাং জমান্দার, অথোকপা দেৱান নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। নুপী অঙাংগী মীকপ মীরাওখোলনা মফম অয়াম্বা পুমনিল নিলখি। পেন্দবা, শাওনিংবা, উপায় লৈত্রবা প্রজা কয়ানা মরৈবাকপু য়েক্লবদগী কনগনি হায়দুনা চোংথোরকখি। নুমিৎ তারমদাইদা কুইনতন অমসুং মহাক্কী কাংবুনা "পোলিতিকেল এজেন্ট" কী ময়ুমদা চঙখি। অমুকসু কংলাগী অকোয়বদা লৈরিবা থাঙ্গপাৎ পলিদা নোংমৈ কাপনখি। অথেংবদা বেঙ্গুন খোংদুনা নোংমৈ কাপ্নবা তোকখিসি হায়রকখি।

কোনুং মনুংদা তিকেন্দ্রজিৎ, অঙৌসনা, জিলাঙম্বা, নোংমাইথেম্বা, অঙোম নিংথৌ (গিরিধারী সিংহ), মাইস্নাম লুৱাং নিংথৌ (কর্নেল শামু), থাঙ্গাল, নিংথৌজাম্বা নহা রুপ লাকপা মীওইশিং অসিনা ওইরক্লিবা ফিভম খন্নখি। বৃটিসকী বেঙ্গুন মখোলনা লান তোকলসি হায়বদু মনিপুরগী বেঙ্গুন্না পাওখুম পিখি। চঙলক্কে হায়রবসু চঙলকউ হায়খি। "দরবার" মিতিন চখখি। তিকেন্দ্রজিৎনা অসুন্না হায়খি।

- "সাহেব (বৃটিস ওফিসারশিংদা) নখোয়না হায়বা ৱা ঐখোয়না য়াদে। বেকারি পিরো চংলগে হায়শিন্নরগা অহিংদা নোংমৈ কাপ্তুনা নুপী নহা য়াম্না শিরে। ঐবু (তিকেন্দ্রজিৎ) হাৎকে তৌবনি। নখোয়গী সরকার অসিদি বিচার চুমদে। মীনম্লে। ধর্ম্ম য়াম্না লৈতে। ঙসি নখোয়না তৌরিবসি নিংথৌনচিংবা মীওই কয়া হাৎকে তৌবনি। ঙমদবদগী তোকপনে। মৈতৈ ঐখোয় করি লানবা লৈবগে।"

মথক্কী ৱাহৈশিংসি তারবা মতুংদা কুইনতন্না অসুন্না খুল্লকখি।

- "লান তৌনররোইসি। ঐখোয় ফনরসি।"

- "অদু ওইরবদি নখোয়গী খুৎসু খুৎলায়; নোংমৈনচিংবা লৌরুরো," তিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গলানা হায়খি।

বৃটিস ওফিসারশিংদা মনিপুরগী মী ১০০ মুক শিখি হায়না খঙহনখি। অদুবু মখোয় খুৎলায় থাদোকউ য়াখিদে। বৃটিস ওফিসারশিং অদুনা তৌরম্লিবা থবকশিং অদু মরৈবাক নিংবা মীওই কনানা য়েংদুনা লৈবা ঙমগনি। অসুম তৌদুনা বৃটিস ওফিসারশিং অদু মথৱাই মাঙখি। মখোয় শিরবা মতুংদনি বৃটিসনা মনিপুর লৌশিল্লগে হায়দুনা লান্দারকখিবসি।

খোংজোম য়ৌরক্নিংঙৈদা বৃটিসনা মনিপুরগী লান্মীশিংগা হৌজিক্কী থৌবাল জিলাগী মফম খরদসু লান শোক্লখি। অয়োংথোঙদা চোংথা মেঙ্গোরগী খুৎপুগা কাপ্লবদা বৃটিসনা তকখায়রকখি। মনিপুরগী লান্মী ২০ মুক শিখি।[১৪৮] অথোকপম খুলসু য়েক্লবগী লান্মীশিংনা মৈ থাখি। অনকপা অদুৱাইদা তেঙ্গোল শাদুনা লৈখি। মনিপুরগী লান্মীশিংনা থুগায়বা ঙমখিদে। লান মনুংদা মী থাদুনা বৃটিসশিংবু মখোয়গী লৈবাক্তা হল্লো হায়না খঙহনখি। হল্ল্ য়াখিদে। "মখোয়না য়াদ্রবদি, ঐখোয়না ঙল্লবসু মখোয়না ঙল্লবসু লৈবাক পুন্নমক চঙলসি হায়না (ৱারেপ) লেপ্লখি।[১৪৯] অসুম তৌদুনা মরু ওইবা নিংথৌমচাশিং, য়েনখোয়বা মেঙ্গোর, চোংথা মেঙ্গোর, ৱাংখৈ মৈরাবানচিংবা পুন্নমক লান চঙখি। য়েক্লবশিংনা লৈপাক্তা কোম তৌদুনা লানবন শাখি। লৈবাক অসিগী লান্মীশিংনা য়েক্লববু নোংমৈ য়ান্না কাপশিন্দুনা কোয়শিনখি। য়েক্লবশিংদু কোমদগী থোকহল্লকপা ঙমখিদে। য়েক্লবশিংসি কোম মনুংদা লৈবদগী মখোয়বু নোংমৈনা শোকহনবা ঙমদরে অদুনা "থাঙ পায়দুনা খুৎনা ফংনা য়ান্নরসে" হায়না লেপ্লখি। থাঙ পায়দুনা য়ান্নবদা নিংথৌমচা মরু ওইবা কয়া অমসুং বৃটিস লান্মী কয়া শিখি। অশি অনা য়াওনরকপা, মচিৎ মচিৎ শোক্লবসিদা বৃটিসশিং হনখ্রগনি খল্লম্বদু তায়োন্নখ্রে। মহারাজ কুলচন্দ্রদা অনৌবা পাও লাক্লে মরমদি নোংপোক, নোংচুপ অমসুং অৱাংলোমদগী য়েক্লবগী লান্মীশিং লেপ্তনা চঙলক্লি হায়না। মহাক্না মীয়ামদা য়েক্লবগা লান তৌনবা চোংথোক্লক্কও হায়না খঙহনখি। মতাং অসিদনি পাওনমচা ব্রজবাসি, চোংথামচা মিয়া, হাওবমচা অঙাংহন্নচিংবা লৈবাক্কীদমক্তা চোংথোরকখিববু হান্না মেঙ্গোর হাপখ্রিবসি। লোংজাম্বা সুবেদারবু পোইলা হাপখি। নোংপোকলোমদা ৱাংখৈরাকপা মাইপাক, য়েনখোয়বা মেঙ্গোরনচিংবনা সিফাই ৭০০ পুরদুনা থৌবালদা লান ঙাকপা চৎখি। পাওনা ব্রজবাসি, চোংথা মেঙ্গোরসু সিফাই ৪০০ মুক্কা খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিল তাং ২০ দা থৌবালদা থুংখি। পাওনা ব্রজবাসিনা ৱাংখৈরাকপদা তোপ অমা পিরো অদুগা য়েক্লববু পলেলদা থেংনরুরগে হায়খি। ৱাংখৈরাকপনা "চীনথংবনা" তোপ পুবদি হৌনদে হায়দুনা পীখিদে। ফরবসু ফত্রবসু অদু মঙাইরে হায়দুনা নোংয়াইদা লান চঙখি। ৱাংখৈ মৈরাবসু ককচিং, পলেলদা চৎলো হায়দুনা চৎহনখি। অৱাংলোমদসু সিফাই ৮০০ মুক চত্তুনা য়েক্লববু থেংন্নবা শেম শাখি। অদুগা নোংচুপলোমদসু সিফাই ১০০০ রোম থাজিন্দুনা লাইমতোন্দা তেঙ্গোল শাদুনা লৈখি। কোনুংদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পুন্নমক মায়কৈ অহমদগী লানগী পাও ঙায়দুনা লৈখি।

পাওনা অমসুং চোংথানা খোংজোম তুরেল মপান্দা লান্মীশিংগী লানবন শাদুনা লৈখি। ৱাংখৈ মৈরাবনা চীংজীন্দা সিফাই পুদুনা য়েক্লবগী লান্মীশিং থিবদা ককচিংগী

মফম অদুরাইদা কাপ্পখি। মৈতৈ লান্মীশিংগী মথৌনা শিংথাবদা লোইররোইদবা রানি। মখোয়না খঙই য়েক্লবনা খুৎলায় ফবা হেল্লি হায়বসি। অদুবু য়েক্লবনা খুমাং চাওশিল্লক্লিঙৈদা তকথোক্লবা চৎলুবদা খুৎ থোক্লরকখিবনি। লুমদুনা লৈরম্বনিনা য়েক্লবনা হেন্না খুদোং চাখি। মৈরাবা য়াওনা মীওই ২০ শিখি অতৈনা নাম্থোক্লুনা চেনখি।[১৫০]

পাওনা ব্রজবাসি, চোংথা মিয়া অমদি মখোয়গী কাংবুনা খোংজোম তুরেল মপান্দা লানবন শাদুনা লৈরে হায়বসি বৃটিস লান্মীশিংনা খঙখি। য়েক্লবনা চীংদোন্দগী বোম অহুম্লক কাপলকখি অদুবু লানবনদা য়ৌরকখিদে। মরিরক শুবদা লানবন্দা তাখি। থৌনা লৈরবা মনিপুরগী লান্মীশিং খুমাং চাওশিন্না থবক তৌবা ঙমখিদে, খুৎশু-খুৎলায় ফত্তবনা মরম ওইরদুনা। মথৌনা মরিংজেলদি হনবা লৈখিদে। থরাই মাঙগনি হায়বগী করিমত্তা নাচুংবা লৈখিদে। পাওনা ব্রজবাসি অমদি চোংথা মেঞ্জোরনা থৌবালদা লৈরিবা রাংখৈরাকপা, য়েনখোয়বদা তোপ পীরকও অমসুং অহেনবা লান্মী থাজিল্লকও খঙহনখি। য়েক্লবগী "মরুনদি (ঐখোয়দা)[১৫১] য়ৌরে। ঐখোয়গী মরুনদি (মখোয়দা) য়ৌবা ঙমদরে হায়না পাও অহুমলক থাখি। অদুবু তোপসু পিরকখিদে, লান্মীসু থাজিল্লকখিদে। তোপ, লান্মী থাজিল্লক্তবসি 'ইবাই য়েনখোয়বা মেঞ্জোরনা পুকচেল ফত্তবা নিঙলবোই হায়দুনা লান্মী তেঙ্গোল ময়ায়দা পাওনা ব্রজবাসিনা শোন্দুনা কোয়না চৎখি।" হনবা কৌবা লৈত্রবা মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী থৌনানি। লানফম অদুদা লোংখাকপগুম পাওনা ব্রজবাসিনা লাওথরবখি ঃ "... লৈবাক মচাশা (য়েক্লবগী) মরুনদি য়ৌরে চেন্দুনা শিবদি ফত্তে। তোপসু পীরক্তে, লান্মীসু থাজিল্লক্তে। ঐখোয় পুন্নমক হিংলবোই। মায়সু ওল্লবোই।"[১৫২] হায়দুনা থাঙ অনি পায়দুনা য়েক্লবগী মায়কৈদা হোৎচিনখি। অসিগুম্বা পুক্লিং থৌগৎপা রাহৈশিং অসি তাবদা মনিপুরগী লান্মীশিং অদু মমা লৈবাক্কীদমক্তা য়েক্লবরোমদা পায়শিনখি। বোম, তোপ মরক্তা য়েক্লবা চা কয়া মনিপুরগী লান্মীশিংনা য়েন্দেম থরাক শোয়বগুম শোয়থখি। অদুবু মশিং য়াম্লবা, খুৎলায় মতিক চানা পায়বা য়েক্লবশিংগা কয়া কুইনা লাম্থেংনগনি। লৈবাক অসিগী লান্মীশিং নিংহন্নবা লৈতনা মমা লৈবাক্কীদমক মথরাই কৎথোকখি। মৈতৈ লান্মীগী থৌনা য়েক্লবশিংনা ফাওবা ফজনা খঙখি। খোংজোম লান্দা বৃটিস লান্মী লুচিংবা মরিশুবা গোরখা রেজিমেন্টকী কেপতেন এফ এম বন্দলনা তাং ২৫/৪/১৮৯১ দা মহাক্কী মথক থোঙবা ওফিসারদা পীবা পাওদম[১৫৩] অমদা অসুন্না ইরিং (য়াম্না তেনশিন্না) "... ঐখোয়গী লান্মীনা (বৃটিস) য়েক্লবগী (মনিপুর লান্মী) লানফম য়ৌরবা ফাওবা

মখোয়না (মনিপুর লান্মী) হন্দোকখিদে। ঐখোয়না নোংমৈ কাপশিনখি। মখোয়গী লৈপাক্তা তৌবা লোৎফম থুগায়খি। অদুবু অসুক্কী মতিক শাথিনা মখোয়না ঐখোয়গী মায়োক্তা লান্দাশিল্লকখি। অমসুং থাঙ, খুৎলায় পায়দুনা খুৎকা খুৎকা অকন্নবা মওংদা লান অদু চত্থখি. . .।" নুমিৎ অদু নোংঙালকপদগীনা নুমিদাংবাই ফাওবা শোক্লখি। মৈতৈ অয়াম্ববু কোয়শিল্লকখি। "পাওনা ব্রজবাসি, চোংথা মিয়া, সরদার পুন্নমক্লা মপা মপা চোঙশিন্দুনা য়ান্নরে। গুলিনা পান্দুনা মী য়াম্না শিরে।" য়েক্লবনা অতৎপা নাইদনা তকশিল্লক্লে। অদুদা মমাং থংবা তেঙ্গোলগী লান্মীশিং ব্রজবাসি য়াওনা মথৱাই থাখি। য়েক্লবসু ফনা য়াম্না শিখি। চোংথা মেঞ্জোরনচিংবা মীওই ১০০ মুক থাঙনা, তেন্না শোকখি। নুমিৎ তারকপদা বৃটিস লান্মীশিং মখোয়গী লানবনদা চঙখি। অদুগা থৌবালদা লৈবা মনিং থঙবা তেঙ্গোলগী ৱাংখৈরাকপা, য়েনখোয়বা অমসুং লান্মীশিং কোনুংদা হল্লকখি। উপায় লৈখিদে। প্রজা কয়া ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা লাঞ্জেন্নখি। খৃঃ ১৮৯১ গী এপ্রিলগী তাং ২৭ তা কোনুংদা বৃটিসকী ফিরাল "ইউনিয়ন জেক" য়ুংখিবগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী নিংতম্বা মাঙখি। জেনরেল কোলেটনা মনিপুর লৌশিল্লে হায়না লাওথোকখি।

মরৈবাক্কীদমক্তা কন্না লাস্থেংনখিবা তিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল বিচার তৌরবা মতুংদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি। বিচার অদু "ফজনা তৌখিদে হায়।" কুলচন্দ্র অমসুং অঙৌসনাবু কোন্না পুন্সিগী ওইনা মনিপুরগী মপান্দা লোই থাখি। নিংশিংবিবা য়াই। মশাগী লৈবাক্তা, য়েক্লবনা খুদুম চল্লবা মতমদা লৈবাক অসিগী নিংথৌ, নিংথৌমচাশিংবু অসুক্কী মতিক নুংশি হৈতনা তৌখি হায়বসি। মতাং অসিদা ৱা অমসু পঞ্জনিংই। মৈতৈশিংগীসু অশোয়বা লৈখিব্রা? অসুক্কী মতিক কন্না য়েক্লবগা লান শোক্লরিঙৈ মনুংদা, "কোনুংদা পাঞ্জীনা মহারাজ কুলচন্দ্রদা শনিগী বক্র থাগদবা নুমিৎ ৫ নি মঙাইরে, শ্রীগোবিন্দদা উৎসোব কৎপীয়ো হঙ্গৎলে।" নৎত্রগা য়াম্না লাই থাজবগী ৱা ওইগদৌরিব্রা? উৎসোব কৎলিঙৈদা য়েক্লবগী লান্মীশিংনা মায়কৈ কয়াদগী তপ্না তপ্না থোমজিল্লকখি। অকোনবদা য়েক্লবনা ঙমদুনা মীখা পোনবা লৈবাক ওইখি। মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অসি মনিং মখা তম্বা মনিপুরগী অরোয়বা নিংথৌনি।

# মনিপুর অমুক নিংতম্লকপা

তরামাপলশুবা শতাব্দীগী হৌরকপদা থোকখিবা পামদবা থৌদোকশিং থোক্লমদ্রবদি চহি চা কয়া চঙনা শেমগৎপীরম্বা মনিপুরগী ইতিহাস পুংতোন তোঙাল্লমগনি। লৈবাক্কী থৌ পুবা নিংথৌ মচাশিং, অঙম অথৌশিংগী মরক্তা লিংজেল মান্নদবা, ফম মুন্নবা অমসুং লুচিংবা ওইনিংবদগী মনিপুর অসি অসুক্কী মতিক লৈখা তাখিবনি। পামদবা থৌদোকশিং অসি থোকখিদে হায়বা য়ারোই। চহি তরেৎ খুন্তাক্ত্রিঙৈগী মমাংদা লৈরম্বা লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৪০০,০০০ দগী ৬০০,০০০ ফাওবা ওইরমই হায়না লৌবা য়াই।[১৫৪] বর্মাগী অৱা লান্মীশিংনা য়াম্না তমথিনা মীওৎ-মীনৈগী থবক চথখিবা, মীওই লিশিং কয়া বন্দী ওইনা পুখিবা অমসুং লিশিং কয়া অমনা লৈবাক অসি থাদোক্লগা চেনখিবদগী মনিপুরগী মীশিং অসি অসুক্কী মতিক হন্থখি। চহি তরেৎ খুন্তাকপগী মতুংদা লৈবাক অসিগী চীং তম অনিগী মীওই মশিং অসি চাওরাক্লা ৪০,০০০ গুম্বা ওইরম্বা য়াই হায়না বৃটিস ওফিসারশিংনা পান্নখি।[১৫৫] মমাংদা থোকখ্রিবা পামদবা থৌদোকশিং অসিদগী পরা তম্বা তাই। তুংগী অফবা মনিপুর অমা পুরক্নবা হোৎনবদা লিংজেল মান্নবা দরকার লৈ।

অমুকসু খন্থবা য়াই। মতম অদুগী মীওইশিং অদু তেক্তা-কায়দনা লৈরম্লবদি মনিপুর অসি খা-এসিয়াদা মপাঙ্গল কনবদা নক্তনা মশক থোকপা লৈবাক অমা ওইরম্বসু য়াই। ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরবসু হৌজিক্কী অচৌবা মপাঙ্গল কনবা রাজ্যশিং অসুম হায়না তৌরম্বা য়াই।

লান লোয়রবা মতুংদা বৃটিসনা মনিপুর অসি মখোয়গী মখাদা করম্না থমগদবগে হায়না ৱা খন্নবা হৌখি। ৱাফম অনি লাকখি। অহানবা ৱাফম্না মনিপুর অসি মখোয়না লৌশিল্লগা মসিগী লৈঙাক সাশন অসি হকথেংননা মখোয়না ঙাকপা। অনিশুবা ৱাফম্না "লৈবাক ঙাকপা মীওই" অমা থম্লগা মীওই অদু বৃটিসকী মখা পোনবনি হায়বসি মশাদা খঙহল্লগা লৈবাক সাশন চলাইবা। অসিগীসু মথক্তা মখোয়না লৈবাক অসিগী শেল থুমগী ফিভম, রাজনিতিগী ওইবা মওং মতৌ, হান্নদগী চৎনরকপা লৈঙাক সাশনগী মওংনচিংবা অসি য়াম্না কুপ্না য়েংশিনখি। ৱাফমশিং অসি কুপ্না খন্নরবা

মতুংদা মহারাজ নর সিংহগী মশুগী মশু চুরাচান্দ সিংহবু "রাজা" হায়বা মীংথোল পীদুনা ভারত্তা লৈবা বৃটিস সরকারগী মখাদা লৈবাক ঙাক্নবা ৱারেপ লৌখি।[১৫৬] অসুম তৌদুনা খৃঃ ১৮৯১ গী সেপ্টেম্বর থাদা মহারজ চুরাচান্দ সিংহনা বৃটিসকী মখাদা লৈবা মনিপুরগী নিংথৌ ওইখি। মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা অঙাং ওইবা মরম্না লৈঙাক সাশনগী থবক অসি হকথেংননা মতম অদুগী "পোলিতিকেল এজেন্ট" মেজর আইচ পি মেক্সৱেলনা য়েংশিনখি। বৃটিস সরকারনা মেক্সৱেলদা মনিপুরগী থায়নদগী লৈরকপা আইন, চৎনবিশিং অদুসু মহাক্না লৈঙাক সাশন য়েংশিল্লিঙৈদা ইকাই খুম্নবা পাওতাক পীরকখি। অহানবদা মেক্সৱেলনা নমফুদা থবক শুহনবা "লালুপ পুবগী" চৎনবী তোকহনখি। "লালুপ পুবা" হায়বসি থবক শুবা ঙম্বা নুপাশিংনা থা অমগী মতুংদা নুমিৎ তরানি নিংথৌগীদমক্তা লেম্না, পৈশা লৌদনা থবক শুগদবনি। মসিগী চৎনবি মুথৎপসিদা নুপাশিংনা নিংথৌগী লৌবুক্তা লৌ শুবা অমসুং থবক তৌবা অদুগী অৱাবদু খরা ফহনখি। লালুপ পুবগী চৎনবিগী মহুত্তা য়ুমগী খাজনা খোমগৎপা হৌখি। অদুবু বৃটিসকী লৈঙাক সাশন অসিবুদি প্রজাশিংনা তরাম্না ওকখিদে।

অহানবদা নিংথৌবু তাকপি তম্বীবা কেপতেন নত্তাল অমসুং মহাক্কী মখা থংবা ওফিসার জে জে দনলোপকী লৈফম য়ুমশিং অদু মশক খঙদবা মীওই খরনা খৃঃ ১৯০৪ গী মার্চ তাং ১৬ তা মৈ থাখি। অমকুসু কৈথেল ফম্বী নুপী ৩০০০ গী শঙ ২৮ মুক চহি অদুমক্কী জুলাই থাগী তাং ৬ তা মৈ থাখি। বৃটিস ওফিসারনা মনিপুরগী লৈঙাক সাশন্দা খুৎ থিংজিনবা অদুগী মায়োক্তনি হায়না লৌখি। মৈ থাখ্রবগী মতুংদা "পোলিটিকেল এজেন্ট" না হুকুম অমা থোকখি। মদুগী মতুং ইন্না মৈ চাকখ্রিবা য়ুমশিং অদু প্রজানা পৈশা পুথোক্লগা শাগদবনি। মসিদা প্রজাশিংনা য়ারমদে। খৃঃ ১৯০৪ গী সেপ্টেম্বর অমসুং ওক্তোবর থাদা প্রজাশিংনা অকনবা খোঙজং চঙশিন্দুনা হুকুম অদু হন্দোক্নবা দাবি তৌরমই। অদুবু সরকারনা য়াখিদে। মসিগী মতুংদা চাওরাক্না নুপী ৫০০০ রোম্না চহিদুগী ওক্তোবর তাং ৫ দা মীয়ামগী খোঙজং চত্তুনা হায়রিবা হুকুম অসি লৌথোক্কদবনি হায়দুনা লাওখি। মসিগী ইহৌ অসিবু "অহানবা নুপীলান" হায়না খঙনৈ। কোন্নথংদা য়ানবা অমা পুরকখি। মৈ থাবদা চেন্নৈ অমসুং ইহৌ অসিদা য়াওই হায়দুনা নিংথৌমচাশিংগী মরি মতা তরুক দন্দী পীখি। প্রজাশিংনা য়ুমদি শাখিদে। বৃটিসকী সাশন্না অফবা ফল খুদম ওইনা লম্বী ফহনবা, হিরম কয়াদা চাওখৎ খোঙথাংগী থবক পায়খৎপনচিংবা পুরক্লবসু মপানগী মীওইনা লৈবাক ঙাকপদু অঙনবা মতমদা য়াখিদে।

মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা আজমেরগী মেয়ো কোলেজদা লাইরিক তম্লুরবা মতুংদা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন অসি মঙোন্দা খৃঃ ১৯০৭ কী মেগী তাং ১৫ দা শিন্নখি। লৈবাক ঙাকপগী থবক অসি "মনিপুর ষ্টেট দরবার" না তৌখি। "মনিপুর ষ্টেট দরবার" অসি লৈবাক অসিগী সাশনবু চলাইনবা আইন অমগী মখাদা শেমখিবনি। হায়রিবা খৃঃ ১৯০৭ তা শেমখিবা লৈবাক ঙাকপগী নিয়মশিং অসি খৃঃ ১৯১৯ দা অমুক শেমদোকখি। মসি চীংগী লমশিং অসি লৈঙাক সাশন অসিগী মখাদা থম্নবনি। খৃঃ ১৯৩৫ দসু লৈবাক ঙাকপগী নিয়ম খরা অমুক শেমদোকখি। মনিপুরদা লৈবা "পোলিতিকেল এজেন্ট" অসিসু অসামগী গোভর্নরগী মখাদা লৈবা ওফিসারনি। অহানবদা "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী প্রসিদেন্ট অসি মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা ওইরমই। অদুবু অকোনবদা অসামগী গোভর্নরনা বৃটিস মচা অমা হাপ্পুনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন্দা মতেং পাঙহনখি। "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী প্রসিদেন্টনা মরু ওইবা বিভাগ (শেল থুম, লমগী খাজনা খোম্বা ওফিস, ঙা ফাবদগী লাকপা খাজনা) অমসুং চীংগী লৈঙাক সাশন হকথেংননা য়েংশিনখি। অসিনা মরম ওইদুনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং তোৎন-তিন্নবা হন্থরকখি। তপ্না তপ্না খরা খরা থাপতোক্লরকখি। তমগী মীওই অহুমসু "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী মেম্বর ওইনা য়াওরমই। মখোয়সু তোখায় তোখায়বা থবকশিং য়েংশিনহল্লমই। মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা নুমিৎ খুদিংগী ওইবা লৈঙাক সাশনগী থবক্তা কয়া য়াওরমদে। তৌইগুম্বসুং "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী ৱারেপশিংদি মহাক্কী অয়াবা য়াওগদবনি। মথক্তা পঞ্জখিবা লৈবাক ঙাক্লবগী শেম্বা নিতি নিয়ম অসি মতম মতমগী মতুং ইন্না শেমদোক্কুনা চীং অমসুং তম অসি মসিগী তোঙান তোঙানবা নিয়মগী মখাদা লৈঙাক সাশন চলাইবা হৌখি।

মনিপুরগী লম অসি শরুক অহুম থোক্লা খায়দোকখি। চীং, তম অমসুং "বৃটিসকী তোখায় থম্লবা লম"। বৃটিসকী তোখায় থম্লবা লম অসি হৌজিক্কী কংলা, বাবুপারা, কাংচুপ চীংনচিংবসিনি। মসিগী লৈঙাক সাশন "পোলিতিকেল এজেন্ট" না হকথেংননা চলাইগনি। লোয়ননা হিন্দু ধর্ম্মদা য়ক লাওবা মৈতৈশিংনা (মৈতৈ লোয়না নত্তে) চীংমীশিংগসু নোংমা-নোংমগী থাপতোক্লরকখি। চীংগী লৈবাক সাশন্দা তমগী মীওই য়াওহল্লক্তে। চীংগী লম অসি অসাম গোভর্নমেন্টনা "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী প্রসিদেন্টকী খুত্থাংদা লৈঙাক সাশন তৌবগুম্লে। চীংদা লৈঙাক সাশনগী থবক পুরিবা মীওইশিং অসাম গোভর্নমেন্টকী ওফিসারশিং ওইরমই। অচৌবা সমস্যা অমা চীংদা থোকপা মতমদা মদু অসামগী গোভর্নরগা ৱা তান্নগদবনি। অসামগী গোভর্নরনা

মহারাজগী মহুৎ শিন্দুনা চীংদা লৈঙাক সাশন চত্থখি।[১৫৭] মচা খায়না পঞ্জররোই। ময়াম্না হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি। "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী প্রসিদেন্টনা চীংগী লৈঙাক সাশন চলাইবদা মতেং পাংনবা বৃটিস ওফিসার অনি লৈরমই। প্রসিদেন্ট অসি "পোলিটিকেল এজেন্ট" কী লিচিং মখাদা থবক তৌগনি। অসামগী গোভর্ন্নরনা লৌরকপা হিরম খুদিংমক্কী ৱারেপ অদু মহারাজ অমসুং "মনিপুর ষ্টেট দরবার" না ইনগদবনি। বৃটিসকী মখাদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা লৈরক্লগা মনিপুরগী লৈঙাক সাশন করম তৌখিবগে হায়বদু য়াম্না কুপ্না নৈনজবা লাইরিক অসিগী পান্দম নৎচদে। অদুবু মসিমদি পঞ্জনিংই মদুদি চীং অমসুং তম অনিগী মীওইশিং অসি বৃটিসকী মখাদা লৈরকপদগীদি থাপতোক্লবা হৌরক্লে। লোয়ননা চীংমীশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন্দা থৱাই য়াওশিল্লকপা অদুগা তমদা হিন্দু ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্লকপনা চীং-তম অনি থাপতোক্লবা নোংমা-নোংমগী হেঞ্জিল্লকখি।

বৃটিসকী মখাদা লৈরবা মতুংদা লৈবাক অসিবু ঙাকপা মীওইশিংনা বৃটিস ওফিসারশিংবু পেলহন্নবা হোৎনখি। ওফিসারশিং অসিসু মখোয়না তৌনিংবতা তৌখি হায়বা য়াই। অহলশিংনা মখোয়গী মতাংদা লিরম্বা ৱারী পনজনিংদ্রে। মসিদা মীচম প্রজাদি ৱাবনা খমথেংখি। প্রজাশিং য়াম্না ৱাখি অমসুং মখোয়গী অৱাবা অদু ফজনা ফোংদোক্লবগী মপাঙ্গল লৈখিদে।[১৫৮] মতম অদুগী চৎনবি অমনা প্রজাশিংনা মহারাজ অমসুং বৃটিস ওফিসারশিংবু লম্বীদা নৎত্রগা অতোপ্পা মফমশিংদা থেংনরবদি খুরুম্বা তাই নৎত্রগা শাতিন তুপ্তুনা চৎলম্লবসু মদু থুপচিনবা তাই।[১৫৯] হিন্দু ধর্ম্মনসু প্রজাশিংদা অৱাবা য়াম্না পীরমই।

হিন্দু ধর্ম্ম অসি তমগী মীওইশিংনা ফজনা চৎনৱা, চৎনদৱা হায়বদু য়েংশিন্নবা "ব্রহ্মসভা" হায়বা সংস্থান অমা লৈরমই। "ব্রহ্মসভা" গী মমিংদা প্রজাশিংবু "খাজনা" থিহল্লমই। "ব্রহ্মসভা" না মী অমবু "মাংই" নৎত্রগা "শেংই" হায়বসি লেপক্লি। "ব্রহ্মসভা" দা "খাজনা" (পৈশা) পীরগা "অমাংবা" মী অমা অমুক "অশেংবা" ওনবা য়াই। করিগুম্বা "ব্রহ্মসভা" না ইমুং অমবু ধর্ম্ম অসি চত্তে হায়দুনা ইষ্টোক্লবদি, ইমুং অদুগী মীশি মীনা অমদি মসিগা মরি লৈনবা ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন অদু ইমুং অদুনা "ব্রহ্মসভা" দা পৈশা পীদ্রবদি পাংথোকপা য়াদে। কনাগুম্বনা "ব্রহ্মসভা" বু শিংনরক্লবদি মীওই অদু সমাজদগী ইষ্টোক্কনি অমসুং "শেংদবা, শোক্লবা য়াদবা" মীনি হায়না লৌগনি। হিন্দু ধর্ম্ম (বৈষ্ণব ধর্ম্ম) বু য়াদবা মীওই কয়া নিংথৌগী অশাওবা থেংনখি লোয়ননা মখোয়বু "শোক্লবা য়াদবা মীনি" হায়না ইষ্টোকখি। মী পুন্নমক

লাইবক্তা চন্দোন থিনবা তাখি। মসি মীওই অদু হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মীওইনি হায়বা তারুবনি। চন্দোল থিনবগী মীওইশিং অদুনা "ব্রহ্মসভা" দা পৈশা পীবা তারমই। "ব্রহ্মসভা" না "রতন" হায়না খঙনবা মীওই কয়া লৈকাই লৈকাইদা থাদোক্তুনা মীওইশিংবু চন্দোন থিনব্রা, থিন্দব্রা য়েংহনখি। চন্দোন থিন্দবা মীওইদু খুদক্তা "অমাংবনি নৎত্রগা শোরুবা য়াদবা" মীনি হায়না লাওথোকপসু য়াওই। মখোয়না অমুক "অশেংবা, মাংদবা মী ওইগে হায়রবদি ব্রহ্মসভা" দা পৈশা অমুক পীবা তাই। "ব্রহমসভাদা" পিরিবা পৈশা অসি সরকারদা য়ৌবা পোৎ নত্তে। মরাইবক থিদা মনিপুরগী মীচম প্রজাশিংগী লাইবক অসি। অঙম অথৌগী য়াথং য়াওদনা য়ুমদা হৌবা তেরা পাম্বী ফাওবা ইশানা য়ানবা য়াহল্লমদে।

অসিদসু নত্তে। সরকারগী ওফিসার নৎত্রগা মীওই অমা চীং অমসুং তমগী মফম অমদা সরকারগী থবক চৎপদা মফম অদুগী খুঞ্জাশিং অদুবু মাগী (ওফিসার) "মীনাইদৌনা" শিজিন্নগনি। পৈশা পীদনা মাগী মপোৎ মচৈ পুহনগনি, চাক থোঙহনগনি, চানিংবা য়েনশাং থিহনগনি, দরকার লৈরবদি খুল অদুগী "মশক ফজবা নুপী" ফাওবা কৌরগা চাক-য়েনশাং থোঙহনগনি। "ব্রহ্মসভানা" "মাংই" হায়দুনা ইল্হোকখ্রবা চীংমীশিংবু শোরুবা পন্নবা য়াদবা মীওইদৌনা লোয়নখি। মখোয়বু য়ুমদা চঙহন্দবা, ম রূপ মপাং ওইনা ফজনা লোয়নবা ফাওবা হঙ্গোইবা ফাওহনবা অসুক্কী মতিক তুকৎচনিঙাই ওইরবা মহারাজ চুরাচান্দনা পাল্লিঙৈগী চৎন-লোনচৎ খরনি। অসুক্কী মতিক চীং অমসুং তমগী মীওইশিং থাপদোরুখি। বৃটিসনা মীওই অনি অসিগী কারক্তা থারকখিবা শিংচেপ অদু হেন্না কনশিন্নবা মনিপুরগী মহারাজবু নাকোয়ননা শিজিন্নখি হায়বসি লৈবাক অসিগী অঙম অথৌশিংনা খঙখিদে। মনিপুরগী প্রজাশিংনা খঙলবসু করিদি তৌবা ঙমগনি। মমাংদা শোয়খিবা কয়া অদুগী "ফল" হৌজিক্কী মীরোলনা ফংলব্রা?

মনিপুরগা বর্মাগা ঙহাক লৈতনা লান শোরুখিবদগী লৈবাক অসিগী প্রজা অয়াম্বা ত্রিপুরা, অসাম অমসুং বঙ্গলাদেসতা লাঞ্জেন্নখি। লৈবাক অসিগী মীওই লিশিং কয়া বর্মাগী অব্বা লাম্মীশিংনা বন্দী ওইনা ফারগা লৈবাক অদুদা পুখি।

মনিপুর মচাশিং মরু ওইনা মৈতৈশিং অসি খা-এসিয়াগী লৈবাক অয়াম্বদা পুমচায় চায়না লৈখি। খৃঃ ১৯৩৪ গী মে থাদা লৈবাক অসিগী লাইরিক লাইশু হৈবা মীওই খরনা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা সংস্থান অমা শেমগে অয়াবা পীবিয়ু হায়দুনা ৱাকৎখি। মীওইশিং অসিগী ৱাখলদা সংস্থান অসিনা মচোই মচোই লৈখ্রবা লৈবাক অসিগী

মীওইশিংবু পুনশিন্নবা অমসুং অমগা অমগা পাও ফাওন্নবা থবক পায়খৎনিংঙমই। অসুম তৌদুনা ইহাল হানবা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" হায়বা সংস্থান অসিগী মীফম অমা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা প্রসিদেন্ট অদুগা হিজম ইরাবতনা ভাইস-প্রসিদেন্ট ওইদুনা খৃঃ ১৯৩৪ গী মে তাং ৩০ দা ফমখি।[১৬০] মীফম অদুদা ৱারেপ ২২ মুক লৌখি। কুইথদনা "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" হায়বা অসি রাজনিতি দল অমগুন্না থবক তৌবা সংস্থান অমা ওইরকখি। সংস্থান অসিনা মতম অদুদা থেংনরিবা ধর্ম্মগী মীংদা প্রজা মীয়াম্বু ওৎ-নৈবা থবকশিংগী মায়োক্তা থবক তৌবা হৌরকখি। রাজনিতি দলগুন্না থবক তৌবা হৌদ্রিঙৈদা সংস্থান অসিগী মীফম অনি পাংথোকখি - অসামগী শিলচরদা খৃঃ ১৯৩৬ কী জানুৱারী তাং ৩০ দা অদুগা বর্মাগী মন্দলেদা খৃঃ ১৯৩৭ কী ফেব্রুৱারী তাং ২৮ দা। মন্দলেগী মীফম অসিদা ইরাবতনা সভাপতি ওইখি। "নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা" গী ইম্ফালগী চীংঙামথক্কী দিসেম্বর ২৯ অমসুং ৩০ গী মরিরক শুবা মীফম অসিদনি সংস্থান অসিনা রাজনিতি দলগী মওংদা থবক চখবা হৌরকখিবসি। মহারাজ য়াওদবা মরম্না মীফম অদুগী সভাপতি ইরাবতনা ওইখি। মীফম অসিদা "হিন্দু মনিপুরী" হায়বা ৱাহৈশিং অসি লৌথোক্লগা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" হায়না সংস্থান অসিবু নৌনা মিংথোনখি। মরিরক শুবা মীফমগী ৱারেপ অমনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশনগী মতাংদা "মপুং ফাবা লৈঙাক সাশনগী শক্তি অমা মনিপুরদা লৈগদবনি" অদুগা "চীং অমসুং তমগী লৈঙাক সাশন অসি লৈঙাক সাশনগী নির্তি নিয়ম অমগী মখাদা থমগদবনি।"[১৬১] ইরাবতনা হায়খি "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী মেম্বরশিং অসি মহারাজনা খল্লগা হাপ্পনিনা মেম্বরশিং অসিনা প্রজা মীয়ামগী অৱাবা খঙলোই। "প্রজা মীয়ামগী অফবা পুরক্কে হায়রবদি মীয়াম্না খনবা মীওইশিংনা লৈঙাক সাশনগী থবক পায়রবা মতমদদা ওইগনি।[১৬২] কুইথদনা "মনিপুর ষ্টেট দরবার" না হুকুম অমা থোকখি। "নিখিল মনিপুর মহাসভা" অসি রাজনিতি দল ওইনা থবক তৌরে।

মসিদা য়াওবা সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিং সংস্থান অসিদগী তোকহনখি।[১৬৩] ইরাবতনা সরকারগী অচৌবা ফমদগী তোকথোক্লগা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" গী মেম্বর অমা ওইদুনা থবক কয়া পায়খৎপা হৌরকখি। মহাক মহারাজগী মনাওশিং অমগী মচানুপী লৌবা য়াম্না মরু ওইবা মীশক অমনি। মহারাজ অমসুং সরকারগী থবক তৌবা সংস্থান অসিগী মেম্বরশিংদি "নিখিল মনিপুর মহাসভা" দগী থাপতোক্লা লৈবা হৌখ্রবনি। সরকারগী মীওইশিংনা য়াম্না তোয়না ইরাবতপু ফাদোক ফাজিন

তৌবদগী "নিখিল মনিপুর মহাসভা" না খুদোং থিবা কয়া থেংনখি। ইরাবতনা অতোপ্পা সংস্থান খরসু লিংখত্তুনা লৌমীশিংগী অমদি লাইরবা মীওইশিংগী অৱা অনা কয়া নংবদগী কোক্লবা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলমই। মতম অদু মনিপুরগী রাজনিতিগী ইতিহাসতা য়াম্না খুদোংথিবা, চনৈ খন্নৈবা মতাংনি। এলাংবম তোমপোক কৌবা মীওই অমসু সরকারগী থবক্তগী তোকথোক্লগা ইরাবতনা তৌরিবা লাইরবশিংগী অৱা অনা কোক্লবগী থবক থৌরমদা মতেং পাংবা হৌখি। অকোনবদা তোমপোক কোন্না শেম্লকপা পার্টি অমদা য়াওখি, ইরাবতকা পুনখিদে। মতম অদুদা সরকারগী থবক তৌবা হায়বসিদি অসুক্কী মথিক খুদোংচাবা লোয়ননা ওইজ ওইথক ফংবা মতম্নি।

মশাগী ওইজবা থিদবা, লাইরবা অৱা অনা তারবা মীওইশিংগী য়াইফন্নবা খনবা, মরৈবাকপু অসুক্কী মতিক নুংশিজবা, মীখা পোন্দবা লৈবাক অমা পুরক্লবগীদমক মথৱায় কৎথোকপা ঙম্বা, মীয়ামগী লুচিংবা, লৈবাক অসিনা য়াম্না তাংনা ফংজখিবা হিজম ইরাবত ইম্ফালগী পিশুম হায়রিবা মফম অসিদা খৃঃ ১৮৯৬ কী সেপ্টেম্বর তাং ৩০ দা লাইরবা ইমুং অমদা পোকখি। নৌনা মপা কায়নখি। কুইথদনা ইরাবত অমসুং মহাক্কী মমা পিশুমদগী পংলাপ লাপ্তবা মোইরাংখোমদা লৈবা মনেগী ময়ুমদা লৈখি। হৌজিক্কী অমসুং তুংদা লাক্কদবা মীরোলনা ইতিহাস ফাকৎলগা য়েংবদা পুন্সিগী কাওবা ঙম্লরোইদবা লুচিংবা অসি নহা ওইরিঙৈদা য়াম্না মরাইবক থিবা মীশক অমা ওইরকখি। মনেগী ময়ুমদা লাক্লবা থা খরগী মতুংদা মমা লৈখিদে। চুমই। মীওইবা হায়বসিনা অঙাং, নহা ওইরিঙৈদা মমা মপা কায়নবগী ৱাবসিদগী হেনবা করম্বা অৱাবা অমা লৈরিবগে। পৈশানা নুঙাইবা লৈবা ঙম্লোই। অদুবু লুচিংবা অসিনা অৱা অনা পুন্নমক খাংজিল্লগা মনেগী মতেংনা হৌজিক্কী বঙ্গলাদেসকী কোনুং ওইরিবা ধাকাদা লাইরিক তম্বা চৎখি। মফম অদুগী পৃগোজ হায় স্কুলদা ক্লাস নাইন (মাপলশুবা) ফাওবা তমখি। খুদোং চাদবা খরদগী লাইরিক মখা তমথবা তোকখি। ধাকাদা লৈরিঙৈদা মালেমগী মফম অয়াম্বদা থোকখিবা ছাত্রশিংগী ইহৌগী মতাংদা ফজনা খঙনবা হোৎনখি। ধাকাদা লৈরিঙৈদা ইরাবতকী ৱাখল হোংলকখি। মমা লৈবাকপু য়াইফন্নবা পুরকপদা মপুন্সি কৎথোক্লগে খনখি। লোয়ননা অৱা অনা তারবা মীওইশিং অমসুং লৌমীশিংগী ফিভম ফগৎনবা থবক থৌরমদসু লেপ্পা লৈতনা হোৎনগে খনখি। "ইরাবতনা মীখা পোল্লগা, হিংদুনা লৈগদৌবগী শরুকপুদি নোংমতং ওইরবসু নিং খা তম্লগা শিখিবনা হেন্না ফৈ হায়না খল্লমখি। মরম অদুনা মহাক্না য়াৎপা থবক থৌরম পরেংগী মরু ওইবদি, বৃটিস সমাজ্যাবাদকী মায়োক্তা লাম্থেংন্দুনা মরৈবাক মজাতিবু

মনিং তমহনবনি।"[১৬৪] লুচিংবা অসিগী ধাকাদা লৈরিঙৈগী পুন্সি অসি অসুক্কী মতিক মরু ওইখ্রে। মরমদি ধাকাদগী থোরক্লবা মতুংদা প্রজা মীয়াম্না থেংনরিবা সমস্যা কয়া কুপথনা য়েংবা ঙম্বদা নত্তনা করম হায়না প্রজাগী অফবা পুরক্লবা থবক তৌবা হৌগদগে হায়বদুসু খঙবা ঙমখি। সরকারগী থবক্তগী তোক্লগা, অকে অমৌগী পুন্সি থাদোক্লগা ইরাবতনা য়াম্না চম্বা মওংদা পুন্সি লেল্লগা মানা পামজবা, নিংজবা পান্দম অদু থুংনবা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলকপা হৌরকখি। মতম অদুদা সরকারগী থবক তৌবা অমসুং মহারাজনা চানবীবা মীওইশিং অসি "মরাইক ফবা মীওইনি" হায়না লৌনরমই। অদুনা ইরাবতনা সরকারগী থবক তোকথোক্লগা অচম্বা পুন্সি অমা লেনবা হৌরকপদা মহাকসি "ৱাখল য়াওদবা মীনি" হায়না মশাগী ওইজবা থিবা মতমদুগী অচৌ অশাং, মীওইশিংনা লৌনরমই। লুচিংবা অসিনা মরৈবাক্কীদমক্তা তৌরম্বা য়াম্লবা থবকশিং অদু লমায় খরা অসিদা মচা খায়না নৈনবা ওইথোক্তে। অসিগুম্বা তাংলবা লুচিংবা অসিগী রাজনিতিগী ওইবা ৱাখল্লোন অমসুং মনিপুরগী ওইবা রাজনিতিগী ফিরেপ লৈজরমই। মহাক্কী মতাংদা ইবা লাইরিক্তা[১৬৫] অসুম্না ফোংদোক্লি।

"মনিপুরগী রাজনিতিগী শক্তমদা, ইরাবতগী অশেংবা ফিরেপ্তী নিংথৌগী সাশন মুখৎপা, নিংখা তম্বা গনতন্ত্র চৎপা মনিপুর সনা লৈবাক্লি। গনতন্ত্রগী চৎন-পথাপ মতুং ইন্না পার্লিয়ামেন্ট অমা লৈবা, পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বরশিং লৈবাক প্রজাগী মতিক চারবা সাবা লোক (এদল্ট ফ্রেনচাইজ) ভোৎনা খল্লবা। কারক্লিবা মেম্বরশিংনা মন্ত্রি মন্দল শেম্লগা লৈবাক্কী সাশন তৌবা। সাবালোক ভোৎনা খনবা মীশক্তা নিংথৌগী মহত্তা লৈবাক্কী অতোন অরেম ওইনা থম্বা (হেদ ওফ দি কনষ্টিট্যুসন) লৈঙাক পথাপ অসিমক্কী ফিরেপনি।"

ইরাবতনা মতম লৈবা খিবিক্তা ৱাংতা পাদবনা থনবা, মনিপুর সনা লৈবাক অমা শেম্বা হায়বসি মহাক্কী মখুৎনা ষ্টৈনসিলদা ইরগা ফোংবা চয়োলগী (পাওচে) "অনৌবা যুগ" তা হন্না হন্না ফোংলমই। ইরাবতকী সনা লৈবাক মনিপুরগী শক্তমদি, চীং, তম, হিন্দু, মুস্লিম জাৎ-বিজাৎ খায়দনা "মশানা মশাগী লাইবক লেপচবা, ফংফম থোকপা ফংমিন্নদুনা অকনবা, ৱাংতা পাদবনা থনবা, গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্লি।" ভারতবর্ষগা লৈনগদবা রাজনিতিগী মতাংদা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" গী সমিতি অমনা খৃঃ ১৯৪৬ কী এপ্রিলগী তাং ১৫ দা লৌখিবা ৱারেপ অমদা অসুম্ন ইরি ঃ "... মহাসভানা অকনবা কেন্দ্রীয় সরকার অমা লৈবা ভারত পুম্নমক্কী যুক্তরাষ্ট্র অমা দাবি তৌরি।

যুক্তা রাস্ত্র অসি প্রদেস অমসুং ষ্টেট ময়াম্না শাগনি। তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী ওইবা বিষয় খরদি, হায়বদি, লৈবাক ঙাকপা (লান্মী), শেল, লল্লোন ইতিক, ঈ-পাও, লম্বী-থোঙ, পোৎ থাদোক থাজিনগী খাজনা অমসুং পর রাষ্ট্র নীতি কেন্দ্রদা থাদোক্কনি।" ('নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা' — খোমজিনবা ঃ শ্রী লোইতাম য়াইমা সিংহ অমসুং শ্রী রাজকুমার মাইপাকসনা সিংহ)। হায়রিবা 'নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা' হায়বা লাইরিক অসিনা 'নিখিল মনিপুর মহাসভা' অমসুং 'মনিপুর প্রজা মন্দল' অনি পুন্না ফম্বা সভাদা ৱারেপ খরা তাং ৫/৪/১৯৪৬ তা লৌখি হায়রি। সভাদুগী ৱারেপশিংদু ইরাবোতনা ফোংদোকখি। মনিপুর অমসুং ভারতকী মতাংদা ৱারেপ অমনা অসুন্না হায়রি ঃ "সভা অসিনা লেপপদি ভারতনা স্বাধীন ফংলগা স্বাধীন ভারতকী মনুংদা মনিপুরসু মশানা ঙাকচবা মাগী শিক্ষা, সংস্কৃতি, অর্থনৈতিক, রাজনিতিনচিংবা চাওখৎনবা হোৎনজবা ঙম্বা অমসুং চীংগী ইচিল-ইনাও, মুলমান ইচিল-ইনাও পুন্নমক্কী চপ মান্ননা অধিকার লৈবা, স্বাধীন মনিপুর রাজ্য ওইনা লৈবা মনিপুরগী মনাক কাছারনচিংবদা লৈবা মনিপুরীশিংনা পামলবদি মখোয়না লৈবা লম অদু ফাওবা হায়রিবা স্বাধীন মনিপুর রাজ্যগী সিমানা মনুংচন্না লৈবা। অদুগুম্বা স্বাধীন মনিপুর রাজ্য অদুনা ভারতকী করম্বা প্রদেশত লৈগদগে নত্রগা তোপ্পা লৈগদ্রা হায়বনচিংবা লৈবাক্লা পাম্বা (গনভোৎনা) মতুং ইন্না ওইবা।"

লুচিংবা অসিগী ৱাখল্লোনগী মতাংদা মহাক্কী মরমদা ইবা লাইরিক্লা অসুন্না ইরি ঃ "...পৃথিবীগী অহানবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক সোভিয়েৎ রশিয়াগী শক্তম, ইউনিয়ন সোভিয়েৎ সোসিয়েলিষ্ট রিপব্লিক অসি, নিংখা তম্বা রিপব্লিক লৈবাক ১৫ গী ভোলুন্টরি (মশানা য়ানা) ইউনিয়ন (অপুনবা) শেমদুনা পুন্না লৈবাক ঙাকমিন্নদুনা পৃথিবীগী মনুংদা শিংথানরম্বা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইখি। লৈবাক ১৫ অদুগী মনুংদা য়াওবা, ইউক্রেন অমসুং বেলোরুশিয়া (হৌজিক্কী বেলারশ) অনিসি ইয়ু এন ও (ইয়ুনাইতেদ নেসন্স ওরর্গেনাইজেসন) গী মেম্বর অমমম ওইখি। মতৌ অসুন্না "রিপব্লিক ওফ মনিপুর" না ভোলুন্টরি ভারত যুক্তারাষ্ট্রদা য়াওবসি ইউক্রেন অমসুং বেলোরুশিয়াগী মওং অসিগুম্না, মনিপুরগী রাজনিতিগী শক্তম ঙাক্লা য়াওবনা মহাক্কী অশেংবা ফিরেপনি।"

মহাক্কী রাজনিতি ফিরেপকী মতুং ইন্না লিংখৎলকবা দল খুদিংমক, মনিপুরগী রাজনিতিগী শক্তম ঙাক্লা লিংখৎখি। মহাক্লা মহাক্কী শেম্লিবা থৌরম পরেংশিং পম্ভুংফম য়ৌনবা আন্দলোন লুচিংলম্মী। মরু ওইবা দাবিশিংদি মথৌ মশক খঙবা, মপুং ফাবা

লৈঙাক সাশন অমা থম্বা, মীখলদা খনবা মীওইনা লৈঙাক সাশন চলাইবা, চীং অমসুং তম সাশন অমগী মখাদা থম্বা, খুঙ্গং খুদিংদা অনা লায়েংশঙ লিংখৎপা, খুঙ্গং খুদিংদা মহৈ তম্ফম শঙ লিংখৎপা, ঈশিং খোং অনৌবা তৌদুনা লৌউ-শিংউবগী খুদোংচাহনবা, চাথোক হেঙ্গৎহন্নবা লমলেম লমজাও নিন্দুনা লৌফম ওম্থোকপা অসিনচিংবসিনি।

মনিপুরগী মরু ওইবা শেম্থোক লম্বীদি লৌউ-শিংউবা অদুগা মসিগা মরি লৈনবা থবক কয়ানি। প্রজা অয়াম্বা হিংনবগী উপায়সি লৌ-উবা অমসুং মসিগী পোথোক্কী মখা পোল্লি। অদুবু মতম অদুদা লৌমীশিংগী অৱাবসি খম থেংলম্মী। চহি চুপ্পা লৌবুক্তা থবক শুগনি অদুবু মখোয়না ফংবা পোথোক্কী শরুক্তি খজিক খক্তা ওইরমই। মরু ওইনা নিংথৌগী মরি মতাশিং, সরকারগী ফম্নাইবশিং, কারবার তৌবা কাংবুশিংনা পোথোক্কী অয়াম্বা শরুক লৌরমই। লৌমী অমগী পুন্সি অসুক্কী মতিক ৱারমই। মপুন্সি চুপ্পা লৌবুক্তা থবক শুরগা শেল থুমগী ফিভম ফগত্তনা পুন্সি লোমখিবসু য়াওদবা নত্তে। মখোয়গী চাকথুং অদু অসুক্কী মতিক লিক্না থুংবনা মরম ওইরদুনা মখোয়না পুথোকচবা পোথোক অদু করিগুম্বা মতমদা কারবার তৌবা মীওইশিংদগী পৈশা পীরগা লৈদবসু নত্তে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি লৌমীশিংগী মশাগী লৌ লৈজদে। লৌশিংদি অয়াম্বা নিংথৌগী মরিমত্তা, সরকারগী থবক তৌবা ফম্নাইবাশিং অমসুং পৈশা পায়বা মীওইশিংগী মমিংদা লৈরমই। লম্বী থোঙগী ফিভমসু অসুক্কী মতিক ফংলমদে। নোংজু থাদা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা চৎপদা অৱাবা অমা ওইরমই। হৌজিকসু অদুমঙাই। অহোঙবা কয়া লৈতে। লৌমীশিংগী ফিভম অসি উরুবদা ইরাবত অসুক্কী মতিক মখৱাই নুঙাইরমদে। খৃঃ ১৯৩৫ দা "মনিপুর কৃষি সম্মেলন" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎতুনা লাইরবা লৌমীশিংগী ফিভম ফগৎনবা থবক পায়খৎপা হৌরকখি। লৌমীশিংদা থল্লিবা পোৎলুম কয়ামুক লৌথোক্নবা দাবি তৌখি। খুদম ওইনা লৌউ-শিংউগী পোথোক্কী শরুক লৌমীশিংদা মতিক চানা থুংহনবা পাম্লমই। হায়রিবা সংস্থান অসিনা ইরাবতনা চঙশিল্লীবা ধর্ম্মাগী মিংদা "ব্রহ্মসভা" না মীচম ওৎপা থিংনবগী ইহৌদসু মতেং পাংশিনখি। খৃঃ ১৯৩৯ গী দিসেম্বর থাদা কারবার তৌবা মীওই খরগী খুশিলদগী চেং তাংবা অমা থোকখি। ইম্ফালগী দুকান অমসুং মফম অয়াম্বদা চেং অমত্তা ফংখিদে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি কারবার তৌবা মীওইনা চেং খোমজিল্লগা লৈবাক অসিগী মপান্দা তাংনা য়োল্লগা শেন্দোং য়াম্না তানবদগীনি। মনিপুরগী চেং অসি মহাও লৈবনা মপান লমদা য়াম্না পান্নে।

মনিপুরগী শাংলবা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা নুপীশিংনা য়াম্না চাওনা থৌদাং কয়া লৌদুনা লাক্লি। মনিপুরী নুপীশিংগী মতিক মথৌনা মালেমদা শিংথানিংঙাইনি। থায়না নিংথৌরেল নিংথৌখোম্বগী মতমদা লৈমরেম্বী লিনথোইঙম্বীনা লৈবাক অসিগী মায়োক্তা তাংখুল চীংমী খরনা লান হৌরকপবু করম হায়না নমথখিবনো হায়বদু মমাংদা পঞ্জখ্রে। মদু শুপ্নতগী খুদম অমখক্তনি। লৈবাক অসিগী নুপীশিংনা লৈবাক অসিবু শেমগৎলকপদা লৌখিবা থৌদাং, প্রজা মীয়াম্না অৱাবা তারবদা থৌনা লৈনা চোংথোরক্তুনা অৱাবা কোক্লবা হোৎনখিবা থবকশিং শিংথানিঙাইনি। হৌজিক্কী মৈরা পায়বিশিংনসু সমাজগী অমোৎপা কয়া শেংদোক্লবা থবক তৌরি। অদুবু লায়বক থিবদি নুপী খরদি "মৈরা পায়বী" গী মিংদা মশাগী ওইজবা থিবসু য়াওদবা নত্তে।

খৃঃ ১৯৩৯ গী দিসেম্বর তাং ১২ দা মশিং থিঙমদ্রবা নুপীশিংনা লৈবাক অসিগী মায়কৈ কয়াদগী লাক্লগা ইম্ফালদা পুন্দুনা খুদক্তা মনিপুরগী মপান্দা চেং থাদোকপা থিংগদবনি হায়দুনা দাবি তৌখি। অদুবু মখোয়দা হায়খি মদুদি চেং থাদোকপা থিংবা হায়বসি মহারাজনদা ঙমই। মতম অদুদা মহারাজদি নবদ্বীপতা লৈ। নুপীশিং অদুনা মতম অদুগী "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী মেম্বরশিং অমসুং মসিগী প্রসিদেন্ট ওইরিবা বৃটিস ওফিসার তি. এ শারপপু তেলেগ্রাম ওফিসতা (হৌজিক্কী পোষ্ট অমসুং তেলেগ্রাফ ওফিস) তা পুরক্তুনা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহদা তেলেগ্রাম তৌনবা হায়রমই। ফিভম অদু লুশিল্লকখি। অসাম রাইফলসকী সিফাই কৌথোক্তুনা নুপীশিং অদু তানখায়নবা হোৎনখি। সিফাইশিং অদুবু উবদা কিবদি লাইরদনা খোইশাওনবা হেঙ্গৎলকখি। মতাং অসিদা লাইশ্রম কানহাই কৌবা মীওই অমনা মীয়াম অদুদা অসুম্না হায়খি মদুদি "ঐখোয়না সিফাইশিং কিফম থোক্তে। ঐখোয় খুৎলায় পায়দবা মীচম্নি। ঐখোয়না চেং পীয়ু হায়দুনা দাবি তৌবা মতমদা মখোয়না নোংমৈ কাপফম থোক্তে।" মীয়ামশিং অদুগী অপুনবা খোল্লাও কনশিল্লকখি ঃ "চেং পুথোকপা থিংঙু। চেং পীয়ু। খুৎলায় পায়বা সিফাই চৎখ্রো।" সিফাইশিং অদুদা সরকারগী মীওইশিংনা হুকুম তৌরকপদগী মীচম প্রজাশিং অদুবু ফু চৈবা হৌরকখি। মীওই কুনগী মথক্তা শোক্লবসু নুপীশিং অদুনা হনবা কৌবা লৈতবদগী পুং ২৪ গী মনুংদা চেং থাদোকপা থিংনবা হুকুম থোকখি। নুমিৎ অসিবু মনিপুরগী ইতিহাসতা 'নুপী লান" হায়না খঙনবা হৌরকখি। মসি খৃঃ ১৯০৪ গী মতুংদা অনিরকশুবা "নুপী লান" নি হায়না লৌনৈ।

"নুপী লান" গী মতমদা ইরাবত কছারদা লৈরমই। মহাক্না মনিপুরদা লাক্লবা মতুংদা মপান্দা চেং থাদোকপা থিংনবগী আন্দলোন অসি লমজিংনবা হায়রমই। ইরাবত

অমসুং মহাক্কী নক্নবা মীওইশিংনা নুপীশিংগী দাবি অসিবু শৌগৎলমই। মপান্দা মখা তানা অমুক হন্না চেং থাদোকপা থিংনবা অকনবা ইহৌ অমা হৌখি। ইরাবতনা মীয়ামগী ওইবা মিতিন কয়া খুরাই, লমলোং, কোংবা, ৱাংখৈ, নম্বোল, শওম্বুং অমসুং অতৈ মফমশিংদা পাংথোকখি। প্রজা মীয়াম্বু মখোয় মশা মশাগী হক খঙন্নবা মহাক্না মিতিনশিং অদুদা ৱা ঙাংখি। ইহৌ অসি অসুম অসুম কনখৎলকখি। চল্লবা মীচম কয়ানা নোংমা-নোংমগী ইহৌ অসিদা য়াওশিল্লকখি। লুচিংবা অসিনা হায়খি, "ঐখোয়না তেলেগ্রাম ওফিসতা থোকখিবা থৌদোক অদু কাউরোইদবনি। চেং পীয়ু হায়রগা, নোংমৈনা শুরকখি। করিসু য়ামখিদ্রবা চেং খরগীদমক ঐখোয় ঈ পীবা তাখি। মীনা জেল চঙবা কিরোইদবনি ইশাগী হক কন্নবা।"

লুচিংবা অসিবু মীয়াম্না নোংমা-নোংমগী শৌগৎলকপদা সরকারনা ইহৌ অদুবু নমথনবা হোৎনখি। ইরাবতনা "প্রজাশিংবু সরকারগী মায়োক্তা ইনশিল্লি" হায়দুনা মহাক ফাখি। জেলদা চহি অহুম থমখি। মীয়ামগী লুচিংবা হায়বা মীওই অদুদি নমথদুনা থম্বা ওইথোক্তে। জেল মনুংদা লৈবা বন্দীশিং অসি মশাগী ফংফম থোকপা হকশিং অদু খোংগাওনবীরমখি। জেলগী আইন্নচিংবা শেমদোক্তুনা বন্দীশিং অসিগী ফংফম থোকপা হকশিং ফংহনগদবনি হায়দুনা ইহৌ অমা মহাক্কী লিচিং মখাদা শাগৎখি। মসিনা মরম ওইরদুনা ইরাং হৌহল্লি হায়বগী মিংদা মহাকপু শিলেৎতা লৈবা জেল অমদা থাখি। মফম অসিদা ইরাবতনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবা কয়া থেংনখি। মালেমগী মফম অয়াম্বদা চথখিবা নিংতম ইহৌ কয়াগী মরমদা খঙবা ঙমখি। মমা লৈবাকপু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনবা চথরিবা ইহৌ কনশিনগে খনখি। মহাক্না জেল মনুংদা করি তৌরি, কনাগা উনরি হায়বনচিংবসি সরকারগী মীওইশিংনা কুপনা য়েংশিনখি। ইরাবতপু মনিপুরদা অমুক লাকপা তারগদি লৈবাক ইরাং হৌগনি হায়না সরকারনা খনখি। জেলদা লৈবগী মতম অদু খৃঃ ১৯৪৩ দা লোয়রবসু সরকারগী হুকুম অমনা মহাকপু মনিপুরদা চঙবা য়াহল্লমদে। লুচিংবা অসিগী মখাদা আন্দলোন মথং মথং তৌরকপা য়াই চীংনবদগী মহাকপু ফানবা হুকুম অমা থোকখি। লোক্তুনা লৈবা তাখি। কছারদা লোৎলিঙৈদা মহাক্কী মরুপ লোংজম বিজয়গা উনখি। মতম খরা লৈরগা লাইবক থিবদগী লুচিংবা অসি পুলিসনা ফাখি। শিলচরগী জেলদা থা খরা থমখি। খৃঃ ১৯৪৪ গী লোয়রমদাইদা মহাকপু থাদোকখি।

মহারাজ চুরাচান্দ সিংহ অনাবা অমনা মশা শোকচিল্লকখি। মহাক নবদ্বিপ্তা খৃঃ ১৯৪১ গী নভেম্বর থাদা লৈখিদে। মহাক্কী মতুংদা মচানিপা অহল বোধচন্দ্র সিংহনা

নিংথৌ ওইখি। মহারাজ বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ফম্বাল কারবা মতুং ইকুই কুইথদনা জপান্না জর্মনি অমসুং ইতালিগী "অপুনবা শক্তি" দা য়াওশিনখি। "অপুনবা শক্তি" অসিন্না বৃতেন, অমেরিকা অমসুং মখোয়গা পুনবা লৈবাকশিংগী মায়োক্তা লান লাওথোকখি। জপানগী লান্মীশিং অসি য়াম্না মতিক মথৌনা লৈরমই। লান হৌরকপদা মখোয়না ফিলিপাইন ইথং, ইন্দোনেসিয়া, থাইলেন্দ, সিঙ্গাপুর, ম্যানমারনচিংবা লমশিং অসি ইৱা ৱাদনা খুদুম চনখি। লান অসি বৃটিস সরকারগী মখাদা লৈবা ভারতকী নোংপোক্কী ঙমখৈদা য়ৌশিল্লকখি। ইকুই কুইথদনা জপান অমসুং বৃটিস লান্মীশিং মনিপুরদা লান শোক্লখি। খৃঃ ১৯৪২ গী মে থাগী অনিশুবা চয়োলদগী জপানগী লান্মীশিংনা ইম্ফালদা বোম থাদবা হৌখি। মীওই চা কয়া ইম্ফাল থাদোক্কুনা অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা লাঞ্জেন্নখি। বোম, তোপকী মরুনা মীচম চা কয়াগী পুন্সি মাঙহনখি। ইম্ফাল অমসুং তম্পাক্কী মফম কয়াদা লৈবা লৈকাইশিং মুখৎখি। লৈফম লৈনখিদে। প্রজা চা কয়া লাঞ্জেন্নবদা মমা মচা কায়নবা, পোৎমাং চৈমাঙবা, খুদোংথিবনচিংবা নংখি। শন্না হায়রবদা মীচম প্রজাশিং অৱাবনা খম থেংখি। মতম শাংনা লাম্থেংনরবা মতুংদা বৃটিসশিংনা লান ঙমখি। মালেমগী অতৈ মফমশিংদসু বৃটিস, অমেরিকা অমদি মখোয়গা পুন্না লাম্থেংমিন্নবা লৈবাকশিংনা জপান, জর্মনি, ইতালিনচিংববু মায়থিবা পীখি। মীচম প্রজাশিংনা খম থেংনা ৱাবগী পাও অসি ইরাবতনা কছারদা তাখি। মহাক অসুক্কী মতিক মথৱাই নুঙাইরমদে। খৃঃ ১৯৪৬ কী হৌরকপদা "মনিপুর ষ্টেট দরবার" না মহাকপু মনিপুরদা চঙবা য়াদে হায়বা হুকুম অদু লৌথোকখি। কুইথদনা মীয়ামগী লুচিংবা অসি মমা লৈবাক্তা অমুক লাকখি। মতম অদুদা মনিপুর অসি পুমওন ওল্ললমলে। লৈবাক অসি খুন্তাক লানশিদুনা লৈরমই। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওনা মালেমগী মফম কয়াদা লোয়ননা মনিপুর অসিদসু অসুক্কী মতিক অমাং অতা থোকহনখি। লৈবাক অসিদসু মীওই লিশিং কয়াগী পুন্সিবু লৈতাহনখিদে। অসিগুম্বা ফিভম অসি ওইদুনসু লুচিংবা অসিনা, হেক থুংলবগা পোত্থাবা তৌদনা, মহাক্কী পুন্সিগী রাজনিতিগী খোঙচত্তা লোইনজরকপা কর্মীশিং মথং মথং উনবা হৌরকখি।

"নুপী লান" গী মতমদা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" গী "ৱার্কিং কমিতি" গী মেম্বরশিংগী মরক্তা চাওনা মোৎ খেন্নবা অমা লাকখি। সরকার অমসুং করবার তৌবা মীওইশিংদগী খুদোংচাবা ফংবা কাংবুনা "নুপী লান" অসি শৌগৎলমদে। ইহৌ অসিবু শৌগৎখিবা মীগী মশিং অদুদি য়াম্লমদে। "মহাসভা" গী মরু ওইবা মীওই কয়া, ইরাবত মশামক্কা হৌদোকমিন্নরকপা, "নুপী লান" কিবদগী অমসুং মশাগী ওইজবা

মাঙখ্রগনি খনবদগী লুচিংবা অসিদগী থাপতোকপা হৌরকখি। মখা তানা মপান্দা চেং থাদোকপা থিংনবা, "নূপী লান" অসিবু লমজিংনবগীদমক্তা খৃঃ ১৯৪০ গী হৌরকপদা ইরাবত মশামক্না প্রসিদেন্ট ওইবা রাজনিতি দল "প্রজা সম্মেলনী" কৌবা অমা শেমখি। মহাক্না হান্না লিংখৎলম্বা "প্রজা মন্দল" হায়রিবা সংস্থান অসিগা "প্রজা সম্মেলনী" গা পুনশিন্নবা থবক পায়খৎলকখি। খৃঃ ১৯৪৬ কী আগষ্ট থাদা সংস্থান অনি অসিগী অপুনবা মীফম অমা ফমদুনা দল অনি অসি অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা "প্রজা সঙ্ঘ" কৌবা "অকনবা মনিপুরগী রাজনিতি দল অমা শেমখি।" দল অসিগী প্রসিদেন্ট, জেনরেল সেক্রেটরি, ভাইস প্রসিদেন্ট, এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরি মথংশিংনা রাজকুমার ভুবনসনা সিংহ, ইরাবত, অনৌবম গৌরমনি শর্ম্মা অমসুং তখেলম্বম ইবোতোম্বী সিংহনি।[১৬৬] "প্রজা সঙ্ঘ" গী মীওইশিংনা মনিপুরগী মফম শিনথুংনা চত্তুনা মিতিন পাংথোকখি অদুগা দল অসিগী রাজনিতি, অর্থনিতি, সমাজিক্কী ৱারেপ কয়া লৌদুনা ইহৌ শাগৎখি। দল অসিগী পান্দমনচিংবসু প্রজা মীয়ামদা কুপ্না খঙহনখি। খৃঃ ১৯৪৬ কী মে থাদা হান্না "কৃষি সম্মেলনী" কৌবা লৌমীশিংগী চাওখৎ খোঙথাংগী থবক তৌনবা শেমখিবা সংস্থান অসিগী মমিং "মনিপুর কৃষক সভা" ওনখ্রে। ইরাবতকী লিচিং মখাদা লৌমীশিংনা লৌগী মপু ওইগদবনি হায়বগী খোল্লাওসু কনশিল্লকখি। মসিগী খোল্লাও অসিনা শেঞ্জাও পায়বা, ইনাকখুনবা লৌগী মপুশিং অমসুং সরকারগী ফম্নাইবশিংনা ইরাবতপু মনিপুরগী রাজনিতিগী পুন্সিদগী লৌথোক্লবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনরকখি। ইরাবতকী মায়োক্তা থবক তৌবা ঙম্নবা রাজনিতি দল অমা লিংখৎকে খনখি।

খৃঃ ১৯৪৬ কী ওক্তোবর তাং ৪ গী নুংথিলদা মনিপুরগী রাজনিতি দল নিখিল মনিপুর মহাসভা, প্রজা সঙ্ঘ অমদি মনিপুর কৃষক সভাগী মীওইশিংগী অপুনবা মিতিন অমা হৌজিক্কী এরিয়ান থিয়েতরদা ফমখি।[১৬৭] মীফম অদু হৌবদগী অরোয়বা ফাওবা কম্যুনিষ্টপু চৈবা, ইরাবতপু চৈবনা মরু ওইখি। মীফম হৌবদগী য়েৎনরকপনা থবক অমত্তা চত্থবা ঙমখিদে। নাকল অনি থোক্লরক্তুনা অৱাই অখুম তৌনরক্তুনা ইরাং থোকখি। মমৈথংদা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙ্ঘগী মেম্বরশিং পুন্নমক মফম অদু থাদোক্তুনা থোরকখি। মহাসভাগী মেম্বর খরা এরিয়ান থিয়েতরগী হোল মনুংদা লৈহৌবনা খুদক অদুদা নৌনা মিতিন অমা পাংথোকখি। মীফম অদুগী মভাপতি রাজকুমার ভুবনসনা সিংহনা ওইখি। মিতিন অদুগী ৱারেপ অমনা "মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস" কৌবা দল অমা শেমখি।[১৬৮] "মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস" কা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকা মরি অমত্তা লৈনদে। খুদোংচাবা ফংনবা ইরাবতপু হান্না মতেং পাংলম্বা মীওই কয়া মহাক্কী "প্রজা সঙ্ঘ" দগী তোক্তুনা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতা য়াওশিনখি।

মতম অদুগী লাইরিক হৈবা, পৈশা পায়বা, সরকারগী থবক তৌবা, লল্লোন ইতিক্কী থবক তৌবা মীওই কয়া নৌনা শেম্বা দল অসিদা য়াওশিন্দুনা মশাগী খুদোংচাবা কয়া ফংনধা হোৎনখি। প্রজা সঙ্ঘদগী ভুবনসনা তোকখ্রবা মতুংদা, ইরাবতনা প্রজা সঙ্ঘগী প্রসিদেন্ট ওইখি। তখেলম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা জেনরেল সেক্রেটরি ওইদুনা প্রজা সঙ্ঘবু মপাঙ্গল কনবা রাজনিতি দল অমা ওইনবা শেমগৎখি। ফম্না য়াম্না অয়েৎপা পীদুনসু ইরাবতনা মানা চত্থগদবা আন্দলোন লেপ্পা লৈতনা চত্থখি। মহাক্না খঞ্জবা লৌমী অমদি লাইরবা মীওইশিংগী য়াইফনবা হোৎনবা থবকশিং অদু কম্ম্যুনিষ্টকী নিয়মগা খরা চান্নরুবগী ৱানি। মহাক্কী মরু ওইবা থবক্তী তোল্লা তারবা প্রজাশিংগী অৱাবা কোক্নবা মশাগী ওইবা ৱাখল্লোন অমগী মখাদা থবক চত্থবনি। অদুগা মমা লৈবাক অসিবু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনবা থবক তৌবনি। লুচিংপুরেল ইরাবতনা শাগৎচরম্বা "মং" অদু মংফাওনখিদবগী মরমদি মহাক্কী তুং ইল্লম্বা, মহাকপু শৌগৎলম্বা মীওইশিং অদুনা মহাকপু শৌগৎলক্তবদগীনি। মশা মশাগী খুদোংচাবা ফংনবা মহাকপু থাদোক্লম্বনি।

অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওনা অৱাবা নংহল্লবা মীওইশিংবু ক্ষেতিপূরোন পিগদবনি হায়না দাবি তৌখি। মমাংদগী চত্থরকখিবা "মনিপুরদা মপুং ফাবা মীয়ামগী মীহুৎনা শেম্বা লৈঙাক সাশন লৈবদা নত্তনা চীং অমসুং তম অসি লৈঙাক সাশন অমগী মখাদা লৈগদবনি" হায়বা আন্দলোনসু মখা তানা চত্থখি। ইরাবতনা লৈবাক্কী মফম কয়াদা স্কুল লিংদুনা নহারোল কয়াবু মহৈগী লৌশিং পীনবা হোৎনখি। লুচিংবা অসিনা তোল্লা তারবা মীওইশিংগী ফিভম ফগৎনবা পায়খৎলকপা থবক খুদিংগী মহাকপু য়াদবা মীগী মীশিংসু হেঙ্গৎলক্তবা নত্তে। খুদম ওইনা "লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু ওইগদবনি" হায়বগী খোল্লাও অসিদা শেঞ্জাও পায়বা লৌগী মপুশিংনা ইরাবতপু মনিপুরগী রাজনিতিগী পুন্সিদগী লৌথোক্নবা হোৎনদবসু নত্তে। মহাক্না চঙশিল্লকপা আন্দলোন কয়াদা অপনবা পীরবসু লুচিংবা অসিনা মানা তৌগদবা থবক্তা করিমত্তা নিংহন্নবা তৌখিদে। অঙকপনি মহাক্কী অখাং কনবা অমসুং মমা লৈবাকপু লুনা নিংজবা।

মোহোন্দাস করমচান্দ গান্ধীগী লিচিং মখাদা ভারতগী বৃটিসশিং থাদোক্লগা চৎখ্রো হায়বগী আন্দলোন অসি নোংমা-নোংমগী কনশিল্লকখি। বৃটিসশিংনসু মখোয় নোংমদি ভারত থাদোক্তবা য়াররোই হায়বসি খঙখি। মতম অসিদা মনিপুরদসু লৈবাক অসিবু মনিং মখা তম্নবা ইহৌ কনশিনখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা বৃটিস সরকারগী রাজনিতিগী লম্বীদা অহোঙবা কয়া লাকখি। ওইরক্লিবা ফিভম মতুং ইন্না

বৃটিস প্রাইম মিনিষ্টর সি আর অতলিনা বৃটিস পার্লিয়মেন্টতা খৃঃ ১৯৪৭ কী হৌরকপদা লাওথোকখি মদুদি ভারত অসি মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা খৃঃ ১৯৪৮ গী জুন থাগী মমাংদা ওইরগনি। মতাং অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা খঙখি মদুদি মনিপুরগী লৈঙাক সাশন অসি মহাক্কী মখুত্তা শোয়দনা তারক্লগনি হায়না। মরম অদুনা মহাক্না আইনগী নিতি নিয়ম ফজনা চলাইনবা, চীংগী লৈঙাক সাশনসি প্রসিদেন্ট "মনিপুর ষ্টেট দরবার" দগী লৌশিন্নবা অমসুং প্রজাশিংবু লৈঙাক সাশন য়াওহন্নবা থবক পায়খৎপা হৌখি। খৃঃ ১৯৪৭ কী হৌরকপা শুরাইদা মনিপুরদা মীয়াম্না খনবা মীহুৎশিংনা শেম্বা সরকারনা লৈবাক সাশন পুহনবগী রাখল খনবা হৌরকখি।

খৃঃ ১৯৪৪ দা আইনগী থবক ফজনা চত্থনবা "চীফ কোর্ট ওফ মনিপুর" হায়বা অমা লিংখৎখি অমসুং খৃঃ ১৯৪৭ কী হৌরকপদা মরু ওইবা আইন "মনিপুর ষ্টেট কোর্টস এক্ট ১৯৪৭" চলাইখি। "চীফ কোর্ট ওফ মনিপুর" গী চেয়ারমেন হায়বা অদু "চীফ জর্জ" হায়না খঙনখি। "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী মখাদা লৈরম্বা চীংদা আইন চলাইনবগী থবক তৌবা ওফিসশিংসু "চীফ কোর্ট ওফ মনিপুর" গী মখাদা থমখি। মতম শাংনা তোখায়বা লৈঙাক সাশনগী মখাদা থম্লুরবা চীং অমসুং তম্বু লৈঙাক সাশন অমত্তগী মখাদা থমদুনা অকনবা লৈবাক অমা ওইনবা হোৎনবা হায়বসি মতম অদুগী লুচিংবশিংগী পান্দমনি। খৃঃ ১৯৪৭ কী ময়ায় চল্লকপদা "মনিপুর ষ্টেট দরবার" হায়বসি থুপচিল্লগা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা সরকার অমা লিংখৎখি। সরকার অদুগী মমিং "হিজ হাইনেস দ মহারাজা ইন কাউন্সিল" হায়না কৌখি। হান্নগী "মনিপুর ষ্টেট দরবার" গী প্রসিদেন্ট এফ এফ পিয়ারসনবু অহানবা চীফ মিনিষ্টর ওইনা সরকার অসিবু পুহনখি। পিয়ারসন অসি "মনিপুর ষ্টেট কন্সটিটুসন মেকিং কমিতি" (মনিপুরগী লৈঙাক সাশন অসি করম হায়না ঙাক্কদবগে হায়বগী চৎন-পথাপ শেম্নবা কমিতি) গী চেয়ারমেনসু ওইরমই। "হিজ হাইনেস দ মহারাজা ইন কাউন্সিল" সরকারগী মখাদা চীংগী লৈঙাক সাশনসু য়েংশিনখি। মতম খরা লৈরগা "হিজ হাইনেস দ মহারাজা ইন কাউন্সিল" গী সরকার মতম লোয়রবা মতুংদা মুখৎলগা অনৌবা লংদাই সরকার "ইনতেরিম কাউন্সিল" কৌবা অমা শেমখি। মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহগী মনাওনুপা মহারাজ কুমার প্রিয়াব্রাতা সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইখি।

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৪ অমসুং ১৫ গী লোন্নবা অহিং নোংয়াইদা বৃটিসনা ভারতপু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইহনখি। ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিস গোভর্নর জেনরেল লোর্ড মাউন্টবেটন্না রাজা গোপালাচারিদা গোভর্নর জেনরেলগী থবক থৌরম পুন্নমক শিন্নখি। নিংখা তম্লবা ভারতকী অহানবা গোভর্নর জেনরেল

রাজা গোপালাচারিনা ওইখি। মতম কুইনা দিল্লিদা পাইরম্বা বৃটিসকী ফিরাল (ইউনিয়ন জেক) অদু চীংথদুনা ভারতকী মচু অহুমগী ফিরাল চীংখত্তুনা পাইহনখি।

মনিপুরদসু বৃটিসকী ফিরাল চীংথখি। অমসুং চহি ৫৬ কী মতুংদা নিংতম্বা মনিপুরগী ফিরাল অঙৌবা ময়ায়দা পাখঙবা য়েকপা অদু মহারাজ কুমার প্রিয়ব্রাতা সিংহ চীফ মিনিষ্টর মনিপুরনা কাউন্সিল ওফ মিনিষ্টরশিংগী হোলদা চীংখৎতুনা পাইহনখি। আগষ্ট তাং ১৫, ১৯৪৭ ইংগী অয়ুক পুং ৭ তাবদা, মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা, মনিপুরগী সনা কোনুংদা মনিপুরগী ফিরাল পাখঙবা য়েকপা চীংখৎখি।[১৬৯] মনিপুর অমুক হন্না মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইখি।

পিয়ারসন্না লমজিংদুনা শেমখিবা "মনিপুর কন্সটিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭" কী মখাদা ভোং তৌনবা খৃঃ ১৯৪৮ গী এপ্রিল থাদা থবক পায়খৎখি। কন্সটিট্যুসন অসিগী মখাদা মনিপুরগী প্রজাশিংনা খনগৎলবা মীহুৎ ৫৩ গী এসেমব্লী অমা লৈগনি। অদুবু চীফ মিনিষ্টরদি মহারাজনা হাপকনি। মরু ওইবা ৱাফম হায়বদি "নিংখা তম্বা মনিপুর অমসুং প্রজা মীয়ামগী মীহুৎশিংনা শেম্বা সরকার" হায়বা ৱাহৈসি কন্সটিট্যুসন অসিদা য়াওদে হায়দুনা ইরাবত অমদি প্রজা সঙঘনা লৈবাক অসিগী নৌনা শেম্বা চৎন-পথাপ অসিবু য়ারমদে। মরমদি ভোং থাদগদবা মীওইশিংদু অখন্নবা মীওইশিং ওইরমই। লৈবাক অসিগী প্রজা লোয়না ভোং থাদবা য়ারমদে। মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনদি কন্সটিট্যুসন অসিবু য়ারমই। ইরাবতনা চীং অমসুং তমগী মীওইশিং অসি নকশিন্নবা হোৎনরমই। মহাক্না খনখি প্রজা সঙঘ অমসুং মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অনিনা পুন্না থবক তৌমিন্নরবদি তোখায় তোখায়বা কাংলুপশিং পুনশিন্দুনা অকন্নবা, অফবা লৈবাক অমা শেম্বা য়াগনি হায়না।

খৃঃ ১৯৪৭ কী নভেম্বরগী তাং ৩০ দা ইম্ফালদা লৈবা "মনিপুর ড্রামাতিক ইউনিয়ন" গী হোলদা মহাক্না মীফম অমা কৌদুনা চীং তমগী মীওইশিং হেন্না নকশিন্নবা ৱাফম খন্নখি। তাংখুললোং হায়রিবা তাংখুলশিংগী সংস্থান অসিগী প্রসিদেন্ট এ কে শিমরেনা মীফম অদুগী সভাপতি ওইখি। ইরাবত মনিপুর পুন্নমকপু "অমত্তা ওইনা" উবা ঙম্বা লুচিংবনি।

অনৌবা কন্সটিট্যুসনগী মখাদা এসেমব্লীগী মীখল খৃঃ ১৯৪৮ দা পাংথোকখি। অহানবদা কন্সটিট্যুসন অসি য়ারমদ্রবসু ইরাবতনা মীখল অসিদা য়াওখি। মসি মহাক্না পাম্বা অহোঙবা অদু মীখলদা য়াওশিল্লগা পুররুবা হোৎনগে খল্লম্বা য়াই হায়না অইবা খরনা মোৎ পী। অদুবু চপ চানা হায়বদি ঙমদ্রে। ইরাবতকী পার্টি কৃষক সভাগী মীওই মঙা মীখলদা মায় পাকখি। রাজনিতি দলশিংগী মায় পাকখিবা মীওইশিংগী

মশিংদি কৃষক সভা ৫, মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস ১৪, সোসিয়েলিষ্ট পার্টি ৩, হিল এরিয়াস ১৮, ইন্দিপেন্দেন্ট ১২ অমসুং অহাপ্পা (নোমিনেট তৌবা) ১। মসি মনিপুরদা ইহান হান্না পাংথোকপা এসেম্ব্লীগী মীখলনি। মখোয়গী মনুংগী ওইবা ৱাথোক্তগী কংগ্রেসনা সরকার শেম্বা ঙমখিদে। ফম পায়নিংবা মী মশিং য়াম্বদগীনি। মীখলগী মতুংদা চুংশিন্নবা সরকার অমা শেমখি। মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা "মনিপুর ষ্টেট কন্সটিট্যুসন এক্ট ১৯৪৭"কী মায়োক্তা থবক তৌবা হৌরকখি লোয়ননা মনিপুরবু ভারত্তা তিননিংবগী ইহৌ অমা শাগৎলকখি।[১৭০] দল অসিনা মহারাজ বোধচন্দ্রদগী লাপথোক্লবা থবক চথরকখি।

মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা মনিপুরবু ভারত্তা তিনগদবনি হায়বা খোল্লাও লেপ্পা লৈতনা লাওরকখি। অদুবু মখোয় মশিং য়ামদবা কাংবুনি। ভারত সরকারগী মীওইনসু নারোন্দা কনা অমত্তা খঙহন্দনা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা তৌরিবা থবকশিং শৌগৎখি।

মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ্ অমসুং ইরাবতনা মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিনবা হায়বসি শুকয়া য়ারমদে। অদুবু মীওই অনি অসি পুন্না থবক তৌমিন্নরমদে। মতাং অসিদা অমুকসু পঞ্জনিংবা ৱাফম অমনা বৃটিসনা মনিপুর থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা লৈবাক অসি নিংথৌ পানবা, নিং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈহৌই। নিংখা তম্বা মনিপুর, মশাগী সংবিধান লৈদুনা, সংবিধানগী মকোক্না নিংথৌনা ওইবা লৈবাক্নি। সংবিধানগী মতুং ইন্না মীখল তৌদ্রিঙৈ মরক্তা লংদাই সরকার (ইনতেরিম কাউন্সিল) অমা লৈদুনা মহারাজ কুমার প্রিয়াব্রাতা সিংহনা চীফ মিনিষ্টর ওইবা মন্ত্রি মন্দল অমনা লৈবাক ঙাক্লকখি।[১৭১] সরকার পায়হৌদ্রবা মতুংদনি মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস অমদি সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী মীওইশিং খরনা মনিপুর অসিবু ভারত্তা তিনশিন্নবা খোল্লাও লাওবা হৌরকখ্রিবসি।

ভারতকী লুচিংবশিংনসু মনিপুরবু ভারত্তা তিন্নবা পোৎলম কয়ামরুম য়াৎপা হৌখি। লৈবাক অসি "নম হাদুনা" ভারত্তা তিন্দবা য়াদে হায়বগী মওংদা হায়রিবা লুচিংবশিং অসিনা থবক পায়খৎপা হৌখি। ইরাবত অমদি অতৈ লুচিংবশিংনসু অনৌবা ৱাফম হায়বদি মনিপুর, কছার, ত্রিপুরা অমসুং লুশাই চীং (হৌজিক্কী মিজোরাম) পুল্লগা "পুর্বানচল" কৌবা লৈবাক অমা শেন্নবা হোৎনবদু য়াম্না কন্না য়াখিদে।

অমরোমদা লৈবাক অসিগী মীওইশিং অয়াম্বনা মনিপুর অসি মনিং মখা তম্বা, মশাগী সংবিধানগী মখাদা সরকার অমা লৈজবা, মীখা পোন্দবা লৈবাক অমা ওইনা

লৈনবগী মোৎ ফোংদোক্লখি। মনিপুরগী মীয়াম্না লৈবাক অসিবু ভারত্তা পুনশিনবা হায়বসি য়াখিদে। মতম অদুগী সরকারগী শরুক অমা ওইরিবা "মনিপুর প্রজা শান্তী" দলগী প্রসিদেন্ট ধবলো সিংহনা মনিপুরগী মহারাজদা ৱাকৎচে (মেমোরেন্দম) অমা খৃঃ ১৯৪৮ গী দিসেম্বর তাং ১৭ তা পীশিনখি। মসিগী শমলপ্পা ৱারোলদি "... মনিপুর অসি মনিং মখা তম্বা, মশাগী সরকার অমা লৈজবা লৈবাক অমা ওইনা অদুম লৈগদবনি। লৈবাক অসিগী সংবিধানগী মকোক্না মহারাজনা অদুম ওইগদবনি...।" অতোপ্পা ৱাকৎচে অমদা সরকার পায়বা য়াওবা দলগী জেনরেল সেক্রেটরি এন. ইবোমচা সিংহনা হায়খি, "...লৈবাক অসিগী মী অয়াম্বা ভারত্তা তিনশিনবা অমসুং পুনশিনবা পামদে।" অদুবু মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসতি লৈবাক অসি ভারত্তা তিনশিনবা পামখি। খৃঃ ১৯৪৯ গী এপ্রিল তাং ২৯ দা লৌখিবা দল অসিগী ৱারেপ অমনা হায় (শমজিন্না) "...কংগ্রেসনা মালেমগী ওইরক্লিবা ফিভম মরু ওইনা য়ুমথংনবা বর্মাদা কম্যুনিষ্টকী ইহৌ লাক্লিবসি য়াম্না হকচিন্না লৌই। লৈবাক (মনিপুর) অসিদসু কম্যুনিষ্টপু পামজবা মীওইশিংনা সরকার পায়রি। মরম অদুনা ভারত সরকারগী মপাঙ্গল কলহনবা চঙই। মসি লৈবাক মচা মচা মরু ওইনা মনিপুর য়াওনা ভারত্তা পুনশিল্লগা ওইথোক্কনি...।" ইরাবত মথৱাই য়াম্না শোকখি। লুচিংবা অসিনা লৈবাক অসিদা ইৱাং থোকহল্লি হায়দুনা হান্নসু মরাল শিখ্রবনি। খৃঃ ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা ইম্ফালদা লৈবা "মনিপুর দ্রামাতিক ইউনিয়নগী হোল " দা কৃষক সভা অমসুং প্রজা সঙঘ অনিনা মীয়াম মীফম অমা "পুর্বানচল" শেন্নিংবা ৱাফমগী মায়োক্তা কৌখি। হায়রিবা মতম অসি মনিপুরদা পাংথোকখিবা মীখলগী ফল হায়দোকপা কুইদ্রিবা মতম্নি। মথক্তা পঞ্জখ্রিবা নুমিৎ অসিদা মশিং য়াম্লবা মীয়াম অমা ইম্ফালগী অৱাং নোংপোকলোমদা কিলোমিতর ১৫/২০ রোম চৎলগা লৈবা পুংদোংবম লোমদগী ইম্ফাল তম্না মীফম অদু য়াওবা লাক্লমই। সরকারগী মরি লৈনবা মীওইনা হায়রিবা মীয়ামগী সভাযাত্রা অসিবু থিংনবা হোৎনখি। ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসনগী "ওফিসার ইন চার্জ" কৈশাম নরান সিংহনা লুচিংদুনা পুলিস কাংবু অমা মফম অদোমদা চৎখি। পুংদোংবম য়ৌদ্রিঙৈ য়োরবুংদা পুলিস অমসুং মীয়াম খরা মুক্নরমই। সভাযাত্রা অদুবু লুচিংলকখিবা মীওই খরসু পুলিসনা ফাখি। মীয়াম্না করি মরমগী ফারিবনো, থাদোকউ হায়দুনা তক্নখিরমই। খরা মুক্নবা হেল্লকপদগীদি পুলিস ওফিসার অদুনা নোংমৈ কাপ্লবা হায়রকপদা কাপথোরকপা নোংমৈ মরু অমনা শোয়বদগী নরান সিংহগী মশাদা পানবদগী মহাক মফম অদুমক্তদা লৈখিদে। থৌদোক থোকপা মতম অদুদা ইরাবততি মীফম ফম্নবগীদমক মনিপুর দ্রামাতিক ইউনিয়নগী হোলদা থৌরাং লাঙদুনা লৈরমই। থৌদোক অসিগী পাও

ইরাবতনা খুদক্তা ফংখি। মহাক্না খঙখি মহাক কুইথনা মনিপুরদা লৈবা য়াররোই হায়বসি। মহাক্না মাগী মরুপশিংদা চেকশিন্না লৈনবা হায়রমখি। অমসুং মহাক নুমিৎ অদুদগী সরকারগী মীওইশিংনা ফাবা ঙমদনবা লোত্তুনা লৈরগা মহাক্না পাল্লিবা পান্দম অদু ফংনবা থবক তৌবা হৌখি। সরকারনসু মহাকপু ফানবা হুকুম খুদক্তা থোকখি।

## ভারত্তা মনিপুর তিনশিনখিবা

ভারত নিংতম্লগনি হায়বসি শোয়দনা খঙলবা মতমদা লংদাই সরকার (ইনতেরিম গোভর্নমেন্ট) অমা লৈরমই। মসিগী প্রাইম মিনিষ্টর জৱাহরলাল নেহরুনি। সরদার বলভ ভাই পতেলনা হোম মিনিষ্টরনি। মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা হোৎনরিবা "লৌ" অদু লৈবাক অসিগী মীওই অমত্তনা খঙবা ঙমখিদে। য়াম্না লুবা মতম্নি। অসামগী হান্নগী গোভর্নর আকবর হায়দারিনা মনিপুরদা লাক্তুনা করম হায়না মনিপুর অসিবু ভারত্তা তিনগদবগে হায়বগী হিরমদা কুপ্না য়েংশিনখি। মহাক্না খঙখি লৈবাক অসিগী মী অয়াম্বনা মনিপুর অসি ভারত্তা পুনবা পামদে হায়বসি। ভারত সরকারনা মনিপুরদা ওইরক্লিবা ফিভমগী পাও ঙহাক লৈতনা লৌদুনা মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা থবক পায়খৎলকখি। মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মীওইশিংনসু ভারত্তা তিনগদবনি হায়বগী খোল্লাও কনশিল্লকখি। মতম অদুগী কংগ্রেস/সোসিয়েলিষ্ট লুচিংবা খরনা মপান্দগী ময়াংশিং চঙলকপদা অথিংবা থম্বা লৈরম্বদু লৌথোক্কদবনি, "ঐখোয় ভারত মচা ঙাক্তনি" হায়দুনা লাওখি। (কোন্না অথিংবা লৌথোকখি অমসুং মপান্দগী মীওইশিং ঈশিং ঈচাওগুম পীকখ্রবা লৈবাক অসিদা হায়জিল্লকখি। মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিংগী মশিং য়াম্লকপদগী ওইরক্লিবা সমস্যাগী মতাংদা মমাংদা পঞ্জখ্রে)। অদুবু থৌদোকশিং অদুদি ইতিহাসকী শরুক অমদি ওইখ্রে। ভারত সরকারনা মসিগী "দেৱান" (মীহুৎ কুম্বা) ওইনা মেজর জেনরেল রৱাল অমরসিংহবু মনিপুরদা থারকখি। অমর সিংহনা মনিপুর মনুংগী লৈঙাক সাসন্দা "খুৎ য়াম্না থিংজিনখি।" মসি থৌওইনা শিল্লবগ্রা ? "য়াম্না তোয়না খুৎ থিংজিল্লকপনা" মরম ওইদুনা মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং অমর সিংহ অনিগী মরক্তা ভাব তানদবা খরা লৈখি। মমাংঙৈগী বৃটিসকী "পোলিটিকেল এজেন্ট"না মনিপুরদা লৈরিঙৈদা করিগুম্বা "পোলিটিকেল এজেন্ট" অসিগা মনিপুরগী মহারাজগা ভাব তান্নদবা লৈরবদি মখোয়বু অসামগী গোভর্নরনা ৱাতেমশিনখি। অমর সিংহনা মনিপুরগী লৈঙাক সাসন্দা খুৎ থিংজিল্লকপা অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মতম অদুগী অসামগী গোভর্নর ওইরিবা শ্রী প্রকাসকা ৱা খন্নবা পামখি। তাঞ্জা অসিদা শ্রী প্রকাস, মহাক্কী এদভাইজর রসতমজি, হোম মিনিষ্টর পতেল অমসুং ষ্টেটস

মিনিস্ত্রিগী এদভাইজর ভি পি মেনননা মখোয় মশেল পাও ফাওনদুনা মনিপুর অসি করম তৌরগা ভারত্তা তিনগদবগে হায়বগী ৱাতানবা হৌখ্রবনি।

অমরসিংহনা মনিপুরগী লৈঙাক সাশন্দা খুৎ থিংজিল্লকই হায়বগী ৱাফম খন্নবা মহারাজ বোধচন্দ্র খৃঃ ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৭ তা শিলোংদা থুংখি। মতম অদুদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহবু ঙাকশেন্দুনা থৌগল তৌদুনা শিলোংদা চৎমিন্নখিবা ময়েংবম আনন্দমোহন সিংহ (মহারাজগী এ দি কোং) না ইবা লাইরিক "শিলোং ১৯৪৯" দা শিলোংদা ওইখিবা ফিভম অদুগী মতাংদা অসুম্না পল্লি ঃ "শিলোং য়ৌরগদি তায়োন্নবা থৌরাং অমা থেংনবনি। মরু ওইবদি ভারতকী নিংথৌ পানবা ষ্টেট পুন্নমক সেপ্টেম্বর থাদুগী মনুংদা ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা (ভারত্তা) মর্জ (তিনশিনবা) তৌবা লোইগদবনি হায়বা অকনবা ৱাফম লৈরম্লে।. . . মতম কুইনা শোই তৌ হায়বা য়াদনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা খাঙদুনা লৈরম্বদু হন্দক মশা লাক্লিঙৈদা নমদুনা ফারগা শোই তৌহন্নবগী থৌরাং তৌরম্বা অসিনি। মথক্কী অথুপ্পা পাউ অসি বোধচন্দ্রনা ইম্ফালদা লৈরম্লিঙৈদা খঙলম্লবদি শিলোং চৎপগী ৱাখল শুপলৈ লৈরম্মোইদবনি. . .।" মনিপুর ভারত্তা তিন্নবগী য়ানচে অদু শোই তৌ হায়রকপদা মহারাজ বোধচন্দ্র মকোক্তা ব্রজ তাবগুম থোকখি। অমরোমদা মহাক্না লৈরিবা মফম অদুৱাইদসু "সিফাইশিং মথৌ তৌহনখি।" শিলোংদা লৈরিঙৈদা অসাম গোভর্নর শ্রী প্রকাসনা বোধচন্দ্র সিংহনা মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবা চে শোই তৌ হায়বদু য়ানিংদবা উৎলি হায়দুনা মহাক্না (প্রকাস) ভারত সরকারগী এদভাইজর মেনন অমসং হোম মিনিষ্টর পতেলদা তেলেগ্রাম থারমই। তেলেগ্রাম[১৭২] (১৮ সেপ্টেম্বর, ১৯৪৯) অদুগী শন্নপ্পা ৱারোলদি. ". . . মনিপুরগী মহারাজনা মখা তানা ৱা খন্নদনা নৎত্রগা ভারত্তা তিনশিন্নবগী চে শোই তৌদনা মনিপুরদা হল্লগনি হায়। মহাক অমসুং মহাক্কী এদভাইজরশিং শোই তৌদনা হনবা য়াহল্লোয়দবনি। মখোয়না ভারত্তা তিনশিনবগী চে অদু শোই তৌদনা মনিপুরদা হন্ননবা হোৎনরক্রবদি মখোয়বু চৎপা য়াহন্দনা খামদুনা থম্নবা ঐনা (প্রকাস) পুলিসতা খঙহনখ্রে। চানবিদুনা ঐঙোন্দা মহারাজ অমসুং মহাক্কী মীওইশিংবু খামদুনা থম্বা য়ানবগী অয়াবা হুকুম খুদক্তা পীবিরকউ। করিগুম্বা থোক্লকপা য়াবা থৌদোক পুন্নমক্কীদমক মরি লৈনবা মফম অমসুং মীওইশিং মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈনবা খঙহনখ্রে. . .।"

নাকল অমরোমদা মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিনগদৌরে হায়বসিদা মীয়াম্না য়ানিংদবা হেন্না ফোংদোক্লরকখি। খৃঃ ১৯৪৯ গী আগষ্ট থাদা প্রজা মীয়ামগী মীফম অমগী ৱারেপ্পা মনিপুর ভারত্তা তিনশিনবা পামদে হায়দুনা ভারতকী হোম মিনিষ্টর সরদার

পতেলদসু চে থাখি। চীং অমসুং তমদগী কারকখিবা মীহুৎশিংনা মনিপুরবু ভারত্তা তিনবা পামদে হায়দুনা অমুকসু হোম মিনিষ্টরদা চে থাদুনা খণ্ডহনখি। শিলোংদা লৈরিবা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মনিপুরদা চৎলগা প্রজা মীয়াম অমসুং মনিপুর সরকারগী মন্ত্রিশিংগা অমুক্তা ৱা তান্নরুখিগে হায়বদু "য়াখিদে।" অসামগী গোভর্নরদা সরদার পতেলনা খণ্ডহনখি মদুদি মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিন্নবগী য়ানচে অদু বোধচন্দ্র সিংহগী হন্দক্কী শিলোং খোঙচৎ অসিদা "শোই তৌদবা য়াদবনি।" মরু ওইনা য়ানচে অদু "নোংমা নৎত্রগা নিনিগী" মনুংদা শোই তৌনগদবনি। দরকার লৈরবদি "য়ান্না অৱাংবা থাক্কী সিফাই অমা" শিলোংদা থন্নবা পতেলনা অসাম গোভর্নরদা খণ্ডহনখি। অকোনবদা মনিপুরনা ভারত্তা তিনশিনবগী "য়ানচে" অদু শিলোংদা লৈবা সরকারগী য়ুম অমদা খৃঃ ১৯৪৯ গী সেপ্টেম্বর তাং ২১ দা সহি (শোই) তৌনখি। অসুম তৌদুনা "য়ানচে" অসিগী মতুং ইন্না মনিপুর অসি খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দগী ভারত্তা তিনশিনখি। মথক্তা পঞ্জরিবসি মনিপুরগী ইতিহাসকী তাঙ্কক খরদা থোকখ্রবা থৌদোকশিংনি। থোকখিদে হায়বা য়ারোই। মনিপুর হৌজিক ভারতকী ষ্টেট অমনি। হৌজিক লৈবাক অসিগী মীওই পুন্নমক্না লৈবাক অসিবু করি করম তৌরগা মালেমগী থাক্তা চাওখৎকদবগে হায়বগী ৱাখলদা থবক তৌফম থোকই। মতাং অসিদা পঞ্জনিংবদি মনিপুর অসি হৌজিক ফাওবা চাওখৎ থৌরাংগী লম্বীদা কা হেন্না মাঙজিল থানা চেনবা ঙমদ্রি। মসি লাইবক থিবনি। অমরোমদা মতম অদুদা পাল্লম্বা সরকার অমসুং প্রজা মীয়ামগী অয়াবা য়াওরগা মনিপুরনা ভারত্তা তিনশিল্লন্নবদি লৈবাক অসিনা ঙসি ওইরিবা ফিভম অসি ওইরমগদ্রা? মনিপুরনা ভারত্তা তিনবগী ৱাফমসি মতম অদুদা পাল্লম্বা মীখলদা কারকপা সরকারনা ৱা ওইনা থন্নখিদে অমসুং অয়াবসু পীখিদে। নৎত্রগা মনিপুরনা ভারত্তা তিনবগী "য়ানচে" অদুদা য়াওরিবা ৱাফমশিং খুদম ওইনা মনিপুরীশিংবু ভারত সরকারনা সরকারগী লোইশঙশিংদা থবক তৌহনবদা খুদোংচাবা পীগনি অমসুং লৈবাক অসিগী চাওখৎ থৌরাংগী থবক্তা পুক্নিং চঙগনি হায়বদু থবক ওইনা ফজনা পাংথোক্লম্লবদি ঙসিগী ফিভম অসি ওইরমগদ্রা? অদুবু হায়রিবা পুন্নমক ইতিহাস ওইখ্রে। হৌজিক মনিপুর চাওখৎ লম্বীদা খুমাং থানা চৎনবা থবক তৌফম থোকই।

মনিপুরনা ভারত্তা তিল্লবা মতুংদা মতম অদুগী "প্রজা শান্তী সভা" গী সরকার অদু মুখৎখি। ভারত সরকারনা লৈবাক অসিবু ঙাক শেন্নবা "চীফ কমিস্নার" অমা হাপখি। হান্নগী দেৱান ৱাল অমর সিংহবু "চীফ কমিস্নার" ওইনা থারকখি।

মনিপুর ভারত্তা তিনশিখ্রে হায়বসি ইরাবতনা খ্বাইদগী মথৱাই শোকপা পাও অমা ওইনা তাখি। অনৌবা লাম্লোং অমগী মখাদা মহাক্লা পাল্লিবা পান্দম ফংনবা থবক পায়খৎকে খনখি। মরুপ মপাং খরা পাও ফাওনরবা মতুংদা খৃঃ ১৯৫০ গী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইদা ইরাবত বর্মাগীদমক মনিপুর থাদোকখি। মতম অদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মা (সি পি বি -হৱাইট ফ্লেগ), বর্মা কম্যুনিষ্ট পার্টি (বি সি পি - রেদ ফ্লেগ) অমসুং পিপলস কমরেদ পার্টি (পি সি পি) অহুম্না খুৎলায় পায়দুনা বর্মা সরকারগী মায়োক্তা লান হৌরমই। অসিদসু নত্তা করেন, শান, মোন, অরাকানিজনচিংবা খুৎলায় পায়বা কাংবু কয়ামরুমসু লৈরমই। মখোয়শিং অসি বর্মাগী সরকারগা লাম্থেংনবদা নত্তনা মখোয় মশেলসু হেক উনবা মফমদা নোংমৈ কাপ্পরমই। অসিগুম্বা মতম অসিদনি ইরাবতনা বর্মাদা থুংলুরিবসি। মচোই মচোই তানবা অদু উবদা মহাক মথৱাই নুঙাইরমদে। বর্মাদসু সি পি বি, বি সি পি অমসুং পি সি পি পুনশিন্নদুনা মখোয়না পাল্লিবা পান্দম অদু ফংনবা পুন্না চৎমিন্নবা ঙমখিদে। মফম অদুগী ফিভম কুপ্পা খঙলবা অমসুং নৈনরবা মতুংদা মনিপুরগী লুচিংবা অসিনা মচোই মচোই তারবা বর্মাগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিং অদুবু পুন্না পুনশিনহনবা ঙমখি। হায়রিবা পার্টি অহুম অসিনা "অপুনবা কাংবু" অমা শেমখি। হায়রিবা পার্টি অহুম অসিনা শেম্বা "মনুংগী সরকার" "ইয়ুনাইটেদ ফ্রন্ট লিবরেসন গোভর্নমেন্ট ওফ বর্মা" গা য়ানচে অমা সহি তৌনখি। য়ানচে অসিগী মতুং ইন্না বর্মাগী "অপুনবা কাংবু" অসিনা "লৌশিন্দুনা থম্বা লম"[১৭৩] কবো তম্পাক্কী অমসুং অঙ্গো চীংগী শরুক খরা য়াওনা ইরাবত্তা পীখি। মহাক্লা পাম্বা পান্দম ফংনবা "মনিপুর রেদ গার্ড" হায়বা লান্মী লিংখৎখি। অদুবু চহি য়ামশিল্লকপা অমসুং মফম অদুগী ঈশিং নুংশিৎ চানরক্তুবদগী তাইফোইদ (ভুগতি লৈফা) না নারকখি। মফম অসি মহাক্কী তাংবো খুলদা লৈবা "হেদকারতস" তনি। মহাক্কী বর্মাগী মরুপশিংনা মহাকপু কন্ননবা মন্দলে অমসুং রেঙ্গুন (হৌজিক্লা য়াঙ্গোন) দা মখোয়গী মীওইশিং থাদুনা হিদাক লৌদুনা মহাকপু লাইকন্নখি। অদুবু লৈবাক অসিনা তাংনা ফংজবা, মমা লৈবাক্কীদমক্তা মথৱাই কৎথোকপা ঙম্বা, মমা লৈবাকপু অকনবা শক্তি লৈবা মশানা মশাগী লাইবক লেপচবা লৈবাক অমা ওইবা পাল্লম্বা লুচিংবা অসি খৃঃ ১৯৫১ গী সেপ্টেম্বর তাং ২৬ তা অরোইবা য়াহিপ তানখি। অসিগুম্বা মশাগী ওইজবা থিদবা, তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম উবা ঙম্বা, প্রজাশিংবু মথম্মোয় শেংনা নুংশিজবা, মনিপুরবু চাওখৎ লম্বীদা মমাং থানা চেনবা পাল্লম্বা লুচিং পুরেল অসি অমুক হন্না লৈবাক অসিদা লাকখিগদ্রা?

# লৈবাকসিগী য়াওল্লোইশিং

লালহৌরিবা য়াওল্লোইশিং অসি থবক ফংদবদগী, নিংবা কায়বদগী, মখোয়গী তুংগী আশা উরক্তবদগী লালহৌবনি হায়না মমাংদা কয়ারক পাওথোকখ্রে। মসি চুমগদবা মান্দে। লালহৌবগী সমস্যা অসিদি লৈবাক অসিগী ইতিহাসকা মরি লৈনবা সমস্যানি। মরম অদুনা মসিদি "রাজনিতিগী থাক্তা" খোঙফম খরা হন্দোক্লরগা তুং কোয়না তায়শিন্নবা ৱারী শাবা চঙই।

মনিপুরনা ভারত্তা তিনশিনবা ইকুই কুইথদনা সিফাই ময়াম অমা লৈবাক অসিদা থাজিল্লকখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি লৈবাক অসিদা হৌরকপা য়াবা ইহৌ নৎত্রগা ইরাং নমথনবনি। মসিগুম্বা ফিভম ফনা ওইদুনসু লৈবাক অসিগী নহারোল খরনা পুনশিল্লগা "মনিপুর রিভোলুসনরি নেসনেললিষ্ট পার্টি" (এম আর এন পি) কৌবা অমা চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৫৩ দা শেমখি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি এম আর এন পি মশাগী ৱাহৈদা "মনিপুরবু হান্নগী মনিং মখা তম্বা ফিভম অদুদা অমুক হঞ্জিনহনবনি।" সিফাইশিংনা এম আর এন পি গী লুচিংবশিং পাক্তকননা ফাজিনখি অমসুং পার্টি অসিবু থুপচিনখি।

লুচিংপুরেল হিজম ইরাবতনা লৈখিদ্রবা চাওরাক্লা চহি ১৮ মুক্কী মতুংদা মৈতৈ নহারোল কাংবু অমা মতম অদুগী ইষ্ট পাকিস্থান (হৌজিক্কী বঙ্গলাদেস) দা চৎখি। নহারোলশিং অসিনা পাকিস্থানগী লান্মীশিংদগী "অরোনবা লালওং" তম্বা পামখি। অসিদা নত্তনা মখোয়বু অঙম্বা থাক্তা মতেং পাংবিয়ু হায়জবনি। নহারোলশিং অসিগী ৱাখলদি "মনিপুর অসি মতম অমদা মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরমই অমসুং লৈবাক অসি নমফুদা ভারত্তা তিনশিনখি" হায়বসিনি। মৈতৈ নহারোলশিং অসিনা পাম্বদি খুৎলায় পায়দুনা লালহৌরগা মনিপুরবু অমুক, মখোয়গী ৱাহৈদা, "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইহনগনি হায়বসিনি। নহারোলশিং অসিনা খঙই মদুদি ভারতকী মায়োক্তা লান হৌবা হায়বসে অরাইবা নত্তে। মরম অদুননি মখোয়না ভারতকা মতম অদুদা য়ানদবা লৈবাক পাকিস্থানগী মতেং লৌবা পামখ্রিবসি। মৈতৈ নহারোলশিং অসিনা অসাম, ত্রিপুরা অমসুং মেঘালায়াগী জঙ্গল কয়া ফাওদুনা চৎলগা অকোনবদা ইষ্ট পাকিস্থান্দা থুংখি। অরাইবা খোঙচৎ নত্তে। মনিপুরদগী ইষ্ট পাকিস্থান য়ৌনা চৎন্নবা

লম্বী কয়ামরুম লৈ। অদুবু হায়রিবা মৈতৈ নহারোলশিং অসিনা অহানবদা মেঘালায়াগী লখাৎতগী ইষ্ট পাকিস্তানগী শিলেৎ জিলা য়ৌনবা হোৎনখি। য়াম্না ৱানা, তুমফম চাফম খঙদনা, শিরবসু চংলবসু য়ারে হায়বগী ৱাখলদা মৈতৈ নহারোল ২০০ মুক সিমানা লাম্থোক্তুনা ভানুঘাৎ হায়রিবা শিলেৎ জিলাগী মফম অসিদা থুংখি। নহারোল ২০০ হায়বা মশিং অসি সরকারগী চে চাংদা ইবা মশিং অদুনি। ভানুঘাৎ অসি মেঘালায়াগী সিমানাদগী কিলোমিতর ৩/৪ মুক চৎলগা লৈ।

মেঘালায়াগী খা থংবদা লৈবা ঙমখ্রবা চীংথক্তা লৈবা মফমশিং খুদম ওইনা লখাৎ নৎত্রগা অনকপা দারকিসু ওইসিরা। ঙমখ্রবা চীংগী মফমশিংসিদগী কুমথরকপদা চীংখোংদা সুরমা তুরেলগী মশা ওইবা তুরেল অমা থেংনগনি। চীং অসিগী খা থংবদনি। তুরেল অসি ইংথমথাগী মতমদদি ময়ায়দা ঈশিং খরা লৈবা নত্তনা অয়াম্বা মফমদদি অকংবা লমনি। নোংজু থাদনা ঈমায় চোন্না চেনবা তুরেলনি। হায়রিবা তুরেল অসিনা মেঘালায়া অমসুং ইষ্ট পাকিস্তান অনিগী সিমানা খায়দোকই। চীংথক্তগী কুমথরক্লগনি, তুরেল লাক্লগনি, খা মায়কৈদা জঙ্গলদা কিলোমিতর অনিগুম্বা চৎলনি, অদুদগী নোংপোক পাংনা হায়গৎলক্লগনি, ঙসাইগী তুরেল অদুগী মপান অমুক থেংনগনি। হায়রিবা তুরেল অসিগী মপান অসিদগী হিনা নোংপোক তন্না লাম্থোক্লগা ভানুঘাৎ থেংনগনি। ভানুঘাৎতগী শিলেৎ সহর য়ৌবদা বসতা চাওরাক্লা পুং ১ রোম চঙই। ভানুঘাৎতগীদি চীং অমত্তা লৈত্রে। য়েংবদা য়াম্না ফজখ্রবা তমগী লম ওাক্তনি। তৌবতবু মতম অদুগী ইষ্ট পাকিস্তান য়াম্না লাইরবা লৈবাক্নী। (মতাং অসিদা পঞ্জরিবা ৱাফমশিং অসি মতম অদুদা ওইখিবা মওংশিং অদুনি। হৌজিক্কী বঙ্গলাদেস সরকারনা মখোয়গী লমদা অৱাং ভারতকী লালহৌবা মীওই অমত্তা লৈতে হায়না কয়ারক ফোংদোকখ্রে)।

মৈতৈ নহারোলশিং অসিনা ভানুঘাৎতা মখোয়গী লুচিংবা মীওইশিংগা উনরমই। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা মখোয় মশেলগী মরক্তা ভাব তানদবা অমসুং শাওনরকপা য়াওরকখি। মখোয়গী লুচিংবশিং মরু ওইনাম সুধির, নামৈরাকপম বিশেশ্বোর, আর কে সনাজাওবা, ধনেশ্বোরগী মরক্তা শাওনবা হেল্লকখি। "চে চাং ফজনা য়াওদনা" অসুক য়াম্বা নহারোল ময়াম অমা করিগীদমক্তা মফম অদুদা থাজিল্লক্লিবনো হায়দুনা শাওনরকখি। অদুগীসু মথক্তা মখোয়না পাকিস্তানগী মরু ওইবা, অৱাংবা থাক্কী লাম্মীশিংগসু পাও ফাওনদ্রি। সুধিরনা অতৈবু (মনিপুরদা লৈহৌবা য়াওনা) "মরাল শিখি।" নহারোল ময়াম অমা মাগী ৱাতাদনা মফম অদুদা থাজিল্লকখিবগী মহাক্লা মাগী মরুপশিংবু শাওখি।

খৃঃ ১৯৬৮ গী হৌরকপদা হান্না স্কুলগী ওজা ওইরম্বা, মমিৎ মনা য়াম্না শিংবা "লালহৌবা নহারোল" অমসু ওইরিবা ওইনাম সুধিরবু মহাক্কী মথক থোঙবা লালহৌবা অহলশিংনা "ফংবা য়াবা মতেং" ফংনবগীদমক ৱারী শানবা ইষ্ট পাকিস্তান্দা থারমই। থমজনিংবা ৱাফম অমা। হৌজিক্কী খুৎলায় পায়দুনা মনিপুরবু "মনিং তম্বা লৈবাক" অমা পুরক্লবনি হায়রিবা মীওইশিং অসি লালহৌবা নহারোল, য়াওল্লোই, মরৈবাক্কীদমক কৎথোক্লবা মীওই হায়বনচিংবা ৱাহৈশিং হায়রগসু খঙনৈ। লালহৌবা মীওইশিংগী মরক্তা খরা অহল ওইশিল্লকপসু য়াওই অদুবু প্রজাশিং অয়াম্বনা মখোয়বু "লালহৌবা নহারোল" হায়রগা হেন্না খঙনৈ। চম্মনবিরোই। অদুনা লাইরিক অসিদা হায়রিবা ৱাহৈশিংসি শিজিন্নজরে। "নহারোল" দমক হায়বসু য়াওই । লুরিবদি ৱারীদুনি।

সুধিরনা পাকিস্তানগী লান্মী মকোকশিংগা ৱারী ফজনা শান্নদ্রিঙৈ মতমদনি ঙসাইগী মশিং য়াম্লবা মৈতৈ নহারোলশিং অদুনা শিলেৎতা থুংলখিবা মতমসি। মতম অদুদা ভারত অমসুং পাকিস্তান "মরি ফৎনরমদে।" পাকিস্তানগী সরকারনা য়ুমথংনবা লৈবাক্তা লৈনরিবা মরি ফগৎনিংবা মরম্না মখোয়গী লমদা চঙলক্লিবা মৈতৈ নহারোলশিং অসি ভারতকী লমদা অমুক হনখিবা পাম্লমই। অদুম ওইনমক পাকিস্তানগী অৱাংবা থাক্কী লান্মীশিংনা মৈতৈ নহাশিং অদুদা খঙহনখি মদুদি "মতাং চারক্লবা মতমদা" মখোয়না নহারোলশিং অদুবু "শোয়দনা মতেং পাংগনি।" পাকিস্তানগী মকোক থোঙবা লান্মীশিংনা খনখি মদুদি করিগুম্বা মখোয়না মৈতৈ নহারোলশিং অসিদা মতেং পীরম্লবদি ভারতকা পাকিস্তানগা খুদক্তা খৎনরকপগী ৱাহৌ অমা ওইরকপা য়াই। মতম অদু ইষ্ট পাকিস্তানগী য়াম্না লুবা ফিভম্নি। লৈবাক অদু ৱেষ্ট পাকিস্তানদগী তোখায়নবা হোৎনবা মতম্নি।

পাকিস্তানগী লান্মীশিংনা শিনবা থৌরাং অমগী মখাদা মৈতৈ নহারোলশিং অদু শিলেৎ জিলাগী "মৌলভি বজারদা লৈবা জেল" অমদা থা অমা চুপ্পা থমখি। নহারোলশিং অদুদা খঙহনখি মদুদি মখোয় পুন্নমক ভারতকী ত্রিপুরা রাজ্যগী সিমানাদা লৈবা সুরমা হায়রিবা মফম অদুৱাইদা ভারতকী সিফাইশিংগী "মমাংদা থাদোক্কনি।" মসি ইষ্ট পাকিস্তান্দা লৈবা পাকিস্তান লান্মীশিংনা ভারতকী অৱাং নোংপোক্তগী লাকপা লালহৌবা নহারোলশিং অসি মতেং পাংদে হায়বা উৎনবনি। পাকিস্তানগী লান্মীশিংনা মৈতৈ নহারোলশিং অদুদা করিগুম্বা মখলগী খুৎলায় শিজিন্নবগী মরমদা তাকপী তমবিখিদে। মথৱাই শোক্লবা নহারোলশিং অদুনা মখা তানা ইষ্ট পাকিস্তান্দা লৈথনবা হোৎনখিদে। তৌইগুম্বসুং সুধিরদি মখা তানা মফম অদুদা লৈথহৌদুনা পাকিস্তান

লান্মীগী মকোক থোঙবা মীওইশিংদা "মতেং পাংনবা" হায়জখি। অয়াম্বা নহারোলশিং অদু ত্রিপুরাদা পুথ্রবা মতুংদা মখোয় (সুধিরগা মীওই খরগা) তুমিন্না লৈথহৌবনি। সুধিরগা লোয়ননা মখোয় নিপাল ইষ্ট পাকিস্তান্দা লোত্তুনা লৈথখি। মখোয় অদুদি মোহেন্দ্র, অসেম ইন্দ্রা, কে ব্রজবিহারি, বিরা সিংহ, মঙলেম সিংহ, থোঙাম ধনেশ্বোর, ইবোতোন সিংহ অমসুং থম্বাল সিংহনি। কোন্না মখোয় মাপল ইষ্ট পাকিস্তান্দা মখা তানা লৈথবা য়ানবা সুধিরনা পাকিস্তান লান্মীশিংদা হায়জখি। মখোয়না তৌরিবা থবক অসি য়াম্না তরাই তরাইবা নত্তে হায়বসি সুধিরনা পাকিস্তানগী লান্মী মকোকশিং অদুদা উৎনিংলমই। মরম অদুনা মহাক্না বিশেশ্বোর অমসুং সনাজাওববু মনিপুরদা হান্না থারকখি অদুগা মফম কয়াদগী পৈশা খোমগৎলগা মখোয়দা থারক্লবা খঙহনখি। মসিনসু পাকিস্তানগী লান্মী অচৌবশিং অদুগী থম্মোই খুদুম চনবা ঙল্লমদে। অমুকসু পনবা য়াই। মশিং য়াম্লবা মৈতৈ নহারোলশিং অদু পাকিস্তানগী লান্মী ওফিসার কারিম সাহিব কৌবা অমনা ত্রিপুরাগী সিমানাদা থাজিল্লকখিবনি। নহারোলশিং অদু ত্রিপুরাগী ধর্ম্মনগর জেলদা থমজিনখি। মফম অদুদা মনিপুর সরকারনা "মখোয় ময়াম অদুবু ঙাকপিরে" হায়না খৃঃ ১৯৭২ দা লাওথোকখিবা মতম অদু ফাওবা লৈখি। হায়রিবা মৈতৈ নহারোলশিং অসি লালহৌলুপ ইয়ুনাইটেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট (ইয়ু এন এল এফ) কী মীওইশিং ঙাক্তনি।

মমাংদা ইয়ু এন এল এফ কী লুচিংবা অরাম্বম সমরেন্দ্র অমসুং সুধিরনা হান্না ইষ্ট পাকিস্তান্দা লৈবা পাকিস্তানগী লান্মী অচৌবা খরগা ৱারী শান্নদুনা "মরি শাগৎপা" হৌখ্রবনি। মতম অদুদা ৱেষ্ট অমসুং ইষ্ট পাকিস্তানগী লুচিংবা অসি য়াহয়া খাননি। মখোয় অনিদা পাকিস্তানগী লান্মী মকোক খরনা "মতেং পীগনি" হায়দুনা থাজবা পীখ্রবনি। মদুগী মতুং তারকপদনি সুধির অমসুং অতৈ নহারোলশিং অদুনা ইষ্ট পাকিস্তান্দা মথং মথং চৎখ্রিবসি। অদুবু মতম অদুদা ওইরক্লিবা ফিভমনা পাকিস্তান লান্মীশিং অদুনা খুদক্তা মৈতৈ নহারোলশিং অদুদা মতেং পীবা ঙমখিদে। অমরোমদা কুইথদনা সমরেন্দ্র অমসুং সুধির অনিগী মরক্তা মোৎ খেন্নরকখি। মসিগী মরমদি সুধিরনা " কা খরা হেনবা" থবক তৌবদগীনি। সুধির অসি য়াম্না হৈথোই শিংথোয়বা পার্টি অমা শেমগৎপদা মীওই কয়াবু তাশিনবা, খোমজিনবা হৈবা মীশক্নি। পার্টিগী মোৎ খেন্নরকপদগী মহাকপু ইয়ু এন এল এফ তগী তাম্থোকখি। তাম্থোক্লবা মতুংদা সুধিরনা "কনসোলিদেসন কমিতি ওফ মনিপুর (শন্না "কোনসকোম") হায়না খঙনবা কমিতি অমা শেমখি। অহানবদা মহাক্না ইয়ু এন এল এফ কী মিংদা ইষ্ট পাকিস্তান্দা

লাক্লবসু অকোনবদা অতোপ্পা "ফিরাল" অমগী মখাদা পাকিস্তানগী লান্মী মকোক থোঙবশিংগা উনদুনা মনিপুরদা লালহৌবগী থবক্তা মতেং পাংনবা হায়জখি। মহাক্কী হৈথোই শিংথোয়বা মওং মতৌ অদুনা পাকিস্তানগী লান্মী অচৌবা মীওই খরগা "মরি থম্বা ঙমখি।" সুধিরনা মহাক্কী মরুপশিং মরু ওইনা বোবি অমসুং প্রমোদতগী মপুং ফাবা মতেং ফংখি। হৌজিক মহাক্না খঙলে মদুদি অকরুবা সংস্থান নৎত্রগা "মনুংগী ওইবা সরকার" অমা লিংখৎত্রবদি পাকিস্তান্দগী "মতেং ফজনা ফংলোই" হায়বসি। মরম অদুনা চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৬৯ গী অদুৱাইদা সুধিরনা মনুংগী সরকার "রিভোলুসনরি গোভর্ণমেন্ট ওফ মনিপুর" (আর জি এম) অসি শিলেৎতা লিংখৎখি। আর জি এম গী মতাংদা চেদা ইথোক্তুনা/নমথোক্তুনা চেজাই কয়া ইম্ফালদা চায়খি। অসুম তৌদুনা সুধির অসি "কোনসকোম" অমসুং আর জি এম গী মরু ওইবা লুচিংবা হায়বদু ওইখি। মহাক্কী শুপ্নম সাশনগী মওং মতৌ অদু য়াদবদগী হান্নগী মরুপ বোবি অমসুং প্রমোদ অনিবু আর জি এম দগী তাপ্পোকখি। ইম্ফালদা লৈরিবা বিশেশ্বোর অমসুং সনাজাওবাগা য়াম্না ফজনা মরি থমখি। ভারতকী মায়োক্তা লানহৌগনি হায়দুনা তৌরিবা মৈতৈ নহারোলশিং অসিগী মরক্তা ঙহাক লৈতনা য়ানদবা, মোৎ খেন্নবা অমসুং অমগা অমগা শিংথানদবা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা পাকিস্তান লান্মীগী অচৌবা মীওই খরগী ৱাখলদা মৈতৈশিংদা মতেং পীবা পাম্লমদে। পাকিস্তানগী লান্মী মকোকশিং অদুনা খঙখি মদুদি মৈতৈ নহারোলশিং অসিগী থবকপু শৌগৎপা প্রজাগা শন্নবা সংস্থান অমত্তসু লৈতে। অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়গী থাজবা কয়া থমখিদে। মৈতৈ নহারোলশিং অদুনা মফম অদুদা তৌরিবা মওং মতৌ অদুনসু থাজফম থোক্তে। মখোয়না পাম্লিবা "পান্দম" অদুবু ফোংনা শৌগৎপা "রাজনিতি দল" অমত্তসু লৈতে হায়না পাকিস্তানগী মীওইশিং অদুনা খল্লমই। অসিদসু নত্তনা মখোয়না খঙলমই মদুদি মৈতৈ নহারোলশিং অসিনা মশাগী ষ্টেটতা মখোয়গী মীওইশিং অদুবু ফজনা তাশিন খোমজিনবা ঙমদে।

ইষ্ট পাকিস্তান্দা লৈথহৌবা মীওই নিপাল অদুনা সুধিরগা নুমিৎ খুদিংগী উনরমই। মঙোন্দগী খঙবা পাম্লমই মদুদি মখোয় মখা করি তৌগদবগে হায়বদু। পাকিস্তানদগী করম্বা মতমদা মতেং ফংগদবগে খঙদনা য়াম্না শাংথনা ঙাইবদা সুধির অমদি অতৈ নহারোলশিং অদু মথৱাই নুংঙাইরমদে। অদুবু উপায় লৈতে। সুধিরনা ধাকা অমসুং ইষ্ট পাকিস্তানগী মরু ওইবা সহর কয়ামরুমদা চত্তুনা মীওই কয়া উনখি। মতম খরা হৌখ্রবা মতুংদা অকোনবদা পাকিস্তানগী লান্মী অচৌবা মীওই খরনা মৈতৈ নহারোলশিং

অদুদা মতেং খরা পাংনিংলমই। মসি পাকিস্থানগী "য়াম্না ৱাংবা লান্মী মকোক" অমনা পাওতাক পীরকপদগীনি হায়না নহারোলশিং অদুগী মনুংদা য়াওখিবা মীওই অমনা কোন্না অইবগা ৱারী শান্নবদা ফোংদোরকখি। কুইথদনা অতোপ্পা অৱাংবা থাক্কী লান্মী অমা উনরবা মতুংদা মৈতৈ নহারোল নিপাল অদুবু পাকিস্থান লান্মীনা নোংমৈ অমসুং অতৈ খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বীখি। অহানবদা মৈতৈ নহারোলশিং অসি শিলেৎতা লৈবা "বোরলেখা কম্যান্দো ত্রেনিং সেন্টর" হায়বা কম্যান্দোশিংবু অফবা খুৎশু খুৎলায়শিং তম্বীফম মফম অসিদা লৈহন্দুনা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বীরমই। মসিগা লোয়ননা "অরোনবা লালওং" শিজিন্নদুনা করম হায়না লান হৌগদবগে হায়বসু তম্বীরমই। সেন্টর অদুদা মরু ওইনা তম্বীখিবসি করম হায়না হকচাং ফনা লৈগদবগে হায়বসিনি। লোয়ননা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বীবা অসিনি। মফম অদুদা চহি অনিমুক (১৯৭০-১৯৭১) লৈখি। খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বগী থবক অদু ভারত-পাকিস্থান অনিগী খৃঃ ১৯৭১ গী লান হৌরক্লবসু মতম খরা অদুম চৎখি।

"ঐখোয় লোয়না লান অদুদা য়াওখি। অদুগা ইষ্ট পাকিস্থানগী মফম অয়াম্বা মরু ওইনা চিত্তাগোং, ধাকা, শিলেৎনচিংবদা চত্তুনা লান শোক্লখি," হায়না মখোয় খরনা অইবদা কোন্না ফোংদোকখি। লান অসি মৈতৈ নহারোলশিংগী দমক্তদি য়াম্না লাইবক থিবা থবক অমা ওইখি মরমদি মখোয় নিপাল অসি মচোই মচোই লৈবা তাখি। লোয়ননা মাং থানা চঙশিল্লক্লিবা ভারতকী লান্মীবু মায়োক্নবা ঙমখিদে। মচোই মচোই লৈরুরবা মতুংদা মখোয় পুন্না অমুক লৈমিন্নখি। মসি সুধিরনা মখোয় পুন্নমকপু অমগা অমগা পাও ফাওনহল্লবা মতুংদনি। মৈতৈ নহারোলশিং অমসুং পাকিস্থানগী লান্মীশিং অমনা অমবু মতেং পাংননবা ৱাশক্লখি। মখোয়না তম্লুবা বিদ্যা অদুসু লান মনুংদা ফজনা শিজিন্নখি। মখোয়শিং অসি গার্দ ওইনা শিলেৎ, ধাকা, চিত্তাগোংদা লৈবা কেম্পশিংদা থমখি। লান খম থেংনা ময়ায় চল্লকপদা মখোয়না অসাম অমসুং ত্রিপুরাগী লমদা হায়জিল্লক্লগা কছার, ধর্মানগর, কারিমগনজগী মতাইদা লৈবা ভারত লান্মীগী কেম্পশিংদা লান্দাশিনখি। মখোয়না কেম্প মচাশিং, থোঙ অমদি লান্মীগী লৈফম কয়া থুগায়খি। মসিগী মতুংদা মখোয়না ইষ্ট পাকিস্থান্দা অমুক হনখিগনি। অদুবু পাকিস্থান লান্মীশিংনা মশিং য়াম্লবা ভারতকী লান্মীশিংবু কুইনা মায়োক্নবা ঙমখিদে। লোয়ননা মৈতৈ নহারোলশিং অদুসু শোকলোয়দবা মফমশিংদা হন্দোক্লকপা তাখি। ভারতকী লান্মীশিংনা চঙশিল্লক্তুনা শিলেৎ মনাক্তা লৈবা ঘাজিপুর চা বগান্দা কেম্প লিংখৎখি। মসিনা মরম ওইদুনা মৈতৈ নহারোলশিং অমসুং পাকিস্থান লান্মী

অনিগী মরক্তা পাও ফাওদোক ফাওজিন তৌবদা য়াম্না ৱানা থোকখি। মৈতৈ নহারোলশিং অমদি পাকিস্থান লান্মী অনিনা পুল্লগা কেম্প অসিবু থুগায়নবা হোৎনখি। নোংমা নুমিৎ তাথরকপদা ভারতকী লান্মীশিংগা অঙকপা ফংনা নোংমৈ কাপ্নখি। ঘাজিপুরগী লান অসিনা মৈতৈ নহারোলশিং অদুদা অমাং অতা কয়া থোকহনখি। য়াম্না হৈশিংবা মরু ওইবা মেম্বর অসেম ইন্দ্রা সিংহ মফম অসিদা লৈখিদে। অতোপ্পা নহারোল খরসু য়াম্না থিনা অশোক অপন নংখি। মসিগী মতুংদগীদি নহারোলশিং অদু মফম অদু থাদোকপা তাখি। লান অসি পাকিস্থানগী লুচিংবা জেনরেল নিয়াজিনা ভারত লান্মীদা চঙজরবা মতুংদা লোয়শিনখি। অসুম তৌদুনা বঙ্গলাদেস পোকখি।

হৌজিক মখা করি চথবা তাই। য়ুমদা হনবা নত্তনা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈতে। সুধিরনা পাকিস্থানগী লান্মীশিংদগী জিপ অমগা খুৎশু খুৎলায় ময়াম অম্মা লৌখি। য়ুমদা চৎলগা খুৎলায় পায়দুনা লালহৌবগী থবক পায়খৎকে খনখি। মতম অদুদা মখোয়গী পৈশা লুপা লাক্ষ অমগা মখায়মুক লৈরমই। কুইথদনা মৈতৈ নহারোলশিং অদু ময়ুম মায়কৈ পাংলকখি। নুমিৎ মরিনিমুক গাড়ীদা লাক্লবা মতুংদা অসামগী সিমানা য়ৌরকপদা মখোয়না জিপ অদু থনমখি। য়াম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা মরম অমনা মখোয়না মফম অদুগী লমিৎ তুমিৎ অমত্তা খঙলমদে। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয় অসুক্কী মতিক অৱাবা ওইখি। অসিগীসু মথক্তা মখোয়না মতম অমদা ইষ্ট পাকিস্থান্দা লাকপদা শিজিন্নখিবা মেঘালায়াগী লম্বী অদু শিজিন্নবা ঙমখিদে। মতম অদুদদি মফমশিং অদুদা সিফাইনা পীক থন্না লৈখি। য়াম্না ৱানা, মনুং চঙশিন্না খুন্দাবা খুঙ্গংগী মীওইশিংগী মতেংনা মখোয়না অসামগী সিমানাদা খৃঃ ১৯৭১ গী দিসেম্বর থাদা য়ৌরকখি। ভারতকী সিম্নানা মনুং চঙলক্লবসু মনিপুরদা চঙলকপা অরাইবা ওইখিদে। হান্না ভারতকী সিফাইশিংদা পাও য়ৌহনখ্রে মদুদি মনিপুরগী লালহৌবা নহারোলশিং সিমানাদা লৈরে হায়বসি। মরু ওইনা পাও অসি খঙখিবগী মরমদি মখোয়শিং অদুগা লোয়রনকপা শিলেৎকী মৈতৈ মচা অমনা কছারগী লখিপুর পুলিস ষ্টেসন্দা পাও পীরম্বদগীনি। পাও পীরম্লবা মতুংদা মহাক্তি "মাঙখ্রে।" মখোয় থা থংবা অসামগী লখিসোনা হায়রিবা মফম অদুদা মতম খরা মীচম প্রজা শারগা লোত্তুনা লৈখি। মফম অদুৱাইদা লৈবা ভারত সরকারগী পুলিস সেন্ট্রেল রিজার্ব পুলিস ফোর্স (সি আর পি এফ) কী কেম্পতা লৈবা দিপ্যুতি কমান্দেন্ট অমনা মখোয়গী মনাক্তা লাকখি। মঙলেমনা করি তৌবগী লাক্লিবনো হংখি। করি অমত্তা হায়রমদনা হনখ্রগা ইকুই কুইদনা মখোয়না লোৎলিবা মফম অদু কোয়শিনখি। মখোয়না মীচম শাদুনা

লৈরগসু সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুনা চিংনবদগী মখোয়বু মশক খঙদোক্কে হোৎনবদগীনি। কুইথদে। নাকল অনি খুৎ থোক্লরকখি। পুং খরা নোংমৈ কাপ্পখি। সুধির, থম্বাল অমসুং মোহেন্দ্রোনা মরু ওইনা কাপ্পরগা অতৈ অদু খুদক্তা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎখিনবা খঙহনখি। মখোয় অহুম অদুসু খুদোংথিনিঙাই ওইখি। নোংমৈ কাপ্পরিঙৈদা সুধির মহাক্কী অনোক মাঙখি অদুগা থম্বালসু খরা শোকখি। মোহেন্দ্রোনা অয়াম্বা কাপ্পখি। অকোনবদা মখোয় লখিসোনাদগী কিলোমিতর অনিমুক চৎলগা লৈবা জিরিঘাৎতা থুংখি। জিরিঘাৎকা থংনবা জিরিবামগী মফম অমদা খুৎলায়শিং ফুম্লল্লগা ইম্ফাল তম্না খোংশাল্লকখি।

নহারোল লালহৌবা মীওই খরা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে হায়বা পাও ফংবদগী জিরিবাম-ইম্ফাল লম্বী অসিদা লাকপা মীওইশিংবু গাড়ীদগী কুমথহল্লগা পুলিসশিংনা মফম কয়াদা থিবা হুম্বগী থবক চখখি। লোয়ননা মখোয় অহুম - সুধির, থম্বাল অমসুং মোহেন্দ্রো - তমেংলোং জিলাগী নুঙবাদা পুলিসনা ফাখি। মখোয়গী মথক্তা অকনবা মরাল শিখিদে। শুপ্পতগী "মরি লৈনবা চে চাং" পায়দনা ভারতকী সিমানা লাম্থোক্লুবনি হায়খি। মসি মখোয়না খনবদা পুলিস ওফিসার অদুনা মখোয়বু নুংশিবীবদগীনি। মতম খরা জেলদা লৈরুরবা মতুংদা মনিপুর সরকারনা নহারোলশিং অসিবু "ঙাকপিরে" হায়না লাওথোরকপা মতমদা মখোয়সু জেলদগী থোরকখি।

মনিপুর সরকারনা লালহৌবা নহারোলশিং অসি "ঙাকপিরে" হায়না খৃঃ ১৯৭২ দা লাওথোরক্লুবা মতুংদা বিশেশ্বোর, সুধির, সনাজাওবা পুন্না চান্দেল জিলাগী মোরে মনাক্তা লৈবা কোন্দোং লাইরেম্বী মনাক অদুরাইদা ফার্ম তৌদুনা মতম খরা লৈখি। অদুবু লান হৌনিংবগী রাখলদি অদুম লৈখি। সুধির অমসুং সনাজাওবদা অতৈ মেম্বরশিংনা লালহৌবগী থবক অমুক পায়খৎনবা তকশিনখি। মখোয় অনিনা কয়া নাচুংখিদে। তোইগুম্বসুং বিশেশ্বোর অমসুং মহাকপু শৌগৎপা মীওইশিংনা খনখি মদুদি মতাং অসিরাইদা মখোয়না থরাই য়াওশিন্দ্রবদি "লালহৌবগী ইহৌ" অসি মাঙখ্রগনি হায়না। মহাকপু শৌগৎপা মশিং য়ামদবা মীওই খরগা বিশেশ্বোরনা প্রজাদগী "পৈশা খোমগত্তুনা" লালহৌবগী ইহৌ অসি অমুক নৌহৌনা হৌগৎলকখি। নিংশিংবিগদবা অমনা লালহৌবগী ইহৌ অসি বিশেশ্বোরনা অহানবা ওইনা হৌদোকপা নত্তে হায়বসি পাবিরিবশিংনা মুন্না খঙবিরবা রাফম্নি। অহানবা ওইনা মখোয়না থৌবাল জিলাগী রাইথৌ মনাক্তা বসতা তোংলকপা মীওইশিংদগী নমদুনা পৈশা খায়খি। মসিনা মরম ওইদুনা বিশেশ্বোরনা নাকল অমদা অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদনা সুধির-

সনাজাওবনা লৈখি। কুইথদনা নাকল অনি অমগা অমগা নোংমৈ কাপ্পদুনা হাৎতোক্লবা হৌরকখি। লালহৌবগী থবক চথবা পাম্বা নহারোলশিংনা প্রজাশিংদগী "পৈশা মখা তানা খোমগৎখি।" অসুম তৌদুনা নহারোল লালহৌবশিংগী লুচিংবশিংগী মরক্তা অমনা অমবু থাজনদবা অসি অসুম হেঙ্গৎলকখি। চুমই অহানবদা ইয়ু এন এল এফ অসি য়াম্না মপাঙ্গাল কনবা লালহৌলুপ অমা ওইরমই। অদুবু মসিদগী মেম্বর খরা থোকখ্রগা আর জি এম হায়বা অমা সুধিরগী মখাদা শেমখি হায়না মথক্তা পঞ্জখ্রে। মখা করি ওইরক্কদৌরি।

হান্না লালহৌবা য়াওরম্বা মীওইশিংগা ৱারী শান্নবদা মখোয়না অসুন্না ফোংদোকই: আর জি এম শেমখিবগী মরু ওইবা পান্দমদি মসিদা য়াওবা নহারোলশিং অসিনা খুৎলায় পায়দুনা মনিপুরবু মনিং তম্নবগীদমক ভারতকী মায়োক্তা থেংথদনা লালহৌবা পামখি। অদুবু ইয়ু এন এল এফ কী লুচিংবশিংনদি খুৎলায় পায়দুনা খুৎ থাবা হৌদ্রিঙৈদা লৈবাক অসিগী প্রজাশিংবু হান্না "শিংহনবা" পামখি। লৈবাক অসিবু মতম অমদা করম হায়না লৈরম্বগে হায়বদুসু প্রজাশিংদা হান্না খঙহনবা পামখি।

সরকারনা নহারোল লালহৌবশিংবু ঙাকপীরে হায়না লাওথোক্লকপদগীদি আর জি এম কুইনা হিংবা ঙমখিদে। মসিগী মতাং অসিদগীনি বিশেশ্বোরনা লালহৌবগী ইহৌ অসি মখা তানা মহাক্না লমজিংদবা য়াদ্রে হায়না খনখ্রিবসি। অহানবদা মহাক্কী মচিন মনাওশিং অমনা মহাকপু ইয়ু এন এল এফ তা য়াওহনখি। মহাক লালহৌলুপ অসিগী মেম্বর অমা মতম অমদা ওইরমই। বিশেশ্বোরনা লালহৌবগী ইহৌ অসি কনখৎহনগে খনখি। মহাক মশামক্না "ইহৌ" অসি লমজিংগে খনখি। মহাক্না তোখায়বা লালহৌলুপ অমা লিংখৎপা পামখি। সরকারনা "হান্না লালহৌবা য়াওরম্বা নহারোলশিং পুন্না ঙাকপিরে" হায়দুনা লাওথোকখিবদগী "অচম্বা" পুন্সি লেন্দুনা লৈরিবা সুধিরনা খনখি, করিগুম্বা অমুক লালহৌবগী থবক তৌবা তারবসু ইয়ুনাইতেদ ষ্টেটসকী মতেং লৌগে খনখি। অমসুং "মনিং মখা তম্বা মনিপুরদা ইয়ুনাইতেদ ষ্টেটসকী দেমোক্রেসিগী নিয়ম চৎনবা পামখি।" বিশেশ্বোরনা চাইনাগী মতেং লৌবা পামখি। চাইনাগী নিতি নিয়ম লৈবাক অসিদা চৎনবা পামখি হায়না মখোয়না ঙল্লিঙৈদা ফোংবা চেশিংদা পল্লি। নাকল অনি অসি য়ানরক্তে হায়বা মথক্তা পঞ্জখ্রে। বিশেশ্বোরনা লালহৌবগী ইহৌ শাগত্তুনা লালহৌবা মীওই অমা ওইখ্রবা তুংদা মহাকপু শৌগৎপা কাংবুনা সুধির অমসুং সনাজাওববু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। তশেংবদি সনাজাওবা অসি বিশেশ্বোরগী মবাইনি।

মনিপুরগী লালহৌবা নহারোলশিংনা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তমখিবসি এন এস সি এন অমদি কে আই এ (কাচিন ইন্দিপেন্দেন্ট আর্মি) গী বর্মাগী অৱাংথংবা শরুক্তা লৈবা কেম্পশিংগা নক্লবা মফম খরদা মতম অমদা ওইরমই। চাইনাগী তিবেত্তা লৈবা মফম খরদসু খুৎশু খুৎলায় তম্বগী থবক চত্থখি। অসিদসু নত্তে। বঙ্গলাদেসকী মফম খরদসু কেম্পশিং লিংখত্তুনা খুৎশু খুৎলায় তম্বগী থবক মতম অমদা চত্থখি। মখোয়না কেম্পশিংদা লেনখিবা পুন্সি, অৱা অনা কয়া জঙ্গলদা খাঙখিবা, খুদোংথিবা কয়া থেংনখিবা অদু লমায় খরদা পানবা লাইরিক অসিদা মচা খায়না থম্বা ঙমজদ্রে। হায়রিবা কেম্পশিং অসিদা ইয়ু এন এল এফ, পিপলস লিবরেসন আর্মি (পি এল এ - ইষ্টর্ন রিজন) অমসুং অতৈ লালহৌলুপ কয়াগী মীওইশিংনা মতম অমদা খুৎশু খুৎলায় তম্বগী থবক চত্থখি। বিশেশ্বোরনা লালহৌলুপ অমা লিংখৎলবা মতুংদা খৃঃ ১৯৭০ দগী খৃঃ ১৯৮০ ফাওবগী মনুংদা মপানগী কেম্পশিংদা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্নবা মহাকপু য়াবা মরু ওইবা নহারোল কুনমুক্কা লোয়ননা চৎখি। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা সুরজবোরো, ইন্দ্রজিৎ, বিরমঙ্গোল, তেম্বা, মনিকান্তা, রাজেন অচৌবা, চিরোম রনজিৎনচিংবা য়াওখি। ইয়ু এন এল এফ, পি এল এ, পিপলস রিভোলুসনরি পার্টি ওফ কংলৈপাক (প্রিপাক), কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি (কে সি পি)গী লালহৌবা নহারোলশিং অসিনা মনিপুরগী মপান্দা লৈবা কেম্পশিংদা চৎপা হায়বসে অরাইবা থবক নত্তে। মীৎকুপ অমা শোয়খিবদা মখোয় য়েক্লবগী মখুত্তা তাবদা নত্তনা থৱাই মাঙগদৌরিবনি। অদুবু মখোয়না লেপখিবা "পান্দম" অদুগীদমক খুদোংথিবা ময়াম অদু নাচুংখিদে। লাইবক থিবা থৌদোক্তগী থৱাই মাঙখিবা নহারোল কয়াসু য়াওখ্রে।

## খুৎলায় শিজিন্নবা হৌরকপা

খৃঃ ১৯৭৮ গী হৌরকপদা তিবেৎকী কোনুং লাসাদা "অরোনবা লালওং" গী খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্লুরবা মতুংদা মৈতৈ নহারোল ২০ মুক মচিৎ মচিৎ মনিপুরদা থোক্লকখি। মখোয়না মনিপুরদা থোরক্লিবসি মখোয়গী পার্টিগী "থবক অমসুং পার্টিবু শেমগৎ শাগৎ তৌনবনি।" প্রজাশিং অসি "নৈহৎপিরে" হায়বসি করম্বা থবক তৌরগা প্রজাশিংনা খঙগদবগে হায়বসি বিশেশ্বোরনা খনখি। খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরগা য়াগদ্রা? অদুবু লালহৌবা নহারোলশিং অসিগী "পান্দমদি" মখোয়গী ৱাহৈদা "মনিপুর অসিবু মনিং মখা তমহনবনি।"

খৃঃ১৯৭৮ গী জুলাই থাগী হৌরকপদা পুলিসকী মীওই অনিনা বর্মাদগী লাকপা "লাইনিংবা" অমা মনিপুর চঙলকপদা চে চাং শুদে হায়দুনা সিমানাগী লম অমদগী

ফাখি। করি মরমগীদমক মহাক মনিপুরদা চঙলকপনো হায়বদু খঙখিদে। উখ্রুল জিলাগী বর্মাগা তায়নবা চসাদতগী ফারবা মতুংদা পুলিস ইন্সপেক্তর লাইশ্রম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং কোন্সতেবল সোঙ্ডুল তাংখুলনা বর্মাগী "লাইনিংবা" অদুবু কোর্টতা পুখোক্লবা ইম্ফালদা লাকখি। ইম্ফাল য়ৌরক্লবা মতুংদা মখোয়না "লাইনিংবা" অদুবু রিক্সো মথক্তা হাপ্তুনা লম্ফেলদা লৈবা চীফ জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেট (হিলস) কী কোর্ট তন্না পুরমই। মখোয় করিসু নাচুংখিদে। মরমদি মসিগুম্বা থবক অসি চহি তরা হেন্না তৌরক্লবনি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৭৮ গী জুলাইগী তাং ১৭ নি। "লাইনিংবা" অদুগা তাংখুলগনা রিক্সো অমদা তোংলগা দরেন্দ্রজিৎ সিংহনা মনিংদা সাইকল অমা তোংলগা ইন্নরমই।

ইম্ফালদা লালহৌবা নহারোল চঙলক্লে হায়বসি সরকার অমসুং অতোপ্পা মীওই কনা অমত্তা খঙলমদে। নহারোলশিং অদুনা অসুন্না শিন্দোকখি। নুমিৎ অদু মখোয় কাংবু মরি থোক্লা খায়দোকখি। লাসাদা খুৎশু খুৎলায় তম্লুবা মীওই অমনা কাংবু অমমম লুচিংগনি। অহানবা কাংবু অদুনা মখোয়না নোংমৈ কাপকদৌরিবা মীওই অদুদা হান্না খুৎ থাগনি। করিগুম্বা পান্দ্রবদি অনিশুবা কাংবু অদুনা মখোয়গী "য়েক্লবা অদুদা চোঙশিনগনি।" করিগুম্বা অহানবা অমসুং অনিশুবা কাংবু অসিনা মখোয়গী থবকশিং অদু মায় পাক্লা পাংথোক্তুবদি অহুম অমসুং মরিশুবা কাংবু অদুনা লম্বীদা চৎপা মীওই শাশিন্নরগা মখোয়বু মফম অদুদগী নাম্থোক্তুনা চেন্নবা হোৎনবদা মতেং পাংগনি। মখোয়গী খ্বাইদগী মরু ওইবা থবক্তি পুলিস অমসুং সিফাইশিংদগী খুৎলায় মুনবনি। করিগুম্বা মখোয়না নাম্থোক্তুনা চেন্নবা হোৎনবদা ক্নাগুম্বনা অপনবা পীরক্লবদি অপনবদু "নমখায়রগা" চেম্থোকখিবসি মখোয়গী মথৌনি হায়না লাসাদা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্লুবা মীওই অমনা কোন্না অইবদা ফোঙদোকখি। দরেন্দ্রজিৎ অমসুং তাংখুলনা মখোয় অসি নহারোলশিং অসিনা শেনন্দুনা লাক্লে হায়বসি খঙখিদে। ইম্ফালগী তখেল লৈকায় য়ৌরকপদা নোংমৈ কাপ্পা হৌরকখি। অসুক্কী মতিক খঙহৌদনা কাপলকখ্রে মদুদি পুলিসকী মীওইশিং অদুনা হন্দুনা কাপ্পবা মতম ফংখিদে। ইন্সপেক্তর দরেন্দ্রজিৎ সিংহ মহাক্কী খ্বাং অমসুং কোক্তা পানখি। "লাইনিংবা" অমসুং রিক্সো থৌবা মীওই অনি অদু পাখত্তুনা থৌদোক অদু তঙক তঙক য়েংদুনা লৈখি। মখোয়না খুৎলায় পায়বশিং অদুগী মায়োক্তা করি তৌবা ঙমগনি? মখোয় কিবনা থক থক নিক্লমই। নহারোলশিংনা পুলিসশিং অদু হাৎলবা মতুংদা পুলিসশিং অদুগী থবক তৌবদা শিজিন্নবা নোংমৈ মচাশিং অদু লৌরগা সাইকল তোংদুনা চেনখি।

সরকারগী মীওইনা নোংমৈ কাপ্লল্লিবা মীওইশিং অসি কনানো অমসুং মখোয় করম্বা সংস্থানগী মীওইনো হায়বা খুদক্তা খঙবা ঙমখিদে। মনিপুরনা ভারত্তা খৃঃ ১৯৪৯ গী ওক্তোবর থাদা তিনশিনখ্রবসু, ভারতকী মপুং ফাবা ষ্টেট অমদি খৃঃ ১৯৭২ গী হৌরকপদা ওইখি।

খৃঃ ১৯৭৮ গী জুলাই তাং ১৭ কী থৌদোক অসি অনৌবা মনিপুরনা ভারতকী মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইরক্লবা তুংগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইদুনা লৈহৌরগনি। নুমিৎ অসি মৈতৈ নহারোল লালহৌবশিংনা মনিপুর অসিবু "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইনবনি হায়দুনা খুৎলায় পায়দুনা ইমু নাইমু তানবা থবক তৌদুনা পুলিস নৎত্রগা সিফাইশিংদা খুৎ থাবা অহানবা নুমিৎনি হায়না লৌনৈ। মনিপুর পুলিসনসু নহারোলশিংনা মখোয়বু শিংনবা হৌবা মতম্নি হায়না লৌই। মসিগী নুমিৎ অসিগী মমাং নৎত্রগা মতুংদা সিফাইশিংদগী খুৎলায় লৌরম্বা য়াই। অদুবু ইমু নাইমু তানরগা খুৎলায় লৌখিবসি নুমিৎ অসিনি হায়না লৌবা য়াই হায়না সরকারগী চে চাংদা ইদুনসু লৈ। মসি মনিপুরনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরক্লবা মতুংদনি। নুমিৎ অসিগী থৌদোক অসিনা পুলিস অমসুং সিফাইশিং অসুক্কী মতিক মথৱাই নুঙাইনখিদে। "লাকচৈদা" হায়দুনা তকশি শোল্লগা লৈহৌখি। মখোয়না খঙখি মদুদি মনিপুরগী নহারোল খরা খুৎলায় পায়দুনা লান হৌবা হৌরক্লে হায়বসি। নুমিৎ অসিদগী মখোয় মীৎকুপ নাহুম শিংনা লৈবা হৌখি। "অরোনবা মীওই" কয়া থাদোক্তুনা খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংগী মতাংদা পাও লৌনবা হোৎনখি।

য়াওল ইহৌ হৌরকপদা প্রিপাকসু য়াম্না কনবা লালহৌলুপ অমা ওইরকখি। চহি অদুগী নভেম্বর তাং ১২ দা লালহৌবা নহারোলশিংগা পুলিস অমসুং সি আর পি এফ কী অপুনবা কাংবু অমগা ইম্ফাল নোংচুপ জিলাগী কামেং লৈমরোক্তা খুৎ থোক্লখি। প্রিপাক্কী অঙম ওর্ফে ধিরেন, লৈঙম ওর্ফে কবিকান্ট অমসুং পি এল এগী গম্ভীর নুমিৎ অদুদা লৈখিদে। সিফাইশিংনা হান্না অহিংদগী কোয়শিন্দুনা থম্লগা লৌতাংশঙগুম্বা অমদা তুমদুনা লৈরিবা য়াওল্লোইশিং অদুদা নোংঙানফুং ঙানফুং তৌরকপগী অদুৱাইদগী লেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপশিনখি। লালহৌবশিং অদুনসু বোমনচিংবা লংলকখি হায়। মীওই খরদি হিংখি। অশিবশিং অদু মশাদা মশিং খঙদনা নোংমৈ মরু পানখিবগী খুদম লৈখি। প্রিপাক্লা নুমিৎ অদুদগী চহি খুদিংগী নভেম্বর তাং ১২ অসিবু "অথৌবশিংগী নীংশিং নুমিৎ" হায়দুনা পালন তৌদুনা লাক্লি। নুমিৎ অসিদগী ঙসি ফাওবা তোখায় তোখায়বা য়াওল্লুপশিংনা চখরকপা থবক থৌওং, সিফাইশিংদা খুৎ থাবা অমসুং সিফাইশিংনা নহারোলশিংদা খুৎ হুনবা,

খুৎ থাবা পুন্নমক পাবিরিবা ইচিল ইনাওশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি। থোয়দোক্না অমুক মচা খায়না নিংশিংজবগী মথৌ তাদ্রে খঞে। অদুবু মমাংগী থৌদোকপু থেংনহৌদবা ইনখৎলক্লিবা মীওইশিংনা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা থোকখিবা থৌদোকশিং খরা খঙনবগী দমক্তা ইতিহাসকী লমায় ফাকৎপা মথৌ তাব্রা নিংঙৈ।

## খুৎলায় পায়বশিংগী তোঙান তোঙানবা পান্দমশিং

মনিপুর সরকারগী মনুংগী ওইবা খৃঃ ২০০১ গী পাওদম অমদা লালহৌবা নহারোলশিং অমসুং লৈবাক অসিবু মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়গদবনি হায়দুনা খুৎলায় পায়দুনা থবক চথরিবা মীওইশিং অসিগী মশিং অসি চাওরাক্লা ১৯,৫৯০ গুম্বনি। অপুনবা মশিং অসিদা নাগা অমদি কুকিগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংসু য়াওরি। চাওরাক্লা য়াওল্লোই ৯০৭০ মুক্লা মনিপুরগী তম অমসুং চীংদা মখোয়গী পান্দম ফংনবা থবক চথরি। মসিগী মথক্তা অতোপ্পা খুৎলায় পায়বা মীওই ১১,৫১০ গুম্বনা মনিপুরগী চীংগী শরুক খরদা, অসামগী নিয়ু কছার হিলসতা অমসুং নাগালেন্দগী লম খরদা মখোয়গী অপাম্বা পান্দম ফংনবা থবক চথরি। মৈতৈ, নাগা, কুকিগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিং অসিনা শিজিন্নবা খুৎলায়শিংগী মশিংসি অফবা য়াওরগা চাওরাক্লা ১১,৬৩৫ মুক ওইরম্বা য়াই হায়রি। খুৎলায় পায়বা মীওইশিং অসিবু শৌগৎপা নৎত্রগা মখোয়বু নুংশিবা প্রজাশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৭৮,৩৬০ দগী ৯৭,৯৫০ মুক ওইগনি হায়না পাওদম অসিনা পল্লি। মশিং অসিদা এন এস সি এন গী কাংবু অনিবু শৌগৎপা মনিপুর, নিয়ু কছার হিলস অমসুং নাগালেন্দা লৈবা মীওইশিংসু য়াওরে।

নিয়ু কছার হিলস অমসুং নাগালেন্দ য়াওদনা অমুক য়েংশি। মনিপুরখক্তদা চাওরাক্লা খুৎলায় পায়বা মীওই ১০,০০০ মুক লৈ। হায়জরিবা মশিং অসি লেঙদনা লৈবা নত্তে। করিগুম্বা মতমদা মখোয় খরা অমনা মপাল্লমদা অমুক চৎখিগনি, অদুদগী খরা অমনা অমুক লৈবাক অসিদা চঙলক্কনি। অদুনা মশিং অসি অমুক তাথবা, অমুক হান্নগী মশিংদা লৈবা নৎত্রগা অমুক হেঙ্গৎপা অসুম্না তৌগনি। অমরোমদসু শিবা নাবা য়াওখিবা, অনৌবা মীওইশিং অমুক চঙলকপা মরম্না খুৎলায় পায়বা লালহৌবাশিংগী মশিং অসি চপ চানা কয়ানো হায়বসি খঙবদা য়াম্না ৱানা থোক্কনি। মনিপুরগী য়াওল্লোইশিং অসিবু শৌগৎপা নৎত্রগা মখোয়বু নুংশিবা প্রজাশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৪০,০০০ দগীনা ৫০,০০০ গুম্বা ওইরম্বা য়াই হায়না পাওদম অসিনা ফোংদোকখি। মনিপুরগী অপুনবা মীশিং অসি চাওরাক্লা লাক্ষ ২৩ মুক্লি।

মনিপুর য়াম্না অপিকপা লৈবাক অমনি। য়াম্না ঙকনিঙাইনি। মফম অসিদা চাওরাক্লা খুৎলায় পায়বা লুপ ১৮ মুক্লা মানা মানা পাম্বা পান্দম ফংনবা থবক কয়া চত্থরি। য়াম্না মরু ওইবা লালহৌলুপতি মঙা/তরুক কুম্বনি। খুৎলায় পায়বশিং অসিগী পান্দমশিং অদুদি করিনো? মরু ওইবা লালহৌলুপ খরগী পান্দমদি, মখোয়গী ৱাহৈদা "মীখা পোন্দবা, মথন্তা লেপচবা ঙম্বা, মনিং মখা তম্বা মনিপুর" অমা পুরক্লবা খুৎলায় পায়দুনা লাম্থেংনবনি। খুৎলায় পায়বা কাংবু খরগী অপাম্বনা মনিপুর অসিবু মচেৎ মচেৎ থুগায়রগা কাংলুপ কংলুপকী ওইবা লৈবাক মচা মচা শেম্বা, নৎত্রগনা লৈবাক অসি থুগায়রগা চীংগী শরুকশিং অসি নাগালেন্দ অমসুং মিজোরামদা তিনশিনবনি। থায়নদগী নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরক্লবা কাংলুপ মশেলগী মরক্তা মুরুবা, য়েৎনবা কয়া অসিনা মনিপুর অসি হৌজিক অরুবা তাঙ্কক অমদা লৈরি। করিগীনো হান্না য়ানরম্বা তোঙান তোঙানবা কাংলুপশিং হৌজিক মুরুরক্লিবা? কনাগী থৌইনশিন্নো?

লাইরিক হৈবা নহারোল খরা পুনশিল্লগা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী লিচিং মখাদা লৈবাক অসিগী হৌজিক্কী লালহৌলুপশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী লিরে হায়না লৌবা য়ারবা ইয়ু এন এল এফ অসি খৃঃ ১৯৬৪ গী নভেম্বরগী তাং ২৪ দা লিংখৎখি। ইয়ু এন এল এফ মৈতৈ খক্তগী নত্তে মণিপুরগী মীওই পুন্নমক্কীনি হায়বা য়াই। মরমদি য়াওল্লুপ অসি লিংখৎলকপদা চীংগী মীওইশিংসু য়াওখি। য়াওল্লুপ অসি লিখৎলম্বা মরুওইবা মীওইশিংদি ঃ কলালুং কামৈ (চেয়ারমেন, থানাগোং খুল, তমেংলোং), থাঙখোপাও সিংসিৎ (ভাইস চেয়ারমেন, জলেংফাই খুল, কারোং), অরাম্বম সমরেন্দ্র (জেনরেল সেক্রেটরি, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফাল), নোংমাইথেম (চিতারঞ্জন ওর্ফে পহারী (চিফ ওফ আর্মি ষ্টাফ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল), লোঙজম মনিমোহন (ওর্গেনাইজেসন হিলস, কৈশামথোং লোংজম লৈরক), এন. সনাজাওবা (ওর্গেনাইজেসন য়ুথ ফ্রন্ট, শিংজমৈ ৱাংমা ক্ষেত্রি লৈকাই) অমসুং লাইশ্রম কহ্নাই (মেম্বর সেন্ট্রেল কমিতি, সেগারোদ, ইম্ফাল) নি। য়াওল্লুপ অসিগী খুৎলায় পায়বা লান্মী কাংবুগী মমিং "মনিপুর পিপলস আর্মি (এম পি এ) কৌই। য়াওল্লুপ অসিনা হায় মদুদি মখোয়না, মখোয়গী ৱাহৈদা, "মনিপুরবু মীখা পোন্দবা লৈবাক অমা" ওইনবা লাম্থেংনরি অমসুং "পান্দম ফংদ্রিবা ফাওবা লাম্থেংগনি।" ইয়ু এন এল এফ না মখোয়গী পান্দম ফংনবা হোৎনবদা মোৎ মান্নবা, মীখা পোনবা পামদবা ইন্দো-বর্মাগী লমশিংদা লৈবা মীওইশিংগা পুন্না চৎমিন্নগনি হায়। ইন্দো-বর্মাগী লম হায়বসি কদাইদনো? হৌজিক্কী ভারতকী অৱাং-নোংপোক ষ্টেটশিং অমসং বর্মাগী অৱাং-নোংচুপকী লমশিং অসিনি।

য়াওল ইহৌগী মতাংদা মনিপুর সরকারনা য়ান্না তোয়না হায়, "হিংশাগী পাম্বৈ শিজিন্নদুনা লান হৌবনা লৈবাক অসিদা অফবা ফল অমত্তা পুরক্লোই। গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক্তা (ভারত্তা) হিংশাগী মফম লৈতে। য়ানদবা পোৎ খুদিংমক ৱারী শানরগা তায়শিন্নবা, লোয়শিন্নবা য়াই। মরম অদুনা নহারোল লালহৌবশিংনা ভারত সংবিধানগী মখাদা মখোয়গী অপাম্বশিং অদু ৱারী শানদুনা ফোংদোক্কদবনি. . .।" লালহৌবা নহারোলশিংনা "ভারতকী সংবিধানগী মখাদা ৱারী শানবা" হায়বসি শুকয়া য়াদে।

"মনিপুরগী তুংগীদমক্তা লান শোক্লবা তাবনি" হায়না ইয়ু এন এল এফ কী খৃঃ ২০০১ গী নভেম্বর তাং ২৪ দা ফোংখিবা চেরোল অমনা হায়। লৈবাক অসিগী সমাজগী, শেন্থোক লম্বীগী, নাৎকী ওইবা চৎনবী চাওখৎনবগী থবকশিং অদু লৈবাক মশানা হোৎনজবা তাবনি। "লৈবাক অসিনা মশানা মশাগী মরাইবক লেপচনবা হোৎনবদা লাম্থেংনরিবসি রাজনিতিগী ওইবা লাম্থেংনবনি। অদুনা মসি লোয়শিনবা তারবদি রাজনিতিগী থাক্তা লোয়শিনবা তাবনি", হায়না চেরোল অসিনা পল্লি। হৌজিক্কী ইন্দো-বর্মাগী লমদা লৈরিবা মীওইশিংনা ভাব তানরক্লে মদুদি মখোয় পুন্নমক্কী ওইবা ইতিহাসনা পুরক্কদবা "পম্থুংফম" অমা লৈ হায়বসি। মরম অসিননি, চেরোলসিনা হায়, "মীখা পোন্দনবা থবক চঙশিনবা ঙম্নবা ইন্দো-বর্মা রিভোলুসনরি ফ্রন্ট (আই বি আর এফ) খৃঃ ১৯৯০ দা শেমখ্রিবসি। ফ্রন্ট অসিনা তপ্না তপ্না খুমাং চাওশিনবা থবক তৌরক্লি।" আই বি আর এফ অসি ইয়ু এন এল এফ, এন এস সি এন (খপলাং) অমসুং অসামগী লালহৌলুপ উলফা না পুনশিল্লগা শেমখিবনি। ইয়ু এন এল এফ না খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরগা "মনিং মখা তম্বা মনিপুর অমা" পুরক্কনি হায়বসি মখোয়না ফোংবা লাইরিক মচা অমদা খৃঃ ১৯৯৯ গী নভেম্বর তাং ২৪ দা লাওথোকখি।

মনিপুর সরকারগী পাওদম অসিনা হায় মদুদি ইয়ু এন এল এফ কী মরু ওইবা পান্দমদি "মনিপুর অমসুং মসিগা থংনবা লৈবাকশিংবু মনিং মখা তম্নবা লাম্থেংনবা অদুগা মনিপুরগী মাঙখ্রবা লমবু বর্মাদগী অমুক লৌশিনবা" হায়বা অসিনি। ইয়ু এন এল এফ কী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ২৫০০ মুক ওইরম্বা য়াই হায়না পাওদম অসিনা পল্লি। (য়াওল্লুপ অসিবু লিংখৎলম্বা অরাম্বম সমরেন্দ্র অকোনবদা লালহৌবগী থবক থাদোক্কুনা মমিং লৈরবা অইবা মীশক অমা ওইখি। মনিপুরদা নুপীবু হম্থনা য়েংবা, নাকল পুন্নমক্তা শোকচিল্লক্লবা লৈবাক

অসিগী সমাজগী ফিভম, মীচম প্রজাশিংগী ৱাকৎফম লৈরক্কবা অমসুং সমাজ অসিনা থেংনরিবা অৱাবা কয়া অইবা অসিগী লীলা, দ্রামা, ৱারী মচা, শৈরেং কয়াদা থেংনবিগনি। য়াম্না অতাঙবা মীশক্কি। অইবা অসি মশক খঙদবা মীওই খরনা খৃঃ ২০০১ গী জুনগী তাং ১০ দা ইম্ফাল মনাক্তা লৈবা সলানথোঙদা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি)। ইয়ু এন এল এফ কী হৌজিক্কী চেয়ারমেনগী মমিং আর কে মেঘেন ওর্ফে সনায়াইমা কৌই হায়না পাওদম অসিনা হায়। অদুগা মসিগী ভাইস-চেয়্যারমেন্না খুন্দোংবম তোম্বা ওর্ফে সুনিল ওর্ফে পাম্বে কৌই। মতম অমদা মশিং য়াম্লবা মীওই কয়ানা য়াওল্লুপ অসিবু "তুমিন্না মতেং পিরমই" হায়না পাওদম অসিনা মখা তারি।

"মনিপুর ভারত্তগী তোখায় তাগদবনি অমসুং মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইগদবনি" হায়বসি পিপলস লিবরেসন আর্মি (পি এল এ) গী পান্দমনি হায়না পাওদম অসিনা পল্লি। য়াওল্লুপ অসি খৃঃ ১৯৭৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৫ দা নামৈরাকপম বিশেশ্বোরগী লিচিং মখাদা লিংখৎখি হায়না পাওদম অসিনা মখা তারি। পার্টি অসিগী থবক্তি নুমিৎ অসিগী মমাংদগী তৌবা হৌখ্রবনি। মসি হান্না পি এল এ (ইষ্টর্ন রিজন) হায়রম্বদু হৌজিক্তি পি এল এ দমক হায়রগা খঙনরে। (মসিগী ৱারী কোন্না থেংনবিরক্কনি)। পি এল এগী রাজনিতিগী ওইবা মশাদি রিভোলুসনরি পিপলস ফ্রন্ট (আর পি এফ) কৌই। পি এল এনা মখোয়গী "পান্দম ফংনবা খুৎলায় পায়দুনা পুলিস অমসুং অতৈ সিফাইশিংদা খুৎ থাবগী থবকসি য়াম্না ঙন্না হৌখি।" মরম অদুননি য়াওল্লুপ অসি মতম অমদা "অসুক্কী মতিক মমিং লৈরম্লিবসি।" সরকারগী পাওদম অসিগী মতুং ইন্না পি এল এগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৩০০০ গুম্বা ওইরম্বা য়াই হায়রি। আর পি এফ কী হৌজিক্কী প্রসিদেন্ট অসি ইরেংবম ভোরোৎ ওর্ফে চাওরেননি। য়াওল্লুপ অসিগী ভাইস প্রসিদেন্টনা মনোহরময়ুম প্রবিনকুমার ওর্ফে ঙৌবনি। লাইরিক অসিদা পিজরিবা তারিক, থা, চহি, য়াওল্লোইশিংগী মশিংনচিংবা অসি সরকারগী পাওদম অসিগী মতুং ইন্ননি। পাওদম অসিদা পিরিবা চহি, থা, তারিক অসি তশেংনা য়াওল্লুপ খরনা লিংখৎখিবা চহি, তারিক, থা খেন্নবা য়াওই। কোন্না থেংনবিরক্কনি।

য়াওল্লুপ প্রিপাক (পিপলস রিভোলুসনরি পার্টি ওফ কংলৈপাক) অসি লৈখিদ্রবা আর কে তুল্লচন্দ্র সিংহনা খৃঃ ১৯৭৭ কী ওক্তোবর তাং ৯ দা লিংখৎলম্বনি। মসিগী খুৎলায় পায়বা লান্মীগী মশিং অসি চাওরাক্লা ১৫০০ গুম্বনি হায়না পাওদম অসিনা পল্লি। প্রিপাক্কী চেয়ারমেনসি অচাম্বা সিংহ কৌবা মীওই অমনসু ওইরমই। প্রিপাক্কী

হৌজিক্কী জেনরেল সেক্রেটরিগী মমিং সুভাস কৌই। প্রিপাক্কী মরু ওইবা পান্দমদি, সরকারগী পাওদম অসিগী মতুং ইন্না, ভারত্তা য়াওদবা মনিং মখা তম্বা মনিপুর অমগীদমক খুৎলায় পায়দুনা লাম্থেংনবা, থবক ফংগদবা মওংদা লাইরিক লাইশু তম্বীবা, মীওই অমগী লম অকরুনা লৈবা . . . অসিনচিংবসিনি। প্রিপাকসু ঙন্না খুৎলায় পায়বা হৌখিবনা মতম অমদা "মমিং য়ান্না লৈবা য়াওল্লুপ" ওইরমই। প্রিপাক্কী খুৎলায় পায়বা য়াওল্লোইবু "ফিঙাং লান্মী" কৌই।

য়াওল্লুপ ইয়ু এন এল এফ, আর পি এফ অমসুং প্রিপাক্না পুনশিল্লগা "মনিপুর পিপলস লিবরেসন ফ্রন্ট" (এম পি এল এফ) কৌবা "অপুনবা য়াওল্লুপ" অমা খৃঃ ১৯৯৯ গী মার্চ তাং ১ দা শেমখ্রে। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি য়াওল্লুপশিংনা তোখায় তোখায় থবক তৌবা অদু তোকথোক্লগা পুন্না থবক তৌমিন্নদুনা "মনিপুরবু মীখা পোন্দবা, মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা পুরক্লবা হোৎনরিবা লান অসি খুমাং চাওশিন্নবনি হায়না মখোয়না হায়।

বঙ্গলাদেসতা লৈবা প্রিপাক্কী মফম অমদা য়াওল্লুপ কংলৈ য়াওল কন্ন লুপ (কে ৱাই কে এল) অসি খৃঃ ১৯৯৪ গী এপ্রিলগী তাং ২৫ দা শেমখি হায়। সরকারগী পাওদম অসিদদি তারিক অসি মে থাগী তাং ২৫ নি হায়। হায়বদি পাওদম অসিদা ইরিবা চহি, থা, তারিক অসি খরা শোয়বসু য়াওই। কে ৱাই কে এল অসি হান্না ইয়ু এন এল এফ, প্রিপাক অমসুং কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি (কে সি পি) দা য়াওরম্বা মীওইশিং খরনা পুনশিল্লগা শেমখিবনি হায়দুনা পাওদম অসিনা পল্লি। মসিগী মরু ওইবা পান্দমদি, সরকারগী পাওদম অসিগী মতুং ইন্না, মনিপুরদা লৈরিবা "য়াওল্লুপশিং পুম্নমক পুনশিন্দুনা মনিং মখা তম্বা মনিপুর" অমা পুরক্লবগীদমক্তা লাম্থেংবনি। কে ৱাই কে এল অসি খৃঃ ১৯৯৫ গী মে থা অদুৱাইদা অনি থোকখি। নাকল অমনা মুতুম ইবোপিশক্না লুচিংখি অদুগা অমনা অচৌ তোইজাম্বনা লুচিংখি। ইবোপিশক্না লুচিংখিবা কাংবু অসি কে ৱাই কে এল (ওকেন) হায়না খঙনরমই। মসি য়াওল্লুপ অসিবু কোন্না লুচিংলকপা নামোইজম ওকেনগী মমিং লৌরগা থোনবনি। অদুগা অতোপ্পা অদুবুনা কে ৱাই কে এল (তোইজাম্বা) হায়না খঙনরমই। হৌজিক্তি নাকল অনি অসি পুনশিল্লে। কে ৱাই কে এল গী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্না ৯০০ গুম্বা ওইরম্বা য়াই হায়না পাওদম অসিনা হায়রি।

মতম অমদা লালহৌবা লুপ মৈতৈ ষ্টেট কমিতি কৌবা অমা লৈরমই। মসিগী মেম্বরশিং অদু চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৭৫ ফাওবা য়াম্না ফজনা থবক তৌরমই। হায়রিবা কমিতি অসিদা য়াওরম্বা অমসুং হান্না প্রিপাক্কী ওইরম্বা মীওইশিং পুনশিল্লগা কে সি পি অসি খৃঃ ১৯৮০ গী এপ্রিলগী তাং ১৪ দা শেমখি হায়না কে সি পি গী পাওগী লিখুন অমনা হায়। সরকারগী পাওদমদদি মেগী তাং ১৫ হায়। মরম অসিননি পাওদম অসি খরা শোইবসু য়াওই হায়জখ্রিবদু। কে সি পি শেল্ললকপা মতমদা ইম্ফাল নোংপোক জিলাগী কৈবি অশোমদগী তোম্বা কৌবা মীওই অমনা চেয়ারমেন ওইরমই। মতম অমগী য়াওল্লোইশিং মাইপাক শর্ম্মা, শোম শর্ম্মা, ইবোহনবী অসি কে সি পি হৌদোক্লকখিবা মীওই ঙাক্তনি। হৌজিক্তি মখোয়শিং অসি লৈখিদ্রে। কে সি পি গী হৌজিক্কী চেয়ারমেনগী মমিং লৈবাকমচা সিংহ কৌই হায়না সরকারগী পাওদম অসিনা হায়। জেনরেল সেক্রেটরিনা কে এস আইচ নোয়োন ওর্ফে লাবা কৌই।

পিপলস ইয়ুনাইতেদ লিবরেসন ফ্রন্ট (পলফ), নোর্থ ইষ্ট মাইনোরিতি ফ্রন্ট (এন ই এম এফ), ইস্লামিক নেসনেল ফ্রন্ট (আই এন এফ), ইস্লামিক লিবরেসন ফ্রন্ট - কংলৈ (আই এল এফ - কংলৈ), হায়রিবশিং অসি খুৎলায় পায়বা কাংবু মচা মচা ঙাক্তনি। পলফকী লুচিংবসি অজাদ ওর্ফে আবদুল কলাম কৌই হায়না পাওদম অসিনা হায়। মসিগী মরু ওইবা মথৌদি "অতোপ্পা কাংলুপ্না খৎনবা হৌরকপদা পাঙলগী মীওইশিংবু কন্নবা হোৎনবনি," হায়না পাওদম অসিনা মখা তারি। এন ই এম এফ না হায় মদুদি "মখোয়না পাঙল অমসুং মৈতৈ নুংশিনদনবা শিনবা মীওইশিং হাৎকনি।" আই এন এফ কী মথৌদি য়ু, নিষা শিজিন্নবা থিংবনি। মরু ওইনা পাঙলশিংনা খুন্দাবা মফমদনি। আই এল এফ- কংলৈ না হায় মদুদি মখোয়না শান্তী পুরক্লবা হোৎনবদা নত্তনা "মনিং মখা তম্বা মনিপুর" অমা ওইনবা থবক তৌগনি।

নাগা লালহৌলুপ এন এস সি এন (আই-এম) গী খুৎলায় পায়বা মীওইগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৬০০০ কুম্বা ওইরম্বা য়াই হায়রি। মখোয় অসি মনিপুরগী চীংগী লম খরা, অসামগী নিয়ু কছার হিলস অমসুং নাগালেন্দদা লৈ। মখোয়গী দাবিদি মনিপুরগী চীংগী জিলা মরি- উখ্রুল, চান্দেল, সেনাপতি অমসুং তমেংলোং অসি নাগালেন্দদা তিনশিনগদবনি হায়বসিসু অমনি। এন এস সি এন (খপলাং) গী খুৎলায় পায়বা মীওইগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৩৫০০ গুম্বনি। মখোয় অসি মনিপুর অমসুং নাগালেন্দদদা নত্তনা বর্মা (ম্যানমার) গী মফম খরদসু লৈ। মখোয়না "মনিং মখা তম্বা নাগালেন্দ" অমা পুরক্লবা লাম্হেংনরি। খুৎলায় পায়বা কুকি নেসনেল আর্মি (কে এন এ) গী আশাদি "মনিং মখা তম্বা কুকিগী লৈবাক অমা" শেম্বনি।

মসি মনিপুরগী কুকিনা খুন্দাবা থৌবাল, উখ্রুল, চান্দেলনচিংবা লমশিং লোয়না "শেগায়রগা" বর্মাগী কুকি তাবা লমশিংগা পুনশিল্লগা শেমগদৌরিবনি। কে এন এ অসি খৃঃ ১৯৯৮ গী মে থাদা বর্মাগী মোলনোই হায়বা মফমদা লিংখৎখি। লিংখৎখিবা মতমদা থোঙখোলুন হাওকিপ কৌবা মীওই অমনা চেয়ারমেন ওইখি। মসিগী রাজনিতিগী মশাদি কুকি নেসনেল ওর্গেনাইজেসন (কে. এন. ও) কৌই। কে এন এ/কে এন ও গী মীওই মশিং অসি চাওরাক্লা ৬০০ কুম্বনি। কুকি নেসনেল ফ্রন্ট (কে এন এফ) অসি খৃঃ ১৯৮৮ গী মেগী তাং ১৮ দা শেমখি অদুবু কুইথদনা অনি থোকখি। কে এন এফ - মিলিটরি কাউন্সিল অমসুং কে এন এফ - প্রসিদেন্ট। সেমচিনথাঙ কিপগেন্না কে এন এফ - প্রসিদেন্ট কাংবুগী প্রসিদেন্টনি অদুগা কে এন এফ - মিলিটরি কাউন্সিলগী "সুপ্রেম কম্মান্দর" না সৈকাম কিপগেন্নি। মখোয়গী অপাম্বদি মনিপুরগী কুকিনা তাবা লমশিং অসি লোয়না পুনশিল্লগা তোখায়বা "কুকিলেন্দ" কৌবা ষ্টেট অমা ভারত সংবিধানগী মখাদা শেম্বনি। মনিপুর অসি মচেৎ মচেৎ থুগায়রগা শেমগদৌরিবনি। কে এন এফ -প্রসিদেন্টকী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্লা ২০০ গুম্বনি অদুগা কে এন এফ -মিলিটরি কাউন্সিলগীনা চাওরাক্লা ৫০০ গুম্বা ওইবা য়াই। মখোয়না কন্না থবক তৌবা মফমসি চুরাচান্দপুর, সেনাপতি অমসুং থৌবাল জিলাগী কুকি তাবা লমশিংদনি।

পাইতে, সিমতে, ৱাইফৈশিং অসি পুলপ পুল্লগা মখোয়বু জোমি হায়না খঙনৈ। তোঙান-তোঙানবা লমদা লৈরিবা জোমিশিং অসি পুল্লপ পুনগদবনি হায়রিবা খুৎলায় পায়বা "জোমি রিভোলুসনরি আর্মি (জেদ আর এ) অসি খৃঃ ১৯৯৩ গী মেগী তাং ৭ তা ফাপজাম হায়রিবা বর্মাগী লম অমদা লিংখৎখি। থাঙলিয়ানপাও পাইতে হায়রিবা বর্মাগী পাঙমোল খুলগী মীওই অসিনা প্রসিদেন্টনি অদুগা কামসুৱানথাঙ পাইতে হায়রিবা চুরাচান্দপুর জিলাগী পিয়ার সোনমুন খুলদগী মীওই অসিনা জেনরেল সেক্রেটরিনি। জোমিশিং অসি মনিপুর, বর্মা অমসুং বঙ্গলাদেসকী শরুক খরদা খুন্দাদুনা লৈ। জেদ আর এ গী রাজনিতিগী মশা অদুগী মমিং জোমি রিইয়ুনিফিকেসন ওর্গেনাইজেসন (জেদ আর ও) কৌই। জেদ আর এ গী খুৎলায় পায়বা মীওইগী মশিং অসি চাওরাক্লা ৫০০ গুম্বা ওইরম্বা য়াই। মখোয়শিং অসিনা চুরাচান্দপুর, অসামগী বরাক তম্পাক, কছার, বর্মাগী চিমলুই, লাইতুই দা থবক তৌরি। মফমশিং অসিদা খুন্দারিবা জোমিশিং অসিনা পুল্লপ পুল্লগা মখোয়গী ওইবা "তোখায়বা শক্তম" অমা লিংখৎপা পামই। মনিপুর অসি থুগায়রগা অতোপ্পা লমশিংগা পুনশিল্লগা শেমগদৌরিবনি।

## মনিপুর



এন এস সি এন (আই্ এম) অমসুং নাগাগী সংস্থান খরনা মনিপুরগী চীংগী লম নাগালেন্দা তিনশিনগদবনি হায়রিবা লমশিং অসি মসিনি। তিনশিনবা য়াদ্রগনা হায়রিবা লমশিং অসিনা "খা থংবা নাগালেন্দ" কৌবা লৈবাক অমা শেমগদবনি হায়না মখোয়না হায়রি।

IMPHAL EAST
IMPHAL WEST
BISHNUPUR
THOUBAL
NAGALAND
SENAPATI
UKHRUL
TAMENGLONG
ASSAM
IMPHAL
MYANMAR (BURMA)
CHANDEL
CHURACHANDPUR
MIZORAM
CHIN HILLS
N

*Map not to scale*

## মনিপুর



মসিগী লমশিং অসি মনিপুরদা লৈবা কুকিশিংনো খুন্দাবা লমশিংনি। মনিপুর থুগায়রগা হায়রিবা লমশিং অসিনা 'কুকিলেন্দ' কৌবা ভারৎকী স্টেট অমা শেমগদবনি হায়দুনা কুকি নেসনেল ফ্রন্ট (প্রসিদেন্ট) অমসুং কুকি নেসনেল ফ্রন্ট (মিলিতরি কাউন্সিল) না খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরি।



Map not to scale

## মনিপুর



মনিপুর অমসুং চিন হিলসকী কুকিনা খুন্দাবা লমশিংনি। কে এন এ (কুকি নেসনেল আর্মি) না মনিপুরগী থৌবাল, উখ্রুল, চন্দেল অমদি অতৈ মফমদা খুন্দাদুনা লৈরিবা কুকিশিংগা বর্মাগী চিন হিলসতা খুন্দারিবা কুকিশিংগা পুনশিনলগা 'মনিং মখা তম্বা কুকিলেন্দ' অমগীদমক নোংমৈ পায়দুনা লান হৌরি।

IMPHAL EAST
IMPHAL WEST
BISHNUPUR
THOUBAL
NAGALAND
SENAPATI
UKHRUL
TAMENGLONG
ASSAM
IMPHAL
CHURACHANDPUR
CHANDEL
MYANMAR
(BURMA)
MIZORAM
CHIN HILLS
N

*Map not to scale*

## মনিপুর



জোমি, পাইতে, সিমতে, রাইফৈনচিংবনা খুন্দাবা মনিপুরগী চুরাচান্দপুর জিলানি। জোমি কাংবু খরনা জিলা অসিবু 'ইউনিয়ন তেরিতোরি' অমা শেম্বা পামই। মসি মনিপুর থুগায়রগনি। জিলা অসিগী সংস্থান অমসুং খুৎলায় পায়বা কাংবু খরনা জিলা অসিবু থংনবা মিজোরামদা তিনশিনবা পামই।

NAGALAND
ASSAM
MIZORAM
MYANMAR (BURMA)
SENAPATI
UKHRUL
TAMENGLONG
IMPHAL WEST
IMPHAL EAST
IMPHAL
BISHNUPUR
THOUBAL
CHURACHANDPUR
CHANDEL
N

*Map not to scale*

## মনিপুর



মসি মনিপুর তম্পাক্কী জিলা মরি হায়বদি ইম্ফাল ইষ্ট, ইম্ফাল বেষ্ট, থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুরনি। চীংগী লম অসি নমফু-হাফুদা থুগায়রগা থংনবা লৈবাকশিংদা তিনশিনগ্রবদি নত্রগা তোখায়বা লৈবাক শেমগ্রবদি 'মনিপুর' কৌহৌগদৌরিবা লম অসি জিলা মরিসিনি। পাক ওইথোক্তবদি য়াই অদুবু মনিপুর থুগায়নবা থবকশিংদি লেপ্পা লৈতনা চৎথরি।

IMPHAL WEST
IMPHAL EAST
BISHNUPUR
THOUBAL
NAGALAND
SENAPATI
UKHRUL
TAMENGLONG
Loktak
ASSAM
IMPHAL
CHURACHANDPUR
CHANDEL
MIZORAM
MYANMAR
(BURMA)
N
Map not to scale

মার পিপলস কনভেনসন - দেমোক্রেতিক (আইচ পি সি - দি), মার রিভোলুসনরি আর্মি (আইচ আর এ), কুকি লিবরেসন আর্মি (কে এল এ) অমসুং ইয়ুনাইতেদ কুকি লিবরেসন ফ্রন্ট (ইয়ু কে এল এফ) হায়বা খুৎলায় পায়বা লুপশিং অসি অপিকপা কাংবু ঙাক্তনি। আইচ পি সি - দি না মার তাবা মনিপুর, মিজোরাম অমসুং কছার জিলাগী (অসাম) লমশিং পুনশিল্লগা "মারদগী ওইবা লম অমা" ভারত সংবিধানগী মখাদা শেম্বা পামই। মনিপুর থুগায়রগা শেমগদৌরিবনি। কে এল এ না "কুকিলেন্দ" অমা শেম্বা পামই। মসি মনিপুর, নাগালেন্দ, অসাম, ত্রিপুরা, বঙ্গলাদেস অমসুং বর্মাগী কুকি তাবা লমশিং পুনশিল্লগা শেমগদৌরিবনি। কে এল এ গী খুৎলায় পায়বা মীওই ৫০ মুক লৈ। মসি খৃঃ ১৯৯২ গী জুলাইগী তাং ২২ দা হেমলাল গাংতে ওর্ফে আইচ জোন হায়বা মীওই অমগী মখাদা লিংখৎখিবনি। ইয়ু কে এল এফ কী মীওই ৬০ গুম্বনি। মসি খৃঃ ২০০০ গী অহৌবা মতমদা নেলসন কুকি কৌবা মীওই অমগী মখাদা লিংখিৎখি। মনিপুর অমসুং বর্মাগী কুকি তাবা লমশিং পুনশিল্লগা "কুকিগী লৈবাক" অমা শেম্বনা মখোয়গী অপাম্বনি। শম্না হায়রবদা চীংগী খুৎলায় পায়বা কাংবুশিং অসিগী মরু ওইবা দাবিদি মনিপুর অসি মচেৎ মচেৎ থুগায়রগা শায়েন ঙায়েনন্দুনা অপিক-অপিকপা কাংলুপ কাংলুপকী মমিংদা লৈবাক মচা মচা শেমসি হায়বনি। মশিং য়াম্বা মৈতৈশিংগী লুচিংবশিংনা, সংস্থানশিংনা, মীওইশিংনা মনিপুর থুগায়নবা হোৎনরক্লিবা থবকশিং অমসুং অরানবা প্রচার কয়া শন্দোক্লক্লিবসি ফজনা মায়োক্নবা ঙমদে। মসি য়াম্না লাইবক থিবনি। হৌজিকমক্কী ওইনদি পান্দমশিং খেন্নরবসু খুৎলায় পায়বা মীওইশিং অয়াম্বা মরুপ মপাং ওইবগী মওংদা থবক তৌমিন্নবা য়াওরি। অদুবু তুংদা করি ওইরক্কদগে হায়বা ঙমদে। খুদম ওইনা মার কাংবুগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিং চুরাচান্দপুর জিলাদা লৈরিবসি মতম অমদা ইয়ু এন এল এফ না খুৎলায় অমসুং মতেং পিরমই হায়না সরকারগী পাওগী লিখুন অমনা হায়। মদুদগী কোন্না ওনখৎলক্তুনা সিফাইশিংগা খুৎশন্নরগা ইয়ু এন এল এফ কী মীওইশিংবু জিলা অসিগী থানলোন অমসুং পারবুংদগী তাম্থোক্লকখি। হায়রিবা মফমশিং অসিদগী ইয়ু এন এল এফ কী লান্মীশিংবু খৃঃ ২০০৬ কী হৌরকপা অদুবাইদা "লোয়না" তকথোকখি হায়না সরকারগী পাও অসিনা পল্লি। মোৎ খেন্নরকপদগী খুৎলায় পায়বা মশেল খুৎ থোক্লরক্কদ্রা হায়বসু তম্বা ঙমদে। অদুবু অমুকসু পঞ্জনিংই মদুদি লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা কাংলুপ খুদিংমক পুন্না লৈমিন্নবনা পুন্নমক্কী অফবা ওইগনি।

লৈবাক অসিবু থুগায়নবা হোৎনরকপদা কাংলুপ খুদিংমক লোয়না শোকই হায়বসি মনিপুরগী মীওই পুম্নমক্না খন্থবা মতম ওইরে।

খুৎলায় পায়বা লুপশিংগী মরক্তা মরুপ মপাং ওইবগী লৈনবা মরি। মসি সরকারগী পাওদম অসিগী মতুং ইন্ননি।

| লালহৌলুপশিং মমিং | মরুপ মপাং ওইবা কাংবুশিং |
|---|---|
| ১. ইয়ু এন এল এফ ঃ | আর পি এফ (পি এল এ), প্রিপাক. এন এস সি এন (খপলাং), উলফা (অসাম), ত্রিপুরা পিপলস দিমোক্রেতিক ফ্রন্ট (তি পি দি এফ), কে এন এফ - প্রসিদেন্ট, কে ৱাই কে এল (তোইজাম্বা) হৌজিক্তি কে ৱাই কে এল অনি পুনশিখ্রে হায়না মথক্তা পঞ্জখ্রে। |
| ২. আর পি এফ/ পি. এল. এ. ঃ | ইয়ু এন এল এফ, প্রিপাক, কে সি পি, এন এস সি এন (খপলাং), উলফা, তি পি দি এফ, কে ৱাই কে এল। |
| ৩. প্রিপাক ঃ | ইয়ু এন এল এফ, আর. পি এফ/পি এল এ, এন এস সি এন (খপলাং), তি পি দি এফ, উলফা। |
| ৪. কে ৱাই কে এল ঃ | (মসিনা পাউদম অসিদগী নৎচদে। সরকারগী ওইবা মনুংগী পাওদগীনি) এন এস সি এন (আই-এম) (মতম অমদা), জেদ আর এ (মতম অমদা), হৌজিক্না ইয়ু এন এল এফ, আর পি এফ, প্রিপাক, এন এস সি এন (খপলাং)। |
| ৫. কে সি পি ঃ (সরকারগী পাওদমদগী) | ইয়ু এন এল এফ, আর পি এফ, প্রিপাক, কে ৱাই কে এল (তোইজাম্বা) (মতম অমগী), কে এন এফ - মিলিটরি কাউন্সিল। |
| ৬. এন এস সি এন - আই- এম ঃ | কে ৱাই কে এল (ওকেন) (মতম অমগী), পলফ (মৈতৈ পাঙল খুৎলায় পায়বা কাংবু) ইয়ু কে এল এফ (কুকি খুৎলায় পায়বা |

| | |
|---|---|
| | কাংবু), বোরো লিবরেসন ফ্রন্ট ওফ অসাম, হিয়নিয়ুত্রেপ অচিক লিবরেসন ফ্রন্ট ওফ মেঘালয়া। |
| ৭. এন এস সি এন - খপলাং ঃ | ইয়ু এন এল এফ, প্রিপাক, আর পি এফ, কে ৱাই কে এল - তোইজাম্বা (মতম অমগী), উলফা, ওল ত্রিপুরা তাইগরস ফোর্স। |
| ৮. কে এন এফ - প্রসিদেন্ট ঃ | ইয়ু এন এল এফ (সরকারগী পাওনা কে এন এফ - প্রসিদেন্টকা, ইয়ু এন এল এফকা মরুপ মপাংগী মরি লৈনরমই হায় মতম অমদা। হৌজিক্তি চপ চাবা পাও ফংবা ঙমজদ্রে।) |
| ৯. কে এন এফ - মিলিতরি কাউন্সিল ঃ | আর পি এফ (পি এল এ), কে এন এ, জেদ আর এ। |

সমস্যা অমা লোয়শিন্নবা হোৎনবদা সমস্যা অদুগী হৌরকফম মরি মখোং ফজনা থিদোকপা অমা চঙই। সরকারগী ওইবা পাওগী লিখুন অমনসু পল্লি মদুদি ইয়ু এন এল এফ, আর পি এফ, প্রিপাক, কে সি পি, কে ৱাই কে এল নৎত্রগা অতৈ য়াওল্লুপশিংগী মরক্তা "শিরবস্ য়ারে হায়বা কৎথোক্লবা য়াওল্লোই" কয়া য়াওরি। অদুনা মনিপুরগী য়াওল ইহৌ অসি তরাইনা লৌবা য়াদে। ইতিহাসকা মরি লৈনবা হিরম্লি। সমস্যাশিং অসি তুংকোইনা লোয়শিনবা তারবদি "রাজনিতিগী পাম্বৈ" খক্তনা ওইরোইদ্রা?

## মনিপুরদা সিফাই কা হেন্না থাজিল্লকপা

লালহৌবা নহারোলশিংনা খুৎ থাদুনা পুলিসকী মীওই অনি - ইন্সপেক্তর লাইশ্রম দরেন্দ্রজিৎ অমসুং কোন্সতেবল সোঙুল তাংখুল- বু খৃঃ ১৯৭৮ গী জুলাই তাং ১৭ তা হাৎলগা খুৎলায় লৌখ্রবা মতুংদগীদি মনিপুর সরকারনা লালহৌবা মীওইশিং নমথনবা ৱা খন্নবা হৌখি। নুমিৎ অসিদগীদি লালহৌবশিংনসু "লেপ্পা লৈতনা" মখোয়গী থবকশিং চখবা হৌরকখি। লেপ্পা লৈতনা পুলিস/সিফাইশিংবু অচেঙবা তাঞ্জা য়েংলগা খুৎ থাদুনা মখোয়দগী নোংমৈ অমসুং অতৈ খুৎলায় কয়ামরুম খোমগৎপা হৌখি। হায়মনবা থোক্লোই। নোংমা কাঙদনা লালহৌবা নহারোলশিংগা

সরকারগী সিফাইশিংগা খুৎ থোক্লখি। নাকল অনিমক্তা অশোক অপন, অশি অনা কয়া য়াওখি। লালহৌবশিংনসু মখোয়গী থবক থৌরম পাংথোকপা ঙম্নবা অদুগা অনৌবা চঙলকপা নহারোলশিংবু খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বদা চঙগদবা শেনফমশিং অদু মীওই কয়াদগী "অতোপ-অতোপ্পা উপায়" শিজিন্নদুনা খোমগৎখি। মতম অদুদা লালহৌবগী ইহৌ অসি খঙহেন হেঙ্গৎলকখি। লালহৌবা নহারোলশিংগা সিফাইশিংগগী মরক্তা নোংমৈ কাপ্নদুনা ইমু নাইমু তান্নবগী থৌদোকশিং ঈশিং ইচাওগুম হেঙ্গৎলকখি। খৃঃ ১৯৭৮ দা মীওই অনি নোংমৈ কাপখিবদুদগী খৃঃ ১৯৭৯ দা মীওই ১৪ (পুলিস/সিফাই য়াওনা) দা হেঙ্গৎলকখি। পৈশা লাকপা, হুরান চিঠি, সিফাইশিংদা লান্দাশিনবগী মশিং অসি খৃঃ ১৯৮০ দা ৭৭ ওইরম্বদগী খৃঃ ১৯৮১ দা ১১৮ দা হেঙ্গৎখি। সরকারনা করি উপায় তৌরগা কনখৎলক্লিবা লালহৌবগী ইহৌ অসি নমথগদগে হায়না কুপ্না ৱা খন্নবা হৌখি। সরকার পায়বা মীওইশিং কুইনা সরকার পায়দুনা লৈগে হায়রবদি "প্রজানা পামদবা থবক খরা নমফুদা তৌবা তাই।" মখোয়না "তমথিরবা অমুবা আইন" আর্মদ ফোর্সেস (অসাম এন্দ মনিপুর) স্পীসিয়েল পৱারস এক্ট ১৯৫৮ (এ এফ এ এম এস পি এ) চলাইদুনা লালহৌবা নহারোল তকখায়নবগী ৱা খন্নবা হৌখি। হায়রিবা আইন অসি মতাং অসিৱাইদগী "তমথিরবা অমুবা আইন" হায়না অদুম তেনশিন্না ইজরগে।

মনিপুরদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা ফিভম্নি। খৃঃ ১৯৮০ গী হৌরকপদগী লালহৌবা নহারোলশিং অমসুং সিফাইশিংগা মুক্নবা খঙহেন হেঞ্জিল্লকখি। মীচম প্রজাশিংগী থম্মোইদা খোইরাং খোইশাওনবা, লাংতক্লবা, চমম্নাবা, বিবুলা চুবা হেঙ্গৎলকখি। করি তৌগদবগে খঙখিদে। প্রজাশিংগী ৱাখলদা ফাওখি মদুদি মখোয়গী পুন্সি অসি অসুক্কী মতিক খুদোংথিনিঙাই ওইরে হায়বসি। থংনবা মীৎকুপ্তা করম্বা খুদোংথিনিঙাই ওইবা থৌদোক থোক্কদবগে হায়বগী পাখৎনবা ফাওখি। চহি খরা লৈশিল্লক্লবা মীওইশিংনা মনিপুরগী তুংগী পুন্সি অসি করি ওইরগবা হায়দুনা মথৱাই নুঙাইতবা ফাওখি। লম্বী, শোরোক্তা চৎপা মীওই অয়াম্বগী মায়থোঙ ইমক মকশিনখি মতম অদুদা। মীওই অয়াম্বা নুমিৎ তাফাৎত্রিঙৈদা ময়ুম ময়ুমদা চঙদুনা লৈনখি। মনিপুর তম্পাক লান্দা কায় তোয়রবা মফম অমগুম ওইনা উখি। অসিগুম্বা ফিভম অসি ওইদুনসু সরকারনা "তমথিরবা অমুবা আইন" অসিবু লৈবাক অসিদা চলাইনবা (থমজিন্নবা) হোৎনরক্লিবা খোঙথাং অদু প্রজাশিংনা কন্না য়ানিংদবা ফোংদোকখি। মীয়ামগী মীফম ফমদুনা, সভাযাত্রা চত্তুনা, ধারনা ফমদুনা, ওফিসশিংদা ফমজিন্দুনা হায়রিবা আইন অসি মনিপুরদা চৎনবা য়ারোই হায়দুনা য়ানিংদবা ফোংদোকখি।

মনিপুরদা লৈরিবা সমাজগী সংস্থানশিং, মশক নাইবা মীওইশিং, ছাত্রশিং, নুপীশিং পুম্নমক্না "তমথিরবা অমুবা আইন" অসিগী মখাদা সিফাই থম্বা য়ারোই হায়না ফোংদোকখি। ছাত্রগী সংস্থান "ওল মনিপুর ষ্টুদেন্ট ইউনিয়ন (এমসু) নসু য়াম্না কন্না য়ানিংদবা ফোংদোক্কুনা আইন অসিগী মখাদা সিফাই থম্নবা হোৎনবগী মায়োক্তা খোঙজং কয়া চঙশিনখি। মতম অদুদা "মনিপুর নুপী কাংলুপ" হায়বা সংস্থান অসিনসু "তমথিরবা অমুবা আইন" অসিগী মখাদা সিফাই থম্নবা হোৎনরক্লিবসিগী মায়োক্তা অকন্নবা অমসুং লেপ্তুবা খোঙজং কয়া চঙশিনখি। নুমিৎ খুদিংগী লেপ্তুবিদা সভাযাত্রা চৎখি। খৃঃ ১৯৮০ গী মেগী তাং ২৩ দা নুপী ১০,০০০ গী মথক্তা "মনিপুর নুপী কাংলুপ" কী ফিরাল মখাদা ইম্ফাল শিনবা থুংনা অচৌবা সভাযাত্রা অমা চৎখি। মখোয়না লাওখি ঃ মনিপুরদা সিফাই থম্বা য়ারোই, মীচম প্রজা ওৎকন্নু, নুপীগী ইজ্জৎ কল্লু। অসুক্কী মতিক শাগ্রবা নুমিৎ অদুগী নুংশা অদু প্রজাশিংনা থওইরমদে। মনিপুরগী অথাপ-অথাপ্পা মফমদগী লাক্তুনা সভাযাত্রা অদুদা য়াওখি। অদুগুম্বা সভাযাত্রা অমা চৎপদা পুলিসনা নুপী মীওই কয়া ফাদুনা পুরগা ইম্ফালদগী অৱাংলোমদা খরা চৎলগা লৈবা সলানথোঙদা থাদোকখি। গাড়ীদগী ইনথবোই, করিবোই তৌবদা থা মঙা মীরোল্লবী চহি ২৫ দা ঙাইরিবী সিনাম ওংবি প্যারি শিখি। "তমথিরবা অমুবা আইন" লৈবাকসিদা চলাইবা হোৎনরিবসি প্রজা মীয়াম্না পাক্তক্লনা য়াদে হায়বা ফোংদোক্লরকপদগী মতম অদুগী চীফ মিনিষ্টর আর কে দোরেন্দ্র সিংহনা নুপী মীহুৎ কাংবু অমদা মে থাগী তাং ২৬ তা হায়খি মদুদি করিগুম্বা মনিপুরগী ফিভম্না ফগৎলক্লবদি সিফাই থম্বগী ৱাফম লৈতে। মখোয়দসু খঙহনখি মদুদি "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি থম্বা তারগসু লালহৌবা নহারোলশিংনা খরা হেন্না থবক তৌবা মফমশিংদা থমগনি। দোরেন্দ্র সিংহনা মপা মমা ওইবশিংদা মচাশিংবু লালহৌবা য়াওদনবা পাওতাক পীবিয়ু হায়খি। করিগীনো মীয়াম্না "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি লৈবাক অসিদা চলাইবা পামদ্রিবসি? মীয়াম্না লালহৌবা নহারোল শৌগৎপগী ৱারা? প্রজা মীয়াম্না থেংনখ্রে মদুদি সিফাইশিংনা "আইন" অসি চলাইদ্রিঙৈদা ফাওবা মীচম প্রজাশিংদা মীওৎ-মীনৈগী থবক কয়া হান্না চখখ্রে। অদুনা "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি অমুক্না থমজিল্লকপা তারবদি প্রজা মীয়াম অসি অসুক্কী মতিক ৱারগনি হায়বসিনি। অমদি আর্মদ ফোর্সেস স্পীসিয়েল পৱারস এক্ট ১৯৫৮ অসিগী খ্বাইদগী মওং তাদবা হায়ববু "সিফাই ওফিসার নৎত্রগা ওফিসার নত্তবা পংচাও চাওদবা সিফাই অমনা চীংবু চীংনরবদি মীওই অমবু নোংমৈনা হেক্তা কাপ্পা য়াই। মদুদা শিরবসু য়াই।" করিগুম্বা সিফাইশিং

অদুগী মথক্তা বিচার তৌবিনবা আইনগী মতেংনা কোর্টতা চৎপা তারবদি দিল্লিদা লৈরিবা হোম মিনিস্ত্রিদগী হান্না অয়াবা লৌগদবনি। মসি ইরাই লায়না ওইথোকপা য়াবা ৱারা? তশেংনা আইন অসি "তমথিরবা অমুবা আইন" হায়দুনি। সমাজ অসিদা লৈরিবা সংস্থানশিং, ছাত্রশিং, নুপী কাংলুপশিং, তোখায়-তোখায়বা মীওই কাংলুপশিংনা সরকারদা খঙহনখি মদুদি "তমথিরবা অমুবা আইন" অসিগী মখাদা সিফাইশিংনা শেরান তুরানবা থবক কয়ামুক তৌরক্কনি।

আইন অসি চৎনদ্রিঙৈগী ৱানি। খৃঃ ১৯৮০ গী এপ্রিলগী তাং ২৬ তা ইম্ফালদগী নোংচুপলোমদা কিলোমিতর ১৫ মুক চৎলগা লৈবা পাৎশোইদা পি এল এগী মীওইনি চিংনবশিংনা সি আর পি এফ কী সিফাই কাংবু অমদা লান্দাশিন্দুনা মীওই অহুম হাৎখি। থৌদোক অসি থোকখ্রবা মতুং মিনিৎ খরগী মতুংদা অনকপা লাংজিংদা লৈবা সি আর পি এফ কী কেম্পতগী মশিং য়াম্লবা সিফাই কয়া থোরক্কুনা পাৎশোই অমসুং লাংজিংদা মখোয়না থেংনা থেংনবা মীচম কয়া ফুখি। য়ুম অমসুং লনথুম কয়া থুদেক্কুনা, থুগায়দুনা মাঙহনখি। মথোঙ মরম খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্পা কাপখি। নুপী অনি য়াওনা মীচম মরি শিখি। থৌদোক অসিগী মরমদা থিগৎনবা মনিপুর লেজিস্লেটিভ এসেমব্লীনা কমিতি অমা শেমখি। কমিতি অসিগী পাওদমদা অসুম্না হায় (শম্না) "সি আর পি এফ কী মীওইশিংনা নুপী অঙাং য়াওনা মীওই কয়ামরুম ফুবা, চৈবা তৌখি। মীওই মরিগী পুন্সি মাঙহনখি। আইন্না য়াদবা মওংদা লনাই মীওইশিংগী লন থুম কয়া থুগায়দুনা মাং তাকহনখি। সনা লুপানচিংবা কয়া লৌখি। মখোয়না আইনগী ৱাংমদা লালহৌবা থিবগী মিংদা অহেনবা থবক কয়া চত্থখি।" ভারত সরকারগী পুলিসকী মীওইশিং অসিগী কা হেনবা লমচৎ অসিবু খাঙবা ঙমদবদগী মথৱাই প্রোক প্রোক চাক্লবা নহা মীওই কয়ানা তেলিপতি, শগোলমাং অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈবা খুলশিংদা নুঙ থাজিন্দুনা, পোৎ চৈ কয়া থুগায়খি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা চহি কয়াগী মমাংদগী মপাল্লমদগী চঙলকপা মীওইশিং খুন্দাদুনা লৈ।

লালহৌবা নহারোলশিংনা লেপ্পা লৈতনা চত্থরকপা সিফাইশিংদা লান্দাবা, নোংমৈ, খুৎলায় মুনবা, থৌদোক কয়ামরুম অসিনা মনিপুর সরকার অসুক্কী মতিক ৱারমই। সিফাই অহেনবা ময়াম অমা থাজিল্লগা লালহৌবা তকথোকসি হায়বা ৱা অসি প্রজানা পামদবা থবক্নি। নৎত্রগা সুম তুমিন্না লৈরগা অৱৈবা সিফাইশিংনা লালহৌবা মীওইশিং থেংনসি হায়রবসু লালহৌবগী ইরাং অসুম লেপ্তনা হেঙ্গৎলকখি। প্রজাশিংনা হায়রিবনা "নখোয় সরকারনি"। লালহৌবা নহারোলশিং অসি ঙম্লবা অদুম থেংনৌ। প্রজাদা অৱাবা পীগনু। মনিপুরদা "তমথিরবা অমুবা

আইন” অসি থমজিনগনু হায়বসিনি। ভারত সরকারনা মনিপুর সরকারবু তৌহন্নিংলিবা, অমসুং তৌন্নবা শিল্লকইবনা, “তমথিরবা অমুবা আইন” অসি থমজিন্দুনা সিফাইশিংদা অহেনবা শক্তি পিরগা লালহৌবা নহারোলশিং অসিবু তথায়হনবনি। লৈবাক অসিগী মীওই অয়াম্বনা খঙখি মদুদি আইন অসিবু লৈবাক অসিদা চলাইবা তারবদি সিফাইশিংনা লালহৌবা মীওই নমথবগী মিংদা মীচম কয়া হাৎলক্কনি হায়বসি। মালেম শিনবা থুংনা মীওইবগী হক খোঙ্গাওনবা য়ারোই হায়দুনা পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদা খোল্লাও কন্না কন্না লাওনরক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদা অসুক্কী মতিক “তমথিরবা অমুবা আইন” অসিবু মনিপুরদা চলাইনবা হোৎনরিবসি য়াবা ঙম্লোই হায়দুনা মনিপুরগী প্রজাশিংনা কন্না য়ানিংদবা ফোংদোকখি। ভারত সরকারগী অনিংবদি মনিপুর সরকারগী খুত্থাংদা লালহৌবগী ইহৌ অসি ময়োল চোঙখৎলক্ত্রিঙৈদা ফোইদৎহৌগে হায়বসিনি। অরোয়বা ওইনা সরকারনা লালহৌবা নহারোলশিংদা খুৎলায় থাদোক্কবা খঙহনখি। নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা খুলাই থাদোক্কদবনি হায়দুনা মফম খুদিংদা চে চাইদুনা মনিপুর সরকারনা খৃঃ ১৯৮০ গী জুন তাং ১১ দা খঙহনখি। করিগুম্বা খুৎলায় থাদোক্তুনা চঙজদ্রবদি মশিং য়াম্লবা সিফাইশিংনা পাক্তক্লনা থিবা হুম্বগী থবক তৌগনি হায়না হায়খি। হায়রিবা সরকারগী চে অসি মরু ওইনা তম্পাক্কী জিলাশিংদদা চায়খি। প্রজাশিংনা সরকারদা তক্লখি মদুদি লৈরিবা সিফাইশিং অসিনা মশিং য়ামখিদ্রবা লালহৌবা নহারোলশিং অদু থেংনগদবনি অমসুং “তমথিরবা অমুবা আইন” অসি চলাইরোইদবনি। অদুবু মনিপুর সরকারনা তম্পাক্কী লম পুন্নমকসি “অপনবা পীবা লম” (খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা অপনবা পীবা লম) অমা ওইরে হায়দুনা খৃঃ ১৯৮০ গী সেপ্টেম্বর তাং ৮ দা লাওথোক্তুনা লৈবাক অসিদা “তমথিরবা অমুবা আইন” অসি চলাইবা হৌখি। আইন অসি জিরিবাম সব-দিভিজন অমসুং চীংগী লমদদি হান্না চলাইবা হৌখ্রবনি। মসিগী মখা তারকপদা লৈবাক অসি করি ওইখিবগে হায়বা মচা খায়না পনবগী মথৌ তাদ্রে নিংজৈ। আইন অসি চলাইনবগী থোকখিবা সরকারগী হুকুম অমনা হায় (শন্না) “. . .আর্মদ ফোর্সেস (অসাম এন্দ মনিপুর) স্পীসিয়েল পব্লারস এক্ট ১৯৫৮ অসি মনিপুরদা চলাইরে মরমদি ইকুই কুইদ্রিবা মতম অসিদা মীহাৎ মীপুন সিফাই/পুলিসকী মীওইশিং মশিং খঙদনা হাৎপা, শেল লাকপা, হুব্রান চিঙ্খীগী থবকশিং খঙহেন হেঞ্জিল্লক্রে। অসিগীসু মথক্তা খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংনা মনিপুরবু ভারত্তগী তোখায় তাগনি হায়দুনা লান তৌবগী থবকসু হেঙ্গৎলক্লে অমসুং প্রজাশিংগী চন্না, ইংনা, লেঞ্জবা পুন্সি অসিদা অপনবা পীরে। মরমশিং অসিদগীনি

আইন অসি মনিপুরদা চলাইখ্রিবসি" হায়দুনা চেরোল অদুনা পল্লি। মসিদগীদি কুইথদে। মনিপুর তম্পাক্কী শরুক অয়াম্বদা সিফাইশিংনা পাক শন্না থিবা হুম্বগী থবক চথরকখি। পি এল এ গী লুচিংবা নামৈরাকপম বিশেশ্বোরবু ফাবা ঙম্বা মীওইবু লুপা ২৫,০০০ পীগনি হায়দুনা লাওথোকখি। চীংনবা নহারোল কয়া ফাগৎখি। মতম অদুদা সিফাই ১৫,০০০ মুক্না চাওরাক্লা ২০০ মুক ওইগনি হায়না পানবা লালহৌবা নহারোলশিং থিবা, ফাবা, হুম্বগী থবক চথখি। "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি চলাইবা হৌরকপদগীনা ঙসি ফাওবদা মীচম প্রজা চা কয়া সিফাইশিংনা লালহৌবা নহারোল থিবগী মমিংদা হাৎখ্রে, চন্নবা নুপী কয়াগী ইজ্জৎ মাঙহনখ্রে, মীচম প্রজা কয়াগী পুক্সিদা অপনবা, অয়েৎপা কয়া পীখ্রে। লালহৌবগী ইহৌদি নমথবদি লাইরদনা নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলক্লি। হৌজিক সিফাই ৫০,০০০ মুক্না লালহৌবা মীওই চাওরাক্লা ১০,০০০ রোমবু "তমথিরবা অমুবা আইন" অসিগী মতেংনা নমথনবা হোৎনরি।

## লালহৌবা নহারোলশিং অমসুং সিফাইশিং মুক্কবা

ভারত সরকারগী হোম মিনিষ্ট্রিনা খৃঃ ১৯৮১ গী ওক্তোবর তাং ২৬ তা "পি এল এ, প্রিপাক, কে সি পি, অমসুং মখোয়গী ফিঙাং লান্মী অসি আইন্না য়াদবা কাংবুশিংনি" হায়না লাওথোকখি। সরকারগী চেরোল অমনা হায় মদুদি হায়রিবা কাংবুশিং অসিনা "ফোংনা মনিপুরবু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইগদবনি হায়দুনা হিংসাগী থবক চথরে।" অসিদসু নত্তনা লালহৌলুপশিং অসিনা মপান লৈবাকশিংদগী "মতেং অমসুং খুৎলায়নচিংবা লৌনবা হোৎনৈ।" হায়রিবা চেরোল অসি থোকখ্রবা মতুংদা সিফাই, পুলিসশিংনা লালহৌবা নহারোল থিবা হুম্বগী থবক অসি পাক শন্না চথবা হৌরকখি। মসিনা মরম ওইদুনা লালহৌবা মীওইশিংনা মখোয়গী থবক থৌরম মতম খরা লেপখি। অদুবু শুপ্নতগী মতম খরখক্কী ৱানি। অমরোমদা সিফাইশিংনা মখোয়গী লালহৌবা মীওই থিবগী থবকশিংদু লেপ্তুনা তৌখি।

সিফাইশিংনা মওং মওংগী থিবা হুম্বগী থবক চথখি। অহানবদা মখোয়না চীংনবা লম অদু কোয়শিন্দুনা থমগনি। নুপাশিং লোয়না কৌথোক্কনি। মীওইশিং অদুবু মখোয়না মসি "অঙৌবা" মীনি হায়বা খঙলবা মতুংদা থাদোক্কনি। "অঙৌবা" হায়বা ৱাহৈ অসি মখোয়না "মরাল লৈতবা" মীওইশিংদা শিজিন্নবা ৱাহৈনি। মখোয়না মীওই অমবু মরাল লৈ নৎত্রগা লৈতে খঙন্নবা হোৎনবদা লালহৌবা য়াওরম্বা মীওই নৎত্রগা সিফাইশিংদা তুমিন্না পাও পিথোক পিশিন তৌবা মীওইশিংগী মতেং লৌই। সিফাইদা মতেং পিরিবসি লালহৌবা য়াওরম্বা মীওই পুন্নমক নত্তে। লালহৌবা য়াওরম্লগা সিফাইশিংদা চঙজদুনা তুমিন্না পাও পিথোক পিশিন তৌবা মীওই খক্তনি।

লোয়ন-লোয়ননা সিফাইশিংনসু প্রজাশিংবু মখোয়গা নকশিন্নবা হোৎনরমই। মফম কয়াদা অহোঙবা মমলদা চেং, হৱাই, থাও অমদি অতৈ অচাপোৎ কয়া ফঙহনখি। শান্নবুং কয়া শেমগৎখি। সমাজগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা মখোয় য়াওশিনখি। হৌরকপদদি মখোয়না খরা মায় পাকখি হায়বা য়াই। অদুবু কুইখিদে। সিফাইশিংনা মখোয়গী "অশেংবা শক্তম" ফোংদোরকপা মতমদা প্রজাশিংনা মখোয়দগী থাপতোকখি। মীচম প্রজাশিং মখোয়গী খুত্তা মথৱাই মাঙবা হৌরকপদগী প্রজাশিংনা মখোয়গী মায়োক্তা লেপ্লা হৌরকখি। কা হেন্না মশিং য়াম্লবা সিফাইশিং থাজিল্লকপদগী মীচম প্রজাশিং মনিং তম্না চৎথোক-চৎশিন তৌবা ঙম্লকখিদে। প্রজাশিং মরু ওইনা নুপীশিংনা সিফাইগী থিবা হুম্বগী থবক অদুদা অপনবা পীরকখি। নুপীশিংনা থিবা হুম্বগী থবক চত্থরিবা মফমশিং অদু কোয়শিন্দুনা থমগনি। চিঙনবা মীওই সিফাইশিংনা পুনবা হোৎনরকপদা মখোয়না থত্তুনা থমগনি অমসুং চিঙনবা মীওই অদুবু পুহল্লোই। মসি নুপীশিং অদুনা লালহৌবা নহারোল শৌগৎপগী ৱাফম নত্তে। চিঙনবা মীওইনি হায়দুনা ফাগৎপদা মীচম কয়া য়াওখি। মখোয়বু ফু চৈদুনা ৱাহং পাওহংখি। মসি থিংনবা হোৎনরকপনি। সিফাইশিংগী কা হেনবা থবক থৌওং কয়ানা মীপুম খুদিংগী পুক্নিংদা নুংনাংবা, অকিবা, শাওনিংবা ফাওহল্লকখি।

লালহৌবা মীওইশিংনা খুৎলায় পায়দুনা লালহৌরবসু মখোয়গী য়েক্লবনা শোকপা ঙম্লোইদবা মফম (বেজ এরিয়া) অমত্তা লৈখিদে মতম অদুদা। মখোয়না সিফাইশিংদা লান্দাশিনগনি অদুগা মখোয়গী "লোৎফম" দা অমুক লৈগনি। লালহৌবগী ইহৌ কনখৎলকপা মতম অদুদা মনিপুর অসি সমস্যা কয়ামরুম মায়োক্লরমই। সরকারসু অসুক্কী মতিক "মোৎলমই"। সরকারগী থবক অমা ফংনবা হোৎনবদা অচৌবা শেনফম অমা অঙম্বশিংদা পীবা তারমই। লাইরবা, মীচং সঙ্গ লৈজদবা মীওইশিংগী পুন্সিদি মমল য়াওদ্রবা পুন্সিগুম্বনি। প্রজাশিংগী চাওখৎ থৌরাংগী কায়থরকপা শেনফম অচৌবা, ফম্নাইবশিংনা হৈনথোকপনা অয়াম্বনি। অসিগুম্বা মতমদা লালহৌবা নহারোলশিংনা সমাজদা অরানবা তৌবা মীওইশিংবু দন্দী পীবা, অমোৎপা সমাজবু শেংদোক্লবা থবক কয়ামরুম তৌরমই। খুদম ওইনা নিষা চাবা, থকপা থিংবা, মশানা য়াদবা নুপীবু ইজ্জৎ মাংহনবদা অহকপা চৈরাক পীবা, অরানবা তৌবা মীওইবু ৱারকপা অসিনচিংবনি। মরম অদুনা মীওই অয়াম্বনা হৌরকপদা লালহৌবা নহারোলশিংবু মতেং পাংনিংলমই। মখোয়বু লুনা চান্না তৌবা ফাওবা য়াওরমই। মখোয়না তৌরকপা থবকশিংনা সরকারগী মীওইশিংনা শেঙ্গা থুমজা তৌবা ফাওবা হন্থরগনি হায়না মীওই কয়াগী ৱাখলদা ফাওখি। হায়জরিবসি মতম

অদুগী ৱানি। হৌজিক্কী ৱাফম নৎচদে। লালহৌবগী ইহৌ হৌরকপা মতমদা নোংমৈ কন্না কাপ্পখিবসি সিফাইশিংগা পি এল এ, প্রিপাক অমসুং কে সি পি গী মীওইশিংগনা অয়াম্বনি। পি এল এগী লুচিংবা বিশেশ্বোর য়াম্না মমিং লৈবা লালহৌবা মীওই অমা ওইখি। বিশেশ্বোর অসি "ওঝা বিশে" হায়না মহাক্কী মতুং ইনবা য়াওল্লোইশিংনা মতম অমদা য়াম্না ইকাই খুম্নরমই। মখোয়না মঙোন্দা থাজবা য়াম্না থনমই।

হান্না মনিপুরগী মনুং চঙশিন্না লৈবা ঙমখৈগা তায়নবা চীংশিংদা লৈরম্বদগী মখোয়গী থবক কন্নখৎনবগীদমক্তা বিশেশ্বোর তম্পাক্তা কুমথরকখি। উখ্রুল জিলাগী মনুং চঙশিন্না লৈবা বর্মাগা তায়নবা চোরো হায়বা খুল অদুদসু মহাক মতম খরা লৈরমই। সিফাইশিংনা মতম অদুদা খনখিবসি পি এল এগী লুচিংবশিং অসি অমুক্তং তাঞ্জা ফংলবদি খুৎ থোক্লরগা লোয়শিনবা য়াবা লোয়শিনগে হায়বসিনি। মরমদি পি এল এগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা সিফাইশিংবু অচেঙবা তাঞ্জা য়েংদুনা য়াম্না তোয়না মায় পাক্লা লান্দাশিনখি।

জঙ্গলদা কুইনা লৈরকপদগী বিশেশ্বোর মশা কয়া ফৎচিল্লক্ত্রে। ইম্ফালগী খা-নোংপোকলোমদা কিলোমিতর ২৫ মুক চৎলগা লৈবা তেকচম কেম্পতা মহাক মতম খরা পোত্থাদুনা লৈরমই। মতম অদুগী পি এল এগী মমিং লৈরবা লুচিংবশিং মরু ওইনা কবিচন্দ্র, রাজেন মচা, ইন্দ্রজিৎ, খোগেন, শান্তী, বিরমঙ্গল, ইনাও অমসুং শরৎ মহাক্কা পুন্না লৈমিন্নরমই। কবিচন্দ্র, ইন্দ্রজিৎ, বিরমঙ্গল, রাজেন মচা হায়রিবসি মতম অমদা নোংমৈ কাপ্পা কা হেন্না হৈবা, সিফাইশিংদা খুৎ ফজনা থাবা হৈবা পি এল এগী মমিং লৈবা মীওইশিংনি। তেকচম অসি থৌবাল জিলাদা লৈবা চীংমচা তমগা তায়নবা মফম্নি। খরা কুইনা লৈরকপনা অনকপদা লৈবা খুলগী মীওইশিংনা মফম অসিদা লালহৌবা ওইরমগনি চিঙনবা মীওই খরা লৈরে হায়বসি খঙখি। মরু ওইনা নুপী (বিশেশ্বোরগী লোয়নবি) অমখকসু মথন্তা বসতা তোংদুনা লাক্লগা খরা থাপলপ তৌবা মফম অমদা কুমথরগা হেক হেক চীংমচা অদু তমনা চৎখি। মখোয়না হৌজিক হৌজিক লোৎলিবা মফম অসি অতোপ্পা মীওইশিংনা খঙখ্রে খঙবদগী পি এল এগী লুচিংবশিং অদুনা চান্দেল জিলাগী বর্মাগা তায়নবা মফম অমদা চৎনবা থৌরাংলমই। অদুবু বিশেশ্বোরগী অনাবনা মরম ওইদুনা খোঙচৎ অদু নুমিৎ খরনি য়েথোকখি। লালহৌবা মীওইশিং অসিনা খঙখিদে মদুদি মখোয়না তেকচমদা লৈরে হায়বসি খুঞ্জা অমগী খুত্থাংদগী "রাজনিতি তৌবা মীওই খরনা" লৈমখোংদা লৈবা সিফাইশিংদা পাও পিখ্রে হায়বসি। য়াম্না কুপ্পা তেকচম কদাইদা লৈবগে হায়বদু মেপতা য়েংলবা মতুংদা সিফাই অচৌবশিংনা য়াম্না নহা ওইরিবা

সিফাই চঙবা ইকুই কুইদ্রিবা সেকেন্দ লেফটিনেন্ট শাইরস পিতাৱালা কৌবা মীওই অমবু সিফাই কাংবু অমগা লোয়ননা লালহৌবশিং অদু ফাননবা থারকখি। সিফাইশিং অদুনা মফম অদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদু কনা কনানো হায়বা অমত্তা খঙলমদে।

লালহৌবা মীওইশিং অদুসু মখোয়দা চীংনবা অমত্তা ফাওরমদে। মফম অদুদা শনত্রী তৌরিবা মীওই অদুনসু মী লাকপগী পাও অমত্তা পীরক্তে। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮১ গী জুলাইগী তাং ৫ নি। নুমিদাং অদুগী শনত্রী তৌবা অদু খোগেন্না তৌবা তাখি। নুমিৎ চুপ্পা থবক খরা তৌবদা ৱারবা খোগেন্না নোংয়াই মতম য়ৌরকপদা করিসু খুদোংথিবা থোক্লোই হায়দুনা ঙহাক উইবোই খোৎপোই তৌখি। তাঞ্জা অসিদা সিফাইশিং অদুনা য়াম্না হৈ সিংনা, তুমিন্না লালহৌবা মীওইশিংনা লৈরিবা মফমদু অম্মবা অহিংগী খুদোংচাবা লৌদুনা নারোন্দগী কোয়শিনখি। লোয়ননা নোং ঙানবা ঙাইখি। নোং খরা খরা ঙাল্লকপদা সিফাইশিং অদুনা লাওরকখি ঃ "নখোয় কনা কনানো। খুৎলায় থম্মু অদুগা মপান্দা থোরকউ। তুম্বা হৌগৎপোই হৌগত্তবোই তৌরিবা নহারোলশিং অদু ইঙক ঙকখি। নোংমৈ কাপ্লকখি। নুমিৎ অদু জুলাইগী তাং ৬ কী অয়ুক্তি। নাকল অনি অঙকপা ফংনা নোংমৈ কাপ্নখি। বিশেশ্বোর লৈবা মরম্না অতৈ লালহৌবা মীওইশিংদু চেনখ্রো হায়বা য়ারমদে। অঙকপদা কনবা লাননি। পি এল এগী মফম অদুদা লৈরম্বা মীওইশিং অয়াম্বা শিখি। শুপ্নতগী বিশেশ্বোর অমসুং শরৎ ওর্কে শশি খক হিংখি। মবানিমক ফারগা লৈমখোংদা লৈবা সিফাইগী কেম্পতা পুরকখি। মখোয়না সিফাইগী কেম্প য়ৌরক্লবা মতমদা সিফাইশিংনা খঙখি মদুদি মখোয়না ফারগা পুরক্লিবা মীওইসি পি এল এগী লুচিংবা বিশেশ্বোরনি হায়বসি। সিফাই অমসুং মনিপুরগী প্রজাশিংদা "অঙকপা অমা ফাওখি।" কররম হায়না বিশেশ্বোরবু ইরাই লায়না ফাখ্রিবনো হায়না। মসিগী মতুংদা পি এল এ "মরাই চায়থরকখি"। কনানা লুচিংগদবগে হায়না লৈহৌরিবা লালহৌবা মীওইশিংগী মরক্তা ঙাংনখি। মতম অদুগী মরু ওইবা মীওইশিংদি থৌদাম কুঞ্জাবিহারি, সোইবম তেম্বা অমসুং খাইদেম মনিকান্তনি। তেম্বা মতম অদুদা বর্মাগী কাচিন হায়বা লমদুদা লৈরমই। কুঞ্জাবিহারি অমসুং মনিকান্তদি ইম্ফালগী তোখায় তোখায়বা মফমশিংদা লৈরমই। পার্টিগী মরু ওইবা মীওইশিংনা খঙলমই মদুদি কুঞ্জাবিহারিনা ময়াম অদুদগী খরা অহলনি। মহাক "লান্দাসু য়াম্না হৈবা মীওইনি।" মহাক্লা লুচিংগদ্রা? অদুবু মহাক্তী রাজনিতিগী ওইবা থবক থৌওং শিনবদা হৈবা খরা ৱাৎলি হায়না লৌনখি। মতম অদুদা মখোয়গী ৱাখল ইচাই চায়খি। অমরোমদা বিশেশ্বোরবু হিংনা ফাখিবা পিতাৱালাবু সেকেন্দ লেফটিনেন্টতগী কেপ্টেন্দা

ফম কাহনবদা নত্তনা আর্মিগী (সিফাইশিংগী) খ্বাইদগী মথৌনা লৈবদা পীবা মনা "অশোক চক্র" পিখি।

লালহৌবগী ইহৌ নমথনবগী থবক অসি হেন্না হেন্না শুম কনখৎলকখি। হান্না ফন্না য়াম্না কল্লম্লবা ইহৌনি। বিশেশ্বোর ফাখ্রবা মতুংদা পি এল এগী মীওইশিং মথৱাই য়াম্না নুঙাইখিদে। প্রিপাকসু মতম অদুদা য়াম্না কনবা য়াওল্লুপ অমনি। প্রিপাক্কী লুচিংবা আর কে তুলচন্দ্রগী লিচিং মখাদা মনিপুরদা লালহৌবগী থবক লেপ্পা লৈতনা কনখৎলকখি। মমিং লৈর-লৈরবা য়াওল্লোই কয়া কয়ানা খুৎলায় পায়দুনা লৈবাক অসিদা লালহৌবগী ইহৌ লেপ্তনবা থবক কয়া চথখি। মখোয়শিং অদুগী থবকশিং অদু মচা খায়না লাইরিক অসিগী অকক্লবা লমায় অসিদা পনবা, ইথোকপা ঙমজদ্রে। তশেংবদি মরু ওইবা থৌদোক খরগী মতাংদা খন্ন-নৈনবদা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপা য়াবা য়াই।

মনিপুরগী মতম অদুগী ফিভম অদু তংদু লৈতাবা হায়বদু ওইখিদে। সরকারগী সিফাইশিং অমসুং লালহৌবা নহারোলশিং অনিগী মুরুবনা প্রজাশিং করি তৌগদবগে হায়বা খঙখিদে। ইখঙ খঙহৌদনা প্রিপাক্কী লুচিংবা তুলচন্দ্র মনিপুর রাইফলসকী মীওইশিংগা খুৎ থোরুবদা খৃঃ ১৯৮৫ গী নভেম্বর থাদা লৈখিদে। বিশেশ্বোর ফাখ্রবা অমসুং তুলচন্দ্র শিখ্রবা মতুংদা লালহৌবগী ইহৌ অসি খোঙজেল খরা তপথরপ তৌখি। মতাং অসিৱাইদা কুঞ্জাবিহারিনা পি এল এগী লুচিংবা ওইখি। অদুবু য়াওল্লুপ অসি হান্নগী "মমিং লৈবা থাক" অদু য়ৌনা পুরকপা ঙমখিদে। মহাক মতম শাংনা ওইখিদে। সিফাইশিংসু লালহৌবা মীওইশিং থিবা হুম্বগী থবক লেপ্তনা চথখি। অমরোমদা কুঞ্জাবিহারি, তেম্বা কুইথদনা থোকখিবা তোঙান-তোঙানবা থৌদোক্তা লৈখিদে। কুঞ্জাবিহারিনা ইম্ফালগী কদমপোকপিদা সিফাইশিংগা কাপ্নবদা লৈখিদে। অদুগা তেম্বনা বর্মাগী মফম অমদা অতোপ্পা চীংগী খুৎলায় পায়বা কাংবু (নাগালেন্দগী) অমগা কাপ্নবদা শিখি। মনিকান্তানা অকোনবদা লালহৌবগী থবক তোকখি। অতৈ পি এল এ অমসুং প্রিপাক্কী মরু ওইবা মীওইশিংসু মথং মথং শিরকখি। মথং মথং লালহৌবা নহারোলশিং শিজিল্লকপা অমদি ফাগৎলকপদা ইহৌ অসিদা অহোঙবা অমা লাকখি। প্রজা অয়াম্বনা খনখি মদুদি লালহৌবগী ইহৌ অসি "নমথখ্রে অমসুং অমুক হৌগৎলক্কদবা মান্দ্রে" হায়না। করিগুম্বা অমুক কনখৎলকপা তারবসু মদু চহি ফন্না য়াম্না চঙগনি হায়না লৌনখি। মদু প্রজাশিংগী "অরানবা ৱাখল ওইখি।" লালহৌবগী ইহৌ অদু শুপ্নতগী তেল্লবা মতম খরতমক তপথবা ওইখি।

## হৌজিক ওইরিবা য়াওল্লুপশিংগী ফিভম

সিফাইশিংনা মথং মথং কেম্পশিং থুগায়রকপা, মখোয়গী লুচিংবশিং হাৎলকপা, ফাগৎলকপনচিংবা তৌরকপদগী পি এল এ গী মীওইশিং অসি মতম খরা "তুমিন্না" লৈনবা ৱারেপ্পখি। মতম খরা "তুমিন্না" লৈরিঙৈদা মখোয়না মখোয়গী মচোই মচোই লৈখিবা মীওইশিং তাশিল্লগা অমুক শেমগৎনবা শেম শাখি। ৱাখল্লোন অসিনা মাংদা থম্লগা পি এল এগী মীওই ১০০ মুক্না মনিপুর - বর্মাগী ঙমখৈদা লৈবা সৈতাং কেম্পকীদমক খোঙশানখি। মীওইশিং অদুদা অনৌবা চঙলকপা নুপা, নুপী কয়া য়াওখি। সৈতাংদগী মখোয়না বর্মাগী কাচিন হায়বা মফম অদুদা চৎকদৌরিবনি। তেম্বা হিংলিঙৈ মতম্নি। কাংবু অদু মহাক্না লুচিংখি। পি এল এ গী মরু ওইবা মীওইশিং খুদম ওইনা ইরেংবম ভোরোৎ ওর্ফে চাওরেন, মনোহরময়ুম প্রাবিনকুমার ওর্ফে ঙৌবা, অহন্থেম মেম্মা ওর্ফে নিরমালাসু কাংবু অদুদা য়াওখি। মখোয়না কে আই এ অমসুং এন এস সি এন গী কেম্পশিংদা খুৎলায় করম হায়না শিজিন্নগদগে হায়বনচিংবা তম্লুগদৌরিবনি। মতম অদু চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৮২ গী ওক্তোবর থাদনি হায়না সরকারগী পাওদম অমনা পল্লি। মখোয়না মফমশিং অদু য়ৌনবা চৎপদা থেংনখিবা খুদোংথিবা, অৱাবনচিংবদু শন্দোক্লা হায়জররোই। কেম্পশিং অদু য়ৌনবা চৎপদা অৱাবা, খুদোংথিবা ঙাক্তনি। মফমশিং অদুদা খুন্দারিবা মীওইশিং অদুসু মী অতোপ্পা, মশক খঙদবা মীগী মকোক ককপগী চৎনবী অদুদা কন্না থাজবা মীওইনি।

লোংখো হায়রিবা বর্মাগী অৱাং নোংচুপ্পা লৈবা নাগালেন্দগা তায়নবা খুল অসিদা খৃঃ ১৯৮৩ গী অহানবা শরুক্তা কাংবু অদু থুংখি। মখোয় লৈরে তাবদা নাগালেন্দগী লালহৌবা নাগা নেসনেল কাউন্সিলগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা মখোয়গী লৈফমদা নোংমৈ কাপশিল্লকপদা দেবান সিংহ ওর্ফে খাবা, নরেন ওর্ফে ৱাংবা অমসুং তি আইচ নন্দকিশোর সিংহ শিখি। মসিনা মরম ওইদুনা মখোয় মচোই মচোই জঙ্গলগী মফমশিংদা মতম খরা লৈখি। মখা তানা চৎকদবা খোঙচৎ অদুদা অপনবা পীখি। মখোয়গী মরক্তা লান অমসুং নোংমৈ কাপ্পা য়াম্না হৈবা মীওইশিং য়াওবদগী য়েক্লবশিং অদু কোন্না হন্দোকখি।

নুমিৎ খরা লৈরবা মতুংদা মৈতৈ নহারোলশিং অদু এন এস সি এন গী অহানবা বতালিয়ানগী লৈফম কেম্প অমদা থুংখি। মফম অদুদগী মখোয় ১৭ মুক এন এস সি এন গী মরু ওইবা ওফিস সেন্ট্রেল হেদ ক্বাতরসকীদমক্তা খোঙশানখি। তেম্বা, সলাম দিনা ওর্ফে রাজেন অমসুং এম. শেখোর সিংহ (মহাক কোন্না সরকারদা চঙজখি) না কাংবু অদু লুচিংখি। পার্টিগী মরু ওইবা মীওইশিং কাঙুজম ইঙোচা

ওর্ফে নন্দো, নামৈরাকপম মোধুচন্দ্র সিংহ অমসুং ৱাইখোম নরানসিংহসু কাংবু অদুদা য়াওখি। মফম অদুদা এন এস সি এন গী জেনরেল সেক্রেটরি থুইঙালেং মুইভাগা উন্নখি। কে আই এ গী মফমশিংদা পি এল এগী মীওইশিংদু খুৎশু খুৎলায় তন্নবা শিনগে হায়দুনা মুইভানা মখোয়দা খঙহনখি। মৈতে নহারোলশিং অদু হান্নগী এন এস সি এন গী অহানবা বতালিয়ান অদুদা অমুক হল্লকখি। মসি মখোয়না হান্না লৈহৌবা মখোয়গী মরুপশিং অদু লৌরুৱগা কে আই এ গী কেম্পতা অমুক চৎকদৌরিবনি। লম্বীদা মখোয় মশেলগী মরক্তা মোৎ মান্নদবা, অশাওবা য়াওনরকখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি "মিস লি" (অশেংবা মমিং নত্তে) কৌবা অমগা তেম্বগা পার্টিগী ৱাংমদা "অরোনবা মরি" লৈনৈ হায়বগী ৱাহৌদগীনি। ৱাফম অসিগী মরিদগী তেম্বনা শিল্লগা মধুচন্দ্র, নরান অমসুং ইঙোচা মখোয় মখোয়না পায়বা ফমদগী থাক হন্থহনখি। মখোয় অহুম মরাল লৈতে, অকাইবা তৌখিদে হায়বসি মখোয়গী মরুপশিং অদুনা খঙই অদুবু পার্টি মনুংদা হেন্না "অতেক অকাই থোরকপা য়াই খনবদগী মখোয় অয়াম্বা কে আই এ গী মফম য়ৌদ্রিবা ফাওবদি তুমিন্না লৈনখি" হায়না সরকারগী ওইবা পাওদম অমনা হায়। পাওদম অসি ফাগৎখিবা পি এল এ গী মীওই খরা ৱাহং পাওহং তৌরবা মতুংদা শেমখিবনি। "মিস লি" গী ৱাথোক অসিনা পি এল এ গী মীওইশিংগী মরক্তা য়াম্না নুঙাইনখিদে। চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৮৫ গী জানুৱারী থাদা ৱাথোক অসিগা মরি লৈনবা থৌদোক অমদা মধুচন্দ্র, ইঙোচা, নরান লৈখিদে। তেম্বনা "মিস লি" বু কে আই এ গী সেন্ট্রেল হেদ ক্বাতরসতা লুহোংদুনা লৌখি।

খুৎশু খুৎলায় ফজনা শিজিন্নবা হৈত্রবদি মখোয়না মনিপুরদা "করিসু তৌবা ঙম্লোই" হায়না খনখি। মরম অদুনা কে আই এ গী অনিশুবা ব্রিগেদ (সেকেন্দ ব্রিগেদ) কি লৈফমদা মৈতে নহারোলশিং অদু খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তমখি অদুগা খনগৎলবা খরা অমনা কে আই এগী সেন্ট্রেল হেদ ক্বাতরসতা কে আই এ গী লুচিংবশিং উনবা চৎখি। খঙ্গৎলবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা ইরেংবম ভোরোৎ, বিজেন সিংহ, সোইবম তেম্বা, ইন্দ্রজিৎ সিংহ, বিরেন সিংহ অমসুং নুপী খরা য়াওখি। অসুম তৌদুনা থা খরা হৌখি। লোয়ননা খুৎশু খুৎলায় তম্বসু লোয়শিনখি।

তেম্বগী মওং মতৌ অসিদা পেন্দবা পি এল এ গী মীওই মশিং হেঙ্গৎলকখি। পার্টি অসিগী মতম অদুগী "কম্মান্দর ইন চীফ" সলাম দিনাসু য়াম্না শাওখি। তেম্বদা "য়াওল্লোইগী লমচৎ" য়াওদবদু উবদা দিনা য়াম্না ৱারৌখি। (দিনা অসি ইম্ফালগী থাঙমৈবন্দদা কোন্না পুলিসকা কাপ্নবদা শিখি)। পেন্নদবা হেল্লকপদগী

মরু ওইবা মীওই খরা মান্নরগা "তেম্ববু পি এল এ গী লুচিংবা ওইবদগী নমফুদা খৃঃ ১৯৮৫ গী ওক্তোবর তাং ২৭ তা ফম তাহনখি।" মথংগী নুমিত্তা তেম্বা অমসুং মহাকপু য়াবা মীওই খরগা কে আই এ গী সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরসতা চঙজফম লৌদুনা লৈখি। মখোয় অমুক হন্না পি এল এ দা হল্লক্তে। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ব্লাফম অমনা কে আই এ গী লুচিংবা ব্রানসেননদি তেম্বাবু পি এল এগী "লুচিংবনি" হায়না লৌখি। তাল্লক অসিদা মৈতৈ নহারোলশিং অসি এন এস সি এন গী সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরস অমসুং কে আই এ গী অতোপ্পা কেম্পশিংদা তৌফম খঙদদুনা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা মতম খরা লেনখি। খরা অমনা তৌফম খঙদবদগী বর্মাগী কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মাদা য়াওশিনখি অমসুং মখোয়গী মী ওইখি। মখোয়শিং অদুদি হরি সিংহ, ইচাওবা সিংহ, হেরো, শামো সিংহ, ইবোবি সিংহ, জিবোন সিংহ, বিজোয় সিংহ, নোংয়িন, ব্লাংবি ওর্ফে বিলাসিনি, পত্তি অসিনচিংবসিনি। মৈতৈ নহারোলশিং অদু লুচিংবা য়াওদবনা তৌফম খঙখিদে। মখোয় অয়াম্বা নৌনা পি এল এ দা চঙলকপনি অদুগা তেম্বাগা লোয়ননা খৃঃ ১৯৮২ গী ওক্তোবর থাদা মনিপুর থাদোক্লকখিবনি। পি এল এ গী অথাপ অথাপ্পদা পাও ফাওনদনা লৈবা মীওইশিংসু তৌফম খঙখিদে। চমন্নখি। শন্না হায়রবদা লুচিংবা লৈতবনা মখোয় পুন্নমক পুনশিন্না লৈবা ঙমখিদে। মতাং অসিদনি সলাম দিনানা মনিকান্তবু লাক্লবা হায়রকখিবসি। মনিকান্তনা ময়ামদুদগী খরা অহলনি। মনিকান্ত অমসুং মহাক্কা লেং মান্নবা মীওই খরা এন এস সি এন গী সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরসতা চাওরাক্না খৃঃ ১৯৮৬ কী ময়ায় ব্রায় অদুব্রাইদা থুংখি। মফম অদুদা পি এল এ গী মীওইশিং অয়াম্বা উনদুনা মীফম অমা ফমখি। মদুগী মতুং তারকপদা পি এল এ গী মীওইশিং অদুনা খৃঃ ১৯৮৬ কী আগষ্ট থাদা কে আই এ গী সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরসতা চত্তুনা ব্রানসেনদা মনিকান্তাবু পি এল এ গী লুচিংবা ওইনা শক খঙবিনবা হায়খি। য়ারকখিদে। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা মনিকান্তনা লুচিংবা কাংবু অমা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্মাগী লৈফমদা চত্তুনা মখোয়দা য়াওশিনখিবা মৈতৈশিং অদু অমুক লাক্লবা হায়খি। অদুসু মায় পাকখিদে। অকোনবদা মখোয় এন এস সি এন গী সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরসতা অমুক লাক্কুনা পার্টিদা নৌনা চঙলকপা মীওইশিংবু খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তম্বীখি। মতম অদু খৃঃ ১৯৮৭ কী এপ্রিল থানি। মতম খরা লৈরগা মনিকান্তনা লুচিংবা মীওই তরেৎ মনিপুর তম্না মচিৎ মচিৎ খোঙশাল্লকখি। মনিপুরদা হল্লকপদা ক্ষেত্রিময়ুম বিরেন, থিঙুজম মোহিন্দ্রো, এস মোচা, এন ইবোয়াইমা, মৈহৌবম নিমাইচান্দ, লাইশ্রম তোল্লামুনচিংবা য়াওখি। অমরোমদা পি এল এগী অতৈ মেম্বরশিং খরদি তোখায় তোখায়বা কেম্পশিংদা লৈবা য়াওখি। মনিপুরদা হল্লক্লিবা পি এল এগী মীওইশিংনা

মনিকান্তাবু লুচিংবা ওইনা খনবা পামখি। মরম অদুনা খৃঃ ১৯৮৮ গী জানুৱারীগী অহানবা চয়োলদা ঙমখৈদা লৈবা হেংয়াং পি এল এ কেম্পতা মীফম অমা পাংথোকখি। মনিকান্তনা সভাপতি ওইদুনা ফমখিবা মীফম অদুদা মহাক্না পার্টিগী লুচিংবা ওইয়ু "য়াখিদে"। মহাক্কী অপাম্বদি "ওজা বিশে" গী লিচিং মখাদা থবক তৌবনি হায়না মহাক্না ফোংদোকখি। ৱাহৈ অসি মহাক লালহৌবগী থবক্তগী পোথানিংবগী ইঙ্গিৎনি। মতম অসিদদি বিশেশ্বোরদি মীখল লেপ্তুনা মনিপুর লেজিস্লেবিট এসেম্ব্লীগী মেম্বর ওইরবনি। (হৌজিক বিশেশ্বোর থৌদোক অমদগী লৈখিদ্রে)। মনিকান্ত লালহৌবগী থবক্তগী কোন্না পোত্থাখি। মহাক্না থোকমিন্নরকপা মীওইশিংসু কোন্না লালহৌবগী থবক্তগী পোত্থাখি। খরা অমনা শিখ্রে। মনিপুরগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা পি এল এ (মতম অসি ফাওবদা পি এল এ-ইষ্টর্ন রিজন হায়না খঙনরি) গী মেম্বরশিং লুচিংবিনবা য়াওদদুনা মতম খরা লৈখি।

## পিপলস লিবরেসন আর্মি (পি এল এ)

ইকুই কুইথদনা পি এল এ গী মনুংদা অহোঙবা অমা লাকখি। পার্টি অসিগী লিরবা মীওই অনি - ইরেংবম ভোরোৎ অমসুং লাইশ্রম সুরেন্দ্রো ওর্ফে ইতো (মহাক হৌজিক লৈখিদ্রে) - বর্মাগী কেম্প অমদগী লাকপনা মনিপুরদা খৃঃ ১৯৮৯ গী ফেব্রুৱারীগী অহানবা চয়োলদা থুংলখি। মখোয়না অমুক নৌহৌননা সিফাইশিংগা লান তৌনদুনা "য়াওল ইহৌ অসি চত্থরি" হায়বা উৎন্নবা শেম শাখি। মখোয়না প্রজাশিংদসু খঙহননিংলমই মদুদি পি এল এ অসি অকন্নবা কাংবু অমা ওইরি হায়বসি। মনিপুর য়ৌরক্লবা মতুংদা ভোরোৎ ওর্ফে চাওরেন্না হান্না বর্মাদগী থুংলখ্রবা পার্টিগী মীওইশিংবু উনরমই। মহাক্না মহাক্কী মরুপশিংদা সি আর পি এফ কী কাংবু অমবু মোইরাং খুনৌদা লান্দাশিন্নবা খঙহনখি। অসিগুম্বা থবক অসি চহি অনি/অহুম তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদনি। য়াম্না ফজনা শিন লাংখি। থবক পাংথোক্কদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা সুরেন্দ্রোনা লান্দাশিনগদৌরিবা মফম অদু য়েংশিনখি। মখোয়না গাড়ী অচৌবা ত্রক অমা শিজিন্ননবা "ৱারেপ" লৌখি। চাওরাক্না পি এল এ গী মীওই মঙামুক্না সুরেন্দ্রোগী লিচিং মখাদা খৃঃ ১৯৮৯ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১৩ দা ত্রক অমদা ইম্ফালদগী কিলোমিতর ৪৫ রোম লাপ্না লৈবা মোইরাং লমখাইদা থৌদরমই। অকোনবদা মখোয়না পি এল এ গী নোংমৈ কাপ্পা হৈবা মেম্বর কাংবু অমগা হান্না হায়নবা মফম অমদা থেংনখি। চাওরাক্না নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ৩.৩০ মুক তাবদা মোইরাং বজার অদুৱাইদা থুংখি। সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুনা

মোইরাং কোনজেংবম লমখাই য়ৌরকপদা পি এল এ গী লালহৌবা নহারোলশিং অদুনা লান্দাশিনখি। সি আর পি এফ কী সিফাই মরি শিখি। অফবা খুৎলায় মরি অমসু মখোয়না লৌখৎখি। অদুগা কুম্বী মায়কৈরোমদা চেনখি। মখা তানা মখোয়বু তানরকপা ঙমদনবা কুম্বী অদুৱাইদা লৈবা থোঙ অমসু মৈ থাদোক্লমই হায়না সরকারদা লৈবা চে-চাং খরদা ইরি। অকোনবদা মখোয়না হৌবি চীংখোংদা ফেব্রুৱারী তাং ১৪ গী অয়ুক্কী পুং ৩.৩০ মুক তাবদা থুংখি। নুমিৎ নিনি মুক উ য়ানবা মীওই শাদুনা লৈরবা মতুংদা মফম অদু থাদোকখি। সরকারগী সিফাইশিংনা লালহৌবগী ইহৌ অসি লাকশিনবা ঙমদ্রে হায়বসি প্রজাশিংনা মোইরাংগী থৌদোক অসিদগী খঙখি। ভোরোৎ ইকুই কুইথদনা বঙ্গলাদেসতা চৎখি। চাওরেন অমসুং মহাক্কা নক্লবা মীওইশিংগী মরু ওইবা ৱাখলদি পার্টি অসি মপাঙ্গল কলহনবদা নত্তনা মসিগী মেম্বর পুন্নমকপু থৌনা লিংজেন য়াওহনবা, লান তৌবগী থবক কনশিনবা অদুগা মখোয়গী পান্দম ফংনবা ৱাখল্লোন অমগী মখাদা থবক থৌরম চত্থবনি। য়াম্না ৱানা হোৎনরবা মতুংদা পি এল এ গী লুচিংবা মীওই খরনা বঙ্গলাদেসকী শিলেৎ জিলাগী মনুংদা লৈবা ছোতোদামাই হায়রিবা লম অসিদা মখোয়গী কেম্প অমা লিংখৎখি। য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমা থমজরি। লাইরিক অসিদা পঞ্জরিবা মফমশিং অসি মতম অমদা য়াওক্লোইশিং অদুনা লৈরম্বা মফম্নি। থৌদোক অসিসু মতম অদুদা থোকখি হায়দুনা সরকারগী পাওদম অমদি অইবনা উনজরুবা মীওইশিংদগী খঙজরকপনি। হৌজিক য়াওক্লুপ পুন্নমক্কী লুচিংবশিং কদাইদা লৈরি হায়বনচিংবা অদু খঙবা ঙমজদে। বঙ্গলাদেস সরকারনসু য়াম্না তোয়না হায়খ্রে মদুদি মখোয়গী লমদা অৱাং-ভারতকী লালহৌবা মীওই অমত্তা লৈতে। মখোয়গী কেম্পসু লৈতে হায়। কুইথদনা পি এল এ গী মচোই মচোই লৈরম্বা অৱাংবা থাক্কী লুচিংবশিং অদু চাওরেনগী লিচিং মখাদা ছোতোদামাইদা উনখি। আর পি এফ (পি এল এ গী রাজনিতিগী মশা) কী "অহানবা অচৌবা মীফম (কংগ্রেস) খৃঃ ১৯৯০ গী মে থাদা পার্টি অসিগী মরু ওইবা ওফিস "সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরস" তা পাংথোকখি। হায়রিবা "সেন্ত্রেল হেদ ক্বাতরস" অসি ছোতোদামাইদা ওইখি। মীফম অদুনা হান্নগী পি এল এ গী লুচিংবা বিশেশ্বোরবু পার্টিগী নিতি নিয়ম থুগায়দুনা ভারত সংবিধানগী মখাদা চঙজনবা হোৎনৈ, পার্টিবু মিংচৎ থিহল্লি হায়দুনা মরাল শিখি। বিশেশ্বোরনা পার্টি অসিগা অতোপ্পা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা লৈবা লালহৌবা মীওইশিংগগী অফবা মরি অদু কায়ননবা হু কামশিল্লি হায়দুনসু মখা তানা মরাল শিখি হায়না মীফম অদু লোয়রবা মতুংদা থাদোকপা আর পি এফ কী চেরোল অমনা হায়।

চেরোল অসিনা মখা তানা হায় মদুদি বিশেশ্বোরনা লৈবাক অসিদা শান্তী হায়বগী মমিংদা পার্টি অসিবু য়েক্লবদা চঙজনবা হোৎনৈ। পি এল এগী লুচিংবশিংনসু বিশেশ্বোরনা ভারত সংবিধানগী মখাদা তৌবা মীখলদা মীরেপ ওইবগীসু নুঙাইতবা ফোংদোকখি। মীফম অসিগী মতুংদা পার্টি অসিদা য়াম্না চাওনা অহোঙবা অমা লাকখি। হান্না পিপলস লিবরেসন আর্মি (ইষ্টর্ন রিজন) হায়রম্বদু শুপ্নগী "পিপলস লিবরেসন আর্মি" (পি এল এ) হায়নদমক খঙনখি। পি এল এ না খুৎলায় পায়বা লান্মী কাংবু ওইনা লৈরগা আর পি এফ না রাজনিতিগী মশা অমা ওইখি। আর পি এফ কী মীফম অদু য়াম্না মরু ওইখি। মীফম অসিগী মতুংদা পার্টি অসিগী মনুংগী ওইবা মওং মতৌ, লালহৌবগী খোঙজংনচিংবদা অহোঙবা কয়া লাকখি। ইরেংবম ভোরোৎপু আর পি এফ কী প্রসিদেন্ট অমসুং মনোহরময়ুম প্রবিনকুমার (ঙৌবা) বু ভাইস প্রসিদেন্ট খনখি। সনসম ফালগুনি ওর্ফে গুনেননা সেক্রেটরি জেনরেল ওইনা খনখি। অতোপ্পা মরু ওইবা লুচিংবশিংনা রাংখেম লোকেন ওর্ফে ইবোহল (সেক্রেটরি হোম এফ্যায়স), য়াঙাম্বম ধিরেন ওর্ফে গুনি (সেক্রেটরি ফোরেন এফ্যায়স) অমসুং অহন্থেম মেম্মা ওর্ফে নিরমলা (সেক্রেটরি সোসিয়েল, হেলথ এন্দ ইদুকেসন) নি। মসি মতম অদুগী রানি। মেম্মাদি হৌজিক লালহৌবগী থবক্তগী পোখাদুনা লৈরে। ইরেংবম ভোরোৎনা পি এল এ গী "সুপ্রেম কম্যান্দর" (লান্মী মকোক) সু ওই। আর পি এফ কী মনুং অমসুং মপানগী ওইবা হিরম কয়ামুক য়াম্না কুপ্না খন্না নৈনবদা নত্তনা পার্টিগী চত্থগদবা থবক থৌওং, পার্টিগী সংবিধান, চৎনগদবা নিতি নিয়ম কয়াসু য়াৎথোকখি হায়না চেরোল অসিনা পল্লি।

"মনিপুরগী নিংতম ইহৌ অসি হৌজিকসু চুম্না অমসুং খুমাং চাওশিন্না চঙশিল্লি," হায়না আর পি এফকী ২৭ শুবা মপোক কুমওনগী পাওজেলদা ইরেংবম ভোরোৎনা হায়। লালহৌলুপ অসিগী ২৭ শুবা মপোক কুমওন্দু খৃঃ ২০০৬ কী ফেব্রুৱারীগী তাং ২৫ দা তাখি। "মনিপুরগী য়াওল্লুপশিংনা ভারত লৈঙাক্কী মোইথেম লাংদা থুবা তৌদনা খুৎলায় পায়বা য়াওলগী খোঙজংদা লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লিবা অসিমক নিংতম ইহৌগী খুমাং চাওশিনবা খুদম অমনি," হায়না ভোরোৎনা মখা তাখি। মহাক্না হায়খি, "আর পি এফ না খুৎলায় পায়বা য়াওল ইহৌ অসি মনিপুরগী নিংতম ইহৌগী অমত্তা ঙায়রবা য়াওলগী খোঙজংনি হায়না লৌজে।" মথক্কী ৱাৱোল অসি আর পি এফ না থাদোরকপা চেরোল অমদগী লৌথোকচবনি। পি এল এ গী ২৮শুবা মপোক কুমওন (সেতেম্বর ২৫, ২০০৬) না মরি নৈননা পিবা পাওজেলদা আর পি এফ কি প্রসিদেন্ট চাওরেন্না হায়খি ঃ "আর পি এফ কি পান্দমদি মনিপুরবু মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইহন্দুনা

মীয়ামগী অশেংবা লৈঙাক অমা লৈহনবা অমসুং মান্নবা খুন্নাই অমা লিংবনি। অদুবু অছুম অসি অমগা অমগা য়াম্না মরি লৈনরবসু য়াওল ইহৌগী মতমদা মরু ওইনা পাঙ্গল থাদদুনা চঙশিনগদবা থবক্তী মনিপুরবু ইন্দিয়াদগী মনিং মখা তমহন্নবা হোৎনবনি।"

## পিপলস রিভোলুসনরি পার্টি ওফ কংলৈপাক (প্রিপাক) অমসুং কংলৈপাক কম্যুনিষ্ট পার্টি (কে সি পি)

মনিপুরবু "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইগদবনি হায়দুনা লাম্ফেংনরিবা প্রিপাক হৌরকপদা খুদোংথিবা কয়া থেংনখি। লালহৌলুপ অসিগী মরু ওইবা লুচিংবা কয়া সিফাইশিংগা নোংমৈ কাপ্নবদা শিখি নৎত্রগা পুলিসনা ফাজিনখি। খুদোংথিবা কয়া নংথ্রবসু লৈহৌরিবা পার্টি অসিগী "কৎথোক্লবা" য়াওল্লোইশিংনা অমুক মপাঙ্গল কনখৎহনখি। প্রিপাক্কীসু মতম অমদা ছোতোদামাইদা কেম্প লৈরমই। কেম্প অদু লিংখৎপা মতমদা আই শেলুং সিংহ কৌবা মীওই অমনা জেনরেল সেক্রেটরি ওইরমই হায়না সরকারগী ওইবা পাও অমনা হায়। এস ব্রাংলেন কৌবা অমনা "কম্মান্দর ইন চীফ" (লান্মী লুচিংবা) অমসুং তি দেবান কৌবা অমনা "কেম্প কম্মান্দর" ওইরমই। ভানুকাস কৌবা ছোতোদামাইগী মফম অমদা খুন্দাদুনা লৈবা শগোলশেম তোম্বা সিংহ কৌবা মীওই অমনা লম একর মঙামুক প্রিপাক্কী মীওইশিংদা লৌউ-শিংউ তৌনবা পীরমই। মতম অমদদি মফম অদুদা খুন্দাদুনা লৈবা মৈতৈশিংনা "পৈশা অমসুং অতৈ পাংবা য়াবা মতেং পীরমই।" প্রিপাক্কী অরিবা মেম্বর খরদি হান্না পি এল এদা য়াওরমই হায়না পাও অসিনা মখা তারি। প্রিপাক্কী ২৯ শুবা (ওক্টোবর ৯, ২০০৬) মপোক কুমওনগা মরি লৈননা পার্তি অসিগী ভাইস চেয়ারমেন এস নোংদ্রেন্না মীয়ামদা পীবা পাউজেল অমদা হায় ঃ "... ভারতকী লোইলম লৈঙাক্কী মীখা পোন্দুনা লৈবি ফিভম (মণিপুরগী) অসি পুন্না খণ্ডমিন্নদুনা হেন্না কনশীনবা লাম্ফেং ('নেসনেল রিভোলুসনরি ব্রার') অমা তৌবা মথৌ তারে। লোয়ননা কনশীনবা লাম্ফেং অসিগীদমক য়াওল্লোই খুদিংমক্লা লিংজেল মান্নবা উত্তুনা য়াওলগী নিয়ম অমসুং থকশি খাশি চেৎনা ঙাক্লদুনা থাক ব্রাংনা লৈবা মতম ওইরে। য়াওল্লোইশিংগী মরক্তা হৌজিক্তগী হৌনা লিংজেল মান্নবা অমসুং অমত্তা ওইবগী ব্রাখল্লোন শাগত্তুনা চীংমী তম্মী মীয়ামগী অপুনবা লাম্ফেং অমগা লোয়ন্না ঐগী ঐগী হায়বা ব্রাখল থাদোক্লদুনা ময়ামগী ওইবা নিতি নিয়ম অমা পুন্না য়াৎমিন্নদুনা নীংতম য়াওলগী লাম্ফেং চংশিনমিন্নরসি। লিংজেল মান্নরবা মতম অদুদা মপান অমসুং মনুংগী মুক্লবা খুদিংমক থেংনবা ঙমগনি।"

পি এল এ, প্রিপাক অমসুং কে সি পি অহুম্না পুল্লগা য়াওল্লোই মশেল পুন্না লাম্থেংনবা য়ানবা "রিভোলুসনরি জোইন্ট কমিতি" (আর জে সি) হায়বা অমা মতম অমদা শেমখি। মসিগী মরু ওইবা মথৌদি লালহৌবা মশেলশিংগী পান্দম অদু চপ মান্নবনিনা "পুন্না থবক তৌমিন্নবনি"। অদুম ওইনমক আর জে সিনা অপুনবা থবক কয়া পায়খৎপা ঙমখিদে। মসি লালহৌলুপ অসিগী মনুংগী ওইবা মোৎ খেন্নবা খরা লৈবদগীরা? প্রজা মীয়াম্না মতম অদুদা মমুৎ তানা খঙবা ঙমখিদে।

## কে ৱাই কে এল (কংলৈ য়াওল কন্ন লুপ)

কে ৱাই কে এল মরু ওইবা য়াওল্লুপ অমনি। লালহৌলুপ অসিগী খুৎলায় পায়বা লান্মী শঙলুক্কী মমিং "মীয়ামগী য়াওল লান্মী" হায়না খঙনৈ। কে ৱাই কে এল গী ১২ শুবা (খৃঃ ২০০৬ কী এপ্রিলগী তাং ২৫) মপোক কুমওনগী থৌরমদা লুপ অসিগী চেয়ারমেন অচৌ তোইজাম্বনা হায়খি য়াওল ইহৌ চথরিবা মীওইশিংনা "পুৱারীগী লিক্লমদা চেৎনা লেপ্তুনা হৌজিক্কী হোংলক্লিবা মালেমগী ফিভমগা শাগোন্ননা খোমজিন তাশিন্দুনা পুকচেল শেংনা কয়ারক হন্না মীয়ামগা হোৎনমিন্নরবা মতুংদা তুংগী মীরোলনা চৎকদবা ময়েক লাবা য়াওল লম্বী অদু শোয়দনা ফংগনি হায়না থাজে। মদু ফংনবা ঐখোয় (য়াওল্লোইশিং) শোয়দনা পুনশিনবা মতম য়ৌরে।" ঙসিগী লমদম অসিগী ফুরুপশিংগী শক্তম মাঙনবা ময়াংশিংনা তৌই হায়বসু হেন্না হেন্না ময়েক শেংলক্লি হায়না তোইজাম্বনা মখা তাখি। "মসিদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈদি ঐখোয় (লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা কাংলুপশিং) ময়াংগী খুবামনুংদগী নাম্থোকপা হায়বা অসি নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা অমুক লৈত্রে" হায়না কে ৱাই কে এল গী চেয়ারমেন্না হায়খি। "নাম্থোকপা অসিসু ঐখোয় (মীয়াম) পুল্লপ পুন্দ্রবদি শুকওই ওইরোই" হায়না মহাক্না মখা শমথখি।

হৌজিক্কী মীরোলগী ৱাখলদা তারিবা মমিদি খৃঃ ১৯৪৯ গী মমাংদা ঐখোয়গী ইরমদম অসিদা লৈঙাক্লোন, শেনমীৎলোন, ইনাৎ অমদি লাইনিং মথোঙ মরম খঙদনা লৈরম্বা খুন্নাই অমগী শক্তমনি হায়না কে ৱাই কে এল গী চেয়ারমেন্না হায়খি। ঐখোয় (মনিপুরগী প্রজা) খৃঃ ১৯৪৯ গী মমাংদা মীপান তাংদবা ইশানা শুজ নোমজদুনা ইপুক থন্না চাদুনা পাঞ্জবা ঙম্বা ফুরুপ অমা ওইরমই হায়না মহাক্না হায়খি। মহাক্না মখা তানা হায়খি "হৌজিক্কী কংলৈপাক্কী (মনিপুর) চীংদা লৈবা ইচিল ইনাওশিংনা তমদা লৈবা ইচিল ইনাওশিংদা মরু ওইনা মৈতৈশিংদা য়াম্না শাওবদৌনা তৌবগী মওং অমা লৈরিবা অসি নাকল অনিমক্না খরা খষ্টবা ফৈ। চীংগী ইচিল ইনাওশিংনা মখোয়গী হক তানবা মতমদা মৈতৈশিংনা পীদবগী মওংদা

ৱা ঙাংবা থেংনৈ। ঙাংবদা নত্তনা মদু থবক ওইনসু উৎথোকই। ঐখোয় পুন্নমক্কী শক্তম ময়াংশিংনা মাঙহল্লক্লে হায়দুনা ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী অপুনবা য়াওল ইহৌ হৌরিবা ফিভম অসিদা চীংমী লুচিংবা খরনা চীংমী তম্মী মীয়াম মরক্তা নুংশিনদনবা ৱাখল্লোন খলহন্নবা হোৎনরি। মসি ঐখোয়গী (কে ৱাই কে এল) ৱাখলদদি চীংমী লুচিংবা খরবু ময়াংশিংনা ইনশিনবদগী মশাগী ওইজবা খরা ফংনবা হোৎনবদগী থোকপনি হায়না লৌবিয়ু হায়না চীংমী তম্মী ইচিল-ইনাওশিংদা হায়জরি।"

## ইয়ুনাইতেদ নেসনেল লিবরেসন ফ্রন্ট (ইয়ু এন এল এফ)

মনিপুরনা থেংনরিবা লালহৌবগী সমস্যা অসিদা অরোয়বা, য়ানবা অমা পুরক্কে হায়রবদি লালহৌলুপশিং অসিগী মতাংদা ফজনা নৈনফম থোকই। মসি নত্তদনা লালহৌবগী ইহৌ অসি মশিং য়াম্লবা সিফাইশিংনা করি তৌবগী নমথবা ঙম্লোইদৌরিবনো হায়না লৌরবদি মদু অচুম্বা খোঙথাং ওইগদ্রা? তুং কোয়না শান্তী পুরকপা ঙমগদ্রা? হায়রিবা ইহৌ অসি ইতিহাসকা মরি লৈনবা পোৎ অমনি। নৎত্রগা "খুৎলায় থাদোক্লো অদুগা রাজনিতিগী থাক্তা ৱারী শাসি" হায়বগী খোল্লাওনা ইহৌ অসি নেমথনহনবা ঙমগদ্রা?

লৈবাক অসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবা নহারোল খরগী ৱাখলদা লমদম শোমগী মনাতোন নম্বা, মীৎ খুবা, পংৱাং ৱাংদবা "মোঙ্গোলিয়ান" জাতিশিংবু পুনশিন্নবগী ইহৌ অমা হৌবা পামখি। ইহৌ অসি চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৫০ দগী হৌরক্লগা ১৯৫৯ গী লোয়শিল্লকপা অদুৱাইদগী পান মোঙ্গোলিয়ান মুভমেন্ট (পি এম এম) হায়না হৌরকখি। মসিগী মরু ওইবা মথৌদি ভারতকী অৱাং নোংপোক লমদম অমসুং মসিগা থংনবদা খুন্দারিবা মোঙ্গোলোইদ জাতিশিং অসি পুনশিল্লগা "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা শেম্বনি। মখোয়না মনিপুর অসি ভারত্তা "নমফুদা তিনশিনখিবনি" হায়না লৌই। মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিনবগী য়ানচে (মর্জর এগ্রিমেন্ট) অদুসু মহারাজ বোধচন্দ্রনা মহাক্কী মমিংদা ওইনা সহি তৌই, মনিপুর প্রজাগী মমিংদা নত্তে হায়না মখোয়না হায়। অদুনা মনিপুর অসি অমুক হন্না "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইগদবনি হায়দুনা হায়রিবা নহারোলশিং অসিনা ইয়ু এন এল এফ অসি খৃঃ ১৯৬৪ গী নভেম্বর থাদা লিংখৎখি। ইয়ু এন এল এফ লিংখৎপদা মরৈবাক নিংবা অহল ইবুংঙো ইন্দ্রমনিসু অচৌবা থৌদাং লৌখি হায়না লুপ অসিনা হায়। পি এম এম গী ৱাখল্লোন অদু থবক ওইনা পাংথোক্লবা মপান্দা লৈবা সংস্থানশিংগী মনুংদা "পান মনিপুরী য়ুথ লিগ" (পানমিল) সু মতম অমদা ওইখি। অকোনবদা পানমিল অসি

সমাজগীদমক্তা কৎথোক্লবা, নহারোল (লালহৌবা নত্তে) শিং মশা মউ ফনবা, শান্ন-খোৎনবা হৈনবা হোৎনবদা থবাই য়াওবা সংস্থান অমা ওইরকখি। ইয়ু এন এল এফ না পি এম এম গী ৱাখল্লোনবু থবক ওইনা পাংথোক্লবা "মনুংদা লৈবা সংস্থান" ওইখি। ইয়ু এন এল এফ কী পান্দমদি, মনিপুরবু অমুক হন্না "মনিং মখা তম্বা লৈবাক" অমা ওইনবা লাম্লেংনবনি। মসি য়াওল্লুপ অসিগী লুচিংবশিংগী ৱাহে মতুং ইন্ননি। ইয়ু এন এল এফ না মখোয়গী পান্দম ফংনবা হোৎনবদা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা খুন্দারিবা শক-চু মান্নবা মশা মশাগী লৈবাকপু "মনিং মখা তন্নবা" হোৎনরিবা মীওইশিংগা পুন্না চৎমিন্ননবা হোৎনগনি হায়। মখোয়না হায় মদুদি হৌজিক ফাওবদা পুন্না থবক তৌমিন্নবা য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা লৈবা লালহৌলুপ খরা লৈরে। খৃঃ ১৯৭০ ফাওবগী অদুৱাইদা মশিং য়াম্লবা মীওই কয়া লালহৌলুপ অসিদা য়াওশিনখি হায়না সরকারগী পাও অমনা হায়। মীওই চা কয়ানসু লালহৌলুপ অসিবু শৌগৎখি হায়না পাও অসিনা মখা তারি। হৌরকপদা অরোনবা "রাজনিতিগী ওইবা মীফম" কয়া ফমখি। মনিপুরগী অরিবা ইতিহাস কয়া নৈনখি। করম হায়না মনিপুরনা ভারত্তা তিনখিবগে হায়বদু খন্নখি, নৈনখি। করিগীনো লৈবাক অসিগী লুচিংবশিংনা পুন্না থবক তৌমিন্নদুনা লৈবাক অসিগী তুংগী ওইবা অফবা থবক পায়খৎপা ঙমদ্রিবনো হায়বনচিংবা কয়া নৌহৌনা য়েংবা, খন্নবা হৌরকখি।

চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৭৬ কী অদুৱাইদা বর্মাগী অৱাং থংবা শরুক্তা লৈবা নাগা লালহৌবশিংগী লুচিংবশিংগা উন্নদুনা মফম অদুদা নৌনা চঙলকপা ইয়ু এন এল এফ কী মীওইশিং খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা তন্নবা হোৎনখি। ইয়ু এন এল এফ কী হৌজিক্কী চেয়ারমেন সনায়াইমানা লুচিংদুনা মীওই ১২ মুক খৃঃ ১৯৮৫ গী এপ্রিল থাদা বর্মাদা লৈবা এন এস সি এন গী হেদ ক্বাতরসতা চৎখি। খুৎলায় শিজিন্নবা তন্নবা অমসুং মখা তানা মফম অদুদা লৈবা লালহৌলুপশিংগা লৈনবা মরি অদু চেৎশিলহন্নবনি। ইয়ু এন এল এফ অসি মৈতৈ খক্তগী নত্তে, লৈবাক অসিদা লৈবা অতোপ্পা কাংলুপকী মীওইসু য়াওবা য়াই, য়াওসু য়াওরি হায়না মশিগী লুচিংবশিংনা হায়। ইয়ু এন এল এফ কী ৱাখল্লোন অমদি "লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লিবা মপানগী মীওইশিং অসি মশিং য়াম্লকপদগী নোংমা মনিপুরীশিংগী মশাগী ওইবা তোপ-তোপ্পা মশক অদু মাঙখিবা য়াবগী ফিভম লৈরে" হায়বসিনি। য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদা লুপ অসিগী চেয়ারমেন্না অইবদা হায়খি য়াওল্লুপ অসিগী লুচিংবশিংনা নৌনা পার্টিদা চঙলকপা মীওইশিংদা খঙহনখিবদি ভারতকী লৈঙাক সাশনগী মখাদা লৈবাক অসিগী মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা শক্তম অদু মতম লৈবা খিবিক্তা শোকহন্দনা

অমসুং কায়হন্দনা লৈগনি হায়বগী থাজবা অদু লৈতে। ওইরক্লিবা ফিভম অসিদদি, য়াওল্লুপ অসিগী মতুং ইন্না, “ইশাগী লমদা ঐখোয় নোংমা মীতোপ ওইরকপা য়াই।” অদুম ওইনমক ইয়ু এন এল এফ না খুদক্তা খুৎলায় পায়রগা লান হৌখিদে হায়না সনায়াইমনা হায়খি। অহানবদা সহর অমসুং খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা প্রজাশিংদা ৱারী শান্নদুনা লৈবাক অসিগী মমাংগী অমসুং মতম অদুগী (পার্টি অসি শেম্বা হৌরকপগী মতম) ফিভমশিং অদু খন্ন নৈনখি।

ইশাগী লমদা “নোংমা মীতোপ ওইরকপা য়াই” হায়বসি মনিপুরীশিংদদা নত্তে। মপান লমদগী লেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লক্লিবা মীওইশিং অসিনা মশিং হেনখিদুনা নোংমা ইশা ইশাগী লৈজরম্বা তোপ-তোপ্পা শক্তম মাঙখিদুনা পোক্লফম লমদমদা “মীতোপ অমা” ওইরকপা য়ারিবসি মনিপুরীশিংদা নত্তনা অৱাং নোংপোক ভারতকী অতে ষ্টেটশিংদা মৈহৌরোলদগী খুন্দাদুনা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা অতৈ জাতি কয়াদসু ওইরকপা য়াই হায়না ইয়ু এন এল এফ কী খৃঃ ১৯৮৮ গী জানুৱারী তাং ৯ গী চেরোল অমনা হায়। অমরোমদা সরকারগী অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংনা ইয়ু এন এল এফনা তৌরিবা থবকশিং লোয়না খঙখি। মশিং য়াম্লবা নহারোল কয়ানা লালহৌলুপ অসিদা য়াওশিনখিবা পুন্নমক সরকারনা খঙখি। অদুবু মখোয়না করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমখিদে। হান্না পি এল এ অমসুং প্রিপাক্কী খুৎলায় পায়বা য়াওল্লোইশিং থেংনবদা থবক অমা ওইরিবা সিফাইশিংনা খনখি করিগুম্বা ইয়ু এন এল এফসু অমুক্কা য়াওশিল্লক্লবদি করি থোক্লগদবগে হায়না। সিফাই/পুলিসকী অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংনা খনখি ইয়ু এন এল এফনা খুৎলায় পায়দুনা সিফাইশিংদা লান্দাশিনবা হৌরক্লবদি মসি মখোয়না মখোয়গী ফিভম অদু চেৎশিনহল্লবা মতুংদতা তৌরক্কনি।

“মনিপুর মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনবগীদমক খুৎলায় পায়দুনা লাম্থেংনবা হৌরগনি” হায়দুনা ইয়ু এন এল এফ না খৃঃ ১৯৯১ গী নভেম্বরগী তাং ২৪ দা থোকপা চেরোল অমদা লাওথোকখি। নুমিৎ অসি য়াওল্লুপ অসিগী ২৭ শুবা মপোক কুমওন্নি। চেরোল অসিনা হায় ইয়ু এন এল এফ না মখোয়গী পান্দম ফংনবগীদমক “রাজনিতিগী ওইবা ইহৌ” গী থবকসু কনশিল্লগনি। ইয়ু এন এল এফ না তৌগদৌরিবা মথৌদি, চেরোল অসিনা হায়, মনিপুরগী ৱাফম অসি মালেমগী মফম অয়াম্বদা খঙহনবনি। মনিপুর অমসুং ইন্দো-বর্মাগী লমশিং অসিদা লৈরিবা মীওই জাতিশিং অসিনা মশা মশাগী তুংগী ওইবা পুন্সি অমসুং মরাইবক অদু মশা মশানা লেপচবা য়াহনগদবনি হায়না চেরোল অসিনা হায়। হায়রিবা পান্দম অসি “অচৌবা, জাতিগী থাক্তা হৌবা য়াওল ইহৌ” অমনা পুরকপা ঙমগনি হায়না ইয়ু এন এল এফ না মখা তাখি।







এম পি এ গী বতালিয়ান খরা লৈরে। বতালিয়ান অমগী লাম্মীশিং খরনা ভমখৈ মনাক্তা লৈবা মখোয়গী কেম্পশিংদা অফবা খুৎলায়শিং পায়দুনা লান ঔরাইবগী থবক চৎথরি।





ইয়ু এন এল এফ কি চেয়ারমেন সনায়াইমনা এম পি এ গী লান্মী খরদা লান্মী অমনা তৌগদবা মথৌ তাকপিরি। (মথক)

এম পি এ গী লান্মী অমনা অফবা মখলগী নোংমৈ অমা খুদোম্বীদা লৈদুনা শান্নরি।



এম পি এ গী বতালিয়ান খরা লৈরে। বতালিয়ান অমগী লাম্মীশিং খরনা ভমখৈ মনাক্তা লৈবা মখোয়গী কেম্পশিংদা অফবা খুৎলায়শিং পায়দুনা লান ঔরাইবগী থবক চংথরি।





এম পি এ গী বতালিয়ান খরা লৈরে। বতালিয়ান অমগী লাম্মীশিং খরনা ঙমখৈ মনাক্তা লৈবা মখোয়গী কেম্পশিংদা অফবা খুৎলায়শিং পায়দুনা লান ঔরাইবগী থবক চৎথরি।





ইয়ু এন এল এফ কি ৪২ শুবা কুমওন নুমিৎ (নভেম্বর ২৪, ২০০৬) কা মরি লৈননা এম. পি. এ. গী য়াওল্লোইশিংনো অফবা মখল কয়াগী খুৎলাইশিং পায়দুনা লান ঔরাইবগী থবক চৎথরি।





ইয়ু এন এল এফ কি ৪২ শুবা কুমওন নুমিৎ (নভেম্বর ২৪, ২০০৬) কা মরি লৈননা এম. পি. এ. গী য়াওল্লোইশিংনা অফবা মখল কয়াগী খুৎলাইশিং পায়দুনা লান ঔরাইবগী থবক চৎথরি।





প্রিপাক্কী য়াওল্লোইশিংনা শজিক তম্পাক্কী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফম অমদা লান ঔরাইখিবগী শক্তম।



তোঙান তোঙানবা লালহৌলুপশিংগী য়াওল্লোইশিং (ফমলিবা মীওই ওইরোমদগী) ইয়ু এন এল এফ কি সেক্রেটরি (ওরগেনাইজেসন) নোংয়াই, কে সি পি গী প্রসিদেন্ট কে কে মঙাং (লৈবাক মচা), প্রিপাক্কী জেনরেল সেক্রেটরি সুভাস, প্রিপাক্কী দিফেন্স সেক্রেটরি শান্তি অমসুং য়াওল্লোই অমা। ঙমখৈ মনাক্কী কেম্প অমদনি।



(অঙৌবা ফি শেংপা। ওইদগী) কে সি পি গী প্রসিদেন্ট কে কে মঙাং অমসুং প্রিপাক্কী জেনরেল সেক্রেটরি সুভাস।



কে বাই কে এল গী ১২ শুবা (এপ্রিল ২৫, ২০০৬) মপোক কুমওনগী থৌরম অমদা লুপ অসিগী লুচিংবশিং (লান্মীগী ফিজেৎ শেৎপা) গা লোয়ননা ইয়ু এন এল এফ অমসুং আর পি এফ কী লুচিংবশিং।



কে বাই কে এলগী খুৎলাই পায়বা মীয়ামগী য়াওল লান্মীশিং।

নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৯১ গী দিসেম্বর তাং ১৫ নি। হৌজিক্কী লোক্তাক প্রোজেক্ট লৈরিবা মফম অসিৰাইদনি। মফম অদুৱাইগী ইয়ু এন এল এফ কী লান্মী লুচিংবা (এরিয়া কম্মান্দর) অমনা য়াম্না হৈ শিংনা শিনখিবা থবক থৌওংনি। খুৎশু খুৎলায় অফবা পায়বা চাওরাক্লা মখোয় মঙামুক্লা ভারত সরকারগী সিফাই কাংবু (সি আর পি এফ) অমা মফম চাবা অমা য়েংলগা ঙায়দুনা লৈখি। মখোয়না খঙখি সি আর পি এফ কী কাংবু অমা মফম অদুগী লম্বী অদুদা শোয়দনা ফাওদুনা লাক্কনি হায়বসি। য়াওল্লোইশিং অদুনা লম্বীদা সুম চৎপা মীচম শাদুনা লৈখি। অয়ুক্কী পুং ১০ মিনৎ ৪৫ দা সিফাইশিং অদু লালহৌবা নহারোলশিং অদুগী মনাক্তা য়ৌশিল্লকখি। পুং ১০ মিনৎ ৪৬ তা মখোয়না থাক্লিবা "লাং" (হায়বদি মফম) অদুগী মনুংদা চঙলকখি। অদুবু মখোয়না খুদক্তা খুৎ থাবা ঙমখিদে। মরমদি করিসু খঙদবা লম্বী চৎপা মীচম খরনা সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদু খনজিন্দুনা লৈখি। সেকেন্দ খরগী মনুংদা মখোয়না অনকপা চীংগী মতোন মফম চাবা অমদা চেনখৎলগা মফম অদুদা লাক্লিবা সি আর পি এফ কী পার্টি অদুদা লান্দাশিনখি। সি আর পি এফনসু খুৎ হল্লকখি। অদুবু মফম অদুমক্তদা সি আর পি এফ কী মীওই মঙা শিখি। মসি ইয়ু এন এল এফ না খুৎলায় পায়দুনা লান হৌরগনি হায়না লাওথোকখ্রবগী মতুংদা থোকপা অহানবা থৌদোক্নি। মখা তারকপদদি ইতিহাসনি। নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবদা ইয়ু এন এল এফ না করি তৌরক্লিবগে হায়বদু পাবিরিবা ইরৈচাশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি। সরকারগী পাওনা হায় চহি খরগী মমাংদগী ইনখৎলক্লিবা নহারোল কয়া লালহৌলুপশিংদা য়াওশিন্নরক্লি। লালহৌলুপশিং অসিনসু "লালহৌবগী ইহৌ" অসি নোংম-নোংমগী অসুম কন্নশিনহল্লক্লি।

মতাং অমদা ইয়ু এন এল এফ না মসিগী "রাজনিতিগী ওইবা ইহৌসু" কন্নখৎহন্নবা হোৎনখি। অদুবু খ্বাইদগী লিরবা য়াওল্লুপ অসি অৱাবা অমসুং খুদোংথিবা কয়া থেংনখি। ইয়ু এন এল এফ না ঙল্লিগৈদা এন এস সি এন অমসুং কে আই এ গী সেন্ট্রেল হেদ ক্বাতরসকী মনাক্তা মখোয়গী কেম্পশিং লিংখৎখি। হায়রিবা বর্মাগী অৱাং থংবা শরুক্তা লৈরিবা লমশিং অদু য়ৌনবা চৎপদা অৱাবগী মশক্নি। অসিগুম্বা তিল কাংনা থল্লবা চীংগী জঙ্গলশিং অসিদা ইয়ু এন এল এফ কী য়াম্না মরু ওইবা মীওই ১৩ দগী তাদনা মেলেরিয়া য়াওনা অতৈ মশক খঙদবা লায়নাশিংনা মরম ওইদুনা শিখি। মতম অদু খৃঃ ১৯৮৮ দগী খৃঃ ১৯৯১ ফাওবগী মনুংদনি। লৈখিদ্রবা "য়াম্না মরু ওইবা" পার্টিগী মীওইশিং অদুগী মনুংদা থাঙজম ইবোমচা, নিংথৌজম কোইরেং, ওইনাম শরৎ, পাওনম নাওচা, লাইশ্রম রাজু অমসুং মাইবম তোমালসু য়াওখি হায়না ইয়ু এন এল এফ না হায়।

**মনিপুর পিপলস আর্মি (এম পি এ)**

হঙ্গৎনা য়েংবা য়াই। ইয়ু এন এল এফ কী খুৎলায় পায়বা লান্মী কাংলুপ, পিপলস লিবরেসন আর্মি (পি এল এ), অসি খৃঃ ১৯৬৭ তা লিংখৎখি। চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৬৯ গী ময়াইৱাইদা ইয়ু এন এল এফ তা য়াওরম্বা মীওই খরনা চোংথোক্লগা "রিভোলুসনরি গোভর্নমেন্ট ওফ মনিপুর" হায়বা অমা শেমখি হায়বসি মমাংদসু পঞ্জখ্রে। অদুনা অঙনবা মতমদা লালহৌলুপ অসি অপনবা য়াম্না থেংনখি। অদুবু ফোংনা লৈবা সংস্থান খরগা খুৎশম্নরগা মখোয়গী থবক চত্থবদি লেপখিদে। অসুম তৌদুনা তপ্না তপ্না মনিপুরদা য়াওলগী ইহৌ অসি শাগৎলকপদা নত্তনা কনশিনহল্লকখি। পার্টি অসিনা হায়, অহানবদা প্রজা মীয়াম্না "য়াওলগী ইহৌ" (লালহৌবগী ইহৌ) অমা লৈরে হায়বসি খঙলমদে। অদুবু শাগৎপদি লেপখিদে। চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৭৯ দগী ১৯৮০ গী অদুৱাইদা মোৎ মানরক্তবদগী পার্টিদগী মীওই খরা তাহ্নোকখি হায়না পার্টি অসিনা হায়। অদুম ওইনমক পার্টিগী থবক্তী লেপ্পা লৈতনা অসুম মাঙদা চঙশিন্দুনা লাকখি হায়না ইয়ু এন এল এফ কী চেরোল অমনা খৃঃ ২০০৫ গী ফেব্রুৱারী তাং ৯ দা হায়। মনিপুরনা ভারত্তা তিনখ্রবা মতুংদা য়াওল ইহৌ (লালহৌবগী ইহৌ) অসি ইয়ু এন এল এফ, আর পি এফ, প্রিপাক অমসুং কে সি পি নচিংবনা কন্না শাগৎপা হৌরকপা অদুননি লালহৌলুপশিং অসিগী মতাংদা খরা মচা খায়না পঞ্জরিবসি।

খৃঃ ১৯৮১ গী দিসেম্বর থাদা ইয়ু এন এল এফ কী "লময়ানবা কাংবু" কৌবা মীওই ১১ না শাবা মীহুৎ কাংবু অমসু এন এস সি এন গী হেদ ক্বাতরসতা থুংদুনা নাকল অনিমক্তা অফবা মরি থম্নবা হোৎনখি। খৃঃ ১৯৮৪ গী অরোয়বা শরুক্তা সনায়াইমনা লুচিংবা মীওই ১১ না কে আই ও (কাচিন ইন্দিপেন্দেন্ট ওর্গেনাইজেসন) গী চাইনাগা তায়নবদা লৈবা হেদ ক্বাতরসতা চৎখি। মফম অদুগী মমিং পজাও কৌই। কে আই ও অসি কে আই এ গী রাজনিতিগী ওইবা মশানি। মনিপুরগী নিংতম লানগী ৱারোল য়াওবা চেরোল অমা মপান লৈবাক্কী মীওইশিংদা পীরম্লগা ইয়ু এন এল এফ কী কাংবু অদু খৃঃ ১৯৮৬ তা এন এস সি এন গী হেদ ক্বাতরসতা অমুক হল্লকখি হায়না পার্টি অসিনা হায়। অসুম্না তপ্না তপ্না লালহৌবগী থবক হৌরকখি। মসিগী মতুং ইকুই কুইদনা ইয়ু এন এল এফ না পার্টি অসিগী লান্মী শঙলুপ অদুগী মমিং "মনিপুর পিপলস আর্মি" (এম পি এ) হায়না খৃঃ ১৯৮৭ কী ফেব্রুৱারীগী তাং ৯ দা নৌনা অমুক মিংথোনখি। মিং হোংখিবগী মরমসি হৌজিক্কী পি এল এ অসিগা চমম্নবা পোক্তনবনি হায়না পার্টি অসিনা হায়।

# কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী লানফম

মনিপুরগী নুপীশিংদা শিংনরকপা অমসুং মখোয়গী ইজ্জৎনচিংবা মাঙহনবসি লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা য়াম্না হকচিন্না লৌই। খুৎলায় পায়দুনা সরকারগী সিফাইশিংগা লান শোক্লবদা নত্তনা মনিপুরগী সমাজ অসিদা অকায়বা তৌবা, নুপীগী ইজ্জৎপু খোঙ্গোইনবা মীওইশিংবু লালহৌলুপশিংনা ব্বারকপা পামখি। ইয়ু এন এল এফ না নুপীশিংবু মশানা য়াদনা ইজ্জৎ মাঙহনখি হায়না মরাল শিরদুনা মীওই ১০ বু খৃঃ ১৯৯০ গী জুন থাদগীনা খৃঃ ১৯৯১ গী মার্চ থা ফাওবদা কাপ্তুনা হাৎখি। মখোয়না থোকপা চেরোল অমগী মতুং ইন্না "মরাল লৈরবা " মীওইশিং অদুনা করম্বা নুমিত্তা, চহিদা, থাদা, মতমদা মখোয়না মশানা য়াদবা নুপীশিংবু ইজ্জৎ মাঙহনখি হায়বদু মচা খায়না পল্লি। অরানবা তৌবা মীওইশিংবু দন্দী পীরকপা অসিনা মতম অমদদি য়াওল্লুপশিংদা প্রজাশিংনা থাজবা য়াম্না থনমই। মীওই খরদি পুলিসতা চৎপগী মহুত্তা পাওচেশিংদা "শিগুম শিগুম্বা মীওইনা অরানবা তৌখ্রে, মখোয়শিং অসিবু ইচিল-ইনাওশিংনা (য়াওল্লোইশিংনা) মরাল থিরগা ব্বারকপীয়ু হায়দুনা ফোংবা ফাওবা য়াওখ্রে।" মনিপুর সরকারনা মসিগী ব্বাফম অসি মুন্না খন্থফম থোকই অমসুং প্রজাশিংনা সরকারবু থাজনবা থবক কয়ামরুম লৌখৎপা মতৌ তাই।

এসিয়া মহাদেশতা তমথিরবা ড্রগ হেরোইন (নম্বর ফোর) হায়বসিগী মরু ওইবা শুংফম অনি লৈ। "গোল্ডন ট্রাইঙ্গল" হায়বা বর্মা, লাওস, থাইলেন্দগী তায়নবা লমদা অমা অদুগা "গোল্ডন ক্রেসেসেন্ট" হায়বা পাকিস্থান, আফগানিস্থান তায়নবা লমদা অমা। "গোল্ডন ট্রাইঙ্গল" দা শুংবা হেরোইন্না অতোপ্পা অমসিদগী ফবা য়াম্না হেল্লি। "গোল্ডন ট্রাইঙ্গল" দগী হেরোইন অসি হোংকোং লোমদা পুরগা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা তুমিন্না য়োল্লমই। হেরোইন্না অমেরিকাগী নহারোল লিশিং কয়া মাঙহল্লমই। মসিনা মরম ওইদুনা ইয়ুনাইটেদ ষ্টেট ওফ অমেরিকাগী ড্রগ থিংনবা লৈরিবা "ড্রগ ইনফোরসমেন্ট এজেন্সি" না অমেরিকাগী পৈশা দোল্লর লাক্ষ লাক্ষ থাদদুনা হোংকোংলোমদা পুথোরক্লিবা হেরোইন অসি থিংনবা হোৎনরমই। হেরোইনগী "অরোনবা লম্বী" কয়ামরম থিংজিনবা ঙমখি। মসিনা মরম ওইদুনা অনৌবা লম্বী থিরকপদা মোরে-ইম্ফাল-গুব্বাহাতি অসি মতম খরা ওইখি। খৃঃ ১৯৮০ গী অদুব্বাইদগী হৌরগা চহি খরা লম্বী অসি শিজিন্নখি। অদুবু কা হেন্না

লম্বী অসিদা হেরোইন পুথোকপদি ঙমখিদে। সরকারগী পাওগী মতুং ইন্না নোংমদা চাওরাক্লা কিলোগ্রাম তরুক কুম্বা মনিপুরদা নোংমগী ওইনা পুশিল্লকখি। কিলোগ্রাম অহুমগুম্বনা মনিপুরদা লৈহৌরগা অহুগুম্বা অমনা মপান্দা থাদোকখি। হায়রিবা তমথিরবা দ্রগ অসি করম হায়না ইরাই লায়না মনিপুরদা পুশিল্লকপগে অমসুং মনিপুরগী মপান্দা থাদোকখিবগে হায়বদু পাবিরিবা ইচিল ইনাওশিংনা হেন্না খঙবিরবা রাফন্নি। হেরোইন্না মনিপুরগী মশিং খঙদ্রবা ইমুং অমসুং নহারোল কয়া মাঙ তাকহনখি। খৃঃ ১৯৯০ গী অদুৱাইদা সরকারগী পাওদম অমগী মতুং ইন্না নহারোল ৩০,০০০ গী মথক্তা হেরোইন শিজিন্নখি। মসি সরকারগী পাওনি। সরকারগী পাও নত্তবদি মশিং অসি অসুক্কী মতিক য়ামখ্রে। মতম অদুদা নহারোলশিংনা হেরোইন পাওদর অসি ঈশিংদা থিংলগা কাপ্পদা মথোঙ মরম খঙদনা এইদস/আইচ আই ভি পকপা মীওইশিংগা য়েতুম তিন্নবদগী শাথিরবা লায়না অসি মীওই মশিং খঙদনা শন্দোকখি। খৃঃ ১৯৯২ গী ফেব্রুৱারী থা ফাওবদা শাথিরবা লায়না অসিনা পকপা মীওই ১৪২৮ শুখি। মতুং চহি খরা তারকপদা দ্রগ চাবা, এইদস/ আইচ আই ভি পকপা মীওইশিংগী মশিং হেঙ্গৎলকখি। নোংমা-নোংমগী দ্রগ শিজিন্নবা মীওইশিংগী মশিং অসি অসুম হেঙ্গৎলকপদগী অহল লমন, মমা মপা ওইবশিংগী থম্মোইদা মীপায়বা ফাওনরকখি। মনিপুরীগুম্বা পীখ্রবা জাতি অমা মাঙন্নবগী মশক ওইরকখি।

ইয়ু এন এল এফ অমসুং আর পি এফ কী য়াওল্লোইশিংনা হেরোইন শিজিন্নবা অমসুং য়োনবা কাংবুগী মথক্তা অকন্নবা থবক চথবা হৌরকখি। নোংমৈনা মখোঙদা কাপ্পুনা ৱারকপা, খরা হেঞ্জিনবা চাগনু নৎত্রগা য়োনগনু হায়বা য়াদবা মীওই কয়া হাৎখিবসু য়াওখ্রে। খৃঃ ১৯৮১ দগী খৃঃ ১৯৯১ ফাওবগী মনুংদা দ্রগ চাবা/য়োনবা মীওই ২০ মুক হায়বা ইন্দবদগী য়াওল্লোইশিংনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। হৌজিক্তি হেরোইন শিজিন্নবা মশিং হন্থরে হায়না লৌবা য়াই। অদুবু "এস পি" হায়বা নিষা চেনবা তেবলেৎ অমা পাক্তক্লনা নহারোলশিংনা পান্না শিজিন্নরি। তেবলেৎ অসি শিজিন্নগনু নৎত্রগা য়োনগনু হায়বা য়াদবা মীওইশিংবু কে ৱাই কে এল গী মীওইশিংনা নোংমৈনা মখোঙদা কাপ্পুনা ৱারকপসু চহি খরা অসিদা য়াওখ্রে। আর পি এফ না লৈবাক অসিদা য়ু য়োনবা য়ারোই হায়দুনা খৃঃ ১৯৯১ গী জানুৱারীগী তাং ১ দগী থিংজিনখি। অকোনবদা সরকারনসু আইন শেমদুনা য়ু য়োনবা থিংখি। লালহৌবা নহারোলশিংনা তৌরকপা সমাজ অসিগী অমোৎপা কয়া শেংদোক্লবা হোৎনরকপা অসি মীওই কয়ানা শৌগৎখি হায়না প্রজা মীওই কয়ানা মোৎ ফোংদোকই। নৌহৌননা ইয়ু এন এল এফ, কে ৱাই কে এল অমসুং প্রিপাক্লা মণিপুরদা য়ু অমদি

অতৈ নিম্বা চেনবা দ্রগ, খৈনি, জর্দানচিংবা সেপতেম্বর ১৫, ২০০৬ তগী পুমথিং থিংখ্রে। হায়রিবা পোৎশিং অসি শিজিন্নবা মীওইশিংবু অহকপা চৈরাক পীগনি হায়না লাওথোকখ্রে।

## য়াওল্লোই মশেল হাৎতোক্লরকপা

য়াম্না লাইবক থিবা, পামদবা থৌদোক ঙাক্তনি। অদুবু থোকখ্রবনিনা মদু ইতিহাসকী শরুক অমদি ওইখ্রে। অফবা মওংদদি নৎত্রে। মতম অমদা মখোয় মশেল অমগা অমগা "ইতাও", "মরুপ", "ইয়াম্বা", "ইনাও", "য়াওল্লোই", "লৈবাক্কী কৎথোক্লবা লাম্মী" হায়বনচিংবা কৌনরমই। অসুক্কী মতিক নুংশি চান্নবা লৈমিন্নরমই। চহি কয়া শুক্লবা তিল কাংনা থল্লবা জঙ্গলশিংদা অৱাবা কয়া খাঙমিন্নখি, অপুনবা পান্দম ফংদ্রিবা ফাওবা কায়নরোইসি ৱাশক্লখি, য়েক্লবা কয়া পুন্না লাম্থেংমিন্নখি, শাংলবা খুদোং থিনিংঙাই ওইরবা চীং লম্বী কয়া চৎমিন্নদুনা থবক কয়া পাংথোকমিন্নখি, শাংলবা মতম কয়া মফম কয়াদা য়েক্লবনা শোকপা ঙমদনবা পুন্সি লেনমিন্নখি। মখোয় পুন্নমক মীওইবনা নহা ওইরিঙৈগী নুঙাইবা পুন্সি অদু কৎথোক্কুনা মমা লৈবাক্কীদমক্তনি হায়দুনা মী তাদ্রবা, চীংনুং মানুংদা লৈবা মফমশিংদা অফবা খুৎশু খুৎলায় শিজিন্নবা হৈনবা পুন্না তম্মিন্নখি। মখোয় মশেল অমনা অমবু মশক মুন্না খঙনৈ। পুন্সিগী অৱাবা নুঙাইবা কয়া পুন্না থেংনমিন্নখি।

করি করম তৌবদগী কায়নখিবনো? লুচিংবশিংগী মরক্তা মোৎ খেন্নবদগীরা? "লালহৌবগী ইহৌ" অসি নাথৈদুনা চৎখিগদৌরে হায়বদগীরা? নৎত্রগা লুচিংবশিংগী থবক থৌওংদা পেন্নরক্তবদগীরা? অশেংবা অদুদি খঙবদা খরা ৱানা থোক্লগনি। অসুক্কী মতিক নুংশি চান্নবা লৈমিন্নরম্বা য়াওল্লোই মশেল অমগা অমগগী মরক্তা "মিং কৌনবা হৌরক্লে"। "লালহৌবগী ইহৌদা অয়েৎপা পীবা মীওইনি," "য়েকনবদা পাও পীবা মীওইনি", "শাগৈগী মৈতাল অশিবনি", "ইমা লৈবাকপু নিং তম্নবা হোৎনবা থবক্তা থুগায়বা মীওইনি" হায়বনচিংবা মখোয় মশেল অমগা অমগা কৌনরমই। হায়জরিবসি লালহৌলুপ অমখক্কী ৱা নৎচদে। য়াওল্লোই মশেল য়ানরক্তবা হায়বসি ঙনলিঙৈদসু য়াওখ্রে। চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৬৯ দা সুধির না ইয়ু এন এল এফ অসি তোকলগা আর জি এম শেমখি। কোন্না চহি খরা লৈরগা সুধির, সনাজাওববু বিশেশ্বোরগী মীওইনা কাপ্পুনা হাৎখিবানচিংবা পামদবা থৌদোকসিং থেংনখ্রে। মসিগী মতুং তারকপদসু য়াওল্লোই মশেলগী মরক্তা নুঙাইতবা প্রজানা পামদবা থৌদোক কয়া মমাংদা থোকখি। অমুকসু খৃঃ ২০০১ গী অদুৱাইদা লালহৌবা নহারোল মশেল অমগা অমগা য়াম্না তমথিনা হাত্তোক্লরমই। মখোয় মশেল

হাত্তোক্লবসি চাওরাক্লা খৃঃ ১৯৯০ গী অঙনবা শরুক অদুৱাইদগী হৌরকখি। চহি শাংনা পাওচেশিংগী লমায়শিংদা থেংনখি ঃ মীওই অমা (নৎত্রগা মশিং পল্লগা) মশক খঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপ্লম্লে, মীওই অমা ময়ুমদগী কৌথোক্লগা হাৎলম্লে, নহারোলনা মী ফাদুনা পুখ্রগা হাৎলম্লে, নহারোল মশেল হাৎনরম্লে, হান্না নহারোল য়াওরম্বা মশক খঙদবা মীওইনা হাৎলম্লে। "মচিল মনাও" অমসুং "ঈ" মশেল লেপ্পা লৈতনা হাৎনরকপদা প্রজা মীয়ামগী পুক্নীংদা মীপায়বা, নুঙাইতবা ফাওনরকখি। মনিপুর "মনিং মখা তম্বগী ৱাফম্না তোখায়না থম্লগা" য়াওল্লোইশিংগী "লালহৌবগী ইহৌ" অসিনা মরম ওইরগা সরকারনা তৌবা "অমোৎপশিং" অদু খরা হস্তগদ্রা হায়বগী মীয়ামগী ৱাখলসু মাঙনবা হৌরকখি। সমাজ অসিদা লৈরিবা সংস্থান কয়ানা য়াওল্লোই মশেল হাৎনবগী থবক অসি লেপ্নবা হায়খি। অদুবু লেপখিদে। মৈতৈ ৱাহৈদা কলক মাঙদা চাং তাই হায়বদুমক থোকখি।

ইয়ু এন এল এফ কী য়াওল্লোইশিংগা পার্টি অসিদা হান্না য়াওরম্বা কোন্না কে ৱাই কে এল - ও হায়না খঙনরকপা য়াওল্লোইশিংগা চহি খরা হাৎতোক হাৎচিন তৌনবদা মীওই কয়া শিখি। হান্নগী কে ৱাই কে এল গী তোঙান তোঙান লৈরম্বা কাংবুশিং অদু পুনশিন্নদুনা হৌজিক্তি কে ৱাই কে এল দমক হায়রগা খঙনরে। অকোনবদা প্রিপাক্লা শিন্দুনা নাকল অনি য়ানবা অমগী মখাদা নোংমৈ কাপ্পা তোক্লদুনা হাৎতোক হাৎচিনগী থবক অসি খৃঃ ২০০১ গী জুনগী তাং ১২ দগী লেপখি। প্রিপাক মনুংদসু নাকপাক নাকপাক তান্নদুনা চহি খরা নোংমৈ কাপ্নদুনা হাৎতোক হাৎচিনগী থবক চথখি। অদুবু হৌজিক্তি "তায়শিন্নখ্রে" হায়না প্রিপাক্কা নক্লবা মীওইশিংনা হায়। অমরোমদা মনিপুর থুগায়গদবনি হায়বা কাংবুশিংনা মনিপুর থুগায়বা য়ারোই হায়বা লালহৌলুপকা খুৎ থোক্লদবসু নত্তে। কুকি অমসুং নাগাশিংগী খুৎলায় পায়বা নহারোল মশেল মরক মরক্তা নোংমৈ কাপ্নদবসু নত্তে। খ্বাইদগী লুরিবা, কিনিংঙাই ওইবা সরকারগী পাও অমা লৈ। চীংগী খুৎলায় পায়বা কাংবু খরা পুনশিন্নগা মনিপুর থুগায়বা য়ারোই হায়বা য়াওল্লোইশিংদা খুৎ থানবা শেম শাবা হৌরে হায়রি। খুৎ থোক্লরক্লবদি করি ওইরকপা য়াই ?

### ওপরেসন ওল ক্লিয়ার

হৌজিক ফাওবদা লালহৌবগী ইতিহাসতা য়াওল্লোইশিংগা সরকারগী সিফাইশিংগা লানফম অমদা হুকথেংননা মতম শাংনা নোংমৈ কাপ্নবা হায়বসি পাক য়াওখিদ্রি। কনা অমত্তা খঙলমদে মদুদি এম পি এল এফ কী মীওইশিংগা সিফাইশিংগা নুমিৎ মরিনি লেপ্তুনা নোংমৈ কাপ্নগনি হায়বসি। মফম অদু চান্দেল

জিলাগী মনুংদা লৈবা শজিক তম্পাক্তনি। হায়রিবা মফমশিং অসিদা লালহৌবা নহারোল লৈরে হায়বসি সিফাইশিংনা খঙবা কুইরবনি। খুদোংচাদবা খরদগী মখোয়না লালহৌবশিং অদুবু খুদক্তা তকথোকপা ঙমখিদে। খুৎলায় পায়বা নহারোলশিং লৈরে খঙলবনিনা তুমিন্না লৈবা য়াদদুনা মশিং য়াম্লবা বোর্দর সেক্যুরিটি ফোর্স (বি এস এফ) কী সিফাইশিংনা অফবা খুৎশু-খুৎলায়শিং পায়দুনা মফম অদু তন্না চঙশিনখি। মতম অদু খৃঃ ২০০৩ গী জানুৱারী থাদনি। মফমশিং অদুদা এম পি এল এফ কী লালহৌবশিংগী কেম্পশিং লৈরমই। লালহৌবা নহারোলশিং তাম্থোক্কনি হায়দুনা চঙলক্লিবা সিফাইশিং অদুগা অপুনবা য়াওল্লোইশিং অদুগা লেপ্তুনা জানুৱারি তাং ৮ দগীনা তাং ১১ ফাওবা নোংমৈ কাপ্নখি। অৱাং ভারত্তা চহি ৪০/৫০ অসিদা লালহৌবশিংগা সিফাইশিংগা লেপ্তুনা হকথেংননা নুমিৎ ৪ নি চুপ্পা নোংমৈ কাপ্নবসি থৌদোক অসিনা অহানবনি হায়বা য়াই। অদুবু শজিক তম্পাক্কী থৌদোক অসিদি য়াম্না তাঙনা থোকখিবা থৌদোক্নি। এম পি এল এফ কী মায়কৈদা অশোক অপন অমত্তা য়াওখিদে হায়দুনা মখোয়না হায়খি। বি এস এফ কী এসিষ্টেন্ট কম্মান্দেন্ট অমগা হেদ কোন্সতেবল অমগা শিখি। মী য়াম্না শিবা শিদবগী ৱাফম নত্তে। লালহৌবশিংনা লেপ্তুনা নুমিৎ ৪ নি নোংমৈ কাপ্নবা অদুনি য়াম্না মরু ওইরিবা ৱাফমদি। করিগুম্বা অচৌবা লালহৌলুপ কাংবুশিং পুন্না থবক তৌমিন্নরবদি "অকনবা কাংবু" অমা ওই হায়বসি মথক্কী থৌদোক অসিদগী খঙবা ঙম্লে হায়না সিফাইগী অৱাংবা থাক্কী মীওই খরনা মোৎ পী। য়াম্না খুদোংচাদবা সিফাইশিংনা থেংনখিবা অমনা মফমশিং অদুগী লমিৎ তুমিৎ, চীং, জঙ্গলনচিংবা অদু খুৎলোইবা খরা ৱাৎখি। লালহৌবা নহারোলশিংসু খঙই মখোয়না য়াম্না কুইথনা সরকারগী সিফাইশিংগা নোংমৈ কাপ্নবা ওইথোক্তে হায়বসি। লালহৌবা মীওইশিংগী লালওংদি (অয়াম্বা মতমদা) লুমদুনা লৈরগা সিফাইশিংদা নারোন্দগী নোংমৈ কাপশিন্দুনা লান্দারম্লগা খুদক্তা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎখিবা হায়বসিনি। অদুগা মখোয়না পাম্লিবা পাওজেল অদু শন্দোকপনি। করিগুম্বা সরকারনা শান্তীগী ৱারী শানবা তারবসু লালহৌলুপ অমগা ৱারী শানবগী মহুত্তা "লালহৌলুপশিংগী অপুনবা লুপকা" ৱারী শান্নবগী মথৌ তাই হায়বসি মমাংদা থোকখ্রিবা থৌদোকশিংদগী উবা ফংই।

শজিক তম্পাক্কী থৌদোক অসি ভারত অমসুং মনিপুর সরকারনা তরাইনা লৌখিদে। মমাংদা করিমত্তা তৌবা ঙমহৌদ্রবনিনা সিফাইশিংনা লালহৌবা নহারোলশিংগী "অচেঙবা তাঞ্জা" ঙায়দুনা লৈখি। লালহৌলুপ অয়াম্বগী কেম্পশিং অসি শজিক তম্পাক অমসুং চীংগী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিংদা লৈরমই। এম

পি এ গী য়াওল্লোইশিংগী কেম্পশিংসু শজিক তম্পাক, চান্দেল অমসুং চুরাচান্দপুর জিলাগী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিং অদুগা জিরিবাম সব-দিভিজনগী মফম খরদা লৈরমই। মনুং খরা হেন্না চঙশিল্লগা লৈবা কেম্প খরদদি সিফাইশিংনা চঙবা ঙমদনা লৈরকপা চহি ফনা য়াম্লবনি। করম্বা মতমদা লালহৌবশিংসিবু মখোয়গী কেম্পশিংদগী তকথোকসিগে হায়না সিফাইশিংনা খনখি। খুদক্তা চত্থরকপা থবক নত্তে। থা কয়া চঙনা, করম্বা মওংদা, মায় পাক্না লালহৌবা মীওইশিংবু মখোয়গী লৈফমশিংদগী তকখায়সিগে হায়দুনা অৱাংবা থাক্কী সিফাইশিংনা কুপ্না ৱা তানরবা মতুংদা চত্থরকপা থবক্নি। মদুদি মনিপুরদা লৈরিবা সরকারগী সিফাইশিংগী মশিং অসি চাওরাক্না ৫০,০০০ গুম্বনি। পাবিরিবা ইচিল-ইনাওশিংগী মফমদা করিগুম্বা ৱাফম অমা নিংশিংজরি। সিফাই হায়বসিদা আর্মি, অসাম রাইফল, সি আর পি এফ, বি এস এফ, (ইন্দিয়া রিজর্ব বতলিয়ান করিগুম্বা মতমদা) লোয়না য়াওরে। (পাবা নুঙাইনবগীদমক্তা মখোয়শিং অসি খঙনবদা "সিফাই" হায়বা ৱাহৈসি শিজিন্নজরে। অমুকসু মরু ওইরিবদি থোকখিবা থৌদোক অদুবু খঙবদুনি।) অদুনা অয়াম্বা মতমদা "সিফাই" হায়বা ৱাহৈসি থেংনবিগনি। করিগুম্বা মতমদা অকক্লবা সিফাইশিংগী মমিংসু থেংনবিগনি।

পোৎ পুন্নমক শেম শাবা লোয়রবা মতুংদা লালহৌবা মীওইশিংনা লৈবা মফমশিংদা সরকারগী লান্মীশিং অসি তপ্না তপ্না চঙশিনখি। লান্মীশিংনা চঙশিনখিবা অহানবা মরু ওইবা মফমসি চান্দেল জিলাগী শজিক তম্পাক্তনি। লালহৌবা মীওইশিংনা লৈবা কেম্পশিং অদুমক য়ৌনা চঙবা ঙমদ্রবসু মফমশিং অদুগা নক্লবা লমশিং অদু ফাওবা চঙশিনখি। অসুম তৌদুনা সরকারগী লান্মীশিংনা লালহৌবা মীওইশিং তকথোক্লবা থাঙজিল্লকখিবা খোঙজং "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" অসি খৃঃ ২০০৪ গী সেপ্টেম্বর থাদা "অপুনবা লিচিং" অমা শেম্লবা মতুংদা চত্থরকখিবা খোঙজংনি। "অপুনবা লিচিং" অদুগী থবক থৌরম অদু মনিপুরগী চীফ সেক্রেটরি অমদি লান্মীগী অচৌবা ওফিসার "থ্রি কোর" গী মখাদা পাংথোকখি। অহানবদা "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" গী খোঙজং অসি চান্দেল, চুরাচান্দপুর, মনুং চঙশিন্না লৈবা চীংশিংদা চত্থখি। য়াম্লবা লান্মীশিংনা মখোয়গী দরকার লৈবা পোৎ পুন্নমক্তা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা চীংগী মফমশিংদা কেম্পশিং শাজিনবা হৌরকখি। লালহৌবা মীওইশিংসু অতোপ-অতোপ্পা উপায় তৌদুনা লাম্ফেংননবা শেম শাখি। মায়গা মায়গা ওনশিন্নরগা কাপ্নবদি মশিং য়াম্বা মীনা লাকচখিগদবা মরম্না য়াওল্লোইশিং অদুনা মখোয়গী খুদোংচাবা মফম, মতম য়েংখি। মসি মখোয়না কোন্না তৌরকপা থবক

অদুদগী খণ্ডবা ঙম্বনি। লান্মীশিংসু চান্দেল জিলাগী দিংপি, জৌপি, খেনজোয়, হেঙসি, লায়াংনচিংবা মফম কয়াদা য়ৌশিল্লকখি। অদুবু এম পি এ গী লালহৌবা মীওইশিংনা নাকল কয়াদগী লান্দাশিন্দুনা সিফাইশিং অদু হৌরকপদা অশোক অপন কয়া নংহনখি হায়দুনা রাজ্য সরকারগী অহানবা ফংবা পাওদা হায়খি। সিফাইশিংসু মখোয়না খল্লম্বদুগা খরা তায়োন্নখি। ইরাই লায়না মখোয়না লালহৌবা নহারোলশিং অদু তকখায়বা ঙমখিদে। মরু ওইনা "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" মনুংদা নোংমৈ কাপ্নখিবসি সিফাইশিং অমসুং এম পি এ গী য়াওল্লোইশিংগনি হায়না ওফিসিয়েল ওইবা পাওনা হায়। সরকারগী লান্মীশিংনা লালহৌবা মীওইশিংগী মনুং চঙশিন্না লৈবা কেম্পশিংদা চঙবা ঙমখিদবসি চীংগী লমশিং অদু খুৎলোয়বা ৱাৎপদগী ওইরম্বা য়াই। লান্মীশিংনা চুরাচান্দপুর জিলাগী সিংহাৎ, তিপাইমুক, হেংলেপ, পারবুং অমসুং অতৈ মফমশিংদসু চঙশিনখি। "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" মনুংগী লান অসি "অকনবা লান" অমনি হায়দুনা সরকারগী পুলিস ওফিসার অমনা হায়খি। মরমদি মসি মফম অমখক্তদা নত্তে। মনুং চঙশিন্না লৈবা মফম কয়াদনি। অইবদা লৈবা লানফম অয়াম্বগী পাও অদু অকক্নবা লমায় ওইবনিনা মচা খায়না থমজররোই। এম পি এ গী য়াওল্লোইশিংনা "কৎথোকপা" ৱাখল্লোন অমা য়াওনা লান শোক্নখিবদু সিফাইশিংনা হান্না থাজরমদে হায়না সরকারগী অৱাংবা থাক্কী ওফিসিয়েল খরনা ৱারী শানবদা অইবদা ফোংদোরকখি। লানগী থৌদোকশিং অসিনসু খঙহনখি মদুদি মনিপুরগী য়াওল্লোইশিং অসি তমদদা নত্তনা লৈবাক অসিগী মনুং চঙশিন্না লৈবা লম্বী থোঙ নাতৈ চাদবা চীংগী মফম অয়াম্বদসু মখোয়গী লৈফম কেম্পশিং শাদুনা লৈরে হায়বসি। চীংগী লমদদা নত্তে। ইম্ফাল নোংপোক জিলাগী জিরিবাম সব-দিভিজনগী মনুংদা লৈবা লালতিংখাল জঙ্গলদা "নাইন পেরা রেজিমেন্ট" কী সিফাইশিংগা এম পি এ গী লালহৌবা মীওইশিংগা খৃঃ ২০০৪ গী ওক্তোবর তাং ১০ গী অয়ুক্তা "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" গী শরুক অমা ওইনা নোংমৈ কাপ্নখি। মসি সরকারগী পাও অমগী মতুং ইন্ননি। নাকল অনিমক য়াম্না কন্না কাপ্নখি।

নুমিৎ অসিদা হবিলদার অমা শিরগা লান্মী খরা অশোক অপন নংখি হায়না পাও অমনা হায়। এম পি এ গী নাকলদসু "লানস কোরপোরেল" থিঙুজম কোকচাই ওর্ফে মুতুম কৌবা অমা শিখি। নুমিৎ অসিদগীদি সিফাইশিং অমসুং এম পি এ গী লালহৌবা মীওইশিংগা লেপ্পা লৈতনা মথং মথং চীংগী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফম কয়াদা লান তৌনখি। "লানফম" খরদদি পুং ৪/৫ রোম কাপ্নবসু য়াওখি হায়না সরকারগী ওইবা পাওশিংনা হায়খি। এম পি এ গী মায়কৈদগী "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" গী

মনুংদা সিফাইশিং ৮০ গী মথক্তা হাৎখি হায়না ইয়ু এন এল এফ কী চেরোলশিংনা পনখি। অদুবু লান্মীশিংনা তকখায়রকপদা মখোয়গী "ব্রাখল শোঙ্করক্লে/মখোয়না লান্মী ৮০ গী মথক্তা শিখি হায়বসি মখোয়গী শোঙ্করক্লবা ব্রাখল অদু কনখৎহন্নবনি অমসুং অশোনবদু কুপশিন্নবনি হায়না সিফাইশিংনা হায়খি। লান্মীশিংনা এম পি এ গী মীওই ৩০ গী মথক্তা হাৎখি হায়। সরকারগী পাও অমনা হায়খি ভারত লান্মীগী লেফটিনেন্ট কর্নেল অমগা মেজর অমগা শিখিবা সিফাইশিংগী মরক্তা য়াওখি। লান্মীনা অমসুং ইয়ু এন এল এফ না থাদোরকপা চেরোলশিং অসিনা হায়রিবসি চুম্বা, লানবা তোখায়না থম্লগা "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" মনুংদা সেলহোন, দিংপী, লৈমতাক, হেংকোৎ, সিংতম খুল, সোংতাল, ভাংগাই-চীংপাও, সোমতাল, ফোইলেন, তুইলাফাই, পনশাং, চালয়াং, হেনজাং, তুইতুং, শেহজোল, জিরিবাম বরাক সারকল অমসুং অতৈ মফম কয়াদা নাকল অনি অশোক অপন য়াওনা নোংমৈ কাপ্পদুনা লাম্থেংনখি। এম পি এ অমসুং সিফাইশিংনা থা খরা চেৎনা শোক্লখিবা "অকনবা লাননি।" এম পি এ গী য়াওল্লোইশিংসু হনবা লৈতনা সিফাইসিংদা মফম কয়াদা মায়পাক্লা লান্দাশিনখি। সিফাইশিংনসু মায়পাক্লা মখোয়বু মফম খরদগী তকথোকখি।

"ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" লোইরমদাইদা মনিপুর সরকারনা লাওথোকখি মদুদি শজিক তম্পাক, পারবুং, তিপাইমুক অমসুং অতৈ মনুং চঙশিন্না লৈবা চীংগী মফম কয়াদগী লালহৌবা মীওইশিং তকথোক্লুনা হান্না থবক ফজনা তৌবা ঙম্লমদবা সরকারগী ওফিসশিং থবক ফজনা তৌবা ঙম্লে। জিরিবামগী রবাক সারকলদা চহি শাংনা লৈরম্বা এম পি এ গী কেম্প অদুসু লান্মীশিংনা থুগায়দুনা মফম অদুদা শান্তী পুরকপা ঙম্লে হায়না সরকারগী পাও অমনা হায়রি। সরকারগী লুচিংবশিংনা মনিপুরনা থেংনরিবা "লালহৌবগী ইহৌ" অসি য়াম্না লুনা লৌফম থোকই। করম্বা মওংদা তায়শিন্নগদবগে হায়বগী পোৎলম অদু মতম লৈরিঙৈদা য়াৎথোকহৌবা চুম্লোইদ্রা? কয়ামুক য়াম্না চুম্বনো হায়বদি খঙজদ্রে। "ওপরেসন ওল ক্লিয়ার" মনুংদা লালহৌবশিংনা প্রজা খরদগী "মতেং ফংই" হায়। কয়া য়াম্না চুম্বজাৎনো?

সরকারগী লান্মীশিংনা মনিপুরগী মফম কয়াদগী লালহৌবা মীওইশিং তকথোকখ্রে হায়রি। অদুবু মনিপুরদা তুং কোয়না শান্তী লৈরগদ্রা? নৎত্রগা মাও সেং তুং (মাও জে দোং) গী ৱাহৈদু তাগদৌরিব্রা? শম্না "য়েক্লবনা খুমাং চাওশিল্লক্লবদি, ঐখোয়না (লালহৌবা মীওইশিংনা) মনিংদা হন্দোকনি; য়েক্লবনা মফম অমদা কেম্প তৌদুনা লৈরবদি, ঐখোয়না মখোয়বু অৱাবা পীগনি; য়েক্লবনা চোকথরকপা মতমদা, ঐখোয়না মখোয়দা লান্দাশিনগনি; য়েক্লবনা হন্দোকখিবা মতমদা, ঐখোয়না মখোয়গী মতুং ইল্লগনি।"

# মনিপুরগী ঙমখৈ

মতম অমদা "মনিং মখা তম্বা, শক্তি লৈবা লৈবাক" অমা ওইরম্বা মনিপুরনা য়ুমথংনবা অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মালেমগী থাক্তা য়ানচে, সন্ধি পত্রনচিংবা কয়া ইনরমই। মমাংদসু পঞ্জখে মদুদি খৃঃ ১৪৭০ দা মৈদিংঙু নিংথৌবগা (কিয়াম্বা) পোং নিংথৌ চৌফা খেকখোম্বগা ক্যাং হায়রিবা লম অসি মায়থিবা পিরবা মতুংদা লৈবাক অসিগী নোংপোক থংবা শরুক্কী ঙমখৈ নৌহৌনা য়াৎখি। নিংথৌ অনি অসিনা য়ানবা অমগী মখাদা ক্যাং লৌশিল্লবা মতুংদা য়াৎখিবা ঙমখৈগী মতুং ইন্না কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী শরুক অমা ওইরবনি। শন্না হায়রবদা মনিপুরগী ঙমখৈ অসি হৌজিক ওইরিবা অসিদগী য়াম্না হেন্না পাক চাওনা লৈরমই।

নোংচুপ থংবদা হৌজিক্কী কছারগী লম অসিসু লৈবাক অসিগী শরুক অমা ওইরমই। মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মতম অমদা কছার অসি মহাক্কী মখাদা থমদুনা লৈঙাক সাশন তৌরমই। অদুবু বৃটিসকা মনিপুরগা খৃঃ ১৮৩৩ দা সন্ধি পত্র অমা ইনরবগী মতুংদদি হৌজিক্কী নোংচুপকী ঙমখৈ ওইরিবা জিরিবামগী জিরি তুরেল অসিদা ওইখি।

নোংপোক্কী ঙমখৈ অসি হৌজিক্কী বর্মাগী অৱাং থংবা শরুক্তা চেল্লিবা নিংথি (চিনদ্বিন) তুরেলনা ওইরমই হায়বসি মমাংদা য়াম্না তোইনা পঞ্জখে। অশেংবদি নিংথিগী ৱাংমাদা লৈবা নোংপোক থঙবা শরুক্কী লম খরা ফাওবা লৈবাক অসিগী ওইরমই। ইতিহাসনা শাক্ষিনি। অদুবু কোন্না নিংথি তুরেলনা মনিপুর - বর্মাগী ঙমখৈনি হায়না লৌনখি। হৌজিক্কী মনিপুরগী নোংপোক্কী ঙমখৈ ওইরিবা চীংশাংশিং অসিগা নিংথি তুরেলগগী মরক্তা লৈরিবা মফম অসিনি কবো তম্পাক হায়রিবসি। কবো তম্পাক য়াম্না লৈহাও চেনবা লমনি। চহি চা কয়া মনিপুরগী শ রুক অমা ওইদুনা লৈরকখিবা কবো তম্পাক অসি মারজিৎ সিংহনা মনিপুরগী সিংহাসন মুন্নবা অৱাশিংগী মতেং লৌবা মতমদা তম্পাক অসি বর্মানা শিজিন্নবা য়াহল্লমই। পাবিরিবশিংনা হান্না থেংনবিখ্রবা ৱাফম ঙাক্তনি। ঙমখৈগী মতাংদা খরা কুপ্না নৈনবা য়ানবা অমুক হঞ্জিন্না পঞ্জবনি। "কুইরবা মতমগী ৱানি। কবো তম্পাক অসি করিগুম্বা মতমদা মনিপুরগী মখাদা লৈরমই। করিগুম্বা মতমদসু বর্মাগী মখাদা লৈরমই। বৃটিস অমসুং বর্মাগা অহানবা

লান তৌনবা মতমদা তম্পাক অসি বর্মাগী মখাদা লৈরমই। মখোয়না চহি ১২ মুক তম্পাক অসি লৌশিন্দুনা লৈরমই। মদুগী মমাং চহি ১২ মুক্তা মনিপুরগী মখাদা লৈরমই।"[১৭৪] চহি চা কয়া কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী শরুক অমা ওইনা লৈরকখি। শুপ্নতগী মারজিৎ সিংহনা পানবা চহি ১২ মুক অদুদা "বর্মাগী মখাদা লৈখি।" মারজিৎনা পাল্লিঙৈগী মতমদসু তম্পাক অসিদা ফংবা সনা অমসুং উনচিংবা য়ান্দুনা মনিপুরনা শিজিন্নখি। চুমই মদুদা বর্মানা শাওখি অদুবু মখোয়না করিসু তৌবা ঙমখিদে।

বৃটিস অমসুং বর্মাগী অহানবা লান (খৃঃ ১৮২৪-১৮২৬) লোয়রবা মতুংদা হৌজিক্কী বর্মাগী মন্দলে সহর মনাক্তা লৈবা য়ান্দাবু হায়রিবা মফম অসিদা সন্ধি পত্র অমা (খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারী) ইনখি হায়না মমাংদা থমজখ্রে। মসিগী চেরোল অসিদা কবো তম্পাক্কী ৱা অমত্তা পন্দে। চেরোল অসিগী ৱারোল মমাংদসু পঞ্জখ্রে। অমুকসু পঞ্জরি। "করিগুম্বা গম্ভীর সিংহনা (মহারাজ গম্ভীর সিংহ) মহাক্কী লৈবাক্তা হল্লগে হায়রবদি মহাকপু মফম অদুগী নিংথৌনি হায়না বর্মাগী নিংথৌনা মশক খঙগনি"। ভারত্তা পাল্লিবা বৃটিস সরকারনা সন্ধি পত্র অসি সহি তৌনবা নুমিৎ অসিগী মমাংদা লৈরম্বা গম্ভীর সিংহগী লমশিং অদু মহাক্কী (গম্ভীর সিংহগী) লৈবাক্কী শরুক ঙাক্তনি হায়না লৌখি। কবো তমপাক অসি মনিপুরগী শ রুক অমা ওইবনা তম্পাক অসিগী মরমদা সন্ধি পত্র অসিদা করিগুম্বা অমত্তা পল্লমদবনি। "চহি তরেৎ খুন্তাক্রুবগী" মতুংদা গম্ভীর সিংহনা অৱাশিংবু বৃটিসকী মতেংনা মনিপুর (মনিপুর হায়বা অসিদা কবো তম্পাক য়াওরি) দগী অমত্তা চীথদনা নিংথি তুরেলগী ৱাংমদা তকথোক্লুনা মাঙলুরবা মনিপুরগী মনিং মখা তম্ববু অমুক হঞ্জিলহনখি। কবো তম্পাক অসি মরু ওইবা শ রুক অহুম থোক্লা খায়দোকই। শমজোক, খমপাৎ অমসুং কুলে। খমথেংনা নেংপোক্কী শরুক্তা লৈরিবা শমজোক অমসুং খমপাৎ অসি মনিপুরগী শরুক ওইবা মরম্না নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈনি।[১৭৫] লান মনুংদা গম্ভীর সিংহনা অৱাশিংবু নিংথি তুরেলগী ৱাংমদা লোয়না তাঙ্খোকপদা নত্তনা অৱাশিং অয়াম্বা মশাগী লৈবাক বর্মাদা চেন্নখ্রবনি। শিলেৎতা লৈবা বৃটিসকী কমিস্নারনা খৃঃ ১৮২৬ কী এপ্রিলগী তাং ১৯ দা মখোয়গী সরকারদা ইবা চিঠি অমদা ইরমই মদুদি নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী থায়নদগী ওইরক্লবা ঙমখৈনি।[১৭৬] অদুবু বর্মানদি মসি লাল্লি হায়দুনা "অরানবা মেপ" অমা বৃটিসকী ওফিসারশিংদা উৎখি। বৃটিসকী মরি লৈনবা ওফিসারশিংনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়খি মদুদি নিংথি তুরেল অসি মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈনি। পনবা য়াবা অমনা ইতিহাসনা শাক্কিনি মদুদি কবো তম্পাক্কী মরু ওইবা লমশিং - শমজোক, খমপাৎ, ৱোকতোং, তমু, মাংশানচিংবা অসি মনিপুরগী থানাগী

মখাদা লৈরমই। য়ান্দাবুগী সন্ধি পত্র অদুদা কবো তম্পাক্কী ৱাফম পন্দবদি কবো তম্পাক অসি থায়নঙৈদগী মনিপুরগী শরুক অমা ওইনা লৈরকপা মরম্ননি হায়না বৃটিসশিংনা লৌখি। মনিপুর অমসুং বর্মাগী মরক্তা কবো তম্পাক্কী চয়েৎনবা লাকখিবসি বৃটিসকা বর্মাগনা য়ান্দাবুগী সন্ধি পত্র সহি তৌনরবা মতুংদগনি।

বর্মানা কবো তম্পাক অসি ইতিহাস হৌরকপদা মখোয়গী ওইরমই হায়না য়েৎলকপা মরৈদু বৃটিস সরকারনা য়ারমদে। কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী নিংথৌ কিয়াম্বাগী হাক্তক্তগী মনিপুরগী ওমখৈ মনুংদা পুনশিনখ্রবনি হায়দুনা বৃটিসনা বর্মাদা খঙহল্লমই। অদুবু বর্মানা ওহাক লৈতনা তম্পাক অসি লৌনবা হোৎনরকপদগী ভারত সরকারনা (বৃটিস) ওফিসার অনি - কেপতেন গ্রান্ট অমসুং লেফটিনেন্ট পেম্বরতন - বু কমিস্নারশিং হাপ্লুনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ওমখৈগী ৱাফম অসি তায়শিন্নবা খঙহনখি। মখোয়না মখোয়গা থাক মান্নবা বর্মাগী কমিস্নারশিংগা খৃঃ ১৮২৮ গী হৌরকপদা নিংথি তোর্বান্দা উনখি অদুবু নোং কন্না চুবনা মরম ওইদুনা মখা তানা ৱা খন্নবা ঙমখিদে। মথং খৃঃ ১৮২৯ গী হৌরকপদা অমুক উননবা লেপ্নখি। মতাং অসিৱাইদা বর্মানা "অরানবা মেপ" অমা কলকত্তাদা লৈরিবা বৃটিস সরকারগী মীওইশিংদা থারকখি। মেপ অসিনা নিংথি অমসুং চিন্দ্বিন অসি তোঙান তোঙানবা তুরেলনি হায়না পল্লকখি। গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না বৃটিস সরকারগী অচৌবা থাক্কী মীওইশিংদা খঙহনখি মদুদি বর্মানা থারক্লিবা মেপ অসি অরানবনি, নিংথি অমসুং চিনদ্বিন হায়রিবা তুরেলসি অমখক্তনি। নিংথি তুরেলনি। ৱাফম অসিগী মতাংদা বৃটিস সরকারনা গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতনবু মখোয়গা মান্নবা বর্মাগী ওফিসারশিং অমুক্কা হন্না উননবা খঙহনখি। অদুবু বর্মাগী কমিস্নারশিং অদুনা ৱা থৈদোক্তুনা উনদনবা হায়রকখি। মখোয়না হায়রকখি, বর্মানা বৃটিসকী মখুত্তা লান্দা মায়থিরবনিনা লানগী মাঙতাকখিবদুগী ক্ষেতিপুরোন পিনবা হোৎনবদগী পৈশা খোমগৎপদা থবক চিল্লি। গ্রান্ট-পেম্বরতননা থাগৎলকপা নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ওমখৈনি হায়বা পাওদম অদু বৃটিস সরকারনা মসিগী মন্থৎ শিন্দুনা বর্মাগী কোনুং অভাদা লৈরিবা মেজর বর্নিদসু খঙহনখি। ৱাহং অমা হংবা য়াই। করিগীনো মহারাজ গম্ভীর সিংহনা ওমখৈগী মতাংদা হকথেংননা বর্মাগী নিংথৌগা ৱারী শান্নদ্রিবা? বৃটিসকী মতেংনা অৱাশিং তাম্থোকখিবনি। মতম অদুদা মনিপুর অসি মশাগী নিংতম্বা ঙাক্নবা বৃটিসকী মতেং য়ান্না দরকার লৈ।

গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না ওমখৈগী মতাংদা চাওরাকপা মেপ অমা য়েকথোক্লগা বর্মাগী মরি লৈনবা ওফিসারশিংদা থারমই। মেপ অদুগী মতুং ইন্না মনিপুরগী নোংপোক্তা

নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈনি হায়না উৎলি। বৃটিস ওফিসারশিং অসিনা বর্মাগী ওফিসারশিংবু খৃঃ ১৮৩০ গী জানুৱারী থাদা উন্ননবা খণ্ডহনখি। করিগুম্বা মখোয়না উনবা লাক্তুবদি মখোয়না থাখিবা মেপ অদুগী মতুং ইন্না নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈনি হায়না মতম লৈবা খিবিক্তা লৌরগনি খণ্ডহনখি।

ইহান হানবা ওইনা বর্মানা কবো তম্পাক অসি লান লোইরবা মতুংদা (মখোয়দগী) অমুক লৌখ্রে হায়বসি য়ারমই অদুবু হায়রিবা লৌখিবা লম অসি য়ান্দাবুদা ইনখিবা সন্ধি পত্র অদুদা য়াওদে হায়রমই।[১৭৭] বৃটিস অমসুং বর্মাগী কমিস্নারশিং অদু খৃঃ ১৮৩০ গী জানুৱারীদা ঙমখৈদা উনখি। বর্মাগী কমিস্নারশিংনা মশানা য়াজখি মদুদি মখোয়না হান্না "অরানবা মেপ" অমা পীখ্রে হায়বসি। তৌইগুম্বসুং বৃটিসকী কমিস্নারশিংনা লেপখিবা ঙমখৈ অদুদি মখোয়না য়াখিদে। লান তৌনরিঙৈদা মনিপুরীশিংনা কবো তম্পাক্তা চঙলক্লগা তম্পাক অসি ঙমখৈগী ৱারী লোইদ্রিঙৈদা লৌশিনখিবনি হায়না মখোয়না হায়খি। মখোয়না হায়বা ৱাদু বৃটিস কমিস্নারশিংনা ককথৎখি। চহি চা কয়াগী মমাংদগী কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী ওইদুনা লাক্লিবনি হায়দুনা বৃটিস কমিস্নারশিং অদুনা বর্মাগী মীওইশিং অদুদা খণ্ডহনখি। মরি লৈনবা চে চাং কয়াসু মখোয়দা উৎখি। কংয়েৎ য়েৎপা নত্তনা বর্মাগী কমিস্নারশিং অদু উপায় লৈখিদে। মখোয়দা বৃটিস ওফিসারশিংনা উৎখিবা চে চাং অদুবু অমত্তা ককপা ঙমখিদে। মখোয়না হায়খি কবো তম্পাক অসি চহি ১৩০০ গী মমাংদা মখোয়গী ওইরমই। অদুবু প্রমান পীবা ঙমখিদে। মখোয়না হায়খি শমজোক অমসুং খমপাৎ অসি মখোয়গীনি। থাজবা য়াবা প্রমান পীবা ঙমখিদে। বৃটিস ওফিসার অনিনা চে চাং পুথোকপদা নত্তনা বর্মাগী কমিস্নারশিং অদুদা হায়খি মদুদি মথায় থায়নদগী মহারাজ চৌরজিৎ সিংহনা পানবা খৃঃ ১৮১৩ ফাওবা কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী ওইদুনা লাকখি। চৌরজিৎকী মতুংদা বর্মাগা য়ানবা মারজিৎ লাক্কদৌরিবনি। হায়রিবা ৱাফমশিং অসি বর্মাগী কমিস্নারশিং অদুনা মনাদা হাপ্পু য়াখিদে। মখোয়না হায়রিবসি কবো তম্পাক অসি মনিপুরদগী লৌথোক্লগা বর্মাদা তিনশিনবা অসিনি। মখোয়না হায়খিবসি তম্পাক অসি বর্মা-বৃটিস লান তৌনদ্রিঙৈ মমাং চহি ১১/১২ সি বর্মাগী "ওইদুনা লাকখি অদুনা বর্মাগীনি"। বর্মানা হায়রিবসি মহারাজ মারজিৎ সিংহনা কবো তম্পাক অসি মখোয়দা "শিজিন্নবা য়াহল্লস্বদুগী ৱাফমদুনি।" বর্মাগী কমিস্নারশিং অদুনা নুঙদা হকপা ৱাহৈ পুথোক্তুনা উৎলমই মদুদি শমজোক অসি খৃঃ ১৬৫০ দা অভাগী প্রজা ওইরমই হায়না। মখোয়না তম্পাক অসি পোং নিংথৌনা মনিপুরদা পিথোক্লম্লে হায়বদু য়ারমদে। বৃটিস কসিস্নারশিং অদুনা বর্মাগী কমিস্নারশিংনা হায়রিবা ৱা শিংদু থবৎ

## মনিপুর



কবো তম্পাক্লী। মেপ অসি ইম্পেরিয়েল গেজেত্তিয়ার ওফ ইন্দিয়া (১৯০৫) দগী মেপ য়েকপা হৈবা মীনা য়েকথোকপনি।

নাগা হিল্‌স (নাগাল্যেন্দ)
কছার
ইম্ফাল
মোরে
তমু
চিন হিল্‌স
তুইভাই তুরেল
তিদিম
কিন্দাৎ
কলেৱা
মু তুরেল
ইরাৱাদি তুরেল
N

*Map not to scale*

থবৎ ককথৎলমই। অমসুং ইতিহাসকী লাইরিক ফাকৎতুনা মখোয়দা খঙহনখি মদুদি পোং নিংথৌ খেকখোম্বা অমসুং মৈতৈ নিংথৌ কিয়াম্বা অনি য়ানবগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৪৭০ দগী কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী ওইদুনা লাকখ্রবনি। অইবা চে চাং ময়াম অমা পুথোক্তুনা বৃটিস কমিস্নারশিং অদুনা হায়খি মদুদি ১) পোং নিংথৌ অসি অভা (বর্মা) গী মখাদা লৈখিদে, ২) খমপাৎ অমসুং শমজোক অসি পোংগী মখাদা লৈরমই, ৩) পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগা য়ানরবা মতুংদা নাওজিরি (লোইজিরি) অমসুং মুংখোং মুৱাই চীংগগী মরক্তা লৈবা নিংথিগী নোংপোক্কী লম পুম্নমক পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা শিন্নখ্রবনি।[১৭৮] মসিদা শমজোক, খমপাৎ লোয়না য়াওরে। কোন্না পেম্বরতন্না "রিপোর্ট ওন দ ইষ্টর্ন ফ্রন্টিয়ার ওফ বৃটিস ইন্দিয়া" কৌবা লাইরিক অমা ইখি। মদুদা মহাক্না হায়, "পোং নিংথৌনা মনিপুরগী নিংথৌদা লম খরা পীখি। হায়রিবা লম অসি নোংপোক্তা লৈরিবা নাওজিরি হায়রিবা মু অমসুং চিনদ্বিন (নিংথি) তুরেল অনিগী কারক্তা লৈরিবা অসি ফাওবনি। অৱাং থংবদনা য়াম্না মমিং লৈরবা হৈনৌ পাম্বীশিং হৌবা মুংখুম ফাওবনি। মুংখুম হায়রিবসি নাওজিরি চীং অমসুং নিংথি তুরেল অনিগী মরক্তা লৈবা লমনি।" য়াম্না শম্না পঞ্জরবদা কবো তম্পাক মনিপুরগীনি অমসুং নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈনি। নিংথিগী নোংপোক্তা লৈবা লম খরা ফাওবা মনিপুরগীনি।

বৃটিস কমিস্নারশিং অদুনা বর্মাগী কমিস্নারশিংদা হায়খি মদুদি য়ান্দাবুদা সন্ধি পত্র ইনদ্রিঙৈদা গম্ভীর সিংহনা কবো তম্পাক লৌশিনখ্রে হায়বসি অচুম্বনি। মরমদি গম্ভীর সিংহনা কবো তম্পাক্কী মরু ওইবা মফম তমু (হেদ ক্বাতরস) লৌশিনবদা বৃটিস লান্মীশিংনা শাক্খিনি। ৱাফম অসি মচা খায়না তারুবা হোৎনবদা বৃটিস কমিস্নারশিং অদুনা লান মনুংগী পাওদমগী নমথোক্লবা চে চাং উৎখি। পাওদম অমনা খৃঃ ১৮২৬ কী জানুৱারীগী তাং ২৩ দা তমুদা ইখিবনি। অতোপ্পা অমনা খৃঃ ১৮২৬ কী ফেব্রুৱারীগী তাং ৩ দা মোনফুদা ইখিবনি। মোনফু হায়রিবসি নিংথিগী নোংচুপ থংবদা লৈবা মফম অমনি।[১৭৯] মৈতৈ ৱাহৈদা "অদু ওইরবসু" হায়বদু বর্মাগী কসিম্নারশিংনা তৌখি। গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না পুথোরক্লিবা ৱাফম অমত্তা বর্মাগী মীওইশিং অদুনা ককপা ঙমখিদে। ৱাফম অসি লুশিল্লকপনা বর্মাদা লৈরিবা বৃটিসকী মীহুৎ মেজর বর্নিনা গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতনবু অভাদা লাক্লগা বর্মাগী মিনিষ্টরশিংগা ৱা খন্ননবা হায়খি। অভাদা বর্নিনা পেম্বরতনগী মতেংনা কবো তম্পাক অসি গম্ভীর সিংহগী ওইফম থোকই হায়না বর্মাগী মীওইশিংদা হায়খি। বর্মাগী মরি লৈনবা অচৌ-অশাশিংদি

মখোয়না থাজহনবা ঙমখি। বর্মাগী মরি লৈনবা অচৌ অশাংশিংদা খঙহনখি ১) গম্ভীর সিংহনা কবো তম্পক অসি লান ঙমদুনা অমুক লৌশিল্লবনি, ২) তম্পাক অসি চহি চা কয়াগী মমাংদগী মনিপুরগী ওইরক্লিবনি, ৩) বর্মাগী অচৌ অশাংশিংনা মশানা য়াজরমই মদুদি মখোয়না হান্না "অরানবা মেপ" অমা উৎখ্রে হায়বসি, ৪) য়ান্দাবুদা সন্ধি পত্র সহি তৌনবদা বৃটিসকী লান্মী কম্মান্দর আর্কিবোলদ কেমপবেলনা কবো তম্পাক্তা বর্মাগী হক লৈ নৎত্রগা লৈতে হায়বসি মৱা লৌখিদে। বর্মাগী অচৌ অশাংশিং অদুসু মথক্তা পল্লিবা ৱাফমশিং অসি য়ারমই। মতাং অমদা বর্মাগী মীওইশিং অদুনা গম্ভীর সিংহ লৌথোক্লগা মারজিৎ সিংহবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইহনবা পাম্বগী মওং বৃটিসকী ওফিসারশিং অদুদা খঙহনখি। মসি ওইরবদি মনিপুর অমসুং বর্মা অনিগী মরি ফগৎকনি হায়না ফোংদোকখি। অদুবু মেজর বর্নিনা মদু য়ারোই হায়খি। মরমদি গম্ভীর সিংহনা মনিপুরগী নিংথৌনি হায়বসি ভারতকী বৃটিস সরকারনা লন্দনদা লৈবা বৃটিসকী মরি লৈনবা অচৌ-অশাং মীওইশিংদা হান্না খঙহনখ্রবনি।[১৮০] করিগুম্বা কবো তম্পাকসি মনিপুরগীনি হায়বা য়ারবদি বৃটিসতা পীগদবা লানগী ক্ষেতিপোরোন অদু শরুক খরা ফাওবা কোকপিগে হায়দুনা মেজর বর্নিনা বর্মাগী মিনিষ্টরশিং অদুদা খৃঃ ১৮৩০ গী দিসেম্বর থাদা খঙহনখি। পৈশাগী অৱাবা দষা তারিবা বর্মাগী মিনিষ্টরশিং অদুনা ৱাফম অসি য়ানিংলমই অদুবু মদু মখোয়গী নিংথৌদা হৌদোকপদি ঙমখিদে। নিংথৌনা মদু তাবদা অঙকপা ফংনা মখোয়দা শাওরক্কনি হায়বসি মখোয়না খঙলমই। করিগুম্বা য়ান্দাবুদা ইন্নখিবা সন্ধি পত্র অদুদা কবো তম্পাক মনিপুরগীনি হায়দুনা ৱাহৈ অমা য়াওরম্লবদি লৈবাক অসিগী ইতিহাস অসি তোকখায়রমগদবনি। কনা অমত্তনা ককপা ঙম্লরোইদবা ৱানি। মারজিৎনা পাল্লিঙৈ মতম খরা নত্তনা শাংলবা চহি চা কয়া অসি মনিপুরগী ওইদুনা লাকখিবা কবো তম্পাক্নি।

য়াম্না লাইবক থিবা তাঞ্জানি। বর্মাদা লৈরিবা বৃটিসকী মীহুৎ মেজর বর্নিগী ৱাখল হোংলকখি। অদুম ওইনমক গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না কবো তম্পাক অসি মনিপুরগীনি, নিংথি তুরেলনা লৈবাক অসিগী ঙমখৈনি হায়দুনা শিখাং খাঙখি। অমরোমদা বর্মাগী নিংথৌনা বর্নিদা য়াম্না শাওনিংলমই। বর্নিনা মনিপুরীশিং শৌগৎপদা নত্তনা বর্মাগী লম মনিপুরদা পিথোকখিগদৌরে হায়না মহাক্না লৌরমই। বর্নিগী ৱাখলদসু কবো তম্পাক্কী ৱাফমসি মখা শাংথরবদি বৃটিস অমসু বর্মা অনিগী মরক্তা অমুক লান তৌনরকপা য়াই হায়না খনখি। মসি অরানবা ৱাখলনি মরমদি ইকুই কুইদ্রিঙৈদা বর্মা বৃটিসকী মখুত্তা মায়থিবা ফংখিবদা নত্তনা লৈবাক অদুদা অমাং অতা ফনা য়াম্না

য়াওখ্রবনি। মহাক্কী (বর্নিগী) ৱাখল হোংলক্লে হায়বসি মহাক্কী ৱাঙাং, ৱাতাদগী খঙবা ঙমখি। মহাক্না হায়খি, "...গম্ভীর সিংহনা মীসু ফজনা তাদবা, কান্নদবা লম অসি লৌৱগা করি তৌগদৌরিবনো...মসি গম্ভীর সিংহগী ওইনবা হোৎনবদা বৃটিসনা করিগী অভা (বর্মা) শাওহনগদৌরিবনো...মসিনা মরম ওইদুনা অমুক লান তৌনরকপা য়াই...অসিগুম্বা কান্নদবা লম মচেৎ খরগীদমক্তা অভা শাওহল্লগা অতোপ্পা লান অমা অমুক তৌরকপা য়াই...।" বর্নিগী ৱাফম অসি গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না কন্না য়াখিদে। অদুবু ভারত্তা লৈরিবা বৃটিস সরকারগী মতম অদুগী গোভর্নর জেনরেল লোর্দ ৱিলিয়াম বেনতিকনদি বর্নিগী ৱাফমদু য়ানিংবা ফোংদোকখি। বেনতিক্না হায়খি, "...মখোয়গী (বর্মাগী) নাপল অমসুং শক্তি অদু থুগায়রবা মতুংদা (লান্দা বৃটিসনা ঙম্লবা মতুংদা) হায়রিবা লম মচেৎ অসি মখোয়বু খরা হরাওনবা পিথোকপা য়াই। চুমই ঐখোয়না খ্বাইদগী ফজবা ঙমখৈ পিথোক্কুনা বর্মাশিংবু (কবো) তম্পাক্তা লৈহন্দুনা মনিপুরীশিংগা হকথেংননা লৈহনগদৌরে। মসিদা লাননচিংবা থোরক্লবসু ঐখোয়না (বৃটিস) শক্তি হেনবনিনা থোয়না চীংনিংঙাই ওইদে...।[১৮১] অকোনবদা বৃটিস সরকারগী চেরোল অমা খৃঃ ১৮৩৩ গী মার্চ তাং ১৬ তা থোক্লকখি। চেরোল অসিনা মেজর বর্নিদা খঙহনখি ঃ (শম্লপ্পা) ...ভারত্তা লৈরিবা বৃটিস সরকারনা লৌই মদুদি নিংথি তুরেলনা মনিপুর অমসুং অভা (বর্মা) গী অশেংবা ঙমখৈনি। অদুবু বর্মাগী নিংথৌগী ৱাখল অমসুং অপাম্বদু খঙলবা মতুংদা, অদুগা মরুপ মপাং ওইনা লৈবাক অনিনা (বৃটিস অমসুং বর্মা) লৈমিন্ননবা, সরকার অসিনা কবো তম্পাক অসি অভাগী ওইবা য়ারে। অনৌবা ঙমখৈ অসি য়োমাদোওং চীংশাংগী (মতম অমদা মনিপুরীশিংনা মরিং চীং হায়না খঙনরমই) চীংখোংদা ওইনবসু খঙহনখি।"[১৮২] মসি হৌজিক্কী মনিপুরগী নোংপোক্কী ঙমখৈ অসিনি।

গোভর্নর জেনরেল বেনতিক্কী চেরোল অসিগী ৱারোলসিনা মনিপুরীশিংগী থম্মোইদা তানা থিনবগী চৈনাখোলগুম ফাওহনখি। মরৈবাক নিংবা, মমা লৈবাক্কীদমক্তা মথৱাই থাদোকপা ঙম্বা মনিপুরীশিংনা লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংগী ঈখেঙনা য়াৎলম্বা ঙমখৈ অদু মতম অদুদা কনবা ঙমখিদে। মখোয়না খঙখি নিংতম্বা মাঙলুরবা মমা লৈবাক্কী মনিং মখা তম্বা অদু বৃটিসকী মতেংনা অমুক হঞ্জিলহনখিবনি হায়বসি। মীওই খুদিংমক মথৱাই প্রোক প্রোক চাকখি। মনিপুরীশিংনা খঙই কবো তম্পাক অসি খৃঃ ১৪৭০ দগী মখোয়গী ওইদুনা লৈরকখি হায়বসি। করিগুম্বা নিংথৌ মচা মশেল লিংজেল মান্নরম্লবা, নিংথৌ খুভম মুন্নরমদ্রবা, মারজিৎনা বর্মাগী মতেং লৌনবা

হোৎনরমদ্রবদি মনিপুরগী ইতিহাস অসি পুংতোন তোঙাল্লম্বা য়াই। অদুবু হৌখ্রে। লিংজেল মান্নদ্রবা, অমগা অমগা ৱারী শান্নবা য়াদ্রবা, পান্দম মান্নরবসু তোখায় তোখায় তারবা, ফম করাম্বাগীদমক্তা তুংলমচৎ উবা ঙমদ্রবা অদু ওইরবদি লৈবাক অসিগী তুংদা ওইরক্কদবা ফিভম অদু ইরাই লায়না উবা ফংই।

গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না গম্ভীর সিংহদা হায়খি মদুদি সরকারনা কবো তম্পাক্কী মমল ওইনা মনিপুর সরকারদা থাদা লুপা ৫০০ পীরগনি। "করিগুম্বা কবো তম্পাক অসি মনিপুরগী অমুক ওইরকপা তারবদি হায়রিবা লুপা ৫০০ অসি পীবা তোক্কনি।" মসিদি ৱাহৈগী ৱাহৈ হায়বদুনি। মনিপুরগী অয়াবা য়াওদনা কবো তম্পাক অসি গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না বর্মাগী কমিস্নারশিংদা খৃঃ ১৮৩৪ গী জানুৱারী তাং ৯ দা য়ানচে অমা ইনরবা মতুংদা খুৎশিন্নখি। শিন্নখ্রবা মিনৎ খরগী মতুংদা অসুক্কী মতিক নুঙাইতবা পাও অসি তাবদা মমা লৈবাকপু মতম পুম্বদা য়াইফনবা খঞ্জবা, মনিপুরবু অৱাশিংগী মখুত্তগী অমুক হন্না মনিং মখা তম্বা ফংহল্লম্বা, মরৈবাক নিংবা মহারাজ গম্ভীর সিংহ নুমিৎ অদুমক্তদা লৈখিদে। খৃঃ ১৮৩৪ গী "য়ানচে"[১৮৩] অদুগী মতুং ইন্না গ্রান্ট অমসুং পেম্বরতন্না কবো তম্পাক অসি বর্মাগী কমিস্নারশিং - ৱুনদোক মহামিংয়ান রাজা অমসুং তসারুদাওকিকস ম্যকয়ানথাও- দা শিন্নখি। নুমিৎ অদুদগী তম্পাক অদুগী মরু ওইবা সহরশিং, তমু, খমপাৎ, শমজোক, অতৈ খুঙ্গং/চীং পুন্নমক বর্মাগী ওইখি। অনৌবা ঙমখৈনা অসুন্না ওইখি। নোংপোক থংবা মনিপুরগী ঙমখৈদি কবো তম্পাক্কী নোংচুপথংবদা লৈবা তম্পাক্কী তায়নবা চীংশাং পরেশিং অদুগী চীংখোং পরেং অদুনা ওইগনি। হায়রিবা মফম অসিদা মোরে অমসুং মসিগী নোংচুপলোমদা লৈবা লম পুন্নমক মনিপুরগীনি। হৌজিক্কী মনিপুরগী নোংপোক্কী ঙমখৈ অসিনি। মসিগী অকুপ্পা মরোল অদুদি লাইরিক অসিগী অরোয়বা লমায়দা য়াওরিবা ইংলিসতা ইবা "য়ানচে" অসি য়েংবিয়ু।

কবো তম্পাক অসি বর্মাবু "হরাওনবা" মহারাজ গম্ভীর সিংহগী ৱা অমত্তা তাদনা বৃটিসনা পিথোকখিবনি। মসি পিরবদি বৃটিস অমসুং বর্মা অনি অসি লান তৌনরোই হায়না বৃটিসনা লৌরমই। অদুবু মখোয়গী ৱাখল অদু অরানবা ওইখি। মরমদি অনিশুবা বৃটিস অমসুং বর্মাগী লান খৃঃ ১৮৪৫ দগী খৃঃ১৮৫২/৫৩ দা থোকখি। লান অসিগী মতুংদা খা থংবা বর্মা বৃটিসনা লৌশিনখি। কবো তম্পাক পীথোকখ্রবসু মনিপুরীশিংনা বর্মাগী মীওইশিংগা ঙমখৈগী ঙহাক লৈতনা খৎনখি। বর্মা অমসুং বৃটিসসু মরুপ ওইশিন্নবা ঙমখিদে। কবো তম্পাক্কী মরমদা হান্না বৃটিসকী "পোলিতিকেল এজেন্ট"

ওইনা লৈরম্বা সার জেমস জোনষ্টোন্না অসুন্না ফোংদোক্রমই ঃ মহাক্না হায় [১৮৪] (শন্নপ্না) "... ঐখোয়গী (বৃটিসকী) মীহুৎ কর্নেল (হান্না মেজর) বর্নি হায়বা অমা অভাদা লৈরমই। মরুপ ওইশিন্নবা পামদবা বর্মানা মঙোন্দা (বর্নিদা) লেপ্পা লৈতনা তকশিনখি মদুদি কবো তম্পাক অসি বর্মাদা পীরবদি ঙমখৈদা লাংবা খোৎপা লোয়না লেপখিগনি হায়না। কবো তম্পাক অসিদি মনিপুরগী (মহারাজ) গম্ভীর সিংহগীনি। বর্মানা হায়রিবা ৱাফম অসি থবৎ ককথৎতুনা য়ারম্লোইদবনি অমসুং ৱাফম অসিগী মতাংদা বর্মাগী ফম্নাইবশিংনা ঙাংবা ৱা থওইনা তারম্লোইদবনি। বর্মাগী মীওইশিংগা লোয়নবদদি নখোয়না হায়রিবা ৱাফমদু য়ারোই হায়না শিখাং খাঙবা অমা চঙই। মখোয়বু পেলহন্নবা হোৎনবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী থৌনা লৈরবা মরুপ অমগী লম পিথোকপদা য়াথোকখ্রে।" কবো তম্পাক্কী ৱাফমসি মসিনসু লোইদ্রি।

বৃটিসনা বর্মা লৌশিল্লবা মতুংদা কবো তম্পাক অসি মনিপুরদা অমুক হঞ্জিলহন্নবা তকনখি। মসিগী মতাংদা মনিপুরগী মহারাজনা ভারত্তা লৈবা বৃটিস সরকারদা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অদু অসামগী চীফ কমিস্নারগী সেক্রেটরিনা ভারত সরকারগী সেক্রেটরিদা থাখি। চিঠি অদুগা লোয়নননা অসামগী চীফ কমিস্নারগী সেক্রেটরিনসু ভারত সরকারগী সেক্রেটরিদা অতোপ্পা চিঠি অমা খৃঃ ১৮৮৬ কী এপ্রিলগী তাং ১৪ দা থাখি। মহাক্কী চিঠিগী মরোলদি (শন্নপ্না) "... কবো তম্পাক অসি মনিপুরদা অমুক হঞ্জিহনবগী ৱাফমসি চীফ কমিস্নার (অসামগী) না কর্নেল জোনষ্টোন (হান্না মনিপুরদা "পোলিটিকেল এজেন্ট" ওইনা লৈরম্বা) অমসুং মেজর ত্রোওর ("পোলিটিকেল এজেন্ট" ওইরম্বা) গা শিলোংদা খৃঃ ১৮৮৬ কী মার্চ তাং ৩১ দা কুপ্পা খন্নরে। য়াম্না মরু ওইবা ৱাফম অমনা কবো তম্পাক্তা খুন্দারিবা শান ( পোং কাংলুপ অমা) গী মীওইশিংনা তম্পাক অসি মনিপুরদা অমুক পুনশিনবা পামদে। তম্পাক অসিবু মনিপুরদা পুনশিন্নবা হোৎনরক্লবদি মখোয়না (শানশিংনা) তম্পাক অসি তোখায় তানবা খোঙজং চঙশিনগনি হায়বগী ৱাফম লৈ" হায়না চিঠি অদুনা পল্লি।

খৃঃ ১৯৩২ দা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহ অমসুং মনিপুর ষ্টেট দরবারনা কবো তম্পাক অসি মনিপুরদা অমুক পুনশিনবা পাম্বগী ৱাফম ফোংদোকখি। "বৃটিসনা বর্মা অসি মখোয়গী মখাদা লৈবা লৈবাক অমা অহুমসুবা লানগী (১৮৮৫/১৯৮৬) মতুংদা ওইরবনিনা ... কবো তম্পাক অসি খৃঃ ১৮৮৬ কী অদুৱাইদা মনিপুরদা অমুক তিনহল্লমবা য়াবনি।...মহারাজ অমসুং দরবারনা আশা তৌই মদুদি বৃটিসনা কবো তম্পাক অসি মনিপুরদা অমুক তিলহনগনি হায়না...।"[১৮৫] মহারাজ বোধচন্দ্র

সিংহনা পানবা মতমদা নিংথৌ মচাশিংগী মীফম ("চেম্বর ওফ প্রিনসেস") অমদা চেয়োল অমা থাঙগৎখি। চেয়োল অসিনা হায়খি, (শল্লপ্না) "...চেম্বর ওফ প্রিনসেসনা মাঙখিবা লমশিং অমুক হৃঞ্জিন্নবগী ৱাফম খন্নবদা অপেনবা ফোংদোকচরি, অমসুং মনিপুরগী মাঙখ্রবা কবো তম্পাকপু অমুক মনিপুরদা তিলহন্নবগী থবক পায়খৎপিনবা ৱাফম থমখি...।" মনিপুর লেজিস্লেতিভ এসেমব্লীদা খৃঃ ১৯৪৮ গী ওক্তোবর তাং ১৮ দা পিখিবা ভাষনদা বোধচন্দ্র সিংহনা হায়খি, "...(খৃঃ ১৮৩৪) গী সন্ধি পত্র অসিনা ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা স্কার মাইল ৭০০ লোম চাওবা কবো তম্পাক অসি মাঙখ্রে। মসিগীদমক্তা ঐখোয়না চহি খুদিংগী বর্মা (বৃটিস সরকার) দগী লুপা ৬,২৭০ ফংলি। কবো তম্পাক্না মনিপুরদা অমুক তিনশিল্লবদি হায়রিবা পৈশা অসি পীরকপা লেপকনি হায়দুনা সন্ধি পত্র অসিনা পল্লি...।" অসুক্কী মতিক হোৎনবা য়াবা হোৎনরবসু বৃটিস সরকারগী ফিরেপতা অহোঙবা লৈখিদে।

মনিপুর অমসুং বর্মা (হৌজিক্কী ম্যনমার) অনিগী ঙমখৈগী ৱাথোক অসি মনিপুরনা খৃঃ ১৯৪৯ দা ভারত্তা তিল্লবগী মতুং তারকপদা ফাওবা লোয়শিন্দ্রি। হৌজিক হৌজিক চান্দেল জিলাগী মনুংদা লৈবা মোলচাম খুঙ্গংগী শরুক খরা বর্মাগী সিফাইশিংনা লৌশিন্দুনা লৈরি। মসি ঙমখৈদা য়ুংবা উচুক মশিং ৩৩ শুবা (হৌজিক্কী অনৌবা উচুক মশিং ৬৬) অসি মথোঙ মরম খঙদনা মাঙখ্রবা মতুংদনি। মখোয়না লৌশিন্দুনা লৈরিবা লম অসি মখোয়গীনি হায়দুনা মখোয়না হায়রি। মনিপুর সরকারনা বর্মা সিফাইশিংনা লৌশিন্দুনা লৈরিবা লম অসিগী মতাংদা থিজিন্নবা "কমিতি" অমা শেমখি। "কমিতি" অসিনা হিরম অসিদা থিজিল্লবা মতুংদা অমসুং হৌজিক্কী মোরে মনাক্তা লৈবা নমফালোংগী মফম অসিসু য়েংশিল্লবা মতুংদা ভারত সরকারদা পাওদম অমা পীখি। হায়রিবা নমফালোং অসি হান্না মনিপুরগী ওইরমই অদুবু হৌজিক্তি বর্মাগী নাকলদা লৈখ্রে। পাওদম অসি পিখ্রবসু হৌজিক মনিপুর অমসুং বর্মাগী ঙমখৈগী চয়েৎনবা অসি অদুম লৈরি। করিগুম্বা ঙমখৈগী চয়েৎনবা অসিনা ভারতকী নোংচুপকী পাকিস্থানগা তায়নবা মফমদা ওইরম্লবদি ভারত সরকারনা করি তৌরমগনি?

মনিপুরগী অৱাং থংবা ঙমখৈ অসি হৌজিক ওইরিবা অসিদগী য়াম্না পাক চাওনা লৈরমই। মহারাজ গম্ভীর সিংহনা য়াম্লবা মনিপুরগী লান্মীশিং পুদুনা খৃঃ ১৮৩২ দা মতম অমদা নাগা হিলস হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্কী নাগালেন্দ অসিদা চত্তুনা মফমশিং অদু "য়েংশিনখি"। মহাক্কী খোঙচৎ অদুদা বৃটিস ওফিসার কেপতেন জেনকিনস অমসুং লেফটিনেন্ট পেম্বরতনসু য়াওখি। কুইরবগী মমাংদা মনিপুরীশিংনা নাগা হিলস

অসিগী য়াম্না মনুং চঙশিন্না লৈবা লমশিংদগী লোয়পোৎ খোমগৎলমই হায়না জেমস জোনষ্টোন্না মহাক্কী লাইরিক "মনিপুর এন্দ নাগা হিলস" হায়বদুদা ইরমই। নাগা হিলসকী খুল অয়াম্বা - খ্বাইদগী চাওবা কোহিমা য়াওরগা - মনিপুরগী মখাদা থনমই অমসুং মফমশিং অদুদগী লোয়পোৎনচিংবা খোমগৎলমই হায়না জোনষ্টোন্না মখা তানা ইরমই। মনিপুরীশিংনা মফম অদুদা তোয়না চৎতুনা লোয়পোৎ খোমগৎখি। লাই ওইখ্রবা ইপা ইপুশিংনা য়াম্না মওং তানা থম্বীরম্বা লৈবাক্নি। হৌজিক্কী নাগালেন্দদা লৈরিবা দিমাপুর সহরদা ধনসিরি হায়বা তুরেল অমা চেল্লি। খৃঃ ১৮৩৫ দা ধনসিরি অমসুং দোয়েং (দিমাপুরদগী পংলাপ লাপতে) অনিগী মরক্তা লৈরিবা জঙ্গলশিং অসি মনিপুর অমসুং অসামগী ঙমখৈনি হায়না লৌরমই। মসিগী মতুংদা "য়াম্নদি শেংদবা" মনিপুর অমসুং নাগা হিলস অনিগী ঙমখৈ অমা "য়াৎলমই"[১৮৬] । ঙমখৈ অসি বৃটিসকী মনিপুরদা লৈবা "পোলিটিকেল এজেন্ট" কেপতেন গোরদোন অমসুং অসামগী নাওগোং জিলাগী বৃটিস ওফিসার "প্রিনসিপাল এসিষ্টেন্ট" লেপটিনেন্ট বিগস অনিগী মীফম অমদা য়াৎখিবনি। হায়রিবা গোরদোন-বিগস অনিনা য়াৎপা মনিপুর অমসুং নাগা হিলস অনিগী ঙমখৈ অসি অঙ্গামী নাগাশিংনা থওইনা লৌখিদে। মতম অদুদা ঙমখৈদা ঙহাক লৈতনা খৎন-চৈনবা থোক্তবা নত্তে। অকোনবদা নাগা হিলস অসি বৃটিসকী মখাদা লৈরকখি। বৃটিসকী "পোলিটিকেল এজেন্ট" অমগী মখাদা থমখি অমসুং সামাগুদতিং হায়রিবা মফম অসিদা হেদ ক্বাতরস ওইখি। মহাক্কী সাশন অদু চীংগী খুঙ্গং খরদমক ওইখি। চীংদা লৈবা খুলশিংগী মরক্তা ঙহাক লৈতনা অমগা অমগা খৎনবা, ঙমখৈদা হাৎন-শুনবনচিংবা থৌদোক কয়া থোকপা মরম্না বৃটিসনা খৃঃ ১৮৫১ গী অদুৱাইদা হায়রিবা মফমশিং পুন্নমক (হৌজিক্কী নাগালেন্দগী মনিপুরগা তায়নবা খুল অয়াম্বা) অসি মনিপুর সরকারগী মখাদা থম্বা পাল্লমই। জোনষ্টোন্না অসুন্না ইরমই, ". . . করিগুম্বা চীংশিং অসি বৃটিস সরকারনা লৌশিনবগী ৱাখল লৈত্রবদি, মনিপুরগী ঙমখৈগী মনুংদা লোয়না লৈহনবনা ফরমগদবনি। মনিপুরগী মহারাজনা অথিংবা খরগী মখাদা মহাক্না ঙম্বা লম মখৈ লৌশিনহন্দুনা চীংশিং অসি মনিপুরগী মনুংদা লৈবনা অফবা থবক ওইরমগদবনি। অদু ওইরবদি বৃটিসনা খুদোং থিবা কয়া মায়োক্নরম্লোইদবনি।"

খৃঃ ১৮৫৪ গী মার্চ থাদা অঙ্গামী খরনা মনিপুরগী ঙমখৈ লানশিল্লকপদগী লৈবাক অসিগী লান্মীশিংনা মোজুমা হায়রিবা খুল অসিদা লান্দাশিন্দুনা অমাং অতা কয়া য়াওহনখি। মফমশিং অসিদা খুল অমগা খুল অমগা ঙহাক লৈতনা খৎনৈ। মতম

অদুগী মনিপুরগী ঙমখৈ অদু য়াম্না পাক চাওনা লৈরমই। মেজেফফিনা হায়রিবা খুল অসিনা খৃঃ ১৮৭৪ গী মার্চ থাদা বৃটিসনা মখোয়বু খরা ঙাকপী শেনবীনবা হায়রকখি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মোজুমা হায়রিবা খুল অসিনা মেজেফফিনাদা ঙহাক লৈতনা লান্দাশিল্লকপদগীনি। মনিপুরগী লান্মী লুচিংবা বলরাম সিংগী মখাদা লান্মী ময়াম অমা জোনষ্টোনগা চৎলগা মোজুমাবু অমুক নমথনবা হোৎনখি। অদুবু ঙমখৈদা লৈবা কোঙ্গাল থানাদা বর্মানা লান্দাশিল্লক্লে হায়বদগী জোনষ্টোন অমসুং সিফাই খরা লম্বীদগী হনখি। মনিপুরীশিংনা মোজুমা খুলবু নমথখি। অমুকসু খৃঃ ১৮৭৯ দা অঙ্গামীশিংনা বৃটিসকী "পোলিটিকেল এজেন্ট" (নাগা হিলসতা লৈবা) দামান্টতা লান্দাশিল্লে তাবদগী জোনষ্টোন্না মনিপুরী লান্মীশিংগা মফম অদুদা চত্তুনা ফিভম অদু লাকশিনখি। মনিপুরগী অৱাং থংবা ঙমখৈদা য়াম্না চাওনা অহোঙবা অমা লাকখিবসি মনিপুর অমসুং বৃটিস অনিগী খৃঃ ১৮৯১ গী লান অদুগী মতুংদনি। লান অসিগী মতুংদা মনিপুরগী অৱাংথংবা ঙমখৈ অসি পিকশিল্লকখি লোয়ননা হৌজিক্কী মাও অসিদা ওইখি। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবদা মাও অসিনা মনিপুর অমসুং নাগালেন্দগী ঙমখৈনি। চহি চা কয়াগী মমাংদগী মাও-মরাম চীং অসি লৈবাক অসিগী শরুক অমনি হায়বদুদি মমাংদা তোয়না পঞ্জখ্রে। মতম অমদা দিমাপুরদা চেনবা ধনসিরি তুরেল অদুৱাইদা মনিপুরগী ঙমখৈ ওইরম্বদু হৌজিক্কী মাও অসিদা লৈবাক অসিগী ঙমখৈ ওইখি।

য়াম্না কুইরৱগী মমাংদা মনিপুরগী খা থংবা শরুক্কী ঙমখৈ অসি ফজনা য়াৎলমদে। মহারাজ পামহৈবগী (গরিবনৱাজ) মতমদা (চাওরাক্লা খৃঃ ১৭৩৪-৩৫) কুৱাই, তুৱাই অমসুং তঙাংলোক তুরেল অহুমগী উনফমদা ঙমখৈ মশক খঙনবা নুং অমা য়ুংলমই।[187] নুং অদুদা মৈতৈ ময়েক্লা অসুম্না ইরমই ঃ "... তুৱাই (হৌজিক্কী তুইভাই) তুরেলগী অৱাং থংবা লম অসি মনিপুরগীনি। লুসাইশিংনসু (হৌজিক্কী মিজোরাম) তুৱাই তুরেল অসিনা মনিপুর অমসুং মসিগা থংনবদা লৈরিবা লমশিং অসিগগী ঙমখৈনি হায়না লৌই। খৃঃ ১৭৮৬-৮৭ তা মহারাজ জাই সিংহনা মহারাজ পামহৈবনা য়াৎলম্বা খা তংবা শরুক্কী ঙমখৈ অদু ময়েক শেংলবা ঙমখৈনি হায়না লৌখি। মহাক্লা তুৱাইদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা চীবু ফাওবা চৎখি। চীবুদা পুম্রি অমা তৌদুনা মফম অদুগী কুকি প্রজাশিংনা শিজিন্ননবা থুম শুংখি।[188] অদুবু অতৈ ঙমখৈদা তৌবগুম মফম অসিদসু অমগা অমগা ঙহাক লৈতনা খৎন-চৈনবগী থৌদোক কয়া থোকখি। মরু ওইনা লুসাইশিংনা সুকতি হায়বা কাংবু অমগা হাৎতোক হাৎচিন য়াম্না তৌনখি।

বৃটিসকী গোভর্নর জেনরেলনা খৃঃ ১৮৭১ দা মফমশিং অসি য়েংশিন্নবা মীহুৎ কাংবু অমা থাখি। মনিপুরগী মতেংসু নিরকখি। মহারাজ চন্দ্রকিতিনসু মনিপুরগী লান্মী কাংবু অমগা বৃটিস ওফিসার জেনরেল নুথালগা লোয়নননা মফম অদুদা থাখি। মদুগী মতুংদা ভোনপিলাল, পোইবোই, অমসুং ভোনোলেন্দা লৈবা চীংমী খুদিংমক্কী কা হেনবা থবকপু লাকশিল্লবা মতুংদা "মখোয়দগী লোয়পোৎ খোমগৎখি।"[১৮৯] মতম খরগী ওইনা মফম অদুদা শান্তী লৈখি। মতাং অসিব্রাইদা পোইবোই, লেংখুম, দামবুন অমসুং সাইলেথতগী খুলগী লুচিংবা ২৩ না মনিপুরগী লুচিংবা জেনরেল থঙ্গাল, বলরাম সিংহ অমসুং জেনরেল নুথালদা হায়খি মদুদি "ঐখোয় (হায়রিবা খুলশিংগী লুচিংবশিং) মনিপুরগী মহারাজগী প্রজাশিং ঙাক্তনি।"[১৯০] তুব্রাই (তুইভাই) তুরেল অসিনা মথায় থায়ন্দগী মনিপুরগী খা থংবা ঙমখৈনি হায়বসি লুসাই অমসুং মফম অসিব্রাইদা খুন্দাবা কুকিশিংনা খঙই।[১৯১] খৃঃ ১৮৯২/৯৩ গী অদুব্রাইদা মনিপুরগী খা থংবা শরুক্কী ঙমখৈ অসি ফজনা য়াৎথোক্লবা মীওই কাংবু অমদা থবক ওইনা পাংথোক্লবা শিন্নখি। বর্মাগী "চীন হিলস" কী "পোলিটিকেল ওফিসার" বি এস কেরে অমসুং মনিপুরদা লৈবা "পোলিটিকেল এজেন্ট" এ. পোরতিওসনা খৃঃ ১৮৯৪ গী জানুব্রারীগী তাং ২৭ তা কবো তম্পাক্কী তিন জিনদা উনদুনা ব্রা খন্নখি।[১৯২] মীওই অনি অসিনা লুংলেন চীংদগী নোংচুপলোমদা তিপাইমুক ফাওবা ঙমখৈ য়াৎথোকখি। মখোয়না য়াৎখিবা ঙমখৈ অদু বৃটিসকী ভারত সরকারনসু খৃঃ ১৮৯৮ দা "অয়াবা পীরমই"। মদুগী ঙমখৈ অদু হৌজিক্কী খা থংবা শরুক্কী মনিপুরগী ঙমখৈ অসিনি। তুব্রাই হায়রিবা তুরেল অসি হৌজিক্কী তুইভাই অসিনি। তুইভাই তুরেলনা মনিপুরগী হৌজিক্কী খা থংবা শরুক্কী ঙমখৈনি।

# নুঙ অনিগী মরক্তা হা

আর্মদ ফোর্সেস (অসাম এন্দ মনিপুর) স্পীসিয়েল পাৱরস এক্ট ১৯৫৮ ("তমথিরবা অমুবা আইন") অসি মনিপুর শিন থুংনা চৎনবা হৌরক্লবা মতুংদগীদি মশিং য়াম্লবা সিফাইশিং লৈবাক অসিদা থাজিনবা হৌরকখ্রে হায়বসি মমাংদা পঞ্জখ্রে। য়ামখ্রবা লান্মীশিং অসি চঙলকপদা প্রজা পুন্নমক মীপায়বা ফাওখি। সহর, খুঙ্গং, চীংশিং পুন্নমক্তা লৈরিবা মীওইশিংগী মায়থোঙশিং ইমক মকশিন্না উখি। মপান্দগী চঙলকপা ৱাং চাওবা, মনাতোন তুম্বা, মমিৎ লাওবা, মকোই চোম্বা হিন্দী ঙাংবা আরয়ান মীওইগী সিফাইশিংনা থিক নেম্বা, মনাতোন নম্বা, মমিৎ খুবা মোঙ্গোইলদকী মীওইশিং ওইবা মনিপুরগী প্রজাশিংবু "লালহৌবা মীওই ঙাক্তা ওইনা উখি।" নাকল অনিগী মরক্তা লোন ফাওনদবা অসিনসু মরম ওইদুনা নাকল অনি য়ান্না "থাপ্না, থাপ্না" লৈনখি। অসিগীসু মথক্তা নৌনা চঙলকপা সিফাইশিং অদুনা লালহৌবা মীওইশিং অদুগী মরমদা "মমুৎ তাবা পাওনচিংবা ফজনা খঙলমদে"। য়ুমদা থবক ইনখাং শুদুনা লৈবা নুপীশিং, ওফিস কাদুনা থবক তৌবা মীওইশিং, লাইরিক লাইশু তম্লিবা ছাত্রশিং, নোংমগী খুৎশুমন তাল্লগা পুন্সি লেল্লিবা মীওইশিং পুন্নমক্কী থম্মোইদা ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিনা লাংতক্লবা ফাওহনখি। ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিনা মরম ওইদুনা মপাঙ্গলদি শোল্লবা, মরৈবাক্কী নুংশিজবা, করিমত্তা তৌবদি ঙমদ্রবা অহল ওইরবা মীওই কয়াদি মনিপুরগী তুংগী খনবদা মদুনা মরম ওইদুনা লায়না অমা ওইরম্বা য়াই।

অহলশিংদা নত্তে। নহারোল নৎত্রগা মীওই কয়াসু করিমত্তদি তৌবা ঙমদবা অদুগা ওইরক্লিবা ফিভমশিং অসিদদি খাঙবা ঙমদবা মীওই কয়ামরুম য়াওখি। লালহৌবগী ইহৌ লৈরকপদগীনা ঙসি ফাওবদা থোকখ্রিবা লালহৌবগা মরি লৈনবা থৌদোক খুদিংমক লাইরিক অসিদা পনবা ওইথোক্তে। মরু মরু ওইবা থৌদোক কয়া থোকখ্রে। মীওইবগী হক শোকপা থৌদোকশিংসু মশিং থিঙমদনা থোকখ্রে। হায়রিবা হক শোকপগী থৌদোকশিং অসি মালেমগী অতোপ্পা মফম অমদা থোক্লম্লবদি লৈবাক অদু কাং খোং চায়রমগদবনি। মনিপুরদদি মসি হামু হামু লৌনরক্লি। মসি "য়াম্না লানবা ৱাখলনি"। লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা মুন্না খঙ্থবিফম থোকই মসিগী মতাংদা। মীওই অমা মরম চাদনা হাৎপা নৎত্রগা মফম খঙদনা মাঙহনখিবা হায়বসে

তরাইনা লৌফম শুংথোক থোক্তে। লাইবক থিবদি মনিপুরগী মীওইশিংনা ঙসি থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোকশিং অসি লাইবক্তা "তন্নবনি" হায়বগী ৱা ওইনা লৌনরক্লি। মসি অফবা ৱাখল নত্তে। মীওই অমা মরম চাদনা হাৎপা, শিবদা প্রজাশিংনা ঙমজবী থাদুনা অসিগুম্বা থৌদোক অসি মতুং তানা থোক্তনবা হোৎনগদবনি। লাইবক থিবদি প্রজাশিংগী মীকপ মীরোলখোলবু মরি লৈনবা মীওইশিংনা নিংথি নুঙাইনা তাবিদবা অসিনি। য়াম্না মীয়ামগী ওইবা, শান্তীগী পাম্বে শিজিন্নদুনা মীচম প্রজাশিংনা লালহৌবা মীওই থিবগী মমিংদা প্রজাশিং ওৎকনু হায়দুনা সভা যাত্রানচিংবা চৎপদসু নৎত্রগা হায়জদবসু য়েকনবা মীওইশিংদা তৌগদবা মওংদা প্রজাগী খোল্লাওবু অকন অরিং শিংদুনা ঙহাক লৈতনা নমথবিরি। কনাদা ৱাকৎলুগনি। লালহৌবা মীওইশিং থিবা হুম্বগী থবক পাক শন্না চত্থরকপদা মীচম প্রজা চা কয়ানা অৱাবা, অনাবা, পুন্সি মাঙবা কয়া য়াওখিবা অদু লৈবাক অসিগী ইতিহাসকী লমায়দা ময়েক লানা লানা ইদুনা লৈহৌরগনি। লালহৌবা মীওইশিং থিবা ফংদদুনা মীচম্লোমদা ওনশিল্লকপা থৌদোক কয়া য়াওখ্রে। থিঙেলদা তায়নবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তায়নৈ হায়বদু তারে।

✦ মহাক ইচম চম্বা লৌমী অমনি। মহাক্কী মরু ওইবা মথৌদি লৌবুক্তা কুমদুনা লৌ শুদুনা মহাক্কী ইমুং মনুং হিংবা ঙম্নবা হোৎনজবনি। চহি ৪৩ মুক শুরবা চান্দম চাওবা হায়বা মীওইসি ইম্ফালদগী অৱাং-নোংপোকলোমদা কিলোমিতর ২৫ মুক চৎলগা লৈবা পুখাও তেরাপুর হায়বা খুল অদুদগীনি। মহাক্কী মচা তরেৎ লৈ। চাওবা লাইররবসু আশা য়াম্না চাওজবা মীওইনি। লৌউ-শিংউগী মতম নত্তবদা মহাক্কী লোয়নবী নুংশিতোম্বীগা হিঙ্গোল কোয়দুনা মনা মশিং থা খোৎ তৌদুনা অহেনবা শেল তান্নবা হোৎনবা মীওইনি। লাইরজরবসু মচাশিংবু অনকপা খুঙ্গংগী মহৈ তম্ফম শঙশিংদা থাদুনা লাইরিক হৈনবা হোৎনখি। য়াম্না ইংনা চীক্না পানজবা ইমুং মনুংনি।

নোংমা থবক ৱানা শুরুরগা চাওবা নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা পোত্থানবা শেম শাদুনা লৈরমই। অদুবু খঙহৌদনা থোঙ থিল্লকপা মখোল অমা তাখি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮১ গী জানুৱারী তাং ১০ গী নুমিদাংনি। "চাওবা, চাওবা" হায়না কৌরকখি। নুংশিতোম্বীনা খনখি করিনো অথেংবা অহিং অসিদা লৈকাইগী নৎত্রগা য়ুমথংনবদা অনা অয়েক্কা য়াওবা জাৎলা। করিমত্তা নাচুংবা তৌদনা মহাক্কা মমাং থোঙ অদু হাংদোকখি। সেকেন্দ অমা অনিগী মনুংদা খুৎলায় পায়বা ময়াং সিফাইশিং ইমুংদা চঙলকখি। মখোয়গী মরক্তা মনিপুরী ঙাংবা হৈবা মীওই অমসু য়াওখি। "চাওবা

কদাইদা লৈ।" থংনবা কাদা লৈরিবা চাওবনা তারদুনা কনা কনানো খঙনবা মথংগী কাদা থোরকখি। সিফাইশিং অদুনা চাওবদা লৈকাই অদুগী লালহৌবা য়াওবা নহাৱোল কনা কনানো মশক তাকউ হায়খি। চাওবনা মহাক্তি কনা অমত্তা খঙদে হায়না খুমখি। কুইথদনা মমিৎ অদু ফি অমুবা অমনা পুনশিল্লগা নমফুদা চাওববু পুরগা চৎখি।

নুংশিতোম্বীনা ফন্না কন্না মহাক্কী মপুরোইববু পুখিদনবা হোৎনখি অদুবু অরেম্বা তাখি। মনিপুরী নুপী অমনা সিফাইশিংনা নুমিদাং মী অমা ফাবদা মথন্তনা করি তৌবা ঙমগনি। চীফ মিনিষ্টর রিশাং কৈশিংনা মনিপুর এসেমব্লীদা খৃঃ ১৯৮১ গী জুলাইগী তাং ৩১ দা হায়খি মদুদি চাওবা অসি সি আর পি এফ কী ৫ শুবা বতালিয়ানগী মীওইশিংনা ময়ুমদগী ফাখি। অদুবু কৈশিংনা চাওববু "থাদোকখি" হায়বা ৱা শুকপন পনখিদে। সি আর পি এফ কী মীওইশিংনদি চাওবা খৃঃ ১৯৮১ গী "জানুৱারী তাং ১৩/১৪ গী লোন্নবা অহিংদা ময়ুমদগী ফাখি।" অদুগা জানুৱারী তাং ১৪ গী নুংথিল পুং ৫ মিনৎ ৩০ মুক্তা "থাদোকখি।" সুপ্রেম কোর্ট য়ৌনা মতম শাংনা কেস চখখি। অকোনবদা কোর্টনা চাওববু সি আর পি এফ কী মীওইশিংনা ফাখি হায়বা য়ারমই অমসুং "থাদোকখি" হায়বা ৱাফমদুদি য়াখিদে। সি আর পি এফ না মখোয়না হায়রিবা ৱাফমদু চুমই হায়নবগীদমক "শাজিনবা চে-চাং" কোর্টতা পুথোকই হায়না বিচার তৌরিবা জর্জশিংনা কোর্টতা হায়খি। কোন্নথংদা চান্দম চাওবগী ৱাফম অসি সি আর পি এফ না "লুপা লাক্ষ অনি চাওবগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদা পিরগা তায়শিন্নখি।" পৈশা পিখি হায়বসি কোর্টনা "খঙখি"। চান্দম চাওবা অসি সি আর পি এফ কী মীওইশিংনা ওৎ-নৈরগা ৱাহং পাওহং তৌবদা শিখিব্রা? মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু সি আর পি এফ কী লৈফম কেম্পকী মফম অমদা ফুমজিনখিব্রা? ৱাহংশিং অসি হৌজিক ফাওবা পাওখুম পিবা ঙমদ্রি, অদুবু চল্লবা লৌমী অদুদি ফাখিবা নুমিৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা হল্লক্তে। "তমথিরবা অমুবা আইন" না মনিপুরদা জারিখ্রবা মতুংদা মীচম ফারগা মাঙহনখিবগী থৌদোক অসি চান্দম চাওবগী অসিনা অহানবা নত্তে। লালহৌবা মীওইশিং থিবা হুম্বগী থবক চখরকপদা মীচম প্রজা হাৎতোকপা, মাঙহনখিবা, শোকহনবগী থবক অসি চাওবগী থৌদোক অসিদগী মথং মথং লেপ্তনা চখরকখি। অসিগুম্বা পামদবা থৌদোক খুদিংগী প্রজাশিংনা মখা তানা থোক্তনবা ফনা য়াম্না সরকারদা হায়জখি, য়ানিংদবা খোঙজৎ কয়া চৎখি, বন্দ কয়া তৌখি অদুবু সরকার পায়বা মীওইশিংনা করিমত্তা নাচুংবা ফাওখিদে। অসুম্না তপ্না তপ্না মনিপুর অসি "লানফম" অমসুং "মীহাৎপুঙ" অমা হায়বদু ওইরকখি।

✦ খুৎলায় পায়বা ভারত সরকারগী লান্মীশিংনা মনিপুরগী মৈতৈ নহারোল অয়াম্বা মতম অমদা লালহৌবা মী ওইনা উখি। হৌজিকসু উরি। মসি য়াম্না লাইবক থিবনি। অসিগীসু মথক্তা ভারত লৈবাক্তা লৈমিন্নবা "মচিন-মনাও" শিংনি হায়বগী ৱাখল ফাওখিদবা (নৎত্রগা ফাওদবা) মাক্লি।

নুপা অনিমক চহি কুন খরা হেল্লকপদা ঙাইরিবা মীওইনি। লৈফমসু নক্লে। থোকচোম লোকেন্দ্রা শিংজমৈ মখা পেবিয়া পন্দিৎ লৈকাইদগীনি। অদুগা কাঙুজম লোকেন্না লোকেন্দ্রগী ময়ুমদগী খরা চৎলগা লৈবা খোংমন মখা লৈকায়দগীনি। অনিমক ইম্ফালদগী পংলাপ লাপ্তবা মফন্নি। লোকেন অমসুং লোকেন্দ্রা অসি ১৫ শুবা জম্মু এন্দ কাস্মির রাইফলসকী লান্মীশিংনা খৃঃ ১৯৮০ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ দা ময়ুম ময়ুমদগী ফাখি। নুমিৎ ফনা য়াল্লবা ফাওবদা মখোয় অনি অসি ময়ুম ময়ুমদা হল্লক্তবদগী কোর্টতা লান্মীশিংগী মায়োক্তা দরখাস্ত থাখি। প্রজা মীয়াম্নসু মখোয়বু থাদোরকউ হায়দুনা লান্মীগী কা হেনবা থবকপু য়ানিংদবা উত্তুনা খোঙজং কয়া চঙশিনখি। অকোনবদা সুপ্রেম কোর্টনা মনিপুরগী দিষ্ট্রিক জর্জবু লোকেন, লোকেন্দ্রবু ফারগা "মাঙখিবা" অসিগী মতাংদা থিজিন্নবা খঙহনখি। দিষ্ট্রিক জর্জ অদুগী খৃঃ ১৯৮৯ গী থিজিনবগী পাওদম মতুং ইন্না "লোকেন অমসুং লোকেন্দ্রা হায়রিবা মীওই অনি অসি ১৫ শুবা জম্মু এন্দ কাস্মিরগী লান্মীশিংনা ফাখি অদুবু হৌজিক ফাওবা থাদোরক্ত্রি।" মসিগী মতুং তাবদা সুপ্রেম কোর্টনা খৃঃ ১৯৯১ গী আগষ্টকী তাং ২ দা ৱারেপ অমা তারবা মতুংদা ভারত সরকারবু লোকেন অমসুং লোকেন্দ্রাগী ইমুংশিংদা লুপা লাক্ষ অমা মখায়/লাক্ষ অমা মখায় পিনবা খঙহনখি। মনিপুর সরকারনা মখোয় অনি অসি শিখ্রব্রা নৎত্রগা আইন্না য়াদবা মওংদা ফাজিল্লগা থম্লিব্রা হায়বদুসু থিজিন্নবা খঙহনখি। মনিপুর সরকারনসু মরাল লৈবা মীওইশিংবু দন্দী পীনবগী অপাম্বদুসু ফোংদোকখি। অদুবু অশিবনা মাঙজৈ হায়বা ৱাহৈ অদু তাখি। লোকেন/লোকেন্দ্র অমুক হন্না মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা হল্লক্লে। মখোয় লান্মীশিংনা মীওৎ-মীনৈগা লোয়ননা ৱাহং পাওহং তৌবদা শিখ্রব্রা ? অদু ওইরবদি কয়া য়াম্না থিনা মখোয়বু ওৎলমগনি। প্রজা মীয়াম্না খঙলবা ৱাফম্নি।

✦ সরকারগী সিফাইশিং/লান্মীশিংনা লালহৌবা মীওইশিং থিবা হুম্বগী মমিংদা মীচম ফারগা "মাঙহনখিবগী" (নৎত্রগা হাৎতোকখিবগী ?) থৌদোক অসি লৈবাক অসিদা মশিং থিঙমদনা থোকখ্রে। চান্দম চাওবা, কাঙুজম লোকেন, থোকচোম লোকেন্দ্রা, য়ুমলেম্বম সনামচা, লাইশ্রম বিজোয় কুমার (থাঙমৈবন্দ, ইম্ফাল),

খুন্দ্রাকপম য়াইমা ওর্কে বোয়াই (ছাত্রনি। ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল), তয়াব অলি (পোৎয়োনবা মীনি। কাইরং মুসলিম লৈকাই, ইম্ফাল), নচিংবা মীওইশিং অসি লালহৌবা নহারোল থিবগী মিংদা সিফাইশিংনা ফারগা মথোঙ মরম খঙদনা "মাঙখ্রবা" ("হাৎখ্রবা হায়গদরা?) লৈবাক অসিগী মীচম প্রজা ঙাক্তনি। বিজোয়কুমার অসি হিন্দী ঙাংবা সিফাইগী ফিজেৎ শেৎপা (মখোয় অশেংবা সিফাইরা, সিফাই নৎত্রা খঙবা ঙমখিদে) মীওইশিংনা ময়ুমদগী খৃঃ ১৯৯৬ জুনগী তাং ৪ দা পুখিবনি। লৈবাক অসিদা লৈরিবা সংস্থান অমসুং মীওই কয়ানা থা তরুক হেন্না খোঙজং কয়া চঙশিন্দুনা মহাকপু ফাখ্রিবা মীওইশিং অদু মশক মমিং তাকউ হায়বদু কনা অমত্তনা পাওখুম পীরকখিদে। মহাক কনানা ফাবনো, করিগীদমক ফাখ্রিবনো হায়বদু হৌজিক ফাওবা খঙদনা লৈরি।

খোইশাওনরবা মনিপুরগী প্রজাশিংনা মীচম ফারগা "মাঙহনখিবগী" মায়োক্তা লৈবাক পুংজাও থিন্দুনা পেন্দবা ফোংদোকপদা নত্তনা মরাল লৈরবা মীওইসিংবু দন্দী পীবিয়ু হায়দুনা অসুক কুইরবা চহি কয়াসিদা তকশিন্দুনা লাক্রি। মনিপুর প্রজানা থেংনরিবা পেন্দবা, নুঙাইতবা থৌদোক ৱাথোক অসি কনাদা ৱাকৎলুগনি।

মহাক ক্লাস তেন (মেত্রিক পরিক্ষা থাগদবা ছাত্র) তল্লিবা নহা অমনি। পরিক্ষা নকশিল্লকপনা মরম ওইদুনা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং থেংনা থেংনা লাইরিক পারমই। খুঙ্গংগী লম ওইবা মরম্না অয়ুক নুংথিলদনা ইমুংগী, হিঙ্গোনগী থবক ইনখাং শুবনা নুমিৎ লৈরিঙৈদা লাইরিক পানবা মতম কয়া ফংদে। মরম অদুনা নুমিদাং মতম খরা ফংবদা লাইরিক পাদুনা পারিক্ষা থানবা শেম শাদুনা লৈরমই।

য়ুমলেম্বম সনামচা ইনখৎলকপদা ঙাইরিবা চহি ১৫ মুক্তা শুরিবা নহা অমনি। নোংমা নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা ইমুং মনুংগী মীওই পুন্নমক তুমথখিদুনা পোখাখিবদা ঙাইরি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৯৮ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১২ নি। মফম্না ইম্ফাল নোংপোক জিলাগী অংথা হায়রিবা খুল অসিদা লৈবা মহাক্কী ময়ুমদনি। নোংয়াই মতুং ইকুই কুইথদনা থোঙ থিল্লকখি। "সনামচা, সনামচা" হায়দুনা কৌরকখি। ইমুংগী মীওইশিং মীকপ থোকখি। "কনানো অসুক থেংলবা মতমসিদা" হায়না মখোয় চঙক্লখি। ঙহাক লৈরগা খঙনবা মীওইগী খোঞ্জেল মানবা অমনা হায়রকখি, "সনামচা থোঙ হাংদোকউ।" অসুম তৌদুনা ১৭ শুবা রাজ রাইফলসকী লান্মীশিংনা নুমিদাংগী থেংলবা মতম অদুদা সনামচাবু ময়ুমদগী ফাদুনা পুখি। লান্মীশিং অদুনা হান্না সনামচাগী লৈকাই অদুদা লৈবা মমান্নবা ইনাও অমসুং বিমোলবু ফারকখ্রবনি। সনামচা, ইনাও,

বিমোল ফাখ্রে হায়বগী পাও খঙনরকপদগী লৈকাইগী মৈরা পাইবী অমসুং অতৈ মীওইশিংনা অনকপদা লৈরিবা লান্মীগী কেম্পতা ফেব্রুৱারী তাং ১৩ গী অয়ুক্তা সভাযাত্রা চত্তুনা ফাখ্রিবা মীওইশিং খুদক্তা থাদোকউ হায়দুনা দাবি তৌখি। ইনাও, বিমোল অনিমক য়াইরিপোক পুলিস ষ্টেসন্দা খুৎশিন্নরকখি। সনামচাবু খুদক্তা থাদোররুবা মশিং থিঙমদ্রবা মীওই কয়ানা চীফ মিনিষ্টরগী ইম্ফালদা লৈবা ওফিসকী থোঙ্গান্দা ফেব্রুৱারী তাং ১৪ গী অয়ুক্তগী নুমিদাং পুং ১০ তাবা ফাওবা ধারনা চখখি। অংথাদসু ছাত্র/প্রজা চা কয়ানা খুলদগী সিফাইগী লৈফম কেম্প ফাওবা য়ানিংদবা খোঙচৎ চত্তুনা সনামচা খুদক্তা থাদোরকউ হায়দুনা দাবি তৌখি। হন্দক্কী মতাং অসিদি মমাংদা থোকখিবা থৌদোকশিংগা খরা খেন্নে। কনা অমত্তনা হায়নরুবা/তান্নরুবা তৌদনা মনিপুর শিন থুংনা "সনামচা থাদোকউ, সনামচা থাদোকউ" হায়বা খোল্লাও লাওনরকখি। মনিপুর বন্দ কয়া কৌখি। লৈকাই, লৈকাই, খুঙ্গং, খুঙ্গং মফম কয়াদা য়ানিংদবা মীফম ফমদুনা "সনামচা খুদক্তা থাদোকউ হায়দুনা দাবি তৌখি।" থা কয়া চুপ্পা চরা হেনবগী, য়ানিংদবা খোঙচৎ অমদি অতৈ খোঙজং কয়া চঙশিনখি। গৌহাতি হায় কোর্টতা সনামচা ফাখ্রগা ময়ুমদা হল্লক্নে, মহাকপু থিবিয়ু হায়দুনা দরখাষ্ট থাখি। গৌহাতি হায় কোর্টনা খৃঃ ১৯৯৮ গী মার্চ তাং ৯ দা ৱারেপ অমা তাদুনা দিষ্ট্রিক্ট এন্দ সেসন জর্জ (ইম্ফাল ইষ্ট) বু সনামচা মাঙখিবগী মতাংদা থিজিন্নবা খঙহনখি। মরক অসিদা মনিপুর সরকারনসু খৃঃ ১৯৯৮ গী মার্চ তাং ১২ দা সনামচাগী মতাংদা থিজিন্নবা পোত্থারবা জর্জ অমনা লুচিংবা "কমিসন ওফ ইনক্বারি" অমা লিংখৎখি। অদুবু প্রজা মীয়ামগী অশাওবা, পেন্দবা অদুদি কোকহনবা ঙমখিদে। প্রজা মীয়ামদা নত্তনা লমদম অসিগী পাওচেশিংসু "মী ফাখ্রগা মাঙহনখিবগী" থৌদোকশিং অসিগী মায়োক্তা পেন্দবা ফোংদোকপা ওইনা খৃঃ ১৯৯৮ গী এপ্রিলগী তাং ১৫ গী ইদিতরগী ৱারোল ফোংদোকপা লমায় অদু ৱারোল ফোংদোক্তনা হাংহন্দুনা থমখি। সনামচা অসি লান্মীশিংনা ফারগা হাত্তোকখ্রবা হায়বগী চীংনবা মীয়াম প্রজানা ফাওনখি। মরমদি সরকারগী লান্মীশিংনা (আর্মিনা) মনিপুর সরকারনা সনামচা মাঙখিবগী থিজিন্নবা শেমখিবা "কমিসন ওফ ইনক্বারি" অসি শেমফম থোক্তে হায়দুনা গৌহাতি হায় কোর্টতা শেমহন্দনবা দরখাষ্ট থাখি। গৌহাতি হায় কোর্টনা দরখাষ্ট অদু লৌখিদে। গৌহাতি হায় কোর্টকী হুকুম অমগী মতুং ইন্না দিষ্ট্রিক এন্দ সেসন (ইম্ফাল) জর্জ বিনোয়কুমারনা সনামচা মাঙখিবগী থৌদোক্তু থিজিনবগী পাওদমদা অসুম্না হায় : "সনামচা অসি লান্মী (আর্মি) গী কাংবু অমনা খৃঃ ১৯৯৮ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ১২/১৩ গী লোন্নবা অহিংদা মহাক্কী ময়ুম অংথা ময়াই লৈকাইদা লৈবদগী ফাখি।

সনামচা অসি থাসু থাদোরক্তে নৎত্রগা পুলিসতসু শিন্নরক্তে। অদুগা মহাকপু লালহৌলুপ ইয়ু এন এল এফ কী মীওই অমনি হায়বগী চপ চাবা প্রমান পীবা চেচাংসু লৈতে।" মনিপুর সরকারনা লিংখৎখিবা "কমিসন ওফ ইনকারি" গী পাওদম অদুসু খৃঃ ১৯৯৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৫ দা সরকারদা পীশিনখ্রে। মসিদা করি ইরি হায়বসে মনিপুর সরকারনা প্রজাদা ফোংদোকখিদ্রে।

মতাং অসিদা পনবা য়াই। লান্মীশিংগী অচৌবা ওফিসার জেনরেল ওফিসার কমান্দিং (ইষ্টর্ন রিজন) কোলকাতাদা লৈবনা লান্মীগী থিজিন হুমজিনবা মীওই কাংবু অমবু লিচিংদুনা খৃঃ ১৯৯৮ গী জুলাইগী তাং ২৮ দা সনামচাগী ময়ুমদা চত্তুনা ইমুংগী মীওইশিংদা ৱাহং পাওহংখি। থৌদোক অসিগী মতাংদা লান্মীশিংনা চৎখিবা থিজিন হুমজিনবগী থবক অদুগী মখা তাবা ৱা প্রজানা খঙবা ঙমখিদে। মখোয়নসু ফোংদোকখিদে। সনামচা মাঙখিবগী ৱাফম অসি মনিপুরদদা নত্তনা লন্দনদা লৈরিবা মীওইবগী হক খোঙ্গাওনবা থিঙগনি হায়রিবা সংস্থান এমনেষ্টি ইন্টর্নেসনেল নসু নুঙাইতবা ফোংদোকখি। অসুক কন্না য়ানিংদবা ফোংদোকপদা নত্তনা থা কয়া চুপ্পা সনামচা থাদোকপীরকউ হায়দুনা দাবি তৌখিবদু অরেম্বা তারে। সনামচা অমুক হন্না ময়ুমদা হল্লকখিদ্রে। মহাক সিফাইশিংগী "মখুত্তা লৈরিঙৈদা চেনগে তৌই হায়বগী মরাল অমা থঙজিল্লগা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিব্রা?" মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু প্রজা মীয়ামনা খঙলোয়দবা মফম অমদা ফুমজিনখিব্রা? অমবু ওইরে, অমবু ওইরে মনিপুরদদি মীওইবা অমগী মমল হায়বদু লৈত্রে হায়বদা থোয়না লানলোই। সনামচা, লোকেন, লোকেন্দ্রা, বিজয়কুমার নচিংবা ফাখ্রগা মথোঙ মরম খঙদনা মাঙখিবগী থৌদোকশিং অসি মতুংদা অমুক থোরক্লরোইদ্রা? মসিগী ৱাহংগী পাওখুম অসিদি শুপ্নতগী মতম্না পীবা ঙমগনি।

✦ চহি ৫৩ মুক শুরবা ইঙুদম মঙ্গি সিংহ শক্লাইরবা কলাকার অমনি। মালেমগী থাক্তা মনা কয়া লৌখ্রবা মনিপুরি ফিল্ম 'ইমাগী নিংথেম" হায়বা অদুদা অঙাং অমগী মধৌগী শক্তম লৌখি। মহাক্লা ফিল্ম অদুদা কলাকার অমা ওইনা হৈশিংবা উৎখিবা অদু মীয়াম্না হৌজিক ফাওবা শিংথানরি। মঙ্গি সিংহনা মহাক্কী মরুপ রেদিওগী দ্রামা/লীলা ইৱা জুগিন্দ্রো পেবিয়াগা নোংমা নুমিদাং ৱাইরম অমদা ঙহাক মতম লেনবগী কোয়থোক্লুরগা ময়ুমদা হল্লকখিরমই। লম্বীদা মখোয় অনিগী মরুপ মোইরাংথেম ইঙোবী সিংহ (স্কুল ওজানি) অমসুং ইমোবী সিংহ (ইলেক্ট্রিসিটি ওফিসতা থবক তৌবা মীওইনি) গা থেংনখি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮১ গী মেগী তাং ১ নি। মতম্না

নুমিদাংগী পুং ৭ লোম তাবদনি। মফম্না ইম্ফাল নোংচুপ জিলাগী থৌদা ভাবোক লৈকাইদনি। মখোয় পুন্না ফমিন্নদুনা ঙহাক ৱারী ৱাতাই শাদুনা লৈরমই। নুমিৎ অদুদা মনিপুর পুলিসকী কম্মান্দো কাংবু অমসু থৌদা ভাবোক লৈকাইদা লালহৌবা নহারোল থিবা হুম্বগী থবক চখরমই। চাওরাক্না পুং ৭ কা মিনৎ ১৬ কী অদুৱাইদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল ফনা য়াম্না তাখি। ঙহাক লৈরগা মীয়াম্না "পাও" অমা তানরকখি। "মমিং লৈরবা লালহৌবা মীওই মরি পুলিস কম্মান্দোশিংনা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাৎখ্রে।" পুলিসকী মীওইশিংনসু পাওচেশিংগী ওফিসতা তেলেফোন তৌদুনা "লালহৌবা মীওই মরি" হাৎলে হায়না পাও পীখি। অকোনবদা প্রজাশিংনা শিরিবা মীওইশিং অসি লালহৌবা নত্তে ইচম চম্না পুন্সি লেনজবা মীচম্নি খঙলকখি। কম্মান্দোশিংগী মথক্তা অসুক্কী মতিক পেন্দবা ফোংদোকখি। য়ারক্তবদগী সরকারনা শিরিবা মীওইশিং অদুগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদা লুপা লিশিং তরা, তরা পিখি। সিফাইশিংনা (নৎত্রগা কম্মান্দোশিংনা) খজিক্তং চেকশিন্না মথৌ তৌরম্লবদি মমল য়াম্লবা মীওই মরিগী মথৱাই মাঙলদমবা য়াই। মসি লাইবক্তা তম্লম্লবনি হায়না লৌরগদ্রা ? নত্তে, লৌফম থোক্তে। সরকারগী লুচিংবশিং মতিক চাদবা, মখোয়গী মখাদা লৈবা ওফিসারশিং ফজনা ৱারকপা ঙমদবা অসিনচিংবা কয়া অসিদগী "শোয়বদগী" মীচম কয়াগী পুন্সি মাঙখ্রে। লাইবক্তা তম্বা নত্তে। চেকশিন্দবদগীনি।

✦ তশেংবদি মখোয় মরুপ মপাং খরগা চামিন থকমিন তৌরুরবা মতুংদা ময়ুমদা হল্লকপনি। মীচম ঙাক্তনি। মখোয়গী শোয়বা হায়ববু নুমিৎ তারবা মতুংদা হল্লকপা অদুনা ওইগদ্রা ? মখোয় অহুম মোতোর সাইকল অমদা পুন্না তোংদুনা লাকখি। থৌবালদগী লাকপনি। লিলোং পুলিস ষ্টেসন মপা য়ৌরকপদা পুলিসকী মীওই অমা থোরক্লগা নোংমৈ মরু অমা কাপখি। নোংমৈ মরু অদুনা মখোয় অহুমগী হকচাংদা ফাওরগা চৎখি। অসুম তৌদুনা ইসলাম্মুদিন খান (২৬), সেরাম থম্বাল (২৫) অমসুং মাইবম দেবানন্দ (২৫) খুদক্তা শিখি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮৩ গী জুলাই তাং ১৪ নি। মখোয়দা নোংমৈনা কাপখিবা পুলিস অদুগী মমিংনা তোম্বা সিংহ কৌই। মহাক্কী ৱাহৈ মতুং ইন্না মখোয় অহুমসি খাম্বদা লেপ্লু হায়বা য়াদে অদুনা নহারোল খুৎলায় পায়বা ওইরমগনি হায়দুনা নোংমৈনা কাপ্লনি। অদুবু মখোয় অহুমগা চৎমিন্নখিবা হিংহৌবা মীওইশিংনদি নোংমৈ কাপকনি হায়দুনা ঙহাক ধমকা তৌরম্লগা নোংমৈ কাপখিবনি হায়। নোংমৈ কাপত্রিঙৈদা মখোয় অহুম্নসু হান্না লিলোং পুলিস ষ্টেসন্দা খঙনবা মীওই লৈবনিনা অসুম্না লাওরমখি : "তাচৌ ঐখোয়দা নোংমৈনা কাপ্লীগনু। ঐখোয় চজিংদগীনি (লিলোং মনাক্তনি)। ঐখোয় থৌবালদগী হল্লকপনি।" অদুবু ৱাহৈশিংদু অরেম্বা তাখি।

"ঐবু নোংমৈনা কাপ্পীগনু। ঐহাক ফুটবোলগী শান্নরোই অমনি," হায়দুনা চহি ২২ শুরবা খাইদেম ইমোচা সিংহনা কপ্পগা মনিপুর রাইফলসকী কম্মান্দোশিং অদুদা হায়জখি। তশেংবদি ইমোচা ওর্ফে মাইমু অসি চীঙা মথক্কী শান্নবুংদা (ইম্ফাল মনুংদনি) ফুটবোল শান্নরুরবা মতুংদা মহাক্কী ময়ুম যুম্নাম লৈকাইদা হল্লকপনি। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৮২ গী ওক্তোবরগী তাং ৩০ নি। লম্বীদা মহাক্কী মরুপ অমনা ওজা খরনা ৱা ঙাংগদৌরি অদুনা মখোয়না ঙাংগদৌরিবা ৱা অদু তারুসি হায়না মঙোন্দা হৌখি। ইমোচানা অহানবদা য়ারমদে। মহাক ময়ুমদা থবক খরা লৈ হায়খি। অদুবু মরুপ অদুনা তকশিল্লকপদগী মহাক য়াখি। ৱা ঙাংগদৌরিবা মফম্না অনকপদা লৈবা ঙাক্রাবা লৈরক্তনি। নুমিৎ অদুদা ঙাংগদৌরিবা ৱাফম্না "ন্যুক্লিয়ারগী শক্তি শিজিন্নরগা লান তৌনবদা থোক্লকপা অমাং অতা" হায়বসিনি। লাইরিক লাইসু ফজনা হৈতবা কম্মান্দো/পুলিসশিং অদুদদি "লান" হায়বা ৱাহৈসি মখোয়না হন্দোক্লিংবা ৱাহৈদা হন্দোক্লম্বা য়াই। নুমিৎ অদুদা পুলিসনা ফংখিবা পাওদা ঙাক্রাবা লৈরক অসিৱাইদা পি এল এ গী মীওই খরা লৈরে হায়না পাও ফংখি। ঙাক্রাবা লৈরক্তা ৱা ঙাংবগী থৌরম শিনখিবদু কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া (শিংজমৈ) না শিনখিবনি। কম্মান্দোশিং অদুনা মফম অদুদা থিবা হুম্বগী থবক চত্থরকপদা লৈরম্লিবা নহারোলশিং অদু কিবনা থক থক নিকখি। ইমোচাগী মরুপ নিরমলসু কিদুনা চেনগে তৌবদা কম্মান্দোশিং অদুনা ফাখি। ওজাশিং অদুনা হায়খি নখোয় চেনগনু, করিসু তৌরোই। অদুবু কম্মান্দোশিং অদুনদি মখোয়শিং অদু লালহৌবা নহারোলশিংনি "লান" তৌনবগীদমক "বোম" শাবা তম্বীরিবনি হায়না লৌখি। কম্মান্দোশিং অদুদা ওজা অদুনা তপ্না তপ্না হায়দুনা পোৎ পুন্নমক মশক খঙহন্নবা হোৎনখি। অরেম্বা তাখি। ফু চৈবা হৌরকখি। নহা খরা অমা অনকপা নম্বুল তুরেল তোর্বান্দা পুথোক্তুনা ফু চৈখি। নোংমৈনচিংবা খরা কাপখি। নিরমল অমসুং অতোপ্পা মরুপ খোমৈ সিংহ থক থক নিকখি। কম্মান্দোশিংনা মখোয় অনিদা ইমোচা অসি কনানো হংখি। মখোয়না হায়খি ইমোচাদি ফুটবোল শান্নরোই অমা ওইবদা নত্তনা দ্রামাসু য়াওবা মীওইনি। কম্মান্দোশিংনা মখোয় অনিবু ফু চৈখি। ইমোচা অসি পি এল এগী মীওইনি হায়য়ু হায়দুনা মখোয় অনিদা কাওবা থিনবা তৌখি। অকোনবদা মখোয় অনি ফারগা থাক ৱাংবা পুলিস ওফিসার অমগী মমাংদা পুথোকখি। মখোয় অনিনা ওফিসার অদুদা অশেংবা ৱা পুন্নমক তমখি। মখোয়না খঙলে। ঙসাই মখোয় অনিনা তাখিবা নোংমৈ মখোল অদু অচম্বা নৎলমদ্রে, ইমোচাবু নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎপা ওইরম্লে। মখোয় অনি মথম্মোই শোক্না কপখি। উপায় লৈখিদে।

পুলিস দিপার্টমেন্টকী চেরোল অমনা অহানবদা ইমোচা অসি পি এল এ গী মীওইনি হায়খি। ইমোচাগী মীহাৎ অসিনা মীওই পুন্নমক্কী থম্মোইদা তানা থিনবগুম থোকখি। পুলিসনা অরানবা পাও শন্দোকপগীসু অমুক্কা হেন্না মীওই খুদিংমক খোইদৌ শাওগৎপা হেঙ্গৎখি। মীওই পুন্নমক্কী ৱাখলদা ফাওখি মদুদি মনিপুরগী প্রজাশিংগী পুন্সি অসি "তমথিরবা অমুবা আইন"গী মখাদা করম্বা মীৎকুপ্তা করি থোক্লগদগে খঙবা ঙমদ্রে হায়বসি। অকোনবদা পুলিসসু মশাগী অরানবা অদু কুপশিন্নবা হোৎনখি। ইমোচা মীহাৎকী মতাংদা থিজিন্নবা শেমখিবা "কমিতি" অদুগী পাওদম অদু মনিপুর সরকারনা প্রজাদা ফোংদোকখিদ্রে। অদুবু মনিপুর প্রজানা খঙই পাওদম অদুদা করি ইখিবগে হায়বদুদি।

✦ থায়নদগী হৌনা মনিপুরীশিং অসি শান্ন-খোৎনবদা থৱাই য়াম্না য়াওরকই। থায়নগী ইপা ইপুশিংদি অহাংবা মতমদা মশা মউ ফনবা হকচাং শাজেল তৌবা, শান্নবা অমসুং লান তম্বনা থবক অমা ওইরমই। মরম অদুননি য়েক্লবশিংবু লানফম কয়াদা মায়থিবা পীবা ঙমখ্রিবসি। হৌজিকসু লৈবাক অসিগী নহারোল কয়া শান্ন-খোৎনবদা থৱাই য়াওবদগী মালেমগী থাক্তা মনিপুরবু মশক তাকপা ঙম্লি। অয়াম্বা মতমদা মনিপুরগী লৈকাই, খুঙ্গং অমসুং মফম কয়াদা মখল মখা কয়াগী শান্ন-খোৎনবগী থবক চৎথৈ। ফুটবোল, হোকি, ভোলিবোল, বেদমিনতন, বোক্সিংনচিংবা শান্ন-খোৎনবা অসি মফম কয়াদা পাংথোকই। হৌজিক্তি কুম্মৈনচিংবা তৌবগী মহুত্তা শান্ন-খোৎনবনা মহুৎ শিনবসু য়াওরে। খুদম ওইনা য়াওশঙগী মতমদা কুম্মৈনচিংবা তৌবগী মহুত্তা শান্ন-খোৎনবনা মহুৎ শিল্লে ।

খৃঃ১৯৮৪ গী মার্চকী তাং ১৪ দা মনিপুর রাইফলস অমসুং বোর্দর সেক্যুরিটি ফোর্সকী মীওইশিংগী মরক্তা ভোলিবোল শান্ননবা থৌরম অমা শিনখি। মফম্না ইম্ফালদগী পংলাপ লাপ্তনা লৈবা হৈরাঙ্গোইথোঙ মনাক্তনি। চাওরাক্লা মফম অদুগী মীওইশিং নুপী অঙাং য়াওনা ৩০০ মুক্লা শান্নবা অদুবু য়েংখি। সি আর পি এফ কী মীওই তরেৎ/নিপানসু শান্নবা অদুবু য়েংখি। পুংখায় মুক্তি ভাবোকশিং অদু মানা মানা পাম্বা নাকলশিংবু শৌগত্তুনা ৱা-ৱা নোক্তুনা শান্নবা অদুবু য়েংখি। ইখঙ-খঙহৌদনা মশক খঙদবা খুৎলায় পায়বা নহারোল ১৫ মুক্লা মফম অদুদা লৈরিবা সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। খুদক্তা সি আর পি এফ কী মীওই অমা শিখি, মঙানা অশোক অপন নংখি। সি আর পি এফ নসু খুৎলায় পায়বা নহারোলশিং অদুদা হন্দুনা নোংমৈ কাপখি। নাকল অনিমক ঙহাক নোংমৈ কাপ্নখি।

মীওই ১৩ শিখি, ৩৬ হেনবনা অশোক অপন নংখি। অঙাং খরসু য়াওই। মীচম শিবা অসিদা অসুক্কী মতিক শাওরবা প্রজাশিংনা থৌদোক অদু য়াম্না কুপ্না থিজিল্লু হায়না দাবি তৌখি। উপায় লৈতদুনা সরকারনা "কমিসন ওফ ইনক্কারি" অমা শেমদুনা থৌদোক অদুগী মতাংদা থিজিলহনখি। "কমিসন ওফ ইনক্কারি" গী পাওদম অদুনা হায় (শন্নপ্পা) ঃ সি আর পি এফ কী মীওই খরনা মনিপুর রাইফলস অমসুং বি এস এফ কী মীওইশিংনা শান্নবা ভোলিবোল অদু য়েংখি। সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুবু লুচিংখিবা মীওই অদু প্লাটুন কম্মান্দ সুশিল কুমারনি। সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদু নুমিৎ অদুদা মফম অদুদা মথৌ পাংথোকপা নত্তে। অতোপ্পা সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুদি কোনষ্টেবল ঙাক্তনি। মখোয়শিং অদুদি পি পি কুমারন, কে. ভি কুন্নীক্রিষণন, তারসেম সিংহ, পাদৈয়া, রিয়ায়াট অলি, বচন সিংহ অমসুং জগদিস চান্দনি। সুশিল কুমার অমসুং জগদিস চান্দ নত্তনা অতৈদি খুৎলায় লোয়না পায়খি। মখোয়না শান্নবা অদু থব়াই য়াওনা য়েংলিঙৈদা শক খঙদবা (লালহৌবনি চীংনবা) মীওই খরনা খুৎলায় লৌনবগীদমক সি আর পি এফশিং অদুদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। পাদৈয়া অদু শোকপদগী খুদক্তা শিখি। সি আর পি এফ শিংনা কন্না মুক্লবদগী শক খঙদবশিং অদুনা শুপ্নতগী সেলফ লোদিং রাইফল অহুম, গ্রেনেদ ফায়ারিং রাইফল অমা অদুগা নোংমৈ মরু খরদমক লৌবা ঙমখি। ঙহাক নোংমৈ কাপ্নরবা মতুংদা নহারোলশিং অদু মফম অদুদগী চেনখি। নহারোলশিং অদুনা শিজিন্নখিবা খুৎলায়শিংদি পিষ্টোল, রিভোলভর ঙাক্তনি। কুন্নীক্রিষণন, কুমারন, তারসেম সিংহ, রিয়ায়াট, বচন সিংহসু অশোক অপন নংখি। জগদিস চান্দনা কুন্নীক্রিষণনদগী খুৎলায় লৌখি। জগদিস চান্দ অমসুং কুমারন না পাদৈয়াগী অশিবা হকচাং অদুগা অশোকপশিং অদু উবদা য়াম্না তমথিবা মীওই ওল্লকখি। লমন খুন্নিংবা ফাওরকখি। মখোয়না ভাবোকশিং লোমদা ওনশিল্লগা নোংমৈ কাপশিনখি, মীচম কয়া হাৎখি অমসুং অশোক অপন নংহনখি।" পাওদম অসিনা সুশিল কুমারবু সি আর পি এফ শিং অদুনা মীচমলোমদা ওনশিল্লগা নোংমৈ কাপ্পদুবু থিংদে হায়দুনা মরাল শিখি। অমসুং সি আর পি এফ অহুম - সুশিল কুমার, জগদিস চান্দ, কুমারন - বু মরাল লৈ হায়খি। মখোয় অহুম অসি "মীচম হাৎপা অমসুং শোকহনবগী মরাল লৈ" হায়খি। পাওদম অসিনসু নহারোল নোংমৈ কাপ্লম্বশিং অদুবু "আইন্না য়াদবা থবক" তৌই হায়বগী মরাল শিখি। কোন্নথংদা "হৈরাঙ্গোই থোঙগী মীহাৎ" হায়না খঙনরকখিবা থৌদোক অদুনা মীপুম খুদিংমকপু অসুক্কী মতিক মথব়াই নুঙাইহনখিদে অমসুং মীয়াম্না কন্না য়ানিংদবা ফোঙদোকখি।

✦ খৃঃ ১৯৮৭ কী জুলাইগী তাং ৯ দা এন এস সি এন (মতম অসিদা অনি থোক্নি) না ২১ শুবা অসাম রাইফলসকী কেম্প অমদা লান্দাশিনখি। কেম্প অদু সেনাপতি জিলাগী ওইনামদা লৈবনি। জুনিয়ার কমিসন ওফিসার অমা য়াওনা সিফাই মাপল শিখি। এন এস সি এন গী মীওইশিং অদুনা সেলফ লোদিং রাইফল ৯১, ষ্টেন গন ২০, লাইত মেছিনগন ১০ নচিংবা কয়া লৌখি। অদুবু লৌখিবা খুৎলায়শিং অদু ১০০ দা ৯০ গী চাংদা সিফাইশিংনা অমুক খোমগৎপা ঙমখি হায়না আর্মিগী চেরোল অমনা হায়খি। মসিগী মতুং তারকপদা সিফাইশিংনা এন এস সি এনগী মীওইশিং থিবগী মমিংদা মীচম ১৪ হাৎখি হায়না মনিপুর সরকারনা ভারত সরকারদা পীবা চেরোল অমনা হায়। লৈখিদ্রবা মীওইশিং অদুদি সেভা, পি. শাংলোং (৫৪), ভি. আইচ ৱাখাও (৪৮), এন. য়াহো (৫৫), ৱাচা (৫৮), পি. এল. রিং (৩২), ৱাংখিয়ু (৫০), মাথোমি (৩০), ইসাও (৩০), শুনাই (২৯), খুৱা (৪০), লোখো, সোসাং অমসুং তি.আইচ থাঙানি। সিফাইশিংনা হায়বদা মখোয় নিপালদি সিফাই অমসুং খুৎলায় পায়বা নাগা লালহৌবশিংগা নোংমৈ "কাপ্নবদা শিখিবনি" অদুগা অতৈনা সিফাইনা ফারবা মতুংদা "চেনগে" তৌবদগী নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মনিপুর সরকারগী চেরোল অদুনা ৱাহং অমা হংখি মদুদি মখোয় ১৪ অসি সিফাইশিংনা ফাখিবা ঙাক্তনি। ফাখিবা মীওইশিং অসি করম হায়না সিফাইশিংগী মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা চেন্ননবা হোৎনগদৌরিবনো? শিরবা মতুংদা হকচাংশিং অদু দোক্তরনা য়েংবদা লুখমদা নোংমৈনা পানবগী দাকফম লোয়না লৈ হায়খি। মতম অদুদা অইবসু ওইনামগী অনকপা খুল অমদা চংলুই (ওইনাম য়ৌবা ফাওবা চংহনখিদে)। মীচম খরদি লৈবাক তৌথোক্লগা মশা তঙ্খায় ফাওবা ফুমজিল্লগা ৱাহং পাওহং চথখি হায়না পাওদম্লকখি। চীং খণ্ডদে তম খণ্ডদে মীচম প্রজাশিংগী পুন্সি অসিদি নুঙ অনিগী মরক্তা হা হায়বদু চপ চানা থোক্লে।

✦ লালহৌবা মীওইশিংনা মী কুংনা তাবা মফমদা সিফাইশিংদা লান্দাশিনবগী মরমদি মরু ওইনা খুৎলায় মুন্নবনি। মসিনা মীচমদা অশোক অপন নংলকপদা মীচমশিংদু শাওরকপদগী সিফাইশিংগী মায়োক্তা লৈরক্লবসু ওইরম্বা য়াই হায়না অখণ্ড-অহৈ মীওই খরনা ফোংদোকপসু য়াওই। অদুবু অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিদদি খুৎলায় পায়দবা মীচম প্রজাশিংদি খুৎলায় পায়বা নাকল অনিগী মরক্তা লৈবা মরম্না অশোক অপন অদুম নংবা তাবনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদদি মীচম প্রজাশিংনা নাকল অনিমক্তা অদুমক শাওবা তাবনি।

ৱাহং অমসু লাক্লি। মীচম প্রজাশিং অসিবু নাকল অনিমক্না চুমঙ্গোই ওইনা শিজিন্নরব্রা ? নৎত্রগনা প্রজাশিং অসিবু "বলিগী হামেং" ওইনা শিজিন্নরব্রা ? অতোপ্পা ৱাহৈদা হাৎনিংবা মতমদা অদুম হাৎতোব্রব্রা ? য়াওক্লোইশিংনা সিফাইশিংদা লান্দাশিনবদা সিফাইশিং অদু অশি অনা য়াওরবদি, মখোয়না মীচমদা তায়নবগী থৌদোক অসি মমাংদা কয়া থোকখ্রে। মীচমদা তায়নবগী থবক অসি অফবা নত্তে। মসিনা থেংনরিবা সমস্যা অসি লোয়শিনবগী মহুত্তা "হেন্না শাংথনবা থবক অমা ওইরক্কনি।" মসি ভারত সরকার অমসুং মনিপুর সরকারনা "মুন্না খঙফম থোকই অমসুং মখা তাবা থবক লৌখৎফম থোকই।" অদুবু মীচমশিং দষা তাবদি লেপ্পা কৌবা লৈতে। মখাগী থৌদোক অসি য়েংবিয়ু। সি আর পি এফ কী অশোকপা সিফাই খরা রিজনেল মেদিকেল কোজেল এন্দ হোস্পিটাল (হৌজিক্কা রিজনেল ইনষ্টিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্স এন্দ হোস্পিটাল) লম্ফেল পাৎতা লৈবদা অনাবা য়েংদুনা লৈরমই। মখোয় অদুবু ঙাক শেন্নবা খুৎলায় পায়বা সি আর পি এফ কী মীওইশিং হোস্পিটাল অদুদা মথৌ তৌদুনা লৈহনখি। সিফাইশিং খরনা মেদিকেল ৱার্দতা অদুগা খরা অমনা সরজিকেল ৱার্দতা মথৌ তৌদুনা লৈখি। মেদিকেল ৱার্দতা মথৌ তারিবা সি আর পি এফ কী সিফাইশিংদি হেদ কোন্সটেবল রাম দয়াল অদুগা অতৈ কোন্সটেবলশিং - বি এল শাৎপুতে, অশোক দেসাই, বসন্তা রাও ৱালি, এস কে পান্দে অমসুং ভি আইচ য়ৌসুফনি। সরজিকেল ৱার্দতা মথৌ তারিবনা নাইক কারতার সিংহ, মোহন দাস অদুগা কোন্সটেবলশিং - রতন সিংহ, উমা শঙ্কর রাও, পুত্তুলাল, অশোক কুমার- নি। মখোয় লোয়না অফবা খুৎলায় সেলফ লোদিং রাইফল পাই। মরুসু মতিক চানা য়াওই। নুমিৎ অদু খৃঃ ১৯৯৫ গী জানুৱারীগী তাং ৭ নি।

চাওরাক্লা অয়ুক্কী পুং ৭ মুক তারকপদা লালহৌবা নহারোলনি চিঙনবা মীওই ৩/৪ না হোস্পিটালগী খোংহামফম সুলাভতা মখোং হামগদবগী ঙাইরিবা য়ৌসুফতা নোংমৈ কাপশিনখি। মহাক্কা লোয়ননা রাম দয়াল, পান্দে অমসুং উমা শঙ্করসু লৈরমই। য়ৌসুফ য়াম্না থিনা শোকখি। মতুং তারকপদা সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুনা লালহৌবা নহারোলশিং অদু তম্না নোংমৈ কাপশিনখি। নোংমৈ মখোলশিং অদু তাবদা ঙসাইগী মেদিকেল ৱার্দ অমসুং সরজিকেল ৱার্দতা মথৌ তৌরিবা সিফাইশিং অদু থোরক্লগা মথোঙ মরম খঙদনা নোংমৈ পংকাপ্তা কাপখি। মীওই মাপল - মোরি রিবা (অরুনাচল প্রদেসতগী লাক্লগা দোক্তর তম্বা ছাত্রনি), এল প্রদিপ শর্ম্মা (সুলাভতা থবক তৌবা মীওইনি), ৱাংখেম উপেন্দ্রা (গাড়ী থৌবা মীনি), সাইখোম প্রেমচান্দ,

হিজম খোগেন, আর. কে খোগেন, অঙোম দেবেন্দ্র, কোইজম রাজেন্দ্র (ওক্তো রিক্সো থৌবা মীওই ঙাক্তনি) অমসুং মুহম্মদ জাকির - অসি নোংমৈ মরুনা পান্দুনা শিখি। মীচম ঙহাক লৈতনা সিফাইশিংনবু ওইরো অতোপ্পা খুৎলায় পায়বশিংনবু ওইরো, অশোক অপন নংবা অসিদগী ঙাকথোক্লবা প্রজা মীয়ামগী উপায় লৈখিদে। সংস্থান কয়ামরুম্না য়ানিংদবা কন্না ফোংদোক্তুনা রিজনেল মেদিকেল কোলেজ এন্দ হোস্পিটালদা মীওই মাপল হাৎখিবসি কুপ্না থিজিন্দুনা মরাল লৈবশিং মতিক চানা দন্দী পীয়ু হায়না দাবি তৌখি। থবক্তগী পোত্থারবা জষ্টিস দি. এম সেন্না " কমিসন ওফ ইনক্কারি" অদুগী মকোক ওইখি। কমিসন ওফ ইনক্কারিগী পাওদম মতুং ইন্না "সি আর পি এফ কী সিফাইশিংনা লালহৌবা নহারোলশিং অদু চেনখ্রবা মতুংদা প্রজাশিংদা ওনশিন্দুনা নোংমৈ কাপশিনখি। মসিনা মরম ওইদুনা মীওই মাপল শিখি, অমনা অশোক অপন নংখি। নোংমৈ কাপ্পা অদু কাপ্লমদবা য়াবনি মরমদি মতম অদুদা লালহৌবা খুৎলায় পায়বা নহারোলশিং অদুদি হান্না চেনখ্রে।" পাওদম অসিনা মখা তাখি মদুদি "করম্বা সি আর পি এফ সিফাইগী নোংমৈ মরুনা করম্বা মীচম হাৎখিবনো হায়বা অদু ফাওবা খঙবা ঙম্লে।" মথোঙ মরম খঙদনা নোংমৈ কাপ্পা তৌরোইদবনি হায়না "কমিসন ওফ ইনক্কারি" অদুনা হায়খি। অদুবু কসিমন ওফ ইনক্কারি ফম্না য়াম্না তৌসনু, মীচম হাৎপশিংবুসু চৈসনু, মরাল শিসনু। মীচম হাৎপগী থবক্তি মনিপুরদা লেপ্পা কৌবা লৈতে। করিগুম্বা সিফাইশিংনা /পুলিসশিংনা মীচমশিং নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎলবদি মখোয়না অহানবদা হায়গনি মদুদি মীচমশিং অসি লালহৌবা নহারোলশিংগা সিফাইশিংগা নোংমৈ কা প্লবদা মরক্তা লৈবদগী শিবনি। হায়রিবা থৌদোকশিং অদু থিজিন্নবা শেমখিবা "কমিসন ওফ ইনক্কারি" শিং অদুনদি মীচমশিং শিবসি সরকারগী সিফাইশিংনা শোয়বদগীনি হায়না অয়াম্বা মতমদা পল্লি। হায়রিবা "কমিসন ওফ ইনক্কারি" গী পাওদমশিং অদু সরকারনা ফোংদোক্তবসু য়াওই। পাওদমশিং অদু ফোংদোক্তবদা সরকারনা মতিক চাবা মরম অমত্তা পীদে। লালহৌবা মীওইশিং লৈবা লৈবাক্তদি সিফাইশিংসু য়াম্না চেকশিনফম থোকই। মীচম প্রজাশিংনা খুৎলায় পায়বা লালহৌবা য়াওল্লোইশিংগা সরকারগী লান্মীশিংগা নোংমৈ কাপ্লবদা য়ানিংদবা করিসু লৈতে । মসি মালেমগী মফম অয়াম্বদা থোকপা ইতিহাসকী থৌদোকশিংনি। তৌবদবু সিফাইশিংনা চেকশিলহৌদবদগী লালহৌবা মীওইশিংনা নারোন্দগী লান্দাশিল্লম্লগা চেনখ্রবা মতুংদা মীচম প্রজাদা তায়নবসি থৌনা ফব্বগী খুদম্না ?

✦ খুৎশু খুৎলায় মতিক চানা পায়রবা লালহৌবা নহারোলশিংনা খৃঃ ১৯৯৯ গী ওক্তোবর তাং ৩ দা ৮১ অমসুং ৩৫ শুবা সি আর পি এফ বটালিয়ান অনিগী অপুনবা সিফাইশিংগী কাংবুদা থৌবাল জিলাগী তোনসেন লমখায় হায়বা মফম অমদা লান্দাশিনখি। মতম্না চাওরাক্লা পুং ১ গা মিনৎ ১৫ নি। সি আর পি এফ কী মীওই তরেৎ খুদক্তা শিখি। সিফাইশিং অদু গাড়ী মাপলদা মনিপুরগী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিংদা পার্লিয়ামেন্ট মীখলগীদমক্তা মথৌ তৌবা চৎপনি। য়াওল্লোইশিং অদুগা সিফাইশিং অদুগা পুংখ৷য় হেন্না নোংমৈ কাপ্নখি। লালহৌবা নহারোল অমসু শিখি। মী তাবা মফম নত্তে। লম্মাংনি। নোংমৈ কাপ্নবা লোয়রবা মতুংদা নহারোলশিং অদু মনাক নকপা জঙ্গল ফাওরগা চেনখি। লাইবক্লা তম্বা হায়বদু ওইগদৌরিব্রা নৎত্রগা সিফাইশিংগী লমচৎ, মথৌ, নিতি নিয়ম হায়বদু ফজনা তম্বীদবদগী ওইগদৌরিব্রা? নোংমৈ কাপ্নবা লোয়রবা মতুং মিনৎ খরগী মতুংদা মীচম প্রজা খরা পুরগা বস অমা তোনসেন লমখায় তম্না থৌজিল্লকখি। বস অদুদা তোংলব্লিবা মীওইশিং অদু সরকারগী থবক তৌবা মীওই ঙাক্তনি। মীখলগীদমক মথৌ তৌরুনবা মনিপুরগী মনুং চঙশিন্না লৈবা মফমশিংদা থারকপনি। বস অদুদা পুন্না মীওই ৩৭ তোংলকখি। হিংহৌরিবা সি আর পি এফ কী সিফাইশিং অদুনা বস অদু খাল্লগা মীওইশিং অদু লোয়না কুমথরক্নবা হায়খি। অহানবদা মীওইশিং অদু কিব্বদগী কুমথরকউ য়াখিদে। সিফাইশিং অদুনা দ্রাইভর নব্বাব অলি (৩৩), বস মপু বাসির অহমদ (৩৫) অমসুং মহাক্কী মরুপ লেহরুদ্দিন (৩৫) বু বসতগী চিংথরমই। মমাংদা ফম্বা মোইরাংথেম নিলাকোমোল কৌবা সরকারগী পিয়োন অমসু চিংথখি। সি আর পি এফ কী মীওইশিং অদুনা অলি, অহমদ, লেহরুদ্দিনবু খোংপাক্লা কাওবা ফুবনচিংবা উবদগী নিলাকোমোল অদু লৈথহৌনবা হোৎনখি। অদুবু য়াখিদে। মখোল মরি অসি ঙসাইগী নোংমৈ কাপ্নখিবা মফম অদুদা পুরগা পরেং শানা লেপহনখি অমসুং মতুং লোমদগী নোংমৈনা কাপশিল্লকখি। নোংমৈ মখোল তারকপদা নিলাকোমোল তু রগা শিশিন্নখি। অলি, অহমদ, লেহরুদ্দিন খুদক্তা শিখি। অনকপদা বস ঙাইদুনা লৈবা মাংতে সাংতেসু নোংমৈ মরুনা পান্দুনা খুদক্তা লৈখিদে। ম রুপ অহুম - নন্দকুমার, কিরনকুমার অমসুং ইবোমচাশিং (মখোয় অহুম্মক সুগনু নাপেৎতগীনি) বস ঙাইফমগী শঙ মনাক্তা লৈরিঙদা চায়থোরকপা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা খুদক্তা শিখি। ঙাসেপ্পম থানিল অদুগা শগোলসেম ব্রজামনি (মখোয় অনি উচিব্বাদগীনি) হায়বা মীওই অনিসু ত্রক অমদা ময়ুমদা লাকপদা মফম অদুদা "চায়থোরকপা" নোংমৈ মরুনা পান্দুনা শিখি। থিঙুজম মংলেম্বী কৌবী

মফম অদুৱাইগী নুপীমচা অমসু সোরোক্তা চৎলিঙৈদা নোংমৈ মরুনা পান্দুনা শিখি। পুন্না মীওই তরা শিখি। সি আর পি এফ কী অচৌবা ওফিসারশিংনা মখোয়গী সিফাইসিংনা মীচম প্রজাশিংদা ওনশিল্লগা নোংমৈ কাপ্লি হায়বসি য়াখিদে। মখোয়না হায়খি মদুদি মীচমশিং অসি সিফাইশিং অমসুং লালহৌবা নহারোলশিং নোংমৈ কাপ্নবা মতমদা "মরক্তা লৈবদগী শিখিবা ঙাক্তনি।" ঙসাইমখৈ শিশিনন্দুনা লৈরিবা নিলাকোমোলবু মনিপুর পুলিসকী মীওইশিংনা মফম অদু য়ৌবা মতমদা "ঐবু অমুক্তা থৱাই কনবিয়ু" হায়না হৌগৎলকখি। মহাক্না হায়খি, সিফাইশিং অদুনা মখোয়না (নিলাকোমোল খোয়না) তোংলকপা বস অদু চৎকে য়াখিদে। কোন্না খঙলকখি মদুদি সি আর পি এফ কাংবু অদুদা লান্দাশিল্লল্লিবা য়াওল্লোইশিং অদু ইয়ু এন এল এফ কী লান্মী এম পি এন নি হায়বসি। অদুবু মফম অদু লন্মাংনি, মী তাদবা মফম্নি। করিগীনো সিফাইশিংনা মীচম লম্বী চৎপা হাৎখ্রিবসে হায়না খোইশাওনরবা প্রজা কয়ানা হংনখি। সিফাইশিংনা মনিপুরীশিং অসিবু মশাগী মরমদম অসিদা শা-ঙাগুম্না উরবা জাৎলা হায়না প্রজা কয়ানা হংনখি।

মরম চাদনা মীওই তরা হাৎখিব্বু প্রজাশিংনা কন্না য়ানিংখিদে। সংস্থান কয়ামরুন্না আইনগী মতেং লৌরগা থৌদোক অদুবু কুপ্না থিজিন্নবা দাবি তৌখি। মসিগা লোয়ননা "তমথিরবা অমুবা আইন" লৌথোকউ হায়দুনা খোল্লাও কয়া লাওখি। মনিপুর শিন থুংনা ধারনা কয়া পাংথোক্তুনা মীচম প্রজা হাৎপগী থবক অসি তোকউ হায়দুনা য়ানিংদবা, পেন্দবা কয়া ফোংদোকখি। শোরোক্তা য়ানিংদবা সভা যত্রা কয়া চৎখি। অদুবু অহোঙবা পুরকপা ঙমখিদে।

লালহৌবগী ইহৌ অসি হৌরকপদা সিফাইশিংনা শোয়বদগী মীচম হাৎপা য়াওরবদি মদু মখোয়না শিরিবা মীওইশিং অদু "লালহৌবনি", "খুৎলায় পায়বা মীওইনি" "লৈবাক্কী য়েক্লবনি" হায়বনচিংবা হায়গনি। অদুবু খৃঃ ১৯৯০-২০০০ নৎত্রগা ২০০১ দগীনা ঙসি ফাওবদা শোয়বদগী শিরক্লিবা প্রজাশিং অসিদি সিফাইশিংনসু শিরিবা মীওইশিং অসি মীচম্নি হায়গনি। তৌবতবু মীচমশিং অসি সিফাই অমসুং লালহৌবা নহারোল অনি নোংমৈ কা প্নবদা মরক্তা লৈবদগী শিবনি হায়গনি।

✦ "তোনসেন লমখায় মীহাৎকী ৱাথোক" লোয়শিন্দ্রিবা মতম্নি। মতম অদু খৃঃ ২০০০ গী হৌরকপা মতম্নি। মনিপুর এসেম্ব্লী মীখল তৌনবা ইৱাং লাংবা মতম্নি।

লালহৌবগী মীওইশিংনসু লালহৌবগী থবক অসি য়াম্না কনশিনহল্লকখি। মফম অয়াম্বদা বোম ফুমদুনা পোখায়হল্লগা সিফাইশিংবু অশোক অপন য়াওনবা হোৎনখি। মসিদসু নত্তনা সিফাইশিংদসু য়াম্না তোয়না লান্দাশিন্দুনা "লালহৌবগী ইহৌ" অসি ইচম চম্বা "ইহৌ নত্তে" হায়বদু মালেমগী মফমশিংদা উৎনবা হোৎনখি। কনখৎলক্লিবা লালহৌবগী ইরাং অসি লাকশিন্নবা মনিপুর পুন্নমক্তা লৈরিবা পুলিস ষ্টেসনশিং অমসুং সিফাই পুন্নমক মীৎকুপ নাহুমশিংনা লৈনবা খঙহনখি। অসিদসু নত্তনা মানা মানা মথৌ তারিবা মফমশিং অদুদা থিবা হুম্বগী থবকসু কনশিলহন্দুনা লালহৌবা নহারোলশিংগী চৎথোক-চৎশিন অমসুং মখোয় কদাইদা লৈ হায়বনচিংবদু কুপ্না থিদোক্নবা খঙহনখি। মীখলগী মতমদা লালহৌবা নহারোলশিংনসু মন্ত্রি অমসুং এম এল এশিংনা লালহৌলুপশিংদা পৈশা চাওনা পিনবসু খঙহল্লকখি হায়দুনা সরকারগী পাওনা হায়। করিগুম্বা পৈশা পিদ্রবদি হাৎকনি হায়না কিহল্লকপসু য়াওই হায়না পাও অসিনা মখা তারি। পৈশা পিয়ু য়াদবা মন্ত্রি, এম এল এ গী ময়ুমশিংদসু গ্রেনেদ, বোমনচিংবা লংশিন্দুনা লান্দাখি। সিফাই (পুলিস য়াওই) শিংনসু মফম মফম খুদিংদা খুদক খুদক্তা খাল্লগা লালহৌবা নহারোলশিং লৈব্রা হায়দুনা লম্বী চৎপা মীওইশিংদসু থিবা হুম্বগী থবক চত্থখি। চীংনবা মফমশিংদসু খুদক খুদক্তা কোয়শিল্লগা থিবা হুম্বগী থবক কয়া তৌখি। অসুম তৌদুনা মনিপুরগী ফিভম নোংমা-নোংমগী লুশিল্লকখি। ফিভমশিং অসি মীখলগী মতমদদা নত্তে। মতম লৈবা খিবিক্তনি। তশেংবদি হায়রিবা ফিভমশিং অসি "অনৌবা" মনিপুরগী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা শক্তম্নি। তম অমসুং চীংদনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা করম্বা মীৎকুপ্তা, করম্বা মফমদা, করম্বা নুমিত্তা করি থোক্লগদবগে হায়বদু কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে।

খৃঃ ২০০০ গী নভেম্বর তাং ২ দা অসাম রাইফলসকী সিফাই কাংবু অমনা বিষ্ণুপুর জিলাগী নম্বোলদগী ইম্ফাল তম্না লাক্লমই। মখোয়না ইম্ফালদগী কিলোমিতর ৮ মুক খা রোমদা চৎলগা লৈবা মালোম য়ৌরকপদা মফম অদুগী লম্বীগী চিদাইদা ফুম্লম্বা বোম অমা নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ৩ মিনৎ ৩০ মুক তাবদা পোখায়খি। বোম পোখায়বা অদুদা অসাম রাইফলসকী মীওই খরা অশোক অপন নংখি। বোম অদু লালহৌবা নহারোলনি চীংনবা মীওইশিংনা সিফাইশিংনা লাক্কদবা লম্বীদা ফুম্লম্বা য়াই হায়না সরকারগী ওইবা পাওনা হায়। বোম পোখায়বা সেকেন্দ খরগী মতুংদা শোকহৌদবা অসাম রাইফলসকী মীওইশিং অদুনা গাড়ীদগী কুমথরগা মায়কৈ শিনবা থুংনা নোংমৈ কাপখি। অসাম রাইফলসকী মীওইশিংনা হায়বদা মখোয়না "নোংমৈ

কাপ্লিবসি নহারোলশিংনা মখোয়দা লান্দাশিল্লকপদগী খুৎ হল্লিবনি” হায়খি। শোইদ্রবা জাৎলা? নহারোলশিংদি অমত্তা উখিদে হায়।

অনকপদা বস লাকপা ঙাইফম শঙ অদুগা মনাক নকপা মফমদা লৈরম্বা মীওই তরা নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। নুপী অমা অমসুং মহাক্কী মৌপ্পানা পোকপা ময়ানুপা অনিসু শিরিবা মীওইশিং অদুগী মরক্তা য়াওখি। শিখ্রিবা তরামক মীচম ঙাক্তনি। অসাম রাইফলসনা হায়খি শিরিবশিং অসি “নোংমৈ কাপ্পফমদা লৈরম্বদগী শিখিবনি।” থৌদোক অদুবু মীৎনা উহৌবা মীওইশিংনা অসাম রাইফলসনা হায়রিবা ৱাশিংদু য়াখিদে। থৌদোক অসিবু থিজিন্নবা সরকারনা মেজিষ্ট্রেয়িএল ইনক্বারি অমা লিংখৎখি। অদুবু ইনক্বারি অদুগী পাওদম অদুদি সরকারনা ফোংদোকখিদ্রে। ফোংদোক্তবগী মরমসু ফজনা পিদে। অনৌবা মনিপুরগী ইতিহাসতা “মালোম মীহাৎ” হায়না ময়েক লানা ইদুনা লৈরবা থৌদোক অসিবু লৈবাক মীয়াম্না কন্না য়ানিংদবা ফোংদোক্তুনা মনিপুরদগী “তমথিরবা অমুবা আইন” লৌথোকউ হায়দুনা নৌহৌননা দাবি তৌখি। সিফাইশিংনা ঙহাক লৈতনা মীচম হাৎলিবসি “তমথিরবা অমুবা আইন” অসি লৌথোক্ত্রিবমখৈ অসিগুম্বা থৌদোক অসি লেপ্পা লৈতনা চথরকখিগনি হায়না প্রজাশিংনা হায়খি। চৎসু চথরক্লি।

## ইরোম শর্মিলা

মৈতৈ নুপীশিংগী মথৌনা, মরিংজেল মালেম অসিদা অতাংবনি হায়বসি ৱারীদা, লাইরিক্তা পংহায় হায়জিনবা, পংই ইশিনবা নত্তে। চহি লিশাং শিৎনা সিফাইশিংগী মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ মীপুনগী থবক অসি মীচম প্রজাশিংনা খাংবগী শক্তি অসি নোংমা-নোংমগী অসুম ৱাশিল্লকখি। লম্বীদা সভাযাত্রা চত্তুনা, লৈকাই লৈকাইদা মীফম ফমদুনা, বন্দ কৌদুনা সিফাইশিংগী কা হেনবা থবক থৌওংশিংবু কন্না য়ানিংদবা ফোংদোক্লরক্লি। অমরোমদা প্রজাশিংনসু হেন্না হেন্না ইচং থৌরক্তুনা সিফাইশিংগী কা হেনবা থবকশিংবু শিংনবা হেঙ্গৎলক্লি। প্রজাশিং অসুক্কী মতিক পেন্দ্রে হায়বসি তৌথোরক্লিবা থবকশিং অদুদগী খঙখি।

ইম্ফাল নোংপোক জিলাগী মনুংদালৈবা কোংপালদগী চহি ৩২ রোম শুরবী ইরোম শর্মিলা “মালোম মীহাৎ” কী থৌদোক অসিদা অসুক্কী মতিক মথৱাই নুঙাইখিদে। মসি অকক্নবা থৌদোক অসিগী ৱা ঙাক নত্তে। মনিপুরদা চহি খরা অসিদা চথরক্লিবা মীহাৎ মীপুনগী থবক অসি থিংনবা হোৎনবদা লনাই ওইনা করিমত্তা তৌবা ঙমদবা অসিনসু মহাক তুমফম, চাফম, লৈফম খঙখিদে। মহাক্কী পুন্সি অসি মীয়ামগী

হক কন্নবগীদমক কৎথোক্লগে হায়না খনখি। "মালোম মীহাৎ" অসিবু কন্না য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা মনিপুরদগী "তমথিরবা অমুবা আইন" (আর্মদ ফোর্সেস অসাম এন্দ মনিপুর স্পীসিয়েল পৱারস এক্ট ১৯৫৮) লৌথোক্ত্রিবা ফাওবা চরা হেনগনি হায়দুনা শর্মিলানা খৃঃ ২০০০ গী নভেম্বর তাং ৪ দগী চরা হেনবা হৌখি। লাইরিক অসি ইবা লোয়শিল্লকপা মতম খৃঃ ২০০৬ কী আগষ্ট থা অসি ফাওবা অদুম চরা হেল্লি। মহাক অসি মথন্তা "আতমা ঘাট" তৌজগদৌরে হায়বা আইনগী মখাদা পুলিসনা ঙহাক লৈতনা ফারগা জেলদা থমখি। হৌজিক ইম্ফালগী জে. এন. হোস্পিটাল অসিবু "মহাক্কী জেল" শারগা নাতোন্দা চানবা মহি পীরগা লৈরি। অঙকপনি মৈতৈ চনুরা নহাক্কী নথৌনা, নরিংজেল। দোক্তরনা হায় মহাক্কী ফিভম "য়াম্না ফৎত্রে"। মনিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী রাজনিতিগী লুচিংবশিং, সংস্থান কয়াগী মীহুৎশিং, শক্লাইরবা মীওই কয়ানা শর্মিলাবু চরা হেনবা তোকপিনবা হায়খিবদু অরেম্বা তাখি। খৃঃ ২০০৫ গী নোবেল প্রাইজগীদমক সমাজগীদমক্তা থবক তৌবদা মপুন্সি কৎথোক্লবী মালেমগী নুপী "১০০০" নোমিনেট তৌবদা শর্মিলা য়াওখি। প্রাইজদি ফংখিদ্রে। মনিপুরদদা নত্তনা ভারত অমসুং অতৈ লম কয়াগী মীওইশিংনা শর্মিলাগী দাবি অসিবু শৌগৎখি। অদুবু শিবা ফাওবা চরা হেনবগী খোঙজংদি হন্দোকপা পামখি। মহাক্তা য়াখিদে। মনিপুরগী রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা শর্মিলানা তাল্লিবা দাবি অসি শৌগৎখি। মখোয়না হায় করিগুম্বা মখোয়না সরকার পায়রবদি হায়রিবা "আইন" অসি লৈবাক অসিদগী লৌথোকখিগনি। অমসুং লালহৌবা নহৱোলশিংগা "রাজনিতিগী থাক্তা" ৱারী শান্নগনি। লাইবক থিবদি হায়রিবা লুচিংবশিং অসিনা মখোয়না হায়খিবা ৱাশিং অদু "শক্তি" (সরকার) পায়রবা মতুংদা লোয়না কাউথোকখি। মনিপুরিশিংনা মশাগী হক লৈনা হিংজনবগী চঙশিনখিবা ইচল শর্মিলাগী খোঙজং অসি মীওই জাতিনা মালেমগী লৈমায়দা লৈরিবমখৈদি কাওদবা ওইরসনু। শর্মিলা নহাক্কীদমক ঐখোয়না চাওথোকচৈ।

✦ খৃঃ ২০০৪ গী জুলাই তাং ১০ দা ১৭ শুবা অসাম রাইফসকী সিফাইশিংনা চহি ৩০ মুক শুরবী থাঙজম মনোরামা কৌবী নুপী অমবু মহাক্কী ময়ুম বামোন কম্পুদা লৈবদগী ফাখি। (বমোন কম্পু অসি ইম্ফাল নোংপোক জিলাদা লৈবা লমনি)। মনোরামা ফাবা মতমদা "মহাকপু ফারে হায়বগী অইবা চে" অমা পিরমই। নোংঙাল্লগা মনোরামাগী নোংমৈ মরুনা পাল্লবা অশিবা হকচাং অদু বামোন কম্পুদগী খরা চৎলগা লৈবা ঙারিয়ান চীংদগী ফংখি। মনোরামা হিংলিঙৈদা ইজ্জৎ মাংহনখিবগী খুদমসু ফংখি। মসি কোলকাতাদা লৈবা সেন্ট্রেল ফোরেনসিক সাইন্স লেবোরেটরিগী পাওদম

অমদা মনোরামানা শেৎখিবা ফনেক্তা নুপাগী ফম্বী পকলমই হায়বদগীনি। মনিপুরগী প্রজাশিং শাওবনা মৈ হৌখি। " মী ফারগা সিফাইশিংগী খুত্তা লৈরিঙৈদা হাৎপা" অসিদা কন্না য়ানিংদবা ফোংদোকখি। অদুসু "ইজ্জৎ মাঙহল্লগা?" সংস্থান ৩২ না পুনশিল্লগা "অপুনবা লুপ" কৌবা অমা শেমদুনা "তমথিরবা অমুবা আইন" লৌথোকউ হায়দুনা খোঙজং কয়া চঙশিনখি। খোঙজং অদু মনিপুর শিন থুংনা চঙশিনখি। সরকারনসু "অপুনবা লুপ" কী খোঙজং অদু নমফুদা থিংনবা হোৎনখি। প্রজাশিংগী পেন্দবা অসুক্কী মতিক য়ৌখি। সরকারসু লান্মীশিংনা পায়বা সরকারগুম, প্রজাশিংগী "তমথিরবা অমুবা আইন" লৌথোকউ হায়বগী দাবিগী খোঙজং অদু ঙমজবি থাদুনা নমথনবা হোৎনখি। প্রজাশিংসু হনবা কৌবা লৈখিদে। পিক্লবসু পিক্লা মনিপুরগী ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি "অয়ৌবী" ঙাক্তনি। অসুন্না সরকারনা প্রজাশিংগা থা খরা মুরুখি। অসাম রাইফলসকী মীওইশিংনা হায় "মনোরামা অসি সিফাইশিংগী খুত্তগী নাম্থোক্তুনা চেনগে তৌবদগী নোংমৈনা কাপ্পনি।" প্রমান পিবদি ঙমখিদে। মহাক (মনোরামা) লালহৌলুপ অমগা শন্নবা মীওইনি হায়না মখোয়না হায়। নুপী অমনা খুৎলায় পায়বা সিফাইশিং অদুদগী নাম্থোক্তুনা চেনগে তৌরমগদ্রা? অমুকসু "চেনগে" তৌবদগী "নোংমৈনা" কাপ্পনি হায়বসি সিফাই/পুলিসশিংনা মখোয়গী মখুৎ চল্লবা মীওইশিং অয়াম্বা হাৎপদা য়াম্না তোয়না শিজিন্নবা "ৰাহৈনি"। পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা লৈবা মীওইশিংনা মনিপুরগী প্রজাশিংনা থেংনরিবা অৱাবশিং অসি খঙলসনু হায়দুনা থৌনা ফরবী নুপী ১২ খক্লা অমুক্তা তৌদ্রিবা থবক অমা তৌগে খনখি। হায়রিবা নুপী ১২ অসিনা মফি অমত্তা য়াওদনা খৃঃ ২০০৪ গী জুলাইগী তাং ১৫ দা কংলাদা লৈরম্বা অসাম রাইফলসকী থোঙ্গান্দা সিফাইশিংনা মীচম হাৎপা, নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা, মীওই অমা হাৎলগা মরাল অমা হেক্তা থংজিনবগী মায়োক্তা য়ানিংদবা উৎখি। মখোয়না পায়বা চে শিং অদু অসুন্না ইরমই ঃ "ইজ্জৎ মাংহল্লো লাও, ঐখোয়গী হকচাং অসি লৌরোরাও।" মসি সিফাইশিংবু করেম্নদুনা মখোয় অসি লমচৎ য়াওদে হায়বা উৎপনি। সিফাই পুন্নমক নত্তে। লমচৎ য়াওদবা কাংবুদুনি।

প্রজাশিংনা "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি লৌথোকউ হায়বগী খোঙজং কনশিল্লকপদগী সরকারনা ইম্ফাল অমসুং মসিগী অকোয়বদা লৈবা এসেম্ব্লী কেন্দ্র তরেৎতগী হায়রিবা "তমথিরবা অমুবা আইন" অসি লৌথোকখি। তৌইগুম্বসুং মনিপুর পুম্বদগী "আইন" অসি লৌথোক্কদবনি হায়বগী খোঙজংদি অদুম চত্থখি। থা কয়া চঙনা চত্থরকখিবা খোঙজং মনুংদা চহি ২৮ শুরবা ছাত্র পেবম চিত্তারঞ্জননা আইন অসি লৌথোকউ হায়বগী দাবি তৌরদুনা অমসুং পেন্দদুনা মশা মথন্তা মৈ থাদুনা

শিজখি। চহি ১৯ দা ঙাইরিবী কে. মেমিতা কৌবী নুপীমচা অসি পুলিসকী তিয়ার গ্যাস সেলনা পানবদগী শোক্তুনা লাইকন্নবা ঙমদনা শিখি। মেমিতা আইন অসি লৌথোকউ হায়বগী আন্দলোন মনুংদা তিয়ার গ্যাস সেলনা পানখিবনি। লালহৌবা মীওইশিংবু নমথনবা অতোপ্পা আইন অমত্তা লৈত্রব্রা? লালহৌবা নমথনবা আইন "দ অনলোফুল একতিভিতিজ প্রিভেন্সন এক্ট ১৯৬৭" অসি মনিপুরদা চহি কয়াসি চৎনদুনা লাক্লি। "তমথিরবা অমুবা আইন" গী মরুওইবা শরুক্তা মী হাৎতোক্লগা বিচার পাক তৌবা য়াহন্দবা অসিনি।

✦মনিপুরগী প্রজাশিং অসি তশেংনমক মরাইবক থিরবা মীওইশিংনি। সিফাইশিংগী মীওৎ মীনৈদা নত্তে মখোয়না থেংনরিবসি। লালহৌবা নহারোলশিংগী মখুত্তসু অৱা অনা অদুম থেংনৈ (লালহৌবা নহারোল লোয়না নত্তে। অমুকসু লালহৌবা য়াওল্লোইশিং শারগা প্রজাদগী পৈশা লাকপা, মখোয়বু ফুবা, চৈবা কয়া য়াওখ্রে)। য়াওল্লোইশিংনা লালহৌরবদি মখোয়সু মখোয়গী পান্দম ফংনবা থবক চথরকপদা অশোয়বা খরা অদুম য়াওই। মসি মখোয়বু শৌগৎপগী ৱাফম নত্তে। প্রজাশিংবু য়ারিবমখৈ শোকহন্দবা, শাওহন্দবা ফৈ হায়না মীওই অয়াম্বনা মোৎ ফোংদোকই। প্রজাশিংগীসু অশোয়বা য়াম্না লৈ। লালহৌলুপ খরনা সমাজগী ফত্তবা পোৎ খরা শেংদোক্নবা হোৎনরকপদা মদুগী মায়োক্তা লৈবা মীওইসু অদুম য়াওই। মসি লালহৌলুপশিংগী ৱা ঙাকসু নত্তে। সমাজগী সংস্থান খরনসু মসি ফত্তে তৌররোইসি হায়বদু খরনা য়াগনি, খরনা শিখাং খাঙদুনা য়াদবসু য়াওই। লালহৌলুপ খরদি হান্না অশোয়বা তৌখ্রবসু কোন্না অমুক অশোয়বদু চুমথোক্লকপা য়াওই। অদুনা সংস্থানশিং অমসুং মীয়াম পুল্লগা সমাজ অসিদা লৈরিবা অশোয়বা, অমোৎপা, পোৎ কয়ামরুম লৈরিবসি ময়াম মান্নরগা শেংদোকপা অমা চঙই। সংস্থান অমনা নৎত্রগা লালহৌলুপ অমনা প্রজাদা য়ানিংদবা থবক অমা তৌরকপদা মদু ফত্তে হায়বদা শাওফমসু থোক্কে।

খৃঃ ২০০০ গী জুন তাং ২৫ দা ইম্ফাল-জিরিবাম লম্বীগী লৈঙাংপোকপীদা জিরিবাম চৎপা গাড়ীদা তোংলকপা মীওইশিংদা মশক খঙদবা নহারোলশিংনা নোংমৈনা কাপশিল্লকপদগী নুপী য়াওনা মীওই মাপল শিখি। মীয়াম অসুক্কী মতিক পেন্নখিদে, অঙকপা ফংনা শাওখি। প্রজাশিং অমসুং সংস্থান কয়ানা নোংমৈ কাপখিবা মীওইশিং মশানা মশাবু মশক তাকচরকউ হায়খি। নুমিৎ খরা লৈরবা মতুংদা ইয়ু এন এল এফনা মখোয়গী এম. পি. এগী মীওইশিংনা শোয়বদগী, মীশক ওন্ননা খুৎ থাখ্রে

হায়না হায়রকখি। প্রজা অয়াম্বা থম্মোইদা তানা থিনবগুম তৌখি অমসুং চম্মনখি। অসুক্কী মতিক "লিরবা, মওং তারে হায়না লৌনরিবা, য়াম্না লমচৎ লৈরে খনবা, থকসি খাসি নাইনা চৎলে" খনবা য়াওল্লুপ অমনা করম হায়না "মীশক ওন্নবা মীওইশিংদা খুৎ থাখ্রিবনো হায়না লমদম অসিগী রাজনিতি অমদি ফিভমশিংবু নৈনবা মীওই কয়ানা পাওচেশিংগী ওফিসতা লাক্তুনা মশা মশাগী ওইবা মোৎ ফোংদোকখি।" ৱাফম অদু য়াম্না নুংঙাইতনা লোয়শিনখি। ইয়ু এন এল এফকী লুচিংবশিংনা থৌদোক অদুগী মতাংদা "য়াম্না কুপ্না থিজিনখি" অমসুং মতুংদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোক্তনবা মতিক চাবা থবক কয়ামরুম পায়খৎখি হায়না মনিপুরগী পাওচেশিংগী ওফিসশিংনা পাও ফংখি।

লালহৌলুপ অমনা য়াওশঙগী মতমদা থাবল চোংবসি নুমিৎ মঙানিদগী হেন্না চোংবীগনু হায়না প্রজাশিংদা খঙহনখি। নুমিৎ মঙানি অদু খৃঃ ২০০১ গী মার্চ তাং ৯ দগী থিগদবনি। নুমিৎ মশিং ককপগী মরমদি মতম অদুদা মেট্রিক পরিক্ষা, হায়র সেকেন্দরি পরিক্ষা তৌবা মরম্ননি। থাবল চোংবা নুমিৎ মঙানিদগী হেনবিগনু হায়খিবা লালহৌলুপ অদু প্রিপাক্নি। প্রিপাক্না নুমিৎ মঙানিদগী হেন্না থাবল চোংবীগনু হায়বদু সংস্থান অমসুং মীওই কয়ানা শৌগৎখি। সমাজগী অশোয়বা শেমদোক্নবা খোঙথাংনি লৌনখি। মরমদি লৈবাক অসিদা ধর্ম্মগী মিংদা তৌরিবা কুম্মৈ অসি য়াম্নখ্রে হায়না লৌনখি। অদুবু য়াওশঙ নোংমা ৱাৎলিঙৈদা ইম্ফালগী মফম কয়াদা থাবল চোংখি। মশক খঙদবা খুৎলায় পায়বা মীওই খরনা থাবল চোংফম মফম অহুমদা নোংমৈ কাপশিনখি। চহি ১৭ সুরবা মাইমোম জোনসন কৌবা অমা শিখি অদুগা মীওই মরি শোকখি। নোংমৈ অদু কনানা কাপখিবনো খঙখিদ্রে। প্রিপাক্কী মীওইদি মানদে মরমদি মখোয়না থৌদোকশিং অদুগী মতাংদা ৱা অমত্তা হায়খিদে। থাবল চোংবা হায়বসিদবু খরা খৎন-চৈনবসু অদুম য়াওই। থৌদোক থোকখ্রিবা মফমশিং অদু হৈরাঙ্গোইথোঙ মাইবম লৈকাই, কিয়ামগৈ হৈবোং মখোং অমসুং খাইদেম মখা লৈকাই পাৎশোইদনি। মীচম শিবা অদুদা প্রজাশিং পেন্নখিদে। অদুবু ধর্ম্মগী মমিংদা কা হেন্না কুম্মৈদা থৱায় য়াওবদি মী অয়াম্বনা পামখিদে।

✦ অমরোমদা খুৎলায় পায়বশিংনা মনিপুরগী পাওমীশিং অসিবু কিহল্লগা মচিন মেন্নবা হোৎনব্রা? "মনিপুর নিয়ুজ" হায়বা পাওচে অসিগী ইদিতর ওইরম্বা থৌনাওজম ব্রজমনি মশক খঙদবা মীওই খরনা খৃঃ ২০০০ গী আগষ্ট থাদা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখি। কনানা করিগীদমক হাৎলিবনো হায়বদু হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি।

মহাক্কী মীশি অসি মহাক্না মহাক্কী পাওচেশিংদা ফোংবা পাওগা মরি লৈনব্রা নৎত্রগা লনাই নুঙাইন্দবগীরা খঙবা ঙমদ্রি। তমদদা নত্তে চীংদসুনি। মার লোন্দা ফোংবা "শান" হায়বা খবরগী ইদিতর আইচ. এল. লালরোহলু খৃঃ ১৯৯৯ গী ওক্তোবর তাং ১০ দা চুরাচান্দপুর জিলাগী নিয়ু সাইকোৎতা লৈবা ময়ুমদা মীওই খরনা নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখি। মসিগী মীহাৎ অসিগী মতাংদদি মার রিভোলুসনরি ফ্রন্টকী মীওইশিংনা মখোয়না হাৎপনি হায়দুনা শেংদোকখি। মখোয়না হায়খি মদুদি লালরোহলুনা ফ্রন্ট অসিগী মায়োক্তা থবক তৌবদগী হাৎপনি। ইদিতর অসিনা ফ্রন্ট অসিগী "মায়োক্তা তৌরম্বা থবকশিং" অদুদি ফোংদোকখিদে। মনিপুরগী পাওমী অমসুং পাওচেশিংদা খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা অপনবা পীরক্তবসু নত্তে। খরনা "মসি" ফোংঙু হায়গনি, খরা অমনা "মসি" ফোংবা শুকয়া য়ারোই হায়গনি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি মশিং খঙদনা থোকখ্রে।

✦ নহা ওইরিবা লাইশ্রম গুনিন্দ্রো তেক্সি থৌরগা পুন্সি লেনজবা মীওইনি। নোংমা মহাক্না খুৎলায় পায়বা নহারোল অশোকপা অমা কেথোলিক মিসন হোস্পিটাল কোইরেঙ্গৈদা পুখি। নুমিৎ অদু খৃঃ ২০০০ গী সেপ্টেম্বর তাং ২ দনি। অদুবু খুৎলায় পায়বা কাংবু অমনা মখোয়বু নমথাক তৌরমই হায়দুনা গুনিন্দ্রোবু হাৎতোক্লগা ফুমজিনখি। মহাক্কী অশিবা হকচাং অদু লাঙ্গোল চীংগী মফম অমদা উমং শেংদোকপা কাংবু অমনা থেংনখি।

মনিপুর অমসুং ভারত সরকারগী ওফিসার কয়া খুৎলায় পায়বা নহারোলশিংগী মখুত্তা লৈখিদ্রে। মখোয় অয়াম্বা নহারোলশিংনা তাল্লকপা শেনফম পীবা ঙমদবা, মখোয়না পায়রিবা ফমশিং অদু লান্না শিজিন্নদুনা থবক তৌরকপদা মীচম প্রজাশিং শোক্লকপা, খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা থল্লকপা ব্রাফম্বু তরাই-তরাই লৌখিবা অসিনা ওইবা য়াই। শিখ্রবা মীওইশিং অদুদগী মরু ওইবা মীওই খরদি ঃ চীফ ইঞ্জিনিয়ার ব্রার্ক্স এস. বিনোয়কুমার, চীফ ইঞ্জিনিয়ার পব্লিক হেলথ ইঞ্জিনিয়ারিং থিঙোম ইবোচৌবা, চীফ ইঞ্জিনিয়ার লোক্তাক প্রোজেক্ট সুভাস চন্দ্র সের, দাইরেক্তর হেলথ সার্ভিসেস সুরচান্দ সিংহ, তেলেকোম ইঞ্জিনিয়ার আম্বে, দাইরেক্তর টুরিজম দসরথ প্রসাদ, একজেক্যুটিব ইঞ্জিনিয়ার সিংদা দাম প্রোজেক্ট এ কে মথুর, এসিষ্টেন্ট একাউন্ট ওফিসার তি কে দাস, দাম অসিগী থিকাদার ফোনি ভুসন ভর্মা। মখোয়শিং অসি খৃঃ ১৯৯৯-২০০১গী মনুংদা হাৎখিবা ঙাক্তনি।

লাইনিংবা মীওই ফাওবা লেম্না থাদে। ঙারিয়ান চীংদা লৈবা দোন বোস্কো ত্রেনিং সেন্টরদা থবক তৌবা ফাদর পালি অকারা রাফেল (৪৩), ফাদর এনদ্রিআস বিন্দো

(৩৫), ব্রদর শিনু জোসেফ (২৫) কাদগী কৌথোক্লগা খৃঃ ২০০১ গী মে তাং ১৫ দা নোংমৈনা কাপ্পুনা মশক খঙদবা মীওই খরনা হাৎখি। নহারোলশিংনা তাল্লকপা শেনফম অমা পীবা ঙমদবদগীনি হায়। লোয়বা নাইররোইদবা মনিপুরগী থৌদোক ৱাথোকশিংগী ৱারীনি।

## শান্তী পুরক্লবা ৱারী শান্নবা

মনিপুরদা লৈরিবা রাজনিতিগী লুচিংবা পুন্নমক্লা হায় লৈবাক অসিদা শান্তী লৈত্রবদি চাওখৎ থৌরাংগী থবক অমত্তা মায় পাক্লা পায়খৎপা ঙম্লোই। ফনা য়াম্না অপনবা পীরবসু লুচিংবশিংনা লৈবাক অসি চাওখৎ খোঙথাং লম্বীদা খুমাং চাওশিন্দবা য়াদবনি হায়বগী ৱাখল্লোন্দা থবক পায়খৎলবদি খরা ফজনদি অদুম চাওখৎপা য়াবা লৈবাক্লি। লাইবকথিবদি লালহৌবশিংদা মরাল থঙজিল্লগা চাওখৎ থৌরাংগী থবক অমত্তা মায়ওনশিন্না পায়খত্তবা অসিনি। লৈবাক অসিগী চীফ মিনিষ্টর ওইখিবা মীওই খুদিংমক্লা লালহৌবা মীওইশিংদা তোয়না হায়খি, খুৎলায় থাদোকউ, শান্তীগী ৱারী শাসি, চাওখৎ-খোঙথাংগী থৌরমদা য়াওরোলাও। অদুবু ৱারী শাবা অদু ভারত সংবিধানগী মখাদা ওইগদবনি হায়না থল্লকপা ৱাফম অদুনা ঙসি ফাওবদা য়াওল্লুপ অমত্তনা য়াদ্রি।

মনিপুর এসেমব্লীগী মীখল তৌরমদাই মতমদা রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা য়াম্না তোয়না "ৱাশকপা" অমনা করিগুম্বা মহাক্কী পাটিনা "শক্তি পায়রক্লবদি লালহৌবগী ইহৌ অসি রাজনিতিগী থাক্তা ৱারী শান্নদুনা লোয়শিন্নবা হোৎনগনি।" মসি "ৱাশক" হায়বদুনি। মরমদি "চৌক্রি" হেক ফমখিবদা হান্না হায়খিবা ৱা পুন্নমক কাওথোকখি। লুচিংবা লোয়নমক নত্তে।

খৃঃ ১৯৯৯ গী অদুৱাইদা মনিপুর পিপলস পার্টিনা লুচিংবা সরকারগী চীফ মিনিষ্টর আর কে রনবিরনা সরকারদা "চঙজরক্লবা লালহৌবা মীওই" অমবু বঙ্গলাদেসতা থাখি। মীওই অসিগী মরু ওইবা মথৌদি মতম অদুদা বঙ্গলাদেসতা লৈবা লালহৌবা মীওইশিং অদুদা খুৎলায় থাদোক্লবগী ৱাফম থম্বনি। হায়রিবা মীওই অদু ভারত-বঙ্গলাদেসকী ঙমখৈদা মহাক্লা চৎলিবা মফম অদু য়ৌদ্রিঙৈদা মশক খঙদবা মীওই খরনা য়াম্না চীংননিঙাই ওইবা মওংদা হাৎতোকখি।

খৃঃ ১৯৮৮ গী অদুৱাইদা চী ফ মিনিষ্টর ওইরম্বা আর. কে. জাইচন্দ্রনা লালহৌবা মীওই কাংবু অমগা ৱারী শান্নবা কন্না হোৎনখি। অদুবু মদু অরাইবা থবক নত্তে হায়বসি মহাক্লা য়াম্না মুন্না খঙখি। মহাক্লা লালহৌবা মীওই কাংবু অমদা খৃঃ ১৯৮৮ গী মে থাদা ৱারী শানবা হৌসি হায়দুনা মীওই অহুমখক থারগা খঙহনখি। হান্না চীফ মিনিষ্টর

ওইরম্বা মাইরেম্বম কোইরেংসু মীওই অহুম অসিগী মনুংদা অমনি। কোইরেং মনিপুরগী প্রজাশিংনা য়াম্না ইকাই খুম্নবা মীশক অমনি। মহাক্না নহারোল কাংবু অমদা খুৎলায় থাদোক্লবগী ৱাফম থমখি। নহারোলশিং অদুদগী পাওখুম অমত্তা ফংখিদে। থা খরা চঙনা তুমিন্না হায়রিবা মীওই অহুম অসিনা নহারোলশিং অদুগা ৱারী শান্নখি। লালহৌবা নহারোলশিং অদুদগী মখোয়না অপাম্বা পোৎশক খরা সরকারনা পামখি। করিগুম্বা লালহৌবা নহারোলশিং অদুনা অপাম্বা পোৎশক খরা থম্লক্লবদি মদু মনিপুর সরকারনা ভারত সরকারদা খঙহনবা পামখি। নহারোলশিংগা ৱারী শানবা হোৎনরি হায়বগী ৱাফমসি শুপ্নতগী চীফ মিনিষ্টর মথন্তনা খঙগদবনি। ৱাফম অসি মহাক্কী মন্ত্রি অমত্তা খঙহল্লোয়দবনি হায়না ৱারেপ্পখি।

হান্না পি এল এ (ইষ্টর্ন রিজন) গী লুচিংবা ওইরম্বা মনিকান্তা অচম্বা পুন্সি অমা লেনবা পাম্লমই হায়বসি পঞ্জখ্রে। মতাং অসিদনি সরকারগী মীহুৎশিংগা মনিকান্তাগা ৱারী শানবা হৌরকখিবসি। সরকারগী মীহুৎশিং অসিনা মনিকান্তা অমসুং মহাক্না নক্লবা মীওইশিংগনা জঙ্গলদা লৈহৌরিবা লালহৌবা মীওইশিং অদুবু খুৎলায় থাদোক্লবা ৱারী শানবা পামখি। সরকারনা মনিকান্তা অমসুং মহাক্না নক্লবা মীওইশিং অদু ফাজিনগে হায়রবদি য়াম্না লায়না য়াখি। অদুবু থাজনবা অমগী মখাদা পুকচেল শেংনা ৱারী শাবা হৌনবগী থবক অদু চথখি। মনিকান্তাগা য়াম্না নক্না লোয়নখিবা পি এল এ (ইষ্টর্ন রিজন) গী মীওই অমনা রাজি মঙাংনি। (মহাক হৌজিক্তি লৈখিদ্রে)। মখোয় অনিগী চৎথোক চৎশিন্দা অথিংবা পিদনা "মনুংদা" লৈহৌরিবা লালহৌবা মীওইশিংগা ৱারী শানবা সরকারনা শিনখি। জাইচন্দ্রনা য়াম্না মুন্না খঙলমই মদুদি মনিপুরদা লৈরিবা লালহৌলুপ খুদিংমক ৱারী শানসি হায়বসি কৈদৌনুংদা য়ারক্লোই হায়বসি। অদুবু মহাক্কী আশাদি লালহৌবা কাংবু খরগা ৱারী শানদুনা মখোয় খরগা য়ানবা পুরক্লবদি ভারত সরকারদগী শেন্থং চাওনা লৌথরগা চাওখৎ-খোঙথাংগী লম্বীদা শিজিন্নগে হায়বসিনি।

মনিকান্তা অমসুং রাজি মঙাংদা সরকারনা "শক্তাক চে" অমমম পীরমই। চীফ মিনিষ্টর জাইচন্দ্রগী হোৎনজমন পুম্নমক অরেম্বা তাখি। খৃঃ ১৯৮৯ গী মার্চ থাগী অহানবা চয়োলদা অসাম রাইফলসকী মীওইশিংনা মনিকান্তা অসি লিলোং চজিংদগী ফাখি। মহাক ফাবা অসিনা তাকপদি মনিপুর সরকারগা সরকার অসিগী মখাদা থবক তৌরিবা অসাম রাইফলসকা "য়াম্না চাওনা পাও ফাওনদবা অমা লৈরে" হায়বসিনি। মসিমসু ফোংদোক্লরকখি মদুদি করম হায়না অসাম রাইফলসকী মীওইশিংনা ইম্ফাল

অমসুং মসিগী অকোয়বা লমশিংদা মথৌ তৌরম্লিবনো। মখোয়দি চীং অমসুং খরা থাপ্পা মফমশিংদা মথৌ তৌগদবনি (মখোগী ওপরেসনেল এরিয়ানি)। লিলোং চজিংদি ইম্ফাল মনাক্তনি। মনিকান্ত ফাবে তাবদা জাইচন্দ্র "অঙকপা" ফাওখি। অদুসু পুলিসতা শিন্নরক্লবা মতুংদা।

মনিপুর সরকারনা অসাম রাইফলসকা ভাব তানদবা অদু কোক্লবা মনিকান্ত পুলিসতা শিন্নরক্লিঙৈদা সুপরিতেনন্দেন্ট ওফ পুলিস (স্পীসিয়েল ব্যুরো), মনিপুর সরকারনা অসাম রাইফলসকী অচৌবা ওফিসারদা চিঠি অমা ইখি। চিঠি অদু খৃঃ ১৯৮৯ গী মার্চ তাং ৬ তা ইবনি। অসুম্না হায় ঃ "শ্রী আইচ কে খুল্লার, দি আই জি (দিপ্যুতি ইন্সপেক্তর জেনরেল), অসাম রাইফলস, কমান্দর নাইন সেক্তর। মনিপুর সরকারনা পীবা "শক্তাক চে" পায়বা নাওরেম ইবোমচা সিংহ হায়বা এন. তোম্বগী মচা লৈফম্না সামুরৌ অসি মনিপুর সরকারনা লালহৌবা কাংবু অমগা শান্তী পুরক্লবা হোৎনবদা থবক তৌরিবা মীওইনি। মহাক্না লোয়নরিবা দল্লীয়ু গুনিন সিংহ অসিসু ইবোমচাবু মতেং পাংবা মীওইনি। মরম অদুনা মখোয় থাদোকপিরকউ অমসুং সহি তৌরিবা (সুপরিতেনন্দেন্ট ওপ পুসিল, স্পীসিয়েল ব্যুরো) অসিদা খুৎশিন্নবীয়ু। চিঠি অসি মনিপুরগী দাইরেক্তর জেনরেল ওফ পুলিসকা অদোমগা (দি. আই.জি অসাম রাইফলস) ঙসাই তেলিফোন্দা পাও ফাওদোক্লরবা মতুংদা ইজখিবনি। অইবা (সুপরিনতেন্দেন্ট ওফ পুলিস, স্পীসিয়েল ব্যুরো) ঐহাক্লসু তেলিফোন্দা ৱাফম পুন্নমক হান্না শেংদোকচখ্রবদুনি।" মনিকান্তাদা পীরিবা "শক্তাক চে" অসিগী মতুং ইন্না মহাক নাওরেম ইবোমচা সিংহ কৌই। রাজি মঙাংনা দল্লীয়ু গুনিন কৌই। মহাক্না "শক্তাক চে" অসি উৎলবা ফাওবদা অসাম রাইফলসনা ফাখিবনি। মথক্কী চিঠি অসি ইনা ইনা অসাম রাইফলসনা মনিকান্তাবু পুলিসতা ওইনা খুৎশিন্নরকখি। মনুংদা ৱাফম অমা লৈব্রা। জাইচন্দ্রনা হোৎনরম্বা অসি খক্তনি সরকারগা লালহৌবা মীওইশিংগা শান্তীগী ৱারী শান্নবা হোৎনখিবা হৌজিক ফাওবা শিংথাবা য়াবসি।

# কাংলুপ মশেল মুক্করকপা

অঙনবা মতমদগী হৌনা কুকি অমসুং নাগাশিং অসি য়ানরক্তে। কুকিশিং অসি অহানবদা মনিপুরগী ঙমখৈগা নক্কবা মফমশিংদা খুন্দারমই। মখোয়না নাগাশিংগা ঙহাক লৈতনা হাৎন শুনরমই। করিগীনো? লমগী ৱাহৌদগী ঙাক্তনি। খৃঃ ১৮৯২ দা "চাওরাক্লা নাগা ২৮৬ মুক কুকিশিংনা চিংজারোই হায়রিবা খুল অসিদা লান্দাশিন্দুনা হাৎখি।"[১৯৩] চিংজারোই অসি মনিপুরগী নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা খুল অমনি। চীংমী মশেল অসি লেপ্পা লৈতনা হাৎনখি। অমুকসু লৈবাক অসিগী নোংচুপ থংবদা লৈবা কবুই খুল অমনা মখোয়দা হান্না লান্দারকখি হায়দুনা খৃঃ ১৯১৮ দা কুকি খুল অমগী মীওইশিং পাকতরুনা হাৎখি।[১৯৪] হায়রিবা কুকি খুল অসিগী লুচিংবা অমনা মীচং খোল্লবা মতুংদা কবুই খুল ২০ মুক থুগায়দুনা মীওই ৭৬ হাৎখি।[১৯৫] সরকারগী মীওইশিংনসু চীংমী মশেল হাৎনবা অসি পাক লাকশিনবা ঙমখিদে। অদুবু লম হেনবা খুল নৎত্রগা মীওইশিং অদু তাঞ্জা চাবা মতমদদি মতিক চানা দন্দী পীদুনা ৱারকপসু য়াওই।

য়াম্না তোয়না খৎনবগী মরমদি মানা মানা খুন্দাদুনা লৈরিবা মফমশিং অদুদা অতোপ্পা মী চঙলক্তনবনি। মতম অদুদদি কুকিশিংনা খুৎলায় খরা হেন্না ফবা পায়বা মরম্না নাগাশিংদগী মখোয়না খুদোংচাবা হেনখি। বর্মাদা লৈবা কুকিশিংনসু ঙমখৈদা খুন্দাবা নাগাশিংগী খুলদা চঙদুনা লান্দাশিনবা য়াওখি। মখোয়দগী লোয়পোৎ খোমখি। তাঞ্জা চাবা মতমদা নাগাশিংনসু কুকিগী খুলশিংবু তুম্নবা মৈ থাদোকপসু য়াওখি। খৃঃ ১৮৮০ গী ফেব্রুৱারীদা মনিপুরগী নোংপোক থংবদা লৈবা তাংখুলগী খুল চিংসাও হায়বসিদা মনাক নকনা লৈবা চসাদ খুলগী কুকিশিংনা লান্দাশিনখি। "পুন্না নুপা ২০, নুপামচা ৭ অমসুং নুপী ২৫ হাৎখি।"[১৯৬] চসাদকী কুকিশিংনা হায়রিবা তাংখুলশিং অসিদা লোয়পোৎ পীরকউ হায়বা য়াদবদগী লান্দাশিনখিবনি। কুকিশিং অসিনা লোয়পোৎ পীরকউ হায়বদা নত্তনা মখোয়শিং অসি শমজোক্কী প্রজাশিং ওইগদবনি হায়খি। তাংখুলশিং অসিনা হায়খি, "ঐখোয়দি মনিপুরগী প্রজাশিংনি।" (চীংগী তাংখুলশিং অসিনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী মখোয় মনিপুরগী প্রজানি হায়দুনা লৈরক্লিবনি। মনিপুর সরকারনসু চীংমীশিংবু ঙাক শেন্দুনা লাক্লিবনি। করিগীনো চহি

৪০/৫০ অসিদা হৌজিক্কী চীংমী মীওই খরনা মনিপুর থুগায়দবা য়াদে হায়রিবসি। মসি কনানা শোয়বদগীনো?) থৌদোক্তুগী মতুং কুইথদনা মনিপুর সরকারনা পুলিসকী ওফিস অমা চিংসাওগা নক্লবা চাৎতিক হায়বা খুল অদুদা থমখি। কাংলুপ অনি অসি অসুক্কী মতিক নুংশিনখিদ্রে মদুদি হেক উনবগা অমগা অমগা হাৎতোক্লে। নুঙাইতবা অমনা হৌজিক্কী মীওইশিংনা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা থোকখিবা থৌদোকশিং কাওথোকপা অসিনি। মমাংগী পামদবা থৌদোকশিং অদুনা পুক্নিং লৌশিং ওইরগা তুংগী অফবা মনিপুর অমা শেম্বা মথৌ তাই। লাইরিক ফম্না য়াম্না তমদুনসু, মপানগী লম ফম্না চত্তুনসু, চাওখৎপা লৈবাক্কী মীওইশিংগী মতৌ ফম্না তমদুনসু মনিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংগী মীওইশিংনা পুন্না অমগা অমগা তাথোক-তাশিন তৌনরগা হিংমিন্নদবা য়াদবনি হায়বগী ৱাখল্লোন অসি লৈত্রগদি কাংলুপ খুদিংমক লৈখা তানা মাঙলক্কনি। কাংলুপ মশেল অমগা অমগা য়ানরক্তুবদি লৈবাক অসিবু ফহন্নিংদবা কাংবুগী মমাংদা চফু কায়রগা ক্বাক হরাওরে হায়বদু শোয়দনা তাগনি। কাংলুপ খুদিংগী মীওইশিংনা য়াম্না মুন্না খঙফম থোকই মদুদি মনিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ পুম্নমক পুন্না লৈমিন্নবা নত্তনা কনা অমত্তা তোখায়না লৈবা য়ারোই হায়বসি। মসি লৈবাক অসিগী ফিভম্ননি।

বৃটিসনা মখোয়গী ফ্রান্সতা লৈবা লান্মীশিংগী পোৎ পুথোক পুশিন তৌনবা চীংগী লমদগী মীওই খরা লৌবা পাল্লমই। মসি কুকিশিংনা য়াখিদে। বৃটিসকী ওফিসারশিংনা মখোয়না শিল্লিবা থৌরাং অদুদা অয়েৎপা পীরিবা মীওই অদুবু দন্দী পীবা পাল্লমই। নোংজু থা ওইবা মরম্না অয়েৎপা পীরিবা মীওইশিং অদুবু খুদক্তা লাকশিনবা ঙমখিদে। মসিগী খুদোংচাবা অসি লৌদুনা খৃঃ ১৯১৭ তগী ১৯১৮ ফাওবগী মনুংদা কুকিশিংনা কবুই অমসুং তাংখুলশিংবু "মমাংগী মলোমদগী মীওই ২০০ রোম হাৎপদা নত্তনা খুল ফম্না য়াম্না মাঙহন তাকহনখি।"[১৯৭] পঞ্জরিবা থৌদোক খরসি ঙল্লিঙৈ মতমদা কুকি অমসুং নাগা কাংলুপ অনিগী মরক্তা থোকখিবা পামদবা থৌদোকশিংনি।

বৃটিসনা চীংগী মীওই খরা নমফুদা ফ্রান্সতা পুগে খল্লকপা অসিনা কুকিশিংনা লান হৌরকপগী মরম ওইরগসু চীংদা লৈবা মীওইশিংনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন অসিদা পেল্লক্তবদি কুইরক্লবনি। চীংগী মীওইশিংনা সরকারনা মখোয়বু থওইবিদ্রে হায়না লৌখি। চুমসু চুমই। মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্টনা চীংগী লৈঙাক সাশন য়েংশিনখি হায়জখ্রে। মহাক্না লম্বী থোঙ ফত্তবা লম অসি চহি খুদিংগী চত্তুনা য়েংশিনবা ঙমখিদে। অমুকসু বৃটিসনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন্দা য়াওশিল্লকপা অসিদসু কুকিশিং মরু ওইনা খোংজাইশিংনা (থাদৌ) কন্না য়ানিংদবা

ফাওখি। কুকিশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মরু ওইবা কাংবুসি থাদৌনি। থাদৌগী মখাদা দোঙ্গেল, সিংলৌ, চসাদ কুকি (চসাদতা খুন্দাবা), হাওকিপ, আইসান কুকি হায়বনচিংবা শাগৈ কয়া লৈ। হায়রিবা কাংবুশিং অসি মানা মানা খুন্দাবা মফমশিং অদুদা খরা খুৎকন পাঙ্গলনা লৈবা ঙাক্তনি। চসাদ কুকিনা মনিপুরগী নোংপোক্তা, সোমরাগা তায়নবা মফমদা খুন্দাই, আইসান কুকিনা অৱাং নোংপোক্তা, সিংলৌনা নোংচুপ অমসুং অৱাং নোংচুপ অদুগা হাওকিপনা নোংচুপ থংবা চীংদা।

বৃটিসনা চীংগী মীওই থবক শুবা খরা খৃঃ ১৯১৭ তা লৌনবা হোৎনরকপদা মখোয়না অমসুং মহারাজনা কুকিশিংনা য়েৎলক্কনি হায়বসি থাজরমদে। "পোলিটিকেল এজেন্ট" মেক্সৱেলনা হায়রকপগী মতুং ইন্না মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা মীওই ২০০০ হান্না চৎনবা হোৎনরগে অদুগা অকোনবদা অতোপ্পা ২০০০ অমা অমুক চৎনবা হোৎনগে খঙহনখি। অদুবু অথাপ্পা চীংগী লমদা লৈবা কুকি খুল্লাকপা খরনা সরকারগী থৌরাং অসি য়ারমদে। আইসান খুলগী খুল্লাকপা চেংজাপাও অসিনা থাদৌ কুকিশিংগী খুল্লাকপা ময়ামদগী খ্বাইদগী মকোক্নি হায়না লৌনৈ। মহাক্না খুল্লাকপা অতৈদা সরকারনা চীংদগী থবক শুনবা মীওইশিং লৌনবা হোৎনরিবসি থিংনবা খঙহনখি। সরকারনা মখোয়বু নমথনবা হোৎনখি। আইজোল (হৌজিক্কী মিজোরামগী কোনুং) দগী সিফাই অহেনবা থারকখি।[১৯৮] মসি "পোলিটিকেল এজেন্ট" না খৃঃ ১৯১৭ কী মার্চ তাং ২ দা অচৌবা ওফিসারশিংদা অহেনবা সিফাই থাবিরকউ হায়জবদগীনি। মসিনা মরম ওইদুনা কুকি অমসুং নাগাগী মীওই খরদি সরকারনা তৌরিবা থবক্তা অয়েৎপা পীখিদে। অহানবগী মীওই ২০০০ অদু লৌবা লোয়রবা মতুংদা মখোয়শিং অদুবু "লম্বু ৩০" মুক্কা লোয়ননা ফ্রান্সতা থাখি। মখোয়শিং অদুবু বৃটিস ওফিসার লেফটিনেন্ট কর্নেল কোলনা লুচিংখি। (লম্বু হায়বা মীওইসি সরকারগী মহুৎ শিনবা ওইনা চীংগী মফম কয়াদা থম্বা মীওইনি। সরকারনা খুল অমদা পাও হায়নিঙে হায়রবসু লম্বুগী খুথাংদা হায়গনি।)

অনিশুবা তাঙ্কক্কী মীওই ২০০০ লৌনবা হোৎনরকপদা কুকিশিংনা কন্না য়ারমদে। ঙমজবী থাদুনা থিংনবা হোৎনখি। মরু ওইনা নিংশিংবিগদবদি মনিপুরগী প্রজাসিংনা বৃটিসকী মায়োক্তা থবক তৌরকপা অসিনি। বৃটিসনা মনিপুরদা লৈবসি পামদে হায়বগী ৱানি। কুকিশিংনা লান হৌরকপসি তাঙ্কক অনি/অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই।[১৯৯] লান হৌনবা শেম শাবা মতমসি খৃঃ ১৯১৭ কী এপ্রিলদগীনা দিসেম্বর ফাওবনি, অহানবা নমথনবা হোৎনবা মতম্না খৃঃ ১৯১৭ কী দিসেম্বরদগীনা খৃঃ ১৯১৮ গী এপ্রিলগী ময়ায় অদুফাওবনি, কুকিশিংনা মখোয়গী লান য়াও হায়বা য়াদবা চীংমীশিং

হাৎপা/তুপ্পা তৌবা মতম্না খৃঃ ১৯১৮ গী এপ্রিলদগী ওক্তোবর ফাওবনি অদুগা অরোয়বা নমথনবা হোৎনবনা খৃঃ ১৯১৮ গী নভেম্বরদগীনা খৃঃ ১৯১৯ গী এপ্রিল ফাওবনি।

অহানবা লান অসি মৈতৈ মরি/মঙাগী লিচিং মখাদা উখা, হেঙলেপ অমসুং অনকপদা লৈবা কুকিশিংনা মনিপুর ষ্টেট ফোরেষ্টকী ওফিস ইথাইদা (হৌজিক্কী বিষ্ণুপুর জিলাগী মনুংদা) লৈববু খৃঃ ১৯১৭ কী দিসেম্বর তাং ১৯দা মাঙহন তাকহনখি।[২০০] কুকিনা বৃটিসকী মায়োক্তা হৌবা লান অসি হৌরকপদা মৈতৈনা লুচিংখি হায়বা য়াই। অমুকসু পনবা য়াই। চীং অমসুং তমগী মীওইশিংনা মতম অমদদি মখোয় পুনশিন্দুনা য়েক্নববু পুন্না লাম্থেংনখি। খৃঃ ১৯১৭ কী ওক্তোবর তাং ১৭ তা থোকখিবা থৌদোক অমগী মতুংদা কুকি খুল্লাকপা অয়াম্বনা বৃটিসকী মায়োক্তা লান তৌনবা শেম শাগ্রবনি। নুমিৎ অসিদা "পোলিটিকেল এজেন্ট" হিগগিন্সনা মহাক্কী মী শিংগা লাক্লগা মোম্বী খুল অসি তুন্না মৈ থাদোকখি। মৈ থাদোকপগী মরমদি মোম্বীগী খুল্লাকপা ঙুলখুপনা খুল খরদা বৃটিসকী মায়োক্তা লান হৌনবা ইনশিল্লে হায়বা ৱাফমদগনি।

ফিভম্না নোংমা-নোংমগী লুশিল্লকপনা হিগগিন্স অমসুং অতোপ্পা ওফিসার জে আইচ হত্তনবু কুকিশিংনা হৌরক্লিবা লান অসি নমথনবা থবক তৌহনখি। দল্লীয়ু এ কোসগ্রেভনা "পোলিটিকেল এজেন্ট" ওইনা খৃঃ ১৯১৭ কী দিসেম্বর তাং ২৭ তগী থবক পুখি। মশিং য়াম্লবা কুকিগী খুল কয়া মৈ থাদোকখি। নাকল অনিমক্তা অশোক অপন কয়া য়াওখি। লান তৌরিবা কুকি অসি মরু ওইনা থাদৌ কাংবুনি। অতোপ্পা কুকি অমসুং নাগা কাংলুপশিংদি লান অসিদা য়াওদে। বৃটিসনা মশিং য়াম্লবা সিফাইশিং শিজিন্নদুনা লান অদু নমথনবা হোৎনখি। লান শোরুখিবা মফমশিং অসি মনিপুরগী খা, খা-নোংপাককী চীংগী লম অমসুং অতৈ মফম খরদনি। কুকিশিংনা ঙমজবী থাদুনা শক্তি লৈরবা বৃটিসকা মায়োক্লখি। অদুবু কয়াম কুইগনি। অকোনবদা বৃটিসনা কুকিশিংবু লাকশিন্দুনা মায়থিবা পীখি। লান হৌবদা য়াওবা কুকি খুল্লাকপা ১১ গী মনুংদা লোংয়া খুলগী খুল্লাকপা ঙুলবুল লান মনুংদা শিখি।[২০১] খুল্লাকপা তরানা ফাখি। মখোয়শিং অদুদি চেংজাপাও (আইসান), খুথিনথাঙ (জামপি), পাচৈ (চসাদ), পাথাং (হেংলেপ), তিনতোং (লাইয়োং), সেমচুং (উখা), ঙুলখুপ (মোম্বী), লিওথাঙ (গাদোক), হেলিজাশোন (লোইবোল) অমসুং মাংকুপ (তিংকাই মাংকুন) নি। অহানবদা মখোয় কোহিমা জেলদা থমখি। সেমচুং কোহিমা জেল মনুংদা শিখি। লেমহৌরিবা মাপলদু অসামগী সাদিয়া জেলদা অমুক থমখি। লান অসিবু হৌরক্লবা শিনখিবা

অদুগা লমজিং লমতাকখিবা মীওই অহুম্মুনা অসামগী দিব্রুগার জেলদা থমখি। মখোয় অদুদি চিঙাখম সনাজাওবা (ইম্ফাল), ডুলখুখাই (চসাদ) অমসুং ইনজাখুপ (থেনজোল, নাগা হিলস) নি। সনাজাওবনা কুকিশিংদা হায়খি মদুদি বৃটিসকী সাশন লোয়শিল্লক্লে। মহাক্লা মহাক্কী মীওইশিংগা লোয়ননা বৃটিসপু মায়োক্নরি। করিগুম্বা মায় পাক্লবদি চীংদা "য়ুমগী খাজনা লৌরিবসি হুহ্নহনগনি হায়খি।"[২০২] মনিপুরগী প্রজাশিংনা মপানগী মীওইশিংনা লৈবাক অসিগী লৈঙাক সাশন পায়শিল্লকপদা য়াখিদে হায়বসি লৈবাক অসিগী ইতিহাসনা শাক্ষি ওইদুনা লাক্লি।

কুকি লান লোয়রবা চহি ১০ মুক্কী মতুংদা লৈবাক অসিগী অৱাং নোংচুপ্তা লৈবা চীংদা ইহৌ অমা হৌরকখি। জাদোনাং কৌবা মীওই অমনা বৃটিসকী সাশন পামদে কবুইশিংগী ওইবা সাশন অমা লিংগদবনি হায়দুনা খৃঃ ১৯৩১ দা ইহৌ অমা শাগৎখি। জাদোনাং হায়বসি তমেংলোং জিলাগী কাম্বিরোন হায়বা খুল অদুদগীনি। মহাক্লা মীয়ামদা হায়খি মদুদি মহাক "লাইগী শক্তি" চেনবা মীওইনি। মফম অদুগী চল্লবা মীয়াম্না থাজখি। মহাক্লা লিংখৎকদৌরিবা সাশন অদু "মকাম গৱাংদি"[২০৩] (মকামগী নিংথৌ পানবা লম) কৌই। মীওইশিংনসু পাম্নখি। ইহৌ অসি য়াম্না শাংখিদে অদুবু সরকারদি মসিনা মরম ওইদুনা মকোক খরা চিকখি। চীংদা য়ুমগী খাজনা লৌবা, খুল খুলগী খুল্লাকপবু কাম্বোক্লগা "লম্বু" গী মীওইশিংবু লুনা তৌবা, অদুগা কুকিশিংনা নোংচুপ থংবা চীংগী লমশিং খৱা খোপচিল্লকপা অসিনা মফম অদুগী মীওইশিংদু শাওনিংহনখি। জাদোনাংগী ইহৌ অদুবু শৌগৎনরকখি। কবুই, কচা নাগাশিংনা জাদোনাংগী ইহৌ শৌগৎখি। কুইথদনা ইহৌ অসি তমেংলোংগা থংনবা কছার অমসুং নাগা হিলসতসু শন্দোরকখি। ইহৌ অসি কনখৎলকপদা জাদোনাংনা মহাক্কী তুংইনবা মীওই কয়া তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থাদুনা প্রজাশিংনা ইহৌ অসিবু শৌগৎনবা হোৎনখি। ইহৌ অসিগী মরু ওইবা পান্দমদি (খৃঃ ১৯৩০-৩১ গী চহিগী ফোংবা লৈঙাক সাশন তৌবগী পাওদমগী মতুং ইন্না) অহানবদা কুকিশিংদা লান্দাশিনবা অদুগা অনিশুবদা বৃটিসকী মায়োক্তা লান তৌবনি।

জাদোনাংবু শৌগৎপা মীওইশিংনা মখোয়গী পান্দম ফংনবগীদমক প্রজাশিংদগী পৈশা খোমগৎখি। মসি মখোয়না খুৎলায় অফব্বনচিংবা লৈনবনি। মহাক্লা মীয়ামদা হায়খি মদুদি "মকাম গৱাংদি" অদুদা লৈবা "মীওই অমত্তা অনা অয়েক য়াওরোই, চাক তাংবা থোক্লোই, খাজনা লৌরোই অমসুং বৃটিসকী মীওইশিংনা নমফুদা পৈশা পিদনা থবক শুহনবা অদুসু লৈরোই।"[২০৪] জাদোনাংনা মহাক্কী মরুপশিং মরু ওইনা

লুরুংপু (মুকতি খুল), গাইদিনলিয়ু (নুংকাও), তখেনাং (কছার), মাচুঙাং (কাম্বিরোন), মুদুনাং (কাম্বিরোন), নামদিচুং (ওকোকলোং), সিফাই (নুংবা) নচিংববু তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থাদুনা কবুই অমসুং কচা নাগা কাংবুশিংনা "থাজনা ঙাইরিবা নিংথৌ" অদু জাদোনাং মশামক্তী হায়হনখি। জাদোনাংগী ইহৌ অসিনা মনিপুরদা বৃটিসকী সাশন অসিবু য়ানিংখিদে হায়বা উৎখি। মখোয়গী লুচিংবা অসিবু থাজবদগী মশিং য়াম্লবা খুল খুলগী প্রজাশিংনা মহাকপু শৌগৎনরকপদা নত্তনা পোৎ চৈ কয়াসু খুদোল ওইনা পীনরকখি। খুলশিং মরু ওইনা কেক্রু, মুকতি, খুলেন, পুনসাং, চিংমৈ, মোংজারোং খুলেন, মোংজারোং খুনৌ, বোলোংদাই, ওকোকলোং, কৈহাও, চরোই পানতোংবা, খৌপুমনচিংবনা মশিং থিঙমদ্রবা খুদোলপোৎশিং, চান থক্লবা য়াওনা জাদোনাংদা পীরকখি। প্রজাশিং অসিনসু মহাকপু "মাইবা" অমনি হায়না লৌখি। কছাররোমদসু মহাকপু শৌগৎখিবা খুলশিং অসি মরু ওইনা পাইসা, থিংজে, পুনজি, হৈজাচাক, নেংলো নচিংবা অসিনি। মহাকপু শৌগৎখিবা নাগা হিলসকী খুলশিংনা লালোংনি, পেরেমি, খোনোমা, হেনিমানচিংবা অসিনি। জাদোনাংগী মীবু থাজহনবা ঙম্বগী শক্তি অদু থাগৎনিঙাইনি। খুলগী খুঞ্জাশিংনা খনখি মদুদি মখোয়না জাদোনাংদা খুদোলপোৎ পীরবদি লৌউ-শিংউগী পোখোক ফগৎকনি, মখোয়গী মশাদা অনা অয়েক লৈরোই। জাদোনাংগী ইহৌ অসি কনখৎলকপদা কুকিশিং মীপায়বা হৌরকখি। মখোয়না খনখি মদুদি নাগাশিংনা মখোয়দা লান্দাশিল্লকপা য়াই হায়না। অমরোমদা নাগাশিংনা অফবঃ থাঙ, তা, চুমঙ্গোইনচিংবা খুৎলায় কয়া খোমজিনখি। মনিপুরগী "পোলিটিকেল এজেন্ট" না কছারগী দিপ্যুতি কমিস্নারদা চিঠি [২০৫] অমা ইখি। চিঠি অসিনা হায়খি মদুদি "তামপিলোং (কাম্বিরোন) দা নাগা ময়াম অমা পুনশিন্দুনা লৈরে। মখোয়না কুকিশিংদা লান্দারকপা য়াই।"

কুকি অমসুং নাগাশিং অনিগী মরক্তা লৈনবা মরি অদুসু ফৎচিল্লকখিদে। জাদোনাংগী ইহৌ অসিনা নোংমা-নোংমগী কনশিল্লকপনা মোৎ খেন্নরম্বা নাগাগী খুল ময়াম অমত্তা ওইনা পুনশিল্লকখি। অমরোমদা জাদোনাংগী ইহৌ অসিবু য়াদবা খুল ময়াম অমসু তমেংলোং, কছার, নাগা হিলসতা লৈ। মখোয়না জাদোনাংদা মতেং পাংখিদে। হৌজিক ফাওবদি খুৎ থোক্লদ্রি। অদুবু কুকিশিং অসি পাখৎলে হায়বগী খুদমদি উখি। কুকি খুলশিংগী খুল্লাকপা খরনা মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিদেন্টতা খৃঃ ১৯৩১ গী মার্চ তাং ১ দা চিঠি অমা ইদুনা "খুলগী খুঞ্জাশিংবু ঙাক শেনবীনবা হায়খি।" কুকি খুলশিংগী মরু ওইনা লাইকোৎ, সোংতুন, তি ব্রাইচোং, সাংজাং, ফাইলেংকোৎ,

কানজাং, কোৎলে, মাকুইগী খুল্লাকপাশিংনা খুলশিং অসিদা কবুই অমসুং কচা নাগাশিংনা খঙহৌদনা লান্দাশিল্লকপা য়াই হায়খি। মরমদি মখোয়গা য়ুমথংননা লৈরিবা নাগাশিংনা মখোয়গী খুৎলায়নচিংবা অসি শেমদোক শেমজিন তৌখ্রে।

অমরোমদা তমেংলোংদা লৈরিবা সিফাই অচৌবা কমান্দিং ওফিসার অদুনা মফম অয়াম্বদা চেকশিন থৌরাং কয়া লৌখৎখি। কমান্দিং ওফিসার অসিদা খঙহনখি মদুদি চীংনবা মীওই থিবা হুম্বগী থবক অমত্তা "পোলিটিকেল এজেন্ট" কী ৱা তাদনা তৌবা য়ারোই। করিগুম্বা নাগাশিংনা খুদক্তা লান তৌরক্লবদি করি তৌগদবগে হায়বদু কুপ্না কমান্দিং ওফিসার অসিদা খঙহনখি। লান য়াওবা খুলশিং অদুদা করি তৌগদবগে হায়বদুসু খঙহনখি। কুইথদনা সরকারনা থবক পায়খৎপা হৌরকখি। জাদোনাংবু ফানবা, মহাক্কী ইহৌ অদু নমথনবা খৃঃ ১৯৩১গী অঙনবদগী থবক পায়খৎপা হৌরকখি। অসাম রাইফলসকী মীওইশিংনা কাম্বিরোন অমসুং মসিগা নক্নবা লমশিংদা জাদোনাংবু থিবা হুম্বগী থবক চথখি। সরকারগী মীওইশিংনা খনখি মদুদি জাদোনাং অসি পাক ফাবা ঙল্লোই। মসি মীয়াম্না মহাকপু য়াবননি। সিফাইশিংনা কাম্বিরোন য়ৌবা মতমদদি জাদোনাং মহাক্কী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা কছারদা চেনখি। সিফাইশিংনসু মখোয়গী মতুং ইন্নখি। য়াম্না লুনা থোক্কদ্রা খল্লম্বদুগী ওন্ন-তৈনবদা ওইখি। য়াম্না লায়না, অপনবা অমত্তা য়াওদনা সিফাইশিংনা জাদোনাংবু খৃঃ ১৯৩১ গী ফেব্রুৱারী তাং ১৯ দা কছারদগী ফাখি। মহাকপু শৌগৎলম্বা মীওই পুন্নমক য়াম্না ঙক্না থোকখি। মহাকপু লায়না ফাখিবসি পুলিস ওফিসার অমনা থাকপা লাংদা মহাক থুখিবননি। জাদোনাং ফাখ্রে হায়বগী পাও অসি চীংদা লাংমৈ চাকপদৌনা শন্দোকখি। মতম অমদা মশিং য়াম্লবা মীওইশিংনা শৌগৎলম্বা জাদোনাংগী ইহৌ য়াম্না থুনা শিথরকখি। মহাকপু শৌগৎলম্বা মরু ওইবা মীওইশিং অদু মহাকপু ফাখ্রবা মতুংদা ইহৌ অসিদগী লাপথোক্লরকখি। জাদোনাং শিলচর জেলদগী ইম্ফালদা পুরকখি। খৃঃ ১৯৩০ গী মার্চ থাদা মৈতৈ মরি হাৎখিবদা চেন্নে হায়দুনা মহাক্কী মথক্তা বিচার অমা চথখি। মৈতৈ মরি অদুদি থৌনাওজম হেরো সিংহ, ৱাইখোম থম্বৌ সিংহ, ৱাইখোম ফৈজাও সিংহ অমসুং ৱাইখোম সাজোরনি। মনিপুর সরকারগী চহিগী ওইবা লৈঙাক সাশনগী পাওদম (খৃঃ ১৯৩১-৩২) গী মতুংইন্না জাদোনাংবু ফানবা হোৎনবসি ইহৌ অদুগা মরি লৈনবদসু নত্তুনা মী হাৎপদা চেন্নে হায়বগীসু য়াওরি।

মৈতৈ মরি অসি খৃঃ ১৯৩০ গী মার্চতা মীওই খরনা কাম্বিরোনদা হাৎখিবনি। মীওইশিং অদু জাদোনাংনা ইনশিবনি হায়না মহাকপু মরাল শিখি। জাদোনাংনা মসি

য়াখিদে। মহাক্না "পোলিটিকেল এজেন্ট" তা পীবা চেরোল (খৃঃ ১৯৩১ গী মার্চ তাং ২৩) অমদা হায়খি মদুদি "নাগাশিংনা কুকিশিংদা লান্দানবা কৈদৌনুংদা হায়খিবা লৈতে। মসি মহাকপু "নুংশিদবা মীনা শেমজিল্লগা হায়জিনবা বানি।" মহাক্না কবুইশিংগী মতম লাক্রে হায়বা বা হায়খিদে। মহাক কবুইশিংনা "ঙাইরিবা নিংথৌ" অদুনি হায়বা বাসু কৈদৌঙেদা হায়খিদে। মতম অমদা মীওই ১০০/২০০ না ঙাক শেন্দুনা লৈরম্বা জাদোনাং মৈতৈ মরি হাৎপদা চেন্নে হায়দুনা খৃঃ ১৯৩১ গী জুন ১৩ দা শিবগী চৈরাক পীখি। কবুইগী লুচিংবা অসি খৃঃ ১৯৩১ গী আগষ্টকী তাং ২৯ দা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।

জাদোনাং শিরবা মতুংদা গাইদিনলিয়ুনা ইহৌ অদু মতম খরা হিংহনখি। সিফাইশিংনা ইহৌ অসি মুখৎনবা কন্না হোৎনরকপদগী গাইদিনলিয়ু অবাবা কয়া থেংনখি। সিফাইশিংনা মহাকপু ফানবা তোঙান তোঙানবা খোঙজং কয়া চঙশিল্লকখি। হান্না মতেং পাংলম্বা মীওইশিংনা ইহৌ অসিদগী থাপতোকখিবা অমসুং চেনফম লৈরক্তবদগী গাইদিনলিয়ু খৃঃ ১৯৩২ গী ওক্তোবরগী তাং ১৭ তা কেপতেন এন. মেকদোনাল্ডনা লুচিংবা সিফাই কাংবু অমনা কেনোমা (পুলোমি হায়রগসু খঙনৈ) হায়বা মফম অমদগী ফাখি। ফাদ্রিঙৈ মমাং চহি অমগুম্বা মহাক কছারগী মফম কয়াদা লোত্তুনা লৈখি। গাইদিনলিয়ু অসিসু মৈতৈ মরি হাৎপদা চেন্নে হায়খি। অদুবু মহাক ফাবা ঙমখিদে। অহানবদা মহাক্কী খুল নুংকাওদগী কছার চীংদা লৈবা অতেংবা হায়বা মফম অদুদা থুংখি। চীংলক্তা মাবু য়াবা মীওই খরগা মফম অদুদগী হৈজাচাক হায়বা অৱাং থংবা কছারদা লৈবা মফম অদুদা অমুক লৈখি। কুইনা লৈবা য়ারক্তদুনা অকোনবদা কেনোমাদা চৎখিবনি। মফম অসিদগীনি মহাকপু ফাখ্রিবসি।

তোখায় তোখায়বা জেলদা গাইদিনলিয়ু চহি ১৫ মুক লৈখি। মহাক্কী মতিক মথৌনা, মরিংজেল অমসুং বৃটিসপু লাম্থেংননবা লেপ্পা লৈতনা হোৎনখিবা অদু লুচিংবা কয়ানা থাগৎখি। ভারতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টর জবাহরলাল নেহরুনসু মহাক্না বৃটিসপু লেপ্পা লৈতনা লাম্থেংননবা হোৎনবা অদুবু থাগৎখি। মহাক্কী থৌনা ফবা লিংজেল অদুগীদমক্তা নেহরুনা গাইদিনলিয়ুবু "রাণী" হায়বা মীংথোল পীখি। "রাণী" গাইদিনলিয়ুগী মতিক মথৌনা মনিপুরগী ইতিহাসতা ময়েক লানা ইদুনা অদুমক লৈহৌরগনি। মহাক্না জেলদা লৈরিঙেদা লুচিংপুরেল ইরাবতনসু মহাকপু থাদোক্নবা দাবি তৌখি।

গাইদিনলিয়ু অমসুং মহাক্কী মতুং ইনবা মীওই কয়া ফাখ্রবসু কুকি নাগা অনিগী মরক্তা ভাব তানদবদি অদুম লৈখি। খৃঃ ১৯৩২ গী দিসেম্বর তাং ৪ দা নাগাগী মীওই খরনা কুকি নুপী অমগা মহাক্কী মচা অহুমগা লাকেমা হায়রিবা নাগা হিলস্‌কী মফম অসিদা হাৎখি। কা হেন্না ইরাং থোক্লক্কদ্রা পাখৎনখি। অদুবু মীহাৎপাশিং অদুবু দন্দী পীবদগী ইরাং অদু লাকশিনখি।

## মনিপুর থুগায়নবা হোৎনরকপদা নাগা-কুকি হাৎনখিবা

লাইরিক অসিগী অয়াম্বা শরুক্তা পঞ্জখ্রে মদুদি নাগা অমসুং কুকিগী মীওই খরনা চহি খরগী মমাংদগী চীংগী লম অসি থুগায়রগা য়ুমথংনবা নাগালেন্দ দা তিনশিন্নবা হোৎনরক্লি নৎত্রগা ষ্টেট মচা মচা শেম্বা পাম্লি। নাগাশিংনা " খা থংবা নাগালেন্দ" হায়বা লৈবাক অমা শেম্বা পাম্লি। কুকিনা কুকি তাবা লমশিং পুনশিল্লগা "কুকিলেন্দ" হায়বা লৈবাক অমা শেম্বা পাম্লি। অদুবু মখোয়না খঙদবা অমা লৈরে। মনিপুরগী মফম অমদা অকরুবা কাংলুপ অমখক্তনা খুন্দাবা লম লৈতে। নাগা তাবা মফমদা কুকিশিংসু অদুম খুন্দাদুনা লৈ। কুকিশিংনা খুন্দাবা লমদা নাগাশিংসু খুন্দাদুনা লৈ। তম্পাক্তসু মৈতৈশিংগা চীংমীশিংগা নৎত্রগা পাঙলশিংগা পুন্না খুন্দামিন্নবা মফম কয়ামরুম লৈ। চুমই। কুকিদগী নাগানা মশিং হেন্না খুন্দাবা জিলা খরা লৈ। অদুবু মখোয় ঙাক্তগী লমনি হায়বদি য়ারোই। কাংলুপ কয়ানা খুন্দাবা মনিপুরনি।

খৃঃ ১৯৯২ দগী হৌরগা চহি খরা নাগা-কুকি কাংলুপ অনিগী মরক্তা খৎনখিবদু অতোপ্পা ব্রাহৌ অমদগীনি। অতোপ্পা ব্রাহৌ অমদগী ওইজরবসু মনিপুরবু থুগায়বগী ব্রাফমদি য়াওরি। খৎনখিবা অদুদা নাকল অনিমক্কী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংসু নারোন্দগী শৌগৎখি।

চহি ২১ শুরবা ওনখোলেৎ হাওকিপ কৌবা অমা নাগাগী খুৎলায় পায়বা মীওই খরনা খৃঃ ১৯৯২ গী জুন তাং ৩ দা বোংজাং হায়রিবা মোরে পুলিস ষ্টেসনগী মখাদা লৈবা মফমদা হাৎপদা পুলিস অমসুং প্রজাশিংনা থোয়না লুনা লৌরমদে। মরমদি মনিপুরদা মী হাৎপগী থবক অসি তোয়না থোকপনিনা মী অমা হাৎলম্বা হায়বসি করিসু লৈতনা লৌনরক্লি। পুলিসকী মীওইনা মনিপুরগী চীংগী জিলা মরি - চান্দেল, তমেংলোং, উখ্রুল অমসুং সেনাপতি - অসিদা নাগা, কুকি অনিগী মরক্তা চহি খরা অসিদা "য়াম্না কন্না উংখৎনরক্লিবসি" খঙবা ঙমখিদে। কাংলুপ অনি য়ানরক্তবগী

মরমদি নাগা খুৎলায় পায়বা কাংবুনা চীংদা লৈরিবা য়ুমশিংদগী লৌবা "খাজনা" গী পৈশা হেঙ্গৎলকপদগীনি। হান্না নাগাশিং অসিনা য়ুমকোক অমদা চহি অমগী লুপা ১০ লৌরম্বদু এন এস সি এন (আই-এম) না খৃঃ ১৯৯২ দগী লুপা ১০০ দা হেঙ্গৎখি। অদুগা খুল অমনা চহি খুদিংগী লুপা ১০০০ নাগা খুৎলায় পায়বা কাংবু অসিদা পীগদবনি। কুকিশিংনা য়ানিংখিদে। মখোয়না হায়খি মখোয় মনিপুরগী প্রজানি, সরকারদা খাজনা থিরি। মসিদা নাগা খুৎলায় পায়বশিং শাওখি। অমরোমদা এন এস সি এন (আই-এম) না মোরে সহর অসি মখোয়গী "মখাদা" থম্বা পাম্লমই। সহর অসিদগী লাকপা "পৈশা পুন্নমক মখোয়না লৌবা পাম্লমই।" মসি কে এন এ না য়াখিদে। মখোয়নসু সহর অসিদগী লাকপা পৈশা লোয়না লৌবা পাম্লমই। কুকিশিংনা চহি কয়াসি নাগা খুৎলায় পায়বা কাংবুদা "খাজনা" থিদুনা লাক্লি। পৈশা অদু হেঙ্গৎলকপদগীদি মখোয়না "খাজনা" অদু থিদনবগী ৱা থন্নবা হৌরকখি। কুকি নহারোলশিংনা খুৎলায় পায়দুনা মখোয় মখোয়গী খুলশিংদা নমফুদা পৈশা লৌবা লাকপা নাগাশিংবু চঙহন্দনবা থবক পায়খৎপা হৌরকখি। হায়রিবা কুকি নহারোলশিং অসি বর্মাগী জঙ্গলশিংদা খুৎশু-খুৎলায় শিজিন্নবা তম্লুরবা মতুংদা মখোয় মখোয়গী খুলশিং অদু নাগাশিংদগী "ঙাকথোক্লবা" থোরকপনি। কুকি নহারোল খরনা খনখি মদুদি কুকিগী ওইবা ষ্টেট অমা লৈত্রগদি মখোয় "মনিং তম্না হিংবা য়ারোই" হায়না। কুকি লুচিংবা খরনসু শৌগৎখি। ওনখোলেৎ হাওকিপ হাৎখ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা নাগা নহারোল খরনা মোরেদা চঙলুই। মফম অদুদা লৈবা কুকি নহারোল খরনা ফুরগা থারকখি। অসুম তৌদুনা কাংলুপ অনিগী মরক্তা ভাব তানদবা হেঙ্গৎলকখি। কুকিশিংনা পাম্লিবা "কুকিলেন্দ" হায়বা অসি সদর হিলস, চুরাচান্দপুর জিলাদা নত্তনা চান্দেল, সেনাপতি, তমেংলোং অমসুং উখ্রুলগী শরুক য়াম্না য়াওরি। নাগাশিংসু তাবা জিলাশিং অসিদা লৈরিবা কুকিশিং অসি নাগা খরনা "শেংদোকপা পাম্লমই" (হায়বদি কুকি অমত্তা নাগানা লৈবা মফমদা লৈহনবা পাম্লমদে)। শম্না হায়রবদা নাগাশিংনা মখোয়গী মরক্তা কুকিশিং খুন্দারিবসি "তাম্থোকখিবা নৎত্রগা হাৎতোক্লগা" মখোয় (নাগা) মথন্তা খুন্দাবা পাম্লমই। ওইররোইদবা ৱাখল নৎত্রা? কুকিশিংসু মখোয়না মনিপুর থুগায়রগা মখোয়গী লৈবাক অমা শেমগে হায়রিবসিসু ওইররোইদবা ৱাখল নৎত্রা? নাগাগী লম ঙাকথোক্লবনি হায়রিবা খুৎলায় পায়বা কাংবু "নাগা লিম গার্দ" কী মীওইশিংসু কাংলুপ অনি হাৎনবদা য়াওই হায়না সরকারগী পাওদম অমনা হায়। মখোয়বু খুৎলায় পায়বা নাগা লুপ অমনা ফজনা মতেং পাংই হায়না পাওদম অসিনা মখা তারি। কুকি নহারোলশিংসু খুৎলায় পায়বা কুকিগী লুপশিংনা শৌগৎখি। কাংলুপ অনিগী মীওইশিং

খৃঃ ১৯৯২ গীময়াই চল্লকপদগী লেপ্তনা হাৎনবা হৌরকখি। খুৎলায় পায়বা মীওইশিংসু য়াওশিল্লকপদগী সরকারনা খৃঃ ১৯৯৪ গী এপ্রিল ১৩ দা মীওই খরা ফাবা নৎত্রগা ফানবা পাও পীবদা মনা পীগনি হায়না লাওথোকখি। নাগা লিম কার্দ কীনা অলাং কবুই (সিপিলোং খুল/লুপা ২৫,০০০), দার্নিয়েল (লমদান/লুপা ২৫,০০০) অমসুং অদি রোংমৈ (রেংপাং/লুপা ২৫,০০০) নি। কুকি নেসনেল ফ্রন্টকী মীওইশিংনা কাইখোংতিংথাঙ (লুপা ২৫,০০০), জামপু (লুপা ২৫,০০০), জোমহেন কুকি (লুপা ২৫,০০০), হেনসন কুকি (লুপা ১০,০০০), এল. সোলোমোন কুকি (লুপা ১০,০০০), রামথাঙা (লুপা ১০,০০), রোমেন খোংসাই (সাইকুল/লুপা ৫০০০), নেহলুন খোংসাই (মাংবুং/লুপা ৫০০০), ফুলনাও তেলসিং (মোলনেই, বর্মা /লুপা ৫০০০) নি। কে এন এ গী মীওইশিংনা খাইখোলুন হাওকিপ (কালান, বর্মা/লুপা ১০,০০০), হেমখোঙাম হাওকিপ (খোমুনাম, বর্মা/লুপা ১০,০০০), তোংখুলুন হাওকিপ (মুমকাইলুন, বর্মা/লুপা ১০,০০০) অমসুং জামখোলুন হাওকিপ (লুমকাইলুন, বর্মা/লুপা ১০,০০০) নি।

কাংলুপ অনি অসিগী মীওইশিং অসি অসুক্কী মতিক তমথিনা হাৎনখ্রে মদুদি অউ অউবা মফমদা খুদোংচাবা ফঙলবদি অমনা অমবু লেম্না থানদে। মনিপুর সরকারনসু নাকল অনিগী মরক্তা হাৎনবা অসি থিংবা ঙমখিদে। নাকল অনিমক্কী লুচিংবশিংনা "তুমিন্না" য়াওশিনখিবদগী হাৎনবা অসি পাক লোয়শিনবা ঙমখিদে। মৈতৈশিংগী সংস্থান কয়ানা অকনবা খোঙজং কয়া চঙশিন্দুনা কাংলুপ মশেল হাৎনবা অসি লেপ্পবা হোৎনখি। ইম্ফালদগী মোরে তম্না খোঙচৎ চত্তুনা অমসুং লম্বীগী মফম চাবা য়েংদুনা মীফম কয়া ফমখি। কাংলুপ মশেল হাৎনবা অসিনা মীওই পুন্নমক্কী ওইনা মাঙজবনি হায়দুনা পাও শন্দোকখি। হাৎনবদা য়াওবা কাংলুপ অমগী মীওইশিংদি মীফমশিং অদুদা য়াওখি। অদুবু অতোপ্পা অমদি য়াওখিদে।

লাইরিক অসিগী লমায় খরা অসিদা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক মমুৎ তানা পনবা ঙমজদ্রে। পীক্লিবা চহি ৪/৫ গী অঙাংশিংবু নোংথক্তা লংখৎলগা লৈবাক্তা তারক্তিঁখৈদা থাঙনা ককলগা হাৎপা কি তুজুংনিঙাই ওইরবা থৌদোক কয়া থোকখি। মমাগী ফনেক মনুংদা লোত্তুনা লৈবা অঙাং ফাওবা চীংথোক্লগা মমাগী মমাংদা ককলগা হাৎপা য়াওখি। নুপীশিংসু লেম্না থাখিদে।

কাংলুপ অনি হাৎনবগী থবক অসি খৃঃ ১৯৯২ দগী হৌরকপদুনা খৃঃ ১৯৯৯ গী অদুরাই ফাওবা চত্থখি। অশোক অপনগী মশিং মখাদা পীজরি।

| চহি | কাংলুপকী মমিং | শিখিবা | অশোকপা | মৈ থাখিবা য়ুম মশিং |
|---|---|---|---|---|
| খৃঃ ১৯৯২ দগী | কুকি | ৫৩৪ | ২৫৭ | ৩১১০ |
| খৃঃ ১৯৯৯ ফাওবা | নাগা | ২৬৬ | ২২৩ | ২৬১৪ |
| অপুনবা মশিং | | ৮০০ | ৪৮০ | ৫৭২৪ |

(মনিপুর সরকার)

## কুকি-পাইতে

কুকি অমসুং পাইতে কাংলুপকী মীওইশিং অসি থাজনদনা লৈরকপা মতম কুইরে। নাগা, কুকি খৎনবদগী কুকি ময়াম অমা চুরাচান্দপুরদা চেনশিল্লকপদা পাইতৈ, জৌ কাংলুপকী মীওইশিংনা য়ানিংখিদে। কুকিশিংনা নাগাগা খৎনরিঙৈ মতমদা মখোয়না নক্লে খনবা পাইতে, জৌনা মতেং পাংখিদবদু য়াম্না ব্বারৌখি। এন এস সি এন (আই-এম) দা পাইতে, জৌশিংনা "খাজনা" থিখিববু কুকিশিংনা য়াম্না হকচিন্না লৌখি। অসিগুম্বা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা কুকি অমসুং পাইতে কাংলুপকী মীওইশিং খৃঃ ১৯৯৭ কী জুনগী তাং ২৪ দগী হাৎনবা হৌরকখি। নুমিৎ অসিদা কুকি নেসনেল ফ্রন্ট (কে এন এফ) কী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনা চুরাচান্দপুর জিলাদা লৈবা সাইকুল পাইতে খুলদা লান্দাশিন্দুনা পাইতেগী মীওই তরা হাৎখি। মদুদগী মথং মথং হাৎনরক্তুনা খৃঃ ১৯৯৮ গী ওক্তোবর তাং ১ ফাওবা চখখি। নুমিৎ অসিদা শান্তী পুরক্লসি হায়দুনা য়ানচে অমা কাংলুপ অনিগী মীওইশিংনা ইনখি।

## শিখিবা, শোকখিবা মীওইশিংগী মশিং

| চহি | কাংলুপকী মমিং | শিখিবা | অশোকপা | মৈ থাখিবা য়ুম মশিং |
|---|---|---|---|---|
| খৃঃ ১৯৯৭ দগী | কুকি | ৪২ | ১৯ | ৭১৭ |
| | পাইতে | ৯১ | ৫৪ | ১৪০৪ |
| | হ্নাইফৈ | ৯ | ৩ | ৫২৫ |
| | সিমতে | ৯ | ১০ | ৮৪ |
| | জৌ | ৭ | ৩ | ৩৫ |
| ১৯৯৮ | কুকি | ২৯ | ২০ | ৩৭২ |
| | পাইতে | ২৬ | ১৭ | ৪৭২ |
| | হ্নাইফৈ | ৬ | ১ | ২৬ |
| | সিমতে | | | ৭৯ |
| | জৌ | ৪ | ২ | ৭৬ |

(মনিপুর সরকার)

### মৈতৈ-পাঙল

পিপলস রিপব্লিকান আর্মি (পি আর এ) কৌবা সংস্থান অমগী মৈতৈ নহারোল খরা লিলোংদা লৈবা মুহম্মদ অশোন কৌবা অমগী য়ুমদা খৃঃ ১৯৯৩ গী মে তাং ২ দা নোংমৈ মচা লৈননবা চৎলমই। অশোন হায়বসি নোংমৈ মচা কারবার তৌবা মীওইনি। ভাব তানদবা খরা য়াওবদগী মৈতৈ নহারোলশিং অদুবু মুস্লিম মীওই খরনা ফু চৈরকখি। মদুদগী খঙহৌদনা মে তাং ৩ দা তোকঙা অমা শন্দোরকখি। "মুস্লিমশিংনা মৈতৈ নহারোল ফুরক্লে/ কোলেজ তম্বী ছাত্রি খরসু ওৎ নৈবিরে হায়বনচিংবা।" মদুদগী কাংলুপকী ইরাং থোক্লক্তুনা মীওই ১০০ (মুস্লিম ৯৬, মৈতৈ ৪) শিখি। পুন্না মীওই ১৪৯ অশোক অপন নংখি। ইরাং অদু ভাব তানরকপদগী খুদক্তা নেমথখি। অমুক হন্না কাংলুপ মশেল ভাব তানদবগী থৌদোক অদু থোকখিদ্রে।

# অরোয়বা তাঙ্কক

থবক খুদিংমক মতম লৈরিঙৈদা, মতাং চারিঙৈদা তৌহৌবা তাই। মতাং চাদবা মতমদা তৌবা তারবদি অয়েৎপা, অপনবা শোয়দনা থেংনগনি। হৌজিক মনিপুরদা লৈরিবা মীওই পুম্নমক অসি লৈবাক অসিনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসিনা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা শোকহল্লি। নোংমা কাঙদনা থোক্লিবা অশি অনাগী থৌদোকশিং অমসুং লৈবাক অসিগী ওইরক্লিবা ফিভম অসিনা মী অমগী পুন্সিদা শোকহল্লি হায়বসি মীওই মশা অদুনা খঙলম্বা য়াই। খঙলমদবসু য়াই। শম্না হায়রবদা লৈবাক অসিগী মীওইশিং অসি য়াম্না লুরবা ইতিহাসকী তাঙ্কক অমা মায়োক্লরি। চেকশিলহৌদবা মীৎকুপ্তা ইশাগী শক্তম ফাওবা মাঙখিবা য়ানা লৈরি। লৈবাক অসিগী হোংলক্লিবা ফিভমগী মতুং ইন্না মীওইশিংগী পুক্নিং-ৱাখলসু হোংদোকপা চঙই। ঐখোয়গী অকোয়বদা করি থৌদোক ৱাথোক থোক্লিবগে হায়বদু য়াম্না মুন্না খঙবা মথৌ তাই। মীওই খুদিংমক্না মহাক মশানা করি তৌগদবগে হায়বদুসু কুপ্না খন্থবা মতম ওইদ্রিব্রা? লৈবাক অসিনা থেংনরিবা সমস্যা পুম্নমক মীওই মশা অদুনা মুন্না খংলগা মহাক্না করি তৌবা তাই হায়বদু তৌবা মতম ওইদ্রিব্রা? ঐখোয়না ওইরক্লিবা ফিভমগী মতুং ইন্না ৱাখল, পুক্নিং হোংবা ঙমদ্রবা, ধর্ম্মগী মমিংদা কুম্মৈশিংদা তাওদুনা লৈরবা, অতেনবা মতমদা লোয়শিনবা য়াবা সমস্যশিং লোয়শিনহৌদ্রবা, মনিপুর অসি "হয়েং করি ওইগদবগে হায়বদু ইরাই লায়না উবা ফংই।" তুংদা লাক্কদবা মীওইশিংনা হৌজিক্কী মীরোলবু কৈদৌঙৈদসু ঙাকপিদবা য়াই।

বৃটিসকী মখুত্তগী খৃঃ ১৯৪৭ তা অমুক মনিং তম্লক্লবা মতমদা মনিপুরগী ঙমখৈদা শিংনবা হৌরকখি। ফিজোগী এন এন সি (নাগা নেসনেল কাউন্সিল) না মাও অমসুং তাংখুলনা খুন্দাবা লমশিং অসি "নাগালেন্দ" দা তিনশিনবা পামখি। মরম অদুনা মহাক্না মনিপুরগী চীংগী মীওই খরদা ইনশিনবা হৌরকখি। মতম অদুদগীনি মনিপুরগী চীংগী মীওই খরনা মশাগী লৈবাক্কী ইতিহাস কাওথোক্লগা নাগালেন্দ দা তিনজরগে হায়না থবক চখরক্লিবসি। অমসুং মখোয়না শেমজিন-শাজিন তৌরগা থাদোরকপা প্রচারশিং অদু মৈতৈশিংনা মতম চানা, মওং তানা থেংনখিদে। মসি মতম অদুগী লুচিংবশিংনা

লৈবাকসিগী ফিভম মুন্না নৈনহৌদবদগীনি। মতম চানা থেংনহৌদবনিনা হৌজিক্তি মসিনা থবক অমা ওইদুনা লৈবাক অসিগী অতৈ তৌগদবা মরু ওইবা থবক কয়াদা পুক্নিং চঙশিনবা ঙমদ্রি। অরানবা প্রচারশিং অসিবু ফজনা মায়োক্নবা ঙমহৌদবদগী মপাল্লমগী মীওইশিংনা নাগা খরনা মনিপুর থুগায়গে হায়দুনা তাল্লিবা দাবি অসি অচুম্বা ওইরবোই খনহল্লি। অমুকসু খনথবিয়ু। কুকি খুৎলাই পায়বশিংগী দাবি অসি ওইথোকপা য়াব্রা? ময়াম্না হৈন্না খঙবিরবা ৱাফমনি। করিগীনো মৈতৈ লুচিংবশিংনা নাগা অমসুং কুকিগী লুচিংবশিংগা ঙহাক লৈতনা ফমীন্নদুনা লৈবাক অসিগী ওইরকলিবা ফিভম খন্নদ্রিবা? করিগীনো কাংলুপ অতৈগী লুচিংবশিংবু মৈতৈ লুচিংবশিংনা ঐখোয় পুন্না লৈমিন্নবনা ঐখোয়গী শক্তম কনবা ঙমগনি হায়বসি থাজহনবা ঙমদ্রিবনো? লৈবাক ইরাং থোকসনু ঙহাক 'শক্তি' পায়রগা লোয়রে হায়বা ৱাখল ওইরবদি মনিপুর অসি তুংদা করি ওইরক্কদৌরি? হিরম খুদিংমক্তা মৈতৈশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই। 'ঈরৈপাক' অসিগী হৌজিক্কী অমসুং তুংগী লাইবক অসি মশিং য়াম্বা মৈতৈশিংগী খুত্তা লৈত্রা?

অমরোমদা শেল থুমগী ফিভম অসুক্কী মতিক ফত্তবা মরম্না নোংমগী চরা তান্নবা হোৎনরিঙৈদা মীওই অয়াম্বনা লৈবাক অসিগী মতাংদা খন্ন-নৈনবা মতম ফজনা ফংদে। খনবসু ঙমদে। অদুবু লৈবাক অসি "য়াম্না লুবা ফিভম" অমদা লৈরে, লৈবাক মীয়াম মীকপ থোক্লসি হায়বগী খোল্লাওশিংদি শুমাং লীলা, দ্রামা, পাওচেনচিংবগী খুত্থাংদা য়াম্না তোয়না তাবা ফংলক্লি। খোল্লাওশিং অদু মীয়াম্না কয়া য়াম্না হকচিন্না লৌরবগে হায়বদুনা অতোপ্পা ৱাহং অমনি।

চীংদা খুন্দারিবা ইচিল ইনাওশিংসু লৈবাক অসিনা থেংনরিবা সমস্যাশিং অসি ফজনা খঙফম থোকই। চুমই চীংগী লমশিংদা চাওখৎ থৌরাংগী থবকশিং অসি ফজনা পায়খৎপা উদ্রি। তমদা কা হেন্না পায়খৎপগী ৱা নত্তে। সরকারগী চে চাংদদি চীংগী লমশিং চাওখৎনবা পৈশা ফজনা থাদৈ হায়বগী প্রমান লৈ। অসিদসু নত্তনা লম্বী, থোঙ ফজনা শেন্নবা ভারত সরকারদগী, নোর্থ ইষ্টর্ন কাউন্সিলদগী অমদি অতৈ মফম কয়াদগী চীংদা পৈশা ফজনা থাদৈ হায়বসি সরকারগী ওইবা চে—চাংনা শাক্ষিনি। য়াম্না লাইবক থিবদি মফমশিং অদুগী লুচিংবশিং, ওফিসারশিংনা (মীওই পুন্নমক নত্তে) থাদরিবা পৈশাশিং অদু অয়াম্বা হৈনথোক্লগা তমগী মীওইশিংদা মরাল থংজিনবা অসিনি। মফমশিং অদুগী খুৎলায় পায়বা মীওইশিংনসু মখোয়গী "শরুক" লৌদবা নত্তে। তমগী মীওইদদা মরাল থংজিনবগী ৱাখল্লোন অসি থাদোকসি।

লালহৌবগী ইহৌ অসিসু লৈবাক অসিগী লৈমায়দা মরা চেৎনা তাখ্রে। মশিং য়াম্লবা সিফাইশিংনা ইহৌ অসি ঙহাক্কী ওইনা নমথবদি য়াই অদুবু তুংকোয়না শান্তী পুরকপদি ঙম্লোই হায়না অখঙ-অহৈ মীওই কয়ানা মোৎ ফোংদোক্লরক্লি। মমা লৈবাক্কীনি হায়দুনা "কৎথোক্লবা" য়াওম্লোই কয়ানা জঙ্গলগী তিল, কাং, শা কৈন্না থম্লবা মফমশিংদা লৈদুনা লাম্হেংনরি। সরকারনসু খঙই ইহৌ অসি ইতিহাসকা মরি লৈনৈ হায়বসি। নাকল অনিমক খোঙফম খরা হন্দোক্লরগা শ্বর্থ অমত্তা য়াওদনা ৱারী শানবনা লৈবাক অসিগী তুংগী অফবা ওইরোইদ্রা? হাৎনরিবা, ঈখেঙ তানরিবশিং অসিদি ইতিহাসকী শরুক অমনি হায়না লৌরসিরা?

মীওই পুন্নমক লৈবাক অসিগী সমস্যাশিং অসি কুপ্না নৈনফম থোকই। অদুবু লৈবাক অসিগী ইতিহাসপু নাথৈদুনা থম্লগা সমস্যাশিং অসি লোয়শিন্নবা হোৎনগনি হায়রবদি মায় পাক্কদবা মান্দে। লৈবাক অসিদা থোক্লিংবা থৌদোক থোক্লসনু, চীংগী শরুক য়ুমথংনবা লৈবাকশিংদা তিনগে হায়রবসু তিনজখ্রসনু, মীওইবগী হক মৎপা মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক কয়া থোক্কে হায়রবসু থোক্লসনু, মৈহৌরোলদগী খুন্দাদুনা লৈরক্লিবা মীওইশিংগী তোপ তোপ্পা শক্তম অদু মপান্দগী চঙলকপা মীওইশিংনা মশিং হেন্দুনা মাঙগে হায়রবসু মাঙজরসনু, ঙহাক হিংবা পুন্সিনি হিংলিঙৈদা খরা নুঙাইনা হিংলগা লোয়রে হায়না খন্দোক্লসিরা? মীওই অমনা চাংচত্তা চহি ৮০/৯০ পুন্সিরে হায়না লৌরসি। মসি থোয়দোক্লা শাংবা মতম নত্তে। মীওই পুন্নমক হায়জরিবা চহিসি য়ৌনা পুন্সিনি হায়বগী ৱাফমসু লৈতে। চুমই। মীওইবসি পোক্লবদি শিদবা শুকয়া য়াদ্রবনি। লুরিবদি মহাক করম হায়না হিংলম্মী অমসুং শিখিবগে হায়বদু নৎত্রা?

হৌজিক্কী ওইরিবা ফিভম অসি অসুম চত্থরবদি তুংদা "ঐখোয়গী ঈরৈপাক" অসি করি ওইরক্কদৌরি? পাবিরিবা ইরৈচাশিংনা হেন্না খঙবিরবা ৱাফম্নি। অদুগা মসিমদি শুকশোই শোয়দ্রে। "অফবা, অকনবা, মশক মচু থোকপা, চাওখৎপা মনিপুর" অমা খা-নোংপোক এসিয়া অসিদা ওইহনগে হায়রবদি লমদম অসিদা খুন্দাদুনা লৈরিবা কাংলুপ পুন্নমক্কী মীওইশিং অসিগী মখুত্তা লৈরে। করম্বা ঈরৈপাক ওইহনসিগে হায়বসি লাইরিক অসিবু পাবিরিবা অদোমগী, ঐহাক্কী নৎত্রগা ঐখোয় পুন্নমক্কী অপাম্বদা লৈরে। মনিপুরগী হৌজিক্কী ফিভমসি 'লান মনুংগুম্বনী।' মরক অসিদা লৈবাকসিদা থোকলিবা থৌদোক ৱাথোকশিংসি ঐখোয়না ভাবোক ওইনা য়েংদুনা লৈথোকলগদ্রা?

---

লাইরিক অসি ইবদা তান্নখিবা লাইরিকশিং অমসুং ফোংদোক্লবা অতৈ চে চাংশিং। মসিমদি ইংলিস অমসুং মনিপুরিদা পুন্না ইজরে।

১ : The Naga Tribes of Manipur - T.C. Hodson
২ : ibid
৩ : Origin And Culture of Nagas - R.R. Shimray
৪ : ibid
৫ : ibib
৬ : Hodson
৭ : ibid
৮ : Bedrock of Naga Society
৯ : Leithak Leikharon - Y. Bheigya, Kangbalon - N. Angou, Thiren Layat - N. Ibochouba, Shakok Lamlen etc quoted in History of Manipur. Gangmumei Kamei
১০ : History of Manipur - G. Kamei
১১ : ibid
১২ : Kangbalon/ some other puyas quoted by Kamei
১৩ : ,,
১৪ : Wakoklon Thilel Amailol Pukak quoted by Kamei
১৫ : Kamei
১৬ : ibid
১৭ : Pakhangba Phambal by Kh. Yaima Singh quoted by Kamei
১৮ : City of Europe
১৯ : ibid
২০ : Kamei
২১ : Khuman, a paper by Ashok Kumar. quoted by Kamei
২২ : Kamei
২৩ : Angom, a paper by N. Ibochouba, quoted by Kamei
২৪ : Khanganba, a paper by B.K. Sharma quoted Kamei
২৫ : ibid
২৬ : Accounts of the Valley of Munnipore and of the Hill Tribes - Maj. W. McCulloch
২৭ : ibid
২৮ : The Meities - T. C. Hodson
২৯ : Kangbarol quoted by Kamei
৩০ : Kamei
৩১ : Meihourol Salai Yimchangba quoted by Kamei
৩২ : Cheitharol Kumbaba
৩৩ : ibid

৩৪ : A Stort History of Manipur - R. K. Jhaljeet
৩৫ : Pakhangba Phambal by Kh. Yaima quoted by Kamei
৩৬ : ibid
৩৭ : Sanglen Puba Puya quoted by Kamei
৩৮ : Ningthourol Lambuba by O. Bhogeshwar
৩৯ : ibid
৪০ : Kamei
৪১ : Poireiton Khunthokpa by Kh. Yaima quoted by Kamei
৪২ : Kamei
৪৩ : Ningthourol Lambuba/ Cheitharol Kumbaba by L. Ibohal and N. Khelchandra
৪৪ : Diary of Manipur (Manipur Archives)
৪৫ : ibid
৪৬ : Ningthourol Lambuba
৪৭ : Ningthourol Lambuba/Cheitharol Kumbaba
৪৮ : Jhaljeet
৪৯ : Kamei
৫০ : Ningthourol Lambuba quoted by Kamei
৫১ : Ningthourol Lambuba/ Cheitharol Kumbaba
৫২ : Jhaljeet
৫৩ : Ningthourol Lambuba
৫৪ : Ningthourol Lambuba/Cheitharol Kumbaba
৫৫ : ibid
৫৬ : ibid
৫৭ : Ningthourol Lambuba
৫৮ : Ningthourol Lambuba/Cheitharol Kumbaba
৫৯ : Cheitharol Kumbaba
৬০ : Ningthourol Lambuba
৬১ : ibid
৬২ : ibid
৬৩ : Cheitharol Kumbaba
৬৪ : Ningthourol Lambuba
৬৫ : Cheitharol Kumbaba
৬৬ : Ningthourol Lambuba
৬৭ : Cheitharol Kumbaba
৬৮ : ibid
৬৯ : Diary of Manipur (Manipur Archives)
৭০ : Cheitharol Kumbaba

৭১ : Kamei
৭২ : Cheitharol Kumbaba
৭৩ : Kamei
৭৪ : Ningthourol Lambuba
৭৫ : Cheitharol Kumbaba
৭৬ : ibid
৭৭ : Kamei
৭৮ : Ningthourol Lambuba
৭৯ : Cheitharol Kumbaba and Kamei
৮০ : Cheitharol Kumbaba
৮১ : Kamei
৮২ : Cheitharol Kumbaba
৮৩ : ibid
৮৪ : Bijoy Panchali by M. Jhulon quoted by Kamei
৮৫ : Cheitharol Kumbaba
৮৬ : 1. Mityat, 2. Ariba Manipurgi Sahityagi Itihas by N. Khelchandra quoted in Cheitharol Kumbaba
৮৭ : Sanamahi Laikan by O. Bhogeshwar
৮৮ : ibid
৮৯ : ibid
৯০ : ibid
৯১ : ibid
৯২ : ibid
৯৩ : Gazetteer of Manipur by E. W. Dun
৯৪ : ibid
৯৫ : Kamei
৯৬ : Cheitharol Kumbaba
৯৭ : ibid
৯৮ : Ningthourol Lambuba/Cheitharol Kumbaba
৯৯ : Takhel Ngamba edited by Haodeijam Chaitnya reproduced in R.K. Sanahal's collected works of Haodeijam Chairnya, 1884, and Kh. Kaomacha, Manipur Ittibrita, 1934, Imphal quoted by Kamei
১০০ : ibid
১০১ : Kamei
১০২ : ibid
১০৩ : Ningthourol Lambuba quoted by Kamei
১০৪ : Dun

১০৫ : ibid
১০৬ : G.E. Harvey quoting Burmese Chonicle Hmannan III
১০৭ : Dun
১০৮ : ibid
১০৯ : ibid
১১০ : ibid
১১১ : Kamei
১১২ : Burma, Published by Apa Publications (HK), Ltd,
১১৩ : Burma, Ethnicity and Insurgency by Michael Tredhom
১১৪ : Burma - Apa Publication
১১৫ : Cheitharol Kumbaba
১১৬ : The Meities - T. C. Hodson
১১৭ : Dun
১১৮ : Cheitharol Kumbaba
১১৯ : ibid
১২০ : Diary of Manipur (Manipur Archives)
১২১ : Cheitharol Kumbaba
১২২ : Diary of Manipur (Manipur Archives)
১২৩ : ibid/Cheitharol Kumbaba
১২৪ : Dun
১২৫ : Kamei
১২৬ : Dun/Kamei
১২৭ : Cheitharol Kumbaba
১২৮ : U. N. Sinha Cachar Ittibritti quoted by J. Roy quoted by Kamei
১২৯ : Cheitharol Kumbaba
১৩০ : Kamei
১৩১ : Cheitharol Kumbaba
১৩২ : ibid
১৩৩ : ibid
১৩৪ : The North East Frontier of India - Alexandar Mackenzie
১৩৫ : Statistical Account of Manipur - R. Brown
১৩৬ : See Appendix
১৩৭ : Political correnspondence of Feb 11, 1835 No 106 in Alexandar Machanzie
১৩৮ : Dun/Cheitharol Kumbaba
১৩৯ : Alexander Machenzie
১৪০ : Manipur and Naga Hills - James Johnstone

১৪১ : Cheitharol Kumbaba
১৪২ : ibid
১৪৩ : Political proceedings (India) April 1864, No. 111 Alexander Machenzie
১৪৪ : Cheitharol Kumbaba
১৪৫ : Documents/Political correspondence etc. (Enclosure 10 in No, 3 1891), Manipur Archives
১৪৬ : Cheitharol Kumbaba
১৪৭ : ibid
১৪৮ : ibid
১৪৯ : ibid
১৫০ : ibid
১৫১ : ibid
১৫২ : ibid
১৫৩ : Quoted in Cheitharol Kumbaba
১৫৪ : Johnstone
১৫৫ : Alexander Machenzie
১৫৬ : Notification of Appoinment of Maharaj Churachand Singh
১৫৭ : Letter of Political Agent C. Gimpson dated 23 December 1934 to Chief Secretary to the Government of Assam (Manipur Archives)
১৫৮ : Manipur Itihasta Irabot - Soyam Chhatradhari
১৫৯ : ibid
১৬০ : Nikhil Hindu Manipur Mahasabha L. Yaima/R.K. Maipaksana
১৬১ : Chhatradhari
১৬২ : ibid
১৬৩ : Yaima/Maipaksana
১৬৪ : Chhatradhari
১৬৫ : Chhatradhari
১৬৬ : ibid
১৬৭ : ibid
১৬৮ : ibid
১৬৯ : ibid
১৭০ : Miyamgi Luchingba Irabot - Mangjam Ritichandra atradhari
১৭১ : Chhatradhari
১৭২ : Shillong 1949
১৭৩ : Chhatradhari
১৭৪ : Mackenzie

১৭৫ : ibid
১৭৬ : ibid
১৭৭ : ibid
১৭৮ : Boundaries of Manipur L. Chandramani
১৭৯ : ibid
১৮০ : ibid
১৮১ : Mackenzie
১৮২ : ibid
১৮৩ : Agreement on Kabaw Valley
১৮৪ : Jonhstone
১৮৫ : The Representation of Manipur which was laid before State Enquiry committee, 1932
১৮৬ : Political Proceedings (11th February 1835 No. 90) Manipur Archives
১৮৭ : Assam Secretariat confidential (1889), Govennor's Secretariat Confidential Assam (1878-1950) Manipur Archives.
১৮৮ : ibid
১৮৯ : ibid
১৯০ : ibid
১৯১ : ibid
১৯২ : Annual Administrative Report of Manipur Political Agency (1893-94)
১৯৩ : History of Frontier Areas Bordering Assam, Robert Reid
১৯৪ : ibid
১৯৫ : ibid
১৯৬ : Mackenzie
১৯৭ : Reid
১৯৮ : A note on Kuki rebellion prepared by J.E. Wester Chief Secretary to the Chief Commissiener of Assam to Govt. of India (No. 6310 dated 27 June 1919), Manipur Archives.
১৯৯ : Extact from proccedings of the Chief Commissiener of Assam in the political department No. 8856 dated 27 Sept. 1920, Manipur Archives.
২০০ : Same as 198 (১৯৮)
২০১ : ibid
২০২ : ibid
২০৩ : Jadonang, a Mystic Naga Leader by G. Kamei
২০৪ : ibid
২০৫ : Letter of Higgins to C. Gimpson 24/2/1931, Manipur Archives.

# APPENDIX- I

(মখাদা পিজরিবা অসি চহি খরা অসিদা চীংগী লম চাওখৎনবনি হায়দুনা চাদিং তৌখিবা পৈশাশিং। য়ৌহননিংবা মফমদা য়ৌবা য়ৌদবা হায়বদু তমগী মীওইশিংগী মরাল নত্তে। পৈশাশিং অসি য়ৌহন্নিংবা মফমশিংদা য়ৌব্রা হায়বদুদি খঙবা ঙমজদ্রে। করিগুম্বা সরকারগী মীওই অমদি লুচিংবা খরনা চীংগী পৈশা লান্না শিজিন্নখ্রগা মৈতৈদা তাইশিনবগী ৱাফমসি তোক্রসি। মখাদা পীজরিবা চেরোল অসি চীংগী লমদা চাওখৎনবা করি তৌরিবগে হায়না হংবদা সরকারনা মনিপুর এসেম্ব্লীদা পুথোকখিবনি।)

Table indicates actual expenditures incureed under different projects for scheduled Tribe People of the State.

(Rs. in lakhs)

| | Year | State Plan | Special Central Assistance to Tribal Sub - Plan | Grants under Article 275 (i) of the Constitution | Total |
|---|---|---|---|---|---|
| **1.** | **2.** | **3.** | **4.** | **5.** | **6.** |
| 1. | 2000-01 | 305.76 | 235.68 | 364.97 | 906.41 |
| 2. | 2001-02 | 91.53 | 901.98 | 230.00 | 1223.56 |
| 3. | 2002-03 | 30.50 | 458.03 | 230.00 | 718.53 |
| 4. | 2003-04 | 381-98 | 676.18 | 230.00 | 1288.16 |
| 5. | 2004-05 | 657.50 | 785.78 | 253.00 | 1696.28 |
| | **Total** | **1467.32** | **3057.65** | **1307.97** | **5832.94** |

**Family Oriented Schemes** : Agriculture, Piggery, Industries.

**Infrastructures** : Community Hall, Roads & Bridges, Minor Irrigation, Water Supply.

Walfare Schemes : Medical Assistance, Housing, Post Matric Scholarship, Ashram Schools,

Centrally assisted :

| Year | Economic Development | Housing | Medical |
|---|---|---|---|
| 2003-04 | 1180 | 692 | 150 |
| 2002-03 | 1931 | 480 | 126 |
| 2001-02 | 3033 | 534 | 1548 |
| 2000-01 | 360 | 428 | 270 |
| 2004-05 | 4239 | 782 | 600 |
| **Total :** | **10,743** | **2916** | **2694** |

# APPENDIX-II

লালহৌবগী ইহৌগা মরি লৈনবা থৌদোকশিংদা চহি খরা অসিদা লৈখিদবা প্রজাশিংগী মশিং।

| চহি | শিখিবা মীওইশিংগী মশিং |
|---|---|
| ১৯৯৭ | ২০৪ |
| ১৯৯৮ | ১২৭ |
| ১৯৯৯ | ১১২ |
| ২০০০ | ১২৭ |
| ২০০১ | ১৪০ |
| | (মনিপুর সরকার) |
| ২০০২ | ১৩০ |
| ২০০৩ | ১৪০ |
| ২০০৪ | ১৫১ |
| ২০০৫ | ১৫৩ |
| ২০০৬ (জুলাই ফাওবা) | ১৫২ |

(মথক্কী শিখিবা মীওইশিংগী মশিং অসি মনিপুর সরকারগী নত্তে। পাওচেশিংদা ফোংখিবা অমসুং দায়রিদা ইশিলহৌবদগী শেমদোকচবনি)।

## APPENDIX-III

## Anglo- Manipuri Mutual Defence Treaty

of 14 September 1762

Articles of treaty between Hurray Das Gussein, acting on behalf of Jai Singh (Maharaja of Manipur) and Mr. Harry Verelst, Chief of Chittagong Factory, on behalf of the British dated the 14 the September 1762.

(Home Department public, 1762, 4 October, Nos. 2-3)

*Article No. 1*

That said Jai Singh, his master, shall be assisted with such of English troops as from time to time can be spared for the recovery of such lands and effects belonging to the Jai Singh as he hath been dispossessed by the Burmahs (Burmese).

*Article No. 2*

That for the assistance of such English troops the said Jai Singh is willing and ready to pay at the immediate expiration of every month all and every expense and contingent expenses of such troops then due so long as they may remain in his service.

*Article No. 3*

That the said Jai Singh is willing and ready to join with all his force the said English forces to obtain full and ample satisfaction for all and every injury the said English have from time to time suffered by the Burmahs at the Negrairje (Negrais) or any other place during the said Burmah's administration when in any time in possession of Pegu.

*Article No. 4*

That the said Jai Singh will from time of signing these Articles, consider such injuries as have been done by the Burmahs (Burmese) to the said English as injuries done to himself and that the said Jai Singh will ever hereafter be ready to resent any new insult or hindrance the English trade or people may meet with at Pegu, The

Negrairje or any other part or parts at present under the government; of the Burmah Rajah or The Rajah of Pegu – also every other power or Government that may interrupt the free trade of every English subject passing into and through their countries.

*Article No. 5*

That the said Jai Singh will all times fully consider every enemy to the said English as his own enemy and that the said English shall consider every enemy to the Said Jai Singh as their enemy.

*Article No. 6*

That the said Jai Singh shall grant such lands as the said English may think proper for the building of a factory and fort for the transaction of their business and protection or their persons and effects in every part under his Government and that whatever part the said English may fix on for their factory and fort the said Jai Singh shall also grant a distance of country round such factory and fort of eight thousand cubits to the said English free of rent forever.

*Article No. 7*

That the said Jai Singh shall grant permission to the English for an open trade into and through his country/free of all duties, hindrance or molestation and that the said Jai Singh will ever protect and defend the said English.

*Article No. 8*

That the said Jai Singh shall not enter into any accommodation with the Burmah Rajah without the advice and approbation of the English nor shall the English enter into a separate and distinct treaty with the Burmah Rajah without previously advising the said Jai Singh.

*Article No. 9*

Should the English troops with those of Mackley be obliged to march against the Burmah Rajah in order to obtain satisfaction for their mutual injuries received and in consequence make themselves masters of the Burmah country the said Jai Singh doth then agree that should the said English then give him full possession of the said Burmah country he, the said Jai Singh will then make good to the said English all such losses as they have every heretofore sustained.

## APPENDIX-IV

## Treaty of Yandaboo February 24,1826

*Article No. 1*

There shall be perpetual peace and friendship between the Honourable Company on the one part, and His Majesty The King of Ava on the other.

*Article No. 2*

His Majesty the King of Ava renounces all claims upon, and will abstain from all future interference with the principality of Assam and its dependencies, and also with the contiguous petty State of Cachar and Jyntea.

With regard to Munnipore (Manipur), it is stipulated that, should Gumbheer Singh desire to return to that country, he shall be recognised by the King of Ava as Rajah thereof.

(Signed Archibald Campbell) (L.S)
Largeen Meonja,
(Woonghee)

(Signed ) T.C. Robertson
Captain Royal Navy (L.S.)

(Seal of the lotoo)

(Signed) Hy. K. Chads
Captain Royal
Navy (L.S.)

Shwagum Woom
Atawoon

## APPENDIX-V

### Anglo- Manipuri Treaty of 1833
### Agreement between Rajah Gumbheer Singh And Commissioner F.J. Grant, 1833

The Governor-General and supreme Council of Hindustan declare as follows: With regard to the two ranges of hills, the one called the Kala Naga range, and the other called Nungjai range, which are situated between the Eastern and Western bends of the Barak, we will give up all claim on the part of the Honourable company thereunto, and give him the line of the Jiri and the Western bend of the Barak as boundary, provided that the Raja agrees to the whole of what is written in this paper, which is follows :

1st : The Raja will, agreeably to instructions received, without delay remove his Thana from Chandrapur and establish it on the Eastern bank of the Jiri.

2nd : The Raja will in no way obstruct the trade carried on between the two countries by Bengali or Manipuri merchants. He will not exact heavy duties, and he will make a monopoly of no articles of merchandise whatever.

3rd : The Raja will in no way prevent the Nagas inhabiting the Kala Naga and Nungjai ranges of hills from selling or bartering ginger, cotton, pepper, and every other article, the produce of their country, in the plains of Cachar, at the Banskandi and Oodherban bazaars, as has been their custom.

4th : With regard to the road commencing from the Eastern bank of the Jiri, and continued via Kala Naga and Kowpum, as far as the valley of Manipur, after this road has been finished, the Raja will keep it in repairs so as to enable laden bullocks to pass during the cold and dry seasons. Further, at the making of the road, if British officers be sent to examine or superintend the same, the Raja will agree to everything these officers may suggest.

